# রস কল্পমঞ্জরি

## *আদৌ বাল্যমিলন রস বর্ণনং

মল্লব রাগ

জয় জয় পূর্ণ অবতার গৌরহরি ।
দেখি শচী জগন্নাথ আনন্দ লহরি ॥ ধ্রু
ক্ষেণে হাসে ক্ষেণে রোয়ে ক্ষেনে স্ফূর্তি করে ।
ক্ষেণে কোলে ক্ষেণে দোলে হিয়ার উপরে ॥
এক দুই তিন চারি পাঁচ ছয় মাসে ।
নাম করণ অন্নপ্রাসন দিবসে ॥
পুত্র মহোৎসব করে মিশ্র পুরন্দর ।
অলঙ্কার ভূষিত সোনার কলেবর ॥

---

মল্লব রাগ

জয় ওইরি পূর্ণ অবতার গৌরহরি
শচী জগন্নাথ হরাউ মথোই কারি ॥ ধ্রু
অমুক নোকই অমুক কপই অমুক কোয়না শান্নে
থাদা কোল্লি কোয়না থেম্মী মচা মায়থোং চুপচৈ ।
থা তরূক ওরে চৌক্লা রা তান্নে
মিংথোনবা চাকইনবা কুমিংনি ওসি ॥
কূম্মৈ চাউনা তৌরি মিশ্র পুরন্দরনা
সনা অহিংবা কুচু ফিজেৎ লৈতেংঙনা ॥

---

* মবাই হবুংঙো পুত্রস্বনা শকথিবা

বিশ্বপালন থইল বিশ্বম্ভর নাম।
[1]সরস্বতী সম্বাদয়ে পূরব পুরাণ॥
দিনে দিনে করে প্রভু করুণা প্রকাশ।
শুনি আনন্দিত কহে এ লোচন দাস॥ ১॥

বৈষ্ণব বন্দনা

শ্রীগুরু বৈষ্ণব গোষাঞি কৃপা কর মোরে।
কৃষ্ণ-লীলা-গুণ গাই আনন্দ অন্তরে॥ ধ্রু
গোকুলেতে কৃষ্ণচন্দ্র নন্দের মন্দিরে।
বাল্য লীলা প্রকাশিয়া করিল বিহরে॥
পূর্ণিমার চাঁদ যেন বাঢ়ে দিনে দিনে।
দেখি ব্রজবাসীগণ আনন্দিত মনে॥২॥

বোলি | ওথা বসুদেব গর্গাচার্য্যে বলাইয়া।
কহিল রহস্যকথা একান্তে বসিয়া॥ ধ্রু

---

সরস্বতী ব্যাখ্যানা পুরাণ মতুংইন
থোক্লে তাইবঙ্ খোনবা বিশ্বম্ভর নাম॥
ফোঙ্লি প্রভু নুংশিং থৃদীং জীববু চানবীবা
হরাউ পান্দম লৈত্তে শকচ মনাই লোচননা॥

বৈষ্ণব বন্দনা

শ্রীগুরু বৈষ্ণব গোসাই চানবীয়ু ননাইবু
শোঙ্গনীংই থরায় পেম্না কৃষ্ণ লীলা গুণবু॥ ধ্রু
কৃষ্ণচন্দ্রনা গোকুলদা নন্দগী সঙ্গাংদা
ফোঙ্বিরকলে বাল্য-লীলা শান্নরুনা কোয়না॥
পূর্ণিমাগী থানিনগুম্মী চাউশিল্লকই য়েংনা য়েংনা
হরাউনজ্জে উম্না ব্রজবাসী 'পুম্বা॥

বোলি | সোমদা বসুদেব গর্গাচার্য্য উররুনা
নাপচীক্লা শিন্নে লোন্না থূপ্না তান্নে॥

---

১। সরস্বতী ব্যাখ্যা—ভগবানগী মরমদা ফত্তবা পোবকা বাহৈ ওইনা খোক্বিগদবদা অকুবা অচুবা গুণ থঙহনবনু কৌই। শ্রীমদ্ভাগবতকী শিশুপাল বধগী মতাংদা কৃষ্ণবু মামা নরাধম হায়না চৈবদা কবিনা মী পুক্নিংনা ইবুংঙো মাংগী মথা পোনবা—নরাধাং অধম যস্মাৎ ইতি নরাধম হায়না বহুব্রীহি সমাস তৌদুনা থঙহল্লি। অসিগুম্বা মতৌ অসিবু সরস্বতী ব্যাখ্যা হায়না কৌই।

নন্দব্রজে আগমন করহ আপনে।
একাকি যাইবে যেন [1]কেহ নাহি জানে॥
তাহার মন্দিরে আছে আমার তনয়।
দুষ্ট কংস ভয়ে তথা রাখিয়া গোপয়॥
ছয়মাস হৈল নাম করণ সময়।
বুঝিয়া করিবে যেই উপযুক্ত হয়॥ ৩
এ কথা শুনিয়া গর্গাচার্য্য মহাশয়।
গমন করল শীঘ্র নন্দের আলয়॥ ধ্রু
গর্গ দেখি নন্দ অতি [2]আনন্দ হইয়া
ত্বরাযুত উঠিলেন পুটাঞ্জলি হৈয়া॥ ৪
বোলি। এক নিবেদন করি শুন মহাশয়।
অতিভাগ্য বলে মোর হয়্যাছে তনয়॥
এ দোঁহার নামক্রিয়া সংস্কার করণে
আপনে [3]এ যোগ্য বুঝি করহ বিধানে॥

য়োবাক্নে নন্দব্রজ পাঙথোকলু তুমিন্না
কনাগা লোয়নবিন্ মীবু খঙ্হনগনু॥
লৈবনি সঙ্গাইদা মাগী ঐহাক্না ইচাশিং
কিবতনা কংস মাবু থৈহ্না থম্লি॥
থাবুন তরুক হায়রে মমিং মথা থোনবা য়ারে
থন্দুনা তৌবিরু মুনি মতিক চাবা য়েংনা॥ ৩

হায়নহনা অস্থম লাকলে গর্গাচার্য্য
য়োরকলে পন্দনা চঙ্লে নন্দগী সঙ্গাইনুং॥ ধ্রু
হরাউঙ্গরে নন্দ গর্গবু উবদা
হায়রকই নোম্লুক্রা থুবাং চা জো লোম্না॥ ৪
বোলি। হঙ্গৎনিংবা অমা নিজে চরণ থাদা
লাইবক ফবনা নোনা ফংজরে ইচা
মমিং মথা অনিমক্কী থোনবীরম্মু ঙসি
লাঙ্ক্ম থোকপা করি তাকপিয়ু হুজীক॥

---

১। কহ—পাঠ ২। আনন্দিত হৈয়া পাঠ ৩। যোগ্য বুঝ ঝি—পাঠ

এত শুনি মঙ্গলের স্বস্তিবাচ করে।
তাহা রামকৃষ্ণ দুই আনিল সত্বরে ॥
কৃষ্ণ-বলরাম রূপ দেখি মুনিবর।
[1]দুহার সৌন্দর্য্যরূপ নাহি দেখি আর ॥ ৫

শুন ব্রজরাজ এই রোহিণী নন্দন।
নিজগুণে সুহৃদেরে করিবে রমণ ॥ ধ্রু
তে কারণে ইহার আখ্যান [2]হবেরাম।
বলাধিক্য হৈতে নাম [3]হৈবে বলরাম ॥ ৬

তবে কৃষ্ণ হস্তদেখি কহে মুনিবর।
শুন নন্দ তুয়া পুত্র গুণের সাগর ॥ ধ্রু
সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি যুগচতুষ্টয়।
চারি যুগে চারি রূপ ধরি প্রকটয় ॥
সংকীর্ত্তন ধর্ম্ম লোকে [4]করি প্রচারণ।
সেই দ্বারে নিস্তারয়ে কলি প্রজাগণ ॥ ৭

---

মঙ্গল পোৎলম শুনা লাড়্লে স্বস্তিবাচন তৌরে।
রামকৃষ্ণ মচৌম্মনাউ ফমংল্লে অনিবুম্ম ॥
উবদা মুনিনা শকফম অনিমক্কী।
পূমঙক ছকখরে মিৎফম হোংখিদরে ॥ ৫
য়েংউ ব্রজনিংথৌ পুক্নীং মকা লামজো
নচা অহনসিনা নুংঙাইহনগনি 'পুম্বা ॥ ধ্রু
থোল্লবনি মমিং কৌরো হরেরাম
কন-থোবনা মাবু খঙ্‌নগনি বলরাম ॥ ৬
হায়রকই মখংদা য়েংদুনা খুৎ কৃষ্ণগী
তাও নন্দ নচাসিদি গুণগী তুংনফমনি ॥ ধ্রু
সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি যুগ মরিমক্তা
যুগ যুগ খুদীং শকলোন মরি পুবা।
সংকীর্ত্তন ধর্ম্মবু তাইবঙদা শন্দোকপিবা
মও তনা লান্নগনি কলি জীব 'পুম্ব' ॥ ৭

---

১। সর্ব্বাঙ্গে পুলক হৈল আনন্দ অন্তর বৃন্দাঃ লীলামৃত ২৩২ ২। হয় রাম—পাঠ ৩। হৈল—পাঠ ৪। করিয়া প্রচার—বৃন্দাবন লীলামৃত ২৩২।

তথাহি শ্লোকঃ

কৃষ্ণবর্ণংত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্ ।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তিহি সুমেধসঃ ॥

ইদানীং দ্বাপরশেষে তোমার কুমার ।
শ্যামবর্ণ ধরি ইতি হৈল অবতার ॥ ধ্রু
ভূত ভবিষ্য বর্ত্তমান [1]এই তিন কালে ।
চারি যুগের কথা মুনি কহিলেন ছলে ॥ ৮

কি কহিব তোমার পুত্র মহিমা অপার ।
নারায়ণ সমগুণ রূপ সর্ব্বসার ॥ ধ্রু
তারে দেখি সর্ব্বচিত্ত করে আকর্ষণ ।
তে কারণে তার নাম হয়ে কৃষ্ণাখ্যান ॥
নানারত্ন আনি দিল মুনির চরণে ।
এ নন্দকিশোরদাস আনন্দিত মনে ॥ ৯

শ্লোককী অর্থ

চৌন্দ কৃষ্ণ শোনবা সনা কুচু লোবা নিত্যানন্দ অদ্বৈতনা শ্রীঅঙ্গ ওইনবা
শ্রীবাসনচিংনা থুংলাই ওইনবিবা ভক্তনা য়োম্বা কোয়না খোংজবা
লাংচৈ চৈতন্যবু সংকীর্ত্তন যজ্ঞনা ॥
দ্বাপর মমৈসিদা নঙগী নচা ওইনা
ফাওরকপনি থঙজো কুচু শংবাননা ॥ ধ্রু
হৌখ্রবা ওইরিবা ওইরক্কদবা
যুগ মরিগী রাবু তাক্লক্লে মুনিনা ॥ ৮

চাংদমনিঙাই লৈতে মগুণ নচা অসিগী
মানৈদো মশক্লা নারায়নমক্কা ॥ ধ্রু
চিংই লায়না থম্মোই 'পুম্বা মাবু উক্কবদা
খোল্লগেকো মহাকপুনা শ্রীকৃষ্ণ হায়না ।
কংচৈ মণিমুক্তা কয়া মুনিগী চরণদা
নন্দকিশোরদাসনা কাজৈ হরাউ মথোই ॥ ৯

(১) 'এই' অসি ছাপাদা য়াওদে

য়েংগদবা ঃ—জ্যোতীষ শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না শর্গনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম করণ তৌখিবা—
১। মৃগশিরা—তৃতীয় পাদ বে, বো, কৃ = কৃ— কৃষ্ণ
২। রোহিনী—দ্বিতীয় „— ও, বা, বি, বু = বা — বাসুদেব

বৃষভানু রাজারানি শ্রীমতীরে তথা আনি
রাধিকা রাখিল অভিধানে ॥
জনম অবধি রাই কার মুখ হেরে নাই
মুদিত ছিল দুনয়ানে । ধ্রু
হেন স্বর্ণলতা সুতা স্বস্তিকরে
রাধারে [1]সুরারে পিড়ার উপরে ;
কোলে হৈতে ভূমে রাখি কৃষ্ণধনে

বৃষভানুনা খঙহুনা শ্রীমতীবু পুরক্লুনা
থোনখরে মিংলেন রাধিক হায়না ॥
পোকপদগী হৌনা রাধা য়েংলকখিদে কনানত্তা
উইশিল্লকখি মিৎমা য়েংখিদে কনাবু ॥ ধ্রু
লশিং তীনগুম ফজে সনানি কুচুনা ।
হীপহল্লি নাউশুমদা রাধাবু নাংথিনা
যশোদানা থাহুনা শান্নহল্লি কৃষ্ণ

য়েংগদবা :— শ্রীকৃষ্ণগী খুৎনা শোকলুবদগী শ্রীমতীগী মিৎ পাঙ্লকপা রাক্ষম অসি গুরুজনশিংদগী তারকখি অদূবু করি লাইরিককৌনো মহুদি থঙ্খিদে । জয়নারায়ণ মুখোপাধ্যায়না ইবা "রাধা কৃষ্ণ বিলাস" কৌবা লাইরিক অহুদদি লা. ৩৩ দা য়াওরম্বা থেনৈ । অরাবদি মহাক্রম্ মসিবু কদাইদগী লোতুনা ইবনো পল্লমদে । লাইরিক অসদদি শ্রীমতী রাধানা পোকপা অসি গর্ভদগী নত্তে—কাণ্ডিদা রাণীনা স্নান চংপদা কজগ্রবা থম্বাল অমা হেকলুবদা সনাঅহিংবা মচুগী মীগী মওঙ মানবা পীকথ্রবা তীনগুম্বা পোৎশক অমা থেংনহুনা পুবক্লগা বৃষভানু নিংথোদমু উৎলখি । হান্না উরকপদগী হুজীক্লা থরা অমুক চাউখৎ-লকলি । অমুন্না অরোনবা অসি কনাম্ খঙহন্দনা তীন অহুনমু লেপ্পুনা মী মচাগী শকফমদা অমুন অমুম চাউখৎলকপা উবদগী রাণীবু গর্ভ লৈববী ওইনা শন্দোকখি অনমু মতম চারক্লবদা অঙাং পোক্লবগুম্না পাউ চেন্থোকখি । নীংথিবা অঙাংগী শকফম অমদি অতৈগা মান্নবা

[illegible] জন্মস্থান গোকুলগা শ্রীমতীগী পোকফম "রাবেল গ্রাম (চানবীদা লাউল গ্রাম) গা অনি অসি থেইনা লপ্পদে । গোকুলগী নৈবন পাংবদা মালেম অনিরোম চৎপগা লৈ ।

(১) সুরারে— পাঠ

মজিলা যশোদা কথোপকথনে ॥ ১০

সভে অন্যমনে আছে কুতুহলে।
হরি জানুপাতি ভূমে খেলা ছলে ॥ ধ্রু
আসি রাধা হৃদি হাত দিয়া হরি।
গোপনে কহিছে ধাইল কিশোরী ॥
শুনি তুষ্ট হয়ে প্যারী কৃষ্ণরবে।
নয়ন মেলিয়া [1]দেখিয়া মাধবে ॥ ১১
কৃষ্ণ স্পর্শে রাই সঙ্গে মুদিত হইল ভঙ্গে
প্রথমে দেখিলা কৃষ্ণমুখে ॥

---

মুন্দুনা লৈথরে রারি রাতাইদা।
চঙ্‌ত্রে শনশাহ্না শান্ন-শান্নবা
য়োথ্রে রাধা নাক্তা চৈরক্তা কৃষ্ণনা ॥ ধ্রু
থুংনা নাল্লুই থম্মোই হরিনা রাধাগী
নাপচীক্লা লোন্না করিবু হায়রুবা ॥
খোঞ্জেল তারে রাধা কৃষ্ণনা লাঙ্‌বদা
তপ্না পাঙ্‌থোরকলে উরুরে মবুংডো ॥ ১১
কৃষ্ণনা শোকপদা রাধা মিং খংপাঙ্ পাঙ্‌লকপদা
উরে ইহান হান্না মবুংডোগী মায়থোং ।

---

সনা অহিংবা কুচু উবদা মী পুন্নমক্লা ডরুখি। কুতুমাদি ওইরগা অঙাং অসি পোকপদগী হৌনা নিংতি পাঙলক্তে। মমেদা শ্রীকৃষ্ণনা যণ শাহ্না চঙ্‌ত্রগা নাল্লুবদগী খঙ্‌হৌদনা পাঙ্‌লকখি। রাফম অসি কবি চণ্ডীদাসনস্তু মাগী শৈরেংদা উৎলি মচুদি—

শ্রীরাগ

শুন গো মরম-সই !
যখন আমার জনম হইল
নয়ন মুদিয়া রই ॥
দিতে ক্ষীর সর জননী আমার

---

(১) দেখিলা ?

তুমার পিরিতি যুগ্য বিধি নিরমিলা ।
তাহা সঙ্গে প্রতি লাগি এথাতে আইলা ॥
ভুবন দুর্লভ নারী না'হিক তুলনা ।
বল্লভ কহয়ে শ্যাম কি আর ভাবনা ॥ ৬

রাধানাম শুনি সুনাগর
[1]ভাবে তনু জর জর ॥ ধ্রু
ভাবাঙ্কুর হৃদি সমুদিত
অশ্রুধারা নেত্রে বিগলিত ॥
সর্ব্বাঙ্গেতে পুলক ব্যাপিত
সে ভাবে[2] সম্বরণ নহে চিত ॥
ধৈর্য্য [3]লাজ্য চিত্তে নহে বাধা
দেবী প্রতি কহে মধুর কথা ॥
শুন ঠাকুরাণী সে রাজার সুতা
মুঞি বনচর মেলিব কুথা ॥

---

বিধিনা শেরুকপানি মতিক চানা নঙ্গী
লাকলি'সিদা ঐনা লৈপুন শেমগে নীংনা ॥
তোমথিন চানবী মানি ত্তাইবঙ্ শাংপীনি
বল্লভনা হায়জে শ্যাম থঞ্জানৈ করিগী ॥ ৬

তাবতদা রাধা মিংলেন
থম্মোই লকা তনিক তনিক ॥ ধ্রু
মিংশ্না তরঙ্ ঈহৌরক্লে
প্রেমগী ঈফুৎ ফাওরক্লে (নে) ॥
হরাউ-তুজুং-নরকপদো
লোৎঙমথিদে মতৌ অদো ॥
থাঙ্ডমলক্তে লাক্লে ঈকাই হংগোই
পাউদন্নকই কৃষ্ণ অমেঙ্বা রাইহনা

---

১। প্রেমভরে চৌঃ ২, রাধাভাবে চৌঃ—৪ ২। সম্বরে - চৌঃ ২ ৩। লাজ—চৌঃ ১

ভগবতী কহে না কর বাধা
বল্লভ সঙ্গতি রহবি এথা ॥ ৭

ধৈর্য্য ধর চিত্তে তোর হে নন্দের দুলাল
যে কাজে সাধিতে শ্যাম মুঞি জানি ভাল ॥ ধ্রু
[1]তুহু প্রীতিলাগি [2]সহে এ ব্রজমণ্ডল
যুগল রূপ হেরি [3]কব নয়ন সফল ॥
সুমধুর প্রেমকেলি করাব বিহারী
এখনে বাজাও বাঁশী মুরলীধারী ॥
শুনি যেন ভাবাঙ্কুর হয় সে কুমারী
দুহুঁ সুমাধুরি হেরি নয়ান ভরি ॥
রত্ন সিংহাসন পরি বৈঠবি দুহুঁ সাথে
একবার যুগল চরণ [4]দেখগো মোর মাথে ॥

নিংথৌ-মচানিদো য়াইফবী মহাক্তি
মণশেনবনি ঐদি করম ফংলুগনা ॥
য়ারুগনু গোপাল চিংনজংগনু
শেমগনি [illegible] ঐনা
নত্রগা
লৈগনি বল্লভকা লেংদননিদা ॥ ৭
খাঙ্‌বা কল্লু থম্মোই ফাংথো হে যশোদা কুমার
মুন্না খঙ্‌ই ঐনা শ্যাম থবক পাঙনা শায়রোই। ধ্রু
নংগুম 'পুম্বা পামজনে মেনা ফংব
অনিনা অমা ওইনা মপোক মতৌ যানবা ॥
মক্ত্রবা প্রেম-লীলা শাগ্নৌ নন্দলালা
খোংউ নঙ্‌গী বাঁশী হে মুরলীধারী।
মপূক ওল্লকনু মাগী শকহেনবীদুগী
লৈফম চাফম খঙ্‌জরকলোই ময়ুমদা লৈতারোই ॥
ভান্থোইবীগু অনি পূনা লৈতেংদুনা সিংহাসনদা
পীনৌ চরণ লৈহৌ থকপা কোকহেন্নবীনু খোয়াংজবা।

১। দুহুঁ—চৌঃ ২, ৩, ২। রহে—চৌঃ ২, ৩, ৩। করব? ৪। দেওগো?

চিরকাল এ ভাবেতে যায় থাকে এ ব্রজেতে
*বৃদ্ধ রূপাযুক্ত হয়া তপস্বিনী হইতে ॥
এত কহি ভগবতী চলে নিজালয়ে
† বয়সন্ধি ভাবারম্ভে নরহরি [1]কয়ে ॥ ৮ ॥

নিত্যপ্রিয়াগণ সহ এ দীন সর্ব্বরী
স্বচ্ছন্দে নিকুঞ্জকেলি বিলাসিবে হরি ॥ ধ্রু
তবে শ্যাম রাধা ভাবে ব্যাকুলি
[2]কদম্ব হেলনি বাজেরে মুরুলী ॥
জয় রাধা জয় রাধা বোলিয়া
তাহা শুনি জগজন যেন স্তব্ধ হয়া ॥
স্থাবর জঙ্গম যত ধর্ম্ম বিপর্জ্জয়[3] ।
হেনই মুরুলী নাদ করে শ্যাম রায় ॥

---

ঈখো লাংবী ননাই ঐনি রানা শানা ঙাইজরকপী
অসিতগী লৈজরবীনি ব্রজপুর য়োরকপীনি ।
অস্থুম হায়না ভগবতী চৎখরেনে পূর্ণিমাসী
য়াগ ময়োন শৈরাংজে নরহরিনা শকচৈ ।। ৮

নিত্যপ্রিয়া সখিশিংগা তোল্লবী ঐহাক্না
নিকুঞ্জ-কেলি য়েংজগনি শান্নগনি শ্রীহরি ॥ধ্রু
চীনবান্দ বাঁশী থোংহ্না কদমদা ঙাহ্না
খোংলক্লে খোরাংনা রাধানাম শ্যামনা ॥
কৌরকলে শ্রীরাধে সি রি-রা-ধে
শুক্ষৎনরে তাইবঙ্খোন্না থরায়-পান্দ-শুম্না
অচৎ-চত্ত জীব পানবা মপেল ক'উনা
মুরলী মখোন তাবদা মুল্লি ফুম্বঙ্ননা ।।

---

* চৌ ২ দা পরেং অসিমা য়াওরমদে ।

বয়ঃসন্ধি—বাল্যযৌবনয়োঃ সন্ধির্ব য়ঃ সন্ধিরিতীর্য্যতে—উঃ নীঃ,
( ঊনখৎলকপা মতাংবু বয়ঃসন্ধি কৌই )

১ । কহে চৌ—২, ২ । মুরুলী বাজেরে কদম্ব হেলনি—চৌঃ ২ (৩) বিপর্য্যয় —

শ্যাম সুনাগর নব ললিত ত্রিভঙ্গ
মদন বিমোহিত তাহে অধর সুরঙ্গ ॥
যমুনা উজান বহে তৃণ তেজি ধেনু রহে
প্রাণি যত ধর্ম্ম হরে মৃত তরু মঞ্জরে ॥
সে ধ্বনি-অমৃত রসে তরঙ্গিনী হয়া যাতে।
শ্রীরাধিকামূর্ত্তিকুহরে প্রবেশি ভেল অকস্মাতে ॥
ধৈর্য্য গেল কমলিনী মূরুছি ভূমি পড়ে
কি হৈল কি হৈল বোলি শ্রীললিতা ধরে ॥ **(রাই কমলিনীকে)**
কদম্বতলে দাঁড়াইয়া বাজায়ে মুরলী।

এথা রাই ললিতা বিশাখা সঙ্গে
বৃন্দাবন শোভা হেরি খেলে নানারঙ্গে।
হেনকালে সে ধ্বনি শুনি আচম্বিতে
সে মাধুরী নিল [1]প্রাণ বিমোহিত চিতে ॥

---

শ্যাম শকহেনবা মথেক অহুম থেকপা
কামবু শুমহৎপা চীনবান তয়ান ভম্বা ॥
লেপখরে ঈচেল যমুনা লেপলে যনবা নাপী চীক্লা।
তায়োনহল্লে তাঙবঙ্ ঙাম্বা ময়োন চোৎলে উকং পাম্বী
মুরলী খোম্বাঙ্ ইশেনা অমৃত ঈরীক ওইহল্লা ॥

শ্রীরাধাগী থম্মোইনাকোঙ্দা য়েররে বাঁশী খঙহৌদনা
থাঙগনদরে অথাঙ কনবী হাদথখরে লৈমায় থক্লা ॥
হুংশা থীনা ললিতানা কোনথৎলরে চেনশিন্দুনা ॥ **( শ্রীরাধাবু )**

খোংলিনে তত্তুনা মুরলী কদম্বগী মখোঙ্দা ॥
শান্নরি সোমদনা সখিময়ানগা
বনগী ফজবা য়েংনা য়েংনা শ্রীমতী রাধিকা ॥
খঙ্হৌদনা তারক্লি নাকোঙ্ মুংদ বাঁশী
হুখরেনে থরায়-হকচাং হামচৎনরে পুক্লীং।

---

১। প্রাণি—চৌঃ ৪

ধৈর্য্য লাজ হরিয়া নিল মুরুছি ভূমি পড়ে
কিহৈল কিহৈল বোলি ললিতা [১]করহি কোরে ॥
রঙ্গদেবী বস্ত্রাঞ্চলে মৃদু মৃদু বায়
সুদেবী বসন ভিজি ও মুখ মুছায় ॥
শ্রীগুণ মঞ্জরী কান্দে নিজেশ্বরী মুখ চাই
তাল[২] পাতে ব্যজ হাতে মৃদু মৃদু বাই ॥
কহু যতন করি[৩] করয়ে চেতন
তবহি ললিতা কহে মধুর বচন ॥
পরাণ অভিন্ন সখি [৪]নিশ্চয় কহ মোরে
আচম্বিতে বৈবসতা কেনে হৈল তোরে ॥
শুনিয়া কহয়ে রাই লজ্জিতা হইয়া
সে লাগিয়া হৈল তাহা শুন মন দিয়া ॥ ৯

---

ইকাই ইকি মাঙ্‌লে ঙম্না রান্থরে লৈমায় থক্তা
করিনো করিনো হায়না কোনখৎচৈ ললিতা সখি ॥
তপ্না তপ্না হুনলি ফীজী রঙ্গদেবী সখি
তৈথোকলি মায়থো হুমাং সুদেবী সখীনা ॥
গুণমঞ্জরীনা কপলি মবেম্মগী মায়থোং য়েংনা
কোনা হুমাই পায়না খুত্তা তপ্না মেঙ্‌না হুমনা ॥
জ্ঞান তাহল্লে মবেম্মবু অসুম হোৎনহুনা
হায়জরকই ললিতানা অমেঙ্‌বা ৱাহৈনা ॥
খঙ্‌হোদনা করিগীনো অহুম তৌবা সখি
কনা নত্তে ঐদি নঙ্‌গী তম্মু শেংনা ঙসি ॥
ইকাইবনা লাঙ্গোয়চন মায়থোং তঙাং তশোন
হায়জরকই মেঙ্‌না তপ্না তমগে তারো সখি ॥ ৯

---

১। করহি কোরে—চৌ ২, ৩ ২। তালপত্র ব্যজন—চৌ ১
৩। করায়—চৌ ২, ৪। নিচয়—চৌ ৪

## তথাহি

নাদঃ কদম্ববিটপান্তরতো বিসর্পন্‌
কো নাম কর্ণপদবীমবিশন্নজানে ॥
হাহা কুলিন গৃহিণীগণ গর্হণীয়াং
যেনাদ্যকামপিদশাং সখি লম্ভিতাস্মি ॥

বিদগ্ধ মাধব লাঃ২শ্লোক ৬৯

কদম্বের বনে হৈতে কিবা শব্দ আচম্বিতে
হের আর না শুনি ভূবনে ।
তব ধরি চিত্ত প্রাণে ধৈরজ নাহিক মানে
মনে হয় যাই সেইখানে । ১০

এ সখি হেন শব্দ না শুনিয়ে আর ।
কেমন পুরুষ যেই বাজাইল এই সেই
না জানি কেমন রূপ তার ॥ ধ্রু

---

## শ্লোক

অরাবনি হে সখি !

কদম্‌ বন লোমদগী খঙ্‌হৌদনা লাকপা
করিনো অঙকপা খোঞেল অমখক্লা
চঙ্‌থিবদগী খঙ্‌হৌদনা নাকোঙ্‌ চক্র মলুং
তা শী ন গ দ বা য়ুম্বানবী নূপী থূদীংমক্লা
ওইহল্লে ঐবু অহৃগুম্বা মওঙ হায়ফম খঙ্‌দনা ।

তাদবরা সখি নঙ্‌বু তাখিত্রিবা মখোল'সিবু
লাকপি য়েংউ কদম বনদগী ॥
থরায় হকচাং হুখরেনে কাঙমদরে পুক্নীং ঈংনা
চংকে লেপলে মতুদা ঐদি ॥ ১০

তাও সখি মখোল অসে তাদবরা অসে ।
ওইরিগবা কনা খোংলিবা অসে
মশক্লা করম তৌরিশবসে ॥ ধ্রু

সখি কে বাজারে মধুর মধুরধ্বনি
মুঞ্জিত নবীন বালা হৃদয় মাঝে এতই জ্বালা
মুগুধিনী কিরূপ না জানি ॥
হা সই ললিতা বিশাখে না দেখি যাহার মুখে ॥
বিদরিয়া যায়রে বুকে ॥
সহিতে না পারে আর ঘরে
কি শেল পশিল জানি মরমে বেদনা হানি
তারে দেখাইয়া রাখ মোরে ॥
এ তার মুরুলী ধ্বনি ত্রিভুবনে নাহি শুনি
একবারে হরিল পরাণ ॥
কহে ঘনশ্যামদাস হয় তার সর্ব্বনাশ
যে বা শুনি মুরুলীর তান ॥ ১১ ॥

---

খোংবনো কনানা অসুক হুংশিনঃ
নৌজরিরী নূপীজাগী থম্মোই মৈহুম চূহন্না
করি খঙ্‌জন্ত্রবী পঙ্‌জরিবী ঐবু শুন্দ্ৎনা ।
ইতাশা, ললিতা বিশাখা হামচৎনরে থরায় হকচাং ॥
শকসু চুসু খঙ্‌জদরি নৈঙমদরেনে নৈতানদি
খাঙমজদে চৈনা অসে কায়রে থম্মোই লায়ুম অসে
হিংহনবিয়ু ঐবু উহন্দুনা মাবু ॥
তাখিদরি মীরমলেন্দা মখোনসে মাগী বাঁশী
য়েংউ থরায় হামচৎনরে ।
হায়ৰ্জে দাস ঘনশ্যামনা মাঙ্‌জরে মীচুদি লেপ্পা
মুরলী খোন্থ'ঙ্‌বু তারুরবা ॥ ১১

---

সদানুভূতমপি যঃ কুর্য্যাৎ নব নবং প্রিয়ম্‌।
রাগো ভবন্নবনবঃ সোঽনুরাগ ইতীর্য্যতে ॥ বৈষ্ণব রস প্রকাশ ২৫৯

যদি মোর প্রীতি রাখে
তারে দেখাইয়া রাখ প্রাণে
হিয়ে জ্বালা (না) সহিতা ॥
না হেরিলে মরি যথা
[1]মোরে লৈয়া যাহ তথা
নহে আনিয়া দেও এথা ॥

ইতি বংশীধ্বনি রস ইতি সামাপ্তং ॥ ৩

---

মুংশিরবা নখোয়না ঐবু
কল্প ঐবু উত্তুনা মাবু
খাঙঙমদরে মৈচাকসিবু ॥
শিরগনি উ-দ-র গদি
পুবীরো ঐবু অ হু দি
নত্রগা পুরকউ'সিদা মাবু ॥ ১২

বংশীধ্বনি রসকী শৈশক লোমলে ॥ ২

---

## * বন্দীমুখ রস বর্ণনং

রাগ—মানসী

নিরজনে গৌরা সহচর সঙ্গে
নিগূঢ় প্রেমের ভাব তরঙ্গে ॥ ধ্রু
বৃষরবিষরে আসিয়া ভাট
কৃষ্ণের মাধুরি গাওয়ে কত ॥
তাহারে শুনিয়া তরুণী বালা
অন্তরে বাঢ়ল প্রেমেরি জ্বালা
সে ভাবে পড়ল গৌর রায়
কোথা নবঘন শ্যাম রায় ।
বন্দীমুখ হৈতে শুনিল কথা
অধিক বাঢ়ল মনেতে ব্যথা
ইবোলিয়া গৌরাঙ্গ ঝুরয়ে নয়ান
নিজ সহচর নিরখি বয়ান ॥

---

অচীকপদা গৌর ভক্তশিং লোয়ননা
কোঙ্ বিরক্লে প্রেমগী মতৌ খঙঙমদনা ॥ ধ্রু
শক্লরি বন্দীনা ভাগ্র মিংথৌ কোন্দা
কৃষ্ণগী গুণবু থাহ্না কয়া ॥
তাক্লবদা মহু শকহেনবী অত্থ
প্রেমগী মৈশা ফাওরে চাক্লক্লে থম্মোই ॥
অহুম্না চাক্লুনা গৌররায (না)
শোল্লি নবঘন শ্যামরায় (হায়না ॥
বন্দীনা শক্লম্বা তাবদা শৈরেং
চাক্লক্লে হেন্নহুম পুক্লীংদা মৈরি ॥
অম্মুম হায়না গৌরদো কপ্লক্লে হৌক্লা
ভক্তমখৈদা য়েংহুনা চিংনা (চিংনা) ॥

---

রস অসি মনা শগোল কঞ্জবনা শকখি ।

*বন্দী—নিংথৌনচিংবগী মতিক মঙগ থাহ্না শকপা মীওইবু থঙ্ৱৈ
১। ইবোলি—চৌঃ ২, ৩

নিগূঢ় এ ভাব বুঝল না যায়
দাস নরহরি [১]গৌরগুণ গায় ॥ ১ ॥

রাধা [২]আইল মহলে ভাট আসি বোলে
করিয়া কবিতা ছান্দে।
নন্দের নন্দন তনু নবঘন
জিনিয়াছে মুখ চান্দে। ধ্রু
শ্রবণেতে দোলে মকর কুণ্ডলে
চূড়ায়ে ময়ূর পাখা।
দশনের কান্তি মুকুতার পাঁতি
বচন অমিয়া মাখা।
করি-কর-জিনি বাহু সুবলনি
মুরুলী শোভিত মুখে।

---

খঙ নদে কনাসু উঙমদে করিসু
নরহরিনা শোঞ্জে শকচৈ গৌরগুণবু ॥ ১

লৈরে রাধা অয়ান য়ুমদা শক্লরি বন্দীনা
নীংথিবা ঈশৈ ছন্দদা ॥
যশোদা নন্দন কুচু শংবা ন-বা
মায়থোং থানিন ভমজবা ॥ ধ্রু
নাপদা হাইরিদো মণিগী কুণ্ডলনা
কোক্কী লৈতেং রাহোং চূড়া ॥
মুক্তা পরেংগুম্মী য়াগী পরেংছুনা
রাভাঙ্না করাদা থুম্বা ॥
শামু নাতান ভমজৈ কল্লবা পাম্বোমনা
চীনবান্দ মুরলী থোংবা ॥

---

১। গোরাগুণ
২। "আইল" রাহৈ অসি থুংই অমদা "আয়ল" অমুয়া থেংনৈ। অমুনা মসি "আয়ান" ওইগদবা থল্লি। জটিলানচিংবী রাওবনা "আয়ানগী" মমনি হায়বা তাকই।

অবনী লম্বিত মালতী মণ্ডিত
অলি মধুপিয়ে সুখে ॥
পীত ধটি কটি মাঝা কেশরী জিনি[1]
চরণ নূপুর রাজে।
ইবোল শুনিয়া রাই মুরুছিয়া
পড়িলা অবনী মাঝে ॥
জটিলা কুটিলা চমকিত হৈয়া
[2]ধাইয়া রাইর [3]কাছে ॥
উদ্ধব কহয়ে দরশন [4]হয়ে
তবে সে পরাণ বাঁচে ॥ ২
বন্দিমুখী কথা শুনি তনু পুলকিত ধনী
রাই অঙ্গে হইল বাউলী ॥
সেদিন হইতে রাধা মনে হৈল বহু বাধা
কালা কুসুম হেরি মন ভুলি ॥

---

থুকউ য়োনা চোনবা মালতী পরেংদা
হরাউনা খোইমুনা ঙংলি ॥
চেংলবা খাঙ্‌দনা সনা ফীগে থোনবা
মণি নূপুরনা খোঙ্‌দা ।
থরায় ফুকপমখে তাজরম্মী ঈশৈ
রাম্বুথরে রাই লৈমায়থক্তা ॥
ইঙক শুরুছুনা জটিলা কুটিলা
চেনশিন্নরি রাইবু তম্না।
উদ্ধবনা হায়জরি উহনসি অমুক্তং
হিংহনসি থরায়দো মাগী ॥ ২
তারুবদা বন্দী ঈশৈ হরাউজরি তুজুং-মানজুং
ভাও চংনবী ওইরি শ্রীরাধা ॥
হুমিং অহৃদগী রাধা পাল্লে পুক্নীং মতাং কয়া
মুল্লি য়েংবদা মচু অমুবা লৈরাং ॥

---

১। জিতি—চৌঃ ২, ৩ ২। ধাইল—পাঠঃ ৩। পাছে—পাঠ
৪। পায়ে—চৌঃ ২, ৩

জলধর পানে চায়　　ভূমি গড়াগড়ি যায়
কোই না জানয়ে বেয়াধি ॥
কহে জগন্নাথ দাস　　ধনী বালা বয়স
নিতি নিতি বাঢ়িবে সে বেয়াধি ॥ ৩

*কালিয়া বরণ　　হিরণ পিন্ধন
যখনে পড়য়ে মনে ॥
মুরুছি পড়িয়া　　কান্দয়ে ধরিয়া
সব সখী জনে জনে ॥
কেহ কহে মাই　　জানিলু নিশ্চয়
রাইয়েরে পায়াছে ভূতা ।
কাঁপি ঝাঁপি উঠে　　কহিলে না টুটে
সে যে বৃষভানু সুতা ॥
রক্ষামন্ত্র পড়ে　　নিজ চূলে ঝাড়ে
কেহ বা কহয়ে ছলে ॥

---

শংত্রিক য়েংই নোংলেনলোংথক　　থরো ওল্লি লৈমায় মথক
খঙ্নদে কনা করি লায়না ॥
চহী নৌরি বিনোদিনী　　হাপলকখিনি লাইথেং কয়া
হংগৎচরি ননাই জগন্নাথনা ॥ ৩

শংবানবা কুচু　　সনাফীগে মচু
রাইহে নীংশিংলুবতদা ।
কপ্পা কপ্পা চৎলি　　সখিশিংবু কোল্লি
হায়জে নোঞ্জে কয়া থোক্না ॥
কনানা হায়নৈ　　অখঙ্বা শানৈ.
ওক্নরুমাল্লেদা ভূতকা ॥
হাইরং তুরং চৎলি　　ময়েক খঙ্দ ঙাঙ্ই
মুরুম মুরুম শোল্লি কয়া ।
রক্ষামন্ত্র শোল্লি　　শম্মুল্লক্তা থেৎলি
অম্মুম্না লঙ্নরি কয়া ।

---

* ঊটৈশ্ অসি বৈষ্ণব পদাবলী লাঃ ৪২, প ক ১৩৫ পাদদা য়াওবগা য়াল্লবনা ছাপাদগী অহুম্মক চুমশিল্লে।

আনি দিব তোহে নিচয়ে কহয়ে
কালার গলার ফুলে ॥
কহে চণ্ডীদাসে আন উপদেশে
কুলের বৈরী যে কালা ॥
দেখাও যতনে পাইবে চেতনে
ঘুচিবে অঙ্গের জ্বালা ॥ ৪

ভাটমুখে শুনি কথা অন্তরে বাঢ়ল বেথা
তরুণ বয়সি ধনী বালা ॥
বচন না স্ফুরে বাণী পরাণ বিকলে মানি
অধিক বাঢ়ল প্রেম জ্বালা ॥ ধ্রু
শুনগো পরাণ সখি পরাণ কেমনে রাখি
জীবন মঝু নাহি দায় ॥
তাহে হাম *নববালা কি সহিবে সেই জ্বালা
লাগিয়াছে আমার হিয়ায় ॥

পুবীরক্কে খঙ্জো শোয়দবনি পাঙ্জো
লৈগী পরেং কাল্লানা শিবা ॥
চণ্ডীনা ছায়ঙ্গরি থেমতুনা পুরকসি
মাতগী যেরুবা কালা ।
য়েংজসনু পেন্না মারোন তাজসনু
কোকচসনু সুংগী মৈশা । ৪

তারুবদি বন্দী ঔশে হেল্লি থোইনা মৈশাতুদি
থোংচ-নৌজবী থম্মোইনুং মাগী ॥
লোফম খঙ্দে রাঙাঙ্ মাগী হামচংনরি থরায় হকচাং
প্রেমগী মৈরিনা কনমনথিবনা । ধ্রু
চান্নবী ইভা তাবিয়ু থরায় অসে হিংহনবীয়ু
পুঙমদরে ঐনা মাবু ।।
নৌজরিবী-নিদো ঐদি খাঙ্গনি করম চৈনাসিদি
মৈহুম চুরে থম্মোই-লকানুং ।।

* নববালা= চহি নৌরিবী, লৈশাবী মচা। মুগ্ধা নায়িকা। বয়স মতুংইন্না নায়িকা মরি থল মরি অই :—

বয়শ্চতুর্বিধং তত্র কথিতং মধুরে রসে।
বয়ঃসন্ধিস্তথা নব্যং ব্যক্তং পূর্ণমিতি ক্রমঃ॥ রসকল্পবল্লী লাঃ ৫২

কুথা হৈতে ভাট আসি যার নাম কানে পশি
কতছঁ অমৃত যাতে মাখি ।।
নবম কাহিনী তোবে কহি আমি বারে বারে
দাস উদ্ধব সংশয় দেখি ॥ ৫ ॥

বন্দীমুখী-রস ইতি সমাপ্তং ॥ ৩ ॥

---

কৈদগীনো বন্দী'ছুনা থলহন্দুনা অমৃতনা
তাহল্লমলে মমিং ঐবু মাগী ।।
খাকচদনা লৈজবা ঐগী তাক্লবনি লোইনা তেংনা
চিংনজবা মঙায় উদ্ধবতনা ॥ ৫

বন্দী মুখী নসকী শৈশক লোমলে ॥ ৩

---

মধুব রসদা চহিমতাং মতুংইন্না নায়িকাগী মথল মরি খোক্ল থায়দোকই মহুদি, বয়ঃসন্ধি, নব্য, ব্যক্ত অমসুং পূর্ণ। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা'দ মসিবু মখংশিংনা প্রথম কৈশোর, মধ্য কৈশোর অমসুং শেষ-কৈশোব হায়না মমিং থোল্লি।

বয়ঃসন্ধি-- ঙৈনখৎলকপগী মতাং

নব্য বয়স—থবাক ঙানক্ষম খজীক তাঙখৎলকপী, নোকপ। মতমদা তয়াং তশোয়বা মতৌ হাইক্কেৎ থাদোক্লবী গায়বদি খংনোক হেক নোক্কবী, রাথল হাইক্কেৎ খম্বা হৌরবী অদুবু কৌই।

ব্যক্তবয়স—থবাক ঙানক্ষম মশক শেংলকপা, রাংখৎলকপা, খাঙেদা নীংখিবা হকচাং মথুপ অহুম ফাওরকপা অমদি হকচাং কায়াৎ'পুম্বা সংখৎলকপা মতৌবু নায়িকাগী ব্যক্ত বয়স নত্রগা যৌবন কৌই।

পূর্ণবয়স---নীংজোল ফল্লকপা, নোয়খোরকপা, খাঙ চেংশিল্লকপা, হকচাং ফবা হেল্লকপা থবাক-ঙানক্ষম মপুম মরৈ ফারকপা, কৈবোমনা লকু নেত্রাগুম নোয়খৎতুনা নীংখিজরকপা অদুবু নায়িকাগী "পূর্ণ-বয়স" নত্রগা "পূর্ণ-যৌবন কৌই।

মুগ্ধা—চহি নৌরবী, কামগী রাথল মরাং কায়ত্রিবী, রতিক্রিয়াদা কৈনজ'ত্রবী, মোয়নবী সখীগী মথা পোল্লিবী ( পংতক শুদকলিবী ), রতিগী থবক্তা য়ায়মক ঙৈকাই থীরবসু সুংদমি পামজবী, চায়বনা লানবা উরগা মদিত্তগী পি শিঙ্খবতা থংবী, সুংশিবা অমদি অশাঙবা য়াহৈ অমজুসু হায়ঙমজদবী, মতম পুয়মক্তা মান (শাউবা) গী রাথল লৈজদবী অদু মুগ্ধা নায়িকানি।
( উ: নী:)

---

## * দূতীমুখরস বর্ণনং

রামকিরী

আরে মোর আরে মোর [1]গৌর দ্বিজমণি
রাধা রাধা বোলি কান্দে [2]লুটায়ে ধরণী ।। ধ্রু
রাধানাম জপে [3]গৌরা পরম যতনে
সুরধনী ধারা বহে অরুণ নয়ানে ।।
ক্ষণে ক্ষণে [4]গৌর অঙ্গে ভূমি গড়ি যায়
রাধানাম বোলি গৌর ক্ষণে মুরুছায় ।।
পুলকে পুরল তনু গদ গদ বোল
বাসুঘোষ কহে [5]গৌর কেনে উতরোল ।। ১

একদিনে কৃষ্ণ খেলে সঙ্গে সখাগণ
সেই খেলারসে কৃষ্ণ অনুচিত মন ।।

---

রাগ—রামকিরী

নবদ্বীপকী থাজ-থানিন গৌর গুণমণি
রাধা রাধা হায়না কপ্লি ওল্লি লৈমায়থক্তা ।। ধ্রু
যতন তৌনা শোল্লি গৌর রাধানামামৃত
প্রেম ঈরা শিন্থে তত্ত মিৎস্না অনিমক্তা ।।
লৈমায়থক্ত ওল্লি গৌর রান্থে মিৎকূপ থূদীং
রাধা মিংলেন শোন্না শোন্না হীক্ল হৈন কপ্না ।।
হরাউ তুজুংনরি অমুক ঙাঙলি রাহৈ মতেক
বাসুঘোষনা হায়জরি গৌর করিগী কপলি ।। ১

শান্নে নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিং লোয়ননা
পূক্লীং চঙ্‌খিদরে কৃষ্ণ শান্নবা ঈরাংদা ।।

---

* রস অ'স চিংঙাখক্সা খাবম লাকপনা শকখি ।

পাঃ কঃ ৫৪ পদ—(১) গোয়া, (২) লোটায়, (৩) গোয়া, (৪) গোয়া অজ, (৫) গোয়া কেন

ভগবতী মুখ হৈতে রাধা নাম শুনি
রাধানাম জপে কৃষ্ণ ভাবে মনে গুণি ॥
খেলা ছাড়ি আইলা কৃষ্ণ বসিয়া নির্জন
রাধা বোলি নীরধারা বহে [1]দুনয়ান ॥
হেনকালে ভগবতী আদেশি নান্দীরে
আজ্ঞা অনুসারে নান্দী আইলা সত্বরে ॥
যাহা কৃষ্ণ দুঃখি আছে নান্দী দরশন।
কৃষ্ণ দেখি নান্দী কহে মধুর বচন।
শুন ওহে বনমালী কিবা দুঃখ মন
কহ কহ বংশীধারী দুঃখের কারণ ॥
দুঃখের কথা কহ যবে [2]জুড়িবে সত্বরে
কান্ত কহে বিশ্বাসিবে কহ কথা সার। ২

শুনি কৃষ্ণ নান্দী প্রতি কহে মন্দাবাণী
[3] কি বোলিবে অয়ে নান্দী হৃদয়ে আগুনি ॥ ধ্রু

---

তাবদগী রাধা মিংলেন ওইখরে নীংনরেন
ওইনখরে জপমন্ত্র রাধাত্তগী নামনা ॥
চীক্র ফমলে অচীকংদ লৈখরে ভুমিন্না
মিংল্লা তরঙ্ ঈকৌরক্লে রাধা রাধা শোন্না ।
তাঙ্গাসিদা ভগবতী থোদানকই নান্দীমুখী
য়াথং মতুংইন্না নান্দী থোঙ্শাল্লে তকিংনা ॥
লৈরম্বদো রানা কৃষ্ণ উরুরে নান্দীনা
হায়রকই কৃষ্ণবু য়েংনা রাহি মেঙ্না থুমনা ॥
তাবিয়ুনে বনমালী রাগি করি দুংগী
হায়য়ু তাকউ বংশীধারী করিনা রাহল্লি ॥
থম্মোই মৈচাক ঈংগনি থুনা তাকউনে ঐত্তোম্দা
কান্তনা হায় থাজগনি হায়য়ু রাতুত্তবু ॥ ২

হায় কৃষ্ণ নান্দী য়েংনা মেঙ্না খোংনা নোনা
করিবু হায়সিগে নান্দী থম্মোইদুংগী রাম্মৈ ॥ ধ্রু

---

১। অনিবার—চৌঃ ৩, ৪ ২। যুড়িবে—পাঠ ৩। কি বলিব ওরে নান্দী!

রাধা নাম বোলি পূর্ণ শুনাই শ্রবণে
সেই হৈতে এই দশা হয়ে রাত্রিদিনে ॥
কার কন্যা নাম রাধা না দেখি মাধুরি
সেইরূপ দেখিতে তৃষ্ণা নয়ন চকোরি ॥
তাহা শুনি নান্দীমুখী হরষিত মন
[1]পুন কহে কৃষ্ণপ্রতি মধুর বচন ॥ ৩

শুন শুন নাগর মণি ।
সহজে ভানুসুতা সবগুণ যুতা
কহিতে না পারি গণি ॥ ধ্রু
ধনী ধনী ধনী সে অঙ্গ লাবণি
দরশন করিবার
প্রফুল্ল চম্পকে গণিত্ত গণকে
ধিক ধিক করি তার ॥
দেখি সে বদন মানে মোর মন
মথি সুধা জলনিধি ।

---

তাহল্লম্মী পূর্ণিমানা নাকোঙ্দা রাধানাম
মন্থদগী হৌরদুনা থাঙ্লি অহিং কুংখিল
কনানা পোকপীনো রাধা মশক্না কমদৌবা
খোরাংজরি শকুতনু ঈমিং নোংইন দিনা ।
তাজবদা রাফম অদু হরাউজ্ঞানে নান্দী
মেঙ্না থোৎনা হায়রবই কৃষ্ণ কন্যা কেংঙৈ

তাবিয়ুনে নাগর মণি ।
শকু-গুণদ রাত্তবী মশানা লেমজবা
নীংথাদুনা ভনলোইদবী ॥ ধ্রু
হায়রুগনি করি ফজবী মশক্তি
উহন্নীংই অমুক্তংদি ।
লৈহাউ লৈরেন কুচু নীংথিজবী শক-চু
পান্দম করি লৈরুগনি ॥
উরুবদা মাবু সমুদ্র ঈপাক্না
অমৃত থোরুবা নৈথি ।

---

১। পুন কৃষ্ণ কহে প্রতি চৌঃ ১, ৪।

তার লাবণিতে হইয়া এ চিতে
গড়িয়াছে বুঝি বিধি ॥
রমণীর সার [১]অতিমন্দর|
কিশোরী [২]সকলে জানে।
কি কহব গুণ এ রঘুনন্দন
নাহি সম উপমানে ॥ ৪

পুন রাধিকার গুণ করিয়া শ্রবণ
[৩]বাঢ়ল অধিক ভাব কৃষ্ণের দ্বিগুণ ॥ ধ্রু
ভাবি ভাবি কৃষ্ণতনু হৈল কম্পিত
কদম্ব কোরক যেন ভেল পুলকিত ॥
তাহা দেখি নান্দীমুখী বোলেন বচন
শুনহ নাগর শ্যাম স্থির কর মন ॥
অলপ বয়স কেনে হইল চঞ্চল
যদ্যপি মুনির কন্যা হউক মঙ্গল

---

ফজবা অপুম্বা থোমজিল্লগা পুন্না
শেমলকপনি মাবু লাইনা ॥
নুপীলক্তা থোইবী য়েৌনা লেমথোই ভানবী
মীপুম তিংনা খঙ্নবীনি
হায়খিনি করিবু রঘু নন্দন নবু
লৈতে পান্দম অমত্তবু ॥ ৪

নৌনা রাধিকাগী গুণ তারবদা কৃষ্ণ
হাপকংলে মৈচাক অমুক হান্নদগী হেন্না ॥ ধ্রু
তুজুং-মানজুং তনীক-তশোন থল্লু থল্লুবগা
তুখোঙ্খুদীং মকাফোংলে কদম মপান শানা ॥
উবদগী যতৌ অচু হায়রকই নান্দীনা
তাবিয়ু হে শ্যামনাগর পুক্নীং লৈতাহুনা ॥
অঙাং অতুক ওইবনবু হোনবরা অদুবু
ওইসনু অদুবু মঙ্গল, নীংবা থুংনা দেবী ॥

---

১। অতিমন্তদর, অভিমনীদর—চৌঃ ২, ৩, ২। সকল—চৌঃ ১, ৩।
৩। বাঢ়িল—পাঠ

এত কহি নান্দীমুখী আইলা সত্বরে
কৃষ্ণকান্ত দাস সঙ্গে আনন্দ অন্তরে ॥ ৫

দেবী ভগবতী তার শিষ্য নান্দী
আসিয়া ধনীর ঠাঁই।
কৃষ্ণ নামামৃত কহিলু প্রকটে
শ্রবণে ধনীর তাই ॥ ধ্রু
ব্রহ্মার দুর্লভ সাধুর সুলভ
হরে কৃষ্ণ তার নাম।
শুন সুধামুখী কৃষ্ণ জপ সুখি
রুদ্রের দুর্লভ নাম ॥
নন্দের নন্দন শ্রীমধুসূদন
হৃদয় মন্দিরে রাখ।
নান্দীর বচনে শুনিয়া তখনে
দ্বিগুণ বাঢ়ল দুঃখ ॥

---

অস্মুম হায়না নান্দীমুখী হল্লকখি থীন্দন।
লোয়নহনা কৃষ্ণকান্ত পুরৌং মকারাম্মা ॥ ৫

দেবী ভগবতী মাগী শিষ্য নান্দী
লাক্লেদো রাধা নাক্তা ॥
কৃষ্ণনামামৃত শাল্লরে খৃদক্তা
নাপদা বাধা তানা ॥
ব্রহ্মানা ফংদবা সাধুতদা হোঙবা
মাগী মিংলেন হরে কৃষ্ণ ॥
তাবিয়ু থাজ মানবী য়াইফ থাংদয়েন থোইবী
রুদ্রমক্তা ফংদ্রবা নাম ॥
নন্দগী নন্দন শ্রীমধুসূদন
থমজোনে থম্মোইদা লোৎনা।
নান্দীগী রাহৈন। হান্নদগী হেন্না
হাপ্লরে অরাবা রাধা ॥

হরে কৃষ্ণ বোলি হইয়া বাউলি
দুইদিগে নেহারিলে রাধা।
ধনীর অবস্থা দেখি সব বেথা
যদুনাথ মনে রাধা॥ ৬

* ( তবে নান্দীমুখী রাই হাত ধরি
আশ্বাস বচন কহে বচন মাধুরি॥ ধ্রু
মুদিত নয়ানে হিয়া ভুজযুগ চাপি
? দূতী নহল হরি কিছু না আলপি॥
পরসঙ্গে কহল নামহি তেরি
ঝরকত মেলিয়া আখি চাহি মুখ মেরি॥ ৭ )

শুন ধনি ইথে নাহি কহ আনছন্দ
তোহে অনুরত ভেল শ্যামর চন্দ॥ ধ্রু

---

হরে কৃষ্ণ হায়না অঙাওবী পাংথকা
কোয়না পিনা য়েংলি রাইনা॥
রাধাগী অবাবা থম্মোই মৈহুম রায়বা
উঙমজদে যদুনাথ॥ ৬

উবদা নান্দীনা রাইগী মথুৎ পায়না
থেমজিল্লবই থোৎনা নোনা অমেঙ্‌বা রাহৈনা॥ ধ্রু
লোওন্দুনা পাম্বোম অনি মিৎস্না উইশিন্দুনা
শিন্থখিদো প্রেমগী ঈরা লেপ্তুনা যুম্বীওম॥
তাকলুবদা মিংলেন নঙ্‌গী মাগী মকাদা
পাঙ্‌খি মমিৎ অতুত্তদা য়েংহুনা ঐঙোন্দা॥ ৭

তায়োম্নবীগনু রাধে লৎনবিনু মাবু
নঙ্গীমক্তা রাজহৌবা চানবীমুনে শ্যামবু॥ ধ্রু

---

* ঙৈশে মপুম অসিমা চৌঃ২ তক্তা হেন্না য়াওই, অতৈ থুৎইশিংদা থেংনদে।
পঃ কঃ ২৩ পদ—(১) সুন্দরী ইথে কহ আন ছন্দ।

যোই নয়ানভঙ্গি না সহে অনঙ্গ
সোই [1]নয়ানে অশ্রু যে নীর তরঙ্গ ॥
যোই অধরে সদা মধুরিম হাস
সোই নীরস ভেল দীর্ঘনিশ্বাস ॥
বিদ্যাপতি [2]কহে মিছাই নহ ভাখি
গোবিন্দ দাস [3]তাহে কৃত সাখি ॥ ৮

দূতীমুখ রস ইতি সামাপ্তং ॥ ৪

থম্বাল লৈকা মানবা মিৎস্না কাম-মকপু শুক্লৎপা
ঈচেল নাইবী যমুনাগুম চেল্লি প্রেমগী ঈরা ॥
মোমোন হাইনোক মীনোক্তো তঙাংবা চীনবান্দো
মর্কাশিল্লে তাইফেৎ তাইনা স্বর ফুয়না হোন্না ॥
বিদ্যপতিনা হায়জে নত্তে হায়শিন্নবা
লেঙ্দবা সাক্ষি ওইরি গোবিন্দ দাসনা ॥ ৮

দূতীমুখ রসকী শৈশক লোমলে ॥ ৪

১। নয়নে স্রবে লোর তরঙ্গ।
২। কহ মিথ্যা নহ ভাঁতি।
৩। রহু তহি কৃত সাখি।

## * গুণিগান রস বর্ণনং

সিন্ধুড়া

গৌর বরণ মণি আভরণ
নাটোয়া মোহন বেশে।
দেখিতে দেখিতে ভুবন ভুলিল
চলিল সকল দেশে ॥০॥

মরি মরি সই দেখিয়া গৌরাঙ্গ ঠাম
[1]বিঁধিতে যুবতী কি বিধি করিল
কামের উপরি কাম ॥ ধ্রু
চাঁপা নাগেশ্বর মল্লী থরে থর
বিনোদ কেশের সাজে।

---

গুণিগান রস (রাগ সিন্ধুড়া)

অপানবা কুচু মণিগী লৈত্তেং
পূক্লীং হূবা ন·ট·গী ফিজেৎ
মাবু উবা ফংবা ওক্লে ত্তাইবঙ্'পূম্বা
মক্কম খূদীং থুংনা চৎপা ॥

অঙকপনি সখি শকক্কম গৌরাঙ্গগী
মাপল 'পূম্বা মাঙ্লি নহা ওইবীশিংগী
কামবু হেনবা কামদেবনি ॥ ধ্রু
মালিকা মালতী লৈহাউ·নাগেশ্বর
নীংথিবা শম্লাংগী লৈত্তেং ।

---

* গুণিগান—গুণ·কীর্ত্তণ তৌববু খঙ্লৈ, অদুবু মী অহুমকপু ওইনা 'গুণিগান' না কোংদোকলি। মসি 'চারণ' গুবান, শিনক্কম মায়ে। শ্রীকৃষ্ণগী চারণ কৌবা গুপ্তচর অহুমত্তি নত্তে (গৌঃ বৈঃ অঃ)॥ মৈতৈলোন্দি মসিবু অশৈবা, মাগী থবকপুনা লৈথারোন শকপা অহুম্লা খঙলৈ।

১। বধিতে—পাঠ।

ও রূপ দেখিতে যুবতী উমতে
ছাড়ল ধৈরজ লাজে॥
যে ভঙ্গি দেখিয়া পতি উপেক্ষিয়া
নদীয়া নাগরী কান্দে।
[1]ভালে বলরাম আপনা মিছিল
সে পদনখের চাঁদে॥ ১

হে গো আমার সজনী
ইহ অপরূপ গৌররাজে।
রসময় জলধি মাঝে
নিতি মাজল (সাজল) লাবণী সাজে
বর লাবণী গৌরবর লাবণী
লাখবাণ কাঁচা কাঞ্চন নিন্দিত বরণী॥ধ্রু॥ ২

একদিনে গুণিগান করিলা গমন
সোভাবিক নিজকর্ম্ম ভ্রমি ভ্রমি যান॥ ধ্রু

---

উবদা শক্তম ভাওই নহা মতম
ইকাই-হংগোই মাঙ্লে পুম্মাঙ্॥
শাজৎনা নীংথিবা কয়া পুক্নীং হুবা
উবদা কপ্পে নাগরীশিং।
বলরামনা শকচৈ মশাবু কথোকচৈ
মাগী মখোঙ্থম্বাল চঙ্জৈ॥ ১

ইতা চান্নবী য়েংউনে
অঙকপা গৌরগী শক্তম অসে॥
রসগী ইরেন ইরোম্মুংদা
শেংদোক্লবা তোয়না নীংথিবা অসে॥
য়োনা নীংথিজৈ কুচুনা লময়োরি
ফুদোংলবা সনা অহিংববু ঙম্না ফজৈ॥ধ্রু॥ ২

মখৌ মশিন শিজ্জাং ওইনা নোংমগী থুমিত্তা
চৎলি বন্দী মনাৎ মতুংইন কোয়না কোয়না অম্সুম॥ ধ্রু

---

১। ভালে—পাঠ।

অপূর্ব্ব [1]চরণ ছান্দে করিলা গায়ন
যে গানে চেতন পাই সেই নিজধন ॥
দেশে দেশে ঘরে ঘরে এমন আচরে
[2]ইতিহাস পুরাণাদি নিজমুখে ধরে ॥
দৈবযোগে নন্দঘরে কৃষ্ণ অবতরে
কৃষ্ণপ্রিয়া রাধা জন্মে কীর্ত্তিদা উদরে ॥
লোখ মুখ হইতে কথা শুনি গুণগণ
উদ্ধবদাস তহিঁ হরষিত মন ॥ ৩

যাবট নগরে আসিয়া সত্বরে
গান করে গুণিজনে।
নন্দের নন্দন কত রূপগুণ
হেন নাহি ত্রিভুবনে ॥
নব জলধর শরদিন্দীবর
নীলমণি জিনি কাঁতি।

অঙকপনি শৈরোন শৈরেং শকলি চংনা ঈশৈ
পুক্লীং লুপচৈ ঈশৈতদা পেনজৈ মতুতদা ॥
লৈবাক খুদীং য়ুমথোঙ্ খুদীং অস্নুম্না চংলি
ইতিহাস পুরাণ 'পুম্বা পকই চীন্দ লোইনা ॥
ব্রজপুর নন্দালয়দা ঙাল্লরে শ্রীকৃষ্ণ
পোক্লরেনে শ্রীরাধিকা কীর্ত্তিদা গর্ভদা ॥
ভারে বন্দী রাফম অসি মীগী মচীন্দগী
তুংদা ইল্লি উদ্ধ-ব-না হরাউনা বন্দীগী ॥ ৩

যাবটকী কোল্লুংদা থুনা য়াঙ্না য়োনা
শক্লকই বন্দীনা ঈশৈ ॥
মশক মতৌ হেন্নবা নন্দগী মচানি
লৈত্তে মাঙম্বা ত্রিভুবনদা ॥
ফুয়না নোংহো ঙম্বা শরৎ-থানিন হেনবা
অশংবা মনিগুম ভানবা।

১। রচনা চৌঃ ২, ২। ইতিহাস পাঠ।

যাহা নিরখিয়া ঘুরিয়া ঘুরিয়া
[1]পড়ে নারি আঁখি পাতি ॥
অশোকের দল অরুণ কমল
জিনিয়া চরণ শোভা।
ধ্বজ-বজ্র-মীন আদি নানা চিন
যাহে মুনি মন লোভা ॥
উর করি কর জিনি মনোহর
মাঝাখানি অতি ক্ষীণ।
বিশাল হৃদয় শ্রীবাহু উভয়
আজানু লম্বিত পীন ॥
কোটি শশধর অধিক সুন্দর
শ্রীবদন মনোহারী।
দেখি ধনী ধনী নয়ন নাচনী
মোহিত সকল নারী ॥

---

লৈনা কোয়না ঙক্না য়েংজবা মাবুতা
কূপ্পা হৈত্তে পা না মিৎতা ॥
থারম-লৈশোক-লৈকা অঙাঙ্বা থম্বাল
ঙমজৈদো মাগী চরণনা।
ধ্বজ-বজ্র-মীন চিহ্ন কয়া য়েকপা
মুনি পুরীং শুঙ্খৎপা ঙাক্তা ॥
শামু নাতাং মানবা পাম্বোম নীংথিজবা
খকউ মপা য়োনা চোনবা।
ফল্লবা থবাক্তা ঙাল্লি কৌস্তুভনা
খাঙ্না নোংশাগুম্না চেংবা ॥
থানিন কোটি কয়া ঈকাইনীংঙাই ওইবা
মাগী মায়থোং নীংথিজবা।
উরুবদা মাবু নূপী ওইবী কয়া
অঙাওবীগা পাংথক ওইবা ॥

---

১। পড়ে ?

কি করব আর সে শোভা বিস্তার
নাহি দেখি উপমান।
শ্রীরঘু নন্দন প্রভু নাহি হেন
তার উপমার স্থান ॥ ৪

সে রাঙা অধরে মুরলীর স্বরে
জগত ভুলায়ে তানে।
কুলবতী সতী ছাড়ে নিজপতি
মুরুছি পড়য়ে গানে ॥
রাই মুগুধিনী যেই গান শুনি
ধরিতে না পারে হিয়া।
ভাবে গর গর সব কলেবর
[1]ভূমি পড়ে মুরুছিয়া ॥
মন্দাকিনী পারা কত শত ধারা
[2]ও দুই নয়ানে বহে ॥

---

করি লৈতে পান্দম মাগা মান্নবা
থোইনা করি হায়রুগবা।
অতৈ চাংদয়ফম লৈতে করি পান্দম
রঘুনন্দন মবুংঙোগ ॥ ৪

তঙাংবা চীনবান্দা মুরুলী থোল্লিবা
জগৎপু শুন্দুৎনা খোংবা।
শাগৈগী মৌ মথৈ কাউনৈ মযুম মকৈ
রাইন্থে ঙাওনৈ ভাবতদা ॥
পঙ্জরিবী রাধা ঈশৈ তারুবদা
ফাঙমথিদে থম্মোই লকা।
হকচাং তনিক তনিক ঙমজদে লেপচবা
হাইথরক্লে লৈমায়থক্তা ॥
মন্দাকিনীগুম্বা ঈচেল কয়া কাংনা
মিৎস্না তরঙ্ ঈহৌরক্লে।

---

১। ভুমে—চৌঃ ২, ৩, ২। ও দুইটি—চৌঃ ২।

প্রিয় সখি ধাই করে কর রাই
এ দাস উদ্ধব কহে ॥ ৫ ॥

ইকিগো কিশোরী কহগো কুমারী
এ কি দশা হৈল কেনে।
এ বালা বয়সে কি ভাব প্রবেশে
মুরুছি ভূতলে মেনে ॥
চিত্তের উন্মতি ছাড়হ সম্বিত্তী
বুঝিয়া এ কহ কথা।
তুমার মনেতে দুখের ভাবিতে
[1]কহিবে ঘুচিবে কথা ॥
তবে সখীবাণী শুনি মুগুধিনী
অশ্রুমুখী বসি তাই।
কি কহিব আর নাম দু আখর
উদ্ধব ভূলিয়া যাই ॥ ৬

চেনশিন্নে সখিশিং কোনখৎনৈ মত্তাশিং
উদ্ধব-দাসনা পেঞ্জে ॥ ৫ ॥

করিনো নীংথিবী হায়য়ুনে চান্নবী
করিদগী অস্থম ওইবা।
অহুক নহা ওইনা করি খল্লুহুনা
হাইহৎপনো লৈমায়থক্তা ॥
ঙাওচৎনবী নত্তৌ খিংঙমদবী ঈহৌ
তাকউগবা নপাউ শেংনা।
করিনো খল্লিবা নপূকহ্নংদা নঙ্গী
শেংনা তম্মু নখাক থমদা' ॥
পিরাং মতুম শিন্থ হায়দোক ঙমদ খাঙ্জৈ
তৌকম থঙ্জদবী রাধা।
ময়েক অনিতগী মিংলেন অথোইবনি
তাবদা উদ্ধবত্তি ঙাওজৈ ॥ ৬

১। কহিলে—চৌঃ ২, ৩।

কি কহব নামের মাধুরী ॥
কেমনে আসিয়া দিয়া কি জানি কি গতি হৈয়া
কৃষ্ণ এই দু আখর করি ॥ ধ্রু
আপন মাধুরী গুণে আনন্দ বাড়য়ে কানে
তাতে কানে অঙ্কুর জন্মে ॥
বাঞ্ছা হয় লক্ষ কান যবে হয় তবে নাম
মাধুরী করয়ে আস্বাদনে ॥
কৃষ্ণ দু আখর দেখি জুড়ায় তপত আঁখি
অঙ্গ দেখিবারে আঁখি চায় ॥
যদি হয় কোটি আঁখি তবে কৃষ্ণনাম রাখি
আর তন্তু ভিন্ন ভিন্ন নয় ॥
চিত্তে কৃষ্ণনাম যবে প্রবেশ করয়ে তবে
বিস্তারিতে হৈতে হয় সাধ ॥
সকল ইন্দ্রিয়গণ করি অতি হ্লাদন
নামে করে প্রেমের উন্মাদ ॥

---

মিংলেন অথোইবা কয়াদ থুম্বা ॥
তারুবনো করিনুংগী শোল্লুবনো কদোমদগী
হুঞ্জীক্লা করি ওইহল্লরবা ॥ ধ্রু
মহৌশানি থুমজবনা পেলহনবনি তাবতদা
চোংহনবনি ময়োন নাকোঙ্ নুংদা ॥
পাঞ্জনীংই নাকোঙ লখা তাজনীংই অমুক্কদা
থকচিঞ্জনীংই তারগা মাবু ॥
উবতদা ময়েক অনি কোকই মৈশা ইমিং অনি
খৌরাংলকই হেন্না মিংগী মপু ॥
কৌজরবা ইমিং কৃষ্ণ মিৎসু কোটি কয়া পাঞ্জ
মহাক ওইজরবা ইশাসিস্থ ॥
থম্মোইনুংদা মতমতুদবু কোঞ্জরবা কৃষ্ণনামবু
খল্লিদো ঐনা ঙমগনি ফোঙ্বা ॥
খুজীন্দগী শমদোনফাওনা হেন্না হরাউমথোই কানা
শোঞ্জগনি নাম প্রেমদ-ঙাওহ্না ॥

যে কানে পরশে নাম　　সে তেজয়ে আন কাম
সব ভাব করয়ে উদয় ॥
সকল মাধুর্য্যস্থান　　সব রস কৃষ্ণনাম
এ যত্নুনন্দন দাস কয় ॥ ৭

ইহ শুনি নান্দীমুখী　　বহুসুখ পাইলা
[2]কাহে দিল মোরে কত এ সব কহিলা ॥ ধ্রু
নান্দীমুখী কহে আর্য্যে শুন মোর কথা
সাক্ষাতে দেখিল সেই অতি অদভূতা ॥
প্রেমাঙ্কুর হৃদি উঠৈ কভু নাহি টুটা
প্রথম মিলন যত (কহে) দাস যত্নুনাথ ॥ ৮

ইতি গুনিগান-রস সমাপ্তঃ ॥ ৫

---

তাজরবা নামবু মূকং　　পাম্নদে থক অতৈ অমা
পোক্লকইদো ভাবশুবারি'পুম্বা ॥
হুংঙাইবগী তুংফম ওইবা　　রস খিবাক হৌফম ওইবা
শোইঙ্গে কৃষ্ণনাম　　মমনা ॥ ৭

তাজবদা নান্দীমুখী হবাউ মথোই কাজখি
হায়খি অসুম ঐঙোন্দা অতৈ কয়া অমা ॥ ধ্রু
নান্দীনা হায় ভগবতি উজরকলে ঐদি
থেংনা ওকলে উরুবদা হকাথংনরুবদা ॥
প্রেমগী ময়োন চোংনতৌবা লোঙ্লোই কৈদোউঙেদা ॥
লৈরাং-লৈপুন খুজীন খৌরাঙ্ শেগজে যত্নুনাথনা ॥ ৮

গুনিগাম-রসকী লৈশক লোমলে ॥ ৫

---

[illegible]-কীর্ত্তণ—মতিক-মগুণ-তেনবা অথাম্বা পোং খিবাকী মথিং শীজিন্নহনা অনাংবা হায়ন অমম্ভবু তাক্লবা, থউক্লবা তৌবন্ 'নাট্য-শাস্ত্র' গী মত মতুং ইন্না 'গুণ কীর্ত্তন' তৌবা কৌই। গৌঃ বৈঃ অঃ ২৩৬ নাঃ।

কহে দীন মোরে—পাঠ।

## সখিমুখ রস বর্ণনং

রাগ—আশাবরী

হায় মরি [১]মন গৌরাচাঁদের দেখিয়া।
অপরূপ কাঁচা কাঞ্চন জিনিয়া॥ ধ্রু
[২]উপমা মহিমা সীমা কি বোলিতে জানিগো।
কোটি কামরূপধাম ভুবন মোহনীয়াগো॥
ক্ষণে শীঘ্রগতি চলে যারে [৩]মালা ছাট।
ক্ষণে থির [৪]হয়া চলে সুরধুনী [৫]বাট॥
[৬]গৌররূপ মাধুরী কি দিব তুলনা।
[৭]গৌররূপ কি আল হৈল আহা মরি।
আহা মরি মরি কিরূপ মাধুরী
কুলবতী মন চুরি॥

---

রাগ—আশাবরী

খল্লি ঐনা অসুম গৌরাঙ্গবু উরুরগা।
নীংথিজবা কুচু মনা অহিংবা মচু॥ ধ্রু
চাংদম পান্দম খঙ্‌দে করি উঙমদে ঙমথৈসু মাগী।
কামদেব-কোটি হেনবা ভাইবঙ্‌খোল্লা শুন্ধংপা॥
খোঙ্‌দোয় তোয়না হুল্লি অমুক অমুক হুল্লি মালা।
লেঙ্‌লি অমুক তপ্পা ঈংনা গঙ্গা তোর্বান থক্তা।
গৌরাঙ্গগী নীংথিজবা চাংদমগনি কৈদা।
ফজবা-শক মঙাল্লা হুরি পুক্নীং কয়া॥
ফজে ফজে ফজে শকা গুণগা চানৈ
পুক্নীং ওল্লি নুপীশিংগী॥

---

পঃ কঃ ১০৩ পদ, বৈঃ পঃ ১৪২—(১) মো যেনে মনু গোরাচাঁদেরে দেখিয়া—(২) মসিগী বাংনবা পয়েং অনি অসি পঃ কঃ, বৈঃ পঃ দা য়াওদে। (৩) মাল সাট, (৪) হৈয়া, (৫) পাট, (৬), (৭), গোরারূপ—চৌঃ ৩, পয়েং ৪ অসি পঃ কঃ, বৈঃ পঃ দা য়াওদে।

অরুণ নয়ানে ঘন চাহে অনিবারে।
হানিলে নয়ান বাণে হিয়ার মাঝারে॥
অজানুলম্বিত ভুজ দোলে দুইদিগে।
যুবতী যৌবন দিতে চাহে অনুরাগে॥
ক্ষণে মন্দ মন্দ হাসি ক্ষণে উতরোল।
না বুঝিয়ে নরহরি হইল [১]বিভোর॥ ১॥

একদিনে [২]বিশাখিকা সকালে উঠিয়া
জল ভরিবার লাগি যমুনাতে [৩]জায়া॥ ধ্রু
হেনকালে ঘাটপথে কৃষ্ণ সখা সঙ্গে
বাল্যলীলা করে [৪]তাহা খেলা রসরঙ্গে॥
[৫]শ্রীদাম সুদাম দাম স্তোক বটু আর
উজ্জ্বল সুভদ্র বীর গন্ধর্ব্ব সখার॥

---

তত্তনা য়েংবা ফুংওন মিৎয়েং নীংথিবদো।
থিন্দৎলে থম্মোইনুং তেঙ্গৈ ওইনা মিৎয়েংতুনা॥
শামু নাতান পাম্বোম অনি হাইরি কয়া নীংথিনা।
কৎনীংই যুবতিনা মাগী যৌবন পুম্বা॥
ঈংনা মেঙ্‌না নোক্লি মোমোন লাউরকই অমুকস্থু।
লেপ্পা য়েংজে নরহরি তৌকম খঙ্‌জদ্রি॥ ১॥

হৌগত্তুনা অয়ক ঙন্না বিশাখা সখীনা
কুমথরকথি যমুনাদা ঈশিং শোকপা নোংমা॥ ধ্রু
সখাশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা ঘাটকী-লম্বী-থক্তা
শান্নরম্মী মথোই কানা অঙাংগী মতৌনা।
শ্রীদাম সুদাম দাম স্তোক মধুমঙ্গল
গন্ধর্ব্ব সুভদ্র বীর চিংদুনা উজ্জ্বল॥

---

১। বিভোল—বৈঃ পঃ
২। বিশাখা—ব্রজদা রাধাগী সখিনি অমসুং বিশাখা নক্ষত্রগী অতোপ্পা মমিংনা ব'ধাস্থু কৌই- 'রাধো বিশাখে' অথর্ব্ব, বৈষ্ণব রস প্রকাশ লাঃ ৫০।
যায়া—পাঠ ৪। করি—পাঠ।

তারমাঝে নন্দবালা কৌতুক করিয়া
খটি খটি হাস মুখে, করতালি দিয়া ॥
সুরমধুর মধুর মুরুতি রস সার।
দেখি বিশাখিকা তাহা এ উদ্ধব ভোর ॥ ২

---

সখারক্তা নন্দলালা ভাল্লিয়ে থানিনগুম্না।
খেক্লা নোকলি খুবাক খুনা লোকতুং ঈথক্লম্না ॥
খোয়থুম্নবা শকনি রস কয়া চেল্লি
য়েংবতদা মুল্লি সখী ভাওচংদৈ উদ্ধবসু ॥ ১

---

৫। শ্রীদাম- শ্রীকৃষ্ণগী 'পীঠমর্দ' সখানি। কুচু শংবানৈ, সনা ফীগে শেৎলি, মণিমুক্তানা লৈতেংই; চহি ১৬ কী পাথং মচানি। মপা বৃষভানু, মমা কীর্তিদা, শ্রীরাধা অমসুং অনঙ্গ মঞ্জরীগী পোলমিল্লবা মরুংনি।

৬। সুদাম—শ্রীকৃষ্ণগী সখানি। ভোরুটৈন, ফীগে শেৎলি, মণিমুক্তানা লৈতেংই। মপানা 'মটুক' মমানা রোচনা। মক্ত অমংনা মমাগী মিং অসি 'সুশীলা' হায়না কৌই।

৭। দাম (বসুদাম) শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়সখানি, অর্জুন সখাগী মরাম্বনি।

৮। স্তোককৃষ্ণ—কৃষ্ণগী চাম্নবা সখানি। মপা মহাবল্ক, মমানা সুচন্দ্রা মপানা মচা পোক্লবা যজ্ঞ তৌবদা থোক্লকপা। কৃ চাবদা মমাগী মখুত্তগী থরদং নাম্থখি, মদুনা লৈপাক্কী শজিনা খুদুনা চাবদগী 'কিয়াংঙ্গী' পোকখি

৯। বটু (মধুমঙ্গল)—ভগবতী পৌর্ণমাসীগী মচানিপা সন্দীপনি মুনিনা পোকপনি। কৃষ্ণগী চাম্নবা সখানি। ফাগিতনা রাধা-কৃষ্ণবু নুংঙাইহল্লি। কুচু মুরৈনৈ, ফিডো শেৎলি (ঐথোয়গী চেনবীনা খেরোমুগা শেৎলি। লপরোং শি। বিষ্যা চঙ্খোম্না লৈবা ব্রাহ্মণনি। রামকৃষ্ণবু সন্দীপনি মুনিনা কলা ৬৪ তম্বীখি।

১০। উজ্জ্বল—কৃষ্ণগী প্রিয় নর্ম্মসখানি। মপা সাগর, মমানা বেণী কৌই। চৌংথৈ মচু ফিজেংনৈ, মিংম্নেং তথকই, বসন্তুথি লৈনা মখাগী লৈতেং ওইনৈ, কৃষ্ণগা কুচু হাইকেং মংম্নে, মাংথরেং শি। চহি ১৩ নি, মহাক ফাগি য়াম্না তেংগল্লি। গেৎপীশিংবু কৃষ্ণনা চিংলকপদা মাগুম্না লৈতে।

১১। সুভদ্র—শ্রীকৃষ্ণগী সুহৃৎ-সখানি। কুচু মুরৈনৈ, অরংবা মন্তান ফাওই, ফি নাপু শেৎলি, মথল মথলগী লন্তেংনা লৈতেংই উপনন্দগী মচানি, মমানা 'তুল' কৌই, মাগী নুপীনা 'কুন্দলতা' নি।

১২। বীর (বীরভদ্র)—কৃষ্ণগী সুহৃৎ-সখানি।

১৩। গন্ধর্ব—শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয় নর্ম্ম সখানি। কৃষ্ণগী অচেৎ-অকোম পুম্নমক থউই।

অহেনবা সখা অমদি সখী অমসুং মঞ্জরীগী মরমদি ঐনা ইজবা মৈতৈ জগোই অনিগুবা শরুক মিৎয়েং তাবীনবা নীংশিংজে।

কিরূপ ওয়ে মদনমোহন
জিনি নবঘন শ্যাম নবঘন পরিধান
শিরে শিখি শিখণ্ড ভূষণ ॥ ধ্রু
প্রবাল মুকুটা তায় ধাতুচিত সব গায়
গলে বনমালা নটরাজ ॥
দক্ষিণ [1]হাতেত করি কমল নাচয়ে ধরি
বাম হাতে মুরুলী বিরাজ ॥
শ্রবণে [2]উৎপল সাজে অলকা কপোল মাঝে
মুখাম্বুজ সুধাময় হাস ॥
সুদীর্ঘ নাসিকা [3]হুত এ গজ মুকুটা দোলে
কহে কথা সুমধুর ভাষ ॥
কপালে চন্দন চাঁদ কামিনী মোহন ফাঁদ
ঝলমল বিচিত্র বন্ধান ॥
আকর্ণ পর্যান্ত যাব ভুরুযুগ সুবিস্তার
জিনিয়া কামের কামান ॥

---

কামবু শুন্দৎপা করি শক্তমনো ।
ফুয়না হৌবা নোংলেন কুচু থাঙ্‌দা সনা ফীগে মচু
কোক্কী লৈতেংনা রাহোং মতু ॥ ধ্রু
মণি-মুক্তা লৈতেং কয়া সনা লুপা ধাতু কয়া
বনমালানা হাইরিনে ঙক্তা ॥
পায়রি থম্বাল য়েৎকী খুত্তা শান্নে অসুম হাইনা হুম্না
ওয়গী খুত্তনা পায়রি মুরুলী ॥
থারীকথানা নাপ-লৈতেং চায়রুংদনা অলকা বিন্দু
মায়থোং থম্বালদ (না) থোয়থুম মীনোক ॥
মত্তা কবা নাতোন-শূমাঙ্‌ গজমুক্তা মতগী লৈতেং
হুংশিবা রাঙাঙ্‌না থুম্নি কয়া ॥
চন্দন-থানিন লাইপক'য়ারদা কান-লাংনি নুপী ওইবী
ঈরং ঈরং মণি-থাঙ্গোয়না থাঙ্‌দা ॥

---

১। হাতেতে? ২। উটপল চৌঃ ২ ৩। হতে চৌঃ ৩।

রাঙা ডুবু ডুবু আঁখি  নাচত খঞ্জন পাখি
জিনিয়া চঞ্চল অতিশয় ॥
তাহার অঞ্চল বাণে  কামিনী মরমে হানে
হেরিয়া ধৈরজ কার রয় ॥
দেখি বিশাখর মনে  বিচারিয়া তন্ধ ক্ষণে
এ দাস উদ্ধব ভণে ॥ ৩

এইমতে কৃষ্ণচন্দ্র  সঙ্গে সখাগণ
নন্দালয়ে চলিলেন  হরষিত মন ॥ ধ্রু
তবেত সম্বিত [1]হৈয়া বিশাখা সুন্দরী
পুন নিজঘরে আইলা কুম্ভে জল ভরি ॥
[2]নিজকৃত কর্ম্ম সব  করিলা তখনে
ক্ষণে মাত্র নিজগৃহে[3] তার নাহি মনে ॥
রাই পাছে জানাইতে প্রবন্ধ গুপতে
এ উদ্ধব-দাস  কহে চলহ  তুরিতে ॥ ৪

---

য়োগে তানবা নাকোঙ্ নাকচি খোইখোয়ব। ীশূন অনি
কামগী লীরুং ঙমজনীংঙাইনি ॥
কাপথোরকপা মীংচি তেম্না  মথোন কাবী থম্মোই য়ুনা
উরুবা, মাবু খাঙ্গনি কনা ॥
উরুবদা বিশাখানা  খঞ্জরকই পূমঙক ঙক্লা
শৈরেংজরিনে দাস উদ্ধবনা ॥ ৩

অসুম তৌনা কৃষ্ণচন্দ্র  সখাশিং লোয়ননা
লেঙ্শিনখরে নন্দালয়দা  হরাউ-নুংথোইকানা ॥ ধ্রু
অহুত্তদা বিশাখাদো  থংশিং শিংলে মমিৎ
ঈশিং শোক্লে ময়ুম য়োরে পূমহা হানা রাগতনা ॥
লোইশিল্লম্লে মাগী মথৌ  রাগনা ঈথক হৌনা
লৈতাঙমদে লৈফম খঙ্দে লাঙ্বদা লকানুংনা ॥
লাঙ্তক্লরি তম্মীংবনা  রাধানাপ-চীক্লা
হায়জে চৎলো য়োরো থুনা উদ্ধ-ব-দা-স-না ॥ ৪

---

১। হৈয়া—চৌঃ ২, ২। নিজকৃত্য ? ৩। নিজঘরে—চৌঃ ২, ৩।

রাইর নিকটে যাই সখি কহে শুন
ধনী শিরোমণি রাই।
কালিন্দীর তীরে যতনে কতনে শ্যামেরে
হেরি কহিতে ধাই॥
কো কহে ঐছেন রূপ!
সজল জলদ কিএ দলিত অঞ্জন
হৃদয়ে ঐছেন অমৃত রসকূপ॥ ধ্রু

কিরূপ হেরিলাম সই যমুনার কূলে
বিধুমুখের মধুর হাসি
তাই বিজুরী মেঘের কূলে॥
মদন মোহন মন ভুলাইলে
কি কহব তার রূপের কথা
এমন রূপ দেখি নাই কোথা॥
বিনোদ কালা বিনোদ কদম্ব তলে
বিনোদ মুখে বিনোদ হাসি
বিনোদ বিনোদ বাজায়ে বাঁশী॥ ৫

---

চেল্লকুনা রাইগী নাক্তা হায়রকই খুদক্তা
তারিবরা নীংথিজবী।
কালিন্দী তোরবান্দা অহাঙবা শংলেন লম্পাক্তা
উরকইনে শক্তম অমা॥
হায়নৈ অশুম কনামনা
নোংছোরনে নোংখোঙ ফুনবা নত্রগা কাঁজল লা
থম্মোইদা অশুম্না রস ফাওহল্লিবা॥ ধ্রু

করিবু উরুবা ইতা যমুনা মপান্দা
মোমোন মীনোক্না থাজ মায়থোংদা
শান্নরি নোংথাংনা নোংলাক্তা॥
কামবু ভমজবা পুক্নীং শুন্নংপা
পান্দমগনি করি ফজবা মাগী॥
উথিদরি শকফম অসিগুম্বা
অশংবা কুচু কদম মথোঙদা॥
নীংথিবা মায়থোং ফজবা মীনোক
বাঁশীনা কয়া সুংশিনা খোংবা॥ ৫

অপরূপ রম্য অঙ্গ সমূহে ভূষিতা
উত্তম লক্ষণ যত তাহে বিরাজিতা ॥ ধ্রু
সৌন্দর্য্যেতে নয়নের মহানন্দকারি
কোটি কোটি চন্দ্রসূর্য্য যাই তেজধারি ॥
? অনথি অসনা হয় এই যার বল
সুন্দর বয়স বেশ করে ঝলমল ॥
যাহার বচন শোভা সুধা রসময়
সকল ইন্দ্রিয় যার বশিভূত হয় ॥
তাহার প্রতাপ দেখি লজ্জিত ভাস্কর
কীর্ত্তি দেখি [1]কলঙ্ক হয়াছে শশধর ॥
[2]ত্রিভুবন অতুলিত সম্পত্তি অধর
রূপগুণ মহিমাতে সর্ব্ব সারাৎসার ॥
ত্রিজগত মনোহর দেখি সুগঠন
ভণয়ে মোহনদাস দেখি ভুলি মন ॥ ৬

---

ফজে কয়া কায়াৎ মাগী লৈতেংনবু তাংজে
অফবা লক্ষণনা কয়া ফাওরি মচী খূদীং ॥ ধ্রু
য়েংজনীংই উরিমখে পেন্নীংঙাইনি মিংকী
হুংমিং-থা কোটি হেল্লি মঙানতনা মাগী ॥
য়েংলুরগা মাগী পাংগল হেনদে কনা-নম্
চহীম্ মাগী অঙাংনি নীংথিজে ফিজেৎসু ॥
রাঙাংহনা ফজে কয়া অমৃত ঈরীকনি
কায়াৎ খূদীংমক্তা মাগী কয়া নীংথিজরি ॥
নোংগী-লক্ত-লোৎলি হুমিৎ ঈকাই-ক্ষীরাক-খুম্না
উরুবদা মাগী মিংচৎ মায়হিং কা-রি থানা ॥
তয়ানবু ঙম্বা চীনবান থক-খা লৈতেদো মান্নবা
মশক-মগুণ মওঙ-মতো উদরি ভাইবঙ্দা ॥
য়েংনা য়েংনা মাগী শকফম লৈতবদো চাংদম
পুমকাউ কাউই য়েংবতদা শকচরি মোহননা ॥ ৬

---

? খূৎইশিংদা ইমান য়াৱৈ।
১। কলঙ্কি—পাঠ. ২। ত্রিভুবনে—পাঠ।

কত আভরণ অঙ্গের ভূষণ
হেরইতে তনু মন ঝুর ॥
ঐছন শুনইতে রাই চমকিতে
দেখি হৈল পরিপুর ॥ ধ্রু
অন্তরে গর গর লোচন ঝর ঝর
মনহি মন সুখ ভাস ॥
অলং। ব্যাধের ঘরে কুরঙ্গিণী
যেমনি চেয়ে যে রইলাম গো ॥
কিছু বলতে নারেরে—
বিশাখার কথা শুনি ॥
বদন তুলে মেঘ পানে
ধনী চেয়ে রইল গো ॥
উদ্ধবদাস কব দুঃখ ভাষ[১]
সুখ হব কানু মিলব যব পাশ ॥ ৭
*সখীমুখ-রস ইতি সমাপ্তং ॥ ৬

---

ফিজেৎনে লৈতেংনে চেংলোনা হেনবনে
শুঙ্কাৎলিনে পুরৗং-হকচাং পুম্বা ॥
অসি তাকুবদা তুজুংলক্লে রাধা
মকারামলে পেনজবনা ॥ ধ্রু
মিৎস্না ঈরা-চেন মুংদনা ঈরাউখোল
ইথন থনজৈ থম্মোইনুং (দা) ॥
অলং। ব্যাধগী ময়ুমদা শজি অমোমগুম
লৈজৈ য়েংনা তরক-তশোন ॥
ওমখিদরেনে করিস্নু হায়বা বিশাখাদা ওনশিন্দুনা
লৈখি অচুম মুংবঙ্‌ননা— ॥
নোংমদোন থক্তা য়েংলি নোংদা
মুল্লি অস্নুম য়েংব-ত্তদা ॥
উদ্ধবকী অরাবা শৈরোন অসে
লোমগবা কৈদৌঙৈ মুংঙাইবা মিলনদা ॥ ৭
সখীমুখ-রসকী শৈশক লোমলে ॥ ৬

---

১। দুঃখ সক্রে—চৌঃ ২।
* রস অসি ঠাং খুদঙাউ পুরেনমা শকখি।

## সাক্ষাদ্দর্শন [১]রস বর্ণনং

ভৈরবী

দেখ সখি গৌর পরম অবতার
শৈশব তারুণ লখই না পারিয়ে
তবহুঁ জিতল কোটি কাম ॥ ধ্রু
সুরধূনী তীর সবহুঁ সখা মেলি
[১]বিহরই কৌতুক রঙ্গী ॥
কবহুঁ চঞ্চল গতি কবহুঁ ধীরগতি
নিন্দিত গজগতি ভঙ্গী ॥
* রাধামোহনদাস [২]কহয়ে নিতি নিতি
[৩]ইহ নব বয়স বিলাস

---

## সাক্ষাদ্দর্শন পূর্ব্বরাগ

ভৈরবী

য়েংউ ইতা কয়া নীংথি গৌরাঙ্গসে ।
অঙাংলা অহল্লা খঙ্‌দে লেপকনি করম
ঙমজেনে অদুবু কামকোটিবু ।। ধ্রু
সখাশিং লোয়ননা গঙ্গা তোর্ব্বান থক্তা
শান্নরিনে হরাউ-মথোই কানা ॥
মফিং তফিং চৎলি অমুক চীংনা-লেম্না-তপ্পা অমুক
ঙমজেদো শামু লমশা মত্তো ॥
রাধামোহননা শকচৈ শোঙ্গে হুমিং খুদীং
নত্তে মসি অঙাংগী মত্তো ॥

---

* মসিগী মথক্তা পরেং ৪ শা শাবা পদ অমা থাদোক্লগী মরুদি—

ধীর নয়নে খেনে ডোরি নেহারই
খেনে পুন কুটিল কটাখ ।
কবহুঁ ধৈরজ ধরি রহই মৌন করি
কবহুঁ কহই লাখে লাখ ॥

১। বিহরয়ে—পাঠ, ২। কহই সতি, ৩। ইহ নহ।

---

রস অসি ইবুংসি তীয়না শকাখ ।

যছুলাগি কলিযুগে প্রকটই শচীসুত
[1]সেই ভাব হইল পরকাশ ॥ ১ ॥

প: ক: ৭৬ পদ, বৈ: প: ৯০৩

প্রভাতে উঠিয়া কৃষ্ণ সঙ্গে সখাগণ
যমুনার ঘাটে আসি করিতে সিনান ॥ ধ্রু
বিধিমতে স্নান করি পৈঢ়িল ভূষণ
বহুবিধ লীলা করে সঙ্গে সখাগণ ॥
হেনকালে ললিতা সখি বিশাখিকা সঙ্গে
স্নান করিবারে রাধা আইলা বহু রঙ্গে ॥
আচম্বিতে পূর্ব্বঘাটে কদম্বের তলে
কৃষ্ণকে দেখিয়া রাই চমৎকার করে ? ॥
সখি স্কন্ধে ধরি রাই কহে [2]নিশরাস
কিবা দাঁড়াইয়ে [3]দেখ [4]ঘনশ্যামদাস ॥ ২

---

ওইছুনা শচীগী মচা পাঙ্থোক্লীংবা কলি যুগতা
ফোংদোকপিরি অছুগুম্বা ভাব ॥ ১ ॥

অয়ুক অঙনবদা কৃষ্ণ সখাশিং মরক্তা
লাকখি ঙয়া ঈরুজবা যমুনা ঘাটতা ॥ ধ্রু
লোইরছুনা ঈরুজবা ফিজেৎ লৈতেংনরে
ফাগি কয়া তৌনছুনা সখাশিং লোয়ননা ॥
তানজাসিদা ললিতাগা লোয়ননা বিশাখাগা
লাকলি রাধা ঈরুজবা নোক্লা থেনা হরাউননা ।
খঙ্হৌদনা মাঙ্গী ঘাটতা কদমগী মখোঙ্দা
চঙক্লখরে রাধাদো কৃষ্ণ উরুবদা ॥
হুংশামগী হোল্লি রাধা সখীগী লেংবান পায়না
কৈনো অসে লেপ্লিবা য়েংউ ঘনশ্যামদাস ॥ ২

---

১। সোই ভাব পরকাশ, ২। নিছুরাস, ৩। দেখে—চৌঃ ৩
৪। ঘনশ্যামদাস—পাঠঃ

হায় সখি আজ কিবা দেখিলে নয়ানে ॥
কিবা নীলমণি সঙ্গ কি মেঘে কজ্জল পুঞ্জ
সাক্ষাৎ কাম কিবা আগমন ॥ ধ্রু
নীলোৎপল বন কিবা কিবা রতি অধিদেবা
কিবা তেজপুঞ্জ মূর্ত্তিমান ॥
অহো কেনে একবারে প্রাণ আকর্ষিয়া মারে
কাম বাণ করিয়া সন্ধান ॥
কাহা হৈতে আসে এই ইহা কি করিতে চাই
কেনে মোর তনু কম্পমান ॥
স্ফুট কহে বিশাখিকে আলম্বন দেহ মোকে
গোপালেরে বিদরে পরাণ ॥ ৩

আচম্বিতে দেখি রাধিকারে
কৃষ্ণ প্রাণ ধরিতে না পারে ॥
মনে কৃষ্ণ করয়ে বিচারে
এই রূপ ত্রিভুবনে নারে ॥

---

ওম্বোকপনি সখি ঙসি করিবু উরুবা
অশংবা মণি-মতুমলা ফুয়ন-নোংহৌ মপংলা
কামদেবমক্লা লৈত্তারকপরা ॥ ধ্রু
থম্বাল অশংবগী বনূনা রত্তিগী মবুংঙোহ্না
মশক পাল্লবরা মঙান চাউনা ॥
পাল্লমাল্লে কামগী ত্তেন্না পুঙম্নক্তরেনে থরায়
থঙ্‌ঙমদরে ঐদি মত্তৌ অসে ॥
কৈদগীনো মহাকসিবু পামলিবনো করিবু
নীকলিবনা করিগীনো ঐনা ॥
কোল্লু ডুদনবা ঐবু হায়জরকই বিশাখাবু
কায়রেদো থম্মোই গোপালদাসদি ॥ ৩

উরুবতদা শ্রীরাধিকাবু
পুঙমদরে থরায় শ্রীকৃষ্ণবু ॥
উরগা খল্লি পূক্লীংদ কৃষ্ণ
অসিগুম্বা শক লৈত্তে তাইবঙ্‌দা ॥

অষ্টাপদ ঘোষে তনু কাঁতি
দন্তাবলি মকুটার পাঁতি ॥
কিবা এই [1]নয়ানের কোণে
* পঞ্চশর করয়ে সন্ধানে ॥
কি [2]কহব চাঁদমুখের শোভা
নয়ন চকোর দিয়ে লোভা ॥
মন্দহাসে জ্যোৎস্না ঝলমল
প্রফুল্লয়ে চিত্ত রক্তোৎপল ॥
হেন নারী আছে [3]ব্রজঘোষে
একবারে চিত্তপ্রাণ [4]মোষে ॥
এ গোপাল অন্তরেতে জাগে
কি বা নাহি করে [5]নব রাগে ॥ ৪

তবে কৃষ্ণ সখাগণ করিয়া আশ্বাসয়
অতি উৎকণ্ঠাতে ঐছে গৃহে চলি যায় ॥ ধ্রু

---

মশাগী কুচু সনানচু
যাগী পরেংনা মুক্তা পবেং ॥
মমিৎ-মীৎচি অনিমক্কা
কাংগী তেনগা থোংলিনে অসে ॥
মায়থোংনা মাগী ভূমক্তৈদা থানিন
মিৎ নোংইনগী মিতানকমনি ॥
থাবন মঙাল্লি থোয়রুম মীনোক্কা
অহাঙ্‌বা পুক্লীং থম্বালম্‌ শাংলি ॥
ব্রজদা লৈবকো অসিগুম্বী
থরায় হকচাং লোইনমক চিংবী ॥
খঙ্‌জৈ পুক্লীংনা গোপালদাস-গী
তোঙমদবা লৈতে নবরাগদা ॥ ৪

থেমজিন্দুনা সখাশিংনা পুক্লীং হরাউহন্না
হল্লে যুমদ কৃষ্ণচন্দ্র থম্মোই হামচৎননা ॥ ধ্রু

---

* পঞ্চশর—"মারণং স্তম্ভনঞ্চৈব জম্ভণং শোষণং চৈবোন্মাদনং"— উঃ নীঃ

১। নয়নের, ২। কহিব, ৩। ব্রজপুর, ৪। মোহে, ৫। নব অনুরাগে চৌঃ২

এথা রাই স্নান করি সঙ্গে দুই সখী
এৰমেব চলি যায় হয়া গৃহোন্মুখী ॥
কত না যতনা করি সখীগণ তায়
স্থির নাহি বান্ধে রাই বাউলিনী প্রায় ॥
ঘর হৈতে ৰাহিরেতে গতাগতি [১]বায়
ক্ষেণে উঠে ক্ষেণে বসি থির নাহি পায় ॥
আকাশেতে চাই রাই বহে অশ্রু ধারা
কিবা হৈল নবরাগে এ উদ্ধব ভোরা ॥ ৫

ললিতা বোলেন রাধে স্থির কর চিত্ত
নাহি হয় এতেক উৎকণ্ঠা সমুচিত ॥ ধ্রু
দেখিলে বা একবার [২]কহইবে তারে
কি বাঁচিবে অঙ্গস্পর্শ যদি হয়ে যারে ॥
কুলধর্ম্ম লোকলজ্জা প্রবল সংসারে
কুছিদ্র অন্বেষি তুয়া গৃহ পরিবারে ॥

লোইরহ্না ঈরুজবা নওঙ্ অসুম তৌনা
সখী অনি লোয়নহ্না হনখরে রাধাসু ॥
কয় থোক্না সখাশিনা হোৎনজে থেমহ্না
লৈতাফম খঙ্খিদে রাধা ঙাওচৎ-ঙাওফেননা ॥
লৈঙমখিদে য়ুমগী মতুং চৎলি হন্দোক-হঞ্জিন
হোগৎ ফমথ তোই তোয়না ফংদে লৈতাজবা ॥
নোংদান থক্তা য়েংই মুয়া মিতুলু ঈরা লোংনা
হোনবীরা রাগ মতৌ ঙকচরে উদ্ধবতি ॥ ৫

ললিতানা হায়জৈ রাধে ত্তপথবীখো ঙাইখো
লাঙ্তরুবা অতুম তৌনা হৌনদেকো রাধে ॥ ধ্রু
অমুক্তংত উরকপদা অহুয়া তৌবকো
ফংলগদি মহাক অহু হিংলরোইনে নঙ্বু ॥
নূপীওইবী ঐখোয়গীদি চাউই মীনোক-মীশা
কোয়না থিরি নরাল নঙ্গী মীশিংনা নয়ুম্মকী ॥

১। বায়—চৌঃ ২ ২। কি হইবে—চৌঃ ২

শাশুরী ননদী আর পতি দুরাচার
দেখিলে কলঙ্ক ঘোষে হইবে সংহার ॥
শুনহ [১]কুমারিণী স্থির [২]করি আশ
অবশ্য মিলিবে নাথ বলরামদাস ॥ ৬

রাধার কি হৈলে [৩]অন্তরে বেথা ।
বসিয়া বিরলে থাকয়ে একলে
না [৪]শুনি কাহার কথা ॥ ধ্রু
সদাই ধেয়ানে চাহে মেঘপানে
না চলে নয়নের তারা ।
বিরতি আহারে রাঙ্গাবাস পরে
যেমত যোগিনী পারা ।
এলাইয়া বেণী খুলয়ে [৫]গাঁথনি
দেখয়ে খসাঞা চুলি ।

---

ফত্রবা নপুরোয়বা ননেম ননম্মগা
লোইরেদকো উগ্রবদি থরায় মাঙ্‌জরেদো ॥
তাবিয়ুনে নীংথিজবী লৈতাবীসি পুক্নীং
বলরামগী মবুংঙোবু ফংবীগনি লেপ্পা ॥ ৬

থম্মোইমুং রাধাগী ওইরবনো করি
ফমলিবসে চীক্লা নায়তোম মথন্তা
তাদমথৈ মীনা ডাঙ্‌বা ॥ ধ্রু
মতম মুমিৎ চুপ্পা য়েংলি নোংবুতবু
কুপকনি কাউরি মিৎস্না অনি ॥
চাখি থকখিদরে লাইনীংবীগুমলে
হোংখরে অঙাঙ্‌বা ফীজোন ॥
থূৎনা পায়না বেণী থুগায়দুনা শম্মুন
য়েংলি শংত্রিক মিংয়েং কুপ্তা ॥

---

১। স্বকুমারিনী, ২। কর—চৌঃ ২, ৩
পঃ কঃ ৩১ পদ, বৈঃ পঃ ৪৪ লাঃ— ৩। অন্তরেতে ; ৪। শুনে ; ৫। গাথিনী।

হসিত [1]বদনে চাহে [2]মেঘপানে
কি কহে ত্নহাত তুলি ॥
একদিঠি করি ময়ূর ময়ূরী
[3]কণ্ঠ করে নিরীক্ষণে ॥
চণ্ডীদাস কয় নব পরিচয়
কালিয়া বন্ধুর সনে ॥ ৭

কহ কহ সুবদনি রাধে
[4]কি তোর হইল বেয়াধে।
কেন তোরে আনমনে দেখি
কাহে নখে ক্ষিতিতলে [5]লেখি
হেম কান্তি ঝামর [6]হৈল
[7]রাঙা বাস খসিয়া পড়িল
আঁখিযুগ অরুণিম ভেল
মুখপদ্ম শুখাইয়া গেল

---

খোররুম মোমোন তো নোংদ-মিৎয়েং থম
ভাঙ্‌লি করিমো মথূৎ তিংনা ॥
চা-গ-দ-ব-গুম্না লৌরি শংত্রিক য়েংনা
রাহোং মঙক অশ-বদা ॥
নৌনা শকখঙ্‌জবা মচুনি পামজবা
শৈরেংজরি চণ্ডীদাসনা ॥ ৭

হায়য়ু তাকউ রাধে নীংথিজবী
করি লায়নানা নাবনো নঙ্‌বু ॥
খোংপদি থূজীন্না লৈমায় মথক্তা
করি রাখলনোনে থল্লিবা পুক্তা ॥
ফকচিল্লেদো সনা কুচু
ভঙাংলেদো মিৎস্না নীংথিবী ॥
হীকথরেদো অঙাঙ্‌বা ফীজোন
মকশিল্লিদো মায়থোং থম্বালম্ন ॥

---

১। বয়ানে, ২। চন্দ্রপানে, ৩। কণ্ঠে করে নিরক্ষণে—পাঠ
পঃ কঃ ৩১ পদ, বৈঃ পঃ ২.৩ — ৪। কিব., ৫। লিখ, ৬। হইল, ৭। রাজা

কি করু পুণ্যফল তিথি রবি রিখ মুল
নিজ সুখে দুখ অপার।
নিজ কাজে সাধই আন জন বাধই
কি কর পবন আহার॥
শুন হে ধন হীন জগমাঝে পরাধীন
মানে রতন কিবা কাজ।
বিশেষ যোগীজন জগত পাবন
নারী পরশে বহু লাজ॥
নাহি মোর যশ অব সো হাম কুলবতী
সতত বেকত দুঃখসিন্ধু।
তরুণীর মন ভণি কি করব আগুণি
নখেজা ? জলে একবিন্দু॥৪

থর থর কম্পিত অঙ্গ॥
চন্দ্রাবলী বলি বংশী বাজাওত
[1]বিলসউ তাকর সঙ্গ॥ধ্রু
এত কহি [2]মানিনী মলিন ভেল বিধুমুখী
ঢর ঢর অরুণ নয়ান।

---

কৈদোননি পুণ্যফলনা মপোক থীবা মীগী কাদা
থল্লি তিংখংনা চৎন-লম্বীদা॥
ইথন নায়তোম চৎচবীনি থৎলি লম্বী অতোপ্পনা
লৈত্তে অতৈ পাম্বে পাংগল শোনবী॥
করিস্মু লৈজ দবা মীথা পোনবা লাইবকথীবা
করিবু নখোয়না মিতারুবা।
হংগোইনৈ যোগীশিংনা নুপী মশক য়েংবা
লানবি অস্মুয়া তাইবঙ'পুম্বা॥
মাঙ্লে ঐদি ম্বিংচৎ 'পুম্বা য়ুমগী মো অমা ওইনা
লুপলে ইরৈনুংদা অয়া ঈপাক॥
শীংথারুবা নহা পুক্নীং ঙমলুগনি কনানবু
ঈরীক অমগুম্মী সমুদ্রগী॥৪

শাত্তবনা নীকলি হকচাং 'পুম্বা।
চন্দ্রাবলী হায়না খোংখিবা বাঁশী
শান্নসহু মুংঙাইনা মাগা॥ ধ্রু
অস্মুম তৌনা শাউখিবনা মায়থোংমক্কা শ্রীরাধিকা
কপ্লক্লে মিৎস্না ঈরা হৌনা॥

---

১। বিলসয়ে—পাঠ, ২। মানে—পাঠ।

কহতহিঁ চপল চরিত সঞে পিরীতি
আজু হইলু সমাধান ॥
রাইক নিরস বচন [১]শুনি সো সখী মন
মহাদুখ-চয় পাই ।
কানুক নিয়ড়ে কহিতে সব বিবরণ
উদ্ধব সঙ্গে চলি যাই ॥৫ পঃ কঃ ৫৬৮ পদ

শুন শুন নিলজ কান
কৈছন মুরলিক গান ॥
চন্দ্রাবলি [২]বলি গীত
এ কিয়ে চপল চরীত ॥
শুনি ধনি কয়লহি মান
কি করবি অব সমাধান ॥
শুনি হরি [৩]সচকিত ভেল
সো সখি সঞে চলি গেল ॥
নাগর হেরইতে রাই
অধিক [৪]রোখ নিরমাই ॥

---

লোইরবনি ঙসিদগী কক্লবনি ঐগী থোঙ্‌জীন
উহনগনু ঐবু মশক ॥
রাজরকলে সখী পুক্লীং তাবদা রাইহে থৃদীং
তোফম খঙ্‌দ খল্লি মথন ।
চৎখরে মথন্তনা ঙমলুনবা চীথদনা
উদ্ধবপু পুরগা কৃষ্ণ-নাক্তা ॥৫

তাবিযুনে হে তোঙমদবা
পুকচেন ঙয়াং ঙশোইবও ॥
করিগী খোংলুরি মুরুলী
মমিং ফান্না চন্দ্রাবলী ॥
তাহন্নবরা রাধা নাকোঙ্
ফাগনি করম মাবু হুজীক ॥
থংপেক থংই হরি তাক্লবদা
লাকম্মিন্নৈ সখীগা পনবা তোদা ॥
হেন্না শাউবা ফিবমদা লৈরে
উদে রাইনা শঙম্ ফংলমক্তা ॥

---

১। শুনি এক সখী—পঃ কঃ, খুৎইশিংদা— ২। কেলি গীতে, ৩। চমকিত, ৪। লাজে।

সমুখে যুড়িয়া দুই হাত
নাগর কহে মৃদুবাত ॥
হাম করু তুয়া গুণ গান
না বুঝি করসি তুহুঁ মান ॥
কহে ভেলি অরুণ নয়ান
উদ্ধবদাস [১]গুণ গান ॥৬

বৈঃ পঃ ৫০৭, পঃ মাঃ ৪৫৭

কর যোড়ি কানু কয়ল কত কাকুতি
শ্রবণে সরল ভৈ রাধা ;
বিমুখ বদন পুন ফেরি নেহারই
মুদিত উদিত দিঠি আধা ॥
নাগর চতুর বুঝিয়া তছু [২]অন্তর
ধাই কয়ল ধনি কোর ।
হেরইতে দুহুঁক বদন দুহুঁ [৩]ঢর ঢর
দুহুঁক গলয়ে দিঠি লোর ॥

---

খুৎলোন্নরে মাঙ্দা-খুদক কুন্না
হায়রকই হরিনা মেঙ্না তপ্পা ॥
শকখিবনি ঐদি নঙ্তগী নগুণ
খঙ্দে অতৈ কনাগী মগুণ ॥
ঙকলে ঐদি খঙ্দবনা মরম
উদ্ধবদাসনা শৈহেকচৈ নগুণ ॥৬

কয়া থোক্না রানা নোঞ্জবদা হরিনা অস্থম
মহৈ ফংলে লেপ্পা চীরোন রাহৈদা ॥
মবুংঙো ভমহুনা রাধা লৈশিল্লক্লে মায়থোং
খোয়রুম মীনোক্তা মিৎচি-মিৎয়েংনা ॥
তাঞ্জা ফংলে খঙ্লে থৌনা হাপলে উরে পুক্নীং
চোংশিল্লে ফম্নরে রাইগী নাক্তা ॥
মিৎলু ঈরা লোৎনৈ মায়থোং থানিন অনি
তনিকলি তরুনা চাংজো পানা ।

---

১। করু গুণ গান, ২। অন্তর, ৩। ঢল ঢল।

ধৈরজ ধরি দুহুঁ　　　দুহুঁ মুখ চুম্বই
গদ গদ মধুরিম ভাষ।
[1]চামর বীজন　　　করত সখীগণ
হেরত উদ্ধব দাস ।।৭　　বৈঃ পঃ ৫০৭

মুরুলীমান-রস ইতি সমাপ্তং ।।২২

---

খোরাংনৈ প্রেমামৃত　　নকশিন্নৈ অনিগী মায়থোং
চিংশিন্নৈ য়োৎচাবী মতৌগুম্না ।
থোগনৈ চামর　　　পেন্না সখী মখৈনা
য়েংজরি উদ্ধব-দাস-না ।।৭

মুরুলীমান-রসকী শৈশক লোয়লে ।। ২২

---

১। চামরে।

## * গোষ্ঠ-মিলন-রস বর্ণনং

রাগ—তুড়ী

অপরূপ গৌরাঙ্গ বিলাস।
পূর্ব্বাহ্ন সময়ে গৌরা সঙ্গে ভক্ত প্রেমে ভরা
স্ফুঙরয়ে পূরুব বিলাস॥
শ্রীদাম সুদাম দাম সুবল শ্রীবলরাম
কুথা গেলে সব সখাগণ।
ধবলী শাওলী কালী পীসঙ্গী মণিকাটলী
কুথা আছে ধেনু বৎসগণ॥
বৃষভানু সুকুমারী মোর পঞ্চ-প্রাণেশ্বরী
কাহা মোর সব সখীগণ।
ইবোলিয়া গৌরাচাঁদ ভাসি গেলা প্রেমানন্দ
নরহরি করয়ে রোদন॥১

বিপিন গমন দেখি হৈয়া সকরুণ আঁখি
কান্দিতে কান্দিতে নন্দরাণী।

---

রাগ—তুড়ী

অঙকপনি গৌরাঙ্গগী লীলা।
অয়ুক্কী মতমদা গৌরা নীংশিংতুনা মাঙ্গী লীলা
ঙাওরি প্রেমদা ভক্তশিংগা॥
শ্রীদাম সুদাম দাম সুবল শ্রী-বল-রাম
কৈদা চংগ্রে ঐগী সখা ময়াম॥
ধবলী শাওলী কালী পীসঙ্গী মণি কাটলী
কৈদা লৈগ্রে ঐগী যণবী ময়াউ॥
বৃষভানু নিংথৌনা পোকপী কৈদনো ঐগী থয়ায়-শকপী
গোপীশিংনা কদায় চান্নজবী।
অস্থম হায়না গৌরাঙ্গনা ভাউরি প্রেমগী ঈপাকথক্কা
শৈরাংজে নরহরিনা কপ্পা॥১

গোষ্ঠদা চংকনু য়ারোই থেম্মলুতুনা কান্নররোই
ঈহৌরকলে মিৎস্না নন্দরাণী॥

---

* রস অসি ঝাংখৈ মৈলৈমা শকখিবনি।

গোপালেরে কোলে লৈয়া প্রতি অঙ্গে হাত দিয়া
রক্ষামন্ত্র পড়য়ে আপনি ॥
এ দুখানি রাঙ্গা পায় ব্রহ্মা রাখিবেন তায়
জানু রক্ষা করু দেবগণ।
কটিতট সুজঠর রক্ষা করু যজ্ঞেশ্বর
হৃদয় রাখুন নারায়ণ ॥
ভুজ যুগ নখাঙ্গুলি রক্ষা করু বনমালী
কণ্ঠমুখ রাখুন দিনমণি।
[১]মস্তক রাখুন শিব পৃষ্ঠ দেশ হয়গ্রীব
অধ ঊর্দ্ধ রাখু চক্রপাণি ॥
জলেস্থলে গিরিবনে রাখিবেন জনার্দ্দনে
দশদিগে দশ-দিক-পাল।
যত শত্রু[২]হউক মিত্র রক্ষা করু সর্ব্বত্র
নহে তুমি [৩]হও তার কাল।[২]
বৈঃ পঃ ২৭২, পঃ মাঃ ১৬১

**শ্লোকঃ**

শৃণু বল মম বাক্যং বালকানাং বলিত্বং
গিরি-বন জল মধ্যে রক্ষ কৃষ্ণং মদীয়ং ॥

---

তম্পাক্তা মচাবু পম্না মশাদা তুংশিনা নান্না
মচাবু ঙাক্লবা শোল্লি মন্ত্র ॥
ঙাকপিসনু ব্রহ্মা মানা মখোঙ্ অনি নীলমণি
খুকউদা লাইয়াম্না ঙাকপিসনু।
ঙাকপিসনু পুক্না খাঙ্গা যজ্ঞেশ্বর শ্রীবিষ্ণুনা
থম্মোইদা লৈসনু-নারায়ণ ॥
পাম্বোম অনি খুজীন-খুৎশা ঙাকসনুনে বনমালী
তুমিৎ কোবা লাইনা ইচাগী খোরা ॥
নংগন্দনা হয়গ্রীব ইচাগী কোক্তনা শিব
ঙাকসনু থক খাদা বিষ্ণু চক্রনা ॥
ঈশিং কংফান চীংদ-মান্দ ঙাকপিসনু জনার্দ্দননা
মায়কৈ মপুশিংনা মায়কৈ তরা ॥
মাঙ্খিসনু য়েরু-পুম্বা হেল্লকসনু মরূপ ওবা
নত্তরগা শিসনু ইচাগী খুত্তা ॥[২]

**শ্লোক**

তাওনে রাম ইমানা হায়বা খায়দগী কনবা নঙ্নি
চীংদ-মান্দ ঈশিং লক্ত ঙাকউ নঙ্না ননাউসিবু ॥

---

১। পরেং অসি খুৎইদনা 'পৃষ্ঠদেশ হয়গ্রীব' না হাল্লি, ২। মৃত্যু — খুৎইদা, ৩। হয়ো—পাঠ।

**ইতি বদ-কর-যুগে কৃষ্ণ-পাণিং নিধায়**
**নয়ন-গলিত-ধারা নন্দজায়া পপাত ॥**

দণ্ডবত করি মায়  চলিল যাদব রায়
যায় শিঙ্গা মুরলী বাজায় ॥
সঙ্গেতে রাখালগণ  গায়ে রাম-কৃষ্ণগুণ
জয়ধ্বনি মঙ্গল উঠিল ॥৩

রাম কাহ্নাই সখা সঙ্গে  গোষ্ঠেতে চলিলা।
হোই হোই সখা সবে  হম্বা হম্বা ধেনু রবে
আগে ধেনু পাশে ব্রজবালা ॥
গোধেনু যূথে যূথে  চলিলা [1]ভাণ্ডীর পথে
[2]যাবট নিকটে যায় ॥
হেনই সময়ে রাই  অট্টালিকা শিরে রই
অনিমিখে বন্ধুপানে চায় ॥৪

---

অসুম হায়না মথুৎ পায়না শিন্নরক্লে কৃষ্ণবু
শিঙ্গে মিৎত্তা পিরাং মরী ঈচেল লেপ্ত মায়থোং চোন্না ॥

খুরুমজুনা নন্দরাণী  চৎপা হোরে যদুমণি
হোনা লাউনা খোংনা শিঙ্গা বেণু ॥
শকলি রামকৃষ্ণ-গুণবু  হোনা লাউনা রাখালশিংনা
তোয়না লাউরি জয়গী ধ্বনি ॥৩

রামকাহ্নাই সখাশিংগা পাংলি যণশেনবৃংদা।
হৈ হৈ হোইরি রাখালশিংনা  যণবীশিংনা হম্বা হম্বা
মাঙ্‌দা শল্লূপ তুংদনা রাখাল ॥
যণবী মন্নাউ সঙ্গু সঙ্গু  তমলি ভণ্ডী-র মায়কৈ
যাবট-ময়া লম্বী-রোম্নদা ॥
দলান থক্তা লেপ্তুনা  শ্রীমতী রাধিকানা
য়েংজরি থৌরাংনা কৃষ্ণ তমনা ॥৪

---

১। ভাণ্ডীর—ব্রজমণ্ডলদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী শান্নরুম বন অমনি, যমুনাগী নোংপোক্তা লৈ। মফম অসিগী 'ভাণ্ডীর কুণ্ড' (অভিরাম কুণ্ড), মতুগী ননাক্তা লৈবা শ্রীরামচন্দ্র য়েংনীংঙাইনি। ভাণ্ডীরবনদা 'বেণুকূপ' লৈ। মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশী খেংনলগা পাতালদগী ঈশিং চিংখত্তুনা সখাশিংবু থৌরাংবা কোকহনখি। বন অসিদা "ভাণ্ডীর-বট" কৌবা বটপাম্বী অমসু লৈ, শ্রীকৃষ্ণনা মসিদা যণ শেল্লি অমসুং লাক্ল্ ক্লানজুনা শান্নে।

২। যাবট—ব্রজদা নন্দগ্রামগী চীংখৈ পাংবদা মাইল ২ লাপ্না লৈবা খুল অমনি, অভিমন্যু (আয়ান) গী লৈকমনি। মফম অসিদা লৈবা "বৎসখোর" কৌবা মফমদা শ্রীরাধানা সুবল বেশ তৌজুনা কৃষ্ণগা উন্নখি। মফম অসিগী "বেরিন্না-বন" (বরইগী বন) দা শ্রীকৃষ্ণনা কোকিল মান্না খোংজুনা সঙ্কেত তৌখি।

কৃষ্ণ সঙ্গ সুধাসিন্ধু অমিয়া পাথারে
রাধিকার চিতহংস তাহে সদাচারে ॥ধ্রু
ব্রজাঙ্গনা মন মীন কৃষ্ণকান্তি জালে
বন্ধ করি লয়ে যায় গমনের কালে ॥
রাই মুখ পূর্ণপদ্ম নয়ান খঞ্জন
কৃষ্ণচন্দ্র বলে আজু যাত্রা সুলক্ষণ ॥৫

ধেনু আগে বেণু বাওয়ে সখাগণ
গোঠে চলই ঘনশ্যাম।
[1]ঝরখহি ঝাঁপিরাই শ্যাম হেরইতে
মুরুছি পড়য়ে সেই ঠাম ॥
জটিলা কুটিলা ধাইয়া রাইক-
নয়ানে বয়ানে নীর দেল।
ললিতাদি সখীগণ মেলি
শুনইতে তহিঁ চলি গেল ॥
অনঙ্গ আহের পঞ্চশরে হানল
তেঁই ধনী ভেল মুরুছান।

---

রাধাগী পুক্নীং-কাংঙা শান্নীংই তাউত্না
কৃষ্ণরূপকী ঈপাকথক্কা অমৃত ঈরেলদা ॥ ধ্রু
থুরি লাংদা কৃষ্ণ রূপকী গোপী পুক্নীং চেক্লাশিং
ফাহ্না পুথি লোইনা গোষ্ঠগী মায়কৈদা ॥
উরুবদা রাইগী মায়থোং দলানগী মথক্তা
শোল্লি কৃষ্ণ হরাউনা মহৈ য়াল্লে যাত্রা ॥ ৫

মাঙ্দ চৎলি ষণগী শল্লুপ সখাশিংগা
লেঙ্লি ষণশেনবৃংদ ঘনশ্যাম ॥
থম্বাল-শাৎলি মীহুৎ পুক্নী চিংনরি থক্তা-খা-গা
য়েংনা য়েংনা লেকথখরে রাধা ॥
জটিলা কুটিলা অনিনা চেনশিন্দুনা ফিংনা
মায়দ মিক্তা থীকলি ঈশিং তোয়না ॥
চেন্নরকলে সখীশিং ল-লি-তা-নচিংবী
তাবদগী হুংশাথীনা ফিংনা ॥
শক্লাইদবা গোপ ভুতনা তোংজমাল্লে 'সিদি
অহুতনা রাইনা রাম্ববনি ॥

---

১। ঝরকহি (মীহুৎথোঙ্)।

ব্যাধি নিবাকর মন্ত্র তন্ত্র যত
নন্দ-নন্দন সব জান ॥
জটিলা ধাই মিনতি করু কানুক
আনি দেয় ধনিক পাশ।
পড়িতে শ্যামরাই উঠি বৈঠই
কহতহি উদ্ধবদাস ॥ ৬

জটিলা কহয়ে শুন নন্দের নন্দন
তুমা হৈতে মোর বধূ পাইল চেতন ॥ধ্রু
হাসিয়া নাগর কিছু কহয়ে তাহারে
*নন্দঘরে থাকি আমি গোকুল নগরে ॥
তুমার বধুর জ্বর এমত হইবে
আমারে ডাকিয়া যদি ভালকই দিবে ॥
এতেক কহিয়া কানু প্রবেশিলা পাটে
রায় শেখর কহে জয়ধ্বনি উঠে ॥ ৭

গোষ্ঠ-মিলন রস ইতি সমাপ্তং ॥২৩

---

কৌরু চৎলু থুনা তন্ত্র-মন্ত্র-খঙ্‌বা
নন্দগী মচা কৃষ্ণ-কানু ॥
চেনখরে জটিলা হায়জরুরে খূৎ-লোন্নবা
পুরকলে রাইগী নাক্তা থেমনা ॥
কামলরে মন্ত্র-তন্না হৌগৎলকলে রাধা
উ-দ্ধ-ব-দা-স-ন্দি ঙকলে ॥ ৬

হরাউনা জটিলানা হায়রকই কৃষ্ণ য়েংনা
কনবীররে ঙসি নঙ্‌না ঐগী ইমৌ নূপী ॥ধ্রু
খঙ্‌জিনহৌরো ঙসিদগী হায়রকই কৃষ্ণনা
খঙ্‌লমদবা নহানমথৈ হৈরমগনি অসুম ॥
হৌগনি তক্তনা মসি মতম লৈতে মাগী
মথি ফোংলকপগা হেক্ত তাকলো ঐবু থুনা ॥
চঙ্‌শিনখরে যুগল মরুম চীন্দ হায়না অসুম
জয়গী ধ্বনি লাউজরি শেখর-দা-স-না ॥৭

গোষ্ঠমিলন রস-গী শৈশক লোমলে ॥২৩

---

*'গোলকুলগী নন্দঘরদা ঐগী যুমনি' হায়বসি খঙ্‌দবা মীদা তাকপা মাল্লি। মথীনা তাক্কনা কৃষ্ণবু কৌরুবনি, জটিলানা হায়দগীসু খঙ্‌বনি, হেক্তংকসু কৌরুবনি, কৃষ্ণনা শকলোন পুথোকখিবগী বাসু লৈতে, অক্ননা অতোপ্পা অমদা উৎনবা হোৎনজে।

## * স্বপ্ন-মান-রস বর্ণনং

রাগ—পঞ্চমী

দিন কর নিন্দিত    নিজ গৌর বরণ
নিন্দিত শশধর কান্তি।
সব হৃদি কন্দর    গৌর শশধর
তিমির দূরতর ভাতি ॥ ধ্রু
ঐছে গৌর সুন্দর    ভুবন মনোহর
বদন মলিন ভই গেলি।
মান মীলন মুখ    পরিহরি সো সুখ
যৈছে দিবস শশি ভেলি ॥
ক্ষিতিপর লিখিত    মরমহি দুঃখিত
মান জনিত দুঃখ ভোর।
কহ কবি শেখর    গৌরবর সুন্দর
কহি ক নাহিক ওর ॥১

প্রভাত সময়ে গৌর সজল নয়ানী।
স্বপন কাহিনী    গৌর দ্বিজমণি
কহয়ে মধুর বাণী ॥ ধ্রু

---

নুমিৎমকপু ঙমজনা    গৌরাঙ্গগী কান্তিনি
হেনবনি থানিন-কোটি মঙাল ॥
থাজ ওইনা গৌরাঙ্গনা    কোকহনবী অমম্বা
ঙানবীহুনা ভক্ত থম্মোইনুংদা ॥ ধ্রু
তাইবঙ্-খোন্না শুন্দাৎপা মকশিল্লিনে থানিন অসে
অয়ুক হুংথিল খোকপা মতৌগুন্না ॥
শাউখিবনা গৌরাঙ্গ    য়াওদনা হরাউ তয়াম
মায়থোং লৈদ-লুক্তুনা ফমলি ॥
লৈই চিংলি লৈমায়থক্তা ফুম্বঙ্নরি লকানুংদা
মানগী মৈরীনা রাম্মৈ ওমনা ॥
ঙাঙ্বা শকপা লৈতরি    হংলুসি হংঙমদরি
চঙক্লরি কবি শেখর ॥ ১

অয়ুক অঙনবদা গৌর মিৎস্না ঈরা চেন্না
নীংথিবা রাহৈনা    হুংশিবা খোম্বাঙ্না
তয়ক্লিনে মঙ্গী রারী ॥ ধ্রু

---

* রস অসি কম্বোং রাইমনা শকখিবনি।

নন্দের নন্দন ব্রজের জীবন
স্বপনে দেখিল মোর ।।
তাহা মনে গুণি বিকল পরাণি
দুঃখ যে বাঢ়ল মোর ।।
ইবোলিয়া গৌর প্রেমেতে বিভোর
ঝুরয়ে নয়ান নীরে ।
বাসুঘোষ দীন হেন লয়ে মন
মান ভাবে হয়ে ভোর ।। ২

একদিনে ধনী স্বপন কাহিনী
কহয়ে সখীর ঠাঁই ।
শুন প্রাণসখি কেনে প্রাণ রাখি
লম্পট নাগর কাহ্নাই । ৩

শয়ন শুতিয়াছে রাই
দেখই নিন্দের ঘোরে ।
কানু যার সনে শৃঙ্গার গমনে
হইয়াছে আপনা কোরে ।।

---

নন্দগী মচাদো ব্রজগী থৱায়দো
উরম্মীদো মঙ্‌দ ঙসি ॥
নীংশিংলি মহুতা হামচৎনৈ লকাহুং
নৈহৎলি থম্মোইহুং ঐগী ॥
অম্পুম হায়না গৌর প্রেমদ ডাওচৎননা
লৈত্তেংলি পিরাংনা মিৎশ্না ॥
মানগী মৈশা লাংনা থাঙ্‌লি রানা শানা
য়েংঙমজদে বাসুঘোষনা ॥২

তম্রকই মঙ্‌গী রা নোংমদি রাধানা
চান্নজবী সখীশিংদা ॥
তাওনে চান্নজবী হিংহনা কৈদৌনি
মরমচৎ চুমদবা মানি ॥৩

তুমলিঙৈ শয্যাদা রাধা
উরম্মী মঙ্‌লাম্দা কানা ॥
অতোপ্পী নুপীগী মনাক্তা কমহুনা
হুংঙাইবা রসদা লুপ্না ॥

চেতন পাইয়া না বুঝি স্বপন
মানিনী হয়াছে রাই।
নিতে হেনরূপ করে অপমান
কি জানি কি সুখ পাই॥
কত না গঞ্জিব চঞ্চল নাগর
সদাই কামেতে রত।
নিতি নিতি সেই করয়ে এমতি
তাহা বা সহিব কত॥
আমার পিরীতি সেই সমাধান
আর না হেরিব মুখ।
স্বপনের কথা প্রমাণ জানিলে
উদ্ধবের মন দুঃখ॥৪

সুখের পিরীতি দুঃখের মুরুতি
নিশ্চয় জানিলু মোহে।
পিরীতি বিষানলে দগধে অন্তরে
কৈছন সোহব মোহে॥০॥

---

মিৎকপ থোরকপদা মঙ্লাম্নি কাউত্না
শাউত্না লৈখরে রাধা॥
থৌশাদবা থোদো ফজদবা মতো
মাগী করি লেমজরিবা॥
কামগী ঈরাংতদা মতম চুপ্পা লুপ্পা
খঙ্দে করি লেম্বা চোপ্পা॥
তোয়না তোয়না অসুম থৌশাদবা মানা
খাঙ্থিগনি কয়া কুইনা॥
লোইরে ঙসিদগী ইকাদদি ঐগী
য়েংজনীংদে অমুক হন্না॥
মঙ্লান্না চান্নবা উবদা উদ্ধবনা
খঙ্গে করি গতি লৈবা॥৪

প্রেমগী অমৃতনা দুগী ঈচেল ওনবা
করিস্মী পঙ্লুবা ঐনা॥
প্রেমগী দু মৈরিনা চাকথেক্নি লকাদুং
খাঙ্লসিগে করম ইত্তা॥

এ সখি কি কহব মরমক দাহ।
যো বর নাগরী সমুখে হামারি
বিলসই লম্পট নাহ॥
তাহা শুনি মঝুমন দ্বিগুণ দগধল
জীবন ভেল বাহার।
পরিচয় জানবি জীবন তেজবি
কুলবতী প্রাণী মোর॥
বংশী পরশি কত শপতি করয়ে শত
সব লম্পট কান।
আন রমণী সঞে পুন পুন বিলসয়ে
যো বর লম্পট কান॥
যাকর লাগিয়ে দুঃখেতে গুভারিয়ে
এ সব বিফল ভেল।
সহজহি লম্পট স্বপন বেকত
মুঝে পরিচয় দেল॥
তেজহ নীলাম্বর না হেরব অম্বর
যাক বর সমান মানি।

---

থম্মোইগী অরাবা করম্না ফোঙ্‌গবা
উঙমজদে মশক পান্না॥
লাইবক ফবীতুগা তোগে মতাগুম্না
শান্নখিবা থৌওইদনা॥
উরি মিংতা মদুতবু হেল্লি মৈচাক মথং মথং
হামচংনবী ওইরে থরায়॥
খঙ্‌জসহ ঐবু পাম্মুদে থরায়বু
থাদোক্কনি মমাঙ্‌মক্তা॥
বাঁশী পায়হনা কয়া রাশকখিবা হন্না হন্না
শান্নপোংনি মঙোম্দদি॥
হালেংদবনা মতৌ থৌশাদবনা মথৌ
লৌনম্বা ন রৈহৎ হৈবা॥
মহাক্কীদমক্তা রানা পুন্সী লেনবা
কম্নিসুংগী পঙ্‌থকুবা॥
খঙ্‌লে ঐনা ঙসি মঙ্‌দ উরে শেংনা
অশেংবা মচুদো মাগী॥
শেংলোই শংলেন ফীজোন য়েংলোই মিংতা নোংদোন
উজনীংদে মাগী মচু॥

তছু গুণগান না শুনবি কাণ
মুদি রহবি দুই পাণি॥
গোবিন্দদাস কহে, এহু আন নহে
সমুচিত রাইক বাণি।
যাকর অন্তর পিরীতি যুগল
ঐছে গতি মিলন জানি॥৫

কঠিন মানিনী শুনিয়া কাহিনী
যতনে চাতুরী সখী।
বিলম্ব তেজিয়া তুরিতে করিয়া
আসিয়া নাগর দেখি॥ধ্রু
শ্যামের নিকটে কহিলু প্রকটে
কঠিন রাইর মান॥
শুনিয়া নাগর দুঃখিত অন্তর
প্রেমধারা বহে দুনয়ান॥৬

রভস পুন শুনি শ্যাম গুণমণি
মনহিঁ মন বিচারই।

---

মাগী মতিক মগুণ চঙ্ হল্লোই নাকোঙ্-দুং
থাঙ্গনি মেম্মূনা থূৎনা॥
হংগৎচৈ পাউথুমদা গোবিন্দ দাসনা
লৌবিগুরু শেরায়না॥
হৌনবীনি প্রেমগী শকলোম্নি মা-তগী
নৈপুনগী থূদমনি মচু॥৫

অহকপা অশাউবা রাধাগী মতৌদা
রাজখি হৈ-শিংবী সখী।
থীম্বা তৌদনা অথুবা খোঙ্চৎনা
চৎখয়ে কৃষ্ণগী নাক্তা॥
তম্নরে কৃষ্ণদা চীথবা নৈতনা
শাথীনা শাউহৌবা রাধা।
তাবদা কৃষ্ণনা অৱাবা থম্মোইনা
শিন্দৈ মিৎতা প্রেমগী ধারা॥৬

তাবদা পাউদমখোল লংজীন থি লকান্নুং
মাগী মনাক নকনি করম॥

পাঁজি করে লেই [1]যায় একলি
*গণিক রূপে ধাবই ॥
[2]তাহা হেরি রাই পুন পুন পুছই
কুন দেশে ইহা আয়লি।
[3]সেই কহে পুন কাহ্নু বিহরণ
ত্রিভুবনে ঐছে নহে কেলি ॥
[4]হেন বাণি শুনি পুন রোখে ধনী
পাঁজি তছু লেই ভারই।
শ্যাম নিরখই রোখে প্রকটই
[5]অঙ্গ বসন উত্তারই ॥
রাই চমকিনী হাসি মুচুকিনী
দেই দেশিনি নাশই।

---

ওইরে পাঞ্জী শ্যাম চৎলে মথন নায়ত্তোম
য়েগু্না নাকন্দা খূপায়।
উবদা রাধানা হংলি ঙাইঙমদনা
লমদম কৈদা লৈবনো হায়না ॥
খুম্নকই খূদক্তা কান্থনা লৈত্তবা
লৈতে মফম অমা ত্রিভুবনদা ॥
উশীত্তবা পাউথুম হেলহল্লি শাউবতুম
লংথোকখরে খূপায় মুন্দুনা ॥
লম্মন খুম্বা ঙইনা শাউহুনা কৃষ্ণনা
চিংথোকখরে রাইগী নমখাঙ্ ॥
হাইফেৎ ঙকচাননা রাইনা নোকফেৎ তৌনা
শীদোকখরে পাঞ্জী ফিজেৎ ॥

---

বৈঃ পঃ ৪৮৩—
পঃ মাঃ ২য় লাঃ ৪৬২ }

১। একলি নাগর।
২। রাই তহিঁ হেরি পুছই বেরি বেরি
দেখ ইহ কোন সো হাই।
৩। সোই কহে পুন কাহু বিহরন
ভুবনে হেন নাহি হোয়ই॥
৪। বাণি ইহ শুনি রোখে পুন ধনি, ৫। অঙ্গ বসন উঘাড়ই।
* হাপাদাদি গণিক অসি গণকি হায়না ইম্নি। পঃ কঃ ৫৭৩ পদ য়েংবীয়ু।

[১]রাই রসবতী বল্লভ সঙ্গতি
বৃন্দাবন দাস ভাষই ॥৭ *

সুকঠিন মানিনী দেখি যব কান
সুবিনয় বচনে মিনতি করি জান ॥ধ্রু
বাহু পসারী তহিঁ করলহি কোর
তুহুঁ তনু পরশনে মান গেলি দূর ॥
তুহুঁক বদন তুহুঁ চুম্বন দেল
আকুল তুহুঁ-জন মনমথ শেল ॥
ডুবল তুহুঁ তনু মদন তরঙ্গ
বৈষ্ণবদাস তহিঁ দেখত রঙ্গ ॥ ৮

অপরূপ দুহুঁজন প্রেম বিলাস
হেরইতে সহচরি আনন্দ ভাস ॥

---

অসুম তৌনা রাইনা মবুংঙো উন্নবা
ছাপাগীনা—(রঘুপতি রায়গা বল্লভকা লোয়ননা)
শৈরাংজৈ বৃন্দাবন দাসনা ॥৭

হেন্না শাউবা রাধাগী উরবদা মতৌ
হায়রকই নোল্লুক্না কয়া থোক্না থেন্না ॥ধ্রু
ফমলরে হকথেংননা অকিবা কোক্নুনা
মুখখরে মানগী মৈরি খীকলি নোংদোন ঈরীক ॥
মায়থোং থানিন অনি ওক্রে পেন্নদনা য়েংনৈ
চাংজো পারি প্রেমগী ঈহৌ থম্মোইদনা ঈখৌ ॥
লুপমিন্নরি অনিমক কামগী ঈরৈহুংদা
পেঞ্জরি য়েংজবন্না বৈষ্ণ-ব দা-সনা ॥৮
অঙকপানি অনিমক্কী প্রেমগী লীলা
হয়াউনজে সখীশিংনা য়েংনজে পেন্না ॥

---

১। রায় রঘুপতি।

* য়েংগদবা—ছাপাদদি ঈবৈ মপুম অদিগী মথক্তা পদ অমা লৈরি মহুদি—
প্রান্ত সহচরি সহহি বৈঠদি
মানিনি মন মাহা ভাবই।
শ্যাম মুখ যহি পেখি পুন নাহি
সোই দেখ শ্যাম বদনই॥ পং কই

ঐছন দুহুঁজন [১]প্রেম পিরীতি
প্রতিক্ষণে মান বাঢ়ে রাই সুনয়নী ॥
কিসে বা তুলনা দিয়ে ঐছন রঙ্গ
চৌদিগে সহচরি দেখত রঙ্গ ॥
বাঢ়ল সুখসিন্ধু প্রেম পাঠার
উদ্ধব ডুবল না জানি সাঁতার ॥ ৯

স্বপ্নমান-রস ইতি সমাপ্তং ॥ ২৪

শান্নে অসুম অনিমক্না প্রেমতগী লীলা
শাউই রাইনা মিৎকুপ খুদীং তোয়না অসুম্না ॥
চাংদমগনি করিগবু মতৌ অসিগা
য়েংনৈ কোয়না সখীমখৈ মপোক মহৈ য়াম্না ॥
সুংঙাইবগী ইরেল প্রেম-ঈথক-ঈহৌ
লুপচরি উদ্ধবনা হৈতে ঈরোইবা ॥ ৯

স্বপ্নমান-রস-কী তৈশক লোমলে ॥২৪

১। প্রেম কি রীতি—পাঠ।

# * অভিসারানুরাগ-রস বর্ণনং

রাগ—ললিত

গৌরাঙ্গ চরিত কিছু [১]কহন না জায়।
পুরুব সুঙরি পহুঁ মুহু মুহু ধায়॥
[২]নিজজন সঙ্গে চলু সুরধুনী তীরে
পশুপতি [৩]পুজিব বিপদ যাবে দূরে॥
[৪]ঐছন বচন সভে রচন করিয়া
অগরু চন্দন ফুল হস্তেত লইয়া॥
নিজজন সঙ্গে [৫]চলে গৌর দ্বিজমণি
কহে বিশ্বম্ভর [৬]গৌরা যাইয়া নিছুনি॥১

পঃ মঃ ৩য় ৩০৬, পঃ কঃ ৭৫৬

শ্লোকঃ

বন্দে বিশ্বম্ভর-পদ কমলং
খণ্ডিত-কলিযুগ-জন-মলমমলং॥ ধ্রু
সৌরভ-কর্ষিত-নিজজন মধুপং
করুণা-খণ্ডিত-বিরহ বিতাপং॥

---

হায়কম খঙদে করিমত্তা গৌরাঙ্গগী লীলা।
নীংশিংদুনা মাঙগী লীলা চেল্লি কাইদ কাইদ॥
ভক্তশিংনা তুংইন্দুনা গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা।
খুদোং থীবা কোকবা ইড়াংকনি শঙ্কর॥
অম্মুম্না হায়না শীংনা থৌরাঙ তৌনদুনা
লৈ-চন্দন খুত্তা পায়না ভক্তিগা লোয়ননা॥
থোগন তৌনা ভক্তশিংনা চংলি গৌররায়
ছুংইঙ্গরি মনাই বিশ্বম্ভর দাস না॥১

শ্লোক

চঙ্জৈ চরণ খাদা লাম্নকমনি খঙনা
কলিগী মৈশা 'পুম্বা কোকহনবীবা লায়না॥ধ্রু
ভক্ত খোইমু মপৈ, চিংলি লায়না চরণ তন্না
কায়ন-মৈশা লাংবা কোকহনবীরি ওমনা॥

---

পঃ মাঃ ৩য় ৩০৬, পঃ কঃ ৭৫৬ পদ—১। কহনে, ২। নিজ জনে কহে, চল সুরধুনী তীরে, ৩। পূজব, ৪। ঐছন বচন রচন সভে করিয়া, ৫। বলে, ৬। গোসাঞি।

---

* রস অসি চোংবা বিলাতিনা শকথি।

নাশিত-জগগত-মায়া-তিমিরং-
বস্ত্রমিত্র কান্ত্যা জগত্‌অচিরং ॥
সতত বিরাজিত-নিরুপম-শোভং।
রাধামোহন-কলিত-বিলোভং ॥ ২

পঃ সঃ ২২, গৌঃ পঃ তঃ ১১ লাঃ

করিয়া ভোজন পান  কৈল বেশ অনুপাম
আগে ধেনু রোলে শিঙ্গা বেণু।
সমবয় সখাগণ  শিখি পিঞ্ছ বিতারণ
মধ্যে শোভে চলে রাম কানু ॥৩

যবে কৃষ্ণ সখা সঙ্গে গোধন লইয়া
গমন করিয়া বনে মঙ্গল করিয়া ॥
তবে রাই সখী সঙ্গে অট্টালী উপরে
দেখিয়া কৃষ্ণের মুখ জুড়ায়ে অন্তরে ॥
তাহা হৈতে [1]ফিরি রাই নিজগৃহে আইলা
অনুরাগে [2]ধর্য্যমতি চিন্তিতে লাগিলা ॥৪

রাম কাহ্নাই সখা সঙ্গে বনে প্রবেশিলা
গোবর্দ্ধন নিকটহি আসি উতারিলা ॥

---

কোকহল্লি থম্মোইগী অমম্বা মায়া
নঙান্থনা নঙ্‌গী  তাইবঙ্‌ শীনব থুংনা ॥
ঙানবীয়ু তন্তনা থম্মোইশীনবা থুংনা
পামজৈ মুংওঞ্জবা রাধামোহন ঐনা ॥২

চাব-থকপ-বেশ-ভুষণ  লোইরত্নুনা থোক্নরক্লে
মাঙ্‌দ-শল্লুপ, থোংনা শিঙ্গা বেণু ॥
কোক্তা থাল্লি রাহোংমতু  শেকপিন শানা সখাশিংনা
য়ায়দা চংল্লি ঙাল্লি রাম-কানু ॥৩

য়াইক মঙ্গল-কয়া তৌনা পাংলি ষণশেনবুংদা
থৌগন তৌনা সখাশিংনা হরাউমথোই-কানা ॥
তাঙ্গাসিদা শ্রীরাধিকা সখীশিংগা লোয়ননা
পুংমুন মুল্লি য়েংজবদা থকচিঞ্জে মিৎয়েংতনা ॥
উত্রবদা মবুংঙোবু তন্না হল্লে সঙ্গাইদা
চীক্না ঈংনা পুক্নীং তপ্না মম্বরকলে রাধিকা ॥৪ -

বনদা য়োরে রাম কাহ্নাই সখাশিং লোয়ননা
য়োরক্লে গোবর্দ্ধন তময়া থামলে ষণগী শল্লুপ ॥

---

১। ফিরে,  ২। ধৈর্য্য—পাঠ।

মানসী গঙ্গায় জলে পিয়াইয়া ধেনু
নানা কৌতুক করে সঙ্গে রাম কানু ॥৫

আনহি ছল করি সুবল করে করি
গমন করল [১]বনমাই।
তরু তরু হেরি কুসুম তহি [২]তোড়ল
যতনহি হার বানাই ॥
মাধব বৈঠল কুণ্ডক তীর
সুন্দরী মনে করি ভাবহি পথ হেরি
[৩]কাতর তনু নহে থির ॥ধ্রু
[৪]কমল-কুসুম-ময় শেজ বিশায়ল
নব নব পল্লব রাখি।
কুসুম ঘোরি চিত ভেল আকুল
হেরইতে [৫]থিরবি আঁখি॥
[৬]তৎক্ষণ মদন ছুছ তনু দগধল
জর জর শ্যামর অঙ্গ।

---

ঈশিং পীথকলে মণগীমথৈ মানসী গঙ্গাদা
শান্নরকলে কয়াথোক্লা গোপমচা মথৈনা ॥৫

চঙ্খরে বনগী সুংদা সুবল সখা লোয়ননা
হায়জিন্দুনা লৈরে থবক অমা।
লৈখোঙ্ খুদীং চঙ্না হেকলি লৈরাং মথলশুনা
লেংলি পরেং থন্নায় য়াওনা ॥
কমছুনা অসুম্না কুণ্ডগী মপান্দা
নীংশিংছুনা রাধা য়েংলি লম্বী তোয়না
থম্মোই লাঙ্তক্না লৈতাদনা ॥ধ্রু
য়েন্নো য়েন্নাতনা শেমলি লৈগী শয্যা
কুপলি মথক্তা থম্বাল লৈকানা ॥
লাঙ্তক্লরি থম্মোই য়েংলুরগা শয্যা
রাগ ফাওহল্লি য়েন্নীং মচুনা ॥
থম্মোই ঈথক হোরি ফাঙম থিংঙমদরি
নৈহৎলরি কামগী মৈরিনা ॥

---

পঃ মাঃ ৩য় ২৫২ সাঃ, গোঃ পঃ ৪০—১। বনমাহি, ২। তোড়ই, ৩। আকুল মন নহে স্থির, ৪। নব নব পল্লবে শেজ বিছায়ল ৫। চির থির, ৬। তৈখনে মদনে দ্বিগুণ তনু দগধল। নব কিশলয় তহি রাখি।

গোবিন্দ দাস পহুঁ  সুবল [1]কোরে রহুঁ
[2]ঢল ঢল নয়ন তরঙ্গ ।.৬

[3]কুণ্ড তীরে রহি কানু
বাওত সুমধুর বেণু ।।
গোপীগণ শুনিয়া শ্রবণ[4]
বিগলিত দুকূল [5]পরাণ ।।
[6]কাতরে কহে সব বাত
জর জর ভৈগেল গাত ।।
[7]ছাড়য়ে দীর্ঘ নিশ্বাস
সুবদনী কহে মৃদু ভাষ ॥
শুনিয়া মুরুলী আলাপন
রায় বসন্ত দুঃখ [8]অনুমান ॥৭

---

সুবল তম্পাকথক্তা  চেপলি মোনথাঙ্ ননা
গোবিন্দ দাসনা থোগঞ্জনা ।.৬

কুণ্ড মপান্দা ঙাইরি কানু
হুংশি হুংশিনা থোংহুনা বেণু ॥
( মহী চেল্লি নুং থোঞ্জেলহুনা
যমুনা ঈচেল হঙ্গৎনা চেল্লি ॥
তাজে নাকোঙ্ দা গোপীশিংনা
মহী চেল্লি তারগা থম্মোই ॥
চেন্নৈ রাইগী নাক্তা সখীশিংনা
লৈঙমদহুনা বাঁশী মখোলদা ॥ )
হংগৎচৈ রাধাদা থরায় রানা
তনিকলি মশা খাঙঙমদনা ॥
হায়রকই রাধানা মেঙ্ না থোৎনা
তারুবদা বাঁশীগী মখোল
রায় বসন্ত থেংনৈ ইরাউখোল ॥৭
( ব্রেকেট মনুংগী মৈতেরোল অসি ছাপাগী মতুংইন্না তৌবনি, টীকা য়েংবীয় )

---

১। কোলে, ২। ঢর ঢর,  বৈঃ পঃ ৬৮৩ —৩। তরুমূলে রহি  কালা কানু।
বাওত সুমধুর বেণু ॥
ছাপাদা মসিগী মথংদা পরেং অমি হেন্না নৈ মহুদি— "শবদে যে  পলয়ে পাষাণ।
যমুনা বহয়ে উজান ॥
৪। শ্রবণে, ৫। পরাণে, ৬। মসিগী মথক্তমু পরেং অনিথক চিখরি মহুথি—
সব সখী আকুল হইয়া।
রাইক নিকটে যাইয়া ॥
৭। ছোড়ল, ৮। রায় বসন্ত আন মন ॥

শ্লোকঃ

সাঽপি শ্রুত্বাতমথ বিকলা মোহনং বেণুনাদং।
নিষ্ক্রামন্তী পুনরথ গুরূন্ বারিদৃষ্ট্বা বিশন্তী॥
পূর্ব্বং বক্ষাস্থিতমপিমনোমার্জ্জিবেনাতি ঘূর্ণ-
দ্বিত্রানাথ প্রিয়সহচরীং কাপি সোৎকণ্ঠমূচে॥

সংগীত মাধব—খুৎই লাঃ ২ঃ

দেখ সখি বাজত বংশী মধুরে।
আনন্দ অধরে কিয়ে সে নাগরে
আইলা সরসী কূলে॥ধ্রু
বাঁশীর নিশান শুনিতে পরাণ
নিকাশ হইতে চায়।
শিথিল সকল ভেল কলেবর
মন মুরুছই তায়॥
নাম বেঢ়া জনে খেয়াতি জগতে
সহজে বিষম বাঁশী।
কাহ্নু উপদেশে কেবলে উঠল
কামিনী মোহন ফাঁসি॥

---

শ্লোক অর্থ

শ্রীরাধানা শ্যামসুন্দরগী মোহন মুরুলী খোঞ্জেল অদূবু তারগা য়াম্না লাঙ্তক্ননা সঙ্গাইমুংদগী চেম্বোরকপদা খোঙ্জীন্দা গুরুজন লৈরম্বা উবদগী অমুক ইমুংদা চঙ্বা তাখি। ওাইহাক্তগী মমাঙ্দা নূপী লিংজেম্মা মরম ওইহনা বক্ষগুম্মা থম্মোই কনবীমক ওইগ্রবদসু হুজ্জীক বেণুনাদ তাবদগীদি মহী চেম্বোকথিহনা তপথফম খঙ্থিত্রে—অসুম্মা পূক্নীং ফাবা ওমদ্রবী রাধানা অচৌকপা মফমদা চান্নবীবু হায়রকই।

তাদবরা সখি বাঁশী মখোলসে।
কুণ্ডগী মপানদা খোংলিবসে মানা
লুংশিনা চীনবান্দ খোংনা॥ধ্রু
বাঁশী মখোলসিনা চঙ্লগা থম্মোইদা
থৌদোকলি মপান্দা থরায়॥
ইন্দ্রি-কায়াৎ-পুম্বা হীকথখরে লোইনা
পঙ্থখরে পুক্নীং হকচাং॥
কাওরি তাইবঙ্ শাংনা খঙ্নৈ মীপুম তিংনা
তরাইবা নত্তেদো বাঁশী॥

কি দোষ কি গুণ এ কই না জান
না বুঝি সময় কাজ।
রায় বসন্তের পহুঁ বিনোদিয়া
তাতে কি লোকের লাজ ॥৮

বাঁশীর শবদ শুনিয়া শ্রবণ
দ্বিগুণ বাঢ়য়ে অন্তরে দহন ॥ ১

মনের মরম কথা শুন গো সজনী
শ্যামবন্ধু পড়ে মনে দিবস রজনী ॥ধ্রু
কিবা রূপ কিবা গুণ মোর মন বান্ধে
মুখে না নিশরে বাণী দুইটি আঁখি কান্দে ॥
কুন বিধি সিরিজিল কুলবতী বালা
কে বা না করয়ে প্রেম কার এত জ্বালা ॥
চিত্তের আগুনি কত চিত্তে নিবারিব
না জায়ে কঠিন প্রাণ কারে কি বোলিব ॥৯

হরি অনুরাগে আকুল অন্তরে
অন্তরে মৃদু মৃদু কহে।

---

নকরুবা মাগা থেংনৈ অরাবগা
শুম্মৎলাংনি নুপীতগী ॥
অফবা ফত্তবা খঙ্দে কনামত্তা
ইথৌ ইশিন কাউই পুম্বা ॥
মীনোক মীশা চঙ্দে ইকাই ইকি নৈত্তে
বসন্তগী মবুংঙোদে ॥ ৮

বাঁশীগী খোঞ্জেলনা তারগা নাকোঙ্না
চাকহল্লি হেম্নহুম থম্মোই লকাহুং ॥ ১

পুক্নীংগী অথুপ্পা রাবু তাওনে হায়গে ইত্তা
কাউঙমজদে মাবু ঐনা মতম পুম্নমক্তা ॥ ধ্রু
নৈত্তাখরে থম্মোইহুংদা তৌফম খঙ্দে ঐবা
শিংমৈ মিত্তা পিরাং তোয়না রাঙাঙ্ থোক্তে চীন্দা ॥
করি পাপনা ফংলবনো নুপী ওইবী মপোক
প্রেমবু খঙ্দবা কনাবু নৈবা, কনাদি অম্মুয়া রাবা ॥
হেন্দে মৈনা লমজাউখোনগী লকাহুং মৈদগী
অসিমক্তা নৈরি থরায় ইকাইবা খঙ্দনা ॥৯

প্রেমদ-লুপালি থম্মোই মৈশা লাংলি
অনুরাগনা পুমথম থক্লি।

সকল অকাজ করে মনসিজ
এতেক পরাণ সহে ॥ধ্রু
ওই রতি নাথ ম-ন্‌ ম-থ
[1]অনঙ্গ তোহে পরনাম।
পঞ্চ বাণ ধারি মোর মনকারি
জানলু তুয়া গুণ গাম ॥১০

কতিহুঁ মদন তনু দহসি হমারি।
হম নহ সঙ্কর হুঁ বরনারী ॥
নহি জটা ইহ [2]বেনি বিভঙ্গ।
মালতি মাল সিরে নহ গঙ্গা ॥
মোতিম বন্ধ মৌলি নহ ইন্দু।
ভালে নয়ন নহ সিন্দুর বিন্দু ॥
কণ্ঠে গরল নহ মৃগমদসার।
নহ [3]ফনিরাজ উরে মনিহার ॥
নীল পটাম্বর নহ বাঘছাল।
কেলি কমল ইহ নহএ কপাল ॥

---

অরেম্বনি খঙ্‌না রানবনি থন্না
থাঙ্‌লি অসুম শিঙমদনা ॥
নশক নওঙ্‌ নৈতে কামদেব নঙ্‌দি
খুরুমজরি হে শক্লাইদবা ॥
থাকলি থরায় মঙা ঐতগী রানবা
খঙ্‌লে ঐনা নগুণ নঙ্‌গী ॥১০

চাক্‌থেক্লে মদনূনা ঐবু, ইশা পুম্বা শীন্না।
মস্তে ঐসে শঙ্কর শাগৈগী মৌনি ॥
নস্তে মসে জটা শম্বুম্নি কোকী।
মালতি পরেংনি কোক্তা নস্তেনে গঙ্গা ॥
মোতিনি য়েংউ মুম্না নস্তে থা-মচেৎ।
মিৎ নস্তে লাইপকয়ায়দা সিন্দূর নত্তনা ॥
মৃগমদনি য়েংউ ভঙ্কা নস্তেনে হু।
লিন নস্তে মণি-পরেংনি ভক্তা ॥
কীজোম্নি অশংবা নস্তে কৈগী মউন।
থম্বালনি থুত্তা পায়বা নস্তেসে লুকল্‌ ॥

---

১। অনঙ্গ তুহারি নাম—তোঃ ১, ২। বেণী? ৩। ফণী?

* বিদ্যাপতি, কহ এহন সুছন্দ।
অঙ্গে ভসম নহ মলয়জ-পঙ্ক॥১১ বৈঃ পঃ ১১৫

রাই অনুরাগ দেখি আওল সহচরী
বচন চাতুরী কহে সখী সুচাতুরী॥
তুমার মঙ্গল দেখিয়ে আমি
মনে মনোরথ পূরিবে তুমি॥১২

আজুক বিহানে আসিয়া ব্রাহ্মণে
জটিলা নিকটে কয়।
গৌরী আরাধনে ইষ্টদেব দানে
দূরে যাবে দুঃখ ভয়। ধ্রু
জটিলা শুনিয়া আমারে ডাকিয়া
যতন করিয়া বোলে।
বধূ সাজাইয়া দধিঘৃত লয়া
যাহ তুমি সখীর কোলে॥
এইত কারণে ব্রজবধূ সনে
তুমি আমি চলি যাই।

---

নত্তে বিভূৎ তৈবা মলয়া চন্দননি
শকচৈ বিদ্যাপতিনা নীংথিজবা শৈশক॥১১

খোয়রাঙবা মত্তোদা রাইগী, হায়রকই সখীনা
শেম্না-শানা হৈনা শিংনা রাইবু হরাউহন্না॥
নুংঙাইবীরো রাধে রারগনু অমুক
কংলগনি মাবু নীংজবা থুংনা॥ ১২

ব্রাহ্মণ অমথকনা লাকুনা অয়ুক্তা
হায়রম্মীদো জটিলাদা।
দেবী ঈড়াংলগা ভমজবা কংলগা
লৈরোই করি অরা অনা। ধ্রু
কৌরে এবু তন্না জটিলা দেবীনা
শিন্নরকলে পাওমেন্দুনা।
লোয়নখো ইমোগা পুখো ননী মাখন
হায়রু চংলু থৌরাঙ লোইয়ু॥
চংলসি ঐখোয়স্থু চংকনি অতৈন্সু
নাম্মোকথিনি ভাঙ্গা অসি।

---

* কবি অসি বাঙ্গালী বিদ্যাপতিনি।

মদন মোহন পাবে দরশন
এ যদুনন্দন গাই ॥ ১৩

সখীর বচন শুনি সুন্দরী রাই
হরষিত সুবদনী সখীমুখ চাই ॥ ধ্রু
সঙ্গিনী রঙ্গিনী রূপ তরঙ্গিণী
বসিয়া [1]তরঙ্গ মাঝে।
মদন মোহন মোহিতে যতন
করিয়া রাইক সাজে ॥ ১৪

বিশাখা চাতুরী নিরখি মাধুরী
কহয়ে অধিক বেলা।
জটিলা চরণ করিয়া বন্দন
চলিলা [2]আহির বালা ॥ ধ্রু

[3]সব সখীগণ চলে বৃন্দাবন
গৌরী আরাধন লাগি।
ঐছন মুগধ বচন রচন করি
গুরুজন অনুমতি মাগি ॥

---

ফংগনি শোয়দনা মাগী দরশন
লমজিংগনি যদুনন্দননা ॥ ১৩

ঙাসহল্লে অমম্বা থম্মোহ সখীগী পাউদমনা
খীকপিররে নোংদোন লাইজ, চেক্লা নোংগোবীদা ॥ধ্রু
শাৎলি থম্বাল কয়া লৈমায় পূপ্রী থক্তা
ঈথক হোরি থম্বাল বনদা ॥
লৈতেংজে সখিনা শ্রীমতী রাধিকা
শুম্বাৎনবা কামগী মপু ॥ ১৪

বিশাখা সখীনা হায়রকই তান-চানা
হেন্না থেঙ্লে ঙসি তোক্লে ॥
জটিলাদা চঙ্লে খুরুম থাজঙ্লুরে
যাত্রা তোরে মাধব হায়না । ধ্রু
চৎলি সখিশিং পাংলি বৃন্দাবন
দেবী পূজা কৎলুনবা ॥
অথুম্বা রাহৈনা শুমহৎনা অম্মা
গুরুজনগী য়াথং ফংনা ॥

---

বৈঃ পাঃ ৩১৫, পাঃ কঃ ৭৪৪ পদ --১। মঞ্জির পাঠ, ২। আহেরি- পাঠ, ৩। সবহুঁ বধূজন চলু,

হরি হরি কাহাঁ শিখলি পরকার
গুরুজনে বাঁচি ¹মিছাই বচনামৃতে
দিনহি ²কয়ল অভিসার ॥ধ্রু
বেশ বনায়ত ³ননদি শুনায়ত
চতুর সখী সঞে বাত।
গৌরী আরাধি মনোরথ পূরব
পশুপতি নন্দন ⁴সাথ ॥
বাসিত কুসুম ⁵কর্পূর তাম্বুল
ভরি লেই চন্দন কটোর।
গোবিন্দ দাস পহু ⁶দরশায়ল
যাঁহা নাহি ⁷কটোক কঠোর ॥১৫

কুঞ্জহি ভেটল নাগর শ্যাম।
ধনী অনুরাগিণি সহজই বাম ॥
গদ গদ কহে কথা নাগর পাশ।
তুহুঁ কাহে মাধব ভেলি উদাস ॥
পহিলহি-যত তুহুঁ আরতি কেল।
যো অব দূরহি দূর রহি গেল ॥

---

গুরুজন মক্তদা ওইদবা হায়তুনা
অয়ুক থুংথিনমক্তা অভিসার তৌবা
হে হরি হরি কয়াদ ঙকৃপা ॥ধ্রু
ফিজেৎ লৈতেংতুনা জটিলা খঙ্হন্না
তায়তুনা সখীগা চীন্না ॥
দেবী ঈড়াৎলগা থুংগনি নীংজবা
উন্নতুনা নন্দগী মচা ॥
অহাউবা হৈরাং থুংশিবা লৈরাং
কর্পূর-চন্দন লৈগী পরেং।
মাঙ্দ লমজিংলি গোবিন্দ দাসনা
নেৎলুদনবা তিংথং তুম্বোদা ॥১৫

লৈরাংনি তনোবী উরীনি থোৎচবী
খঙ্জত্রিবী য়োনা পম্বেং উত্রিবীনি ॥
হৈত্তে লোথুপ লোকোয় রাহৈ, হায়রি তুম্বক তুম্বক
থোশাবীদবা নঙ্না করিগী ঐবু ॥
কয়াদনো মচীনঙৈদদি তৌথিবা নঙ্না
হুজীরা করিগী লাপথোকপা অশুম ॥

---

১। মিছই, ২। করলি, ৩। ননদিয়ে, ৪। হাথ, ৫। কপূরিত, ৬। দরশায়ত, ৭। কণ্টক আচোর।

হাম তুয়া দরশন লাগি বিভোর
তুহু্ঁ কাহে বচন না শুনসি মোর ॥
তুয়া লাগি কুলশীল তেজলু্ঁ হাম
না জানি কি অবহু্ঁ আছয়ে পরিণাম ॥
জ্ঞানদাস কহ [1]নহে চতুরাই
ধনি অতি সরল কহয়ে পুন তাই ॥১৬

জ্ঞাঃ পঃ ১৮৩, বৈঃ পঃ ৪২১

ইকি তুমা পিরিতির ধারা দহিতে। হায় নাথ
এ সুখের পরাণ আমার গেল ভাবিতে ॥
এই নাকি ছিলাম বন্ধু তুমার মনেতে।
পিরিতি করিয়া প্রেম থাকিবা সুখেতে ॥
পিছে না ভাবিলাম আমি প্রাণ সোপিতে।
যখনে মজিলু মন রূপে গুণেতে ॥
অন্তরে শীতল কৈলাম চাতু কথাতে।
নিরবধি দহে প্রাণ তুষানলেতে ॥
দগধলু বিনোদ কিশোরী সহিতে ॥ ১৭

---

খাঙ্‌লি ঐদি কয়া রানা উক্তনীংবনা
তাবিদে করিগী নঙ্‌না ঐনা হায়জবা ॥
থারে ঐদি ইকাই-ইকি নহাকথকসিদা
খঙ্‌দে ওইরগবা করি অসিগী তুংদা ।
চেকশিনবীয়ু রাধে থাজনীংঙাই ওইদে
পুকচেল অত্থক তিংনা হায়দোকলুফদে ॥১৬

চাকহনবনা নঙ্‌গী প্রেমগী লোনচৎলা। হায়য়ুগবা ॥
শরাক ওইরে খনবত্তনা নত্তে খঙ্‌জরম্বা ॥
খল্লম্বরা নঙ্‌দি অম্মুম রাহনবীগে হায়না
লূপ্পনবু নঙ্‌গী প্রেমদা লৈবরা হুংঙাইবা ॥
পঙ্‌থরুবনো ঐনা করি খেনকমদা
হজীক্লা করিগী ত্তোয়না শীংনীংলকপনো ॥
ঈংজগনি খল্লুই থম্মোই মোইখেম রাহৈদা
হজীক্লা ওমলরে রাম্মৈ লোইনাইদনা ॥
খাঙ্‌লি মৈশা রানা মনাই বিনোদমু ॥১৭

---

১। নাহ চতুরায়—খুৎই।

সুন্দরি কাহে [1]করসি তুহুঁ খেদ।
তুয়া [2]বিনা রাতিদিবস হাম না জানিয়ে
[3]কোনে কয়ল তোহে ভেদ॥
তুয়া মুখ চাঁদ হেরি মঝু মানস
অহনিশি তহিঁ [4]রহি গেল।
নয়ন কমল পর ভাঙ মদন ধনু
তাহে উমতি মতি ভেল॥
কোটি রমণী তুয়া [5]পদে নিরমঞ্ছিয়ে
তুহুঁ মঝু জীবন রাই।
তোহারি নাম গুণ অবিরত জপি হাম
সদয় হৃদয় তুয়া চাই॥
এত কহি মাধব [6]ছল ছল লোচন
হৃদয় [7]উপরে ধনি রাখি।
চরণ পরশি কহে হাম তুয়া অনুগত
প্রেমদাস [8]তহি সাথী॥১৮ বৈঃ পঃ ৬৯৬

---

নঙ্না ঐবু অতুক রারৌরি করিগী
অহিং মুংথিল খঙ্দে নঙ্বু নত্তনদি ঐনা
কনানা নঙ্বু রাহনবনো॥ধ্রু
থরায় হকচাং ঐগী লেঙ্বা নৈতে ননাক্তগী
অহিং মুংথিল মতম অনিমক্তা॥
নঙ্গী খোইখোয়বী পীশূম্না কামগী লীরুং ওইনা
ঙাওহল্লিদো ঐবু মতম চুপ্পা॥
নূপী কোটি কয়ানা নীংনৈ নখোঙ্ থম্বালত
নঙ্তনা পুন্সীনি রাধে॥
নঙ্তগী নতিক নগুণ শোঞ্জে ঐনা অহিং মুংথিল
চানবীমুনে হে চানবীহৈবী॥
অস্থম হায়না শ্রীকৃষ্ণ মিৎস্না তরঙ্ ঈহৌননা
কোনশিল্লে থম্মোইদা রাধাবু চেৎনা॥
হায়রকই চরণ শোক্না নখা পোল্লি পুন্সী চুপ্পা
* খঙ্দে খঙ্না প্রেমদাসদি॥ ১৯

---

খুৎইদা—১। কহসি, ২। বিনে, ৩। কোন, ৪। চলি, ৫। পায়ে নিরমঞ্ছয়ে, ৬। অবিরল ছল ছল, ৭। উপরি, ৮। নাহি।
* মসি খুৎইগী অর্থনা হেন্না পায়জহনা তৌবনি।

জয় জয় রাধা মাধব প্রেম
নব নব মাধুরী তরঙ্গ।
দুহুঁক [১]নব-প্রেম কো করু অনুভব
যবহুঁ সুরত [২]রসরঙ্গ ॥ধ্রু
[৩]যাকর পরিমল মাতল থাবর
তাহে কিয়ে জঙ্গম লেখি ॥
রাধামোহন [৪]চিত্তে নিতি নিতি জাগয়ে
[৫]জনু ইহ পাথর লেখি ॥১৯

অভিসারানুরাগ-রস ইতি সম্পূর্ণং ॥ ২৫

---

রাধা মাধব প্রেম তিল্লি অঙকপনা
অনৌ অনৌবা শকলোনগী লীলা ॥
খঙ্গনি কনানবু অনিগী লীলাসিবু
তাইবঙ্গী নত্তবা মতৌসিবু ॥ধ্রু
শাৎলিদো মনমনা ভাওহল্লিদো তাইবঙ্
অচৎপা চত্তবা জীব পুম্বা ॥
য়েকলিদো থম্মোই পাংদা রাধামোহনগী লকা
লৈরগনি অম্মুম কাউঙমদনা ॥১৯

অভিসারানুরাগ-রস-কী লৈশক লোমলে ॥২৫

---

বৈঃ পঃ ৯২০— ১। প্রেম-লব, ২। রস কেলি, ৩। মসিগী পরেং অসিগী মথক্তা বৈঃ পঃ-দদি পরেং ১২ থক মরক্তা লৈরি। ৪। পহ-চিতে নিতি জাগই, ৫। জনু উহ পাথর রেখি।

## * নায়ককোরে প্রেম বৈচিত্ত্য রস বর্ণনং

রাগ—পঠমঞ্জরী

গদাধর অঙ্গে পহুঁ অঙ্গ [1]মিলাইয়া।
বৃন্দাবনগুণ গান বিভোর হইয়া॥
ক্ষণে হাসে ক্ষণে কাঁদে বাহ্য নাহি জানে।
রাধা ভাবে আকুল প্রাণ গোকুল পড়ে মনে॥
[2]অনন্ত অনঙ্গ জিনি দেহের বলনি।
কত কোটি চাঁদ কাঁদে হেরি মুখখানি॥
ত্রিভুবন দরবিত এ দোঁহার রসে।
না জানি মুরারি গুপ্ত বঞ্চিত কোন দোষে॥১

বৈঃ পঃ ১৩৭

বরিখত চৈতন্যমেঘে
আমাকে বঞ্চিত কেনে। বিধি আমায়॥
ভকত চাটকগণ প্রেমরস আস্বাদন
জগত ভাসাইল গৌরপ্রেম (প্রেমে ?)॥

---

রাগ—পঠমঞ্জরী

লোয়নহুনা গদাধর গৌরাঙ্গ প্রভুনা।
শকলি বৃন্দাবনগী গুণবু হাইনা হুয়া কপ্পা॥
অমুক নোকই কপই অমুক তাদে মীরোল-মীরি।
ঙাওখিবনা রাধা ভাবতা নীংশিংহুনা গোকুল॥
নীংথিবা শকফমনা ঙমজে কাম কোটি কয়া।
উরুবদা মায়থোং অহু কপলি থানিন কোটি॥
মহী চেল্লি মরোল অহুম অনিগী মতৌদা।
করি ইরাললনো খঙদে লৎনরি মুরারিদি॥১

ফংনরি মঙাল তাইবঙ খোয়া লৎনবিরি ঐবুতদি। নোংদম্বনা॥
ভক্ত খোইমু মপৈ মপৈ চুপ্পরিদো প্রেমগী লৈহী
তাউথোকহল্লি তাইবঙ গৌরপ্রেমনা॥

---

১। হেলাইয়া, ২। অন্তর—খুৎইদা।

চৌঃ ১ দা নায়ক-প্রেমবৈচিত্ত্য হায়না ইরম্মী। নং ৩ নদি মথক্কী অহুম ইরম্মী।

* ময়েংগদবা—মথাগী ঊশৈ পুম্নমক শ্রীরাধাগী প্রেমবৈচিত্ত্যতা ঙাক্কা ওইবনা মাসি নায়ককী ওইনা শকপ্পদা চানদবা থরা লৈ। অহুনা নায়িকাগী ওইনা খুৎই ৩ গী মতুং ইন্দুনা ওহোক্লে।

---

* রস অসি মাইব্যা অতাংঙাউনা শকখি।

আমাকে বঞ্চিত কৈল হে
বিধি হৈয়া কেনে অবিচার।
ওই বিধি যত্ত তপোধন
রস শূণ্য (হয়ে) তার ॥২

[১]শ্যামরু কোরে যতনে ধনি [২]সুতলি
মদন আলসে ছুহুঁ ভোর।
ভুজে ভুজে [৩]বান্ধল নিবিড় আলিঙ্গন
জনু কাঞ্চন মণি জোড় ॥
কোরহি শ্যাম চমকি ধনি বোলত
কবে [৪]মুঝে মিলব কান।
[৫]হৃদয় তাপ তবহুঁ মুঝে মিটব
অমিয়া করব সিনান ॥
সো মুখ মাধুরি [৬]পঙ্কজ না হেরি
[৭]সুঙরি সুঙরি মন ঝুরে।
সো তনু সরস পরশ যব হোয়ব
তবহিঁ মনোরথ পূর ॥

---

লৎনরি করিগী ঐবুতদি
নোংদম হৈতবরা বিধি নঙ্দি।
করি কান্নে নঙ্না বিধি ওইবগী
গৌরপ্রেম রস খঙ্দনদি ॥ ২

য়াতারি রাধিকা শ্যামগী তম্পাক মোনখাঙ্ননা
প্রেমগী ঈথক ঈহৌ লকানুংদা ॥
য়েৎলি উরী সনাগী অশংবা তমাল পাম্বী
ভাল্লি নোংথাঙ্না নোংহৌলক্কা ॥
কৈদৌঙৈদা শ্যাম উন্নগবা নঙ্গা ঐগা
হায়রকই রাধানা ইথং থংনা ॥
চেক্লা নোংগৌবীনি ঙাইজৈ রানা নোংদোন লাইত
কৌজরিনে ঈরীক ইথৌ পোঙ্না ॥
নীংথিজবা চেংলৌ থাবু হেনবা মায়থোং
কাউতমদে থম্মোইনা মত্তম পূম্বা ॥
শোকচরগা নঙ্বু য়েংজরগা চেংলৌ
পেঞ্জগনি ঐনা মছুত্তদা ॥

---

বৈঃ পঃ ৬০২ | ১। শ্যামক—পাঠ, ২। শূতল, ৩। বন্ধন, ৪। মোহে মীল
গোঃ পঃ ২৯৭ | ৫। হৃদয়ক তাপ তবহিঁ মঝু মীটব, ৬। বঙ্ক নেহায়ই,
পঃ কঃ ৭৭৮ পদ | ৭। সোঙরি সোঙরি।

এত কহি সুন্দরি [1]দীর্ঘ নিশ্বাসই
[2]মুরুছিতে হরল গেয়ান।
[3]আকুল রাই শ্যাম পরবোধই
গোবিন্দ দাস পরমাণ ॥ ৩

এত কহি রাই মান মনে উদ্বেগ বাড়িলা।
অতি উৎকণ্ঠিত হয়া বিলাপ করিলা ॥
নব ঘন শ্যাম ওহে প্রাণ
আমি তুমা পাসরিতে নরি।
তুমার বদন শশী অমিয়া মধুর হাসি
[4]তিলে আধ না দেখিলে মরি ॥
তুমার নামের আদি হৃদয়ে লেখিতাম যদি
তবে [5]তুমা দেখিতাম সদাই।
এমন গুণের নিধি হরিয়া লইল বিধি
এবে [6]তুমা দেখিতে না পাই ॥৪

---

অসুম হায়না রাধা হুংশা ফুয়না হোন্না
রাম্থরে শ্যামগী ভম্পাকথক্তা।
লায়কন্নরি রাইবু হুংশাথীনা শ্যামনা
য়েংজে ঙক্না গোবিন্দদাসনা ॥৩

অসুম হায়না রাইনা হেনগৎলকলি কনবা মানগী মৈরি
কপথোরক্লি মমৈদদি হেন্না লাঙ্ঙক্রনা ॥
ফুয়না হোবা নোংহোবু ঙমজবা
থাঙমজদে নঙ্বু মতম 'পুম্বা।
থানিন কোটি হেনবা মায়থোং থম্মোই হুবা খোয়থুম মীনোক
উদনা লৈঙমদে মিৎকুপ অমা ॥
থম্মোই-লকাহুংদা ঐগী য়েকশিলহৌরবদি নমিং
উগদবনিদো মতম 'পুম্বা ॥
শেৎপিখরে ইকাদগী লাপহনখরে মিৎয়েংদগী
বিধি কৌবা লাইনা নোংদম থীনা ॥৪

---

১। দীঘ নিশাসই, ২। মুরছিত, ৩। যতনহিশ্যাম রাই পরবোধই—গোঃ পঃ
৪। তিল ? ৫। তোমায় ? ৬। তোমায় ?

এ সখি আরতি কহনে না জাই।
[1]নেহ আচলে রহুঁ ধৈছন
খোজি ফিরত আনহি [2]ঠাঁই॥ ধ্রু
কাঁহা গেও সো মধু রসিক সুনাগর
মোহে তেজল কথি লাগি॥

অলং। (হা গোবিন্দ প্রাণনাথ মোর
পরাণ বান্ধব দেহি [3]দরশন রে মুরলীবদন।
বাঁকা ত্রিভঙ্গ-রূপ মুরুলী ধারী দেও দরশন॥
হা হা শ্যামল সুন্দর হাহা পীতাম্বরধর)॥

মূল। কাতর হোই মহীতলে লুঠই
[4]মদন মদনে রহুঁ জাগি॥
[5]রাই বিরহ কানু ভেল [6]চমকিত
[7]বদনে বাণী নাহি [8]ফুরে॥
[9]প্রিয় সহচর লেই করে কর বান্ধই
গোবিন্দদাস রহুঁ [10]দূরে॥৫

পঃ কঃ ৭৮৪ পদ

---

মিংকুপ খুদীং হেন্না লাঙ্‌ডক্লরি রাধা।
ফীজিদা লোৎলগা থিবগুম কোয়না
থিরি মপান্দা রাথম্না লাপ্না॥ ধ্রু
লেঙ্‌থ্রবনো কৈদা রাধা থরায় ওইবা
করিগীদমক থাদোকপিবা॥

অলং। হা গোবিন্দ থরায়গী মবুংঙো
উহনবীরোগবা তোল্লবী ননাইদা॥
শাথেক অহুম থেকপা মুরুলী থোনবা॥
ফুয়না নোংহৌঙম্বা সনা ফীগে থোনবা॥

মূল রাবনা হেল্লি হীকথৈ নৈমায়থক্তা
পুঙমদে অরাবা প্রেমগী মৈচাক॥
পুমগুক ওকলি কৃষ্ণ উরবদা রাইগী মতৌ
হায়ফম তৌফম করি খঙ্‌দরি॥
য়েংজৈ নৈনা লাপ্না গোবিন্দ দাসনা
চঙ্‌জৈ সেবা সিদ্ধ দেহনা॥ ৫

---

১। নেহ, ২। ঠাঞি—পাঠ, ৩। দরশন মুরুলী বদন—চৌঃ ২, ৪। পঃ কঃ দা অহানবা 'মদন' অসি যাওদে, ৫। রাইক কানু বিরহে, ৬। চমকিতে, ৭। বয়ানে, ৮। স্ফুর, ৯। প্রিয় সহচরী, ১০। দূর।

সজনী প্রেমক কো [১]কহুঁ বিশেষ।
কানুক কোরে কলাবতী কাতর
কহত কানু পরদেশ॥ ধ্রু
চাঁদক হেরি সুরজ করি ভাখয়ে
দিনহি রজনী করি মান।
বিলপই তাপে তাপায়ত অন্তর
[২]প্রিয় করি রোই করি ভান॥
[৩]কবে আয়ব হরি হরি সঞে পুছই
হসই রোয়ই ক্ষেণে ভোরি।
সো গুণ গাই শ্বাস ক্ষেণে [৪]বাঢ়ই
ক্ষণহি ক্ষণহি তনু মোড়ি॥
বিধুমুখী বদন কানু [৫]যবে মোছল
নিজ পরিচয় কত ভাতি॥
অনুভবি মদন কান্ত কিয়ে কামিনী
বল্লভদাস সুখে মাতি॥ ৬
বৈঃ পঃ ৭০৫, পঃ কঃ ৭৮৩ পদ

বহুঁ ক্ষণে পরিচয় ভেল
বিরহ বেদন দূরে গেল॥ ধ্রু

---

খঙ্গনি কনানা প্রেমগী মতৌ লেপ্পা।
মোনখাঙনরি কৃষ্ণ থিরি কোয়না কৃষ্ণ
শোল্লি চীন্দ লমলানবা কৃষ্ণ॥ ধ্রু
থাবু উরগা হায়রি থুমিং থোকলি
অয়ূক থুংথিনবু অহিংনি লৌরি॥
খাঙলি রানা মৈশা চাকলি থম্মোই লকা
কায়নরবগুম্না থাংগৈশেংনা॥
লাকনি কৈদৌঙৈ হরি হংলি তোয়না শ্রীহরিদা
নোকপগা কপ্পগা তৌনা রাধা॥
শোল্লি হরি গুণবু তোয়না হোন্না স্বর ফুয়না
তরঙ্গদা য়েংনা উপায় লৈতনা॥
তৈথোকপি মিৎম্না ঈরা থেমজিল্লি শ্রীহরিনা
হম্না হন্না তাকলি ঐনি কৃষ্ণ॥
য়েংজবগী পেন্দে অনিমক্কী মতোসে
ঙাওচৎনরি ব-ল্ল-ভ-দাস॥ ৬

রানা মতম চঙনা শক খঙ্হল্লে
কোকখরে অরাবা কায়না মৈচাক॥ ধ্রু

---

১। কহ, ২। বিরহ পিয়ক করি ভান, ৩। কব আওব, ৪। কাঢ়ই, ৫। যব মোঁছল।

দোঁহে দুহুঁ কোরে আগোরি
[1]দেখি সখী প্রেম বিভোরি ॥
অদভুত প্রেম চরিত
[2]হেরইতে চমকিত চিত ॥
কোরহি দেখিতে না পায়
ঐছন না শুনি কোথায় ॥
পুন দোঁহে নিবিড় বিলাস
দুরে গেও বিরহ হুতাশ ॥
[3]গোবিন্দদাস করি আস
এই গুণে আনন্দ ভাষ ॥ ৭
প: ক: ১৯৫ । ৭৭২

জয় জয় রাধা-কৃষ্ণের প্রেম অদভুত।
নিতুই নৌতুন প্রেম অনুরাগ যুত ॥ ৮

নায়িকা-প্রেম-বৈচিত্ত্য রস ইতি সমাপ্তং ॥২৬

---

প্রেমদ লূপ্লে অমুক অনিমক্তা
উজবদা পেঞ্জে সখীশিংনা ॥
অঙকপনি প্রেমগী লীচৎ
হায়ঙমদে কনানা মাগী শাজৎ ॥
তাদরি অমুক্তা অসিগুম্বা
উবা ঙমদবা তম্পাক মক্তা ॥
কোকখিতুনা লোইনা কায়ন মৈশা
লুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউনৈ অমুক ॥
তৌজৈ আশা গোবিন্দ দাসনা
শকচৈ অনিগী লীলা গুণবু । ৭

অঙকপনি রাধা কৃষ্ণগী খঙঙমদবা লীলা
থল্লি নিতি হুমিং খূদীং অনুরাগ-তনা ॥

নায়িকা-প্রেম-বৈচিত্ত্য-রস-কী শৈশক লোমলে ॥২৬

---

১। সহচরি হেরি বিভোরি, ২। লাইন অসিমা খুংই নং ৩ দা য়াওরমদে।
৩। গোবিন্দ দাসক দাস
ইহ গুণ আনন্দ ভাষ।

## * সখী-মুখ-মান-রস বর্ণনং

### রাগ—গুঞ্জরী

কৃষ্ণ বলি [1]গৌর কাঁদে ঘনে ঘনে।
কত সুরধুনী বহে অরুণ [2]নয়ানে॥
সুগন্ধি চন্দন [3]গৌরা নাহি মাখে গায়।
ধুলায়ে ধুসর তনু ভূমে গড়ি যায়॥
মানে মলিন মুখ কিছুই না ভায়।
রজনী দিবস [4]গৌরা জাগিয়া [5]গুণ্ডায়॥
ক্ষণে চমকিত অঙ্গ [6]ধরণে না জায়
[7]মান ভাবে গৌরাচাঁদ বাসুঘোষ গায়॥১

প্রিয় সখী নিকটে যাই কহে দ্রুতগতি
শুন ধনী চতুরিণী রাধে।
চন্দ্রাবলী [8]সঙ্গে কানু রজনী আজু
[9]কাম পুরায়ল সাধে॥১

---

### রাগ—গুঞ্জরী

কপলি শ্রীগৌরাঙ্গ কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্না।
মন্দাকিণী ঈচেল কয়া চেন্থরি মিৎস্নাদা॥
থাদোকখরে লৈতেং 'পুম্বা চন্দন চন্না থিনবা
উকুননা লৈতেংনৈ গৌর ওন্দুনা লৈমায়দা॥
লাংশিল্লি মায়থোং থাজ রাসু লানসু ঙাঙ্‌দ
তুম্বা-হীপ্পা চাবা থকপা থাদোকখরে ঙন্না॥
থংপেক থংপেক থংলি য়েংউ অসে হায়ক্ষম তোকম খঙ্‌দে
শকচরি বাসুঘোষনা মানগী মতৌ লেপ্পা॥১

ফিংনা তমলৈ সখিনা হোবে হোবে লাক্কুনা
তারিবরা হৈশিংজবী রাধে।
ঙসিগী অহিংদি লেনখরে মহাক্তি
লৈতা না চন্দ্রা-কুঞ্জদা॥১

---

বৈঃ পঃ ৫০৪, পঃ কঃ ৫৪০ পদ— ১। গোরা, ২। নয়নে, ৩। গোরা, ৪। গোরা, ৫। ধরব, ৬। মন ভাব গোরাচাঁদের।

বৈঃ পঃ ৫০৫, পকঃ ৫৪০ পদ—৮। সঙ্গে, ৯। কামে।

* রস অসি কোনসবা চূড়াসিংহনা শকখি।

ঐছন শুনইতে বাত।
অরুণিত লোচন গর গর অন্তর
রোখে পুরল সব গাত। ধ্রু
আপনক কামে কামি যেই কামিনী
রসিক মরম নাহি জান।
সো মঝু বিদগধ নাহক বলে ছলে
কতনা কয়ল অপমান॥
চঞ্চল মনহি থীর নাহি হোয়ত
কামে লুবধ চিত কান।
ঐছন নাহক বদন না হেরব
উদ্ধবদাস পরমাণ॥ ২

অবনত বয়নী ধরণী নখ লেখি
সো কহে শ্যামনাম তাহে নাহি পেঁখি॥
অরুণ বসন পরি বিগলিত কেশ
আভরণ ভেজল ঝাঁপল বেশ॥

---

তাবদা পাউদমসি রাধা।
নীকখরে শাউবনা মিৎস্না থম্বাল ভাঙ্না
মুংসু-পানসু মৈশা লাংনা॥ধ্রু
অপাম মিহৌ-লাংদা হন্না-তুনা য়েংদ
করম্বা নূপীনো ইকাই-খঙ্দ॥
নমজা হাজাননা পুখিবা ফাহ্না
মরাল লৈত্তনা মিংচৎ থীহনবা।
কয়াগী মত্তিক উশীত্তরিবা॥
তয়াং তশোম্নগনবা হালেংবা লৈতবা
হকমল্লি মহাকসু লৌনম তৌবা।
য়েংলরোইদবনি অমুক হন্না ঐদি
সাক্ষী ওইরি উদ্ধবদাসনা॥ ২

লৈই চিংলি লৈমায়দা মায়থোং লৈদা লূক্কুনা
শ্যাম-নাম্ শোনবা মৌদো য়েংদে রাইনা মাবু।
হীকথরি অমুবা শমুন চাইনা নমখাঙ্থক্কা
থূমলি লৈমায় পিরাংনা চোৎলি খাঙ্জেৎ শাড়ি॥

নিরস অরুণ কমলবর বয়নী
* নয়নক লোরে বহি যাওত ধরণী ॥ ৩
পঃ কঃ ৫৪২ পদ

আয়ারে দেখ সখি অপরূপ রাইক বিলাস।
কাল কেশ কালী বেশ না রাখিল এক লেশ
শ্যামা সখী দূরেতে নিবাস ॥ধ্রু
তরুণ তমাল গায় চুনে লেপায়ল তায়
পঞ্জর শারিকা ছোড়ি দিল।
সুনীল গগণ হেরি চন্দ্রাতপ সাজ করি
কুচ-মুখ চন্দন ঝাঁপিল ॥
চিবুকে মধুপ শ্যাম দেখি কৃষ্ণ মনোরম
তৃণ অগ্রে চন্দন লাগই।
ঐছন কঠিন চিত্ত না দেখিয়ে ত্রিজগত
ক্ষণে ক্ষণে বিরস বাঢ়াই ॥
সুমেরু সমান মান ভয় লাগে মোর মন
মানলু সো রস ভঙ্গ।
রাধামোহন কহ এই বিপরীত নহ
নব নব পিরিতি প্রসঙ্গ ॥৪

মকশিল্লবী মায়থোং শাৎঙমদবী রাকচীং-থম্বাল
শিম্বৈ উনগী লীক্লা মুক্তা মতুম ঈমায়থক্তা ॥৩

য়েংউ সখি মতৌ অসে অঙকপা রাইগী লীলা অসে ॥
অমুবা শম্লাং অমুবা ফিজেৎ লৈখিদরে অমা ফাওবা
চেনখরে থাপ্না শ্যামা সখীসু ॥
অশংবা তমালগী পাম্বী তৈশিনখরে লোইনা শুনু
থাদোকখরে পোনগী তেনরাসু ॥
থক্তা খাল্লি অঙৌবা থাকন্ নোংমদোনথক উদনবা
চন্দন চাইখরে তিংগোই থক্তসু ॥
অমুবা মায়থোং-শম্বু মান্নবা কৃষ্ণগী কুচু
তৈশিল্লি চন্দন অঙৌবা মচু ॥
থম্মোই কনবী মহাকুম্বী উদ্রে কনা তাইবঙ্পান্দা
হেনগৎলকলি অসুম মিৎকুপ খুদীং ॥
কিরে ঐগী পুক্নীং অসে চীংজাউ শকপা অশাউবসে
প্রেমগী লীলা লোইরেদোসে।
রাধামোহননা হায়জে নত্তে মসি থৌওঙ্ অতৈ
হৌনবনি অসুম প্রেমগী শাজৎ ॥৪

---

* পঃ কঃ দদি মসিগী মথাদা পদ অনিথক হেন্না লৈরি।

ঐছন সময়ে আওল বন-দেবী
কহয়ে চলহ ধনি ভানুক সেবি॥
অবনত বয়নে উত্তর নাহি দেল
বিদ্যাপতি তহি সো চলি গেল।৫

মাধব অপরূপ পেখলু রামা।
মানিনি মানে অবনিপর লেখই
নয়নে না হেরই শ্যামা॥
শুনইতে বিদগধ নাগর শেখর
আকুল গদ গদ বোল।
কি করব দৈবে রজনী হাম বঞ্চলু
ভাবহি হৃদয়ে মঝু দোল॥
হামারি শপতি তোহে শুন শুন সহচরি
তুরিত গমন করু তাই।
বহুঁত যতন করি তাহে মানায়বি
যৈছে সদয় হোয়ে রাই॥
শপতি বচনে সোই কছু নহি বোলল
[1]আওল মানিনি পাশা।

---

তাঙ্গা অসিমক্তা য়োরকলে বন-দেবী
হায়ররি চৎলসি রাধে সূর্য্য পূজা থেংলে॥
হনগৎলক্তে মায়থোং পীরক্তে অতৈ পাউথুম
খঙ্‌হুনা কাম্নরোই চৎলে বিদ্যাপতি॥৫

ওইহোরে মতৌ অমা ঐখোয়(গী) ইবেম্মদো॥
হেনখিবনা শাউবা চিংহোরি লৈই লৈমায়দা
হন্না য়েংদনা মচু অমুবা॥
তাবদা সখীগী পাউদম থেংলি কিবনা শ্যাম
থরায় রানা হায়রকই নোম্না॥
লাইগী নোংদমখোন্না লঙ্‌জরুরে অহিং চুপ্পা
তপথফম খঙ্‌দনা পুক্নীং 'সিদা॥
রাশকলি নঙোন্দা ঐনা লান্দে ঐদি অতুকহান্না
পুবীয়ু ঐবু মাগী মনাক্তা॥
হায়জরুরে লাল্লে খঙ্‌না পেনবিনবা মানা
মাঙ্‌লে ঐদি রাধা নত্তনদি॥
তাবদা সখীনা রাশক মথা তাদে রাহৈ মথাক
লাকমিন্নরে নাক্তা রাধাগী॥

---

১। আরদি—খুৎই।

হেরইতে রাই বিমুখ ভই বৈঠল
কহতহিঁ গোবিন্দ দাসা ॥ ৬ বৈঃ পঃ ৬৭১

তুহারি বিরহ বেদনে বাউর [১]সুন্দর মোর।
খেণে অচেতন খেণে সচেতন
খেণে নাম ধরু তোর ॥১

রামাহে তো বড়ি কঠিন দেহ।
গুণ অপগুণ না বুঝি তেজলি
জগত দুলহ নেহ ॥ ধ্রু
তুহারি কাহিনী কহিতে জাগলি
শুনই দেখলি তোর ॥
এ ঘর বাহিরে ধৈরজ নাধরে
পথ নিরখই রোয় ॥
কত পরবোধি না মানে রহসি
না করে ভোজন পান ॥
কাঠ মুরতি ঐছন আছয়ে
কবি বিদ্যাপতি ভাণ ॥৭

পঃ কঃ ৫৩০ পদ

---

উরবদা রাইনা ফমথরে মায় ওস্মোক্তুনা
কল্লক পেঞ্জে গোবিন্দদাস। ৬

কায়ন-মৈশা লাংবনা নঙ্গী ঙাওচৎনরে মাধব ঐশী।
রাম্বে অমুক ঙাইহাক অমুক্সা জ্ঞান তারি
শোল্লি অমুক রাধা রাধা ॥১

হুংহন্নৈ করিগী থম্মোই পান্দবীগুম।
থাদোকলি লায়না পঙ্জবমক্তনা
ফংঙমদবা তাইবঙ্পান্না ॥
শকপতদা নগুণ তুমদে অহিং চুপ্পা
উরি নঙ্বু তুমলে তুমনা ॥
লৈঙমদে ইমুংদা লৈতাদে পুক্নীংদা
নঙ্গী লম্বী য়েংবতদা ॥
থেম্বা নোবা কয়া হাপ্তে মনাকোঙ্দা
থাদোকখরে চাবা থকপা ॥
উগী মুত্তিগুম্মা লৈহৌরি লেপ্তুনা
শৈরেংজরি বিদ্যাপতি ॥৭

তু বিনু সুখময় শেজ তেজল
নিন্দই চন্দন চন্দ।
শুতল ভূতল ফুয়ল কুন্তল
কাম চামর বন্ধ॥
তেজ দারুণ মান মানিনি
নাহ গাহক তোরি।
তুহুঁ সে মরকত মুরতি মানহ
কাঁচ কাঞ্চন গোরি॥
নীল উতপল— দাম শামর
ধাম ঝামর দেহ।
কুসুমশর যব বরিখে ঝর ঝর
নয়ন শাঙন মেহ॥
বিরহ মোচন এ তুয়া লোচন-
কোণে হেরবি কান।
রায় চম্পতি বচন মানহ
দাস গোবিন্দ ভাণ॥৮

পঃ কঃ ৫৪৫ পদ, পঃ সঃ ১৯০, বৈঃ পঃ ৬২৮

---

চেপ্তুরে শয্যা থক্তা কায়ন-মৈনা চাক্লা
খোইরাংই থানিন-চন্দনবু॥
য়াহীপ্‌ই লৈমায়দা চোইজাইনরি শমজোই
থিংলি চামর থৌগন॥
তমথীবা অশাউবা থাদোকউ শাউরঙ্‌বী
লৌশিনবীয়ু নবুংঙোবু॥
কোনশিল্লু মহাকপু অশংবা মণিবু
ওইনৌ সনাথক্তী তক্ফা॥
শিজিঞ্জৌ নঙক্তা লৈতেংজৌ নশাবু
থম্বাল অশংবগী পরেং॥
পানগনি লৈগী তেননা শিম্বগনি অমৃত
মিৎয়েং-ইঙেন-নোংজু ওইনা॥
থাদোকউ মুংনাঙ্‌বা য়েংজৌ নমিৎ পেম্না
লাঙ্‌তক্তবা মাগী মতৌ॥
রায় চম্পতিনা হংগৎচৈ তাবীয়ু
দাস গোবিন্দ য়াওনা॥৮

শ্লোকঃ

তব চঞ্চল-মতিরয়মঘ হন্তা।
অহমুত্তম-ধৃতি-দিগ্ধ দিগন্তা ॥ ধ্রু
দূতি বিদূরয় কোমল কথনম্।
পুনরভিধাস্যে নহি মধু-মথনম্॥
শঠ চরিতোঽয়ং তব বনমালী।
মৃদুহৃদয়াহং নিজ-কুলপালী॥
তব হরিরেষ নিরঙ্কুশ নর্ম্মা।
অহমনুবন্ধ-সনাতন-ধর্ম্মা॥ ৯

পঃ কঃ ৫৪৭, বৈঃ পঃ ১৮০

রাইক ঐছন অরুণ ভাষ
শুনি সখী আওল কানুক পাশ ॥ ধ্রু
কহইতে সকল সম্বাদ
গদ গদ কহইতে করই বিষাদ ॥
শুন ওহে নাগর চতুরবিধেশ
ভিন্ন দেশে ভিন্ন বেশে করিয়া প্রবেশ ॥
বিপরীত চরিত করহ সোই ঠাম
অব হামু মানলু পুরবি তুয়া কাম ॥

---

শ্লোক

অঘাসুর হাৎপা নবু ঙোনি তৌঙমদবা।
মায়কৈ শীন্না ফাওরি পূক্লাং লেঙ্দবী ঐনি ॥ধ্রু
তাজনীংদে মীরৈহৎতো তাম্মোকখোনে লাগা
কৌন-ঙাঙ্ননীংদে য়েংজনীংদে মশক ॥
লমচৎ নাইদবনি নঙ্গী নবুংঙোদি
থম্মোই শোনবী ঐনি শাগৈগীসু মৌনি ॥
মথোঙ্ হুক্তবনি নঙ্গী হরিহুদি
ধর্ম্ম থাজবীনি লাইনীং চেৎপী ঐনি ॥৯

তাবদা মবেম্মা আশাউবা রাঙাঙ্।
লাক্লে সখী থীন্দনা কৃষ্ণগী নাক্তা ॥ধ্রু
তমজরকই চীথদনা লোইনা
থরায় রানা মবুংঙোদা থাকচবা লৈতনা ॥
তাবিয়ুনে নাগর হৈশিংবনি নঙ্দি
মফম মতম তাঙ্গা থঙ্না শকলোন লৌঙম্বনি॥
ওন্ন-তৈন-শকলোন্না য়োথরো থীন্নদনা
মহৈ য়ানগনি লেপ্পা থুংগনি নীংবা 'পুম্বা ॥

শুনিয়া নাগর কহে এই কথা সার
এত বোলি চুড়া ধড়া ভূষণ উত্তার ॥
শ্যাম নাগরী বেশ তুরিতে সাজায়
নাগর নাগরী-বেশ এ গোপাল গায় ॥ ১০

শ্যাম সাজিছে নাগরী বেশ ॥
মাথার উপরে সিঁথে মুঙার
বেণী বিরচিত কেশ ॥
মণি কঙ্কণ ভুজে সাজল
কটিতে কিঙ্কিণী সাজে ॥
চরণ কমল যাবক রঞ্জন
তাপর রঞ্জিত রাজে ॥
কাচুলি মাঝহি কদম্ব ফুল
আরম্ভ কুচক আভা ॥
অরুণ অম্বর শাড়ি পরিহল
বক্র বিলোকন শোভা ॥ ১১

ওই শ্যাম নাগর শ্যাম-নাগরী হৈলে গো
দেখি বৃন্দাদেবী কহে রূপ হেরি ভুলে গো ॥

---

হায়রকই তাহুনা শ্যামনা চুন্মী নঙ্না হায়বা
লোথোরক্লে ধড়া-চূড়া ফিজেৎ লৈতেং 'পুম্বা ॥
হোংলে নাগরি বেশ ফজে কয়া থোইনা
কৃষ্ণগী নাগরি বেশ শকচৈ গোপালদাস ॥১০

থোল্লি নাগর নাগরী বেশ ।
লরাই সিংগ্রেঙ্ থায়রে চাইরে সিন্দুর
লোনশিল্লে বেণী শম্লাংদা ॥
খুজেংগী লৈতেং মণিগী খুজি
খাঙ্দ-থীংলি কিঙ্কিণীনা ॥
চরণদা লৈত্তেংলি হেম্না নীংথিজরি
অঙাঙ্বদা অঙাঙ্বনা ॥
মহুংদা থাখুম ফুমলি কেলি কদম
ঈরং লংলি মঙান ফাওনা ॥
খাঙ্দা কোয়না শেৎলি কাংচেপ মচু শাড়ি
য়েংলি মিৎয়েং থোয়খোয় ত্তোনা ॥১১

শংবা-ম্ন-বা কুচু ওইরে শংবা-ম্ন-বী
হায়রকই বৃন্দানা ঙকলে হেম্না থোইনা ॥

নয়ান ভুলে বাকা ত্রিভঙ্গী কুথা লুকাইলে
চূড়া ধড়া মুহোন বাঁশী কুথা ছাড়ি দিলে ॥১২

হায় হায় হত বিধি কিবা ঘটাইল।
মদন মোহন রূপ কিবা সে হৈল ॥ ধ্রু
বাম করে শোভা করে যে হেন মুরুলী
রাই প্রেমাধিন হয়া কেনে বা তেজলি ॥
বৃন্দা বচন শুনি কহে শ্যাম রায়
নিকরুণ বিধি মোরে ঐছে ঘটায় ॥
আকর্ষিণী সম্মোহিনী আনন্দিনী নাম
এই তিন শক্তি মোরে পূর্ণ করে কাম ॥১৩

শয়নে বংশী সপনে বংশী
ভোজনে বংশী চলনে বংশী ॥
বংশিকা কামনা সিদ্ধি
আমার অমূল্য নিধি ॥
হ্লাদিনী স্বরূপা রাধা
তার মন আকর্ষিতে সাধা ॥

---

লোৎপিখরে কৈদা শাথেক অহুমহুদে
ধড়া-চূড়া মুরুলীনা থাদোক্লমলে কৈদা ॥১২

তৌঙমদবা বিধি কৌবা ঙকইদকো নঙসে
শেম্বনো কমদোনা ঙসি অসিগুম্বা শকৃসে ॥ধ্রু
লীলা-সহায়-ওইবা বাঁশী কৈদা লোৎখ্রে ঙসি
কনখিবনা রাইগী প্রেমনা থাদোক্লমলি লায়না ॥
হায়রকই তাবদা শ্যামনা বৃন্দা মায়থোং য়েংনা
লাইবক্লনি কমদোগনি ইরা-নংগীনি ॥
আকর্ষিণী সম্মোহিনী আনন্দিনী কৌবী
থুংজে নীংবা 'পূম্বা ঐনা শক্তি অহুমসিনা ॥১৩

তুম্বদ বাঁশী মঙলান্দ বাঁশী
চাবদ বাঁশী চৎপদ বাঁশী।
সিদ্ধিনি বাঁশীনা ঐগী
ইচাক ইরল 'পূম্বা মানি ॥
ঙম্মী চিংবা বাঁশীত্তনা
হ্লাদিনী শক্তি রাইবু লায়না

ধ্বনি শুনি মাতা পিতা আনন্দ বাঢ়ায়
[1]ঐছেন মুরুলী মোর নাহি দায় ॥
রাই যদি মঝু মুখ নাহিক সন্ধান
সবহুঁ বিফল মোর কি কাজ জীবন ॥
রাই যদি মান ছাড়ে সফল অমার
নিশ্চয় ভুলিবে জানি এ দাস কিশোর ॥১৪

পুন কহে বৃন্দাসখী মধুর বচন
নাগরীর বেশ এবে হইল শোভন ॥ধ্রু
কিরূপে যাইবে দেখি পদের চালন
তাহা শুনি শ্যামরায় করিয়া যতন ॥
অঙ্গ ভঙ্গি করি চলে [2]দান্য পদ তুলি
তাহা দেখি বৃন্দাসখী কহে করতালি ॥
নারীর স্বভাব নহে এ গতি চলন
বাম পদ আগুসারি করহ গমন ॥
বৃন্দার বচন শুনি তবে শ্যামরায়
বাম পদ বামস্বর আগে করি যায় ॥১৫

---

নুংঙাইহল্লি বাঁশীতনা ইমা ইপা অনি
খোমজৈ ষণবী·ষন্নাউ 'পুম্বা শনগারমদাইদা ॥
য়েংবীথিত্রবা ঐবু শাউত্নুনা রাধানা
থরায়·হকচাং ঈচাক-ইরল অরেঙ্খনি 'পুম্বা ॥
শাউবা ফরগত্তা মানা হিংজগনি ঐনা
কি-শো-র-দা-স-না হায়জৈ পাল্লগনি শোৱরোই ॥১

হায়জৈ অমুক মোমোন নোক্বা শ্রীবৃন্দাদেবীনা
পুক্নীং হুরে ফিজেৎসিদি নাগরিমক ওইনা ॥ধ্রু
কমদোবা শাজৎতি য়েংসি লেঙ্‌উদো অমুক্তা
ফিবম শেমলে পরীক্ষাগী হরি বৃন্দা মাঙ্‌দ ॥
হৌরে চৎপা কেনা মোংনা য়েৎকী খোঙ না হান্না
নোকলি বৃন্দা থূবাক-থূনা লাল্লে লাল্লে হায়না ॥
অত্নুম্নদি চৎনদে থক নত্তে নূপী শাজৎ
ওয়গী খোঙ্‌না হান্না থানা লমজিংবীয়ু মাঙ্‌দা ॥
থাংলক্লে স্বরদা ওয়গী ওয়গী খোঙ না হান্না
য়েংজৈ পেন্নাবৃন্দা-সখী প্রেমগী ঈরা হৌনা ॥১৫

---

১। ঐছন। ২। ডাইন।

লীলা পদ্ম হাতে ধরি   বাম পদ আগুসারি
তুরিত হি করল পয়ান।
তুমার এ রূপ দেখি   ভুলিবেক বিধুমুখী
তিরপিত হবে তুনয়ান। ১৬

ওয়ে নব নাগরী বেশ ধরি তোয়ে হরি।
কঞ্জু নয়ন   মঞ্জু বদন
নর নারী দেখি চমৎকার।
পদের নুপুর   ধ্বনির মধুর
রুণু ঝুনু রুণু ঝুনু ঝঙ্কার॥
লীলা কমল   হাতে বিমল
ঘুরিয়া ঘুরিয়া ঘোষের পথে।
যারে দেখিল   তারে ভুলিল
চলিতে না পারে সেই পথে॥১৭

কাহ্নু উপেক্ষি   রাই মহি লেখই
[1]কামিনী অবনত মাথ।
নিরুপম নারী   বেশধরি সো হরি
[2]আওলি সহচরী সাথ॥১৮

---

ওয় ওইনবী শাথেক শাওঙ্   য়েংশিন্নদ য়েংবী মিৎয়েং
কাইদ কাইদ চীংনলেপ্পী শাজৎ॥
ভম্নরোং শঙ্বা রাধানা   শুরুগনি মাবু লায়না
পেল্লমগনি রাধা উজবদা॥১৬

মনি নুপুরনা   খীঙ্লি খোঙ্থাং খুদীং
তুংশিবা খোম্থোক্তা রুণু ঝুনু।
খুত্তা পায়বা থম্বাল   শান্নে হাইনা হুন্না
চৎলি নায়তোন ব্রজ লম্বীদা॥
য়েংনৈ লেপ্পা কোইনা   অচৎ অওকশিংনা
কুম্মে ওইনৈ কাউনৈ মথৌ মশিন॥১৭

নৈমায়-মিৎয়েং থম   খুজীয়া নৈহ-চিং
শাউবনা হেল্লমলিনে রাধা।
নাগরী ওইহুনা   নুপীমরু। ওরু।
চঙ্লক্লি শ্রীহরি সখীগা॥১৮

---

বৈঃ পঃ ৬৭২—১। মানিনি, ২। আওল সহচরি।

[1]শুন সজনি কি ফল [2]কামিনি মান।
[3]টিট কানাই, কত ভঙ্গিমা জানত
কো করু কত অবধান ॥ধ্রু
[4]শ্যাম হেরি, সখীক রাই পুছত
সো কহ ব্রজ নব-রামা ॥

অলং। (কুথা হৈতে আসিয়াছ
কি কারণে আসি
বাস কুথা আছ
হেদে রামা কহ কহ ॥
সখী কহে পিতা নন্দরাম
মাতা যশোদিনী।
মথুরা নগর হৈতে আসিয়াছে
বহুদিনে নিজসখী আশা করে ॥)

মুল। তুয়া সখী [5]হৈতে যতনে চলি [6]যাওত
কোরে করহ ইহ শ্যামা ॥

---

কান্নগনি করিবু শাউরুবগী রাধে।
কোন তৌবা কান্থ খঙনি কনানবু
কঁদাইদা করি তৌবা মানা ॥
হংই রাইনা কনানো নাগরি'সিদি
ব্রজ লৈশাবীনি খুম্মী সখী ॥

অলং। কদাইদগী লাকপনো
করিগীদমকনো
নয়ুম-নশাই কৈদনো
হায়য়ুগবা ঐঙোন্দা ॥
কৌই ইপানা নন্দরাম
ইমানা যশোদিনী ॥
লাকচবনি ঐহাকসে মথুরাদগী
মতম কুইরে খৌরাংজবা ননাই ওইবা ॥

মুল। লাকচৈ মানা রানা পামজহুনা সখি ওইবা
লৌশিনবীয়ু কোনশিনবীহুনা ॥

---

১। মানিনি, ২ টীট কানাই কতয়ে ভঙ্গি জানত, ৩। অবধানে, ৪। শ্যামরি হেরি সখিক, ৫। হোত, ৬। আওল।

য়েংগদবা—অলং অসি পদাবলী ছাপাদা লৈতে, থুংই অতৈনহু রাওযে।

করইতে কোরে [1]পরশে ধনী জানল
কাহ্নক কপট [2]বিলাস ॥
নাসা পরশি হাসি দিঠি কুঞ্চিত
হেরত [3]গোবিন্দ দাস ॥১৯

সখীমুখ-মান-রস ইতি সমাপ্তং ॥২৭

---

খঙ্‌লক্রে খূদক্কা কোল্লুবদা মশা শোক্কা
মতাংনি হায়বা তাং তৌবগী ॥
শিরে নোক্বিঙ্‌বনা খাঙ্‌লি রানা চীন খুমছুনা
য়েংনা য়েংনা গোবিন্দদাস ॥১৯

সখীমুখ-মান-রস-কী শৈশক লোমলে ॥২৭

---

১। পরশ সঞে জানল, ২। বিলাসা, ৩। গোবিন্দ দাসা।

## * বাক্যস্খলন-মান-রস বর্ণনং

### রাগ—বিভাষ

অপরূপ আজু গৌর দ্বিজরাজ
বসিয়াছে নিরজনে ভকত সমাজ ॥
যবে কুঞ্জে রাই কাহ্নু বসি সখী সঙ্গে
নিগূঢ় প্রেমেরি কথা করিল প্রসঙ্গে ॥
খলন হইয়া শ্যাম চন্দ্রাবলী কয়
তাহা শুনি সুনাগরী মান উপজয় ॥
সেই ভাবে গৌরাচাঁদ বিরস বদন
কহিতে লাগিলা কিছু বিনয় বচন ॥

শুন শুন এ সখি অকাজ পিরীতি
কেমনে ধরিব প্রাণ সুনাগর রীতি ॥
কি শুনিল মোর কানে একি বজ্রাঘাত
হরি হরি বোলি গৌরা কর্ণ কাঁপে হাত।
ব্রজের কিশোরী ভাব বাঢ়ি গৌররায়
ঐছন গৌরাঙ্গ ভাব বাসুঘোষ গায় ॥১

---

### রাগ—বিভাষ

অঙকপনি য়েংউ গৌরাঙ্গগী লীলা
ফমলি চৌক্লা অচৌকপাদা ভক্তশিং লোয়ননা ॥
রাধা-কৃষ্ণ অনিমনা কুঞ্জংদা নোংমা
লৈখি প্রেমগী ৱারী শানা সখিশিং লোয়ননা ॥
হায়দোকখি শোয়দুনা শ্যামনা চন্দ্রাবলী হায়না
শাউখি রাধা তারুবদা লৈখি ওইনদুনা ॥
মায়থোং লাংশিনখরে গৌর নীংশিংদুনা মহু
থোংনা মেঙ্‌বা ৱাহৈতনা কোঙ্‌লকই রসহু ॥

কাৱৈ করি পিরীতিনা তারেদনা ইতা
থাওঙমদরে থরায়সিনা হিংগনি করম্না ॥
ওইরি পাংথক নোংমৈ শীংজঙ্‌ খায়ররে লকাহুং
থাঙ্‌লি গৌর নাকোঙ্‌ মেন্না হরি হরি শোন্না ॥
রাধাগী মতৌমক ওইনা গৌরাঙ্গনা ৱানা
শৈহেকচৈ বাসুঘোষনা প্রেমগী ঈৱা হৌনা ॥১

---

* রস অসি ঠাং মাণিকনা শকখি।

রাই কাহ্নু বসিয়াছে রহিয়া এক ঠাম
পরসঙ্গে কহে কাহ্নু চন্দ্রাবলী নাম ॥
শুনিয়া রাধিকা মান হয় ক্রোধ-ময়
বিপক্ষের নাম শ্যাম মোর আগে কয় ॥
রাইর মানিনী দেখি বিদ-গদ রায়
কহিতে লাগিলা কিছু কাতর হইয়া ॥
চন্দ্রাবলীর মুখ তুহারি তুলনা
উলটি বুঝিয়া তুহুঁ কহ অন্যজনা ॥
মানিনী নাহুনে কথা আপনার রোষে
এতহু মিনতি কহে এ উদ্ধব দাসে ॥২

[1]তব শ্যাম নাগর [2]ক্ষেম ক্ষেম কহি
[3]বাহু ধরল ধাই।
কত সাধয়ে মধুর [4]ভাখি
ভই সজল যুগল [5]আঁখি।
[6]কহ শুনিতে হামারি জুড়াক শ্রবণ
অমিয়া বচন [7]মাখি ॥

---

নোংমা হুমিৎ রারীশানা ফম্লম্মী রাধাকানু
চীঙ্লাং থরাং শোনখি শ্যামনা চন্দ্রাবলী হায়না ॥
তাবদা খুদক্তা শাউখি রাধা থোইনা হেন্না
মমিং পনবা য়েক্লবগী ইমাঙ্ মক্ত ঐগী ॥
উবদা রাধাগী মতৌ পাইরক হৈব-নিংথৌ
হায়রকই থেমত্নুনা নোনা রাহৈ লৈখত্নুনা ॥
চন্দ্রাবলী—থাগী মকোয় হেল্লিদো নহাক্না
লৌরি নঙ্না শেরান্নমা অতোপ্প-ম ওইনা ॥
শাউবনা হেল্লবী রাধা লৈথি লৈথোক্লুনা
উদ্ধবদাসনা চঙ্জৈ কয়া থোক্না নোঙ্গৈ ॥২

খুৎলৈ থুনা শ্যামনা রাইগী পান্বোম পায়না
হায়জরকই ঙাকপিয়ু ॥
নীংথিবা রাহৈ নোঙবা মতৌ
মিৎস্না ঈরা হৌ চিংনা য়েংনা চেংলৌ ॥
ঈরীক হুংশি রাঙাঙ্ মুৎথিনবা পম্বাঙ্
কোকচনবা থম্মোই মৈশা ॥

---

খুৎইদা—১। 'তব' রাওদে, ২। ক্ষেম ক্ষেম ধনীরাই, ৩। বাহে শ্যাম ধরল ধাই, ৪। ভাখি, ৫। আখি, ৬। কত, ৭। বাচা।

[1]তুয়া চন্দ্রনিচয় মুখ
হেরি হোয়ত [2]বহু সুখ।
তুহুঁ উলটি বুঝিয়া রোখে ভরলি
পাওলি বহুত দুখ॥
ধনি [3]বুঝিয়া বচন ছন্দ
[4]তব লাজে ভৈগেল ধন্দ।
[5]পুন ধৈরজ ধরিয়া অবনত মুখে
কহয়ে মধুর মন্দ॥
তব সরমে ভরমে ভোর
শ্যাম রাই কয়ল কোর।
[6]হেরি উদ্ধবদাস হৃদয় আনন্দ
[7]যৈছন চাঁদ চকোর॥৩ বৈঃ পঃ ৫০৮

[8]ধনী ধনী নাগর কোর
[9]কোর বিলসই রাই সুখের নাহি ওর

থানিন কোটি হেনবী মায়থোং
ঙালহল্লু অমম্বা থম্মোই।
নাপ সেন্দা নখিত্নুনা হেনবদো শাউরনা
চূরেদো মত্নুনা মৈত্নম॥
তাবদা খোয়থুম রাইদো
ইকাইরে মথন শ্রীরাধাদো
ইকাইবনা অত্নুমক্ত য়েংই লৈথা তম্মা
নোনা খোয়রুম মোমোন তোনা।
তাঙ্গা ফংলে শ্যাম থোনা ফাওরে পূর্ণীং
প্রেমালিঙ্গন তৌরে চেৎনা।
ফংজরে নোংইন পূর্ণিমা থানিন
পেঙ্গে উ-দ্ধ-ব দা-স-না॥৩

নূপৈ প্রেমগী ইরৈনুংদা॥
নাগর নাগরি অনি পাম্দম লৈতে নুংঙাইবগী

---

১। রাই তুয়া, ২। বহুত, ৩। শুনিয়া, ৪। এ তব লাজে, ৫। তব ধৈরজ, ৬। 'হেরি' য়াওদে। ৭। যৈছন দুহুঁ চকোর চাঁদ॥
বৈঃ পঃ ৪৫৭, গৌঃ পঃ তঃ ১৪৭— ঐদৈ অসি 'রায়রামদাস' কীনি। ময়েক থরা খেয়ে
৮। ধনী নাগরকোর ধনী নাগরকোর, ৯। 'কোর' ছাপাদা লৈতে,

[1]ধনী ধনী রঙ্গিণী রাই
হরি বিলসই [2]কত সুখে অবগাই ॥

কুটিল [3]কটাক্ষ লাখশরে জর জর
করত অধর মধু পান ॥
*মালতি ছোড়ি ভ্রমরা কাহা [4]যায়ব
কহত কলানিধি কান ॥
মনসিজ তরজনে কিঙ্কিণী গরজনে
হার সঞে টুটল মান ॥
কহে হরি বল্লভ পরিরম্ভণ মণি
করত পরস্পর দান ॥ ৪

জয় রাধাগোবিন্দ করুণামৃত রাশি
কৃপা করি দেহ মোরে নিজপদ দাসি ॥
হাহা বৃন্দাবনেশ্বরী বয়গুণ রূপা
সৌভাগ্য-কেলি-করুণা জলধি রূপা ॥
করুণা করহ কৃষ্ণ এই আশা করি
কৃষ্ণদাস আশা পূর্ণ কর হেম গৌরি ॥৫

বাক্যস্খলন-মান-রস ইতি সমাপ্তং ॥২৮

শান্নে লীলা অসিগুম্না
নিতি শুমিৎ খূদীং নৌনা হোংনা হোংনা কয়াথোক্লা ॥
খোইখোয়বী মিৎচি তেম্না লাকহৎখরে নাগর
চীনবান-লৈহী-থকলে খাঙওমদনা ॥
কায়দোংগনি-কৈদা-খোইমু মালতী নত্তনা
ঙংলকই খোইমু ককঙাওননা ॥
লাকঙম-ফাঙমদব-পূরাং হুংশিবা কিঙ্কিণী খোঞ্জেল
তংলে মানসু লৈগা লোয়ননা ॥
চেৎনা থাগোম্নজে পেন্নে মহৈ মহৈ
হরিবল্লভ মনাইনা শকচৈ ॥৪

শ্রীরাধাগোবিন্দ-চরণ থৌজানগী অমৃত হোঁফম
কৃপা ঈরীক নীজে খজীক পামজে পান্বে ঈরীক্‌ ॥
মক্তু্বা র-স-গী হৌফম প্রেমগী ইহৌফম
থৌজানগী সমুদ্র ওইবী বৃন্দাবনেশ্বরী ॥
চঙজে কৃষ্ণদাস-না সেবা ফংজনীংনা
য়েংবীয়ু থৌজান মিৎয়েং চনবিয়ু ননাই-শীং ॥৫

বাক্যস্খলন-মান-রসকী লৈশক লোমলে ॥২৮

---

১। ধনী রঙ্গিনী রাই ২, ২। রস। বৈঃ পঃ ৮১১—মথক্তা পরেং ১১ থাদে ক্লপ্মী, (মানান্ত) মধ্য। সম্ভোগনি ৩। কটাখ, ৪। যাওব।

* মসিনা অহানবা পরেংগী ওইনা লৈ, অহানবা অসিনা অনিশুবা পরেংনি।

* অভিসারোৎকণ্ঠা-রস বর্ণনং

রাগ—হিন্দোল

বিরলে বসিয়া গোরা রায়।
আপাদ মস্তক পুলকে পূরিত
প্রেম ধারা বহি যায়॥ ধ্রু
সহচর গণে কহয়ে বচনে
রহিতে [1]না পারি ঘরে।
নন্দের নন্দন পাই দরশন
তবে সে পরাণ ধরে॥
কস্তুরি চন্দন অঙ্গে বিলেপন
গলে নীলমণি মালা।
[2]এতে কে সাজায়ে অঙ্গের ছটায়ে
ভুবন করিল আলা॥
দেখিয়া গৌর ভাবিয়া অন্তর
বসনে ঝাঁপয়ে তনু।

রাগ—হিন্দোল

কমলি অচীকপদা গৌরাঙ্গনা।
খোঙ্‌দগী তোন ফাওনা হরাউ-তুজুং-ননা
প্রেমগী ধারা শিন্থনা॥ ধ্রু
য়েংথনা হায়রকই মনাই ভক্তশিংদা
লৈঙমদরে ঐদি য়ুমদা॥
হিংগনি থরায়বু উরগত্তা মাবু
বনমালী কৃষ্ণ-তবু॥
কস্তুরী চন্দননা লৈতেংলে হকচাংদা
নীলমণি পরেংনা ওক্তা॥
নীংথিবা লৈতেংনে হকচাংগী মঙালে (শ্রীঅঙ্গ কান্তিনে)
ভাম্বোকহল্লি ভাইবঙ্‌ খোয়া॥
থঙ্‌দে করি থল্লি লৈনা কোয়না য়েংলি
কুপলি হকচাং পুম্বা ফিনা॥

১। নারিয়ে, ২। এ সাজ সাজয়ে।

* রস অসি মাইব্যা মুবাংবমা শকথি।

চাঁচর চিকুর বেড়ি নানা ফুল
জলদে বিজুরী জনু॥
সঙ্গে সহচর গৌরাঙ্গ সুন্দর
সুরধুনী তীরে চলে।
ভাবাবেশে মন আকুল বচন
এ দাস মোহন বলে॥১

পঃ মাঃ ৫৩৮, গৌঃ পঃ তঃ ১৯৩

সজনি আজু দুরদিন ভেল।
[1]হামারি কান্ত আগুসরি নিতান্ত
সঙ্কেত কুঞ্জহি গেল॥
[2]গগনে অব ঘন মেহ দারুণ
সঘনে দামিনী ঝলকই।
কুলিশ পাতন শবদ ঝন ঝন
পবন খরতর বলগই॥
তরল জলধর বরিখে ঝর ঝর
গরজে ঘন ঘন ঘোর।

---

নীংথিবা শম্লাংদা লৈতেংনৈ লৈতনা
নোংলক-নোংথাঙ্ গুম্না ঙান্না।
তক্তশিং লোয়ননা গৌরাঙ্গ প্রভুনা
লেঙ্লি গঙ্গা তোর্ব্বান থক্তা॥
রাধা-ভাবতা গৌর শোল্লি মুরুম মুরুম
রাধামোহননা থৌগঞ্জনা॥১

য়েংঙনে ইতা খুদোং থীবা কয়া।
য়ৌরম্লনি মাদি ঙাইরমগনি রানা
সঙ্কেত কুঞ্জদা ঐবু॥
শূক্ল মমলি ঙসি নোংখোঙ্ ফুয়না চুরি
নোংথাঙ্না তত্তনা কুক্কেৎ কাক্কেৎ॥
অথাক-অরাউ মখোল নীকহল্লি লৈমায়থক
শিংলি মুংশিং ফুক্লি উপাল-রাপান॥
নোংলীনা য়োংশূক্লি তমথীবা মত্তৌনি
থোক্লদে কনাসু থরায় পানবা॥

বৈঃ পঃ, ৩০৬, পঃ মাঃ ৫৩৯—১। কান্ত হামারি, নিতান্ত আগুসরি, ২। পরেং ৪ না শাবা মসিগী পদ অসিনা ছাপাগী অহানবনি, 'সজনি আজু' অসিনচিংবা অহানবা পদ অসিনা অনিত্তবা পদনি।

[১]শ্যাম সুনাগর একলি কৈছন
পন্থ হেরই মোর ॥
[২]সুঙরি মঝু মন অব ভেল সো জনু
অথির থর থর কাঁপ ।
এ মঝু গুরুজন নয়ন দারুণ
ঘোর তিমিরহি ঝাঁপু ॥
তুরিতে চল অব কিয়ে [৩]বিচারহ
জিবন মঝু আগুসার ।
রায় শেখর বচনে অভিসর
কিয়ে সে বিঘিনি বিথার ॥২

[৪]এ সখি কৈছে করবি অভিসার
হরি রহুঁ মানস সুরধুনী পার ॥
* মন্দির বাহির কঠিন কবাট
চলইতে শঙ্কিল পঙ্কিল বাট ॥
[৫]তঁহি অতি বাদর দর দর রোল
বারি কি বারই নীল নিচোল ॥

---

কনাসু য়াওদনা তুমিন্না মথন্না
লৈররিনি লম্বীতদা য়েংনা ॥
লৈঙমদরে ঐদি তপথদরে পূক্নীং
য়ানা থাঙ্লে হুন্দ তনিক তনিক ॥
অথাবা মিৎয়েংশিং য়ুমগী অহনশিং
থৎখরে হুজীক অমম্বনা ॥
থীল্লহুসি চৎসি অমুক থল্লহুসি
য়োথরে হান্না থরায়নদি ॥
হায়জৈ শেখরনা য়োবীরো থীন্দনা
লাক্তিঙৈ অতৈ অপল অহুই ॥২

চৎকনি করম্না হুজীক হে নীংথিবী
মানস-গঙ্গা-য়াংমদনি শ্রীহরিদি ॥
চেৎন-কন্ন লোল্লি থোঙ্জাউসু হোজঙ্গী
লৈখোমনা লৈমায়সু নাল্লি চৎঙমদনা ॥
অহুত্তসু নৎ-ত-রি নোংলীসু হৈথরি
ঙমগদরা কনবা শংলেন ফীজোনতনা ॥

---

১। শ্যাম মোহনে, একলি কৈছনে, ২। সোঙরি মঝু তনু অবশ ভেল জনু, ৩। বিচারব।
* পদাবলী ছাপাদদি মসিনা অহানবা হোরগা মথক্কী পয়েং অনি অসিনা পয়েং ৫/৬ তবা ওইনা লৈ। ৪। সুন্দরি—বৈঃ পঃ, ২। এহি—থুৎই।

ঘন ঘন ঝন ঝন বজর নিপাত
শুনইতে শ্রবণ মরম জরি যাত ॥
দশদিশ দামিনি দহন বিথার
হেরইতে উচকই লোচন-তার ॥
ইথে যব সুন্দরি তেজবি গেহ
প্রেমক লাগি উপেখবি দেহ ॥
গোবিন্দ দাস কহ ইথে কি বিচার
ছুটল বাণ কিয়ে যতনে নিবার ॥৩

গোঃ পঃ ১৮১, বৈঃ পঃ ৬১৩

[১]সজনী মঝু পরিখণ কত দূর ।
কৈছে হৃদয় করি পন্থ হেরত হরি
সুঙরি সুঙরি মন ঝুর ॥
কুলবতী কঠিন [২]কবাট উদঘাটলুঁ
তাহে কি [৩]কাঠকি বাধা ।
নিজ মরিযাদ সিন্ধু [৪]সঞে পায়লু
তাহে কি তটিনি অগাধা ॥

---

মখোলতনা অখাক-অরাঙ লৈতে অতং অখম
য়ৈশিল্লি নাকোঙ্হুং তনিকলি থম্মোইহুং ॥
মায়কৈ তরা খোল্লি তত্তনা নোংথাঙ্না
অরংবা মঙাল্লা মিৎয়েং তপকহল্লা ॥
অসিগী মরক্তা থোকলুবা মপান্দা
প্রেমগী দমক্তবু থারগেরা থরায় ॥
হায়রৈজ গোবিন্দনা কান্নদে খন্দুনা
ফানি করম্নবু কাপথোকলবা তেনবু ॥৩

চান্নবী ইতা রাৎলি কয়া ঐগী চাংয়েং ।
রারমগবা কয়াদা ডাইবদা ঐবুতবু
থিংঙমদেনে পিরাং খল্লুবদা ॥
থোঙ্লোন কয়া লাল্লবী পৌরোন কয়া শৎলবীনি
করিসু ওইদে উপাক থোঙ্দি ॥
করি লৈতে ঐঙোম্দদি মা ন-স গঙ্গা-তুদি
লাল্লবীনি ইকাই-ঈকি-ঈপাক ॥

গোঃ পাঃ ৩৫৪ পদ, পঃ মাঃ ৫৪৬, বৈঃ পঃ ৬১৩— ১। স-চরি মঝু পরিখণ কয় কতদূর, ২। কথা—খুংই, ৩। কবাট—খুংই, ৪। যব পঙরলুঁ ।

কোটি কুসুমশর বরিখয়ে [১]তছুপর
তাহে কি জলদ জল লাগি।
প্রেম দহন দহ যাক হৃদয় সহ
তাহে কি বজরক আগি॥
যছু পদতলে [২]হামু জীবন সোঁপলুঁ
তাহে কি তনু অনুরোধ।
গোবিন্দদাস কহই ধনি অভিসর
সহচরি পাওল বোধ॥৪

ওথা কুঞ্জে কৃষ্ণচন্দ্র দাঁড়াইয়া একলি
রাই সঙ্গ অনুরোধ বাজাইয়া মুরুলী॥

[৩]রাই সাজে বাজে না পড়িল উল।
কি করিতে [৪]কি না করে সব হৈল ভুল॥
মকুরে [৫]আঁচরে রাই বান্ধে কেশ ভার।
পায়ে বান্ধে ফুলের মালা না করে বিচার॥
করেতে নূপুর পরে জঙ্ঘে পরে তাড়
গলাতে কিঙ্কিণী পরে কটিতটে হার॥

---

কামগী তেন কোটিনা চঙ্‌থ্রবী তুবুম থুদীং
কিরুদে ঐনা নোংলী মরী॥
প্রেমগী মৈনা চাক্লবী থম্মোইদা কাহৎলবী
কৈদৌরনি বজ্র মৈশানা॥
চরণ-খাদ মাগী কৎথ্রবীনি থরায়
কেমথ্রসহু ইশা অসিন্দু॥
তাবদা নয়াথং চুম্মী থল্লে সখী
লেঙ্‌বিরো হায়রৈ গোবিন্দনা॥৪

সোমদা কৃষ্ণ কুঞ্জহুংদা লেপ্ত না কনা য়াওদ
কৌরি রাধা থুংলাম তোয়না খোংছনা মুরুলী॥

ঈথক হৌরি রাধা থম্মোই তথকলি
তায়োন্নরি ফিজেৎ-লৈতেং হাথিবনা প্রেমনা॥
শমহাৎনৈ শকয়েং-মিংশেল পুল্লপ ফাবুন-পুল্লি
খোঙ্‌দ শিরি লৈরাংপরেং য়েংলুদে হম্বনা॥
খুজেংদ নূপুর শিরি ফৈবোম থক্তনা তাল
ঙক্তা য়াল্লি কিঙ্কিণীনা খাঙ্গোয় ওইনৈ লীরুা॥

---

১। যছুপর, ২। নিজ,

বৈষ্ণ পঃ ২৬০—১। রাই সাজে বাঁশী বাজে পড়িগেও উল, ৩ কিবা করে, ৪। আঁচড়ি

চরণে কাজর পরে নয়নে আলতা
হিয়ার উপরে পরে বক্ষরাজ-পাতা ॥
শ্রবণে করয়ে রাই বেশর সাজনা
নাসার উপরে করে বেণীর রচনা ॥
বংশীবদনে কহে যাও বলিহারি
শ্যাম অনুরাগের বালাই লৈয়া মরি ॥৫

চলু গজগামিনি হরি অভিসার।
গমন নিরঙ্কুশ আরতি বিথার ॥
পঙ্কপিছল পথ গুরুয়া নিতম্ব !
পড়ু কত বেরি নাহি অবলম্ব ॥
[1]বিজুরি জোতি দরশায়ল দেহ।
উঠইতে চাহে জলধারক গেহ ॥
[2]ঐছনে মীলল নাগর পাশ
গোবিন্দদাসিয়া কহ পূরল আশ ॥৬

বৈঃ পঃ ৬৬৭, গোঃ পঃ ৩৬৩ পদ

---

খোঙ্দা তৈরি মীৎকি কাঁজল মিৎতা থারি যাবক
থম্মোইদনা খোঙ্গী লৈজেং য়েকলি বক্ক-রাজ * ॥
নাতোন শুমাঙ্-লৈচেংনা ওইনৈ নাপ কুণ্ডল
লুমাঙ্-শমজোই বেণী-। হাইরি নাতোন থক্তা ॥
বংশী বদননা হায়জে ওইরি মতৌ কুম্মে
রাম্বগনি হা-মন তুনা শ্যাম অনুরাগদা ॥৫

শামু শাজং ঙমজবী চৎলি অভিসার
(ক) অপনবা অমত্তনা ঙমখিদে নমহৎপা ॥
লম্বীনা নানবনে হকচাংনা লুম্বনে
হন্না হন্না নানথুই করি লৈত-পাম্বে ॥
লমজিংলি নোংথাঙ্না কমম্বা মরক্তা
হৌগৎনবা হোৎনৈ নোংগী মরী য়ান্না ॥
লাকপনা অম্বুমা য়োরকলে কুঞ্জদা
হায়জৈ গোবিন্দনা থুংজরে নীংজবা ॥৬

---

১। বিদ্যুলিত—খুংই, ২। ঐছন মিলন—গোঃ পঃ
(ক) মসিগী মহক্তা—"থিংঙমদে কনানা অচেৎপা পুক্নীংদা" অম্বুমা ওহোকপম্ব রাই
* থবাক্কী লৈতেং মরেক অমা।

[১]কি কহব মাধব পুণফল তোরি।
এতহু দূর তরি তোহে মিলু [২]গোরি ॥
বব ধনী ঘর সঞে ভেল বাহার।
[৩]ঝার ঝার বরিখে জলদ অনিবার ॥
কর ঠেলন নহে ঘন [৪]আন্ধিয়ার।
দিশ [৫]দরশায়ল মদন দিশার ॥
ঝলকত বিজুরী নয়ন ভরু চন্ধ
চলইতে [৬]খলয়ে সঘনে মহী পন্ধ ॥
উঠইতে ফণী-মণি [৭]উজোর হেরি।
কনকদণ্ড বলি ধরু কত [৮]বেরি ॥
[৯]ঐছনে সোঁপল তোহে [১০]নিজদেহ।
অপরূপ ঐছন তোহারি [১১]সুলেহ ॥
এতদিনে [১২]প্রেমক পরিচয় ভেল।
গোবিন্দ দাস [১৩]ভরম দূরে গেল ॥৭
বৈঃ পঃ ৬১৭, গোঃ পঃ ৩৬৮ পদ

তুহুঁজন আওল নিকুঞ্জক মাহ
অপরূপ কো বিহি রস নিরবাহ ॥

---

করি পুণ্য তোরকপা লাইবক ফৈদা কালা।
লাক্লি কয়া রানা অসুক লাপ্পা রাধা ॥
লাকথিবদা নকাতম্না য়ুমদগী রাইনা।
হৈথখিনে তন্তনা নোংতনা কোকথক্ত ॥
লমথম্নি অমম্বনা য়াদে ঈম্বোকলুবা।
লমজিংখি মথুৎপায়না কামদেবতনা ॥
মিংম্বু নাম্বু থকহনখি কুকেৎ-কাকেৎ নোংথাঙ্না
নানথুখি খোঙ্থাং থূদীং হাইথখি লৈখোমলক্কা ॥
হোগৎচখি পায়হ্না চৈশুনি থন্দুনা।
অরুংবা মতোক-মণি মহু কনবা লিনগী।
লাক্কুনা অম্বুম্না কৎচররি মশা।
অঙকপনি মহাক্কী প্রেমগী ঈহৌ ইথিন ॥
ভমলে খঙ্বা ভসিদি প্রেমগী মশক শেংনা।
কোকচরে চিংন-কোঙ্গায় গোবিন্দ-দা সগী ॥৭

লেঙ্শিল্লে কুঞ্জদা শ্রীরাধা গোবিন্দ
বিধিনা শেম্নম্বা রসনো করম্বা ॥

---

খুৎইদা লৈবশিং—১। ধিক ধিক মাধব, ২। গৌরী, ৩। ঝর ঝর, ৪। অন্ধিয়ার, ৫। দরশয়ে, ৬। না ঠেলি, ৭। উজোরল, ৮। বেড়ি, ৯। ঐছেন, ১০। নিজগেহ, ১১। সিনেহ, ১২। প্রেম, ১৩। ভয়ে।

লোংগলবা—মথক্কী অহানবা পদ অসিনা হাপাগী ৩শুবা পদনি, ‘বব ধনী’ অসিনা অহানবনি।

* ঝর ঝর বরিখে গগনে [1]জলধার।
দামিনি দহই ঝলকে [2]অনিবার॥
[3]ঐছে সময়ে ঘর রাধা কান।
[4]কুঞ্জক মাঝে বৈঠি একঠাম॥
দুহুঁ তনু মীলল [5]মনমথে মাতি।
দুহুঁ পরিরম্ভণ সমরক ভাতি॥
অপরূপ দুহুঁজন নিধুবন কেলি।
গোবিন্দ-দাস [6]হেরই সখি মেলি॥৮

বৈঃ পঃ ৬১৮

অভিসারোৎকণ্ঠা-রস সমাপ্তং॥ ২৯

---

অতৎ-অথম লৈতনা হৈথরি নোং লেপ্তুনা
ইরং ইরং লংলি কৃপলি নোংথাঙ্ তোয়না॥
কুঞ্জমুংদা চীরা গুল্লি রাধা শ্যামন।
য়েংউ সখি কয়া নীংখিজবা॥
লৈখোক অমত্তুদা শাংলি লৈরাং অনি
অমনা অমগী নীংথিবা হেলহন্না॥
উখিদরি ওইখিদরি অসিগুম্বা শক্-তি
য়েংজৈ গোবিন্দ দাসনা সখিশিং লোয়ননা॥৮

অভিসারোৎকণ্ঠা-রসকী লৈশক লোয়রে॥২৯

---

খুৎইদা—১। জলধারা, ২। অনিবারা, ৩। ঐছেন, ৪। কুঞ্জ মাঝে বৈঠে, ৫। মনমথ, ৬। কহে রহ সখি।

## * আকস্মাৎচুম্বন-রস বর্ণনং

রাগ—মায়ুরী

প্রাতকালে শচী দেবী উঠিল সত্বরে
দাসী সবে নিযোজিয়া গৃহের ভিতরে ॥
প্রাতক্রিয়া করে বধূসনে স্নান কৈল।
বিষ্ণু সেবা বিধিমত্তে বিপ্রগণ কৈল।
বিবিধ মিষ্টান্ন কৈল শচী ঠাকুরাণী।
দীন রামানন্দ আশা সেবা বিধায়িনী ॥১

এথা ব্রজেশ্বরী কহে শুন কুন্দলতা
তুমি যায়া আন সেই বৃষভানু সুতা ॥
শুনি কুণ্ডলতা যায় জটিলার স্থানে
যশোদা-সন্দেশ কথা কহিল যতনে ॥
শুনি হরষিত হয়া জটিলা কহিলা
যাহ বাছা ব্রজেশ্বরী তুমা বুলাইলা ॥
তৎকাল [১]আসিহ পুন কুণ্ডলতা সঙ্গে।
সূর্য্য পূজিবারে সেই আসিবেন রঙ্গে ॥২

রাগ—মায়ুরী

হৌগত্তুনা তফিং তফিং শচীনা ভস্তানা
থোদারকলে মনাহশিংবু ইমুংগী থবক্তা ॥
মমো ইনেম্মগা পূন্না লোইরে গঙ্গাস্নানবু
বিষ্ণু সেবা তৌহল্লক্লে ব্রাহ্মণ-পূজারিবু ॥
অথুম অহাউ শেমলে কয়া শচী ঠাকুরাণী
আশা তৌজে রামানন্দ পামজে সেবানন্দ ॥১

থোদাই সোমদা যশোদানা তাওনে কুন্দলতা
লৌরু-চৎলু নঙনা পুরকউ থীন্দনা রাধা ॥
থোদা মতুংইন্না লাকলে জটিলাগী নাক্তা
তমজরে যশোদা মপাউ থৃৎলোন্নন মাঙদা ॥
হায়রকই তরাম তরাম্না তাবদা জটিলা
কৌরি নঙবু চৎলু রাধা যশোদা রাণীনা ॥
লোয়নহুনা কুন্দলতা লাকউ মতম চানা
থেঙখিগনি কাউথোকখিনি শোয়গনি সূর্য্য পূজা ॥২

১। আ.সবে—পাঠ।

* রস অসি রাধেশ্বা পাওনদোননা শকখি।

যাব নাইরে সখি হে
পরের [1]ভবনে আমি যাব নাই।
আপন মাথার কেশ না জানি বান্ধিতে
তাহাতে পরের ঘরে যাইব কেমতে ॥৩

জটিলা কহয়ে আগ্রহ করিয়া
যাহ বৎসে! ব্রজেশ্বরী আজ্ঞা পাল গিয়া ॥
জটিলার বাণি শুনি আভরণ সাজে ধনি
নিজ সখী সঙ্গে চলে রাই গজ গামিনি ॥৪

তখনে শ্রীমতী রাধিকা প্রতি অঙ্গেতে
সব রজনী-বিলাস-চিহ্নাবলোকনে
কুণ্ডলতা পরিহাস্য নিমিতে।
অত্যন্তাহনন্দ তনু প্রফুল্লিত হয়া আঁখে
বলিয়াছেন হেদেগো সুন্দরী রাধিকে ॥৫

চারিদিন তুয়া পতি
গোষ্ঠেতে গমন সতি ॥
অন্তরে সহিতে হাস
সদায় গদ গদ ভাষ ॥

---

চৎলোই ঐদি হে সখি!
অতোপ্পা য়ুমদদি চৎচনীংদে ঐদি।
হৈতে পুনবা ইশম ফাওবা ইশাগী ইকোক্তা
চৎকনি কমদোনা ঐনা অতোপ্পগী য়ুমদা ॥৩

হায়রকই জটিলা লুনা-চান্না-থেন্না
ঙাকপা হৌনৈ রাণী য়াথং পাঙ্থোকলু ময়াথং ॥
হরাউজরি শুংদ-রাধা লোইরে তন্না ফিজেৎ লৈতেং
থোরকলে রাধিকা লোয়নচনা কুন্দলতা ॥৪

তনৌবী হকচাংদা উরক্লে কুন্দ লতানা
রতি-লীলা-খুদম কয়া শান্নথিবা অহিং
য়ৈবদা অনৌবা শুমিৎ মঙাল্লা ॥
পেজৈ সখী উরুবদা ক্লাওরি ময়ি ময়েকশেংনা
তারিবরা শ্রীরাধিকা চান্নজবী ইতা ॥৫

উরমদবা উরি ঐনা লৈরমদবা খুদম কয়া
কৈদৌরুবা লৈবা নঙ্বু ঙসি অহিং অসিদবু।

---

১। ভবন—চৌঃ ৩, ৪।

অধর হয়াছে ক্ষত
সাধির হয়া এ চরিত ॥
কেবা যে দংশিল মুখে
কেবা কুচ দিল নখে ॥৬

ভাষা। এমন শ্রীমতী রাধিকার প্রতি
কুন্দলতা(র) অত্যন্ত পরিহাসু কথা শ্রবণে
ললিতা বলিয়াছেন—

গীত। হে দেগো সখি কুন্দলতে!
রাই প্রতি অঙ্গে নাহি কলঙ্কা
তাহে কি কারণে করিয়াছ শঙ্কা ॥৭

শুনি রাই তুহার বাণি কৃষ্ণ প্রেম মনে গুণি
কম্প হৈল পুলকিত অঙ্গ ॥
ললিতার স্কন্ধে ধরি অশ্রু মুখি হেরি হেরি
বলে রাই প্রেমের তরঙ্গ ॥৮

[1]সজনী গো [2]সখি পাসরিতে [3]নরি ॥
[4]কালা কাহ্নুর পিরিতি

---

তয়ান ঙন্বী নচীন চীনবান তৎলিবনো করিদগী
ময়ি ময়ি খূজীন মফম কমদোননো কদাইদগী ॥৬
নত্রগা
(সতী সাধ্বী ওইবী নঙ্নি হাঙ্লবরা ইকাই সেঙ্গোয়
লৈতে য়ূমদ য়ূমগী মপু ওইরিবনো কমদোনবু)॥

ভাষা। শ্রীমতী রাধিকাদা মত্তো অস্নুয়া কুন্দলতানা লঙ্নবা তাবদা
মবেম্মবু কনখৎপা শাবা রাহৈনা মখা শমথরকই অমুক ললিতানা—

ঈশৈ। তারিবরা ইতা কুন্দলতা!
মরাল লৈবীগুম্না চিংনরিবা নঙ্না
হায়য়ু করিদগী করি মত্তোনা ॥৭

সক্বীশিংগী রাহৈ রাতা তারুবদা শ্রীরাধিকা
তুজুংলকলি হকচাং কৃষ্ণ প্রেমদা ॥
ললিতাগী লেংবান পায়না মিৎস্না তরঙ্ ঈরা হৌনা
হায়জরকই প্রেম ঈহৌননা ॥৮

ওমজদেনে ঐনা থাদোকচবা মাবু!
পুনশ্রমাল্লে মাগী প্রেমনা

---

১। সখি হে পাসরিতে নারে প্রাণবন্ধুর পিরিতি—চৌঃ ৩,
জ্ঞানদাস পদাবলী ১৬১ নাঃ— ২। সই, ৩। নারি, ৪। কালা কাহ্নুর।

[1]সুতরি প্রাণ [2]দহে কি করিব [3]গতি ॥
*মনে মনে পিয়া ভাবি রজনী গুঙায়
অঙ্গে অঙ্গে সঙ্গি হয়া রজনী পুহায় ॥
অরুণ উদয় দেখি পড়ে প্রেম ফাঁদে
মুখে মুখ দিয়া পিয়া কত জানি কাঁদে ॥
ঘরে আসিবার কালে পড়ে প্রেম ফাঁস
[4]তেইসে এমন দেখি কহে জ্ঞানদাস ॥৯

বৃষভানু দুলারি সবহু সখীরি সঙ্গে
নন্দ ভবন মাহে আয়ে।
কিয়ে পদম্বিনী মালা
কিয়ে শশধর মালা ॥
দক্ষিণে ললিতা আগে কুন্দলতা
বামে বিশাখিকা মধ্যে শ্রীরাধিকা ॥

---

থাঙ্ই মৈচাক মতম খুদীং লৈতে অতৈ গতি ॥
খঙ্হৌদে হৌখিবা অহিং মাগী রাখস্তদা
লৈনা লৈনা ইনাকমক্তা তাংলো লৈনা চুপ্না ॥
ঊরকপদা চীংথৈ ফিদুপ কায়খি থম্মোই লায়ুম
মিৎস্না ঈরা লোৎনা মানা কোনখি ঐবু চেৎনা ॥
প্রেমগী লাংদ থুখি অমুক পেঙ্গে তরক তশোন
শকচৈ উজখিবহুতা মনাই জ্ঞানদাস(না) ॥৯

বৃষভানুনা পোকপী চৎলি রাধা বিনোদিনী
লাক্নি নন্দ শঙ্গাইতন্না সখিশিংগা লোয়ননা
লৈমায়থক্তা থাগী পরেংগুম ॥
ললিতানা য়েৎতা মাঙ্দ কুন্দলতা
ওয়দা বিশাখিকা মরায়দনা রাধা ॥

---

১। সোঙরিতে, ২। কান্দে, ৩। রীতি, ৪ তৈসে, তৈছে?

* পদাবলী ছাপাগা মারদবা থরা—পরেং অনি অসগী মহুত্তা লৈবদি—
হিয়ার হইতে পিয়া শেজে না ছোয়ায়।
বুকে বুকে মুখে মুখে রজনী পোহায় ॥
তনু তনু পরশ লাগি আভরণ তেজে।
চরণে যাবক রচে দেখি পাই লাজে ॥
নিশি অবসান জানি কাতর হইয়া।
দৃঢ় করি বান্ধে মোরে ভুজলতা দিয়া ॥

ওজাশিংনা মসিগী ভাব থরা কগুদবা উবদগী থোওইনমক থাদোক্লবা অমদি মরেক-মশোন থমহু ওহোক্লবা ওইনা উই। তৌবদি অদুম ওইনমকন্থ শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী সম্ভোগতি 'নর্মপালজনা দিমা...' নচিংবগী হেন্দুনা লৈতে।

পাশে সহচরি সব সারি সারি
কিয়ে নব চাঁদের মালা ॥১০

আসিয়া করিল ব্রজেশ্বরীকে প্রণতি
উঠাইয়া কোলে কৈল মাতা যশোমতি ॥
যশোমতি কহে পাক করয়ে মিষ্টান্ন
যশোমতি আজ্ঞা লৈয়া মিষ্টান্ন রন্ধন ॥১১

রন্ধন করিয়া রাই বিনোদিনী
কাহ্নুরে পরস করে।
কেহুঁ না দেখিল [1]চুম্বিল নাগর
[2]রাইর বদন-পরে ॥
সচকিত মনে ঈষদ হাসিয়া
রাই চির দিল মাথে ॥
নাগর ঈষদ হেরি হরষিত
কেহ না বুঝল তাথে ॥

---

ইল্লি তুংদা সখী অত্তে থৌগনু ঙাইনা
মথোঙ্ পানবা থম্বাল পরেংশুমনা ॥ ১০

য়োরকলে নন্দালয় খুরুমলে ব্রজেশ্বরী
হৌগৎপিরে রাণী লুনা চান্না-মচা-শক্লা ॥
যশোদানা হায় চঙ্উ থোংলুরো ইবেম্মা
অথুম-অহাউ মথেন কয়া নঙ্না পাম্বা থন্না ॥১১

লুক-হৌবা লোইহুনা শ্রীমতী রাধানা
লুকহা থৌগল্লক্লে কৃষ্ণ।
রাধাগী মায়থোংদা পীবিখরে চুম্বন
মিরৎ-নারৎ-য়েংনা শ্যামনা ॥
থঙ্হৌদবা মত্তৌ হৌনদবা থৌদৌ
মায়থুম চিংথৈ মোমোন তৌনা ॥
থঙ্লবদা রাধা মবুংঙোগী রাখল
হরাউজখি কনা থঙ্দা ॥

---

১। চুম্বিলা—চৌঃ ৫, ২। রাইয়ে।

কুটিল নয়ানে [1]ঘনে ছুহা পানে
যাইতে আসিতে চাহে।
চতুরে বুঝায়ে দুহুঁ চরিতুয়ে
আনে কি বুঝায়ে তাহে॥
দুহুঁ মনে মনে মুচুকি হাসনে
মনের আনন্দ ভায়।
অকস্মাত্তে এই চুম্বনের কথা
[2]কহই উদ্ধব-দাস॥১২

আকস্মাৎ চুম্বন-রস ইতি সমাপ্তং॥৩০

খোই-খোয়বা মিৎয়েংনা য়েংনৈ মহৈ মহৈ
অচঙ্-অথোক খুদীংমক্তা॥
ইঙ্গিত-পোইরৈ উনৈ চপমান্নরা শিংনৈ
অতৈনদি থঙ্দে মহু॥
নোক্লে অনিমক্না থম্মোই লকাহুংনা
খোম্নোক্তবা মরোল থঙ্না॥
শকচৈ অসিগুম্বা লীলা রসসিবু
হরাউনা উদ্ধব দাস॥১২

আকস্মাৎ চুম্বন-রস-কী বৈশক লোমলে॥৩০

১। দুহুঁ দুহুঁা পানে, ২। কহয়ে—পাঠ।

## * কারণমান-রস বর্ণনং

রাগ—দীপিকা

অপরূপ এ সখি গৌর দ্বিজরাজ।
সুরধুনী তীরে গৌর ভকত সমাজ॥
বিপিন বিহার করে গদাধর সঙ্গে।
কারণমানের ভাবে উঠিল তরঙ্গে॥
গদাধর মুখ হেরি মান করি যায়।
কহয়ে গৌরাঙ্গ রায় নাহি মোর দায়॥
সহজে লম্পট সেহ সুনাগর কান।
নিশ্চয় জানিল সখি যে হয় কারণ॥
এত কহি গৌরাচাঁদ নীর বহি যায়।
কারণ-মানের ভাব বাসুঘোষ গায়॥১

শ্লোকঃ

নবানুরাগেন হৃদি প্রবিষ্টা
নবা নবা সা গদ্গদশ্রুধারা॥
মূর্ত্তিমুরারে স্ফুরতি প্রতিক্ষণং
বিয়োগিনী সা পরিতপ্ত রাধা॥

---

রাগ—দীপিকা

অঙকপনি হে সখি গৌরাঙ্গগী লীলা
গঙ্গা তোরবান্দা শান্নে ভক্তশিং লোয়ননা॥
লোয়ননা গদাধর শান্নে বনবিহার
কারণ্‌-মানগী রাখল ফাওরি থম্মোই ঈথক হৌরি
চিংনা য়েংলি শাউরঙ্‌ননা গদাধর তমনা
হায়রকই শ্রীগৌরাঙ্গ ঙম্লরোইদ ঐদি॥
মসুং-মপান তূনা-মুবা হূরান শাজং-হৈবা
লৌনম চাউবা মতৌ মাগী থঙ্‌লে ঐনা লেপ্পা॥
অসুম হায়না গৌররায় মিৎস্না ঈরা চেল্লি
বাসুঘোষ মনাইনা শকচৈ কারণ্‌-মানগী ঈশৈ॥১

শ্লোক-কী অর্থ

অনৌবা রাগনা থল্লি থম্মোইদুং
অনৌবা পিরাংনা লৈতেংলি মিৎস্নাদুং॥
কৃষ্ণগী শক্তমনা ঙাল্লিনে লকাদুং
থাঙ্‌লি রানা রাই কায়না মৈহুম্‌ রায়(না)॥

---

* রস অসি খোকচাউ কেশনা শকখি।

দেখি রাই প্রেম চেষ্টা তুলসীকে শ্রীললিতা
[1]পাঠাওল কস্তুরী সাথে।
অন্বেষিতে কুঞ্জবন কৃষ্ণ পায়া দরশন
[2]বিড়ামালা সোঁপি দিল হাতে॥
হর্ষে শ্যাম গলা হৈতে গুঞ্জামালা দিয়া হাতে
যুক্তি করি রাইর মিলিতে।
দুই সখী আগমন গুঞ্জামালা সমর্পন
যত বার্ত্তা [3]বুঝায় তুরিতে॥
শুনি রাই হর্ষমন পুন সাজে ভূষণ
গুরুজন অনুমতি মাগি।
যাত্রা কৈল শুভক্ষণ ছলে ভানু আরাধন
হৃদি মহা কৃষ্ণপ্রেম জাগি॥২

রাধে রাধে চলত গজগামিনী
কৃষ্ণপ্রেম বাউলিনী ওইরস ভাবিনী॥

অলং। (কুসুম সুগন্ধ কুঞ্জে কুঞ্জে ভ্রমর ভ্রমরী)।
মূল। কুঞ্জে কুঞ্জে কুহু রবে কোকিল ধ্বনি
তাহা শুনি বাঢ়ল প্রেম আগুনি॥

---

রাইগী মতৌ প্রেমগী ঈথৌ উরবদা ললিতানা
থাখরে তুলসী কস্তুরী॥
কোয়না থিরে কুঞ্জ খুদীং ফংলে কৃষ্ণ দরশন্
বিড়া-মালা কৎচক্লরে সখী॥
থোইনা পাম্না হেন্না পেম্না গুঞ্জামালা হক্তোক্লনা
পীরে কৃষ্ণ সখী অনিমক্তা॥
লাক্লে তন্না সখী অনি মবেম্মদা কৎলে মালা
হরাউজরে রাধা পাউদমথোন্দা॥
লৈতেংলক্লে নৌনা রাই থম্মোই হরাউ মথোই
নিজরকলে য়াথং গুরুজনগী॥
যাত্রা তৌরে থীদুনা সূর্য্য পুজা চৎপা শানা
কৃষ্ণ প্রেমনা থন্না থম্মোইদুংদা॥২

শামুগী শাজৎতা রাধা চৎলি চীংনা লেমনা
ভাওচৎনবী কৃষ্ণ প্রেমদা থওজদবী অতৈ অয়া॥

অলং। কুঞ্জদা হারি লৈনমতনা পাইরি থোইমু ককচাওননা।
মূল। নিল্লি কুঞ্জ খুদীং রাহোং কোকিলতনা।
হেল্লি প্রেমগী নৈচাক মঙ্গ তারুবদা॥

---

১।পাঠাওল—পাঠ, ২। বিড়া—পানা খুদপ, মালা—লৈপরেং, গুঞ্জামল—চনিং অক্তোবা পরেং।

[১] সম্মুখে তমাল দেখিয়া ভুলে
প্রাণনাথ বোলি ধাইয়া কুলে ॥
ক্ষণে ক্ষণে ধনী লুঠই ধুলে
দেখিয়া ললিতা করহি তুলে ॥৩

কুণ্ডতীরবনে কৃষ্ণ দরশনে
হৃদয়ে হর্ষ তরঙ্গ।
ভাবের বিকারে উদিত সে কালে
কম্প অশ্রু পুলকিত অঙ্গ ॥ধ্রু
আগে কৃষ্ণ দেখি রাই অতি হর্ষ হয়া
মুখে বস্ত্র আচ্ছাদয়ে বক্রতা করিয়া ॥৪

নিজ লজ্জা শ্যামপটশাড়ি পরিধান
প্রণয় কাঞ্চুলিকা বক্ষ আচ্ছাদন ॥ধ্রু
সৌন্দর্য্য কুঙ্কুম সখী প্রণয় চন্দন
কান্তি-কর্পূর-তিলে অঙ্গ বিলেপন ॥
কৃষ্ণের উজ্জ্বল রস মৃগমদ-ভোর
সেই মৃগমদ-চিত্র সব কলেবর ॥

---

উবদা তমাল উকখয়ে রাধা
কোল্লুই চেনশিন্দুনা প্রাণনাথ হায়না
রাম্বে মিৎকুপ খুদীং লৈমায়থক্তা
হুংশা থীজরবী কোল্লি ললিতানা ॥৩

কুণ্ড মপান বনদা উবদা কৃষ্ণবু
থম্মোই ঈথক ইপোম ইহৌরি ॥
ঈথক্সা ফুবনে ইরৈনা কনবনে
মিৎস্না ঈরা লোৎলি ভুজুংননা ॥
মাঙ্দ ভাল্লি কৃষ্ণ মুর্ত্তি হৌরি হুংগী মৈরি
মায়দ চিংথৈ মায়থুম ফীজিন থৎনবা ইকাইলাং ॥৪

শেৎলি শংলেন ফীজোন-শাড়ি ইকাইবা থৎনবা
হুংশি-থাথুম ওইনৈ রাধা কঞ্চুলিকানা ॥ধ্রু
নীংথিবা কুঙ্কুম চন্দন লৈভেংনৈ মায়থোং
তৈরি কর্পূর-মকুপ হকচাং শীনব-থুংনা ॥
হেনবনি কস্তুরী চন্দন কৃষ্ণ প্রেম-র-স
লৈভেং লৈ না য়েকলি হকচাং কস্তুরীনা শীন্না ॥

---

১। স মুখে—পাঠ।

প্রসন্ন-মানবাক্য ধম্মিল বিন্যাস
* কিলকিঞ্চিতাদি ভাব বিংশতি বিলাস ॥
সৌভাগ্য-তিলক চারু ললাটে উজ্জ্বলা
প্রেম-বৈচিত্ত্য রত্ন হৃদয়ে তরলা ॥ ৫

লজ্জা হর্ষা অভিলাস সংভ্রম বাম্য ভয়
এত ভাবে মেলি রাধা চঞ্চল করয় ॥
কৃষ্ণ আগে রাধা যদি রহে দাঁড়াইয়া
তিন অঙ্গ ভঙ্গি রহে ভ্রূ নাচাইয়া ॥
বাহিরে বামতা-ক্রোধ ভিতরে সুখমন
‡ কুটমিত নাম এই ভাবের ভূষণ ॥
কৃষ্ণ বাঞ্ছা পূর্ণ হয় করে পাণি ধরে
অন্তরে আনন্দ ধারা বাহির সক্রোধে ॥৬

---

নীংথিজবী লুতুং শমজি মানগী রাহৈ কিশি
কিলকিঞ্চিতনচিংবা লৈতেংলি ভাবতনা ॥
লাইপক খেঙোং-লাংদ চন্দন প্রেমগী জয়-চিহ্ন
প্রেমগী ইথক ইহুনতনা থম্মোই চাংজো পারি ॥৫

ইকাই-হংগোই হরাউ তুজুং নকচনীংই খোনা কিনা
রাজে রাধা লৈতাখঙদা ভাওহল্লি ভাবতনা ॥
লেপলি রাধা মথেক অহুম মবুংঙোগী মাঙদা
লৈঙমজদে চুম্না লেপ্না পীশূমনা খোইখোয়না ॥
মনাংনি শাউবনা মপাম্থোঙ থম্মোইনা থাগোজবা
ভাব-কী লৈতেংনি অথোইবা কুট্টমিত কোবা ॥
থুংই নীংবা শ্রীকৃষ্ণনা থুত্তা থুংনা পায়না
হরাউ তুজুং-লকামুংনা শাউরি মপান থোঙনা ॥৬

---

* কিলকিঞ্চিত— শৃঙ্গারগী ওইবা হরাউবনা মরম ওইবা—নাপল, খোরাংবা, কপ্পা, নোকপা, থানদবা, কিবা অমসুং শাউবা—মথল তরেৎ অসিমক মতম অমত্তদা ঙনা কোঙ দোকপা মতোৌবু 'কিলকিঞ্চিত ভাব' হায়না কৌই।

বিংশতি বিলাস – বিলাস—লৈপুনগীদমক্তা লাঙবা থৌরাঙবু (কেবা যৌবনচিংবা) নাট্য-শাস্ত্রদা 'বিলাস' কৌই। (চৈতন্যচরিতামৃত ৪। ২২। ৩৯) বৈঃ অঃ ৭২৩।
অতুগা অসিগুম্বা বিলাস অসিবু উঃ নীঃ ১১। ৩১ দা "চায়বগা থঙহোদনা মিলন ওইরবদা গতি, স্থান, আসন, মুখ, নেত্র (শাজৎ, কিরেপ, কিবম, মায় অমসুং মিং) অসিনচিংবগী মতম অতুদা ওইবা মথল ২০ গুনা থাম্বদোকপা মতোৌবু হায়রবনি।" বৈঃ অঃ ৭২৩।

‡ কুট্টমিত— থাবোম অধদি চীনবান অনিমক থুহুং চনশিনগ্রবদা থম্মোইমুংদা যোইনা পেন্নবসু চৈনা-কংনবগুম্না মপাঙ্গা শাউশিন্নবা। বৈঃ অঃ ১৯৪।

**শ্লোকঃ**

**সাদরং প্রিয়হস্তেন গৃহিত হস্তপঙ্কজা।**
**সহর্ষং প্রিয় সব্যেসা রাজতে বৃষভানুজা ॥**

কত না আদর করি কুঞ্জে প্রবেশিলা
শ্যামের বামে অঙ্গ হেলি আনন্দে বসিলা ॥৭

রসবতী যাই রসিক বর ঠাম।
শ্যাম তনু মুকুরে [১]হেরই অনুপাম ॥
নিজ প্রতিবিম্ব শ্যাম অঙ্গে হেরি।
[২]রোখি কহত ধনি আনন ফেরি ॥
নাগর এত কিয়ে চঞ্চল ভেলি।
হামারি সমুখে করু আন সঞে কেলি ॥
এত কহি রাই [৩]করল অহিঁ মান।
* আন ঠামে চললি উপেখিয়া কান ॥
সহচরিগণ [৪]তব কতয়ে বুঝায়।
উদ্ধবদাস মিনতি করু [৫]পায় ॥৮

বৈঃ পঃ ৫০৮

---

**শ্লোক**

লুনা-চায়-তৌনা কৃষ্ণনা খুজেং পায়থ্রবদা রাধা
ঙাম্বোইরি কৃষ্ণগী ওয়দা থাক্ক মায়থোং মকারাম্মা ॥

চঞ্চলক্লে কুঞ্জ মদুংদা লুনা চায়া তৌনা
ঙাল্লে রাধা শ্যামগী ওয়দ মায়থোং মকারাম্মা ॥৭

শকয়েং-মিংশেলগুম লংবা মবুংঙো হকচাংদা
উক্লরেনে রাধা শকফম অমা ঙক্লা ॥
মমিবু উরগা কৃষ্ণগী অঙ্গদা
শাউনা হায়রি রাধা মায়থোং নৈথোক্লা ॥
নাগর করি মক্তৌ কৌবগে 'সিদি
লোয়নবী অতোপ্পী'মগা ইমাঙ মক্তা ঐগী ॥
নৈথোকথরে শাউনা অসুম হায়না রাইনা
চংথরে অতোপ্পদা থাদোক্লুনা কানা ॥
কয়া থোক্লা সখীশিংনা তাক্লকই থেমহনা
হংগৎচল্লি খুরুমহনা উদ্ধবদাসনা ॥৮

---

খুদংহদা—১। হেরি, ২। রোখে, ৩. করতহি মান, ৪। তবে, ৫। তায়।

* চৌঃ নং ৫ দদি মসিদগী গৌনা মাওদে, "উদ্ধবদাস ভেল অরুণ নয়ান" হায়না ভণিতা তৌরগা অদুমক লোইশিন্নি।

সুন্দরি জানলু তুয়া [1]ভুরভান।
হরি [2]উর মুকুরে হেরি নিজ [3]ছাহরি
তাহে সৌতিনি করি মান॥ধ্রু
কানন [4]কুঞ্জে কুসুমশরে জর জর
[5]পন্থ নেহারই তোরি।
[6]ভাগে মিলল পুন [7]কাহে কমল মুখি
রোখে চললি মুখ মোড়ি॥
কত কত [8]মুগধিনি ঐছে ভেল বঞ্চিত
হরি [9]মন তাহে না লাগি।
তুহুঁ [10]পুনবতি তোহে ওহি মানাওত
কি কহব তোহারি সোহাগি॥
তো বিনু শুতল শীতল ভূতলে
দুরতর বিরহ [11]হুতাশে।
[12]তুয়া কর সরস পরশে রিঝাওহ
[13]তোহে কহ গোবিন্দদাসে॥৯ বৈঃ পঃ ৬৩১

যাহাঁ সখিগণ সব রাই বুঝায়ত
তুরিতে [14]আয়লু তাহাঁ কান।

ওয়রে নীংথিবী উরে শেরামনা।
নত্তে অত্তে অত্তোপ্পী নত্তনা নঙ্গী নমি
উবদো থবাক্তা শ্রীহরিগী॥ধ্রু
লৈগী কুঞ্জমুংদা লাকহত্ত্না কামগী তেন্না
থাঙ্লি মানা নঙ্গী লম্বী য়েংনা॥
ফংলগবু অতুক রানা থাদোক্লম্বা অসুক লায়না
লাকলি শাউনা মায়থোং থুমনা॥
তোকচথরে অরেম্বদা নঙ্গুম্বী অপঙ্বী কয়া
কোটি কোটি হবি ফংদনা॥
পুণ্য চেন্নবীনি নঙ্দি অতুম্না তৌবদি
কায়রি করি নঙ্গী প্রেমচুদি॥
অঙাংবা লৈমায়দা চেপহৌরি মথন্তা
ওন্না থোইনা কায়ন-মৈচুম চুনা॥
নানবীচুনা নখুংনা ঈংহনবীরু নতৌনা
হংগৎচরি গোবিন্দদাসনা॥৯
লাক্লি শ্রীহরিনা রাইগী নাক্তা ফিংনা
শাউত্না লৈনিবা মক্ত্ম থিনা॥

থুৎইমা—১। দুরাভান, ২। উরে, ৩। ছাহ্, ৪। কুঞ্জ, ৫। নয়ন, ৬। ভাগে, ৭। কহে, ৮। মুগধি, ৯। পুন, ১০। পুনরতি, ১১। হুতাস, ১২। তুহু কর পরশে সরসে বিনিঝারয়, ১৩। বুঝায়ত গোবিন্দদাস ১৪। আওল।

হেরইতে কমল [১]নয়নি ধনি মানিনি
অবনত করল বয়ান ॥
হেরইতে নাগর গদ গদ অন্তর
মনরহা ভেল বহু [২]ভীত।
গলে পীতাম্বর [৩]চরণ-কমল-ধরু
কহতহি গদ গদ [৪]চিত ॥১০

সুন্দরি [৪]মিছাই করহ মুঝে মান।
নিরহেতু হেতু জানি [৫]তুহুঁ রোখলি
প্রতিবিম্ব হেরি কহ আন ॥ধ্রু
তুয়া বিনে [৬]নয়নে আন নাহি হেরিয়ে
না কহিয়ে আন সঞে বাত।
তুহারি সখিনি বিনে [৭]বচন না পুছয়ে
[৮]না বসিয়ে কাহুঁক সাথ ॥
অব তুহুঁ কাহে মান মুঝে করতহি
[১০]না বুঝিয়ে তোহারি কাজ।

---

উরবদা শ্রীহরি মিৎস্না থম্বাল লৈকামানবী
লুকথখরে মায়থোং লৈথা তম্না ॥
থঙ্লবদা কৃষ্ণনা শাউবদো রাধানা
লাকহৎখরে পুক্নীং কিক্কবনা ॥
সনা ফীগে গুপ্তা কোয়না য়েৎনা ভক্তা
হায়জরকই রাইদা থুরুমহনা ১০

নীংথিবী করিগী শাউরি করি নত্তা।
মরম লৈতনা শেরামহনা
নশাগী নমিবু অত্তোপ্পগুম্না ॥ধ্রু
য়েংবা লৈত্তে ইমিৎনা নঙ্গী মায়থোং নত্তনা
কৌন ভাঙ্নরুদে অত্তৈ কনা ॥
রাহং পাউহংলুদে ঐনা নতাশিং নত্তনা
লৈমিন্নদে ঐদি কনাগম্বু ॥
থঙ্বা ভমদে ঐনা শাউরিবা করিগী নঙ্না
অশেংবা নতৌদি থঙ্দনা নঙ্না ॥

---

১। বয়নি, ২। মন মহা ভেল বহু ভীতে, ৩। চরণ-যুগল-ধর, ৪। মিছহি করসি মঝু মান, ৫। তুহুঁ অব রোখলি—চৌঃ ৫ ৬। নয়ানে, ৭। বাত না পুছিয়ে, ৮। না হাসিয়ে,
৯। না বুঝিয়ে তুয়া মন কাজে।

য়েংগদবা:— ঈশৈ অসি শাংমনবদগী ওক্সাশিংনা অনিথোক্না থাদোক্লম্মী, মায়দবা থরদি ভাকক্ম থোকই।

উদ্ধব-দাস মিনতি করি কহতহি
[1]হের তুহুঁ নাগর রাজে ॥১১
পঃ কঃ ১৮৯, বৈঃ পঃ ৫০৮

নিজ প্রতিবিম্ব রাই যব শুনল
অবনত করু মুখ লাজে।
[2]নিরহেতু হেতু জানি হাম রোখলুঁ
[3]তেজলুঁ নাগর রাজে॥
এত কহি রাই [4]চীরে মুখ ঝাঁপল
বয়নে না নিকসয়ে বাণী।
রসিক শিরোমণি কোরে আগোরল
[5]রাইক অন্তর জানি॥১২

অপরূপ [6]প্রেমক রীত।
সবহুঁ সখীগণ [7]চীত পুতলি যেন
হেরত তুহুঁক চরীত॥
পুন সভে হাসি মন্দির সঞে নিকসল
তুহুঁ জন ভেল এক ঠাম।

---

হায়জরকই থুরুমহনা উদ্ধব-দা-স না
হন্না য়েংউ নবুংঙো অসে॥১১

তারবদা রাধা মমিনি মশাগী
লূকথখরে মায়থোং ইকাইবনা॥
করি নত্তনা ঐনা শাউরুরে মহাকপু
থাদোকলুরে মতম শাংনা॥
থলুবদা অমুম ফিনা খুমলি মায়থোং
ঙমখিদে ঙাঙ্থোকপা ইকাইবনা॥
থঙ্লহনা রাইগী পুক্নীং ফমথরক্লে হরাউনা
মনাক মক্তা-শ্রীকৃষ্ণনা॥১২

অঙকপনি প্রেমগী লীচং।
মমিং-মনা চপ-যুংনৈ য়েংনৈ ঙক্না সখীশিং
অনিগী মতৌ উ-নবদা॥
নোকমিন্নরে ঙন্না থোরক্লে সখী ময়াম’পুন্না
ঙাল্লি কুঞ্জনুংদা রাধা-কৃষ্ণ॥

---

১। হেরহ নাগর রাজে—বৈঃ পঃ, হেরত নাগর রাজ—চৌঃ ৩। খুংইদা—২। নির্হেতু হেতু জানি হামু তাহে রোখলুঁ, ৩। তেজল, ৪। চিরে, ৫। রাইর, ৬। রাইক, ৭। চিত।

[১]মদনমহোদধি নিমগণ দুহুঁ জন
উদ্ধবদাস গুণ [২]গান ॥১৩ বৈঃ পঃ ৫০৮

মধুর নব কুঞ্জে প্রফুল্ল নব পুঞ্জে
মধুমত্ত মধুপ পিয়াস ॥
রসিক নাগর হরি রসময়ী নাগরী
দুহে দুহা সুখদ বিলাস ॥
বদনে বদন দেই সুধারস পিবই
দুহুঁ চিত্ত ভাসে রসসিন্ধু ॥
টুটল আভরণ মেটল সুচন্দন
শ্রমজলে শোভে মুখ ইন্দু ॥
নীলমণি-কাঞ্চন তড়িত নবঘন
ঝলমল কিরণ বিরাজে ॥
কটিপর কিঙ্কিণী বাজয়ে কিনি কিনি
কঙ্কণ ঝন ঝন বাজে ॥
সে ধ্বনি উছলিত শুনি সখী সবচিত
নিজ নিজ বাঞ্ছিত পুরণ ॥
রাধা-বল্লভ দীন সখীভাব বিলোকন
প্রেম অশ্রু পুরিত নয়ন ॥১৪

প্রাণেশ্বরী এ দাসিনী করিবে করুণা
অঞ্জলি মস্তকে ধরি এই নিবেদন করি
সিদ্ধ কর দুল্লভ ভাবনা ॥

---

ইরেন-হুংদা প্রেমগী লূপমিন্নরি অনিমক্না
উদ্ধবদাসনা শৈহেকচরি ॥১৩

নৈনমনা হারবা নীংথিবা কুঞ্জহুংদা
ককঙাওনরি খোইমু ঈখোলাংনা ॥
ফুয়না হোবা নোংগীলক্তা নোংথাঙ্ কুপলি লেঙ্দনা
নীংথিরি কয়া মঙাল অনিগী ॥
থুংজৈ আশা সখীশিংগী ভাইনৈ সেবা অনিমক্কী
হরাউবনা থম্মোই লকা থল্লা ॥
কপচরি হীক্লা হীক্লা বল্লভদাস মনাইনা
*উজবদা সখী ভাবপু অস্সুম ॥১৪

চানবীয়ুকো ননাই ঐবু প্রাণেশ্বরী রাধে ॥
খুৎলোম্লনা ইকোকথক্তা নিজরি ননাই ঐনা
থুংহনবীয়ু নীংজবা খোরাংনা ॥

---

১। মদন পয়োনিধি, ২। গুণ গান।
* চপচাবা অর্থ হন্দোকপদা অপনব, থরা নৈবনা শমজিনজবনি।

তুহু সে মানিনি তাতে স্নেহ জানি
চামর করিব তোরে ॥
হেন কবে আর হইবে আমার
এই কৃপা করি মোরে ॥
নানা লীলা ভরে রসের সাগরে
কেশ বেশ করি দূরে ॥
কবে হেন হবে এ কৃপা করিবে
উপায় করিবে মোরে ॥
কুসুম-শয়ন পর সঙ্গে প্রিয় গিরিধর
সুতিবে আপনা কত সুখে ॥
কই সেবা পরা সখী সময় উচিত দেখি
কর্পূর তাম্বুল দিবে মুখে ।
কই বীজন লেই মৃদু মৃদু বীজই
শ্রম জলে ঘুচাবে অঙ্গ ॥
মুঞি হেন মুগুধিনী যে কৃপা-ইঙ্গিত জানি
হর্ষভরে উচ্ছল তরঙ্গ ॥
প্রাণনাথ পদদ্বন্দ্বে প্রেম সেবা পরবন্ধে
পাই যেন পুরিবে লালসা ॥
হা স্বামিনী রাধিকে নিজপদ অন্তিকে
এ বল্লভ রাখহ ভরসা ॥১৫

কারণ মান-রস ইতি সমাপ্তং ॥৩১

---

মানসী মতমক্তুদা চামর থৌগনগনি
হকচীক লাংনা শ্রীঅঙ্গদ ॥
অসিগুম্বা ভাঞ্জা ওইগবা কৈদোউভে
সখী সেবা কংবা ঐনা ॥
লৈগী শয্যা নীংথিজবা চেপমিন্নবা অনিমক্তা
কুঞ্জমন্দিরহুংদা চীক্ল ঈংনা ॥
ইঙ্গিত-পোইরৈ মুন্না খঙ্না থৌগনগনি সখীশিংনা
কংনগনি কর্পূর তাম্বুল ॥
থৌগনগনি কনানা চামর ছুম্না তপ্না
হকচীক লাংহনগনি শ্রী অঙ্গদা ॥
করি খঙ্জদবী ঐনা লৈফম খঙ্লোই হরাউবনা
থৌজান মিংয়েং ফংবদা অমুক্তং ॥
পীনৌ নিজৈ প্রেম সেবা নখোঙ্ থম্বাল অনিমক্কী
খৌরাংভৈ ননাইনা অসিতবু ॥
পীনৌ খুয়া থম্বাল লৈহী কক্ঙাওনরি পুক্নীং খোইমু
পান্দজদে বল্লভনা অভৈ অমা ॥১৫

কারণ-মান-রস-কী শৈশক লোম্লে ॥৩১

## * অকারণ-মান রস বর্ণনং

রাগ—দেশকারী

অদভুত গৌরাঙ্গ বিহারি।
কাহে পুন রোখি চলত আন ঠামহি
কই না বুঝি বিচারি॥ ধ্রু
পুরুব মধুর রসভাব গৌরবর
মধুরিমু গীত করুগান।
সব তনু বিপুল পুলক মণ্ডিত
ঝর ঝর ঝর দুনয়ান॥
সহচর সঙ্গ- লাগি তহি চলত
দেখত ভাব তরঙ্গ।
পুন পহুঁ মধুর পরশ তনু বোধই
কো নহ সমুঝত রঙ্গ॥
অভিনব গুঢ় প্রেম কল্পতরু
সকরুণ ভেল পরকাশ।
যে ইহ বঞ্চিত যে রহুঁ দুরিত
কহতহি চৈতন্যদাস॥ ১

---

রাগ - দেশকারী

গৌরাঙ্গগী লীলা অঙকপনি।
মফম হোংনা চৎলি থংলেপ লেপলি অমুক
খঙদে মরম কনানমু॥ ধ্রু
ঙংলিনে মুংশিনা থুম্নবা ব্রজ রস
মেঙনা তপ্না গৌরাঙ্গ চীন্দা।।
মুংগী রাখল কোঙলি-পান্দা হরাউ-তুজুংননা
মিংস্না অনিমক্তা প্রেম ঈহোননা॥
থিরি কোয়না কনাবুনো
উৎলি মতৌনা মিংয়েং-নায়েং-শাজৎতুনা॥
থৈদোকলি হংগোইনা শোক্লবগুম অতোপ্পনা
খঙদে কনানা করিমত্তা॥
ফোঙলি গৌরাঙ্গনা তাকলি প্রেমগী মশক
লানবিনবা কলি জীব'পুম্বা॥
লৈরে ঐদি লাপ্পা নকচবা ঙমদনা
তেংথাজরি চৈতন্যদাসনা॥১

---

* রস অসি নোংখোম্বা মরৈনা শকথি।

[১]রসবতি রাধা রসময় কান।
[২]কো জানে কাহে কয়ল দুহুঁ মান॥
দুহুঁ অতি রোখে বিমুখ ভই [৩]বৈঠ।
দুহুঁ চললী যমুনা [৪]জলে পৈঠ॥
কি কহব রে সখি কহইতে হাস।
[৫]কিয়ে কিয়ে অদভুত দুহুঁক বিলাস॥
লোচন [৬]লোরে ভোরি দুহুঁ পন্থ।
[৭]পাওল তিমির নিকুঞ্জক অন্ত॥
দুহুঁ দুহুঁ পুছইতে [৮]দুহুঁ মতি বাম।
দুহুঁ সে কহল নিজ সহচরি [৯]নাম॥
ভরমে [১০]কহত দুহুঁ মরমক বোল।
সহচরি [১১]বলে দুহে দুহুঁ করু কোর॥
[১২]যব দুহুঁ মেলি আলিঙ্গন দেল।
গোবিন্দদাস [১৩]কহ তব কিয়ে ভেল॥২

বৈঃ পঃ ৬৩১, প. মাঃ ২য় ৪৯৮

---

কৈদগীনো থঙ্‌দে মরম শাউনৈ অনিমক
কৌন-ঙাঙ্‌ন-লৈত্ত অমনা অমদ য়েংদ॥ধ্রু
শাউবনা কি কি কামনৈ তুংগা তুংগা ওন্থোক্লে
চৎনৈ যমুনাদা লৈত্তে মরম অত্তে॥
নোক্লীংদরা য়েংউনে অনিগী মত্তোসে
ওক্লিবনো কয়া য়েংসি তুম্বিন্নহুম॥
তরঙ্‌-ঈহৌরি লম্বী শেরাম্নরি
শূক্লবা নিকুঞ্জ ময়াদা লাকলি॥
হংন ওযদে হংননীংবা য়েক্লৈ পূক্লীং অনি
শোম্নে অনিমক্না মাগী মাগী সখী মমিং॥
চীল্লাং-খরাং হায়নৈ থম্মোইনুংগী রাকম
সখীমক্তি খম্না কোল্লি চেৎনা চান্না॥
হেন্না চেৎনা কোম্নে থাদোক্লবা কাউনৈ
হায়জরি গোবিন্দনা করি মত্তো কৌবা॥২

---

খুৎইন্না—১। রসবতি রাই, ২। না জানিয়ে কিয়ে করই দুহুঁ মান, ৩। বৈঠে, ৪। জল বৈঠে, ৫। কিএ অদভুত, ৬। লোর ভরি, ৭। দুহুঁ পয়ে মিলনী নিকুঞ্জক অন্ত—চৌঃ ৫, ৮। দুহুঁ ভেল বাম, ৯। ঠাম, ১০। কহল, ১১। বোধে দুহে দুহাঁকর কোর, ১২। অব, ১৩। কহে অব।

লাজ সায়রে দুহুঁ নিমগণ ভেল
হেরইতে সহচরি সব চলি গেল॥
নিবিড় তিমিরে দুহুঁ লুকায়ত যাই
সখীগণ নিয়ড়ে হেরত তাই।
কোটি কোটি চাঁদ উদয়ে সেই ঠাম
যাহা যাহা [1]লুকায়ত রাধা শ্যাম॥
কৈছে [2]লুকায়ল লাজ ভেল ভীত।
এত বোলি সা সখী হাসে মুচুকিত॥
যব দুহু নিয়ড়ে সখীগণ গেল।
বদন চাঁদ অব অবনত ভেল॥
হাসি হাসি সহচরি দুহুঁক অগোর
নেয়ল নিভৃত নিকুঞ্জক ওর॥
কত কত কৌতুক কেলি বিলাস
মোহন নিরখয়ে সহচরি পাশ॥৩

শ্লোক:

শ্রীমদ্রাধা-গোবিন্দ-দেবৌ জয়তাং।
নিভৃত নিকুঞ্জে প্রেষ্ঠালিভি সেবিতৌ॥ ধ্রু

---

ঈকাই ঈপাক্পা তাউবৈ ঈনুংবুদা লূপৈ
চৎনখরে সখীশিং মাগী মাগী মায়কৈ॥
থিবৈ লোৎফম অমম্বদা তাল্লি হেন্নমক্ত
লোনজানবী সখীশিং মূনা মুন্না য়েংবৈ॥
থোকাল থানিন কোটি কুঞ্জশুং পুমডান তাম্না
লোৎ-ফম থৈফম খূদ্দীংমক্তা রাধাশ্যামনা॥
ইকাইবনা কিবা খুৎলোৎনো করম্বা
নোকচৈ অমুম হায়না নাতোন শুগৎ সখী॥
চঙলকপদ সখীশিং অনিগী লৈফমদা
মায়থোং থাজ অনি লূকথখি লৈমায়দা॥
নোক্না নোক্না সখীশিংনা থৌগজৈ অনিগী
লমজিংলি নিভৃত- নিকুঞ্জ সঙ্গাইদা॥
শান্নে পেন্নে কয়াদা লূপ্নরি র স দা
য়েংজে মোহনদাস সখীগী তুংইন্না॥৩

শ্লোক:

নিভৃত নিকুঞ্জদা সখীশিংনা কোয়না
জয় ওইরি শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা॥ ধ্রু

---

১। লুকাওত। ২। লুকাওল।

অলং। কল্পবৃক্ষমূলে
বৃন্দাবনং দিব্যলতা পরিতং
লতাশ্চ পুষ্পস্ফুরিতাগ্রভাজঃ।
পুষ্পাণ্যপি স্ফীতমধুব্রতানি মধুব্রতাশ্চ
মধুব্রতাশ্চ শ্রুতিহারি গীতাঃ ॥৪

বিদগ্ধমাধব ১ অঙ্ক ৪৫৯

অকারণ মান-রস ইতি সমাপ্তং ॥৩২

---

অলং। লৈতেংলি বৃন্দাবন দিব্য-লতা-তনা
উরীগী মতোন্দা য়োমলি লৈরাংতনা ॥
লৈরাং-লৈকা-থূদীং তোংলি খোইমু মপৈ
চীবোন হৈবা খোইমু মোইথেম তৌরি ঙংনা ॥৪

অকারণ-মান-রসকী লৈশক লোমলে ॥৩২

* সম্ভোগাঙ্ক-রস বর্ণনং

রাগ—পাহীড়া

জয় জয় নদিয়া নাগর আনন্দ।
সহজই বিম্বাধর তাহে শোভিত
তাম্বুল রাগ সুসন্দ ॥ ধ্রু
নিশি অবসানে শয়ন পর আলসে
বিশ্বম্ভর দ্বিজরাজ ॥
নিরুপম হেম জিনিয়া মুখ শশি
মুদিত কমল সাজে ॥
বালিস পর শির আলিছে
নাছারত-তহি মন্দ নিশ্বাস ॥
বিগলিত চাঁচর কেশ শেজপরে
বদনে মিছা মৃদু হাস ॥
কোকিল আদি ধ্বনি শুনইতে
জাগি বৈঠল সাজই।
উদ্ধ-ব-দা স দেখিয়া হরষ
করে বারি ঝাড়ি লেই ॥১

---

রাগ—পাহীড়া

জয় ওইরিনে গৌরাঙ্গনা নদীয়াসিদা।
তরানবু ঙমজবা চীনবান নীংখিজবা মায়থোং
পুক্লীং হুরি য়েংবতদা ॥ ধ্রু
অহিংগী মমৈদা শ্রীগৌরাঙ্গ বিশ্বম্ভর
চেপলি মুংঙাইনা শয্যাদা ॥
ফুদোংবা সনানি মায়থোংনা থানিননি
পোমশাংনবা থম্বালগুমলি ॥
য়াত্তারি কোক্লা মোল্লাং মথক্তা
স্বর চনীংতানা নাতোন্দ হোন্না ॥
চোইনা তাবা শম্লাংনা নীংথিরি মোনলাংদা
ঙঙাংবা চীনবান্দা মোমোন মীনোক ॥
তাবদা থোংলকপা অয়ুক্কী চেক্লানা
লেঙ্খৎলক্লে শয্যাদগী ॥
উদ্ধ-ব-দা-স না হরাউজৈ উবদা
ঙাইজৈ খোগন ঝাড়ি পায়না ॥১

---

* রস অসি মাংব্যা কৈক্কানা শকপনি।

কাহাঁ নখচিহ্ন [১]চিহ্নলি তুহুঁ সুন্দরি
এহ নব কুঙ্কুম রেহ।
[২]কাজর ভরমে [৩]মরমে কিয়ে গঞ্জসি
[৪]ঘন মৃগমদ পদ এহ॥১

[৫]ভামিনি মঝু [৬]মনে লাগল ধন্দ।
অপরূপ রোখে [৭]দোখ করি মানসি
দিনহিঁ তরুণি দিঠি মন্দ॥ধ্রু
গৈরিক হেরি বৈরি সম মানসি
উর-পর যাবক ভানে।
ফাগুক বিন্দু [৮]ইন্দুমুখি নিন্দসি
[৯]সিন্দুর করি অনুমানে॥
তোহারি সম্বাদে জাগি-সব যামিনি
অরুণিম [১০]ভেল নয়ান।
[১১]তুহুঁ পুন পালটি [১২]মোহে পরিবাদসি
গোবিন্দদাস পরমাণ॥২

বৈঃ পঃ ৬২৪

---

কৈদগী নীংথিবী নত্তে থৃজীন মফম 'সিদি
য়েংউ মুন্না কুঙ্কুম চন্দননি॥
চীনবান্দা শঙ্জবা মৃগমদ চন্দন-সিবু
হায়জিল্লি নঙ্না কাজলনি হায়না॥১

শকাহেনবী, ঐবু নঙ্না ইভাও-ভাওহল্লে।
শাউমনখিবদগী কারি হুমাং নরাইপক
উদ্রবরা নঙ্দি অভানবদা॥ধ্রু
থবাক্কী লৈঙাঙ্বু য়াবকমক্কি হায়বা
য়েক্রবরা নঙ্বু ঐগী॥
সিন্দূরনি হায়বা আবের মরীকসিবু
থাজমানবী হায়মন্দবরা॥
থারকপা নপাউনা মিৎশেঙ্ খাঙ্খি অহিং চুপ্পা
মিৎস্নু নাস্নু ইভাঙ্ ভাঙ্বমথৈ॥
ওন্ন তৈনা নঙ্না চৈরি ঐবু থীনতুম
প্রমাণনি গোবিন্দ দাসনা॥২

---

খুংইদা—১। হউক সুন্দরী, ২। কাজর ভরম, ৩। কাহে গঞ্জসি, ৪। মৃগমদ মল পুর এহ, ৫। সুন্দরী, ৬। মন, ৭। দুঃখ বিন্দু পেখলু, ৮। ইন্দুমুখ, ৯। সিন্দুর বিন্দু, ১০। ভৈগ নয়ন, ১১। তোহে পুন পাতলি, ১২। মোহে পরিবাজসি।

চাতুরি [১]না কর' নাগর চোর
সাক্ষী দেয়ত সব [২]অঙ্গই তোর ॥
লোহিত লোচন পঙ্কজ ভাঁতি
[৩]আন বয়ান অব রহি কাঁতি ॥
ভালে বিরাজিত সিন্দূর রেখ
মুকুর করে ধরি দেখ পরতেক ॥
গোবিন্দদাস কহে শুন সুকুমারী
তাহাঁ চলি যায় যাহাঁ বরনারী ॥৩

পঃ মাঃ ২য় ২৫৪, বৈঃ পঃ ৩১০

রজনী বঞ্চিলা যথা
তুমি চলিয়া যাওগো নাগর তথা ॥

যামিনি জাগি অলস দিঠি পঙ্কজে
কামিনি অধরক রাগ ।
বান্ধুলি [৪]অরুণ অধরে [৫]ভেল কাজর
[৬]ভাল পরি অলতক দাগ ॥

---

নমথাক তৌরকনু মীরৈহৎ হৈবা
সাক্ষিমককনি য়েংজৌ নংগী নশা পুম্বা ॥
ভাংজুনবা মিৎস্না ফনহুম ফজরি
অতোপ্পগী কুচু মখেক লানা ফাওরি ॥
নৈতেংলি লাইপক্তা সিন্দুর রেখা
শকয়েং মিংশেন্দা য়েংউ উগনি তশেংনা ॥
গোবিন্দ দাসনা হায়জে তাবিয়ু ইবেম্মা
চৎলুসিবা হেক্তা য়াইকবীতুমক্তা ॥৩

চৎলো হল্লো মফমতুদা
চাক্তারু হুংডাইনা পুরকী নৈতানা ॥

তুমদবগী অহিং তডাংলি মিৎস্না উইরুম্না
পকলি নুপীগী চীনবান মচু ॥
মকশিল্লি কাঁজলনা তয়ানংম্বা চীনবান থক্ খা
লাইপক্তনা তৈরি যাবক মহী ॥

---

বৈঃ পঃ ৩১০ (কবি শেখরগী)— ১। পরিহর, ২। [illegible]
৩ মলিন ভয়ো তুয়া অধর হি কাঁতি,
খুংইদা—৪। বন্ধু, ৫। ভরু, ৬। ভালহি অলক্তক দাগ।

মাধব দূর কর কপট [1]সুলেহ।
হাতক কঙ্কণ কিয়ে দরপণে [2]হেরি
[3]চল তুহুঁ তাকর গেহ॥
সো স্মর-সমর সুধীর কলাবতি
রতিরণে [4]বিমুখ না ভেল।
[5]নখর কৃপাণে [6]হানি উর অন্তর
প্রেম রতন হরি নেল॥
প্রেম ধন হীন [7]পুরুষে অব কো ধনি
[8]জানি করব বিশোয়াস।
[9]গুণ বিনু হার সাখি এক তুয়া হিয়ে
দোসর গোবিন্দ দাস॥৪

বৈঃ পঃ ৬২৪

আকুর চিবুর [10]চূড়োপরি চন্দ্রক
ভালহিঁ সিঁদুর দহনা।
চন্দন চাঁদ মাহা [11]মৃগমদ লাগল
[12]তাহে বেকত তিন নয়না॥১

---

থাদোকপিরো মাধব তৌশিন্নবা প্রেম অদো
খুজেংগী খুজিবু মিংশেল থানা য়েংনবরা
লেঙ্‌বিখরো মনাক্তা মাগী॥
রতিগী লানফমদা হৈথোই-শিংথোইবীনি
মায়-ওনখিদে উরে লানফমদগী॥
থবাক শেগায়দুনা খুজীন-খুৎলাইদুনা
নমদুনা লৌথরে প্রেম-রতন॥
লল্লেবা কনানা থাজগনি খঙ্‌না-উনা
প্রেমগী লন চেন্দ্রবা মী মহাকপু॥
সাক্ষী ওইরি লীক্‌তুনা লংগু-য়াওদ-লেংবা
গোবিন্দ দাস-নসু থঙ্‌লি মন্থু॥৪

চোইজাইনবা শমজোই চূড়াথক্তা থোকপা-থা
লাইশক্তুনা সিন্দুর মৈরি॥
চন্দন-থানিন-মথক্তা মৃগমদ নম্বদি
উরি মিৎস্না অহুম শুবগুম॥

---

খুৎইদা—১। সিনেহ, ২। হেরব, ৩। চলতহুঁ, ৪। বিমুখই ভেল, ৫। নখর বপানে, ৬। হানে উরু অন্তর, ৭। পুরুষক ধনী, ৮। জানি কর বিশোয়াস, ৯। গুণ বিনু হৃদয়ে হার তুহুঁ ঐছন অনুমিত গোবিন্দদাস।

খুৎইদা—১০। চূড়া পড়ি, ১১। লাগল মৃগমদ, ১২। তহিঁ।

মাধব অব তুহুঁ শঙ্কর দেবা
[1]জাগর পুণ ফলে প্রাতরে ভেটলুঁ
দূরহি দূরে রহু সেবা ॥
[2]চন্দন রেণু- ধূসর ভেল সব তনু
সোই ভসম সম ভেল।
তোহারি বিলোকনে [3]মঝু মনে মনসিজ
মনোরথ সঞে জরি গেল ॥
[4]তবহুঁ বসন ধর কাঁহে দিগম্বর
শঙ্কর নিয়ম উপেখি।
গোবিন্দদাস [5]কহই পর অম্বর
গনইতে [6]লখি না লেখি ॥৫
রসকল্পবল্লী ২৩৪, বৈঃ পঃ ৬২৩

সহজই [7]গোরি রোখে তিন লোচন
কেশরি জিনি [8]মাঝ খীণ।
হৃদয়ে পাষাণ বচনে অনুমানিয়ে
শৈল সুতা কর [9]চীন ॥১

---

মাল্লে মাধব মতৌ মহাদেব ॥
তুনজদবা মহৈনা ফংলি অধুকমক্তা
লৈখরে সেবাতদি লাপ্পা ॥ধ্রু
চন্দন মকুপ্পা রাউথাংহনবদি হকচাং শীন্না
মাল্লি ফনহুম ভস্ম তৈবা ॥
নীংজবা 'পুম্বা ঐগী মাঙ্খরে ঙন্না পুক্লীংদা
উং-ওইহ্নুনা নঙ্গী মিংয়েংহুদা ॥
মতৌ নত্তে শঙ্করগী ফিজেৎ-লৈতেংহুদি
ফি-শেক্তবনি মহাদেবদি ॥
মশীং চল্লুহু ফিনি মহু অতোপ্পগী
তাকচৈ নোন্না গোবিন্দ দাসনা ॥৫

কুচু-নগা পাল্লে থাঙ্নগা চেংত্রিক চেংলে
শুরে শাউখিবনা মিৎ অহুমগা ॥
থম্মোইহুংনা-নুং রাঙাঙ্ শাঙাঙ্না তাশোন
চীংনিংথৌ মমোম্মক ওইরে ॥১

---

খুৎইদা—১। জাগরণ পুণ্য ফলে প্রাতহি, ২। চরণ, ৩। মঝুমন, ৪। অবহুঁ, ৫। কহে ইহ পর, ৬। লিখি। খুৎইদা— ৭। গোরী, ৮। মাঝহি-ক্ষীণ ৯। বাণ।

সুন্দরি অব তুহুঁ চণ্ডিবিভঙ্গ।
যব [1]হাম শঙ্কর তুয়া নিজ কিঙ্কর
[2]মোহে দেয়বি আধ অঙ্গ॥
কালিয় কুটিল [3]ভাঙু যুগ ভঙ্গিম
সম্বরু তাকর দম্ভ।
[4]পশুপতি দোখে রোখ নহে সমুচিত
হাম নহ শুম্ভ-নিশুম্ভ॥
দহন [5]মনোভবে [6]তোহি জিয়ায়বি
[7]ইষত হাস বর দানে।
তুয়া [8]পরসাদে বাদ সব [9]খণ্ডয়ে
গোবিন্দ দাস পরমাণে॥৬
রস কল্পবল্লী ২৫৪ বৈঃ পঃ ৬২৩

তুয়া অঞ্জনে অধরে ভেল রঞ্জিত
নয়নে অধরে ভেল রাগ।
সিন্দূর বিন্দু চন্দন ছাপল
হৃদয়ে অলতক দাগ॥১

---

নীংথিবী নঙ্দি হুজীক চণ্ডীমক ওইরে॥
মহাদেবনি ঐনা ভাইজৈ য়াথং ননাই ওইনা
পীনৌ ঐবু নঙ্গী হকচাং তংখায়॥
কালিগী হুগুনলি খোইখোয়বী পীশুনহুনা
থাদোকউ মহুগী নাপল॥
শুম্ভ নিশুম্ভদো নত্তে ঐদি নীংথিবী!
থিহৈদে মরাল * পশুপতিগী॥
নৌনা থরায় হাপ্পিযু পুক্লীং ময়োন চোংহল্লু
মোমোন মীনোক্কা বর ওইনা॥
লোইরে চানবীরগা লৈতে মখা অতৈ অমা
প্রমাণনি মহুগী গোবিন্দনা॥৬

কাঁজলগী মচু শঙ্লি ভডাংবা চীনবান
চুরি মিৎতনা পানা মচু।
লাইপক সিন্দুর ননশিল্লি চন্দন থানিননা
যাবক মহী তৈরি থম্মোইনা॥১

---

১। হামু, ২। থুংদনা 'মোহে' মাওদে, ৩। ভাঙ ভুজঙ্গম, ৪। পদ অসিমা থুংইদা লৈতে,
৫। মন ডোয়, ৬। মোহে জীয়য়বি, ৭। ঈষদ, ৮। পরসাদ, ৯। খণ্ডই।

* পশুপতি—শাগী মপু, বণগী মপু=মহাদেব অমদি কৃষ্ণ অনিমক্ক; পানবা মাই।

মাধব কুন কলাবতী সোই
প্রেম হেম গহি আপন রঙ্গ দেহি
এ হেন সাজায়লি হোই ॥
*মদন সুনার ভুলি আলসে
তাহে দেয়ল নখ রেহ।
কুন গুডারী তোহে অব পরশব
হেরি তুয়া ঝামরু দেহ ॥
অব রস লালস কি দরশায়সি
নিলজ্জ লোহ সমান।
গোবিন্দ দাস কহে আপন পরাণ দেহে
হেম ধরহুঁ পাঁচবাণ ॥৭

---

কনানো মাবু লাইবকফবী 'দুবু
মশাগী মচুগা প্রেম মণিগা শিন্নবা
নঙ্‌বু অসুম শেন্নকপা ঙম্ব' ॥
মদন্‌দেবমন্না শুন্দৎলি ফজবা শক্ত
ওইরি সাক্ষী থূর্জীন মকম্না।
লনকেৎপী কনানা শোক্লগনি নশা নঙ্‌গী
উরগবু নতৌ অমকপা ॥
উংলরি করম্নবু প্রেম রস ইথৌ
ইকাইদনা অহুক মোংনা ॥
গোবিন্দদাসনা হায় শোকহনবীযু নশা নঙ্‌গী
ঈক্লুহনসি মাবু মকোক তুম্না ॥৭

---

বৈঃ পঃ ৬২২— শুন মাধব কোন কলাবতি সোই।
প্রেম হেম গহি আপন রঙ্গ দেই
এহেন সাজায়লি তোই ॥ ধ্রু
নয়নক অঞ্জন অধরে ভেল রঞ্জিত
নয়নহিঁ তাম্বুল দাগ।
সিন্দূর বিন্দু চন্দন ইন্দু ঝাঁপল
উরপর যাবক রাগ ॥
মদন সোনার ভোরি রূপলালসে
তাহে দেয়ল নখরেহ।
কোন গোঙারি তোহে অব পরশব
হেরি তুয়া ঝামর দেহ ॥
অব রস লালস কিয়ে দরশায়সি
নীলজ দেহ মৈলান।
গোবিন্দদাস কহ আপন পরশ দেহ
কানু করু সুকৃত সিনান ॥১৭৪

* "মদনদেবনা তুলিনা চিংবগুম. রেকলি মরি থুর্জন মকম"—অনুমন্ন রাই।

[1]এ ধনি এ ধনি কর অবধান।
নহি অপরাধ না বোলসি আন॥
পূজলুঁ পশুপতি যামিনি জাগি
[2]গমন বিলম্বন ভেল তথি লাগি॥
[3]নিজ মোরে দেয়ল কঙ্কণ ভাগ
উচ্চারিতে মন্ত্র অধর নাহি রাগ॥
নিশি উজাগরে লোচন ঘুর।
ইথে লাগি সুন্দরী বোলসি চোর॥
নব কবিশেখর কি কহব তোয়
শপতি করহ তবে পরতীত হোয়॥৮

গগনহি এক চাঁদ নাহি দোসর
[4]ধরু তাহে কালিম চিন।
অরুণ কিরণে পুন লাজে মলিন তনু
[5]বেকত না হোয়ত দিন॥১

---

হায়জবা ঐহাক্না তাখো অমুক্তগা
ইরাল নৈতে ঐদি শুইদবমু ঙাঙদে।
শিব পূজা তৌরুই অহিং নোংশোয়বা
থেঙ্খি মদুত্না অনি য়োরকপদা॥
মক্রিবনি চীনবান থক খা মন্ত্র শোনবতদা
চরিবনি য়েঙউ কস্তুরী কুঙ্কুম মচু॥
তুমত্তানা অহিং ঙাঙ্শিবনি ইমিৎ
মত্তনা ঐবু নংনা হায়রি হুরানবনি॥
হায়রুগনি করিবু কবি শেখরনা
থাজহনগে হায়রবদি রাশকউ অমুক্তা॥৮

থোকই থানিন অমথক্ত নোংমুদোন মথক্ত
মুরি মায়হিংনা মমায়মক্ত॥
উরকপদ চীংথৈ মঙাল ইনাইরি অমুক হেন্না
ঙাম্নোকহন্নীংদে ফুমিৎ মঙাল॥১

---

রস বল্লবল্লী ২৩৩, পঃ মঃ ২য় ১৭৮, বৈঃ পঃ ৩১০— ১। থংনবা পরেং অনি অসি ছাপাদা লৈতে, মতুগী মহক্তা— শুন শুন সুন্দরি কর অবধান
বিনি অপরাধে কহসি কাহে আন।
২। লগল মৃগমদ কুঙ্কুম দাগ ৩। রজনি উজাগরি লোচন ভোর
তথি লাগি তুহুঁ মুখে বোলসি চোর।
খুৎইদা— ৪। আর তাহে নিলিম চীহ্ন, ৫। বেকত নহে ওত দীন।

মাধব অপরূপ তোহারি বিলাস।
তুয়া উর অম্বরে চাঁদ ঘটা অব
দিনহিঁ হোয়ত পরকাশ॥ ধ্রু
বিহিক শকতি জিতি কোন কলাবতী
অরুণ [1]ঘটায়ল তায়।
তছু সেবন [2]বিনু প্রাতরি তোহে পুন
[3]অনত গমন না জুয়ায়॥
জানলুঁ অতয়ে [4]কয়লুঁ হাম বহু পুণ
যব তুহুঁ অবহুঁ না যাব।
কহ ঘনশ্যামদাস নহ কৈছনে
ঐছন দরশন পাব॥৯ বৈঃ পঃ ৭৯১

এ ধনি রঙ্গিনী রমনী শিরোমণি।
নাহক করসি কেনে রোষ॥১

রাধে হাম তুহারি নিজদাস॥
অনুক্ষণে নিজজনে ঐছন [5]দগদনে
কি ফল জীবন আস॥ ধ্রু

---

মাধব অঙকপনি লীলাসিদি নঙ্‌গী
থবাক অতিয়ামক্ত থোকলি পূর্ণিমা
ময়েক লারি হুজীক অযুকমক্ত॥
বিধিগীসু বিধি ওইবী কনানা মতিক চাউবী
নোং ঙাল-হল্লকপা করিগীবু॥
হন্দোক্তনা মাগী সেবা অযুক্কী মতম মক্তা
হৌনদে থোক্রবা মফম'মদা॥
খঙ্‌জরে ঐহাক্না পুণ্য কয়া তৌজরকপনা
ফংজরি ঙসি অম্মুম উজবা॥
ঘনশ্যাম দাসনা হায়জৈ ওইবনো করম্না
উজবা নহাকপু অম্মুম্না॥৯

কজবী নীংথিবী রাহৈ রাজা-চঙ্‌থোনবী
শাউরি করিগী অচুকহাক্না॥১

রাধে ঐদি ননাইনি নহাক্‌ তগী
চাকহনবনা ঐগী শক্লাক মতম তাঙ্গা খুদীং
করি কাম্নি হিংলুবগী॥ ধ্রু

---

১। ঘটায় চলি যাই, ২। বিনে প্রাতরে, ৩। অন্যত্র গমন ছড়াই, ৪। অব হামু, ৫। দগধনে

অপরাধ জানি উচিত ফল দেয়বি
তাহে হাম মাগব রাগে।
আপনাক দোষ জানিলাম [1]তব
তুয়া ধরি চরণ সুরাগে॥
ঐছন চাঁদ বদন কাঁহে ছাপসি
মান তিমির করি সাজ।
গোবিন্দদাস কহে অব কি হেরিখব
বরিখন অঙ্গে বিরাজ॥ ১০

[2]নখপদ হৃদয়ে [3]তোহারি
[4]অন্তর জলত হামারি॥
([5]অধরহিঁ কাজর তোর
বদন মলিন ভেল মোর॥)
কাহে মিনতি করু কান
তুহুঁ [6]হাম [7]একই পরাণ॥
খ। [8]হাম উজাগরি রাতি
তুয়া দিঠি অরুণিম কাঁতি॥

---

লাল্লে খঙ্না ঐবু পীনৌ চৈরাক-ইরাল ইতীকু
ফাওহল্লু রাগ থম্মোইন্নুংদা॥
ইকোকথোংনা নিজৈ ইরাল'পুম্বা য়াজৈ
চঙ্জৈ নঙ্গী থুয়া থম্বালদা॥
নীংথিজবী মায়থোং থানিন মকহল্লি করিগী
মানগী নোংলেন্না কুপশিন্দুনা॥
গোবিন্দদাসনা হায় করিবু য়েংলুখিনি
তারুকবদবু ঈশিং ওইনা॥১০

খুজীন মক্মনা থবাক্কা নহাক্কী
চাকহল্লি থম্মোইদা ঐহাক্কী॥
তঙাংবা চীনবান মুরি কাঁজলনা
মকহল্লি মচুনা ঐগী মায়থোং॥
নোল্লি করিগী ঐগী কা দা
নঙ্সু ঐন্সু থরায় মশেন্নি॥
ঐনা অহিং তাংলৌ থাবল
নঙ্না অয়ুক-য়েন্দা চীংথৈ-মঙাল॥

---

১। অব—?

খুংইদা—২। নখচিহ্ন, ৩। তুমারি, ৪। অন্তরে, ৫। খুংইশিংদা মসিগী পরেং অনি অদি লৈতে। ৬। হামু, ৭। একহি, ৮। হামু।

গ  হামারি রোদন [1]অভিলাষ
তুহুঁ [2]কহ গদ গদ ভাষ ॥
ক। সবে [3]নহ তনু তনু [4]সঙ্গ
[5]হাম গোরি তুহুঁ শ্যাম অঙ্গ ॥
ঘ। [6]অতয়ে চলহ [7]নিজ বাস
কহতহি গোবিন্দ দাস ॥১১
বৈঃ পঃ ৬২৪, রস কল্পবল্লী ২৩২

রাইক হৃদয়- ভাব বুঝি মাধব
পদতলে ধরণি লোটাই।
[8]দুই করে দুই পদ ধরি রহু মাধব
[9]তবহুঁ বিমুখি ভেল রাই ॥
[10]পুনহি মিনতি করু কান।
হাম তুয়া অনুগত তুহুঁ ভালে জানত
কাহে দগধ মঝু প্রাণ ॥ ধ্রু
তুহুঁ যদি সুন্দরি মঝু মুখ না হেরবি
[11]হাম যায়ব কোন ঠাম।

কল্পনা ঐগীদি হুংঙাইবনি
মোইথেম রাহৈনা নঙ্গী শরুক্নি ॥
করম ওইনি পানগী হকচাং লৈপুন
কুচু ঙেই ঐনা নঙ্না অমুবনি ॥
লেঙ্খরো হনখরো সঙ্গাই তমলো
হংগৎচরি গোবিন্দ দাসনা ॥১১

থঙ্লবদা কালা য়েনা শাউরে রাধা
তুথরক্লে শাগ্রাঙ্ লৈমায়থক্তা।
খুৎনা কোল্লা খোঙ্দ চেৎনা লাল্লে হায়না রাইদা
লৈথোকলি মায়থোং রাধানা তল্লা ॥
চঙ্জৈ অচুমক্ত হন্না কৃষ্ণ।
ঐদি নঙ্গী ননাইনি হেন্না থঙ্বী নহাক্নি
চূরি করিগী থম্মোই মৈরি ॥ ধ্রু
নঙ্না অতম লৎনবা হন্না ঐবু য়েংবীদ্রবা
কৈদনোনে ঐগী লৈফম ॥

১। বিলাস, ২। ভেল, ৩। নহে। ৪। অঙ্গ, ৫। হামু, ৬। অতএব, ৭। নিবাস।
য়েংগদবা :— ক, খ গ, ঘ অসুম্না মওঙ্ মায়দনা arrange তৌরম্মী।
খুৎইদা— ৮। দুহুঁ কর দুহুঁ পদ, ৯। তবহি বিমুখ ভই গেল, ১০। পুন প্রণতি করু কান,
১১। হামু রহ কোন ঠাম।

[1]তুয়া বিনু জীবন কোন কাজে রাখব
তেজব [2]আপন পরাণ ॥
[3]এতহুঁ মিনতি [4]কানু যব করলহিঁ
[5]তব নাহি হেরল বয়ান।
[6]পামরি গোবিন্দ [7]মিছই আশোয়াসল
রোই রোই [8]চলু কান ॥১২
বৈঃ পঃ ৬৭১, রঃ কঃ বল্লী ২৩৫

হাতে ধরা পায়ে ধরা তোর।
স্বভাব কি তোর গেল মারে
পাঁউ ছাড় ছাড়রে নিলজ্জ বন্ধুরে ॥
ওই ছাড়া দেরে বনমালি।
শূন্যে নিন্দা করিব চন্দ্রাবলীরে
আমি বলিব ব্রজের ঘরে ঘরে
শ্যাম নাগর হরে পায়ে ধরিবারে ॥১৩

রাই অনাদর হেরি রসিকবর [9]নাগর
অভিমানে কয়ল পয়ান।

---

কৈদৌননি হিংলুহুনা নঙ্গী সেবা ফংদনা
থারগনি থরায় লেপ্পা ॥
চঙ্জরি অসুম্না নোঙ্গে কৃষ্ণ কয়াথোক্লা
লৈথোকখিদে মায়থোং অহুমক্তা ॥
গোবিন্দ দাসনা অরেম্বনি থেমজরুবা
কপ্পা কপ্পা হনখরে কালা ॥১২

য়েংগদবা— হকথেংনবা শ্রীমতীগী রাইহ অমা মথাদা লাকপনা মথক্তী ঈশৈদা কৃষ্ণনা হনখিবসি অকায়বা অমা লাকই, ওজাশিংনা থনবিনবা হায়রক্তে।
মীগী মথোঙ্, পায়বা ইকাই থঙ্দবা
হৌনশানি নঙ্গী হালেংদবা ॥
থাদোকউ পায়বিগনু য়েংনীংদে মতাংতু
নথুত্তুনা শোকনু ঐবু ॥
নিন্দা তৌবা শারনু চন্দ্রাবলীবু
পাউজেনগনি ঐনা ব্রজ য়ুমথোঙ্ খুদীং
চেকশিঙ্গৌ নথোয় পায়জরনি নথোঙ্ মানা ॥১৩

রাইনা লংনবা উবদা রসিক বর হরি
নীংবা কায়না থোরক্লে তপ্পা।

---

১। তুমা বিনে জীবন, ২। পাপ পরাণ, ৩। এতহি, ৪। করতহি মাধব, ৫। তবহি না হেরব নয়ান, ৬। গোবিন্দদাস কহ, ৭। মিছু আশ্বাসই, ৮। চলত।
গোঃ পঃ ২২৯, রসঃ কঃ বল্লী ২৩৬, কীর্তনের গান ১৫৯, ৯। ছাপাদা য়াওদে।

নয়নক [1]নীর পথ লখই না পারই
[2]পীতবাস মুছই বয়ান ॥
হরি হরি নিজ অপরাধ ([3]হাম) নাহি জান ॥১৪

রাধের মত কঠিনময়ী খুঁজে মিলেনা
কালাচাঁদের মায়াছল দেখি
আগুণ দ্বিগুণ জ্বলে ॥
নয়ান জলে পাষাণ গলে
প্যারী মানকে গলেনা ॥
ওই চরণরেণু হৈতে গঙ্গা আইলু অবণীতে
মান বাঢ়ায়া কমলিনী
বদন তুলিয়া চাইল না ॥১৫

কি করিব কোথা যাব
কি গুণে শ্রীরাধা পাব ॥
না জানি রাই কোন দোষে
মোরে উপেক্ষিব ॥

---

থঙ্‌ঙমখিদে লম্বী হরি মিৎকি পিরাংতনা
তৈথোক্লক্রে ফীগে ফীজিনা ॥
উঙমখিদে মরাল মাগী করি ভৌদে থন্না ॥.৪

থম্মোই পান্দবী নুংশি থঙ্‌দবী লৈত্তে মাগুম্বী
উবদা নমথাক মতাৎ মখুংভোগী
চাক্লকখি হেন্নহুম মৈরি ॥
অকনবা নুংদো পেৎলি পিরাংনা
পেৎত্তে রাধা থম্মোই নুংদি ॥
মখোঙ্-থম্বান্দুদগী মাগী চেম্বরকপনি গঙ্গা-ঈচেল
রাধা মৈরিদি মুৎচঙমদে
য়েংথোরক্তে মায়থোং হম্না ফাওবা ॥১৫

করম ভৌগনি করি হায়রুনি
কমদৌরগা ফংগনি মাবু ॥
থঙ্‌দে ঐনা করি ইরালনা
লৎনবনো মানা ॥

---

১। লোরে, ২। পীতবাসে মোছই, ৩। ছাপাদা 'হাম' য়াওদে।

শ্লোকঃ

কিং করিষ্যতি কিং বদিষ্যতি
সা চিরং বিরহেণ।
কিং ধনেন কিং জনেন
কিং মম গৃহেণ সুখেন॥১৬

সম্ভোগাঙ্ক রস ইতি সমাপ্তং॥৩৩

শ্লোক

করম তৌরমগনি হায়রমগনি করি
কায়নবদা ঐগা কুইনা॥
ইবুম ইকৈ শাগৈ নাতৈ
কৈদৌননি ইরল ইথুম॥১৬

সম্ভোগাঙ্ক (নৈপুন থুদম হকচাংদা উবা) রসকী লৈশক লোমলে॥৩৩

* কিং ধনেন জনেন কিং মম জীবিতেন গৃহেণ—গীত গোবিন্দ।

## * মানান্ত মিলন-রস বর্ণনং

### রাগ—বরাড়ী

[1]গৌরবর কাঞ্চন দশবাণ
অরুণ বসন পরিধান ॥
অবনত মাথে [2]গৌরা রহে
অরুণ নয়াণে ধারা বহে ॥
ক্ষণে শির [3]করতল রাখি
ক্ষণে [4]ক্ষিতিতলে নখ লেখি ॥
কাঁদিয়া আকুল [5]গৌরা রায়
( সোনার অঙ্গ ধূলায় লোটায় ॥
নিশি দিশি আন নাহি ভয় )
বাসুদেব [6]ঘোষ [7]গৌরগুণ গায় ॥১

### শ্লোকঃ

মদন সুখ সমীপস্তত্রগত্বাথ বৃন্দাং ।
নিজজন পরিহাস্তীং সুচয়ন্ প্রাতরেবং ॥
তদনুরমনকৃত্যে সোন্মুখী গচ্ছতীতাং ।
ত্রিজগদনুপমত্বাং তস্য গাথাং জগাদ ॥

---

### রাগ—বরাড়ী

গৌরগী কুচু সনা অহিংবা মচু
ফিজেৎ লৈত্তেংনা গেরুয়া মচু ॥
লৈমায়থক্ত মিৎয়েং মিৎলুদ পিরাং
মন্দাকিণী ঈহৌ কুমগী নোংহৌ ॥
খল্লি করিনো খদাঙ্ শৌনা থুত্তা
লৈই চিংই অমুক থুজীন্না লৈমায় ॥
কপলি হিক হিক লাউনা শ্রীগৌরাঙ্গ
সনাগী কুচু লৈমায়দা ওন্না ॥
অহিং সুংথিল নাইদে লৈত্তে পোথা
গৌরগুণবু শকচৈ বাসুদেবনা ॥১

### শ্লোক-কী অর্থ

চংথরে কৃষ্ণ বৃন্দা নাক্তা মদনসুখ কুঞ্জ তন্না
কোকৃচনবা অরা চৈথেং থিরি উপায় অয়ুক ওন্তা ॥
কৃষ্ণ য়াথং কোক্ত থোংনা চংলি বৃন্দা রাধা নাক্তা
মপা লৈত্রবা তাইবঙ্দা শকলুই গুণবু রাইগী কাদা ॥

---

বৈ: প: ১৬১, প: ক: ২৩/৯৪—১। বরণ, ২। গোরা, ৩। করতলে, ৪। ক্ষিতিতল নখে,
৫। গোরা রায়। ব্রেকেট মনুংগী অসি থুংইদা রাগুরমদে।

* রস অসি লাইরিকা অত্তাতোননা শকথি।

*মদন কুঞ্জ তেজি কৃষ্ণ বৃন্দা যুক্তি করে
বৃন্দা আসি রাই পাশে কহে সমাচারে ॥ধ্রু
পঃ কঃ ৯৪

যব সুন্দরী কোপে ভরি
হেরি কহয়ে দূতিক পাশে।
কি কহ কপটী কপটের দূতি
পুন কহ শুনি কৈছে॥
নাহি প্রয়োজন শুনল বচন
সে রূপ বিরূপ কৈল।
কালা দরশনে নাহি [1]প্রয়োজনে
আর না হেরিব কাল॥২

মুড়াইব কাল কেশ শিরে না ধরিব ॥ধ্রু
নীল নিচুরী আর নীল পাটের শাড়ি।
যমুনায় ভাসাই দিব উত্থাপন করি॥
কোকিলের রব আর কর্ণে না শুনিব।
ময়ূরের কণ্ঠ আর নয়ন না হেরিব॥

---

মদন-সুখদা নাক্তা রাত্তানরি কৃষ্ণ বৃন্দা।
বৃন্দা লাকল্লি তম্নি রাইদা রারম'পুম্বা লোইনা ॥ধ্রু

শাউবনা হেল্লি রাধা নীংথিবী
হায়রকই য়েংনা দূতীবু তম্না॥
চথোকউ লোনম্বী লোনম্বগী দূতি
চোপচগনি নঙ্সু ঙসি॥
তানীংদে ঐহাক্না কনাগী রাঙাঙ্বু
শেম্বিরে শক্তুনা ঐবু॥
করি নত্তে ঐদি মাগী মকাদদি
য়েংলোই অমুক অমুবা কুচু ॥২

কোকথোক্কনি কোকী শমলাং থাক্লোই করিমত্তা ॥ধ্রু
শংলেন ফীজোন অশংবা শাড়ি লোইরবনি ঙসি
তাউহনখিনি যমুনা পক্তা ঈচেল মতুং ইন্না॥
তারোই ঐনা অমুকহন্না কোকিলনা খোংলকপা
য়েংলোই অমুক মপোক'সদা অশংবা রাহোং মঙক ॥

---

১। প্রিয়জনে—পাঠ।

* মদনসুখদা কুঞ্জ—বিশাখাগী কুঞ্জনি, শ্রীকুণ্ডগী চীংথৈ পাংবদা লৈ

মরণ কালেতে কালের হাতে নাহি যাব।
কালা বিনে যদি প্রাণ যাই কালা না হেরিব ॥
কালা বর্ণ যত সখি ছাড়হ চন্দন।
কাল-স্বরূপ কালারূপ তেজ আভরণ ॥
ব্রজ না রহিব যাব আর কোন দেশ।
নতুবা তেজিব প্রাণ গরল গড়াশ ॥
কবি বিদ্যাপতি ভণে কি কহ কিশোরি
অত্তেজ কালরূপ তেজিবে কি করি ॥৩

রাই ক্রোধ দেখি বৃন্দা ফিরিয়া গমন।
সিংহনাদ শুনি হস্তি পালায়ে যেমন ॥
তবে সখী আশ্বাসিয়া চলে নিজঘরে।
শ্রীরাধা মানিনী হয়া রহিল মন্দিরে ॥৪

ওথা বৃন্দা কৃষ্ণস্থানে করি প্রকটনে।
শুনি কৃষ্ণ শ্বাস ছাড়ে মন উচ্চাটনে ॥
সেইখানে সুবল আসি কৃষ্ণতে পুছিল।
সখা কেনে দেখিতেছি তোমার বিকল ॥

---

তিল্লোই ঐদি অমম্বদা হয়েং ঐনা শিরগা
থারবনি চঙ্লিঙৈনা য়েংলোই হন্না শিরবস্তু ॥
তৈথোকউ অমুবা চন্দন লৈতেংবা ইশ:দা
অমুবা ফিজেৎ অমুবা লৈতেং লোথোকউ 'পুম্বা ॥
লৈরোই ব্রজ দম্বু লিংলরোই অরেপ্প য়ুমম্বু
নত্রগা শিগনি ইথন হু চাহুনা ঐনা ॥
হংগৎচৈ বিদ্যাপতিনা হো-নদে নৌংথিবী
ভগ্নোই খক থাদোকলুবা শাগোন্নবা অমুবা ॥৩

চৎথি বৃন্দা অমুক হন্না মবেম্মনা শাউবদা
চেনথিবগুম শামু লমশা নোংশানা ভংবদা ॥
সোমদ রাধা লেঙ্শিনখরে থেমহুনা সখীনা
লৈথরে তুমিন্না ফন্না রাম্মু-লানম্বু ভাঙ্দ ॥৪

য়োথি বৃন্দা থুনা য়াঙ্না মবুংঙো লৈফমদা।
স্বর শাংনা হোল্লি কৃষ্ণ পুক্নীং লাঙ্তকনা ॥
চঙ্লক্নুনা সুবল সখা হংলকই সখাদা
করিগীনো সখা নঙ্না মকশিনবদি মায়থো ॥

কহ মোর প্রতি তোর দুঃখের কারণ
এ যদুনন্দন কহে সজল নয়ান ॥৫

শুন হে সুবল সখা কি কহিব তোরে।
শ্রীমতী রাধিকা আজি উপেখিলা মোরে ॥
কালি তার কুঞ্জে যাব সঙ্কেত করিয়া
চন্দ্রাবলী ঘরে ছিনু তাহা বিস্মরিয়া ॥
প্রভাতে দেখিয়া মুখ মান বাড়ি গেল
চরণে ধরিয়া আমি মান না ছাড়িল ॥
সেহুঁ মানে মাতি কত কহিনু কু কথা
সে সকল হৃদয়েতে জাগিছে সর্ব্বথা ॥৬

হায় আমি হারাইল মোর প্রাণেশ্বরী
চন্দ্রাবলী অঙ্গ সঙ্গ সুখ লোভ করি ॥
রাধা বিনে মন স্থির না হয় কখনে ॥
কহ কি করিয়া পাব প্যারী দরশনে ॥৭

এখন যে মান তার ভাঙ্গে কি প্রকারে
তাহার উপায় কিছু বলহ আমারে ॥ধ্রু

---

হায়যু য়েংসি ঐবু কদিনা রাহনবা নঙ্বু
* যদুনন্দননা হায়রকই মিৎলু ঈরা হৌনা ॥৫

তাওনে হে সুবল ভৈয়া করিবু হায়সিগে।
শ্রীমতী রাধানা মংকনিরে ঐবু উসি ॥
ঙরাং মাগী কুঞ্জদা হায়দোবলুই লাক্কনি হায়না
চন্দ্রাবলী নাক্তা ঐনা লৈগোকলুই কাউহুনা ॥
উবদা অযুক্তা ঐবু কেনখি শাউবা রাধা
হায়জে ঐনা মখোঙ্ লোক্লা ফক্তে শাউবা মানা ॥
চৈখি কয়া ঐনু মানা অফ ফত্ত খঙ্দ
চাকলি ঐগী থম্মোইদুংদা রাইম্মেগুম ওমহুনা ॥৬

মাঙ্হল্লরে ওস্থোকপনি ঐনা ঐগী থরায়
পাম্লুবনা ঐনা চন্দ্রাবলী মনাক নকপা ॥
লৈতা ঙমদে পূক্নীং ঐগী নত্তনা রাধারাণী
ফংজগবা মাবু ঐনা করম্বা পাম্বৈনা ॥৭

মাগী মানগী মৈরি অসে মুংহনগবা করিনা
নঙ্না ঙম্বা করি লৈবা হায়যুম্বা ঐঙোন্দা ॥ধ্রু

---

* যদুনন্দন—শ্রীকৃষ্ণ নত্রগা কৃষ্ণগী ওইনা পাউখুমকপা কবি।

এত বাণি শুনিয়া সুবল মহামতি
কিছুকাল ভাবিয়া কহেন কৃষ্ণপ্রতি ॥
আপনার মুরুলী বাজাও একবার
পালাবে এখনি সেই মান শ্রীরাধিকার ॥৮

হেন গাড়ুমান এই শুষ্ককাষ্ঠ যার
বুঝিতে না পারে কিছু শান্ত হবে তার ॥

বামতা কণ্ঠ-কলতা ছেদনে কুঠার
রোষ জ্বর বিনাসনে রসায়ন সার ॥
অতএব সকল সন্দেহ উপেক্ষিয়া
একবার মুরুলী বাজাও মুখে দিয়া ॥
এতেক বচন শুনি শ্রীবংশীমোহন
বদনে মুরুলী দিয়া করেন বাদন ॥৯

জয় রাধে শ্রীরাধে ।
জয় রাধে রাধে
বাজায়ে বাঁশী ।
রস মঞ্জরী হেম গৌরী
সবগুণ বাসী ॥

---

তারগা সুবলনা হায়রকই অসুম্না
ভাইহাক থল্লুরগা কৃষ্ণ মায়থোং য়েংনা ॥
মুরুলীদি কৈদৌরি খোংউদনা অমুক্তং
রাধাগী মান অদো চেনখিনি নমাঙ্‌মক্তা ॥৮
অসুক শাউবসিবু ভমগদরা রাককসিনা
থাজদে ঐহাক্না মহু ঈংহনগনি মাবু ॥

ককথংকনি শীংজঙ্‌ ওইনা নুপী মীচৈ-উরী
ঈংহনগনি মানগী লাইহৌ থকহনগনি ঈহৌ ॥
চিংন-কোঙ্গায় থাদোকউ চীনবান্‌ মুরুলী খোংউ
মুরুলীগী মতিক খঙ্‌উ কয়া কুইবা য়েংউ ॥
তারগা মন্নপা হায়বা শ্রীবংশী ধারীনা
খোংলক্লে মুরুলীথোংনা 'জয় রাধা' হায়না ॥৯

জয় রাধে শ্রীরাধে জয় রাধে রাধে
খোংলক্লে বাঁশী ।
সনাগী কুচু রস হৌকম
গুণগী তৃংকম ওইবী ॥

পদ্মিনী ভ্রমরী মোরে
মহা পিপাসারে ॥
ক্রোধ ছাড়ি অঙ্গিকার
করহ ইহার ॥১০

সেই বংশীনাদ শুনি কহেন বিশাখা
রাই কর্ণে ঢাক দিয়া হয়ো মান রাখা ॥ধ্রু
ওই কৃষ্ণ বেণু বনে গর্জন করয়ে
প্রবেশিল শ্রবণেতে মান নাহি হয়ে ॥
কিম্বা প্রবেশিয়া বেণুনাদ তব কানে
না পারিবে বিলসিতে তব এই মানে ॥১১

রাখ যতন মান রতন
হিয়ার মাঝে।
আমার বচন শুনিয়া তখন
মান ছাড় রাজে ॥
যখন বংশীনাদ শুনিয়া মান
বিলাস করিতে নারিবে।

মিতাঙ্কবা থম্বাল লৈহী
খোইমুনি ককঙাওবা ॥
থাদোকপিয়ু মানগী চৈক্ষূ
ঙাইজৈ ঈরীক অমৃত ॥১০

হায়রকই বিশাখানা তারগা বাঁশী খোঙ্গেল
কায়হনগনু মানদো রাধা মেন্নু-নাপ খুৎনা ॥ধ্রু
খোংলক্লি বনদা বেণু মায়থাবা কৃষ্ণসে
চঙ্খরেদো নাকোঙ্নুংদা কমদোগনিদোসে ॥
মাগী মখোলনবু নাকোঙ্ চক্রে চঙ্গ্রগবু
ঙমখিদরা থিংবা নঙ্বু নঙ্গী মান অম্বু ॥১১

চেৎনা কোল্লু মান রতন
চেনখিদনবা।
হায়জখি ঐনা থেমজখি কয়া
থাদোক্লবা মাবু ॥
তারগদি বাঁশী কমদোই হজৌক্তি
কৈদা লৈগ্রে নঙগী মানদো ॥

যখন হারাই বন্ধু হারাও ভাল
মান প্রিয়সঙ্গ পাবে ॥১২

এই কথা শুনি রাধা কিছু না কহিলা।
কিন্তু সেই বেণুনাদ শুনিতে লাগিলা ॥ ধ্রু

* অলং। সেই নাদামৃত তরঙ্গিনী ধারা
মানানল নিব হৈল তারি বাষ্প জল
ঝুরি নয়নেতে গলে ধরি [1]অশ্রু জল
তবে সখীমুখ হেরি গদ্‌গদ [2]কহল ॥ ৩

সুকমল দুই কর মোর পাদ সম্বাদর
ধরি বন্ধু রহিল পড়িয়া।
ধিকমান অন্ধ মোরে না লইলু তার কোরে
প্রিতি করি ভুজ পসারিয়া ॥১

হায় সখি ধিক ধিক কি হবে উপায়।
অমূল্য রতন হার কণ্ঠ হৈতে আপনার
লয়া দিল বন্ধু মোর পায় ॥১৪

---

তৎপ্রসন্ন প্রেমগী থোরা লৈত্রসন্ন মান্নু
শান্নো মানগা পুক্কাং থুংনা ॥১২

তারমক্তা রাহৈ অসি পাউথুনখিদে রাধা
তারি মুম্না বাঁশী মখোল থরায় হকচাং ফুক্না ॥ ধ্রু

অলং। মিরবা বাঁশীগী স্বরগী ঈচেলনা
মুথৎলগা মানগী মৈরি ফাওরক্লে মিৎলুদা ॥
চেম্বরকলে ঈচেল নাইনা পিরাং মরী ওইনা
মায়থোং থম্বাল লৈথোরকই হিক্না হৈনা হায়রকই ॥১৩

মখুৎ থম্বাল অনিতুনা কোনখি ঐগী ইখোঙ্ অনি
লৈখি অন্নুম লৈমায়থক্ত তুনা।
মানন্না খুত্নুম চনখিবনা কোনথৎখিদে ঐনা মাবু
হায়বিখিদে রাহৈ অমা ফাওবা ॥১

ওন্থোকপনি হে সখি করি গতি লৈ।
নীংথিজবা মুক্তা পরেং ছক্তোকুনা মঙক্কগী
থমখি খোঙ্‌দ ঐগী, ইবুংঙোনা ॥১৪

---

* পরেং অসি চোঃ ৩ দা লৈ, অতৈদা লৈতে।

১। অশ্রু জল, ২। বচন।

ললিতে ছি, কই, কই আমার পায়ে ধরিয়াছি
ছি ছি মানের লাগি প্রাণের মাধব হারায়াছি।
কাহা মোর মুরুলীবদন পুন নাকি পাবে দরশন ॥১৫

যদি বন্ধু দেখি নাহি পায়
তবে কিবা ফল রাখিয়া কায়।
কালি-হ্রদে তেজিব পরাণ
এত কহি করয়ে রোদন ॥১৬

সখি রাধে, কি কহ কালিন্দীর দহে
ডুবিয়া মরিব শুনি ইহা না সহে ॥ধ্রু
আমা দুই তোর দাসী আদেশ করি
আনি মিলাইব মুরুলীধারি ॥
এখন জানিলু মান
তোর হিত বিধান ॥১৭

দুই সখী প্রবোধয়ে তায়
রাই স্থির করি দুই সখী যায়॥
যাহা রহে নাগর উপনিত ভেল *
দাস রঘুনন্দন হরষিত ভেল ॥১৮

---

ইতা চান্নবী, কৈদা লেঙ্খরে খোঙ্দ কোল্লয়গা ॥
মানগীদমক্তা সখি মাঙ্জরে ঐদি থরায়গী মপু ॥
কৈদনোনে মুরুলীবদন ফংলরোইদবরা অমুক হন্না ॥১৫

ফংক্রবদা অমুক মাবু ঐনা
করি কান্নগনি থরায় পুদুনা।
কালি-হ্রদদা থাগনি থরায়
অসুম হায়না তেংথারক্লে রাই ॥১৬

অচুক হকপা নয়াথংদি তাকপিহৈদে রাধা
মিপাইরে ঐখোয়দি কালি-হ্রদ পল্লপকপদা ॥ধ্রু
তাকপিয়ু নয়াথং ননাই ঐখোয় লৈরি
ওয়গনি পুবকপা মুরুলী ধারী ॥
ফংগনি খোয়দনা মাবু
য়োকচবনা নঙ্না মানবু ॥১৭

চংনখরে তন্না সখী অনি
থিরুনবা কৃষ্ণ নাক্তা বাঁশী খোঞ্জুল লৈনা
হরাউ মথোই কাক্লে রঘুনন্দন দাস ॥১৮

---

* ব্রজ-বাণী 'ভেল' অনি শুর্বাস শিজ্জোকপদা লানবরা থরি, থুংইদদি যাদে। অহানবগী অসি 'হৈল' ওইনা লৈরবা যাই।

কৃষ্ণ কহে প্রাণ সখি কেমনে আছে রাই
দুই সখী কহে শ্যাম না কর সংশয় ॥ধ্রু
আসিয়াছি আমা দুই লইতে তুমায়।
কিন্তু এক বড়বিঘ্ন আছে এই হয় ॥
দ্বারেরে বসি শাশুরী যাইব কেমন।
শুনি কৃষ্ণ কিছু কাল ভাবিয়া বলেন ॥
করি দাও যদি মোর যোগিনীর বেশ
তবে পারি প্রিয়া গৃহে করিতে প্রবেশ ॥
কৃষ্ণের বচন শুনি সখী দুই জনে।
যোগি বেশ সাজি দিল শ্রীনন্দ নন্দনে ॥
আগে সখী গেল তবে শ্রীমধুসূদন
যোগী রূপ ধরি আইলা জটিলা ভবন ॥১৯

গোরখ জাগাই শিঙ্গাধ্বনি করইতহিঁ
জটিলা ভীখ আনি [১]দিল।
যৌনি যোগেশ্বর [২]মাথিলায়ত
[৩]তবহুঁ ভীখ নাহি [৪]লেল ॥

---

করম তৌরি ঐগী রাধা হায়য়ুগবা চান্নবীথোয়
হায়জরকই সখিশিংনা চিংনগদু শ্যামরায় ॥ধ্রু
লাকচবনি ঐখোয় অনি লৌজবা নহাকপু
অদু-মক্ত-লুরি বদি চং কবা কর-ম্রবু ॥
চঙ্‌গনি করম লৈহৌরি থোঙ্‌জীন্দ জটিলা
তারে কৃষ্ণ খল্লি ঙাইহাক লেপ্পুনা তুমিন্না ॥
ঙম্নবদি ঐবু শেৎপা যোগিমক্কী ফিজেৎ
ঙমজগনি ঐনা চঙ্‌বা রাধিকাগী মনাক ॥
তাবদা কৃষ্ণগী রাহৈ সখী অনিমক্না
থোগল্লক্লে যোগী বেশ নীংব-থুংনা সেবা ॥
চৎখৎখরে হান্না পাউ পুবী সখী অনি
লাক্লে যোগীরাজ ওইনা জটিলাগী য়ুমদা ॥১৯

ইমুংদা তানবা থোংলি শিঙ্গা হৌনা লাউনা
থোরকই জটিলা ভীক্ষা হাপ্পা।
রাঙাঙ্‌দে যোগীরাজ হাইরি মঙক্তমক
লৌখিদে ভীক্ষা মানা হাপ্পা ॥

---

বৈঃ পঃ ৬৭২— ১। দেই, ২। মাথ হিলায়ত, ৩। তবহিঁ, ৪। লেই।

জটিলা কহত কাহে তুহুঁ মাগত
যোগী কহত বুঝাই।
²তোর বধূ হাত ভীখ হাম লেয়ব
³তুহুঁ তাহে দেহ পাঠাই॥
* সতী বিনে ভীখ নাহি চাই শুনি
জটিলা ফিরি যায় রাই পাঠাউ।
⁴কর জুড়ি রাই লেহ করি ঢুকরাই
⁵তাহা হেরি থরহরি জীউ॥

কত চাতুরি করি তুহুঁ মন্দিরে ⁶প্রবেশলি
দুহুঁ জন ভেল একঠাম।
মনমথ মন্ত্র পড়ায়ল বিধি করি
পূরল দুহুঁ মনকাম॥
পুন তহিঁ যোগী মন্দির সঞে নিকসল
সাধি আপনক কাজ।
বিদ্যাপতি কহে কই নাহি সমুঝিয়ে
ইহ নাগর নটরাজ॥২০

নরোল থঙদে ঐনা নঙনা কারিবু নিবা
খুমলি যেগী মচুতদা॥
থাদোরকউ নমো হাপ্লসনু মানা
হাপ্লগত মানা লোগনি ভীক্ষা॥
সতী নত্তনদি লোদে ঐদি ভীক্ষা
চঙথরে জটিলা কৌহুনা রাধ॥
মঙ্গৎ লোটে রাধা হায়জে ভীক্ষা লোবিনবা
নিকপা হৌরি হরি উবদা মাবু॥

চঙ মিঙ্গলক্লে খুৎলৈ থুনা মীরৎ নারৎ য়েংনা
ঙচীকপদা চীক্লা চীন্দিগ্নরে॥
নীন ঈপাক ইরেল তিগ্নথরে ঈরোঙ অনি
তুকথখল্লে অকনবা ঈচেল॥
অমুক হল্লা যোগী থোরক্লে কনা থঙহন্দনা
হাপ্লহনা ঝুলি থল্লা।
বিদ্যাপতিনা হায়জে থঙঙমদে কনানসু
অসিগুম্বা হরিগী লীলা॥২০

১। জটিল কহত তব কা তুহুঁ মাঙত, ২। তেরে, ৩। তুরিতহি দেহ পাঠাই,
৪। কর যোড়ি, ৫। তাহে।

* ছাপাদদি মসিদগী হৌনা পরেং ১৪ থক মরক্তা লৈরি।

শ্লোক ঃ

বৃন্দারণ্য চরাচর বৃন্দং প্রণমত মহারস-বৈভব-কন্দং ॥
গায়ত রাধামাধবলীলাং কুরুত মতিং রসরঞ্জিত শীলাং ॥
* পশ্যত রাধা কেলি-নিকুঞ্জং প্রকত মহাদ্ভুত(রতি) রসপুঞ্জং ॥
পুলিনে পুলিনে তপনসুতায়া ভ্রমত ন যত্র প্রসরতি মায়া ॥
[১]মুঞ্চত বিষম বিষয়রসগন্ধং ঘটয়ত হরিপদ দৃঢ় রতিবন্ধং ॥
[২]ইতি হিতসারং সরস্বতীশীতং জনয়তু কঞ্চন ভাবমধীতং ॥২১

সঙ্গীত-মাধব-থুংই— লাঃ ৩২ ৩৩

মানান্ত মিলন রস ইতি সমাপ্তং ॥৩৪

---

শ্লোক-কী অর্থ

অচৎ-চত্ত-পুম্বা বৃন্দাবনগী লৈরি কোয়না রা-স গী ঈরা-দা
অহুগুম্বা পুক্লীং চেল্লকসনু ঐগী শকচনবা রাধা কৃষ্ণ গুণবু ॥
চঙ্‌ঙম য়োঁঙমদবা মায়া লাংনা যমুনা মপান চত্তুনা থুংনা
য়েংজো শ্রীরাধাগী কেলি নিকুঞ্জবু অঙকপনা থনবা রতি রস হোৎফনু।
কোকহল্লু চক্লবা বিষয়াগী র-স
চঙ্‌জো চরণ হরি ফংজগনি রতি।
শকচৈ রস-মচি পেঙ্গে সরস্বতী
ভালহল্লু মণিগুম নঙ্‌গী থম্মোইহুং ॥২১

মানান্ত মিলন-রস-কী শৈশক লোমলে ॥৩৪

---

* মসিগী মথাদা পদ অমা থাদোক্লম্মী মতুদি— "চরত বিকুণ্ঠাদপি রমনীয়ে
ব্রজবলয়ে শিববিধিকমণীয়ে ॥

১। মসিগী মথক্তা পদ অমসু থাদোক্লম্মী মতুদি—
পরমানন্দরসাম্বুধিসারে।
নয়ত মনোব্রজরাজ কুমারে ॥

২। মসিগী মথকসু পদ অমা লৈরি মতুদি—
মৃগত রাধা পদরস ভাজং।
পরিচিমতোজ্জনবরপদরাজং ॥

মসিগী মথংদা কবি ভণতা অরোইবা পরেং অসি লৈপদবনি।

## * বস্ত্রাকর্ষণ-রস বর্ণনং

রাগ—মায়হাটি

দেখ দেখ গৌরচন্দ্র বররঙ্গী
কামিনী-কাম মনহিঁ মন সঞ্চরু
তৈছন ললিত ত্রিভঙ্গী ॥ ধ্রু
স্মিত-যুত [1]কমলবয়ন অতি সুন্দর
শোভা বরণি না হোয়।
কত কত চাঁদ মলিন ভেল রূপ হেরি
কোটি মদন [2]মুরুছায় ॥
চামরী চামর লাজে সুকুঞ্চিত
কুঞ্চিত কেশর বন্ধ।
পন্থহি পন্থ [3]চলতি অতি মন্থর
[4]মত্তগজ মদনক মন্দ ॥
[5]রাধাভাব হৈয়া গৌরা বলে আচম্বিতে
গোকুলচাঁদ না কর জঞ্জাল ॥

---

রাগ— মারহাটি

য়েংউ সখি অঙকপনি গৌরাঙ্গসে
ঈহৌনফননি কামগী নুপী ওইবীগী
পুক্লীং হুবা শাথেক অহুম অসে ॥ ধ্রু
মোমোন মীনোক নীংথিবা মায়থোং নুপী ফান লাং
পুমকাউ কাউই য়েংউদোসে ॥
থানিন কোটি কয়া মকশিল্লি মাবু উরুবদা
কাম কৌবা লাইসু কপ্পিনেসে ॥
চেনখরে ইকাইনা চামরী শজিনা
শমজোই মাগী উরুবদা ॥
লম্বী-লমশাং থক্তা চৎলি য়েংউ চীংন লেম্না
শামু য়াইশগুম কামবু শীংনবা ॥
থঙ্‌হৌদনা রাধা ভাবতা হায়রকই গৌরনা
তৌরক্কনু কানু মথোঙ্‌ চাদবা ॥

---

বৈঃ পঃ ৯০৫—১। বয়নকমল, ২। পুন রে'য়, ৩। চলত, ৪। মসিদশীনা ৪গুবা পন্বেং কাওবা ছাপাদা লৈতে, থুংইশিংদদি চপমাগৈ। রস কাংদোক্লবা তৌরবা ওইগনি।

---

* রস অসি অথা থাম্বাংবনা শকথি।

হরি রসে মত্তয়ারা যার তাবে বিভোরা
প্রিয় রামানন্দ পানে সজল নয়ান হেরে

[1]আনহুঁ উপদেশে বোলত করি চাতুরি
মধুর মধুর পরিহাস ॥
নিজ অভিযোগ করত পুরুব মত
ভণ রাধামোহন দাস ॥১

প্রেমের পসার লৈয়া গদাধর
সঙ্গে পসারিরগণ।
রায় রামানন্দ মুরারি মকুন্দ
বাসুদেব সুলোচন ॥ধ্রু
প্রেম পসার কনক বিথার
শচীদুলাল গৌরা।
বাজার সাজই দিবা রাত্রি নাহি
প্রেমানন্দ মন ভোরা ॥২

গোকুল ইন্দু পুন যব ভেল।
যত ব্রজনাগরী দরশন কৈল ॥ধ্রু

---

ঙাওখিত্নুা কৃষ্ণ প্রেমদা নীংশিংত্নুা ব্রজ রস
মিৎস্না থম্বাল ঈরা হৌনা য়েংলি রামানন্দ তম্না ॥

মওঙ, অমদা ওইনা হায়রকই নাকোই থৈনা
ফাগি ওইনা থোয়থুম মোমোন নোক্না ॥
মমাইঙগী গুম্না তাকপিরকলি রারম কয়া
লেংজৈ অহুম রাধামোহন না ॥১

পুরি গদাধর কোক্তা প্রেমগী লুকমায়
ভক্তশিংগা লোয়নত্নুা ॥
য়াওরি রামানন্দ মুরারি মুকুন্দ
বাসুদেব সুলোচনসু ॥ধ্রু
থেল্লি সনা-তনা প্রেমগী লুকমায়থক্তা
পোৎয়োন হৈবা গৌরাঙ্গনা ॥
থেনগৎলকলে কৈথেল নাইদে অহিং সুংথিল
নীংবা থুংজৈ প্রেমানন্দ ॥২

গোকুলগী থানিন থোক্লরে অমুক।
ব্রজগোপীশিংনা ফংনজরে মঙাল ॥ধ্রু

---

১। আন উপদেশে কহত—বৈঃ পঃ

কাহ্নু যাই করল ছুকান
মুকুটা প্রবাল আদি যত্তজন ॥
দেখিতে সুন্দর মণি দ্রব্যগণ
সব সখী ছুকান নিকটে যান ॥৩

ধনি ধনি রূপ নিরূপমা।
বিজুরি ঝলকে অঙ্গ লাবণ্য অমিয়া ভঙ্গ
একহি একহ নহে সমা ॥ধ্রু
রামরম্ভাগণ জিনি উরুযুগ সুবলনি
উন্নত নিতম্ব মনোহরা।
উচ কুচ-যুগ শোভা মাঝহি কেশরি
তাতে নব যৌবনের ভরা ॥
কাচা কাঞ্চন জিনিয়া রাই
মুখ শোভা অতি লাবণি।
বরজ বালা চাঁদেরি মালা
যেন মতে সঙ্গে সোহনি ॥৪

অলং। (সমান বেণী কাল ভুজঙ্গিনীর মত)
মূল। তবে সুধামুখী কৃষ্ণবদন কমলে।

---

ফমলি কৃষ্ণ ছুকান শেমছুনা
মণি মুক্তা ময়াম থেল্লি ইরং ইরং ॥
অথকপা অরংবা রত্তন মপৈ মপৈ
মিতানৈ গোপীমখৈ চঙ্ছুনা য়েংনৈ ॥৩

কয়া ফজৈ শরা গোপীশিংগী।
লময়োবীকুচু নোংথাংমচু ভাল্লি মায়কৈ মঙাক্তনা
মান্নদে অমত্তা মহৈ মহৈ ॥ধ্রু
ইকাইজরি লফু-নেত্রা উরুবদা ফৈবোম তাবা
চিংথরি নীংজোম্না থাদা হকচাং ॥
থাক্রুম্নরি থাবোমছুনা চৎপা খোঙ্থাং থূদীং
খাঙ্ন-চেংত্রিকচেং শক্ল মহীচেন ॥
ফুদোংবা সনাবু ঙমজৈ কুচুনা
মাইথোংনা রাইগী হেল্লি থানিন ॥
থাগী পরেংগুম চৎলি হরাউনা
ঙংলি ঈশৈ রাগনা থম্না ॥৪

অলং। অমুবা লিলহাগুম হাইরি লুতুংদ বেণী।
মূল। মিৎচিনা তেনগাথোং কাম্লি-তম্না কৃষ্ণ মায়থোং

নেত্রে অস্তু নাচাইয়া নিজ চিত্ত বোলে ॥
অহো ভাগ্যবতী আমি জানিল এখন .
ভৈইছে দেখিল আমি গোবিন্দবদন ॥
মুকুটার মালা লেই কহতহি রাই ।
কতেক বেতন ইহ কহতহো মেই ॥

অলং । (তোর ভাগ্যে কি বলিমুরে
আজ হামু সফলিত সফলি ॥
সো কহ অমূল্য রতন ইহ হোয় ॥)

মূল । কিছু নাহি দেয়ব কহতহি রাধে ।
বসন ধরিয়া জজ্ঞ টানেই সাধে ॥
রাই ধরল তহিঁ নিজ করে বাস ।
তবে ধনী কৃষ্ণচন্দ্রে করি মিথ্যা ত্রাস ॥
অতি ত্বরা করি রাই সুচাতুরি
চঞ্চল নয়ন চাইরে ।
অন্তরে উল্লাস বাহিরে রোষ
হরি মানস সাধইরে ॥

---

শোঞ্জরকই মথন্নতা থম্মোই পোন্দা হাপ্পা ॥
কনা লৈবা লাইবকফবী ঐঙোন্দগী হেনবী
থৌগঞ্জবী নীংবা থুংনা মায়থোং থানিন ম্নেংনা ॥
পায়থত্তুনা মুক্তা পরেং হংজরকই রাইনা
হায়য়ু য়েংসি মমল'সিগী লোগদবা কয়া ॥

অলং । লাইবক কৈদকো ইবেম্মা নঙ্গী
মপোক মহৈ য়াম্ল্লে ঐগীস্তু ॥
মমল নাইদবনি খঙ্উ পায়রিবহু ॥
পামদে ঐনা মমল ফংহনগনি লেয়্যা
থংচিং-চিংই অন্থম হায়না রাইগী কীজি ॥
কন্না য়াম্লে রাইনা শাউরঙ্নৈ চীন্দনা
মোমোন মীনোক মিৎয়েংদনা ফোঙ্লি মুংনা পেনবা ॥

মূল । পাইরক লোশিং তোনা খুৎলৈ থুনা রাধা
য়েংলকই খোইথোয়বী মিৎয়েংনা ॥
মুংদনা পেঞ্জবী পান্দনা শাউরঙ্বী
থুংহঞ্জরি মবুংঙো আশা ॥

য়েংগদবা— অলংকারশিং অসি চৌঃ ৪ দা নত্তনা থুৎই অতৈদা লৈতে ।

অযোগ্য চরিত্ত কেনে করহ অকাজ
না কর চপল রীত নাগর রাজ ॥
হেরি সব সহচরি তুহুঁ পাশ যাই
জানল ইহ বর চতুর কাহ্নাই ॥
(নূতন সভে মেলি জো যাহা পাই)
তুকান কি রঙ্গ ভেল সমাধান
উদ্ধবদান তুহুঁ গুণ গান ॥৫

নিবেদন করি রাধে রাধে
ইজনম বেথে গেল মায়া জালে বান্ধে ॥
পীরিতি ভাঙ্গনী [1]ভাউ ভুজঙ্গিনী
রমনী শিরোমণি রাস বিহারিনী ॥
বন্ধু প্রাণ ধারিনী কাহ্নু প্রেম দায়িনী
এক নিতম্বিনী কৃষ্ণ মন মোহিনী ॥
অঙ্গের ভঙ্গিনী ভাব বিভঙ্গিনী
অধর সুরাঙ্গনী নয়ন তরঙ্গিনী ॥
রতি রসে রঙ্গিনী মন্থর গমনী
নূপুর ঝন ঝনি হংসগতিজিনি ॥

---

হৌনদবা লীচং চৎলি অহুম্না করিগী
তয়াং সশোইববি অহুক হৌনবরা কানু ॥
উ-রক্রে সখীশিংনা চংলক্রে মনাক্তা
শুনংবৈ নোক্না নোক্না হকইদকো হায়না ॥
লাক্লরি মহৈ মহৈ মানা মানা ফংবা
লোইশিনখরে তুকান মওঙ্ অমুম তৌনা ॥
শেরেংজে উদ্ধবনা অনিগী গুণবু ॥৫

চংক্লে চবনখাদা রাধে রাধে ।
হৌখংদো মপোক অসে মায়া লাংদা থুনা ॥
পীশুম খোইথোয়নবী প্রেমগী মূর্ত্তি ওইবী
লাম্নফম মশক ওইবী ॥
রাস রাসেশ্বরী গোবিন্দ থরায় শকপী
কৃষ্ণ প্রেম পীনহৈবী তাইবঙ্ লোক্লুং ওানবী
মহাভাবনা তিনবী কৃষ্ণ পূক্নীং হূবী
কুচুনা নোংথাঙ্ ওমজবী ॥
তয়ান ওম্বী চীনবান তথকচবী মিৎয়েং
কৃষ্ণতবু য়োংজনীংবী ॥

---

য়েংগদবা—ব্রেকেট মনুংগী পরেং অসি চৈঃ ৫গী থুংইতদা থেংনৈ। ১। ভাব—পাঠ।

কাঞ্চন কমলিনী নীলকান্তি বেশিনী
কনক রঙ্গিনী নিজগুণ ধারিনী
পতিত পাবনী ভাগ্যচন্দ্র গায়িনী ॥৬

বস্ত্রাকর্ষণ রূপ ইতি সমাপ্তং ॥৩৫

---

চীংনা লেপ্পী শাজং শামু লমথা থোঙ্‌চং
নূপুরনা তাম্বা-নবী ॥
শংলেন ফীজোন থোনবী ভক্তবু লমজিংবী
চঙ্‌ঙৈ চরণথাদা ভাগ্যচন্দ্রদাস ॥৬

বস্ত্রাকর্ষণ-রূপকী শৈশক লোয়রে ॥৩৫

---

**ভাবার্থ—** প্রেমগী কৈথেল। ভাইবচ্‌ জীবনা মানা মানা পাম্বা পোৎ থম্মুনা লৌজনবা ভগবাননা প্রেমগী কৈথেল ফমহুনা মথল মগা অম্বাবা লৈতেং য়োনবা ওইনা তাহোইবীরি। মসি মতম শুম্‌ঙ্কোনি। ভক্তনা মাগী মপোৎপু নমহুনা মুক্তা হেন্না পেনবীহুনা হেক হেক আলিঙ্গন পীনবী।

## * বস্ত্র রোধ-রস বর্ণনং

রাগ—কর্ণাটক

অপরূপ [1]গৌর রস রঙ্গ।
[2]পূরুবের প্রেম পরমানন্দ পূরিত
পুলক [3]পটলিময় অঙ্গ ॥ধ্রু
*কাঞ্চন [4]কমল কান্তি কলেবর
বিহরই সুরধুনি তীরে।
[5]নবীন কুসুম সব হেরি গৌরা তোড়ই
কুন্দ-কুসুম [6]করবীরে ॥
[7]সমান বয়স সহচর সঙ্গহি
[8]সরস রভসে রস ভোরে।
গজবর গমন [9]নিন্দি গতি মন্থর
গোপতে গদাধর [10]কোরে ॥
নিরুপম নদীয়া [11]পুরে অতি শোভিত
নব নব করত বিলাস।

---

রাগ—কর্ণাটক

অঙকপনি গৌরাঙ্গগী লীলা।
নীংশিংলি মমাঙ্গী লুপলি মুংদা ব্রজরস
হরাউ তুজুংনরি হকচাং'পুম্বা ॥ধ্রু
শ্রীঅঙ্গ কান্তিনা ফুদোংবা সনানি
গঙ্গা তোর্ব্বান্দা লেঙ্‌লিনে কোয়না ॥
শাংগদ ডাইরিব লৈরাং হেক্লি গৌর ফীগাউ থন্না
মালিকা মালতী করবীর ॥
চহি লেংমান্নবা ভক্তশিং লোয়নবা
লুপ্পরি রসকী ইরেলমুংদা ॥
কয়া নীংথি শাজংনা শামু লমলা ভুমজৈ
লোংলি মায়থোং গদাধর থাদা ॥
অসুম তৌনা লীলা কয়া হুমিৎ থূদীং হোংনা
মথল মথেল শান্নে কয়াথোক্লা ॥

---

গোঃ পঃ ২৫—১। গৌরাঙ্গ রঙ্গ, ২। পূরব প্রেম পরমানন্দ, ৩। পটলময়, ৪। কমলক, ৫। হরুণ তরুণ তরু হেরু হেরই তোড়ই, ৬। করবীর, ৭। সমবয় সব সখাগণ, ৮ সরস রভস রসে, ৯। গজি, ১০। কোর, ১১। নগরপর নিতি নিতি।

* ছাপাদা মসিনা অশানবা পদনি। অতৈম্ম থক-খা ওরে।

---

* রস অসি তোনজাউ মাণিকনা শর্কখিবনি।

দীনে দয়া করু ছুরিত দুঃখ হরু
কহতহি গোবিন্দদাস ॥১

একদিনে ধনী রাই সখীগণ সঙ্গে
দেখিতে বনের শোভা চলি যায়ে রঙ্গে ॥ধ্রু
প্রফুল্ল কুসুম শোভা অতি মনোহর
তাহা দেখি সুনাগরী আনন্দ অন্তর ॥
হেনকালে শ্যামচাঁদ চলিয়াছে পথে
দরশন হৈল তবে রাইক সাথে ॥
দিগ নেহারিতে না [১]দেখি কাহুঁ
আলিঙ্গন করে [২]পসারিয়া বাহু ॥
চমকিয়া রাই ঈষদ হাসি
ইকি হৈল বোলি মধুর ভাষি ॥
*বরড়ী তপন নাহিক লাজ
উদ্ধব [৩]কহল হইল কাজ ॥১

ধনী কহে ওগো নাগর শ্যাম ।
ঐছন লম্পট না [৪]করি চরিত
তুমি সে কামের কাম ॥ধ্রু

---

অতোনবগী চঙ্‌জফম অরা অনা কোক্রফম
শকচৈ মগুণ গোবিন্দদাসনা ॥১

নোংমা সুমিৎ চংলি রাধা সখি শিংগা লোয়ননা
য়েংতুনা বনগী ফজবা হরাউ মথোই কানা ॥ধ্রু
নীংথিরি কয়াদ লৈরাং শাংলম্বা ফুগায়না
থম্মোই মকারামজৈ রাধা উরুবদা মতু ॥
মান্নরুরে মফম মতম চংলম্বা কৃষ্ণনা
উন্নররে ইনক নক্না ভাক্তা মান্নরা ॥
লৈনা য়েংই কোয়না উদে কনাবুস্ব
থংলি পাম্বোন তিংনা লৈত্তে থৈদোকফমস্ব ॥
ইঙ্ক ঙকই রাধা মোমোন মীনোকচৈ
ঙকলেদকো কৈনো শোজৈ চুংশিনা ॥ ॥
মমিং লাওনা য়েংলি কোকথক্তা সুমিৎ
য়েংজৈ ঈরা চেন্না মনাই উদ্ধবসু ॥২

লমচং নাইদবা হে নাগর শ্যাম
অতুগুম্বা লমচং ফজনবা শাজং
কাম দগীস্ব হেল্লি নঙ্‌না ॥ধ্রু

---

১। দেখে—২। পসারি বাহুঁ, ৩। কহয়ে, ৪। কর, * বড়ঙ্গি ?

কুলের ঝিয়ারী রাজার কুমারী
এমত না কর মোরে।
ললিতা কহয়ে শুন শ্যাম রায়ে
নিশ্চয় কহিয়ে তোরে॥
দেখি কুলবতী বাঢ়য়ে আরতি
সহজে তুমার রীত।
রাই কহে শুন সুলম্পট কান
কেনে তোর নহে ভীত॥
এ যদুনন্দন আনন্দিত মন
দেখিয়া ঐছন রঙ্গ।
নবীন পীরিতি দুহুঁজন রীতি
[1]ঐছন করয়ে সঙ্গ॥৩

শুনহ সুন্দরী প্রেমের সাগরি
তুয়া অনুরাগে মরি।
তুমার লাগিয়া সকল ছাড়িয়া
আইল গোকুল পুরি॥ধ্রু
তুমার কারণে ফিরি বনে বনে
ধেনু রাখিবার ছলে।

---

শাগৈগীসু মোনি নিংথোগী মচানি
তোগনু অহুম্না ঐবু।
ললিতানা হায় তাওনে হে শ্যামরায়
হায়বিগে ভসিদি লেপ্পা॥
মো-তবু উরবা মিতাবনা হানবা
নতৌনি হোনশা নঙ্গী।
হায়রকই রাধানা লোনন চাউবা কালা
কিদবনো করিগীবু॥
হরাউ তুজুংজরি উবদা লীলা
মহে য়াল্লি যদুনন্দন॥৩

তাবিয়ু শকহেনবী প্রেমগী ইরেল শকপী
ভাওচংনরি নঙ্গী প্রেমদা॥
নহাকথক্কীদমক পুম্নমক থাদুনা
লাক্লিবনি গোকুলসিদা॥ধ্রু
বনদা কোয়না চংলি নঙ্বুতবু থিরি
যণবু কোয়না শেনবা শানা।

---

১। এইছে পাঠ।

ভ্রমিয়া ভ্রমিয়া লাগ না পাইয়া
হুলে বসি [১]তরুমূলে॥
তুমার বদন আমার জীবন
সব হরিয়া নিল তুমি।
তুমারে ধরিতে বেশ খসইতে
অমিয়া পাইলাম আমি॥
দরিদ্রের মত মন ফিরে কত
তুমারে দেখিতে আমি॥
ভণে বিদ্যাপতি শুন রসবতি
বিধি মিলাওল আনি॥৪

বিধি সকরুণ হয়া তুমা মিলাইলু রাধে
বিধি বিনে সুখদাতা গো আর না দেখিলু রাধে
কো কহে বিধাতা সহজ নিকরুণ
নিকরুণ নহে ধাতা বড় সকরুণ॥৫

জয়তি শ্রীরাধা কৃষ্ণপ্রেমময়ী
প্রাণনাথ দেখি ধনি
ভাব-ভূষা-অঙ্গ অঙ্গে বিভূষিতা॥

চৎপদ শদোথোং থিবনা কান্নদ
ফম্মী ঐনা উগী উখোঙ্॥
থরায়নি ঐগীদি চেংলোহ্নুনা নঙ্গী
কৎপ্রবনি ইচাক ইরল॥
নঙ্বু ফংজবনা নথুৎ পায়জবনা
কোকচরে খোরাঙ্বা ঐগী॥
লাইর-চুদৎপগুম পুক্লীং কোয়ভাওননা
নঙ্বুতা থিজবা ঐনি॥
তাবিয়ু শকহেনবী লাইগী নোংদমখোম্নি
হায়জে কবি বিদ্যাপতি॥৪

চানবীবতনা নোংদম্বনা ফংহনবনি নঙ্বু মানা
তম্মীগনি কনানদি বিধি মানা নত্তনদি॥
হুংশি হৈতে হায়নৈ কনানা মাবু
অরানবনি মন্থ লৈতে মাগুম চানবীহৈবা॥৫

কৃষ্ণ প্রেম লমজিংবী জয় ওইরি শ্রীরাধা
উজবদা মবুংঙোবু ফোঙ্লি ভাব কয়াবু
পুম্না অমুক্তদা॥

১ তরুতলে—পাঠ।

শ্লোকঃ

স্বেদ-কম্প-[1]পুলকাশ্রুগদগদাদিসঞ্চিতা-
মর্ষ-হর্ষ-বামতাদি ভাব ভূষণাঞ্চিতা ॥ গোঃ লীঃ ১৭/৬৫

শ্লোকঃ

হা দেবি কাকুভরগদগদয়াদ্য বাচা,
যাচে নিপত্য ভুবি দণ্ডবদুদ্ভটার্তিঃ।
অস্য প্রসাদমবুধস্য জনস্য কৃত্বা,
*গান্ধর্বিকে নিজগণে গণনাং বিধেহি ॥ রাধে ॥

স্তবমালা ১।১৭৭ বৈষ্ণবাচারদর্পণ—২০৬

বর্ম্মবোধ-রস ইতি সমাপ্তঃ ॥৩৬

---

শ্লোক-কী অর্থ

চমাং পাথংলি, তনিকলি হরাউ তুজুং-কপনোক তৌরি
ইকাই হংগোই রাহে মতেক লৈতেংলি সাত্ত্বিক ভাবনা ॥

হে দেবি গান্ধর্বিকে চানবী হৈবী রাধিকে
চঙ্‌লৈজে শ্রীচরণথাদা মীক্ক-হৈন কপ্পা।
লৈমায়দা তাক্পনা শাত্রাঙ্‌ চৈত্তুগুমনা
নিজে ননাই ওইবা নঙ্‌গী থৌজাল ফংবা ॥

বর্ম্মবোধ রস কী লৈশক লোমলে ॥৩৬

---

* শ্রীরাধাবু গান্ধর্বিকা, গান্ধর্বী হায়নসু খঙ্‌লৈ।

১। কণ্টক গোঃ লীঃ।

* ধূর্ত্ত-নিদ্রা-রস বর্ণনং

রাগ—মাটিকা

শ্লোক

মহান্তঃ সাধবো ধীরাঃ করুণেক্ষণ দর্শিনঃ
রাধায়া ধূর্ত্তনিদ্রাখ্যং শ্রীকৃষ্ণস্য মনোরমম্।
গানং করোমি যৎকিঞ্চিন্মূর্খোহহং যুষ্মদগ্রতঃ
তস্মাচ্চাপরাধং হি ক্ষমধ্বং দীনবৎসলাঃ।

জয় শচীনন্দন ভুবন আনন্দ।
আনন্দ শকতি মিলিত নবদ্বীপে
উয়ল নব রস কন্দ ॥ ধ্রু
গোখুর ধূলি দিশহ উহ অম্বর
শুনি রব বেণু নিসান।
অপরূপ শ্যাম মধুর মধুরাধর
মৃদু মৃদু মুরলীক গান ॥
এত কহি ভাবে বিবশ গৌরতনু
পুন কহ গদ গদ বাত।

---

রাগ—মাটিকা

শ্লোককী অর্থ

খোজানবীয়ু ননাই ঐবু কৃপা মিৎয়েং ফংহনবীয়ু
ধূর্ত্ত নিদ্রা-রস-মতেক শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলা।
ইত্তীক নত্ত ইশুন হাপ্পা খোরাঙ্ জরি খোগঞ্জবা
ঙাকপিগনি অপঙ্ খোনা মূর্খ ওইবা ননাইনি খন্না ॥

জয় ওইরি শচীনন্দন তাইবঙ্ খোনবা মঙান।
নুংঙাইবগী পান্বী থাবীরে নবদ্বীপ্তা
মহৈ য়াম্লি য়েংউ প্রেম রস ॥ধ্রু
রাউরি অতিয়া ষণগী খোঙ্গাও উফুনতনা
তারি তামনা বেণুগী খোম্বাঙ্।
নোংহৌ কুচু ঙম্বা চীনবান মুরুলী খোংবা
খোংলি শ্যামনা য়েংউ বাঁশী তামনা ॥
রাধা ভাবতা গৌর হীকথথরে খূদঙ্গা
ঙাঙ্লি অমুক রাহৈ মতেক মতেক ॥

---

* রস অসি রাখেম্বা পাঙনদোয়া শকপনি।

শ্যাম সুনাগর বন সঙ্গে আওত
সমবয় সহচর সাথ॥
মধুমন নয়ন জুড়ায়ল কলেবর
সফল ভেল ইহ দেহ।
রাধামোহন কহ ইহ অপরূপ নহ
মুরতিমন্ত সেই লেহ॥১

গৌঃ পঃ তঃ ২১৩, পঃ সমুদ্র ৪৩৮

খেলি অবসানে ধেহু লেই
ঘরমহা চলইতে শ্যামরায়।
রাই নিজমন্দিরে তাহাঁ পরি বৈঠই
সো মুখ দরশন পায়॥ধ্রু
নযানে নয়ানে করু অঙ্গুলী ইঙ্গিতে
সঙ্কেত করল তহি কান।
তদ অনুসারে রাই নিজসখী সঙ্গে
কুঞ্জহি করল পয়ান॥
[১]শূণ্য নিকুঞ্জ হেরি ধনী রাই কাতর
সখী ভেজল শ্যাম আগে।

---

লেঙ্‌লক্লে বনদগী লোয়ননা সখাশিংগা
বেণু খো:না ষণনা মাঙ্‌দ থানা॥
লৈতাজরে হুজৌক্তি ঈংলে পুক্লীং হকচাং পুম্বা
লেপ্পা মহৈ য়াল্লে ইশা অসে।
নক্তে মতৌ অঙকপা হায়জরি রাধামোহননা
মশক পাল্লবনি ব্রজ প্রেমদুনা॥১

হুমিৎ লৈথখরে শম্নুপ হোইগৎলে
কারকলে ষণশেনবা সখাশিং লোয়ননা।
সনা সঙ্গাই থক্তা কাখত্তুনা রাইনা
য়েংজৈ খোরাংনা মবুংঙো মায়খোং॥
মিৎকা মিৎকা চানৈ উৎলি থৃৎনা ইঙ্গিত
তোরমলি সঙ্কেত খঙ্দনা কনা।
সঙ্কেত মতুংইন্না রাই লোয়নজবীশিংগা
পাংলকলে কুঞ্জ মায়কৈ তমনা॥
উরে হাঙ্‌লি নিকুঞ্জ লাক্লমদে কুঞ্জরাজ
থাথরে সখী শ্যামবু থিবা।

---

১। শূণ্যহি কুঞ্জ হেরি ধনী ধনী কাতর—চৌঃ ৫।

নহিক নিয়ড়ে, যাই সখী কহতুহি
তুহারি [1]টীঠ অনুরাগে ॥
সঙ্কেত কুঞ্জে রাই কত বিলাপই
না দেখিয়া বিচ্ছেদ মন।
শুনইতে রাই নিয়ড়ে চলু মাধব
উদ্ধবদাস এ রস গান ॥২

হিম ঋতু-নিশি দিশি দিশি বহ বাত
হিমকর শীকর নিকর নিপাত ॥
মদন-জলধি জলে তহি দেই ঝাঁপ
মিলল শ্যাম-তনু থরহরি কাঁপ ॥
হেরইতে নাহ চাতুরি ধনী রাই
শুতি রহল তনু চীর ঝাঁপই ॥
ধূর্ত্ত নিন্দহ রাই যব ভেল
কর জোড়ি মিনতি শ্যাম বহু কৈল ॥
[2]সুন্দরি দূরে কর কপট শয়ান
নীল নিচোলে নিচল ভেল কান ॥

---

লৈত্তে অনকপদা তমলৈ সাখি হল্লক্তুনা
চৎসিগবা য়ুমদা হন্না ॥
কায়ন লৈহুম চুরি রাই সঙ্কেত কুঞ্জদা
হীক্ক হৈন কপ্লি তরক তংশোন।
তাবদা মপাউ কৃষ্ণ লাক্লে রাধা নাক্তা
শকচরি উদ্ধবনা রসসিবু ॥২

নিংথম থাগী অহিং মায়কৈ থূদীং শীৎপা হুংশিৎ
লীক্লা মরীক মরীক লংলি উনা থক্তা ॥
কামগী ঈপাক হিরেম্নুংদা তারুত্নুনা শ্যামনা
নীক্লি হকচাং চেঙ্ থৈবগুম লাকঙম থিংঙমদনা ॥
উবদা মতৌহু হৈশিংলবী রাই
লৈরে ফীরাকথুম্না তুমশিংহনা ॥
অম্নুম্না রাইনা তুমশিন্নরবদা
থূৎ লোম্নহনা কয়া হায়জরকই শ্যামনা ॥
হাংদোকউ ফীরাকথুম্বা থাদোকউ নতাং তৌবা
নীংবা কায়রে ঐগী ফীজোন শংলেনসিনা ॥

---

১। চীত, টীট—পাঠ।

২। ছাপাদদি মসিগী পদ অসিনা অহুমশুবা পদ ওইনা লৈ। অর্থ তৌবদদি ছাপাগী মথং-মনাউ কায়হনা তৌজরি—মহুনসু ভাব কায়দে। অহুমদি ওইরগা ওক্লাশিংনা থম্বীরবা মওঙ্দি কায়হনজনীংদহুনা অহুমক থমজরি।

নাহ সুতল যব রাইক পাশ
কহতহি প্রিয়সখী মৃদু মৃদু ভাষ ॥
ঝলমল মন্দির মণিময় বাতি
সুখময় শেজ বিদীঘল রাতি ॥
তুহুঁ হেন নাগরি হরি হেন নাহ
ধনি ধনি মনসিজরস নিরবাহ ॥
*(শুনইতে ঐছন সহচরি বোল
মধুরিম হাসি গোরি তনু মোড়) ॥
কানু পরি পুরিত মানস কাম
গোবিন্দদাস [১]দুহুক গুণগাম ॥৩

গোঃ পঃ ১৫৭, পঃ সঃ ১৩৪

ধূর্ত্ত নিদ্রা-রস ইতি সমাপ্তং ॥৩৭

---

চেপলে নাকন্দা কৃষ্ণ রাইগী মনাক্তা
থোগনবী সখীশিংনা তাকলি থোনথোক্তনা ॥
মেঙ্না ভাল্লি মন্দির মণি মঙানন্তনা
নৈগী শয্যাথকনি শাংলবা অহিংনি ॥
চোংথরি অনিমক নীংন ঈপাক য়ায়দা
হৌরি ঈণক ইপোম ঈংলি চা জৌ য়ৈরবদা ॥
(তারবদা অসুম সখীনা হায়রকপা
থোয়রুম মোমোন তৌনা তাশিনথরে রাধা) ॥
অনিমক্কী নৈপুন অঙকপা মতৌ
শকচৈ অনিগী গুণবু গোবিন্দদাসনা ॥৩

ধূর্ত্ত-নিদ্রা-রস-কী শৈশক লোমলে ॥৩৭

---

১। গোবিন্দ দাস গাওয়ে গুণগাম- গোঃ পঃ।

* ব্রেকেট মনুংগী পদ অসি ঊশৈ অসিগী পরেং ১৩ গুবদা লৈবনা নাইত্তে চায়।

## * রসালস-রস বর্ণনং
### রাগ-ভুপালী

উঠ উঠ গৌরাচাঁদ নিশি [1]পুহাইল।
[2]নগরের লোক সব জাগিয়া [3]বসিল॥
[4]ময়ূরা ময়ূরী রব কোকিলের ধ্বনি।
[5]কত সুখে নিদ্রা যাও গৌর গুণমণি॥
অরুণ উদয় ভেল কমল প্রকাশ।
[6]তেজল মধুকর কুমুদিনী [7]পাশ॥
[8]কর জুড় করি বোলে বাসুদেব ঘোষ।
কতনিদ্রা যাও গৌরা প্রেমের [9]আলস॥১
বৈঃ পঃ ১৬২, বাসুঃ পঃ ৭৫

রজনীক শেষ জাগি সব সখীগণ।
বৃন্দাসখী মুখ চায়া করয়ে বচন॥১

(শুন) সজনি শুতি রহু নিলজ কাণ।
রাই জাগাই লেই চলু মন্দিরে
যব নাহি হোত বিহান॥ধ্রু

---

### রাগ—ভুপালী

লেঙ্‌খৎলোনে গৌরাচান্দ ঈহুং শোরা তৈরে
লুংঙাই য়াইফ মীশক 'পুম্বা য়াহৌনরে ঙম্না॥
মহুমদা চেক্লা য়াকায়রে রাহোং কোকিল খোংলে
তুমখুন হুনখিগনি কয়া মতম থেঙ্‌জিল্লকলে॥
নোংপোক চীংখে তঙাংলেনে থম্বাল লৈশাং তম্রে
থরো লৈকা য়াতারুবা পাইথোক্লরে খোইমুম্থু।
লোয়হুনা থুবাং চাংজো য়াকায়জরি নোম্না
বাসুদেব তোল্লবনা ভাইজে প্রেম-লীলা॥১

হৌগত্তুনা ঙম্না অহিং মমৈ ওইরবদা
হায়রকই সখীশিংনা বৃন্দাবু য়েংদুনা॥১

য়েংবীয়ু বৃন্দে, তুমলি হুজীক ইকাইদবা কানু
য়াকায়রনি পুরগনি রাইবু অহিং মতম লৈরিঙৈসিদা॥ধ্রু

---

ছাপাদা—১। পোহাইল, ২। নদীয়ার, ৩। উঠিল, ৪। কোকিলার কুহুরব সুললিত ধ্বনি, ৫। কত নিদ্রা যাও ওহে গোরা গুনমণি, ৬। শশধর তেজল, ৭। বাস, ৮। বাসুদেব ঘোষ কহে মনের হরিষে, ৯। আলসে।

---

* রস অসি মাইবা লুবাংবনা শকখিবনি।

*রজনী উজাগরী নাগর নাগরী
সুতি রহু কিশলয় শেযে।
রতিরস অলসে অবশ কলেবর
তুহুঁ তনু তুহুঁ নাহি তেজে॥
রাইক কবরী বান্ধ [১]সখি সম্বরি
পিঞ্ছ মুকুট গড়ি যাউ।
মণিময় মূদরি মোহন মুরলী
এ তুহুঁ যতনে চোরাও॥
ঘুমল কাণু যুকতি শুনি ঐছন
রাইক কোড়ে আগোরী।
গোবিন্দদাস পহু চতুর শিরোমণি
নিরসল সহচরী চোরি॥২

পঃ সমুদ্র—২৩০—৩১, গোঃ পঃ ২৮৩

কানন দেবতী হেরি নিশি অবসান
আদেশিলা দ্বিজকুল করইতে গান॥ধ্রু
শারী সুক কহে তুহুঁ জাগহুঁ তুরিতে
অরুণ উদয় হেরি নাহি মানে ভীতে॥

---

তুমদবনা অহিংদা রাধাশ্যাম অনিনা
চেপ্পরি নুংঙাইনা হুজীক্তদা॥
রতি লীলা লানফমদা রানখিবনা হক্বা
থাদোক্নখিদে অমনা অমা॥
পুনশিল্লোনে অমুক রাইগী শমজি
শেমজিল্লো রাহোংগী চূড়া॥
মণিগী খুদোপ মোহন মুরুলী
হুরানসি লোন্না অনি অসি॥
তাবদা শ্যামনা রারেপ্পবা অসিগুম্না
কোনশিনথরে রাইবু চেৎনা॥
গোবিন্দ মবুংঙো থোইনা হেন্না শিংবা
ভমহনখিদে অসুম হুরানখিবা॥১

বনগী লাইরেম্বীনা উরহুনা নোংঙাল্লকপা
য়াথং পীরে চেক্লাশিংদা য়াকায়রোন শকুবা॥ধ্রু
খোংলকই চেক্লানা থীল্লে হুজীক হোগৎলোনে
উরমক্তা চীংথৈ ফিদুপ কিদবা করিগী॥

---

১। পুন—খুৎই।

* মসিদগীনা ৩ শুবা পরেং কাওবনা ছাপাগী অহোবনি মচুগী মথংদা 'সজনি' না হোবা পরেং অহুম অসি লৈ। অহানবা রাহৈ (শুন) অসিমা ছাপাদা লৈতে।

বানরীগণ পুন করল আদেশ
তুরিতে শবদ কর নিশি অবশেষ ॥
শুনইতে ইহ বনদেবতী বোল
কানন ভরিয়া উঠল মহারোল ॥
হেরইতে ঐছন নিশি পরভাত
মাধবদাস তহিঁ শিরে দেই হাত ॥৩

এই মতে পক্ষিগণ কোলাহল হৈতে
জাগিলেন রাধাকৃষ্ণ দুহুঁ অবিদিতে ॥ধ্রু
দৃঢ় আলিঙ্গন ভুজে কাতর হইয়া
কপট নিদ্রার ছলে রহিলা শুতিয়া ॥
সুবর্ণ পিঞ্জরে আছে গৃহের শারিকা
অতি সুপণ্ডিতা সেই দয়িতা রাধিকা ॥
নিশাকেলি সাক্ষী সেই সব লীলা জানে
কহিতে লাগিলা কিছু মধুর বচনে ॥৪

শ্লোকঃ

গোকুল বন্ধো জয় রস সিন্ধো
জাগৃহি তল্পং ত্যজ শশিকল্পং ॥

---

বনদেবীনা অমুক হায়রকই য়োংশিংদা
লোইরক্লে অহিং মতম খোংউ হৌনা লাউনা।
তাবতদা য়াথং অসি বনদেবীগী
উমং-রামং 'পুম্বা লাঙ্‌লে পুমনিন নিন্না ॥
থেঙ্‌জিল্লকপা মতম উরবদা অসুম
হাপলক্লে থুং কোকথক্তা মা-ধ-ব-দা স দি ॥৩

অসুম তৌনা পুমনিন নিনবা উচেক-রায়াশিংনা
মিৎকপ থোক্লে রাধাকৃষ্ণ পাঙ্‌নরক্লে মিৎস্না ॥ধ্রু
থাদোক্লগনি রাথদ্দা পুক্নীং লাঙ্‌তক্লনা
নৈরে অমুক তুম্বা শানা কোনশিন্দুনা চেৎনা ॥
সনাগী পোন্নুংদা য়োকপা তেনরা লোম্বোকপা
লুনা তৌজবা রাইনা য়াম্নসু হৈ-শিংবা ॥
অহিং শান্নখিবা লোইনা থঙ্‌বা লীলা 'পুম্বা
হায়দোরকই মথং মথং ভশেংবা মীরোন্দা।৪

শ্লোক কী অর্থ

গোকুলগী থাজও রসগী মপুও
*ঈমুং নৈরে য়েংউ মিৎস্না নৈনা পাঙ্‌উ ॥

---

* থাঙ্ম্না পান্নবা শয্যাদগী লেঙ্‌খৎলো—গোঃ লীঃ গী অর্থ।

প্রিত্যানুকুলাং শ্রিতভুজমূলাং
বোধয় কান্তাং রতিকুতরতান্তাং ॥

যাতা রজনী প্রাতর্জাতং
সৌরং মণ্ডলমুদয়ং প্রাপ্তং ॥
সম্প্রতি শীতল-পল্লব-শয়নে-
রুচিমুপনয় সখি পঙ্কজ-নয়নে ॥ ২

গোবিন্দ লীলামৃত ২৩-২৬ শ্লোক—১ম্

এমত মঞ্জুভাষিণী কহিলা বচন
তবে শুক বিচক্ষণ সুধির কহন ॥

জয় জয় গোকুল মঙ্গল-কন্দ
ব্রজযুবতীততি-ভৃঙ্গারবিন্দ।
প্রতিপদবর্দ্ধিতনন্দানন্দ
শ্রীগোবিন্দাচ্যুত নতশন্দ ॥৫

গোঃ লীঃ ১ম্ শ্লোক—২৮

বিধুনা সহিতা সবিতুশ্চকিতা
রজনী বনিতা চলিতা ত্বরিতা
অনয়া সময়া প্রিয়তা ত্বরয়া
সহিতঃ সরিতস্তটতোহটতঃ ॥ গোলী ১ম্ ৩১ শ্লোক

---

পাম্বোম মোনথাঙ্‌নবী নঙ্‌গী চান্নথোইবী
য়াকায়বিরো মাবু * চোকথরবীদুবু ॥

মুনা য়েংলি তঙাংবী চীংথৈ
তাকলি য়েংউ মুমিৎ থোরকলে ॥
লেঙ্‌খৎলো থাদোক্লো য়েম্নো-য়েম্নীং শয্যা
পাঙ্‌লো মিৎস্না থম্বাল্লেকা রাথোক নংদনবা ॥২

হায়রক্লবদা অসুয়া মঞ্জুভাষিণীনা
শমথরকই বিচক্ষণ তেনরা লাবনা ॥
জয় ওইরিনে নঙ্‌না গোকুলগী মবুঙো
গোপী খোইমুশিংনা মিতাবা থম্বাল-ও ॥
ব্রজনিংথৌগীদি হুংঙাইফম ওইব ও
খুরুমজৈ নঙ্‌তবু চঙ্‌জবগী মপু ॥৫

য়েংউ চেনথরেসে থানিনগা লোয়ননা
তাংলো লাইরেম্বীনা মুমিৎ মাবু কিনা।
†লীংখিত্রিভৈ তাঞ্জা পুথোকপিরো রাধা
যমুনা ঈচেলনা চেনবগুম লেপ্তুনা ॥

---

* রতি লীলাদা য়ারবী। † নঙ্‌গী চান্নবীবু যমুনা মপান্দগী থুনা পুরীবরো।

জাগহুঁ জাগহুঁ বৃষভানু কুমারী।
আয়ে অব দারুণ অরুণ কিরণ।
দেখহ কাঞ্চন গৌরী ॥৬

শ্লোকঃ

ইতি কল বচনানাং শারিকানাং শুকানাং
কৃতমতিশয়রম্যং শ্রোত্রপেয়ং নিশম্য।
বিহিত শয়নবাধা সা জজাগার রাধা
প্রমথমথ সকৃষ্ণঃ স্বাপলীলা বিতৃষ্ণঃ ॥

কৃষ্ণাহ্নিক কৌমুদী ২৮।৭

হরি নিজ আঁচরে রাইমুখ মোছই
কুঙ্কুমে তনু পুন মাজি।
অলক তিলক দেই সীঁথি [১]বনাওই
চিকুরে কবরী পুন সাজি ॥১

[২]মাধব সিঁদুর দেইঁ সীঁথে।
কতহুঁ যতন করি উর পর লেখই
মৃগমদ [৩]চিত্রক পাতে ॥ধ্রু

লেঙ্খৎলো ইবেম্মা নিংথৌগী মচানুপী
তঙাংলে নোংপোক চীংখৈ হুংশাথীবমখৈ
উবদা তনিকলে য়েংউ ॥৬

শ্লোককী অর্থ

উচেক-রায়া মখোলতনা নিল্লবদা উমং পুম্বা
য়াকায়রক্লে শ্রীরাধিকা মবুংঙোগী নাক্তা।
নৌহৌনৈ পুক্নীংদ রাধা হুংশিবা খোঙ্কেন্দ চেক্লা
নৌনা হুংওন হুংনাঙ্, ঈরাং থল্লি থম্মোই কৃষ্ণ পুক্নীং ॥

রাধা মায়থোং তনৌবী নাম্বোকপিরি শ্যামনা
তৈবিরে হকচাংদ কুঙ্কুম চন্দন ॥
লাইপক্লী নৈতেং চন্দন সিংগ্রেঙ্দা সিন্দুর
পুনবীরে নৌনা নীংথিবা শমজি ॥১

সিংগ্রেঙ্দা সিন্দুর চাইরি হরিনা
হোৎনরি য়েকপা রানা কস্তুরী চন্দননা
থম্মোইদা রাধাগী নৈতেংগী উনা ॥

বৈঃ পঃ ৬৭৮— ১। বানায়ই, ২। বৈঃ পঃ দা 'মাধব' য়াওদে, ৩। চিত্র সুপ্রীতে।

[১]মণিময় মঞ্জীর চরণে পৈঢ়াওই
উরপর [২]দেয়লি হার ॥
[৩]তাম্বুল সাজি বদনে ভরি দেওই
[৪]নিছুয়ে তনু আপনার ॥
[৫]নয়নহি অঞ্জন [৬]কয়ল সুরঞ্জন
চিবুকহি মৃগমদ [৭]বিন্দু।
চরণ কমলতলে যাবক রঞ্জই[৮]
কি কহব [৯]দাস গোবিন্দ ॥৭

[১০]চাঁদ মেঘে উদয়েরে যেন
যেন মাধুর্য্য পুঞ্জ পুঞ্জরে।
দেখ সখি শ্রীরাধা গোবিন্দ
দুহুঁ রূপ লাবণী [১১]প্রতিক্ষণে বাঢ়ে ॥
ও রূপ মাধুরী হেরি
কোটি অনঙ্গ পালাই ডরে।

---

মণিগী নূপূরনা লৈতেংলি রাই খোঙ্‌দা
শিবীরি ওক্তনা মণিপরেং ॥
ইল্লি পানাখুদপ চখোম থন্না রাধা
কথোকলি থরায় হকচাং শ্রীহরিনা ॥
রাইগী মিৎতা কাঁজল থারকলে চেকশিন্না
খদাঙ্‌দা নমলি কস্তুরী বিন্দু ॥
খুয়া থম্বাল অনিমক্তা তৈরিনে যাবক-মহী
হায়ফম খঙ্‌দে ওকচৈ গোবিন্দ ॥৭

ঙাল্লি য়েংউ নোংলক্তা থানা
পেনবা নাইদেনে য়েংবদা মিৎনা ॥
য়েংউ সখি শ্রীরাধা গোবিন্দসে
অনিগী ফজবা হেল্লিবসে অম্মম ॥
উরুবদা নীংথিবসে
চেল্লি কামনা লাপ্না কিনা ॥

---

১। মণি মঞ্জির আনি, চরণে পরায়লি, ২। দেওল, ৩। কর্পুর তাম্বুল, বদন ভরি দেই, ৪। নীছই, ৫। নয়নক, ৬। করল, ৭। বিন্দ, ৮। দাসিয়া, ৯। চান্দ মেঘে উদয়েরে, যেন মাধুর্য্য পুঞ্জয়ে—চৌঃ ৩, ১০। প্রতিক্ষণে ক্ষণে—চৌঃ ৩, ৪।

তে কারণে সে উপমা
গুণি গুণি দিয়ে প্রাণ সখিরে ॥
[1](নবিন তমালে কিবা কনক লতিকা)
যে উপমা দিতে চায়ে
না দিলে যে কারে দিয়ে ॥৮

ওই দেখ সখিরে রাধা মাধব
দুহুঁ রূপ সমতুল সখিরে ॥
দুহুঁ রূপ সমতুল
কাজরে চম্পাফুল ॥
ভূলে ভূলে নয়ান ভুলেগো
কনক [2]লটিকা রাই তমালের ফুলে ॥
কেহুঁ বলে রূপে
রাইত ভালগো ॥

---

থম্বু লৈবা করি পান্দম
থম্ব থম্ব থেংনৈ হন্থবতা ॥৮

য়েংউ সখি নঙ্‌বু কনানা হেনবা
মান্নদরা অনিমকসে য়েংউনে ॥
নোংলেন-নোংহৌ নোংথাং কুচু
কাঁজলগা লৈহাউগা ॥
কান্নদে মিং অসে খেন্নবা খঙ্‌দে
সনাগী উরৌনি রাইনা য়েংলি তমালথক্ত ॥
কনানা হায় শকতি হেল্লি রাইনা
হায়নৈ অমুক কনানা
নোপ্প নত্তে শ্যামসু থোইনা ॥
সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল
কনানা পুন্না শাংহল্লবা ॥

---

১। পরেং অসিমা চৈং * দা লাপান্দা লৈ। ২। লতিকা ?

* তাব হন্নিনমমবনগী মথাগী পরেংশিংগী অর্থ খাদোকচবে। উদৈ অসিমকতু অখেবা থাম্নি।

কেহ বলে শ্যামত সুন্দর বটেরে বটেরে
হেমপদ্ম নীলপদ্ম কে বা গাঁথিয়াছিলে
অকলঙ্ক পূর্ণচন্দ্র
জলধর ঝাঁপিলে গো ॥৯

রসালস-রস ইতি সমাপ্তং ॥৩৮

---

মচুবা পূর্ণিমা থানিন
লোৎলি য়েংউ নোংলেন লঙ্কা ॥৯

রসালস রস-কী দৈশক লোমলে ॥৩৮

---

য়েংগদবা— চৌঃ নং ৩ দা মখাদা অমুম্না শ্লোক অমা য়েক্লম্বী মচুদি -
নিখিলনিগম দূরং প্রেমমাধ্বিক পূরং
ন খলু-ভগবদীয়ে নাপিলব্ধোপলব্ধং ।
তদতি-মধুরধামদ্বন্দমানন্দকন্দং
কনক-মরকতাভং ভাতি বৃন্দবনেস্মিন্ ॥

* সখ্যোক্তি-রস বর্ণনং
রাগ—রামকিরী

নিশি অবশেষ জানিয়া বিশেষ
সকল ভকত সঙ্গে।
প্রেম সংকীর্ত্তন করি আরাধন
বসিয়া সঙ্গিয়া রঙ্গে ॥ধ্রু
তাহাতে আসিয়া দুঃখিত হইয়া
পশিলা শয়ন ঘরে।
রতন পালঙ্কে গৌরা শুতি রঙ্গে
শ্রীঅঙ্গ অলস ভরে ॥
রসের আলসে ব্রজ প্রেমরসে
শয়ন করিল গৌরা।
এ রাধামোহন পাদ সম্বাহন
করয়ে প্রেমেতে ভোরা ॥১

অলং। * বিচ্ছেদ ভাবয়ে গুণি
তুহুঁ না সহে প্রাণি ॥

---

রাগ—রামকিরী

অহিং মমৈ গুইবা খঙ্লতুনা গৌর
ভক্তশিংগা লোয়নহুনা ॥
প্রেম-সংকীর্ত্তন তোরে আরাধন
কোয়না ফম্না ভক্তশিংগা ॥ধ্রু
কায়নখরে ঙম্না পোথানরে লোইনা
লেঙ্শিল্লক্লে হীপ্নকমদা ॥
নীংথিবা শয্যাদা চেপলি শ্রীগৌরাঙ্গ
চোকথরি রাবনা হকচাং ॥
থন্না থন্না রাখল ব্রজ-প্রেম রস
উইথথরে মিৎম্না অনি ॥
সেবা চঙ্জৈ চরণ মনাই রাধামোহন
থঙনা প্রেমতনা লকা ॥১

অলং। থম্নবদা কায়ন রাখল
থাঙ্ন ঙমদে থম্মোই অনি ॥

---

* চোঃ ৪ দা

---

* রস অসি গুরু ওজা নিত্যানন্দনা শকথি।

মূল। নিজ নিজ মন্দির [০]যাইবে পুন পুন
[১]তুহে তুহুঁ বদন নেহারি।
অন্তরে উয়ল প্রেম পয়োনিধি
নয়ন গলয়ে [২]বহু বারি ॥১॥ বৈঃ পঃ ১৫০

মাধব হামারি বিদায় [৩]পায়ে তোয়।
তোহারি প্রেম সঞে পুন চলি আওব[৪]
অব দরশন নাহি মোয় ॥ধ্রু
কাতর [৫]নয়ান নেহারিতে [৬]তুহুঁ দোহাঁ
উথলল প্রেম তরঙ্গ।
[৭]মুরছল রাই মুরছি পড়ু মাধব
কবে [৮]হবে তাকর সঙ্গ ॥
ললিতা সুমুখী [৯]সুমুখী করি ফুকরত
রাইক [১০]কোরে আগোর।
সহচরী কানু কানু করি ফুকরত
ঢরকত লোচন লোর ॥
কতি গেও অরুণ কিরণ ভয় দারুণ
কতি গেও [১১]লোকক ভীত।

---

মূল। রাখন্দা কায়নবগী খনবদা চৎনগনি
য়েংনরক্লে অনি চিংনা চিংনা ॥
থম্মোইদা প্রেম ঈহৌ হৌরি ইখোঙ্‌ ফুন্না
চেম্থরি মিৎস্নাদা ঈরোঙ্‌ ফাংনা ॥১

বিদায়গী মতমদা খুরুমজৈ শ্রীচরণদা।
লাক্কনি অমুক নঙ্‌গী প্রেম লীচিংতনা
পীনৌ দরশন অমুক হন্না ॥ধ্রু
য়েংনৈ তরক তশোন থাংনঙমদে মাঙ্‌দ খোঙ্‌থাংনা
মমলি মুংদা কায়ন-মৈথুনা ॥
রাম্থরে রাধা রাম্থরি শ্রীবনমালী
থাঙ্‌নঙমদনা কায়ন রাখল ॥
ললিতা সখীনা কোনথত্তুনা রাইবু
কামলি লরাইদা মুংশাথীনা ॥
মিপাইনবী সখীশিংনা কৌরি কানু কানু
পাখৎনরি তৌফম থঙ্‌দ ॥
ভাঙ্‌শিল্লে চীংখৈ ফিদূপ থেঙ্‌জিল্লক্লে অম্মুম অম্মুম
লৈরিদো অকিবস্থু মীগী ॥

---

০। যাইতে—পঃ কঃ, বৈ. পঃ—১। তুহুঁ দোহাঁ বদন নিহারি, ২। ঘন, খুৎইদা—৩। তোর পায়, ৪। আওল, ৫। নয়নে, ৬ তুহুঁ তুহাঁ, ৭। মুরুছই, ৮। হব, ৯। ধরি ফুকরই, ১০। করলহি কোরে আগোর, ১১। লোকি।

মাধব [১]ঘোষ [২]অবহু নাহি সমুঝল
[৩]উদভট মুগধ চরিত ॥২॥ বৈঃ পঃ ১৫।

ফিরে বরি অপরূপ দুহুঁজন রীত ॥
(বিযোগে ?) বিযুগে দুখিত শয্যা হইতে উঠই।
চঞ্চল নয়ানে মুখপদ্ম দেখি রাই ॥
দুহুঁ বস্ত্র পরিবর্ত্ত দুহাতে [৪]লইয়া
হস্ত অবলম্বি কুঞ্জের বাহিরে [৫]চলিয়া ॥
বামহস্তপদ্ম রাই হস্ত পদ্ম ধরি
দক্ষিণ হস্তেত বেণু ধরিছে মুরারি ॥
এইরূপে চলি দুহুঁ উপমা কি হয়
বিদ্যুন্মালা সঙ্গে যেন মেঘের উদয় ॥
দর্পণ লইল কেহুঁ মলয়জ পাত্র
কুঙ্কুমের পাত্র কেহুঁ তাম্বূলের পাত্র ॥
পঞ্জর-শারীকা লই কেহুঁ অন্য সখী
যদুনাথ [৬]সভে সঙ্গে চলে গৃহোন্মুখী ॥৩

---

মাধব্‌-ঘোষনা হায়জে ঙল্লোই খঙ্‌বা করিমত্তা
মতৌনি অঙকপা অহেনবা ॥২

ঙক্লিবনো কয়া হেন্না মতৌসে অনিগী ॥
মিৎকপ থোক্লিঙৈনা চাক্লৈ হান্না কায়ন-মৈনা
মিৎয়েং তরক তশোন য়েংজে রাইনা মবুংঙোদা ॥
অমনা অমগী ফীজোন শেৎনৈ ওন্না তৈনা
লেঙ্‌থোরকলে অনি খুৎকা খুৎকা শম্নদুনা ॥
ওয়গী খুৎনা কৃষ্ণ পায়রি রাধা য়েৎকি খুত্তা
পায়রি য়েৎকী খুৎনা লীলা সহায় ওইবী বেণু ॥
থাব্রাঙ্‌ থোকলি য়েংউ অনি পূর্ণিমাগী থানিন
সনাথক্কী তম্মাগুম্না নোংলক নোংথাঙ্‌ মান্না ॥
থৌগঞ্জবী সখীশিংনা থৌগল ইজ্ঞে তুংদা
মাগী মাগী থৌগল- পোৎলম শুনা খুত্তা পায়না ॥
কনানা পুরি তেনরা সনাগী পিঞ্জরাদা
থৌগঞ্জরি যদুনাথ মবেম্মগী তুংদা ॥৩

---

১। মাধবঘোষ কয়, ২। তুহুঁ নাহি সমুঝায়, ৩। উদ্ভট মুগধ, ৪। লইলা,
৫। চলিলা, ৬। সঙ্গে সঙে—চৌঃ ৪।

বিহানে তাটঙ্ক খষি আছয়ে শয্যায়ে
লইয়া রাইর কর্ণে রতি মঞ্জরী পৈঢ়ায়ে ॥ধ্রু
শয্যামধ্যে কঞ্চুলিকা লইয়া তুরিতে
প্রিয় সহচরীগণে করিয়া গুপতে ॥
রূপ মঞ্জরীকা দিল রাধিকার করে
তাহা পায়া রাই সুখি তার মুখ হেরে ॥
চর্ব্বিত তাম্বুল ছিল শয্যা সমীপেতে
গুণমঞ্জরীকা দাসী লইয়া নিভৃতে ॥
কতক্ষণ করি সভে আনন্দিত হয়া
প্রিয়সখী হাসে মগ্ন ভেল সভে হিয়া ॥
নিকুঞ্জ মন্দির দ্বারে সভে আইলা রঙ্গে
এ যদুনন্দন মনে আনন্দ তরঙ্গে ॥৪

দেখ সখি রাধা মাধব প্রেম ॥
ঐছন ঘটন [1]কাঁতহুঁ নাহি হেরিয়ে
যৈছন লাখবাণ হেম ॥ধ্রু
কতহু যতন করি নিজ নিজ মন্দিরে
বিমনহি [2]করল পয়ান।

---

পুরক্তনা নাপী-লৈতেং চিন্নরি নাপদা
চীথরম্বা শয্যাথক্তা শ্রীরতি মঞ্জরীনা ॥ধ্রু
চীথরম্বা থাখুম ফিমু পুনরকলি লোন্না
থোগন চঙ্বী সখীশিংনা রাইবু খঙ্হন্দনা ॥
কৎচৈ মক্ত মবেন্মদা রূপ-মঞ্জরীনা
খোয়থুম মীনোক নোকলি রাধা মাগী মায়থোং য়েংনা ॥
ফংলুই গুণ মঞ্জরীনা শয্যাগী মনাক্তা
চাজথি হরাউনা মানা অধরামৃত পানা ॥
কুংঙাইনরি মওঙ্ অসুম মপু মনাই 'পুম্বা
নোক্লি পেন্না থরায় ভানা মবেন্মা সেবাদা ॥
অসুম ভৌনা থোরকপনা লেপ্লরে কুঞ্জ থোঙ্জীন
হরাউঞ্জরি যদুনন্দন প্রেমনা থম্মোই থন্না ॥৪

য়েংউ সখি রাধা-মাধব প্রেম ॥
সনাগুম লংলবা ফুদোংলবা হন্না হন্না
উখিদরি রস অসিগুম্বা ॥
চৎনরক্লে তোপ্পা তোপ্পা মাগী মাগী মায়কৈদা
হানচৎননা মায়থোং মক্না ॥

---

বৈঃ পঃ ৯২০— ১। কতহিঁ, ২। করল।

তুহুঁক নয়ন গল প্রেম-বিচ্ছেদ জল
দারুণ দৈব বিহান ॥
পদ আধ চলত খলত পুন ফিরত
[1]কাতর নেহারই মুখ।
[2]একই পরাণ দেহ পুন ভিন্ন ভিন্ন
[3]এত যৈছে মানিয়ে দুঃখ ॥
তিল এক বিরহ কল্প করি মানই
[4]গাওয়ে তুহুঁ পরসঙ্গ।
[5]ভণে রাধামোহন [6]ঐছন গুণ গান
[7]যাতে নহ সো রস ভঙ্গ ॥৫

* নিজ নিজ মন্দিরে করল পয়ান
কো কহুঁ সো দুঃখ কহন না জান ॥ধ্রু
গৃহে মাহা শেজ শুতলি সভে যাই
জাগিয়া বৈঠল সব রসবতী রাই ॥
অতি উৎকণ্ঠিতা রাই এতই বিভোর
মোহন কি কহব রস ইস ওর ॥৬ } ?

---

লোৎনৈ ঈরা মিৎস্না তুংদা কায়ন-ঈপাক্ত তাউনা
তুংশি হৈতবা নোংদমখোন্না ॥
থাংই মাঙ্‌দ খোঙ্‌ফম অমা য়েংই হন্না কাউই খোঙ থাং
লৈরি লেপ্পা য়েংতুনা মায়থোং ॥
থন্নায়দি অমত্তা তোঙানখিবা হকচাংতনা
চিংখায়নরি অনি অম্সুম তৌনা ॥
কায়নবা মিৎকূপ অমা খন্নে ওইনা কল্প কয়া
থাঙনা-ঙমদে মিৎকূপ কান্নবা ॥
খন্দুনা কায়খিগনি অনিগী রস-সিবু
শকচৈ কিনা রাধামোহননা ॥৫

রাধা কৃষ্ণ অনিমক হন্নখরে অম্সুম
অনিগী অন্নাবা থঙঙমদে কনানা ॥ধ্রু
শয্যা-থক্তা রাধা চেপলি তুম্বা য়াদা
রাখল লংজীন থিনা কায়ন মৈহুম চূনা ॥
লৈতাখিদে পুক্নীং রাধা লাঙ্‌তক্নখিবনা
লাঙ্‌তক্নজে মোহনসু মতৌহু খল্লুবনা ॥৬

---

১। কাতরে, ২। একহি, ৩। অতয়ে সে মানয়ে দুখ, ৪। গায়ই, গাওই, ৫। ভণ,
৬। ঐছে গান গুণ, ঐছে গুণগান—পঃ সঃ ৩৯৫, ৭। যতনহ সো রস রঙ্গ।
* বৈঃ পঃ অমসুং পঃ সঃ দা অহানবা পন্নেং অসিদং মান্নবা নৈ, অতৈ মথা মান্নদে।

* শ্যামলা বিমলা মঙ্গলা অবলা
আইলা রাইর পাশে।
যদি সতন্তরে তথাপি রাধারে
পরাণ অধিক বাসে ॥ধ্রু
দেখি সুবদনী উঠিলা অবণী
মিলিলা গলায়ে ধরি।
কত না যতনে রতন আসনে
বৈসায়া আদরে করি ॥
রাই মুখ দেখি হয়া মহাসুখি
কহয়ে কৌতুকে কথা।
রজনী বিলাস শুনিতে উশ্বাস
অমিয়া অধিক গাথা ॥
হাস পরিহাসে রসের আবেশে
মগন হইল রাধা।
চণ্ডীদাস বাণী নিশির কাহিণী
শুনিতে লাগিল সাধা ॥৭

কহ কহ সুন্দরী আজু রজনী কুঞ্জ বিলাস
কৈছন নাহ পূরল তুয়া আস ॥ধ্রু

---

শ্যামলা বিমলা মঙ্গলা অবলা
লাক্লরে মনাক্তা রাধা ॥
সুংশিজৈ মখোয়না মথরায়দগী হেন্না
থাদোক ঙমদে মিংকুপ অমা ॥
উবদা সখীশিং হোগৎলে নীংথিবী
কোন্নরকলে মীপূম তিংনা ॥
লুনা চান্না তৌনা ফমহন্লে আসনদা
মণি মুক্তা-তনা থাম্বা ॥
রাইগী মায়থোং য়েংনা থম্মোই মকারান্না
হায়নরকই ফাগি তৌনা ॥
কমদৌখি ঙসিগী অহিংগী লীলাদি
তম্মু তাসি চীথদনা ॥
খোয়রুম মোমোন তৌজৈ হরাউ মীনোক নোকচৈ
সখীশিংনা হংলকপদা ॥
চণ্ডীদাসনা ঙাইজৈ নাকোঙ্ শেংনা লৈজৈ
খৌরাংজরি তানীংবনা ॥৭

হায়যু তাসি নীংথিবী কুঞ্জ লীলাদো ঙসি অহিংগী।
নীংজবা নঙ্গী থুংহনখিবা মানা করম ॥ধ্রু

---

* শ্রীকৃষ্ণগী চান্নখোইবী অখোইবী সখী অমদি শ্রীমতী রাধিকাগীনা সুহৃৎ ওইবী সখীমক্কনি

কতহুঁ যতন বিধি করি অনুমান
নাগর নাগরি তুহুঁ কয়ল নিরমান ॥
অখিল ভুবন মাহা তুহুঁ বর নারী
আজু রজনী কিয়ে কয়ল মুরারি ॥৮

[১](শুন) সুন্দরি কী ফল পরিজনে বাঁচি।
শ্যাম সুনাগর [২]গুপত প্রেমধন
জানলুঁ [৩]হিয়া মাহা সাঁচি ॥ধ্রু
চৌদিকে চকিত- [৪]নয়নে ঘন হেরসি
[৫]ঝাঁপসি ঝাঁপল অঙ্গ।
বচনক ভাঁতি [৬]বুঝই নাহি পারিয়ে
কাহাঁ শিখলি ইহ রঙ্গ ॥
এ তুয়া হাস [৭]মরম পরকাশই
প্রতি অঙ্গ ভঙ্গিম সাথী।
গাঁঠিক হেম বদন [৮]মাহা ঝলকই
[৯]এতদিনে পেখলুঁ আঁখি ॥

---

বিধিনা করম্না করি লৌশিং তৌনা শেম্বা
নাগর নাগরি নখোয় অনিবু অসুম তৌনা ॥
তাইবঙ্‌ নূপী মরক্তগী খ্বায়দগী থোইদোকপী
হায়য়ু করম তৌখি অহিংদ মুরারি ॥৮

নীংথিবি ! কায়ে করি লৌনম্বগী লোৎকনু ঐখোয়গী কাদা
লোৎলিবরা শ্যামগী অরোনবা প্রেম থমুংদা
তম্মু তাসি ঙসি অহিং লীলা ॥ধ্রু
কোয়না কিনা য়েংনা থনজিল্লি করিগী নশা
ফিনা হান্না কুপলিমক্তা ॥
হায়রিবনো করি খঙ্‌বা ঙমদে ঐখোয়না
কনানবু ওজা ওইরকপা ॥
মীনোকসিনা নঙ্‌গী পাউদমলি অরোনবা নঙ্‌গী
সাক্ষী ওইরি নত্তো নওঙ্‌না ॥
নরাইবক্তা ফাওরি ফীজিন্নুংগী সনা মঙাল
উরি ঙসিতদা ইমিৎসিনা ॥

খুৎইদা—১। শুন' অসি ছাপাদা লৈতে, ২। গোপত, ৩। হিয়ে পায় সাচি, ৪। নয়ন, ৫। ঝাঁপই, ৬। বুঝিয়ে, ৭। মরমে, ৮। মহা, ৯। একদিনে।

য়েংশনবা—অহানবা পরেং অসিনা ছাপাগীদি মঙাশুবা পরেংনি। ৮ শুবনা 'এতুয়া' অসিনি।

[1]গহন মনোরথে পন্থ না হেরসি
[2]জীতলি মনমথরাজ।
গোবিন্দ-দাস [3]কহই ধনি বিরমহ
মৌনহিঁ [4]সমুঝলুঁ কাজ ॥৯ বৈঃ পঃ ৫৮৬

ধনী কহ কপটে কর কঠি লাগি ॥
কুন রূপ সে হেন রহলি তুহারি মন
রজনী গুঙায়লি জাগি ॥ধ্রু
লাজ না করহ ধনী কহ সব কাহিনা
ভিন্ন নহে একই পরাণ।
তুহুঁ অতি বালা নাহি জানে প্রেম জ্বালা
প্রেমকেলি কিছু নাহি জান ॥
তোর ওগ যুগখানি দন্তচিহ্ন সুলাবণী
দেখিতে পরম সুভালে।
গৌর পয়োধর নখরেখা সুন্দর
গোবিন্দ দাস মন ভুলে ॥১০

সখোক্তি-রস ইতি সমাপ্তং ॥৩৯

---

লোনজা হৈবী নপূক্লীং লম্মুক্লরি ঙসি
খূতুম চন্দুনঃ কামণী মপু ॥
গোবিন্দ দাসনা হায় ওকলে তোকলো সখি
খঙ্লে লোইনা খুমদবসিনা ॥৯

হায়যু! সখি নমথাক তৌরি করিগী দমক।
লোৎলিবা কনাবু নঙ্গী থম্মোই লকাম্নুংদা
মশুংলাংগী নঙ্না তুমব্রিবা ॥ধ্রু
ইকাইগনু ত্তম্মু লোইনা মরীক চুন্না চীখদনা
নত্তে ঐখোয় অত্তোপ্পা কনা ॥
নৌজরিবী নঙনি প্রেমগী মৈনা রাইথুংব্রিবী
খঙ্লমগবা করি প্রেমগী মত্তৌ ॥
থক খা-চীনবান অনিহুদি ময়েক লারি য়াগী য়াথুল
মত্তৌ মাল্লি লাইবক ফবীগী ॥
ভৌরুনবী থাবোম চীংখোঙ্ ফাওরি থুজীন-ময়ি
থঙ্বান্দা কুঙ্কুম চাইবগুমমা ॥
( ভাওচংনৈজ গোবিন্দ দাস ) ॥১০

সখ্যোক্তি-রসকী শৈশক লোমলে ॥৩৯

---

১। মনোরথ গহনে, ২। জিতলি, ৩। কহে ইহ অব, ৪। সমুঝল।

## * নিজোক্তি-রস বর্ণনং

রাগ—গড়া

আরে মোর আরে মোর গৌরাঙ্গ বিধু
পূরুব-প্রেমরস কহই মধু ॥
ভাব-ভরে গদগদ আধ আধ বাণী
[১]অমিয়া সায়র যেন পড়ে খানি খানি ॥
পুলকে পূরল তনু পিরিতি রসে
ঝাঁপয়ে বসন বিবশে পুন খসে ॥
[২]আনন্দে জল ডুবে [৩]নয়নে রাতা
[৪]রাধামোহনদাস শরণ দাতা ॥১

কি কহব রে সখি [৫]তোহারি সমাজ।
[৬]কহইতে কাহিনি লাগয়ে লাজ ॥
শূতি ঘুমায়লুঁ [৭]হাম অগেয়ান।
[৮]অলখিতে আওল নাগর কান ॥

---

রাগ—গড়া

য়েংঙ্উ সখি কয়া নীংথি গৌরাঙ্গ-থানিন
মমাঙ্গী প্রেম রস লূপলি ইরেন্নুং ॥
ঙাঙ্লি রাহৈ মতেক মতেক রানা হায়দোকঙমদ
অমৃতগী ঈরীক্লুমনা থীকলি মরীক মরীক ॥
তুজুংলি প্রেম-রসদা গৌরাঙ্গগী অঙ্গ
কোমগোমলক্লি ফীজোন লোইশিল্লি ফিজ্রেং তোয়না ॥
ঈরাক্লে হুংঙাইরেন্দা ঙাংজুনরি মিৎস্না
মনাই রাধামোহনগী মবুংঙোনা ॥১

তমসিগে করম ইতা নখোয়দবু ঐনা
হায়দোকঙমদে ইচৌন্না ইকাইজবনা ॥
শয্যাদা তুম্লিঙৈদা ইশিশিনা ঐনা
লাকখি মহাক লোন্না ঐগী ইনাক তান্না ॥

---

বৈঃ পঃ ২১১—১। অমিয়ার সার, ২। আনন্দ-জলে ডুবে, ৩। নয়ান রাতা
৪। রাধামোহন দাসের।
খুৎইদা—৫। তাহার, ৬। কহয়ে, ৭। হামু, ৮। অলক্ষিতে।

* রস অসি চিংঙাখম্বা গোকুলনা শকখিবনি।

পীন [1]পয়োধরে দেলহি হাত।
ভুরিতে লুকায়লুঁ দেহ বিগাত॥
তবহি অধর-রস পীবয়ে মোর।
জাগল মনমথ [2]বান্ধলুঁ চোর॥
থর থর [3]কাঁপয়ে কোরে আগোরি
তব [4]হাম ছুটলুঁ নিন্দ বিভোরি॥
[5]করব কোপ জানি ছৈল সে কান
[6]যোই কহল মোহে কোই সে জান॥
[7]পরিরম্ভণ বেরি মুদলুঁ আঁখি।
তাহে যে ভৈ গেল শেখর সাখি॥২ বৈঃ পঃ ৩২৯

এত আদর কেনে করেগো
সোই সখি মোরে।
রসিক রায় নূপুর পায়
দাঁড়াইতে চাই সখি মোরে॥

---

থিংজিল্লকখি মথূৎ ঐনা উদে থন্না
ইশা কন্নবা ঐনা লৈখি তাশিন্দুনা॥
অতুমক্তা মানা থকখি ঐগী চীনবান লৈহী
ঐগী কাম য়াকায়রকখি হুরানবতু ফাখি॥
থক থক নীক্না মশাদো কোনশিল্লখি ঐবু
মানা তুন্বা কায়হনখিদো অমুম তৌনা ঐবু॥
মোইথেম রাহৈ কয়ানা থেমখিবদো ঐবু
(শাউখিদনবা ঐনা হায়খিবদো মানা)
খঙ্দে করি রাহৈনো খঙ্ই মথন্তনা॥
কোনশিনখিবনা কন্না থাঙ্খি মিৎ উইশিন্না
শে-খ-র না সাক্ষীনি উখি সংশঙ্না॥২

অমুক লুনা করিগী তৌবা
মানা ঐবু সখি।
শিজিনবীরগা নূপুর খোঙ্দা
য়েংখি ঐবু মানা ঈথৌ লাংনা॥

---

খুৎইন্না—১। পয়োধর, ২। বান্ধল, ৩। কাঁপিয়ে, ৪। হামু, ৫। করলি কোপ স্বনমিক বরকান, ৬। যো কিছু কহল মোয়ে সোই সে সুজান, ৭। পরিরম্ভণ বেড়ে মুদল আক্ষি।

সজনি বড়ই বিদগধ কান।
[১]কহিল নহে সে প্রেম আরতি
কষিল হেম দশবাণ ॥ধ্রু
[২]সমুখে রাখি মুখ আঁচরে মোছই
অলকা তিলকা বনাই।
মদন রস ভরে বদন [৩]হেরি হেরি
অধরে অধর লাগাই ॥৩

[৪]কোরে আগোরি রাখই হিয়াপর
পালঙ্কে পাশ [৫]না পাই।
[৬]ও সুখ সাগরে মদন রস ভরে
জাগিয়া রজনি গোঙাই ॥
কেবল রসময় মধুর মুরতি
পীরিতিময় প্রতি অঙ্গ।
নরোত্তম দাস [৭]কহ কাহার অনুভব
[৮]সে জানে ও রসরঙ্গ ॥৪ বৈঃ পঃ ৫৫৪

পাসরিতে নারি কালা কানুর পীরিতি
সুঙরিতে প্রাণ কান্দে করিব কি রীতি ॥ধ্রু

---

মহাক্নি লৈতব হৈ শিংবদ মপা.
হায়ব শাই চীন্দদি কোনশেংনি ঐদি
হেল্লি ফূদোংলব-সনাবুদি ॥ধ্রু
তৈথোকপিখি ইমায়-ইমিং ফীজিনা মহাক্নী
চন্দন-চরা লৈতেং তোবীখি ॥
চিংনা চিংনা অম্মুন্না য়েংলগা ঐবু মুন্না
শোক্লখি চীন্দ মাগী চীন্না ॥৩

মপাম্বোমনা ঐবু কোনশিল্লি চেৎনা কন্না
লেঙ্‌ব ওৎপ-ঙমদবমথৈ ॥
অম্মুম তৌনা ইতা নুংঙাইবা ইপোম্নক্তা
থঙ্‌হৌদে হৌখিবা ইন্নুং ॥
রসগী মুর্তিনি খোয়থুম্বা শকফমনি
প্রেমগী প্রেম-মক্তনা-তিনবা ॥
খঙ্‌ই মহাক্তনা মাবু খঙ্‌বতনা
হায়জ্রে মনাই নরোত্তমনা ॥৪

থাদোক ঙমদে ঐনা কালা কানুগী পীরিতি
থল্লু থল্লুরগা অম্মুম হেল্লকই মৈচাক্তি ॥ধ্রু

---

খুৎইদা—১। কহি না হাসহ প্রাণ মোর আরতি, ২। সমুখে রাখিয়ু, আচলে মুছাওই, অলক তিলক বানাই, ৩। হেরে হেরে, ৪। কোরে আগোরিয়া, ৫। নাহি, ৬। ও সুখ সায়রে, ৭। কয়, ৮। সেই জান ইহ রস তরঙ্গ।

হিয়ায় হইতে [1]পিয়া শেজে না ছুঁয়ায়
[2]মুখে মুখে বুকে বুকে রজনী গুঙায় ॥
[3]তনু পরশক লাগি আভরণ তেজে
চরণ যাবক [4]রঞ্জে দেখি পাই লাজে ॥
নিশি অবসান [5]কালে কাতর হইয়া
দৃঢ় করি [6]বান্ধি মোরে ভুজ লতা দিয়া ॥
অরুণ উদয় দেখি [7]পড়ে প্রেম ফান্দে
মুখে মুখ দিয়া পিয়া কত জানি কান্দে ॥
ঘরে আসিবার কালে [8]পড়ি প্রেম ফাঁস
তেজিও সে এমন দেখি কান্দে জ্ঞানদাস ॥৫

[9]সজনি এত দিনে ভাঙ্গল ধন্দ।
[10]কানু অনুরাগ [11]ভুজঙ্গে গরসিল
কুল দাহুরি মতি মন্দ ॥ধ্রু
[12]হৃদয় মন্দিরে মোর [13]কানু ঘুমাওল
প্রেম প্রহরি রহুঁ জাগি।

---

অহিং ভাংলো চৃপা মানা থাদোকখিদে ঐবু
খঙ্‌হৌদে হৌখিবা তাংলো তুমদতুনসু ॥
শোকচনীংবতনা মানা ঐগী ইশা অসে
যাবক থাখি ইখোঙ্‌থক্তা ইকাইবনা শিখি ॥
উরবদা ইনুং ঙানবা রাখি কয়া মানা
লৈখি অসুম চেজেৎ-কোয়া থাদোক-ঙমদনা ॥
উরকপদা চীংখৈ ফিদূপ প্রেমগী লাং থাক্নুনা
চীন্দিন্নবা চেক্লাঙমনা কপখি কয়া মানা ॥
কনখিবনা নোংদমখোয়া থৎপা তাখি থৌরী
কপচরি জ্ঞানদাস উবদা মঙৌসি ॥৫

ইতারোয়, ঙসিতদা কোক্লে চিংনবা ॥
লিনগী মশক ওইবা কানু অনুরাগনা
য়োংথরে পোঙ্‌জবী পুক্নীং হঙোই ॥ধ্রু
তুমলি মাদি নীংঙাইদনা লকানুংদা ঐগী
থোঙ্‌শঙ্‌বা প্রেমনা ঙাক্নুনা চেৎনা ॥

---

বৈঃ পঃ ৪২০—১। প্রিয়া, ২। বুকে বুকে মুখে মুখে, ৩। তনু তনু (মসি তনু অমদি হেন্নে, ছন্দ কায়রে), ৪। রচে, ৫। জানি, ৬। বান্ধে, ৭। পড়ি, ৮। দেয়।

থুংইদা— ৯। সজনি য়াওদে, ১০। কাহ্নু, ১১। ভুজঙ্গ, ১২। মসিদগী হৌনা থংনবা পরেং ৪ না ছাপাগী অহৌবনি। ১৩। কাহ্নু।

গুরুজন গৌরব চৌরসদৃশ [1]ভেল
দূরহি দূরে রহু ভাগি ॥
[2]আপনক চরিত [3]আপে নাহি সমুঝিয়ে
আন [4]করত হোয় আন ।
ভাবে ভরল [5]মন পরিজন [6]বাঁচিতে
গৃহপতি শপতিক ঠান ॥
[7]নয়নক নীর থীর নাহি বান্ধই
[8]না জানিয়ে কিয়ে ভেল আঁখি ।
যত পরমাদ কহই [9]নাহি পারিয়ে
গোবিন্দদাস [10]এক সাখী ॥৬

বৈঃ পঃ ৬০১, গোঃ পঃ ২৯৩

নিজোক্তি-রস ইতি সমাপ্তং ॥৪০

---

হূরানবা অচৌবা গুরুজনবু কিবা
চেস্থোকখরি লাপ্পা কিনা ॥
ইতৌ অসে ইতোমতগী খঙ্জদরি ইখন্নতা
খনবনা অমা থৌদোনা অমা ॥
হুংবঙ্লেদো রাখন্তদা কিদরে রাশকপগী
কনজনবা গুরুজনদগী ॥
লেপ্পা নৈত্তে মিত্তা পিরাং থিংঙমদে ঐনা
করি তৌরবনো খঙ্দে মিৎসে ॥
অরা কোঙ্গায় ঐগী খঙ্দে করম শীংথাগনি
খঙ্বনি গোবিন্দ-দাসত-নদি ॥৬

নিজোক্তি রস-কী শৈশক লোয়রে ॥৪০

---

১। ভয়ে, ২। আপহি, ৩। আপনহি, ৪। কহিতে কহি আন, ৫। তনু, ৬। বাঁচিয়ে, ৭। বিন্দুহুঁ বিন্দু আন নাহি হেরিয়ে, ৮। না জানি কি ভেল আঁখি, ৯। না, ১০। তহিঁ।

## * গো-দোহন-রস বর্ণনং

রাগ—কামোদ

প্রভাত সময়ে শচী শয়ন মন্দিরে।
ত্বরিতে আসিয়া দুঃখিত হইয়া
কহয়ে মধুর স্বরে ॥১

উঠ উঠ গৌরাচাঁদ প্রভাত হইল।
অলং (বাচা নিমাই তুমি আমার সরবস ধন
দেখ বাচা পূর্ব্বদিগে অরুণ উদয়)
গদ গদ কথা কহে শচীমাতা
নিজ গায় হাত দিলা ॥ধ্রু

মূল। (বলে বারে বারে)
তোর সঙ্গি সহচর অঙ্গিনা দাঁড়াই
[1]দিনমণি কিরণ বাঢ়ি গেল ভাই ॥
হরি রসে নাচত রজনী গুঙাই
[2]অতয়ে আলসে তুহু নিন্দ না যাই ॥

---

রাগ—কামোদ

অয়ুক-য়েন্দা অহানবদা চঙ্‌লক্লনা শচী।
গৌরগী হীপফমদা নান্দুনা হুংশিনা
য়াকায়রি মচাবু মেঙ্‌না ॥১

তারিবরা মণি মতুম তুমথরগহু অমুক ॥

অলং। মিংকপ থোক্লোনে নিমাই
পাঙ্‌লো নমিং ইমাগী মণি
থেঙ্‌লে য়েংউ নোংপোক চীংথে
সিন্দূর চাইরে ॥

মূল। তপ্না মেঙ্‌বা খোম্বাঙ্‌ তারি গৌর নাকোঙ্‌
পাঙ্‌লি মিংস্না তপ্না তপ্না ॥ধ্রু
নল্লাপ-নপিক্তা মথে ঙাইনররে ঙম্না
ছন্দোক্রে তরং তরং হুমিংনা চীংদোন্দা ॥
লোইথি থেঙ্‌না অহিং হরিনাম কীর্ত্তন
হৌগংঙমত্রিবনি ছজীক তূমশিং ফাদবনা ॥

---

বৈঃ পঃ ৫৫৯—দা মমৈগী শব্দক্তা মাল্লবা থল্লা থেংনৈ। 'অলং' থাম্বিবমথৈ থূংই চৌঃ ৪ তদা রাওই, অতৈদা নৈতে। ১, ২। লাইন অনি অসিমু চৌঃ ৪ তদা নৈ অতৈদা নৈতে।

---

* রস অসি খোকচাউ কেশ অমসুং নোংখোম্বা মথৈনা শকথিবনি।

পুন কহে শচী বিলম্ব না করি
হাত বুলাইয়া গায়।
শুনি গৌরহরি আলস সম্বরি
উঠিয়া দেখয়ে মায়॥
পাখালি বদন করিলা গমন
সব সহচর সঙ্গে।
জগন্নাথ দাস চিরদিন আশ
[১]দেখিবে ও রস রঙ্গে॥১ বৈঃ পঃ ৫৫৯

প্রাঃতকালে [২]ভগবতী দেবী পৌর্ণমাসী
[৩]অচ্যুত-জননী-স্থানে মিলিলেন আসি॥
তারে [৪]প্রণামিয়া রাণী আশীষ লইলা
কৃষ্ণের শয়ন ঘরে গমন করিলা॥
হেনকালে শ্রীদাম আদি যত [৫]সখাগণ
[৬]উঠ উঠ কৃষ্ণ ধ্বনি দাঁড়ায়ে [৭]অঙ্গন॥
এইমতে কত কত প্রণয় বচন
জাগাইয়া কৃষ্ণচন্দ্র উঠিলা তখন॥২ বৈঃ পঃ ২৮০

---

হায়না হায়না অস্থম মচা মায়থোং য়েংনা
নানবীরক্লে মোম্না তপ্না॥
তাবদা গৌরনা হোগত্তনা ফিংনা
থুরুমজৈ শচীগী খোঙ্‌দা॥
চীন-য়া শেংদোক্তুনা মপাংশিং লোয়ননা
থোকখরে যুমদগী মপান॥
তৌজরকপা আশা জগন্নাথ দাস
থুংজগনি থাজৈ লেপ্না॥১

ভগবতী পূর্ণিমাসী লাক্লে অয়ুক ঙম্না
কৃষ্ণ পোকপী রাণী নাক্তা হুমিং খূদীংগুম্না॥ধ্রু
থুরুমজৈ রাণীনা মাবু লৌজরক্লে আশীষ
চঙ্‌লক্লে মথংদা দেবী কৃষ্ণগী চেপফমদা॥
সঙ্গাই-মাংগোন্দ লেপ্না হোদোকলি কৃষ্ণবু
হৌগৎলো থেঙ্‌লে হায়না শ্রীদামনচিংহ্না॥
অস্থম তৌনা সখাশিংনা য়াকায়রি হুংশিনা
উন্নররে লেঙ্‌থক্তুনা থীন্দনা কৃষ্ণনা॥২

---

১। দেখিতে—খুৎই, বৈঃ পঃ ২৮০— ২। নিত্যকৃত্য করি, ৩। কৃষ্ণের, ৪। প্রণমিয়া, ৫। সখাগণে, ৬। অঙ্গনে, ৭। উঠ কৃষ্ণ কৃষ্ণ ধ্বনি করয়ে অঙ্গনে
উঠ উঠ কৃষ্ণ বোলি দাঁড়ায়ে অঙ্গনে—চৌঃ ৪।
৭ কী মথংদি বৈঃ পঃ দা অমুক য়াওদে।

[১]ভগবতী দেবী সময়ক জানি
[২]রাইর মন্দিরে করল [৩]পয়ানি ॥
[৪]শুতলি দেখি অতি [৫]বিপরীতা
গুরুজন বচনে না মানয়ে [৬]ভীতা
[৭]করেতে পরশ করি করে অনুমান
তপস্বিনী করলহি রাই জাগান ॥
চমকি [৮]উঠয়ে ধনী [৯]থরথরি কাঁপি
[১০]পীতবসন সবহু তনু ঝাঁপি ॥

অলং। (জাগাও রাই কমলিনী)
কর জোড়ি রাই প্রণতি করু দেবী
আজু সফল দিন তুয়া পদ সেবি ॥
[১১] * * *
কহ কবিশেখর শুন সুকুমারী
পীতবসন তুহু রাখহ [১২]সম্বরী ॥৩

---

দেবী ভগবতী নিতি মতম খঙ্না
চৎখরে অমুকহন্না রাইগী শঙ্গাই তান্না ॥
তুন্নমলি লৈতানা খঙ্বা তাবা তৌদ
গুরুজনশিংগী য়াথং কিরুবা লৈত ॥
চিংনা ভাইহাক য়েংলন্নগা নানবীহুনা কোক্তা
হৌদোরকই ভগবতী রাইবু মথুৎ পায়না ॥
হৌগৎলি থংপেক থংনা ওক্পা ইফিং ফিংনা
লোইশিন-থমজিন্না হকচাং, সনা ফীগেনা ॥
খুৎলোন্নজে রাই খুরুমজরকই দেবী
নঙ্গী চরণ উজবা মঙ্গল ওইরে ঙসি ॥

হায়জে কবি শেখরনা তাবিয়ু নীংথিজবী
কাউগনিকো লোৎশিনবা সনাফীগে ফৈজোম ॥৩

---

বৈঃ পঃ ৩২৬—১। ভগবতি দেবতি সময় সে জান, ২। রাইক, ৩। পয়ান. ৪। শূতলি,
৫। বিপরীত, ৬। ভীত,
৭। তপস্বিনী করলহিঁ কত অনুমান / কর পরশন করি রাই জাগান } মসিনা চুমগনি, খুৎইনা শোয়বা ওইংগনি।
৮। উঠলি, ৯। থরহরি, ১০। পীতবসনে।
১০। শ্রী মথংদা রতি বিপরীত চীন করতহিঁ গোই / রাঙ্ক রতন জনু বেকত না হোই ॥ } বৈঃ পঃ দা .চেন্না লৈ।
১১। মসিদগী পরেং অনি লৈ মন্দ্রিদ — কামিনি কাহিনি কহু কত বন্ধে। ভগবতি মঙ্গল দেই সুছন্দে
১২। সমারি,

এত কহি হাসিয়া ভগবতী গেল
পীত বসন তহিঁ তুরিতে [1]রাখিল ॥ধ্রু
রতন আসনে বসিলেন রাই
দন্তধাপনাদি করিলেন তাই ॥
তবে রাই স্নান বস্ত্র কৈল পরিধান
সুবাসিত জল [2]দিয়া করাইল স্নান ॥
প্রত্যঙ্গ গামুছা দিয়া অঙ্গ মুছাইল
কৃষ্ণ সঙ্গ-যোগ্য-বেশ পরিধান কৈল ॥
প্রবেশি মন্দির মাঝে সখীগণ সঙ্গে
বসিয়াছে সুবদনী ভাবের তরঙ্গে ॥৪

রজনী প্রভাতে [3]চললি বর রঙ্গিনী
নদী অবগাহন রঙ্গে।
সুবাসিত তৈল হলদি [4]লেই অমলকি
প্রিয় সহচরী করি সঙ্গে ॥ধ্রু
গজবর গতিজিনি [5]গমন সুমন্থিনী
চাঁদ জিনিয়া [6]মুখ-জ্যোতি ॥

---

নোক্লম্নগা অমুম্না হনখরে পূর্ণিমাসী
লোৎশিনখরে তফিংনা সনাফীগে ফৈজোম ॥ধ্রু
মণিগী তাঙ্‌বনদা লেঙ্‌শিন্দুনা রাই
ঙাম্বোইরকলে রাধা চীনকুপ্পা লোইছনা ॥
লেঙ্‌শিল্লে চাইথফমদ চাইথ-ফীজোন হোংনা
থোগন্ চঙ্‌বী সখীশিংনা চাইথরে নীংথিনা ॥
লোইরছনা চাইথবা হরাউনা অমুম্না
হোংলকলে অনৌবা ফিজেৎ পামজবা কৃষ্ণনা ॥
ঙাল্লি অমুক চঙ্‌লক্লনা তাঙ্‌বনথক্তা ফম্না
থোগন চঙ্‌লি সখীশিংনা হরাউ-মথোই কানা ॥৪

পাংলক্লি যমুনা অযুক হুমিৎ মঙাল্লক্তা
সখীশিংগা লোয়ননা রাধা ॥
মনম হুংশিবা থাউ পুরি য়াইঙঙ্‌ হৈক্রু য়াওনা
কুমলক্লি হরাউনা সখীশিংগা ॥ধ্রু
কুচুনা নোংথাঙ্‌ ঙমজবী শামুনা শাজৎ তমজবী
মায়থোং মঙাম্না থাবু হেঞ্জবী ॥

---

১। রাখল, ২। লয়া - পাঠ।
গোঃ পঃ ৩৮—৩। চলল, ৪। লই ধায়ত, ৫। গমন সুমন্থর, ৬। মুখ জোতি

কবরী বিরাজিত মণিময় [১]সুবলিত
[২]সিঁথে উজোরল মোতি ॥
নীল-বসন মণি- বলয়া বিরাজিত
উচ-কুচ কঞ্চুক ভার।
শ্রবণহি টাতঙ্ক [৩]মণিময় হাটক
কণ্ঠে বিরাজিত হার ॥
[৪]চরণ কমল তলে রাতুল [৫]আলতা
[৬]ঝন ঝন মঞ্জীর বাজ।
গোবিন্দ দাস কহ [৭]রসময়ী নাগরী
[৮]ওরূপ ভুবন বিরাজ ॥৫ * গোঃ পঃ ৩৮

[৯]রাধা বদন চাঁদ হেরি ভুলল
শ্যামর নয়ন চকোর।
ছন্দ [১০]বন্ধ বিনু ধবলী ধাওত
[১১]বাছুরি কোরে আগোর ॥১
[১২]শুনহি দোহত মুগধ মুরারি।
[১৩]ঝুঠহি অঙ্গুলি বরত গতাগতি
[১৪]হেরি হসত ব্রজনারি ॥ধ্রু

---

নীংথিজবী শম্বুন মণিগী লৈতেংনা কয়া
লংলি মোতি লরাই সিংগ্রেঙদ' ॥
শেৎলি শংলেন ফীজোন খুজেংদ সনা থুজি
ভানফমদনা মণিগী থাথুম ॥
নাপ লৈতেং মণিকুণ্ডল সনাদ থিল্লি তঙ্কা
শিরি ওক্তো মোতি মালা ॥
খোঙ্গী খুনীং অনিমক্তা যাবক থান্নি তাঙনা
নূপুরনা খীংলি রুণু ঝুনু ॥
উক্রবতদা মাবু ককভাওংখি কৃষ্ণ কান্নু
য়েকচৈ চেংশো গোবিন্দদাসনা ॥৫

রাধা মায়থোং থানিন উবদা ওমাংলি
শ্যামগী মিংহেং নোংইন চেক্লা ॥
কাউরি থুরো লোবা চেনথরে ধবলী
থকথরে ময়াউনা মখোম ॥১
ওমথিবনা শক্লা ওমথরি তরঙ্দা।
চিংলি হংগৎ-হন্দা ওমথৈ থুৎনা ওনদা
উবদা নোকলি গোপীশিংনা ॥ধ্রু

---

১। সুরচিত, ২। সীথে, ৩। তাড়ক, ৪। চরণ কমল সম, ৫। আতুল. ৬। ঝুন ঝু নূপুর বাজ, ৭। ওরূপ হেরইতে, ৮। ভুবন বিদগধ রাজ, * মসি 'ধন মোর' গী ছন্দদা শকনি হায়না চৌঃ ৩ দা ইরমী। থুংদা—৯। রাধা বদন চন্দ্র, ১০। বন্ধ, ১১। বাছুরা কয়হি কোর, ১২। শুণাহি, ১৩। মিছাই, ১৪। হেরি হাসত ব্রজনারী।

লাজহি লাজ হাসি দিঠি কুঞ্চিত
পুন লেই [1]ছান্দন ডোর।
ধবলিক ভরমে ধবল পায়ে [2]ছান্দল
গোবিন্দ দাস [3]হেরি ভোর ॥৬
বৈঃ পঃ ৬৫৬, গোঃ পঃ ৫২

হেরইতে বিনোদিনী ভুলল রে।
গোধন দোহন তেজল রে ॥ধ্রু
[4]চাঁদ চকোর যনু পাওল রে।
রাই প্রেমভরে ভাসল রে ॥
মুরছি অবনিতলে পড়লহি রে।
অরুণিত [5]লোচন ঢর ঢর রে ॥
[6]করগহি কানু অগোরল রে।
[7]অঙ্গ পুলক অতি পূরল রে ॥
দুহুঁ মুখ সুন্দর শোহন রে।
গোবিন্দ দাস মন মোহন রে ॥৭ বৈঃ পঃ ৬৫৬

[8]তনু তনু মিলন উপজল প্রেম
মরকত যৈছন [9]জড়াওল হেম ॥ধ্রু

ইকাইবনা শিরে মিৎয়েং মকা ফোংঙমদরে
খুরৌ থৌরী থিরকলি অমুক ॥
লৌরি খুরৌ লায়া মঙ্গানা মথোঙ্দা
ছকুনা য়েংলি গোবিন্দনা ॥৬

শুম্লাংখরে কৃষ্ণ রাধা উরুবদা।
শঙ্গোম শুম্বা তোকলে কাউথোক্লুবা ॥ধ্রু
ফংঙ্গে থানিনবু চেক্লা লোংইন চানা
কোয়না তাউবকলে প্রেম ইরৈদা ॥
থাদোক্লি তৌরম্বা শবক কাউথোকথিত্না
কুপথিদরে মিৎলাম্ মুল্লি য়েংবদা ॥
খুজেং পায়না কৃষ্ণ ওক্লে হরাউনা
হরাউ তুজুংনৈ অনি ঈথক হৌনা ॥
য়েংউ শকসে অনিগী কয়া ফজ্জে
গোবিন্দদাস পুক্নীং ইথন থজ্জে ॥৭

ঈহৌনরে অনিমক উনবদা অম্তম
অশংবা মণিগা য়েৎনরে সনা-গা ॥ধ্রু

১। ছন্দন, ২। পদ ছন্দন, ৩। পহুঁ, ৪। চাঁদ চকোরে জগু পাওলরে, ৫। লোচনে, ৬। করে গহু কোরে আগোরলরে, ৭। অঙ্গ, গোঃ পঃ ৫৪— ৮। দুহুঁক দরশনে, ৯। জরলহি হেম।

[১]কনক-লতা-বেড়ি তরুণ-তমাল
নবজলধর [২]জনু বিজুরি রসাল ॥
[৩]কমল-মধুপ জনু পাওল সঙ্গ
দুহুঁ তনু [৪]পূরল মদন তরঙ্গ ॥
দুহুঁক অধরামৃত দুহুঁ করু পাণ
গোবিন্দদাস কহে [৫]রসিক সুজান ॥৮

বিপিনহিঁ কেলি করত দুহুঁ মেলি।
জলমাহা [৬]পৈঠি করত জল কেলি ॥
নাহি [৭]উঠল দুহুঁ মোছল অঙ্গ।
দুহুঁ [৮]মুখ নিরখই মুরুছে অনঙ্গ ॥
অঙ্গে করল দুহুঁ নব নব বেশ
[৯]কবরী বানাওত বান্ধল কেশ ॥
নিজ নিজ মন্দিরে [১০]করল পয়ান
[১১]গোবিন্দদাস দুহুঁক গুণগান ॥৯

গো: প: ৪৫, বৈ: প: ৬৬৮

বেশের মন্দিরে কনক পিঠোপরে
মৃদু মৃদু হেমাসন তাই।

---

য়েৎলি তমাল পাম্বাদা সনাগী উরীনা
য়েংউ ভাল্লে পুন্না অনি নোংদা নোংথাঙ্ কুপ্না ॥
থম্বালদা মুগায়দা থকলি নৈহী থোইমু
হৌরি প্রেমগী ঈথক কারি হুমাং মরীক ॥
চীনগা চীনগা চীল্লোক্লা পেন্না চুপ্নে নৈহী
গোবিন্দদাসনা শকচৈ থম্মোই ঈরাং হৌনা ॥৮

কুঞ্জহুংদা শারৈ শ্রীরাধা গোবিন্দ অনি
কুমথহুনা ঈয়ায়দা শান্নরি জলকেলি ॥
কাখৎনরে ঈশিংদগী লোইহুনা শান্নবা
উরুবদা মায়থোং অনি রাম্বরি কামদেব ॥
ফিজেৎ নৈতেং হোংনরে অনৌবা ফীজোম্না
নীংথিবা শমজ্রোই শম্নাং হাংলি পুন্নি নীংথিনা ॥
তন্নরক্লে সঙ্গাই সঙ্গাই চৎনরে তোপ্না তোপ্না
গোবিন্দদাসনা শকচৈ অনিগী গুণবু ॥৯

নৈতেং শঙ্দা চঙ্লে ভাল্লে তাঙ্বন থক্তা
থাল্লি নোংথাঙ্ সনা তাঙ্বন থক্তা ॥

---

১। কনক-লতাবলী, ২। যৈছে, ৩। কমল মধু যৈছে পাওল ভৃঙ্গ, ৪। প্রবল, ৫। দুহুঁ সে, ৬। পৈঠি কয়ল, ৭। উঠত দুহুঁ মোছলহি অঙ্গ, ৮। রূপ নিরখিতে, ৯। কবরি বনায়ল, ১০। কয়ল, ১১। গোবিন্দ দাসিয়া।

দুহন্তে রাধিকা আনন্দ অধিকা
বৈঠলি সুন্দরী রাই ॥১

কিবা সে দাসীর সাধা
নবিন বসন রতন ভূষণ
সাজিল সুন্দরী রাধা ॥ধ্রু॥১০

হে গোপেন্দ্র-সুতপ্রিয় তুয়া শ্রীচরণে।
এ মোর সৌভাগ্যদশা হবে কতদিনে॥
অয়ে পূর্ণচন্দ্রমুখী স্বামিনী রাধিকে।
ভালে মৃগমদ তুয়া করিব তিলকে॥
চিক্কন কুঙ্কুম চর্চ্চা সর্ব্বাঙ্গে চর্চ্চিতা
চন্দন করিব কুচ যুগলে বিচিত্রা॥
তুমা নীল-কাঁচুলিকা বক্ষজ উপরি
আচ্ছাদন লাগি আমি অর্পিব সুন্দরী॥
কিন্তু যে স্বামিনী
কৃষ্ণ নিভৃতে আসিয়া
সেই নীল কাঁচুলিকা
তৎকালে তেজিয়া॥

---

থৌগঙ্গৈ সখীনা হরাউ-মথোই কানা
থাজ মানবী মায়থোং য়েংনা ॥১

শক্তা চু-গা চান্নবা য়েংনা
তনৌবী হকচাংদা অনৌবা ফীজোন
থৌগজরি মনীং থুংনা ॥ধ্রু॥১০

হে গোবিন্দ-থরায়-শকপী পীনৌ শ্রীচরণবু।
লাইবক অদো অসিগুম্বা ফংগবা কৈদৌঙৈদা॥
মায়থোং থানা থানিনগুম্বী ভক্তি প্রেমনা চোনবী।
নীংথিবী লাইপক্তা পামজৈ চন্দনগী সেবা॥
তৈজনীংই কুঙ্কুম চন্দন সনা কুচু থক্তা।
য়েন্নীংই চন্দননা ঙানফম লৈতেং উনা মান্না॥
কৎচগনি ঐনা থাথুম অশংবা মচুগী
লাকশিনগনি তুংদা কিশি কিনা মন্নী॥
লান্নগা কৃষ্ণনা লোন্না কুঞ্জগী মনুংদা
থাথুম কিশি থোক্লগনি তুংদগী তকিংনা॥

হৃদয় সম্পুট-মধ্যে
রাখিবে গোপন
এই আশা করি সেবা
এ যত্নু-নন্দন ॥১১

গো-দোহন-রস ইতি সমাপ্ত ॥৪১

---

লোৎকনি থম্মোই-নায়ুম-ফুংদা উহল্লোই নঙ্বু
পামজে সেবা অসিগুম্বা যত্নুনন্দন দাসনা ॥১১

গো-দোহন-রসকী শৈশক লোয়রে ॥৪১

---

**য়েংগদবা**—গোদোহন লীলাদা উৎপিবা ক্রম অসিদা গোবিন্দ লীলামৃতপদি মযৈগী মিলন-নচিংবসি থরা খেরে। গুরুজনশিংনা তৌরম্বা ওইবনা অচুম্বদি লৈরমগনি। লাক্লিবা বাহংদি—সখিশিংগা রাধানা অয়ুক্ত চৎলিবা কদায়দনো, কৃষ্ণনা শংজাম গুমলম্বনা কদাইদনো, হকথেংননা ওকলুবা, জলকেলিনচিংবা লৈরিবসি, মতম, মফম অঙ্গুগা চানবরা অসিনি।

## *কৌতুক ভোজন-রস বর্ণনং

রাগ—কল্যাণী

কতেক অন্তরে চেতন যব পাইল
ভাবে পুরল [1]অন্ধদশা।
গদগদ বচন আকুল যব যুকায়
শুন স্বরূপ ঐছন দশা॥ধ্রু
মাধব ভুঞ্জন [2]করি লাগি সুন্দরী
যতনহি সন্দেশ পাঠাই।
যশোমতী বচন সখী যব [3]আওত
তবহি গুরুজন পাই॥১

*কুন্দলতা [4]ডাকি তবে কহে যশোমতী
রাধারে আনহ বাছা করয়ে [5]কাকুতি॥ধ্রু
শুনি পরণাম করি চলে কুন্দলতা।
জটিলারে নমস্কারি নিবেদয়ে কথা॥

রাগ—কল্যাণী

কয়াগী মতুংদা জ্ঞান তারকপদা অমুক
ব্রজভাবনা থল্লি থম্মোইদুং॥
ভাঙ্লি রাহৈ মক্তেক মিৎস্না লৈরি তরক তশোন
তাবরনে স্বরূপ ঐগী দশা॥ধ্রু
অহাউ অথুম কয়া থারকলি শ্রীরাধানা
মবুংঙোগীদমক তমনা॥
যশোদা য়াথংনা লাকুনা সখিনা
ভাইরি য়াথং থুরুমতুনা॥১

কৌতুনা হায়রকই যশোদানা কুন্দলতা
লৌরুচংলু রাধা নঙ্না পুরকউ থেমতুনা॥ধ্রু
চংখি কুন্দলতা থুরুমতুনা নন্দরানী
থুরুমতুনা জটিলাবু হায়জে খুং-লোয়না॥

১। অর্দ্ধদশা—পাঠ, ২। করলাগি—পাঠ, ৩। যাওত—চৌঃ ৪।
বৈঃ পঃ ৩২৭— ৪। আনি, ৫। যুকতি, *ঊবৈ অসি 'ব্রজেশ্বরীর উৎকণ্ঠা' গী মমৈগী পদ
অহমদং লৌখৎলম্বনি।

* রস অসি মাইব্যা মেয়ানা শকখিবনি।

দেখি আনন্দিত [1]হৈলা জটিলার চিত
শেখর চলিলা [2]তবে পাইয়া ইঙ্গিত ॥২ বৈঃ পঃ ৩২৭

*শুনিয়া মিনতি [3]উলসি জরতী
চলিলা রাইর ঘরে।
কুন্দলতা করে সোঁপিয়া বধূরে
[4]রাণীরে আশিস করে ॥
[5]রাইকর লৈয়া নিজশিরে দিয়া
কহয়ে [6]কাতর বোল।
কুলের ধরম [7]পুত্রের সরম
সকলি রাখবি মোর ॥
যশোদা তনয় না মানে বিনয়
[8]তাহারে আমার ডর।
[9]নিভৃতে কেমনে আসিবে যতনে
যাহাতে না হাসে পর ॥
কুন্দলতা কহে তুমি [10]দেবী মোহে
চরণ পরশি তোর।

---

উরবদা থোগল্লোন্দু হরাউজ্রে জটিলা
মাগী ইঙ্গিত ফংজদুনা চংলি শেখর ॥২
উবদা থোগল্লোন হরাউজ্রে হন্নুবী
চঙ্লক্লে রাধাগী কাদা।
কুন্দলতা থূত্তা শিন্নরে মমৌবু
রাণীগী ময়াথং ইন্না ॥
রাইগী মখুৎ পায়না মাগী কোক শোকল্লা
পাউমোল্লি ভুংশাবু থীনা ॥
নুপীগী ধ-র ম ইচাগীনা মিংচৎ
ঙাকউকো কায়দনা নঙ্না ॥
যশোদাগী মচা লমকেৎ লমহাইবদো
মাদনিকো ঐনা কিবা ॥
অরোনবা লম্বীদা লাকউ অমুক লোম্না
উদনবা মীনোক চাউবশিং ॥
কুন্দলতানা হায় ঐগী লাইনি নঙ্দি
শোকচরি নথোঙ্দ কোক্লা ॥

---

১। হৈল, ২। তার, থুংইদা—৩। উল্লাসে জরতি, ৪। রাণীর আদেশ করে, ৫। রাইরে লইয়া, ৬। মধুর স্বরে, ৭। পুত্রের, ৮। তাহাতে আমার বাড়, ৯। নিভিতে কেমনে, ১০। দেব। *ইশৈ অসি দেবা অর্দ্ধদণ্ডদা শক্লবা 'যুবতি পরিচর্য্যা' গী মরক্তী থম্বা লোৎখৎলম্মী। অকোনবা পরেং ৪ অসি চৈঃ ১ দা য়াওদে, ৩, ৪ লগীনি।

শেখরের ঠাঞি কোন [1]ডর নাই
[2]এ বড় ভরসা মোর ॥৩ বৈঃ পঃ ৩২৮

সদয় বিদায় করে জটিলা চলিল ঘরে
উলসিত রসবতী রাধা।
রঙ্গিনী সঙ্গিনী আর সেই সব উপহার
চললি পুরাইতে সাধা ॥
গজেন্দ্র গমনি জিনি চলে রাই বিনোদিনী
সুগূঢ় সখীর হেরি অঙ্গে।
কহয়ে শেখর রায় পুছিতে পুছিতে যায়
রজনি বিলাস রস রঙ্গে ॥৪

এমন পিয়ার কথা পুছসি করয়ে সখি
পরাণ নিছিয়া দিয়ে
গড়ের কুটাগাছি শিবে ছোয়াইয়া (ঠেকাইয়া)
আলাই বালাই তার নিয়ে ॥ধ্রু
হাত দিয়া দিয়া মুখানি মাজিয়া
দীপ নিয়া নিয়া চায়।

---

অকি অথং নৈত্তে শেখরগী কা-দদি
পামজৈ ঐনা সেবাতবু ॥৩

হজিনখরে জটিলাদো পীরম্লগা আশীর্ব্বাদ
হয়াউহৌরি রাধা সখীশিংগা
থোগন ইনবী সখীশিংনা পুনরক্সি থূদোন কয়া
পাংলক্সি অম্মুম্না নন্দালয়দ: ॥
চীংনা লেম্না চংলি রাধা ওংগজৈ শাক্রং শামু লমশা
য়েংনজৈ সখীন, পেনবা নাইদ ॥
চংলি রাহং কয়া হংনা চংনা চংনা শেখরনা
অহিংদা শান্নবা লীলারস ॥৪

রাকম্বু অতুক থুম্ববু হংলক্সি সখি নঙ্‌নবু
থোদুনবু থম্মোইহুংবু।
হামেঙ্‌ য়াউ হাংনবা বলি থাঙ অথোবা
কোকলেন থক্তা থম্বগুমনা ॥
য়েংথি কয়া মানা থূত্তা মৈরা পায়না
ঐগী মায়থোং নাল্লহুনা।

---

১। বড় নাই (বড়—ভয়না হবদা ওয়খিবনি নীংই), ২। সেবন (ইবদা লানবা)।

* দারিদ্রে যেমন পাইয়া রতন
থুইতে ঠাঞি না পায়।
হিয়ার উপরে শুয়াইয়া মোরে
অবশ হইয়া রয়।
তাহার পীরিতি তুমারে এমতি
কবি বিদ্যাপতি কয় ॥৫
পঃ সঃ লাঃ ৪০৫, পঃ কঃ ২৫২৫

ঐছে সখী সঙ্গে রাই
নন্দালয়ে আইলা
রাইমুখ দেখি রাণী
আনন্দ বাঢ়িলা ॥৬

[1]রাইরে দেখিয়া উল্লসিত হয়া
যশোদা করল কোরে।
মুখানি ধরিয়া চুম্বন করিয়া[2]
[3]ভাসয়ে নয়ন জলে ॥ধ্রু

---

নৈত-লায়র-মীনা লনগৈ উবগুম্মা
তপ্ থকম খঙ্ খিদে মথন্।
থম্মোইগা থম্মোইগা থরায়গা থরায়গা
নৈপুম্নখি তাংলো চুপ্পা ॥
মাগীনা হুংশিলাং নঙ্গীনা শুম্নাংলাং
য়েংঙ্কৈ ওক্না বিদ্যাপতি ॥৫

অম্মুম্না সখিশিংগা রাধা
য়োরকলে নন্দালয়দা।
উজবদা রাইগী মায়থোং
হরাউজরি নন্দরাণী ॥৬

রাইবু উজবদা হরাউকৈ যশোদা
কোনশিঞ্জখি মথাদা চেৎনা।
মায়থোং থাংগত্তুনা চুপলক্লে হুংশিনা
পিরাংনা তাউথোক্লি মিৎম্না ॥ধ্রু

* পঃ সঃ দা মতাং অসি মায়দে মহুদি—"কতেক যতনে রতন পাইয়া" অমুম্না নৈ, মসিগী তাইনবা অহানবা পদন:— "কর্পূর তাম্বুল আপনি চিবিয়া, মোর মুখ ভরি দেয়।
চিবুক ধরিয়া, ঈষত হাসিয়া, মুখে মুখ দিয়া লেয় ॥"

বৈঃ পঃ ৩৩২— ১। রাধারে দেখিয়া উনমত হইয়া, ২। করিতে, ৩। তাবল নয়ান লোরে।

সে যে রসবতী [১]করল প্রণতি
যশোদা রোহিণী পায়।
প্রিয় সখীগণ [২]গোপন বসন
[৩]ধনিষ্ঠারে দিলা ঠায় ॥
পাইয়া বসন [৪]করিলা গোপন
ধনীষ্ঠা যতন করি।
করিয়া আদর লই উপহার
রাণীর নিকটে ধরি ॥
*রোহিণী সহিতে রন্ধন করিতে
বসিলা রাজার ঝি।
সব সখীগণ যোগায় যোগান
শেখর যোগায় ঘি ॥৭ বৈঃ পঃ ৩৩২

দেব পুরন্দর জিনি তার ঘর
রন্ধন মন্দির সাজে।
ধনীষ্ঠা সুন্দরী রন্ধন সামগ্রী
[৫]ধরল তাহার মাঝে ॥

---

থুরুমজখি রাধা যশোদা রোহিণী
মথোঙ্ শোক্না অনিমক্কী।
প্রিয় সখিশিংনা শিন্নখরে লোম্না
ধনীষ্ঠাদা সনা ফীগে ॥
থঙ্ হন্দনা কনা থমখরে লোন্তূনা
ধনীষ্ঠানা যতন তৌনা ॥
কৎশিল্লে রাণীদা পুরকপা থূদোনশিং
থম্মোইদা কৃষ্ণবু লাৎনা ॥
রোহিণী লোয়ননা লূকহৌকমদ চঙ্না
লূক হৌখরে রাধারাণী ॥
তৌরি লাম্বোক লানশিন সখীমখৈত্না
কৎশিন্জে শেখর-না ঘি ॥৭

হেল্লি ইন্দ্রপুর নীংখি নন্দঘর
কজে কয়া লুকহোশঙ্না ॥
ধনীষ্ঠা দেবীনা পৈথরে রাক্তনা
থোংবা থাকপা তৌনবা ॥

---

১। করিল, ২। গোপত, ৩। সৌপল ধনিষ্ঠা ঠায়, ৪। করল, বৈঃ পঃ ৩৩২ — ৫। রাখল।
* পম্বেং অসিগী মথক্তা ছাপাদদি পম্বেং ৮ না শাবা পদ ২ থক হৈরি।

জালিতে ইন্ধন [১]আনিল চন্দন
দেয়ল যতন করি।
বসিতে আসন জলের ভাজন
তাহার নিকটে ধরি॥
[২]সুঘরে সুন্দরী রসের চাতুরী
বিবিধ [৩]রন্ধন জানে।
বিধি অগোচর নানা উপহার
করল [৪]আপনা মনে॥৮

সুগন্ধি ওদন বিবিধ ব্যঞ্জন
রাধিকা রন্ধন করি।
[৫]গোঠেতে হইত সখার সহিত
[৬]ঘরেতে আইলা হরি॥ বৈঃ পঃ ৩৩৩

সখাগণ সঙ্গে [৭]যতুনন্দন রঙ্গে
ভোজন [৮]করত কাহ্নাই।
রোহিণী দেবী করত পরিবেশন
রসবত্তী দেওত বাঢ়াই॥৯ গোঃ পঃ ৩৮

---

থা-ন-বা শীংনা ওইনৈ চন্দননা
রাত্তনা পৈছনা থমলি॥
মণিগী আসন ঈশিং সনাবুন
মণিত্তনা শাবা ভাকনি॥
পীক্লা লয়চং খঙ্‌বী চাউনা নাউথী শাবী
লৈতে করি তাক্রু নীংভাই॥
লাইমক্লা খঙ্‌দবা মথেল মকোয় কয়া
থোংলি মখল কয়াথোক্লা॥৮

থোংলি রাধিকানা মখল মথেল শুনা
পেম্নবা মবুংঙোনা॥
শঙ্গোম শুম্বা লোইনা লোয়ননা সখাশিং
চঙ্‌লক্লে সঙ্গাইদা হরি॥
লুকহা-শঙ্‌দ-চঙ্‌লে সখাশিংগা ফম্রে
হারকলে হরাউনা হরি॥
রোহিণী দেবীবা তৌরি হাপ্তোক-হাপচিন
লাম্থোক্লি রাধানা অম্সুম॥৯

---

১। আনল, ২। সুশীলা, ৩। বন্ধান, ৪। আপন, (আনন্দ—পাঠ), বৈঃ পঃ ৩৩৩—৫। গো দোহন করি সখার সহিতে, ৬। কানাই আইলা ঘরে, গোঃ পঃ ৩৮—৭। রঙ্গে নন্দনন্দন, ৮। কর দোন ভাই (ওজাশিংনা মসিমদি থোওইনা লৌথোক্লবা মালি, মচীমনাউ শুরগা য়সমী অপনবা ওইবনা)।

[1]কনক থালি ভরিপূর।
বিবিধ মিঠাই [2]ক্ষীর দধি শাকর
অন্ন ব্যঞ্জন সুমধুর ॥ ধ্রু
ভোজন কেলি [3]কোই নাহি জানে
[4]আনন্দ কো কহু [5]ওর ॥
ভোজন [*]ছোড়ি শয়ন করু পালঙ্কে
[*]সুখময় নন্দকিশোর ॥১০

বিবিধ মিঠাই [6]আঁচলে ভরি দেল
অলক্ষিতে [7]আওল অলক্ষিতে গেল ॥
নাগরক লোক [8]লখই না পারি
[9]ঐছন গতাগতি [10]করত সুকুমারী ॥১১ ‡

গো: প: ৪৩

কৌতুক-ভোজন-রস ইতি সমাপ্তং ॥৪২

---

হাপ্তু না চোন্না সনাগী পুথমদা।
অথুম-অহাউ কয়া চুহী চিনি শংগোম মথল
চাক-ঈনশাংনা কয়া অমা ॥ ধ্রু
চাবগী হুংঙাইবা হুংঙাইবগী চাবা
শীজবনা হুংঙাইবা কয়া ॥
লুকহাবা লোইহুনা পোথাই কৃষ্ণ শয্যাথক্তু
পেনবনা মায়থোং মকারাম্না ॥১০

অথুম অহাউ কয়া হাপলি ময়োম য়োমনা ॥
লাকখিবগুম তুমিন্না হনখরে থগুহন্দনা ॥
ব্রজবাসী কনা য়াওথিদে উ-ন-বা
চথোক-চৎশিন অস্থুম তৌরি নিত্তি থূদীং ॥১১

কৌতুক ভোজন রস কী শৈশক লোমলে ॥৪২

---

গো: প: ৩৮—১। কনক থারি ভরিপূর, ২। নবনি, ৩। কহনে নাহি যায়ত, ৪। কো কহু আনন্দ ওর, ৫। সারি, * ছাপাদরি পরেং ৪ থক হেন্না লৈরি।
গো: প: ৪৩—৬। আঁচর, ৭। আয়ল—চৌ: ৩, ৪, ৮। কোই লখই না পারি, ৯। ঐছে, ১০। করু। ‡ ঊশৈ অসি পদাবলীদগী অহানবা পদ অনিদং লৌখৎলগী, মথাদা পদ অহুম লৈরি।

## * সূর্য্য পূজা-রস বর্ণনং

রাগ—মঙ্গল

কি কহব গৌরাঙ্গ চরিত।
ভানু আরাধন পড়ি [1]গৌরমন
চমকি লাগয়ে চিত॥
শুন প্রাণসখি মনে হয় সুখি
পূরিবে সকল আস।
নন্দের নন্দন যশোদা জীবন
তাহাকে পাইবে আস॥
তে [2]কারণে সখি আরাধিব সুখি
নিশ্চয় কহিলুঁ তোরে।
বাসুঘোষ দীন হেন লয়ে মন
নিজ রসে প্রেম ভরে॥১

বৈষ্ণব বন্দনা

কাহা কৃষ্ণপাদ-পদ্ম ভ্রমর-রসিক বৃন্দ
রসার্ণবে যে বা বিলসয়।

---

রাগ—মঙ্গল

পান্দম লৈতে গৌরাঙ্গ লীলা।
সূর্য্য পূজা-রস ফাওরি থম্মোইসুংদা
ঈথক হৌরি গৌর পুক্নীং॥
তাওনে থরায় শকপী হুংঙাইরেদ ঐদি
থুংগনি ঙসিদি আশা।
নন্দগী মচাদো যশোদা থরায়দো
ফংগনি মহাকপু লেপ্পা॥
ঙসিদি অহুনা চঙ্খোনগনি পূজা
শেম্বা শাবা লোইমু খীল্লে।
থোদা মতুংইন্না হরাউ-মথোই কানা
লাঙ্ক্লৈ পোৎলম বাসুঘোষনা॥১

বৈষ্ণব বন্দনা—রসগী সমুদ্র ওইবা শ্রীগোবিন্দগী চরণ পদ্ম লৈহী মিতাবা ভক্ত-থোইমু মপৈনা কৈদা।

---

১। গৌরামন—চৌঃ ৩, ৪, ২। তে কারণ—চৌঃ ৩, ৪।

---

* রস অসি মজাইবুংতো শামুংঙবা কৈজাউনা লকখিরমি

কাহা মুঞি মূঢ়মতি [1]না জানি রসের রীতি
মুখে বাক্য শুদ্ধ নাহি হয় ॥
তথাপি দুর্গম পথ আরোহন কৈল চিত্ত
এই অতি নিলজ্জ কারণ।
বৈষ্ণবের পদরেণু মস্তকে ভূষণ জনু
সূর্য্য পূজা করিবে বর্ণন ॥

**শ্লোক :**

**মধ্যাহ্নে পরমাচার্য্যং ভক্তবৃন্দ সমন্বিতং**
**সূর্য্য-পূজা ভাবাবিষ্টং কেলি সুরসরিৎতটে ॥**

উঠিল মঙ্গল ধ্বনি গোষ্ঠে চলে নীলমণি
দিয়া শিঙ্গা মুরুলী রসাল।
হোই হোই রাখাল বোলে শিঙ্গারবে ধেনু চলে
আগে চালাইয়া দিল পাল ॥ধ্রু
গো-ধেনু যূথে যূথে চলিলা ভাণ্ডির পথে
যাবট নিকটে দিয়া যায়।
বৃষভানু সুকুমারী অট্টালি উপরে চড়ি
অনিমিখে [2]চাঁদ মুখ চায় ॥

---

রসগী মশক থঙ্ জদবা, ইরৈমকপু শৎচঙমদবা, পঙ্লবা ননাই মুর্খনা কদাইদা। অহুম ওইনমক, ইকাইবা থঙ্দনতনা চংঙমত্রবা লম্বী অসিদা চৎকে থোরাঙ্জৈ। কিজরুদে ঐনা পোইনা, বৈষ্ণবকী খূয়া উফুম্না কোক্তা হাপচরবদি। সূর্য্যপূজা-রস মস্তেক অমত্তং থোগজৈ ননাইনা, নিজৈ থোনা মরীক অমত্তং ॥

শ্লোককী অর্থ

হুমিৎ মুংলকপদা গৌরনা শানৈ ওক্না ভক্তশিংগা
সূর্য্য-পূজা-ভাবাবে-শ-দা সুরধুনী তোরবান্দা ॥

নিল্লক্রে মঙ্গল ধ্বনি গোষ্ঠদা চৎলি নীলমণি
থোংলি হৌনা শিঙ্গা মুরুলী।
হোইরি রাখালনা হৈ-হৈ শিঙ্গা মথোলনা ধু-টু-টু
চৎলি মাঙ্দা যণগী শল্লুপ মপৈ ॥ধ্রু
চৎলি যণনা সঙ্ঘু সঙ্ঘু ভাণ্ডীর মায়কৈ তম্না
যাবট খুংয়া মনাক নক্না।
বৃষভানু নিংথৌমচা কাথক্তুনা দলান থক্তা
মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি থাজ-মায়থোং ॥

---

১। না জানে—চৌঃ ঃ, ২। বন্ধুপানে চায়—পাঠ

দেখিয়া গোকুল ইন্দু উঠলিল প্রেম সিন্ধু
আবেশে হইল রস ভোরে।
লাজে কিছু নাহি কহে অনিমিক হয়্যা রহে
কাঁপে রাই মদনের জরে॥
হেরিয়া ললিতাপানে কহে বন্ধু যায় বনে
অধৈর্য্য হইল ইহা বলি।
কি হৈল কি হৈল করি চমকিত সহচরি
বিশাখা লইল কোলে তুলি॥
কি করিতে কি বা হৈতে দেখি সব বিপরীতে
প্রমাদ ঘটিল লয় মনে।
গোবিন্দ দাস বলে সকলি মঙ্গল হবে
শ্যাম-মন্ত্র জপ রাধা কানে॥ ২

জপিতে জপিতে নাম [১]হইয়া চেতন
উঠি বসি সখীমুখ করে নিরীক্ষণ॥৩

ঘনবারি বরিখত লোচনে।
নীর নীরদ ও মুখ সুন্দর
নিরখি নন্দকি নন্দনে॥ধ্রু

---

উবদা গোকুলগী থাজ ঈহৌরকলি প্রেমগী লাইজ
থকচার চেক্লা নোংইন ওইনা॥
ভাঙ্দে রাদি ইকাইবনা য়েংলি মিৎতি কুপ্প নৈত
তনিক তনিক খাঙ্জে কামগী মৈশা॥
লেঙ্লি য়েংউ বনদা কাহ্ন হায়রকই ললিতাদা
লেকথরবই রাধা অস্থম হায়না॥
করিনো করিনো হায়না ইঙক ঙক্লা সখীশিংনা
কোনথংনারি চেনশিন্দুনা রাধা॥
করি ওইরি করিদগী থোক্লি ওন্ন থৈনবতা
তোকম খঙ্নদব্রি মহৈ মহৈ॥
গোবিন্দ দাসনা হায় ওইগনি মঙ্গল রাই
তাহল্লু কৃষ্ণ রাধা নাপদা॥২

শোল্লবদা শ্যামনাম পাঙ্লে মিৎস্না তপ্পা
হৌগত্তনা ফমলে রাধা য়েংলি সখী তম্না॥৩

মিৎস্না থম্বাল পিনা ফুল্লে রাধাগী।
নোংথোঙ্ ফুয়না হৌবা নোংগী কুচু মানবা
মায়থোংবু য়েংবদা কৃষ্ণগী॥ধ্রু

---

১ হইল—পাঠ চৌঃ ৪।

কাঁপসি থর থর মদনে জর জর (জর জর)
নয়ানে শরশত সন্ধানে ॥
নিজহুঁ মন্দিরে যায়বি [1]কৈছনে
প্রমাদ ঘটায়বি কান্দনে ॥
অম্বর সম্বর বিরহ পরিহর
নিগূঢ় ধৈর্য্যাবলম্বনে ॥
একেত কামিনী কুলের রমণী
ভয় না কর কেনে গুরুজনে ॥
শ্যামচাঁদ হেরি [2]নয়ানে বহে বারি
নিশ্বাস ছাড় কেনে ঘনে ঘনে ॥
গলিত কুন্তল মন সে চঞ্চল
হাসত হত হে চন্দ্রাননে ॥
শ্যাম তাপিনী ননদী-বাদিনী
পরাণ ছোড়বি গুরু গঞ্জনে ॥
গোবিন্দদাস ভণে মদন তারণে
হিত পরবোধক মানে ॥৪

---

হকচাং তনিক তনিক হুমাং মরীক মরীক
রারি মিৎচি তেন্না পাল্লবদা ॥
হুংশিনা চোল্লবা নীংথিবা মায়থোংনা
হুখরেনে থম্মোই রাধাগী ॥
খোইখোয়বা শন্নাং খোইরুম মোমোন মীনোক
থম্মোই মৈহুম চুরে রাধাগী ॥
চেকশিল্লু শ্রীরাধা কাউগনু জটিলা
নীংশিংউ কত্তবী কুটিলাবু ॥
শাগৈগীশু মৌনি তনৌ তহেনজবী
করিগী কিদবনো গুরুজনবু ॥
মিৎশ্না পিরাং হোৎবা উরগা নন্দ মচা
করি তোয়বা অতুক স্বরমপী ॥
শমজোই শন্নাং ফারি পুন্নাং ঈথক হৌরি
মীনোক চৈক্লু চানা থাক্সমানবি ॥
নোংছো ঈখৌ লাংবী ইমুংদা রায়াম্বী
মাঙলগেরা থরায় মীচৈতন্য রাই ॥
গোবিন্দদাসনা হায়জে হায়রুদ্ধ কান্নরোই
নাপন্থুংদা হাপ্লোই তায়োন্নবী রাই ॥৪

---

১। কৈছন, ২। নয়ান।

স্বকটাক্ষ বাণে কৃষ্ণ বিন্ধিল রাধিকা।
রাই কটাক্ষবাণে কৃষ্ণ বিন্ধিল অধিকা ॥
কৃষ্ণচিত্ত হংসরাজ রাধা সুবদনী।
স্বকটাক্ষ পিঞ্জর মাঝে রাখিলেন আনি ॥
রাধা-চিত্ত-মীন-কৃষ্ণ নিজকান্তি জালে।
বদ্ধ করি সঙ্গে নিল গমনের কালে ॥
ধেনু সব আগে চলে পাছে ব্রজবাসি।
সব মিত্র সঙ্গে কৃষ্ণ বনে পরবেশি ॥
কৃষ্ণ বনে গেল তবে সব সখীগণ।
রাই স্থির কৈল করি অনেক যতন ॥৫

আমার প্রাণ শ্যাম সঙ্গে সঙ্গে বনে গেল ॥ ওগো
ভ্রমিতেছি বনে বনে গো-ধেনুর সনে সনে ॥
তোরাও মোরে সুধাওকি।
শূন্য দেহে সুধাওকি।
আমার পঞ্চপ্রাণ শ্রীচরণে বান্ধিয়া গেছে ॥৬

তবে রাই সখী সঙ্গে কুন্দলতা লৈয়া
আলয়ে আইলা অতি বিমনা হইয়া ॥৭

---

খোইখোয়বা মিৎয়েংনা কানু থিন্দৎলি রাধাবু
খোইখোয়বী মিৎচিনা লাইগী ফাওদৎলি কৃষ্ণবু ॥
চিংলি কৃষ্ণ থম্মোই কাঙা খোইখোয়বী মিৎয়েংনা
হাপলি লায়না থম্মোই-পোন্দা শ্রীমতী রাধানা ॥
রাধা-থম্মোই লেমলৈ পুথি ফাজনা কৃষ্ণনা
নোংথি-শক্তী লাংনা বনগী মায়কৈ তমনা ॥
মাঙদ খারি মনগী শমুপ ইল্লি তুংদা রাখাল
লাপথোকখরি অসুম অসুম মিৎয়েং কারণ লান্না ॥
উথি-দ-র-ব-দা অমুক য়োংখরবদা বনদা
থেমনা নোনা সখীশিংনা লৈতাহল্লি রাধা ॥৫

ঐগী থরায়দি মতুংইনখরে বনদা শ্যামগী নাক্তা ॥ ইতা
চৎলি ঐগু অসুম বনদা মণবী ষন্নাউ মতুংইন্না ॥
নখোয়সু ইতা খঙ্বরনে।
থাজবরা নপুক শেংনা ॥
ঐগী থরায় মঙাদি শ্রীচরণদা পুনশিনখরে ॥৬

অসুম তোনা শ্রীরাধিকা কুন্দলতা লোয়নননা
শেঙলকলে সঙ্গাইদা থরায় হামচৎননা ॥৭

না জানি কি হৈল প্রেম লাগি
অবোধ পরাণে প্রবোধ নাহিক মানে
কত চিন্ত নিবারিব আগি ॥ধ্রু
অরুণ উদয় কালে ব্রজশিশু আসি মিলে
বিপিনে পয়ান প্রাণনাথ।
এক দীঠি গুরুজনে আর দীঠি পথ পানে
চায়তে পরাণ করে হাঠ ॥৮

সখীগণ প্রবোধিয়া রাই গুণমণি।
* বৈজয়ন্তী মালা কৈল সদ্‌গুণ গাঠনি ॥ধ্রু
তুলসী কস্তুরী প্রতি কহে তবে ধনী।
মালা বিড়া লয়া যাও যথা ব্রজমণি ॥
ধর এই বিড়া-পুষ্পমালা লয়া।
বন্ধু কোন বনে জানিয়া আইস যায়া ॥৯

ওথা কৃষ্ণ সুবল সঙ্গে আসি কুঞ্জবনে.
রাধা সঙ্গ প্রাপ্তি চিন্তা ভাবে মনে মনে ॥ধ্রু
বৃন্দা ধনীষ্ঠিকা সুবল সঙ্গেতে করিয়া
রাই আগমন কাজ বিচার করিয়া ॥

---

থঙ্‌দে কনানা প্রেমগী মতৌবু
কাবা থাম্বা য়াদে লৈকম থঙ্‌দে থরায়নদি
মূৎকনি মৈরি কয়ারকহন্না ॥ধ্রু
অয়ূক মুমিং থোরকপদা হৌবা লাকথি ষণশেন্নহা
শেত্তুনা পুথরে ঐগী থরায় ॥
ঙয়গী মিৎনা গুরুজনদা য়েৎকী মিৎনা লম্বীরোমদা
চিংথায়রে থম্মোই অনিথোক্না ॥৮

থেমজিন্দুনা সখীশিংনা শ্রীমতী রাধানা
বৈজয়ন্তী মালা লেংলে লৈচু মঙ্গা তিন্না ॥ধ্রু
তুলসী-কস্তুরী য়েংনা হায়রকই রাধানা
পুরো চৎলো মাগী নাক্তা লৈপরেং পানা থিলি ॥
চৎলো সখি থিরু কোয়না নবুংঙোগী লৈকম
করম্বা বনদনো থঙ্‌লু চৎলু নঙ্‌না ॥৯

লোয়ননা সুবল সখা সোমদা কৃষ্ণ কুঞ্জবনদা
নীংশিংতুনা রাধাতবু লৈরি লাঙ্‌তক্ননা ॥ধ্রু
বৃন্দা ধনীষ্ঠিকা সুবল অহুমগা লোয়ননা
রাজাম্নরি লুনা চীক্না পাম্বে পুথোক্নবা ॥

---

* বৈজয়ন্তী মালা—মচু মঙানা তিনবা, য়োকউ থুনা চোনবা লৈপরেং ॥ বৈং অং

হেন কালে তুলসী আইলা উপনিত।
তারে দেখি কৃষ্ণ বড় হৈল হরষিত ॥১০

তবে তুলসী স্বর্ণ সম্পুট খুলিল।
বৈজয়ন্তীমালা মধুমঙ্গলে দিল ॥
তাম্বুলের বিড়া দিল সুবলের হাতে।
বটু আনি মালা দিল কৃষ্ণের কণ্ঠেতে ॥
সুবল আনিয়া বিড়াদিল কৃষ্ণ করে।
পরশে পুলক হৈল সমস্ত শরীরে ॥১১

তুলসীকে কহে তুমার সখীর কুল
তেহুঁ কহে সখী রাই সমস্ত মঙ্গল ॥
পুন কৃষ্ণ কহে কেনে বনে না আইলা
তেহুঁ কহে গুরুজনা স্বকর্ম্মে রাখিলা ॥
কৃষ্ণ কহে তারপরে অব কিবা হৈলা
তেহুঁ কহে বৃদ্ধা গৃহে ভর্সিয়া রাখিলা ॥
শুনি কৃষ্ণ কহে ধিক বিধির ঘটনা
প্রণয় মিলনে এত করয়ে বঞ্চনা ॥
ধিক ধিক ওহে বিধি যৌবন হামার
হাহা বিধি এ কপালে কেমনে লেখিল ॥১২

---

খঙ্‌হৌদনা তাঞ্জাসিদা থুংলখি তুলসী
মায়থোং মকারামলি কৃষ্ণ মাবু উরবদা ॥১০

সনাগী কাগোক হাংদোক্লনা তুলসীনা
পীরে খুত্তা মধুমঙ্গল বৈজয়ন্তীমালা ॥
সুবল খুত্তা পীরে পানাখিলি মতপশিং
হুকখরে কৃষ্ণগী ওক্তা বটুনা লৈগী পরেং ॥
কৎশিল্লক্লে সুবলনা মবুংঙোদা পানা
ভুবুম-তুখোঙ্‌ থূদীংমক হরাউ তুজুংহল্লা ॥১১

হায়য়ু মাগী মপাউ কোকহল্লু ঐগী খোরাংবা।
মঙ্গল ওইরি ঐগী রাধা খুম্মী তুলসীনা ॥
হংই অমুক মথা করিগী লাক্তে বনদা
খুম্মী মানা গুরুজননা চিলহল্লি থবক্তা ॥
কৃষ্ণনা হায় অতুদগীদি করি করম তৌবা
চৈহত্তুনা হতুবীনা কপহৌরি রাধিকা ॥
তোল্লি তোল্লি বিধি কৌবা নঙ্‌ অসে নোংদম্বা
নচৎলা নহাক্কী অসুম ম্লাহনবা অসিনা ॥
করি কায়ে ঐগী পুক্লী যৌবনগী মতম
ওম্বোকপনি লাইবক থীবনা ঐতগী শল্লাক ॥১২

তবেত তুলসী কহে শুন ব্রজানন্দ।
নিছুনি যাইয়ে চিতে করহ আনন্দ॥
আজি সূর্য্য পূজা করিবারে বৃদ্ধা আজ্ঞা দিল।
কুন্দলতা হাতে রাই সমর্পণ কৈলা॥
কহত সঙ্কেত স্থান রাই আনি তথা।
শুনি গলা হৈতে মালা দিল সখী হাতে॥১৩

এথা রাধা চন্দ্রমুখী কৃষ্ণের লাগিয়া
উৎকণ্ঠাতে সর্ব্বেন্দ্রিয় আকর্ষয়ে যায়া॥
বিশাখাকে কহে সেই উৎকণ্ঠ বচন
কেমনে সহিব হায় অভাগিনী প্রাণ॥ধ্রু
[১]এ সখি কহ এবে কি করি উপায়
কৃষ্ণাঙ্গ মাধুরি ছান্দে সর্ব্বেন্দ্রিয়গণ বান্ধে
বলে পঞ্চেন্দ্রিয় আকর্ষয়॥১৪

পাঁচ দিগে পাঁচ টানে
কুন দিগে যাব আমার একা প্রাণ।
একি কালে সভে টানে
কি সহে অবলা প্রাণ॥১৫

---

হংগৎচৈ তুলসীনা তাবিয়ু হে ইবুংঙো
অপনবা নৈতনা লেঙ্‌বিরো হজীক হুংঙাইনা॥
ঝাথং ফংলে জটিলাগী সু-রজ পূজাগী
শিন্নহোরে রাধাবু কুন্দলতা খুত্তা॥
তাকপিরো সঙ্কেত মফম রাইবু পুরক্লবা
হরাউনা পীরক্লে মালা কৃষ্ণনা সখীদা॥১৩

লাঙ্‌তক্লরি সোমদা রাধা মবুংঙো রাখন্দা
নৈতাঙমদে নৈফম খঙ্‌দে পুক্নীং হকচাং'পুম্বা॥
ফোংজরকই বিশাখাদা পুক্নীংগী রাফম্বু
খাঙ্‌সিগে করম্না ইতা পুঙমজদে থরায়॥ধ্রু
ফংজগবা মাবু করম হায়য়ুগবা ইতা
খাঙঙমদরে থৌরাংজবা মাগী দরশন ফংজবা
ইন্দ্রি 'পুম্বা চিংথরে মানা॥১৪

চিংলি ঐবু তরাথোক্লা মায়কৈ তরা ফাংনা
চৎকনি কদোমদা থরায়দি অমত্তা॥
চিংলি পুম্না অমুক্তদা খাঙ্‌লসিগে করম্নবু॥১৫

---

১। সখি হে—চৌঃ ৪।

শ্লোক :

সৌন্দর্য্যাম্বুতসিন্ধুভঙ্গ ললনাচিত্তাদ্রি সংপ্লাবকঃ
কর্ণানন্দি সনর্ম্মরম্যবচনঃ কোটীন্দু শীতাঙ্গকঃ
সৌরভ্যামৃত সংপ্লবাবৃতজগৎপিয়ূষরম্যাধরঃ
শ্রীগোপেন্দ্রসুতঃ স কর্ষতি বলাৎ পঞ্চেন্দ্রিয়াণ্যালি মে ॥১৬

রাধার উৎকণ্ঠা বাণী
বিশাখিকা তাহা শুনি
কৃষ্ণসঙ্গ উপায় চিন্তিতে।
হেনকালে তুলসী আসি
সমাচার কহিতে ॥
শুনি রাধা সুনয়নী হরষিত হয়ে
তাহা দেখি সুচাতুরী রাইভাব জানিয়ে ॥
ধনী কণ্ঠে গুঞ্জা মালা দিলেন ললিতা
চম্পক যুগল দুই কর্ণাবতংসিতা ॥
যথোচিত অঙ্গবেশ করিলা সাজনি
কুন্দলতা হাসি তবে কহে মধুর বাণি ॥
সূর্য্যপূজা ছলে বহু আগ্রহ করিয়া
উঠাইয়া রাই করে যতনে ধরিয়া ॥১৭

---

শ্লোককী অর্থ

নুপী-পুরবীং-চীংজাউ থুঙ্কংপা, অমৃত ঈপাক চাংজো পাথোকপা
খোয়থুম্বা রাহৈনা নাকোঙ্বু পেলহনবা শ্রীঅঙ্গ-কান্তিনা থানিন কোটি হেনবা ॥
তুংশিবা মনম চেনবা তাইবঙ্-তাউথোকপা চীনবান অমৃতনা তিনবা
নমত্তুনা চিংলি থরায় মঙা গোপ-নিংথৌমচান্থনা ইতা ॥১৬

তাবদা রাধাগী রাহৈ থিরকই বিশাখা পাম্বৈ
থল্লি মওঙ্ মওঙ্ লংজীন্ থিনা ॥
তাঞ্জাসিদা তুলসী সখী চঙ্লকই নোক্লা নোক্লা ॥
মায়থোং মকারামজে রাধা তুলসীবু উবদা
উনরকলে রাইগী রাখল থৌগলবী সখীশিংনা ॥
গুঞ্জামালা শিজিল্লকলে ললিতা সখীনা
লৈহাউ লৈরেন অনিনা নাপ লৈতেং ওইনা ॥
হোংলে ফীজোন ফিজেৎ নৌনা শকা চুগা চান্নরা
কুন্দলতানা ফাংগি তৌজে রাইগী মায়থোং য়েংনা ॥
খোঙ্শাল্লকলে রাধা সূর্য্য-কুণ্ড মায়কৈ তয়া
সখীশিংগা লোয়নত্থনা পূজা পোৎলম শুনা ॥১৭

সখীগণ মেলি [১]চললি বররঙ্গিণী
ভানু আরাধন লাগি।
বহু উপহার [২]তাম্বুল কর্পূর
লেওল [৩]গুরুজন অনুমতি মাগি ॥১

[৪]সুগন্ধি চন্দন বহুঁ লেল
[৫]চিনি কদলিক আদি বহুঁ মনোহর
[৬]সেই সখী সনে চলি গেল ॥ধ্রু
[৭]জয় জয় করেছঁ লহুঁ লহুঁ দেয়ত
[৮]শঙ্খ শবদ ঘন ঘোর ॥
কেলি করত কত কোকিল কুহরত
[৯]নৃত্যতে ময়ূরক জোর ॥*

এইরূপে গেলা ধনী সূর্য্যের ভবন।
কাম-বন-বাত্তি নাম কুঞ্জ বিলক্ষণ ॥
সব পুষ্পময় তাতে আছে সূর্য্য মূর্ত্তি .
তাহা যাইয়া কৈল ধনী সূরজ প্রণতি ॥

---

মত্তাশিং লোয়ননা চৎলক্নি ভানু কিশোরী
সূর্য্য-পূজা তৌরুনবা।
হৈরাং লৈরাং কয়া রাত্তে পূজা পোৎলম
গুরুজন য়াথংনা পুরি মশীংশুনা ॥১

সুংশিবা চন্দন নীংথিবা লৈরাং
চিনি ননীনচিংবা অথুম অহাউ কয়া
পুহন্দুনা লাকলি সখীশিংবু ॥ধ্রু
জয়কার হৌনা লাউরি হুলুধ্বনি তৌরি কয়া
যাত্রা তৌরি মোইবুং খোঞ্জেন্না ॥
শান্নে তুমা তুমা বনগী চেক্লা মখৈনা
শারি জগোই রাহোংনা নোয়না ॥

অম্থুম তৌনা য়েংনা য়েংনা য়ৌরক্লে সূর্য্য-কুণ্ড
পুক্লীং মঙান পীনহৈবা অমম্বা থম্মোইদা ॥
লৈতনা য়োমলি মূরুতি সূর্য্য ভগবানগী
পূজা পোৎলম কৎচরগা থুরুমজৈ রাধানা ॥

---

গোঃ পঃ ৪১—১। সঙ্গে, ২। কর্পূর তাম্বুল, ৩। লেওল গুরুজনে মাগি, ৪। সুগন্ধি চন্দন নেল, ৫। চিনি কদলী সয় হার মনোহর, ৬। সখিগণ হাতহি দেল, ৭। জয় জয়কার হুলা হুলি ঘন ঘন, ৮। ঘন্টা, ৯। নৃত্যতি মউরক জোর।

* পদাবলীদদি মসিগী মথাদা পরেং ৪ লৈমি, ওজাশিংনা মহু থাদোকলগী।

বদ্ধাঞ্জলি হয়া বর মাগয়ে তাহারে।
নিরবিঘ্ন কৃষ্ণসঙ্গ হউক আমারে ॥
ই-বর পাইয়া রাই হরিষ বদন
সূর্য্যকুণ্ড ছাড়ি রাই করিলা গমন ॥
দুই দিগে বকুল শ্রেণী মধ্যে পথ তার
তার অন্ত সখী সঙ্গে রাধারে সঞ্চার ॥ ধ্রু
কুণ্ডতীরে মিলল নব বরনাগর
দুহুঁ মুখ হেরি দুহুঁ হাস ॥
গোবিন্দ দাস পহুঁ রসময় নাগর
নয়ন ইঙ্গিতে রস পরকাস ॥ ১৮

জয় রাধা মাধব বলি
সব সখী আনন্দ ভেলি ॥
শ্যামের বামে দাঁড়াইল ধনী
যেমন মেঘে সৌদামিনী ॥
কিয়ে কাঞ্চন মণি
রাই কানু সুলাবণি ॥ ১৯

সূর্য্য-পূজ-রস ইতি সমাপ্তং ॥ ৪৩

---

থুবাং চাংজো লোন্না নিজে বর অপাম্বা
নমহৎপিযু অরান অহুই শ্রীকৃষ্ণ দরশনদা ॥
অসুম তৌনা থুরুমহনা মায়থোং মকারাম্না
লাক্লে রাধা কৃষ্ণ তম্না সখিশিং লোয়ননা ॥
বকুল পাম্বী পরেং পরেং হৌরি লম্বী নাকল
চৎলি য়ায়দা চীংনা লেন্না শ্রীমতী রাধিকানা ॥ ধ্রু
উন্নরে কুণ্ডনাক্তা শ্যাম-বনমালীগা
খোয়রুম মোমোন তৌনৈ অনিমক্না ॥
গোবিন্দ দাস প্রভু রস রাজ গোবিন্দ
মিৎকী ইঙ্গিত তৌনা ফোঙলি লীলা-রস ॥ ১৮

জয় রাধা মাধব হায়না
হরাউনৈ সখীশিংনা কয়া ॥
ভাল্লি শ্যামগী ওয়দা শ্রীমতী রাধিকা
নোংগীলক্তা নোংথাঙ কুপ্পগুম ॥
সনাদ তম্ফা থিল্লি
রাই-কানু কয়া নীংথি ॥ ১৯

সূর্য্য-পূজা-রস কী শৈশক লোইরে ॥ ৪৩

## * দোল লীলা-রস বর্ণনং

### রাগ– সারঙ্গী

সুরধুনী তীরে গৌরা সহচর সঙ্গে
নবীন কুসুম বন বিহরই রঙ্গে ॥ধ্রু
বকুল চম্পক তরু কদম্ব রসাল
বনশোভা হেরি গৌরা আনন্দ বাঢ়িল ॥
তরু ডালে শোভিয়াছে রতন হিন্দোর
গদাধর সঙ্গে গৌরা হিন্দোলা উপর ॥
চৌদিগে সহচর বাওত তাল
পূরুব ব্রজের লীলা গাওয়ে রসাল ॥
দোল ধরি কোই তাহা দেয়ত ঝঁকোর
হেরইতে সুখি ভেল এ দাস কিশোর ॥১

কিবা সে কুঞ্জের শোভা রাই কান্থ মন লোভা
চারিদিগে শোভে চারি ঘাটে ॥
নানারত্ন-মণি ছটা অপূর্ব্ব বরন ঘটা
স্ফটিক-মাণিক্য বান্ধা ঘাটে ॥ধ্রু

---

### রাগ––সারঙ্গী

গঙ্গা তোরবান্দা গৌর শান্নরি হরাউনা
ভক্তখিবীক লোয়নতুনা লৈগী বন মতুংদা ॥ধ্রু
বকুল কদম লৈহাউ পাম্বী য়োমলি লৈরাংতনা
মায়থোং মকারামলি গৌর বনগী ফজবদা ॥
য়াম্বরকলি উশাদগী মণিগী হিন্দোল
তোংলি গৌর গদাধর দোলগী থক্তা পুন্না ॥
অকোয়বদা ভক্তশিংনা শকুরক্রি ঈশৈ
পুংশেল যন্ত্র কয়া য়াওনা ব্রজ-লীলা রস ॥
খুৎনা দোল পায়তুনা হাইরি ভক্ত কনামনা
হরাউজরি উজবদা দাস কিশোরনা ॥১

নীংথিবা কুঞ্জগীয়ায়দা ভাল্লি য়েংউ রাধা শ্যামনা
নাকল মরি থোক্লি অকোয়বদা ॥
সনা লুপা মণি মুক্তা থামলি কোয়না ইরং লংনা
মণিগী-শরীকসু য়াল্লি কোয়না ॥২ধ্রু

---

* রস অসি ঠং মাণিকনা শকখিবনি।

নবঘন [1]কাননে সোহন কুঞ্জে
বিকসিত [2]কুসুম শোভন পুঞ্জে ॥ ধ্রু
নূতন পল্লব [3]লম্বিত ডালে
সারী শুক [4]পিক বোল রসাল ॥
[5]তহিঁ বনি অপরূপ রতন হিন্দোর
[6]তা পরি বৈঠলি কিশোরী কিশোর ॥
[7]ব্রজরমণী মেলি দেত ঝঁকোর
[8]গীরত জানি ধনি করলহি কোর ॥৩

বিপিন বিহার করত নন্দ নন্দন
সুবদনী ধনি করি সঙ্গে।
সকল কলাবতী তুহুঁ প্রেম আরতি
মনমাহা উঠলল রঙ্গে ॥
রতন হিন্দোলপর বৈঠল তুহুঁ জন
সখীগণ দেওত ঝকোরি।
গগন হি মগন [9]দুহুঁ অঙ্গে তুহুঁ মন
আনন্দে করত [10]বিহার ॥

---

লৈগী বনদা শূরুবা নীংথিবা কুঞ্জদা
য়োমলি লৈরাংতনা ফুগায়না শাৎপা ॥ ধ্রু
য়েন্নৌ য়েন্নাতনা য়োমলবা উশাদা
খোংলি রাহোং-কোকিল নিল্লি কুঞ্জহুং ॥
অঙকপা মণিগী হিন্দোল য়াল্লি মরকুদা
তোংলি কিশোর কিশোরী মতুগী মথক্তা ॥
চান্নবী সখীশিংনা হাইরি হরাউনা
তাখিনি কিবনা রাই কোঞ্জে মবুংভোদা ৩

শান্নরি হরি হাইহুনা হোরীবান্দোংদা
কোন্দুনা নাক্তা নিপাইজবী রাধা ॥
থম্মোই ঈথক হৌজে থোগজবী সখীশিং
অনিগী প্রেমতবু খোরাংজবী ॥
ডাম্মোইরিনে দোলগী থক্তা রাধা শ্যাম অনিমক্তা
সখীশিংনা হাইনরি হরাউনা ॥
হাইরি রাংনা মালংদা রাধাকৃষ্ণ অনি পুন্না
পুক্নীং ঈরাং ঈথক ঈহৌনা ॥

---

গোঃ পঃ ২৭০, পঃ সমুদ্র ৪২৮—১। কানন শোভিত কুঞ্জ, ২। কুসুমে শোভা অতি পুঞ্জ, বিকসিত কুসুমক পুঞ্জ, ৩। লম্বিত ডাল, সৌরভ ডাল, শোভিত ডাল, ৪। পিক তহি বোলত, পিকুকুল বোলত. ৫। তহিঁ বলি—গোঃ পঃ ৬। তহি পর বৈঠল, তা পরি বৈঠলি, ৭। ব্রজরমনীগণ, ৮। গীরত জানি ধনি করতঁহি কোর, পড়ব জানি ধনি নাগর আগোর। কীঃ গীঃ রত্নবলী—২৯৭—৯। সঘন রজনীকর, ১০। সেহারি।

দেখ দেখ অপরূপ ছান্দে।
মদনমোহন হেরি মাতল মনসিজ
কাহ্নু [1]নেহারই মুখ চান্দে ॥ধ্রু
বারিদ গরজি গরজি দুহুঁ ঘেরল
বুন্দ বুন্দ [2]বরিখে নিপাত।
[3]কহে শিবরামদাস মলয়া চলু দুহুঁ পাশ
মৃদু মৃদু করতহি বাত ॥৪ কীর্ত্তন গীত রত্না: ২৯৭

*(দেখ দেখ)[৫] রাধা মাধব মেলি
[৬]মুরতি মদন (সব) রস কেলি ॥ধ্রু
[১]ও নবজলধর অঙ্গ [২]ইহ থির বিজুরি তরঙ্গ ॥
[৩]এ নব মরকত ঠান [৪]ইহ কাঞ্চন দশবাণ ॥
[১১]ও মুখ চাঁদ উজোর [১২]ইহ দিঠি লুবধ চকোর ॥
[৭]ও তনু তরুণ তমাল [৮]ইহ হেম যূথি রসাল ॥
[৯]ও মুখ পদুমিনী সাজ [১০]ইহ মন্দ মধুকর রাজ ॥
[১৪]গোবিন্দদাস রহু ধন্দ অরুণ নিয়ড়ে [১৩]পুণচান্দ ॥৫
বৈ: প: ৬৩৯, গো: প: ১৫২

---

য়েংজো সখী কয়া নীংথি অনি।
শুন্মৎলি জীবগী পূক্নীং কামবু হেনবা মায়থোং
য়েংউ অনিমক্কী মায়থোং থানিন ॥ধ্রু
মমলি নোংদোনথক্তা অথাক অরাউ নোংহোতনা
নোংখোঙ্ ফুন্না হৈথরি ফুয়না ॥
হুমলি মলয়ানা তেকথৎহল্লি অনিমকপু
শকচৈ শিবরাম দা-স-না ॥৪

য়েংজো সখি শ্রীরাধা মাধব।
কামগী মপু ঙাকনি অনি অসে ॥ধ্রু
ফুয়না হোবা নোংলেন কুচু লেঙ্দনা ঙানবা নোংথাঙ্ মচু ॥
অমংবা মণিনি অমনা অমনা সনা ফুদোংবনি ॥
ঙমজৈ অমনা শরৎ থানিন অমনা ঈথো লাংবী নোংইন ॥
ওইরি অমনা তমাল পাম্বী অমনা সনাগী যূথি উরী ॥
থম্বালনি অমনা পোমশাৎনবী তোংলি অমনা খোইমু ওইনা ॥
চঙক্রুরি-গোবিন্দ দাস উবদা অয়ুক্তা পূর্ণিমা ॥৫

---

১। নেহারে, ২। কক পাত, ৩। কহ শিবরাম মলয়াচল দুহুঁ পর। * ছাপাগা মসি থক-থ. য়াম্না ওইরে, অদুগা ব্রেকেট মনুংগী বাহৈশিং অসিমু ছাপাদা লৈতে। থুৎইদা অয়োইবা বাহৈদা 'এ' কার য়াম্না লীজিরে, ছাপাদা লৈতে। পদাবলীগী মথং মনাউদি থাম্বিবা নং অসি য়েংবীয়ু, নং অমমমতনা পয়েং অময়ম ওইগদবনি। ৩। ও বর, ৯। ও নব, ১৩। পুনচন্দ্র—বৈ:প:

নিপততি পরিতো বন্দন পালি
তং দোলয়তি মুদা সুহৃদালি ॥
বিলসতি দোলপরি বনমালী
তরল সরোরুহ শিরসি যথালী ॥ধ্রু
জনয়তি গোপী জন করতালী
কাপি পুরো নৃত্যতি পশুপালি ॥
অয়মারণ্যক-মণ্ডন-শালি
জয়তি সনাতন-রস-পরিপালি ॥৬
পঃ কঃ ২৯১, বৈঃ পঃ ১৮৬, কৃঃ রঃ সং ২১৯

দোল লীলা-রস ইতি সমাপ্তং ॥৪৪

---

চাইথরি ভত্তনা আবের মকুপ্পা
দোলগী থক্ত ভাল্লি কৃষ্ণ-বনমালী ॥
হাইরি সখীশিংনা হরাউমথোই কানা
নীংথিরি খোইমুঙম নোমনোম্বী থম্বালদা ॥
হরাউজরি গোপীশিংনা থুবাক থুনা
জগোই শারি কনানা কৃষ্ণগী মাঙ্দা ॥
লৈভেংলি কৃষ্ণবু বনগী লৈরাংভনা
জয় ওইরি সনাতনগী মবুংভো কৃষ্ণনা ॥৬
( জয় ওইরি সনাতননা-রস-বু ভাকপিবা )

দোল-লীলা-রস-কী শৈশক লোমল্লে ॥৪৪

## * হোল-খেলা-রস বর্ণনং

রাগ—সুহই

দেখ দেখ অপরূপ গৌরাঙ্গের লীলা।
[১]বসন্ত সময়ে প্রিয়গণ মেলি
জলনিধি তীরে চলিলা ॥
একদিকে গদাধর সঙ্গে স্বরূপ দামোদর
বাসুঘোষ গোবিন্দাদি মেলি।
গৌরীদাস আদি করি চন্দন পিচকা ভরি
(ক) গদাধর অঙ্গে দেয় [২]ফেলি ॥
রুষিয়া স্বরূপ কয় [৩]হারিয়া গৌরাঙ্গ রায়
জিতল আমার গদাধর।
করতালি [৪]দিয়া কেহু নাচে [৫]গায়ে উর্দ্ধবাহু
এ [৬]রাধামোহন মনোহর ॥১

বৈঃ পঃ ৮৯৪, গীতঃ রঃ ২৮১, পঃ কঃ ২৮৮

---

রাগ—সুহই

য়েংউ য়েংউ অঙকপা গৌরাঙ্গগী লীলা ॥
ভক্তশিং লোয়ননা বসন্ত মত্তমদা
চৎলি সুরধনী তোর্ব্বান্দা ॥
অমরোমদা গদাধর স্বরূপ দামোদর
বাসুঘোষ গোবিন্দনচিংবা।
গৌরীদাসমু য়াওনা কাপ্পরি চন্দন পিচকারী
গদাধর তম্না কাপ্নি মহী ॥
লাউরকলি স্বরূপরায় মায়থীরে গৌরাঙ্গ রায়
জয় ওইরে ঐগী গদাধরনা ॥
থূবাক থূরি কনামনা ঈশৈ শক্না জগোই শানা
রাধামোহনগী পূক্নীং হূনা ॥১

---

য়েংগদবা—(ক) থাৱিবা পৱেং অসিগী মথাদা পৱেং মৱিনা থাবা পদ অমা ওজাশিংবা লৌখৎপিরমদে, মচুগী মশক্তি— "স্বরূপ নিজগণ সাথে আবির লইয়া হাতে
সঘনে ফেলায় গোরা গায়।
গৌরীদাস খেলি খেলি গৌরাঙ্গ জিতল বলি
করতালি দিয়া আগে ধায় ॥

১। ঋতু বসন্তে সকল প্রিয়গণ মেলি, ২। ঢালি, ৩। হারিলা, ৪। দেয়, ৫। গায়, ৬। এ দাস মোহন।

---

* রস অসি কোরনবা চূড়াসিংহনা শকখিবনি।

আওল ঋতুপতি রাজ বসন্ত
ধাওল অলিকুল মাধবি পন্থ ॥ধ্রু (পঃ মাঃ ৩য় লাঃ ৩২৩)
[1]বসিয়ে অম্বের উচ্চ শখার উপরে
নিরন্তরে কুহুঁ কুহুঁ কোকিল কুহরে ॥২

ঋতুপতি বিহরই নাগর শ্যাম
রাধা রঙ্গিণি সঙ্গিনি বাম ॥ধ্রু
চূয়া চন্দন পরিমল কুঙ্কুম
ফাগুরঙ্গে সব অঙ্গভরি।
মদন মোহন হেরি মাতল মনসিজ
যুবতিযূথ শত [2]গায়ত ঝুমরি ॥
কেহু অম্বরধর [3]কেহু হার হর
কেহুঁ তনু পরশিয়া [4]রহল বিভোরি।
কেহু লেই মুরলি কেহু লেই [5]মুদরি
দূরহিঁ দূরে রহি গাওত হোরি ॥
ডম্ফ রবাব উপাঙ্গ পাখোয়াজ
করতল তাল সুমেলি করি।

ফাওরঙ্গে য়েংউ ঋতুরাজ বসন্ত।
ককওাওনৈ খোইমু মপৈ পাইশিন্নৈ লৈরাংদ ॥ধ্রু
খোংলি কোকিলশিংনা তোংত্থনা হৈনৌ-মশাথক্তা
নিল্লি কুহু খোঙেলতনা অহিং মুংথিল নাইদ ॥২

শান্নরি বসন্তদা হরাউনা হরিনা
রাধারাণীগা সখী ময়ামগা ॥ধ্রু
চূয়াচন্দননে কুমকুমগী মকুপনে
য়ান্নরবা আবিরনা চাইশিন্নৈ ॥
উবদা কৃষ্ণগী মায়থোং ঈরাং হৌনৈ পুক্নীং
শক্তি ঈশৈ হরাউনা গোপী কাঙ্বু কাঙ্বু ॥
পায়রি ফীজি কনানা মুল্লি লৈক্লাং অমনা
ইমুন মুল্লি শোকচবদা কৃষ্ণ-অঙ্গ কনানা ॥
মুল্লি কনানা মুরলী কনানা খুদোপ শংলি
শকলি হোল্লি খরনা অরাপ্পদা লেপ্পুনা ॥
ডম্ফ রবাব উপাঙ্গ পাখোয়াজ
খোংজি যন্ত্র খুবাক তাম্বাননা।

১। মখাগী পরেং অনি অসিদি অশেংবা মাল্লি, মথক্কী অনি অনিমা পন্নাম্মুহ মায়ুম্বিদা নাওক্নি। খুংইদা—২। গাওত, ৩। কেহুঁ ধরতাল, ৪। রহলহি, ৫। মুদ্রাজি—

গোবিন্দ দাস পহু নটবর শেখর
নাচত গাওত তাল ধরি ॥৩
বৈঃ পঃ ৬৩৯, পঃ কঃ ২৮৮

* হোরি খেলত কহ্নৈয়া
অবগছনি গছলে দহিয়ালা।
[1]লেলে রঙ্গ মোহন বরদারে
[2]ওই পিচকারি নিলা নীলা॥
তেজি পিতাম্বর ধর মুরারি।
চলহুঁ শ্যামলা সঙ্গে খেলে হোরি
পিচকারি নারঙ্গ ভরি গৌরী ॥৪

মাই দররি দররি আঁখমৈ
রঙ্গ গুলাল ভরভর ॥
ভর পিচকারি পিয়ামুখ মারি
ভিজিগেএ লাল ॥
ভিজিগেএ তহু শাড়িরে
মাঝে বিরাজে কুঙর কহ্নৈয়া
ওই কি অনন্দেরে ॥৫

---

ঙগোই শানা ঈশৈ শক্না ঙাম্বোইরি শ্রীহরিনা
গোবিন্দদাসনা য়েংজৈ পেন্না ॥৩

শাম্নরি হোলি কহ্নৈয়ানা
লুপলি ঈরাংদ হরাউনা পোপীশিংগা।
কাপলি মচু অঙাঙ্‌বা গোপীশিংনা
কাপলি শংলেন মচু শ্রীগোবিন্দনা ॥
ঙাঙ্‌লি অভিয়াম্নু পৃথী লৈমায়থকম্নু।
অশংবা অঙাঙ্‌বা মচু মচু য়েৎনৈ
কজৈ কয়া মচু মচু মরীক মরীক ॥৪

মায়ম্নু মিংম্নু হকাচাং অপুম্বম্নু
লুম্নরি লোইনা মচু তনা ॥
হাল্লি পিচকারি কৃষ্ণ মায়থোং ভমলি
ওল্লি কুচু শ্রীগোবিন্দ ॥
ঙাল্লি নাইতোম কৃষ্ণ ময়ায়দা
নোক্লি হরাউনা খুৎকাপ লেপ্পনা
য়েংউ কয়া ঙুংঙাইরিবা ॥৫

---

১। লেনে রঙমুহন বরভারে—চৌঃ ৪, ২। পম্বেং অসিনা চৌঃ ৪ গীদি অয়োইবনি।
*ঈশৈ বং ৪ অমচুং ৫ অনি অসি ময়েক শেংকয় থঙ্‌লবদগী অর্থম্নু মওঙ্‌ অমদা মপাদং লাক্‌ল্লবা তৌবা ভাবি।

লালন খেলত লালরী সঙ্গ
আজু খেলত ইহ রস রঙ্গ ॥
আবির গুলাল চুয়া চন্দন ভরি
বন আওয়ে সখীসব সঙ্গ-সুরঙ্গ ॥
নব নব ব্রজতরুণী মঙ্গল গাওয়ে
তাধিন তাধিন বাজে পাখোয়াজ উপাঙ্গ
কঙ্কণ কিঙ্কিণী ঝলকত রাবে
ঘন ঘন লাগল অঙ্গ সুরঙ্গ ॥
সুরদাস প্রভু তুহারি দরশকো
নিশিদিন নিরখত তুহারি রঙ্গ ॥৬

*:দখত রঙ্গ তুহঁক সঙ্গ
ফাগুয়া রঙ্গ ভরিয়া।
বাজত চঙ্গ বীণা উপাঙ্গ
বাজে পাখোয়াজ সখিয়া ॥ধ্রু
উড়ে আবির ভরি গুলাল
লাল বরজ ভূমিয়া।

---

শান্নরি গোপীশিংগা কৃষ্ণ কহ্নৈয়া
আবের মৈখু লৈচিন মরক্তা ॥
অঙাঙ্‌বা চন্দনমহী কাপ্নৈ পিচকারী
ঙাওনৈ ঈরাংদ গোপী সুংসু পানসু ঙাঙ্‌না ॥
নৌজরিরী গোপী নহা শৈহেকনৈ সুংশিনা
খোক্লি পুংখোল মৃদঙ্গ সুংশিনা তাধিং তাধিং ॥
থুক্তি-নাশি লৈতেং ঈরং ঈরং লংলি
কাউনৈ তাইবঙ্‌পান শান্নবা ঈরাংদ ॥
সুরদাস প্রভু খোরাংজৈ ননাই ঐনা
অহিং সুংথিল অনিমক্তা নঙ্‌গী লীলাতবু ॥৬

হরাউ মথোইকা পুক্নীং ঈরাং হো
চাইনরি ফাগু ইঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌ ॥
য়ৈরি যন্ত্রশিং খোংলি বীণাসু
মৃদঙ্গ মঞ্জীরা সখীশিংনা ॥ধ্রু
আবির উফুন্না থল্লি আতিয়া
ঙাঙ্‌লি রাসমণ্ডলী য়ায়সু ॥

---

* ফৈশ অসি শ্রীগোবিন্দজী বসন্ত রাসতসু ফাগুখেলদা শীজিনৈ।

গগন লাল কলপ ডাল
লাল লালরী সজিয়া ॥
কোকিল নাদ ভ্রমর শবদ
নাচত লাল শিখিয়া।
নাচে গুরালী বাহু পসারি
জয় জয় জয় বলিয়া ॥
প্যার প্যারী প্যার প্যারী
মারত পিচকারিয়া।
দীনহুঁ লাল বৈষ্ণ-ব-দা-স
মাগত চরণ ধূলিয়া ॥৭ পঃ কঃ

হোরি রঙ্গে বিহরই আমার শ্রীরাধাগোবিন্দ।
আবির উড়ায়ত ললিতা বিশাখা ॥
ফাগু রঙ্গে বিহরইরে রাধা মদনমোহন
আনন্দে অধিকা ॥৮

বিহরতি সহ রাধিকয়া রঙ্গী।
মধু মধুরে বৃন্দাবন রোধসি
হরিরিহ হর্ষতরঙ্গী ॥ধ্রু

---

উরকম্বু ঙাঙ্লি ঙঙাংলি নিকুঞ্জ
ঙাঙ্লি ঙয়া গোপীশিংম্বু ॥
অমনা-অম-ঙম মায়খোং মকারাম
কাপনরি পিচকারীনা ॥
হরাউজৈ গোপীশিং পাম্বোম থাংগৎনৈ
জয় ওইরে জয় ওইরে লাউননা ॥
কোকিলগী খোম্বাঙ্ খোইমুগী খোঞ্জেন
নোয়রিম্নে অঙাঙ্বা রাহোংম্বু ॥
ঙাঙ্লে মনাই বৈষ্ণব-দা-স-ম্বু
নিজরি শ্রীচরণ ধূলিবু ॥৭

শান্নে হোলি সখীশিংগা য়েংউ শ্রীরাধাগোবিন্দ
চাইরিনে আবির ললিতা বিশাখা ॥
হরাউনরি অম্মম তৌনা রাধা মদনমোহন।
হেন্না মথোই কা-না ॥৮

শান্নরি হরিনা রাধিকা লোয়ননা।
কালিন্দী মপান্দা ছুংঙাইবা বসন্তদা
পুক্নীং ঈরাং হৌনা হরাউনা ॥ধ্রু

বিকিরতি যন্ত্রেরিত মম বৈরিণি
রাধা কুঙ্কুম পঙ্কং ॥
দয়িতাময়মপি সিঞ্চতি মৃগমদ
রস রাশিভিরবিশঙ্কং ॥
ক্ষিপতিমিথোযুব- মিথুনমিদং নব-
মরুণতরং পটবাসং ॥
জিতমিতি জিতমিতি মুহুরভি জল্পতি
কল্পয়দতনু বিলাসং ॥
সুবলো রণয়তি ঘন করতালীং
(জিতবান্) জিতবানিতি বনমালী ॥
ললিতা বদতি সনাতন বল্লভ-
মজয়ত পশ্যমনালী ॥৯

বৈঃ পঃ ১৮৫, পঃ কঃ ২৯০

খেলাতে হারিয়া শ্যাম পলাইতে চায়
চৌদিগে ব্রজবধূ পথ নাহি পায় ॥ ধ্রু
আবিরে অরুণ আঁখি মিলিতে না পারে
[1]হারিলু হারিলু শ্যাম বলে বারে বারে ॥

---

কাপশিল্লি রাধানা শ্যামগী হকচাংদা
কুঙ্কুম মহী পিচকারী ॥
কাপলি বনমালী মায়খোংদা রাধাগী
চুরি মৃগমদ মহী রাধা ॥
লানবা পারি কল্লা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনি
পুমডাঙ-ডাঙ্লি ফিজেৎ লৈতেং পুম্বা ॥
ঐনা ভমলে ঐনা ভমলে লাউনৈ তোয়না তোয়না
ভাওনরি ঈরাংদা মথোই কানা ॥
লাউরি কল্লা সুবলনা হৌনা খুবাক থুনা
জয় ওইরে সখা কহ্নৈয়ানা ॥
ললিতানা লাউরি জয় ওইরে সখীনা
মায়থীরে সনাতন-মবুংঙোনা ॥৯

কোয়না থৎলি গোপীশিংনা ফুনখরে লম্বীদি
চেনফম য়েংলি শ্রীহরিনা লৈতরে চেনফমদি ॥ ধ্রু
চাইশিল্লকপা আবেরনা য়াদরি মিৎপাঙ্বা
মায়থীরে মায়থীরে শ্যাম লাউরি হল্লা হল্লা ॥

---

১। হারিনু হারিনু—পঃ কঃ।

কর সঞে মুরলী [1]ভূমিতে পড়ে খসি
করতালি [2]দিয়া সব সখীগণ হাসি ॥
শিখি পুচ্ছ [3]ঔলাইয়া পড়ে ভূমিতলে
অরুণিত বসন ভিজিল শ্রমজলে ॥
শ্যামেরে [4]বিষাদ দেখি রসবতী রাই
অরুণ বসন দিয়া ও মুখ মুছাই ॥
সিংহাসনে বৈসে রাই কোরে করি শ্যাম
শ্রম ভরে দুহুঁ অঙ্গে পরিপূর্ণ ঘাম ॥
শ্রীরতি-মঞ্জরী দুঁহে [5]চামরে ঢুলায়।
শ্রীরূপ-মঞ্জরী দুঁহে তাম্বুল যুগায় ॥
শ্রীগুণ-মঞ্জরী দেই সুবাসিত জল
এ মোহনদাস হেরি নয়ন সফল ॥১০

পঃ কঃ ২২। ১৪৪৬ পদ

হোলি-খেলা-রস ইতি সমাপ্ত ॥৪৫

---

তাখরে নাম্বোক্তনা লৈমায়থক্তা মুরলী
নোকলি রা-রা সখিশিংনা হৌনা থুবাক থুনা ॥
রাহোং চূড়া কোক্তা থেৎপা কেনখরে লৈমায়দা
সনা ফীগে কৈজোমস্ত পুমচোৎ চোৎলি হুমাংনা ॥
উবদা কৃষ্ণনা রাবা য়েংঙমখিদে রাধা
থোগনজে মবুংঙো-মায়থোং মশাগী ফীজিনা ॥
ভাম্বোইরে সিংহাসনদা রাই কাহ্নু অনিনা
লৈতেং ওইরি মায়থোং অনি হুমাং মরীকতনা ॥
শ্রীরতি-মঞ্জরী সখীনা থোগজৈ চামর।
কৎলি গুণমঞ্জরীনা কর্পূর তাম্বুল ॥
য়েংজৈ মোহনদাসনা মপোক মহৈ য়ান্না ॥১০

হোলি-খেলা-রসকী শৈশক লোমলে ॥৪৫

---

১। ভুমেতে—পঃ কঃ, ২। দেয়—পঃ কঃ, ৩। আউলাইয়া পড়ে মহীতলে, ৪। বিভোর, ৫। চামর—পঃ কঃ।

**য়েংশানবা—** দুঁহে, যুগায়—মসি ছাপাদা দৌহে, যোগায় অমুমা নৈ, উচ্চারণদা অহল্লমগ্না ইবীরবা মওঙ্ অদু থমজৈ।

## * মধুপান-রস বর্ণনং

রাগ—স্থানক

অপরূপ গৌরবর রঙ্গ।
সহচর সঙ্গে করি ব্রজলীলা মনে পড়ি
চলি যায়ে প্রেমের তরঙ্গ ॥ধ্রু
মধুপান লীলা যত মনেতে পড়িলা কত
[1]মধু দেও মধু দেও বলি কান্দে।
শুনিয়া ভকতগণ প্রেমে মত্ত মজিয়া মন
সভে মেলি লেই মধু ভাণ্ডে ॥
মধুপান করি সভে মত্ততা হইল তবে
নীর বহে বিকল পরাণ।
প্রেমেতে আকুল হয়া সম্বিত না পারে হিয়া
ভুমি পড়ে সব ভক্তগণ ॥
ঐছন গৌরাঙ্গভাব বুঝিতে না পারি সব
মোর পহুঁ ব্রজেন্দ্র নন্দন।

---

রাগ—স্থানক

গৌরাঙ্গগী লীলা অঙকপনি'
নীংশিংহুনা ব্রজলীলা চৎলি প্রেমনা ঈহৌননা
গঙ্গা তোরবান্দা ভক্তশিংগা ॥ধ্রু
নীংশিংলক্লে মধুপানদো শান্নখিবা লীলা অদো
নিরি কপ্না গৌরাঙ্গনা মধু পীয়ু ॥
তারবদা ভক্তশিংনা লূপ্নহুনা প্রেমদ ঙম্না
কৎশিল্লক্লে মধু গৌরাঙ্গদা ॥
মধুপান তৌরে হরাউনা ঙাওমিন্নরে ময়াম 'পুম্বা
শিন্থনরি মিৎ-তনা পিরাং ॥
অকনবা প্রেমগী শফু থিংন-ঙমদে কনানমু
লৈমায়থক্তা ওম্নে ভক্ত 'পুম্বা ॥
অসিগুম্বা গৌরভাবপু খঙ্লুগনি কনানবু
মতৌমক্কি ব্রজনিংথৌমচা ॥

---

১। মধু দেহ মধু দেহ—চৌঃ ৪। * মধু—ময়াইকাবা পোৎ, লৈদগী শেম্বা।

---

* রস অসি কম্বোং য়াইমনা শকখিবনি।

রাধামোহন দাস রসের পাথারে [1]ভাস
ইহ রস করি নিবেদন ॥১

কুসুম কাননে সঙ্গে সখীগণে
রাই কাহ্নু বসিয়াছে রঙ্গে ॥
সময় উচিত করি অনুমিত
বনদেবী তহি‍ঁ [2]সঙ্গে ॥
বৃন্দাদেবী তহি‍ঁ নিজগণ সঙ্গহি
গান করি ভরি মধু লেই।
সখীগণ সঙ্গে রাই কাহ্নু যাহাতে বৈঠলি
সুজনে তহি‍ঁ মধু দেই ॥২

[3](দেখ দেখ) অপরূপ মধুপানক রীত।
[4]রাধা শ্যামর দুহুঁ সখীগণ লেই রহুঁ
পিবইতে [5]মাতুল চিত ॥ধ্রু
[6]কাহুক গলিতহি চিকুর কোই [7]চিতহি
কোই পড়ল [8]মহি মাতি।

---

কোয়না তাউরি রাধামোহন রস ঈপাক ইরেন্নুংদা
মিতাজনা অসিগুম্বা রস ॥১

ঙাম্বোইরি অনিনা শ্রীরাধা মাধব
খাত্রাঙ্ ফমতুনা লৈগী কুঞ্জদা ॥
মতম তাঙ্গা খঙ্না পেন্নবা অনিনা
থোরাঙ্লক্লে বন-দেবীনা ॥
সখীশিং লোয়ননা মুংশিবা খোঞ্জেলনা
য়েল্লি কোয়না মধু ঈশৈ শক্না ॥
কৎশিন্নরি ভক্তশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা
প্রেম-ভক্তি-মধু সেবা শক্লা ॥২

য়েংউ সখি অঙকপা মধুপানগী মতৌ।
রাধাশ্যাম অনিমক্না সখীশিংগা লোয়ননা
ঙাওচৎনরি মধুপান তৌবদা ॥ধ্রু
শম্নুন হীকথৈ কনানা ফীজোন কোমলি অমনা
হাইহৎলি লৈমায়দা কনা'মনা ॥

---

১। ভাষ—চৌঃ ১, ২। রঙ্গে—চৌঃ ৪—ময়ক্কা মান্নবা শব্দ অমা লৈগ্রবনা মসি 'সঙ্গে' না চুমগনি। পঃ মঃ ৩য় ২৮০—৩। ছাপাদা ব্রেকেট মনুংগী অসি লৈতে, ৪। রাধাশ্যাম সবহুঁ সখীগণ সঙ্গে, ৫। মাতল, ৬। কাহুক গলিত, ৭। চৌয়ই, ৮। মতি।

কাহুক মউর মুকুট মুরলী খসি
মুখ সঞে [১]পড়ি গেল ক্ষিতি ॥
[২]সুবদনী বেণী গলিত কুচ অম্বর
শ্যাম উপরে পড়ু [৩]তোড়ি।
[৪]উদ্ধবদাস তহিঁ পাছে রহি হেরই
তনুমন ভৈগেল ভোরি ॥৩ পঃ মঃ ৩য় ২৮০

নবীন কিশোরী [৫]রাই নব মধুপান
[৬]মধুমত্তে প্রলাপয়ে ঘূর্ণিত লোচন ॥ধ্রু
ল ল-ল ললিতে [৭]প-প-প পশ্য রাধাচ্যুতে
[৮]গ-গ গ-গন কেনে ল-ল ল-লম্বিতে ॥
[৯]স-স-স-সকল মণ্ডল সমায়তে।
হা কিং কিং কিং ধ-ধ ধরণী ঘু-ঘু ঘুর্ণিতিতে ॥
ভি-ভি ভি-ভিরুরুহমত্র কথং জীজীবাম্যুর্ব্যাং
লগস্যসি যদা দয়িতস্য কণ্ঠে
বি-বি-বি-বিপিন ম-ম-ম মহিরসহিতে ॥৪
পঃ মাঃ ৩য় ২৮০, পঃ কঃ ৪র্থ ৯৫

---

কোক্কী রাহোং চূড়া খুত্তা পায়রম্বা মুরলী
লৈখরে তাঙ্গনা লৈমায়থক্তা ॥
হীকথখরে বেণী নাম্বোকখরে থাখুমফি
নম্বহনা তারি শ্যামগী থক্তা ॥
য়েংজে উদ্ধব-দা স না লৈজহনা অরাপ্পদা
থরায়-হকচাং'পুন্না ইমুন মুন্না ॥৩

থকখিদরি হান্না 'মুক্তা অহানবনি ঙসিনা
লোল্লি চোইরোন শ্রীরাধিকা মিৎস্না উইরুম তৌনা ॥ধ্রু
ল-ল-ল-ললিতে য়ে-য়ে-য়ে-য়েংউ গোবিন্দসে
নো-নো-নোং-দোন অসে কী-কী-কী-কীম্বরে।
ম-ম-ম মথক ম-মথাসে তিন্নখরে
অ-অ-অরাবনি য়েংউ লৈ-লৈপাক লৈমসে লৈ-লৈরিসে ॥
পা-পা-পাঙ্দরবী ঐ-ঐনা হি-হিংগনি ক-করমনা
ন-ন-নমথখরে উ-উমং লৈমায় থ-থকসিন্‌ ॥
কো-কোনজ-র-রম্লবদি ই-ইবুংঙো ঙক্তা
( হি-হি-হিংজ-গদবা ঐ ঐ অ-অ-সি )

---

১। ক্ষিতি গড়ি যাতি, ২। রাইক বেণী ৩। টরি, ৪। উদ্ধবদাস, পাশ রহি হেরইতে, ৫। সখি নব মধুপানে, ৬। মদোদ্রেকে ভ্রান্ত নেত্র প্রলাপে তখনে, ৭। সখি প-প-পশ্য, ৮। গ-গ-গ-গগনে, ৯। স-স-স-স-সকল মণ্ডল সামাইতে। মতাং অসি ফাওবা পঃ মাঃ গা মাচৈ, থক-খাদি ওচৈ, অরোইবনা ছাপাগী ৫ শুবনি, পরেং ৬-৮ দি ছাপাদা লৈতে।

শ্লোকঃ

তুং স্বামিনী প্রলপতিয়মিযাং গদেন হীনাং
করোমি কলয়াহ[১]তনিরেহিনেত ॥
[২]ইত্যুক্তি সিন্ধুরসপতেপিতক্রুতদৈব
নিষ্কজাল বিতস্তৌ বিদধানিনেত ॥ ৫

মধুপান-রস ইতি সমাপ্তং॥৪৩

---

য়েংগদবা— মথক্কী শ্লোক অসি খুৎইদা লৈবা মশক্কি। মসিগী ম্রাওকম বিজবদা কংবা ঙমদ্রে। অর্থসু তৌকম খঙ্‌দবনা থাদোকচরে। মথাদা গোবিন্দলীলামৃতগী শ্লোক অমত্তংগী তাব য়েংবীনবা উৎচরি মত্থদি—

সন্দোর্য্যং মধুতাং মুখং চষকতাং মাধ্বীকমাদর্শতাং
নেত্রদ্বন্দ্বমবাপ সন্মধুপতাং সর্ব্বেন্দ্রিয়ং নেত্রতাং।
অন্যাঙ্গং জড়তাং তয়োঃ সপুলকং চিত্তং স্মরোন্মত্ততাং
সামগ্রেব তদেতরেথমভবৎ পানক্রিয়াপ্তোন্নতিং ॥ ৮৩

গোঃ লীঃ ১৪ সর্গ

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নীংথিবা কজবা মতৌনা থকবা মন্নাইকাবা পোৎমক ওইরি, মাম্নথোং অনিমক্তা পোৎ অন্থুগী হাপ্নকম (তুংকম) পাত্র ওইরি, মহুনা অমনা অমগী শকয়েং-মিংশেল ওইনরি, মিৎন্না অনিমক্কুনা থোইমুগী শকুম লৌরি অমসুং অমনা অমবু য়েংননীংবা মন্নাইনা মত্থুগী ইন্দ্রি ওইরি। ইন্দ্রিগী মসুংচন্দ্রবা হকচাং অপুম্বনা চরাউ তুজুংননা পঙ্‌থনরক্লি অমসুং থম্মোই অনিমক্তা কামগী মন্নাইদা ভাওনরি। অসুম তৌনা, হান্নরিবা মতৌশিং অসিনা মপুং ফানা মধুপানগী তোঙান তোঙানবা মচাক ওইনরি।

---

১। তুলি—পাঠ।
২। মসিদগীনা লোইবা কাওবসি চৌঃ নং ১ দা য়াওদে।

* বক্ষ-বিলাস-রস বর্ণনং

রাগ—দেবনারী (দেবাগরী ?)

(দেখ) দেখ অপরূপ দুহুঁজন নেহ।
কো কছু ভাব প্রেমময় চাতুরিনী
মজিয়া পাওব থেহ ॥ধ্রু
গৌর গদাধর দুহুঁ তনু সুন্দর
অপরূপ প্রেম বিথার।
দুহুঁ দুহুঁ হরসে পরশে বব বিলসয়ে
অমিয়া বরিখে অনিবার ॥
করে কর নয়নে যো ইহ মাধুরি
সো সব কি বুঝব হাম।
অপরূপ রূপ- তনু চমকাইত
অখিল ভুবন অনুপাম ॥
অমিয়া পুত্তলি কিয়ে রসময়মূর্ত্তি
কিয়ে দুহুঁ প্রেম আকার।
হেরইতে জগজন তনুমন ভুলয়ে
যদু কিয়ে পাওব পার ॥১

---

রাগ—দেবনারী (দেবাগরী ?)

প্রেম অসে অনিমক্কী য়েংউ অঙকপনি।
খঙ্গনি কনানা লুরবা প্রেমগী ভাবপু
ন্থপ্রগতা ফংগনি ঙমখৈ ॥ধ্রু
গৌর গদাধর ফজে কয়া অনিসে
ওইরিনেসে প্রেমগী মূত্তি ॥
হরাউ মথোইকানা শান্নবা অনিনা
শিন্থরি তত্তনা অমৃত ঈরীক ॥
খৃৎতা খৃৎনা-মিত্তা মিৎনা য়েংউ কয়া নীংথিরি
করি খঙ্গনি ঐনা মচুগী ॥
ফজে কয়া য়েংউ মঙান শ্রীঅঙ্গ কান্তি
তাইবঙ্দ পান্দম লৈতে অমত্তা ॥
রস-তনা তিনবা শক্তম অমৃতগী মূর্ত্তি
প্রেমগী মতৌ য়েংউ অনিগী ॥
তাইবঙ্ জীব অপুম্বগী ঈপাক্কি লান্নফম
ঙমদে লান্থোকপা যদুত-নদি ॥১

---

*রস অসি রাংথৈ মৈলৈনা শকখিবনি।

কুটিল কুন্তল কুসুম কাচনি
কান্তি কুবলয়ভাস।
কুঞ্চিতাধর কুমুদ কৌমুদি-
কুন্দ কৈরব হাস॥
*কানু কালিন্দি কূল কাননে
কুঞ্জে কুঞ্জর রাজ।
কামিনী কুচ- কুঙ্কুমাঞ্চিত
কামকোটি বিরাজ॥
কনককিঙ্কিণি কঙ্কণাঙ্গদ
কুণ্ডলাঞ্চিত অংস।
কোক-কোকিল কণ্ঠ কুণ্ঠক
কাকলী কৃত বংশ॥
কেশরী কটি কম্বুকণ্ঠক
কঞ্জ কেশর দাম।
(কলি) কাল কালিয়- কবল কম্পিত
দাস গোবিন্দ নাম॥২ বৈঃ পঃ ৬০৭

সুচাতুরি সহচরি বাহিরে গমন।
সুনির্জ্জন কুঞ্জবন রহে দুহুঁ জন॥ধ্রু

---

খোইখোয়বা শন্নাং লৈতনা লৈতেং
মঙালনা অশংবা থম্বাল।
থরোগী থানিননি মোমোন মীনোক্রা
তাইবঙ্ খোন্না মঙাল পীবা॥
ককঙাওনৈ কুঞ্জদা কৃষ্ণ কহ্নৈয়া
শারূপ শা-বু শামুগুম্না॥
কুন্ধুনগী লৈতেং গোপী নহা ডানফম (থাবোম)
কামকোটি কায়দোংফম্নি॥
নাপ লৈতেং কুণ্ডল কিঙ্কিণীনা খাঙ্গোয়
থৃজেংদনা সনাখুজি॥
শৈহেক্লে হুংশিনা কোকিল খাম্বাঙ্গুম্না
বাঁশী খোঞ্জেন ঈরোয়ননা॥
নোংশাগুম খাঙ্জেংদা ফল্লবা থবাক্তা
থম্বান-লৈরীক পরেং থোনবা।
কলিগী অমম্বা লায়না কোকহনবা
শোঞ্জে মাবু গোবিন্দনা॥২

ডাল্লি অনি চীক্লা ঈংনা কুঞ্জগী মহুংদা।
হৈশিংলবী সখীশিং থোকখরে মপান্দা॥

---

* ঊশৈ অসি শ্রীমতী ক্ষেত্রি তোম্বীনা অভিনয় কোন্নবা ওঝাশিংদগী তমহোন্নবা শকলি।

কুঞ্জপথ করি রুদ্ধ দিয়া লতাপাশ
সভে ঠাড়ি রহে দ্বারি বাঢ়ে দ্বিগুণ উল্লাস ॥
নবকুঞ্জ-রস-পুঞ্জ কুসুম নিকরা
মধুমত্ত কত শত ঝঙ্কৃত ভ্রমরা ॥৩

আধ আধ অঙ্গে মিলন রাধা কানু।
আধ অঙ্গে শোভে চন্দন আধশিরে ভানু ॥ধ্রু
আধ নীল আধপীত আধ পাতে কণি।
আধ গলে মুকুতা আধ গলে মণি ॥
অঙ্গে অঙ্গে হেলা হেলি ফিরা ফিরি বাহুঁ
গোবিন্দদাস বোলি চাঁদ গড়াছিল রাহুঁ ॥৪

দেখ রাধামাধব ভাতি
ছাতির উপরে কর ছাতি ॥ধ্রু
যেন নীল হেম গিরি মাঝ
উনত কুচু বিধু সাজ ॥
মৃদু মৃদু করতহি বাত
প্রেম পূরল সব গাত ॥

---

থিংজিনখরে ঊরী-রারীতনা কুঞ্জ লমজঙ্
লৈনৈ কোয়না থোঙ্ শঙ্ বগুম থম্মোই ঈহৌনা ॥
লৈতনা য়োমলি কুঞ্জহুং রস কয়া চেল্লি
ককঙাওনরি খোইমুনা লৈরাং লৈহী থিনা ॥৩

কয়া নীংথি য়েংউ ওইরি অমা অনিনা
থোকলি শুমিৎ অমদনা অমগীনা চন্দন ॥ধ্রু
থিল্লি তম্ফা সনাথক্তা লিনগী মতোকসু খাল্লি
অমদনা মুক্তা পরেং শিরি মণি অমগীনা ॥
য়েংউ কয়া নীংথিজরি অনিমক্কী মতো
উমলি থাবু রাহুনা শৈহেকচৈ গোবিন্দনা ॥৪

ঙাল্লি য়েংউ রাধা মাধব
খাল্লি পে-গুম পে-গী থক্তা ॥ধ্রু
থোকলি য়েংউ অশংবা থানিন্
ইরং-লংনা সনজীং মতোন্ ॥
শিৎলি লিরি,লিরি মলয়ানা
থূম্বাংনৈ প্রেমতনা ঈহৌননা ॥

ঙ্গু মন আনন্দে ভাষে
হেরাইতে উদ্ধবদাসে ॥৫

দেখ শখি শ্রীরাধা কুঞ্জপট-রাণী।
নব নব দামিনী অঙ্গ তরঙ্গিনী
মেঘ নীলাম্বর বেশ [১]বানানি ॥ধ্রু
সফরী নয়নী ধনী চঞ্চল নেত্রারিণী
[২]মধুরিপু লাবণী লহরি বিলাসী ॥
গণ্ড-মকুরজিনী তাম্বুল বয়নী
কান্তি দশনজিনী [৩]কুন্দ বিকাশি ॥
পীনপয়োধর মনমথ মন্দির
তাহি মধুসূদন করত বিশ্রাম ॥
চরণ নূপুর ধ্বনি বৃন্দাবন বিজয়িনী
তহিঁ দীন প্রেমকি সেবন ধাম ॥৬

জয়তি জয় শ্রীল প্রেম হেম ধামা
নামাশীলা গন্ধর্বা শ্যাম-প্রাণ-বল্লভা
শ্রীবৃন্দাবন বিজয়িনী রামা ॥ধ্রু

---

থম্মোই-ঈহৌ হুংঙাইবা ঈথক
য়েংঙৈ পেন্না উদ্ধবদাস ॥৫

য়েংজো সখি শ্রীরাধা কুঞ্জগী মবেম্মা।
নোংথাঙ্ কুচু ঙমজবী লৈরাংগুম তনোবী
কীজোন শংলেন থোনবী শ্যামবু শুষ্কাৎপী ॥ধ্রু
শক্তি মিত্তা তাবী রাধা য়েংলি তথক মিংস্না
রসত্তগী মশক্তি প্রেমগী ঈহৌকমনি ॥
চায়রুংমা শকয়েং-মিংশেন তঙ্গাংলি চীনবান্না
লৈরাং কুন্দগুন্না ঙাল্লি য়াগী পরেং ॥
কামগী তুংফম ওইবী চীংজাউ নাপোম মথক
পোথাক্লি বনমালী অরা-অনা কাউনা ॥
চরণথক্তা নূপুর থীংলি খোঙ্গোক হুংশিনা
তোল্লবগী লায়ক্জকম ঈড়াৎনজফম ॥৬

জয় ওইরি রাধিকানা প্রেমগী তুংফম ওইবী
শ্যামবু য়োনা শুষ্কাৎপী কৃষ্ণনা থরায় ওইবী
পূর্ণিমা থানিন ওইবী বৃন্দাবনগী ॥ধ্রু

---

১। বনানি, ২। মধুরিপু, ৩। কুন্দ বিকশি।

ভ্রূ-যুগ-শোভিত অতনু-ধনু-খণ্ডিত
শ্যাম হৃদি দীরোদ বনিতা ॥ ?
ব্রজনব বনিতা প্রেম-কলা-পণ্ডিতা
শ্যাম রস মাধুরি সেবিতা ॥৭

বক্ষ-বিলাস-রস ইতি সমাপ্তং ॥৪৭

---

পীশূমনা খোইখোয়বী ওমজৈ কামগী লীরুংমকপু
ঙাল্লি থম্মোই লকাহুং শ্যামগী ॥
লৈরাংনি তনৌজবী প্রেম-সেবাদ খোয়জঙবী
লীলা র-স-ত-না লৈতেংনবী ॥৭

বক্ষ-বিলাস-রসকী লৈশক লোয়রে ॥৪৭

## *স্বাধীন ভর্তৃকা-রস বর্ণনং

রাগ—গোণ্ডকিরী

দেখ সখি গৌর [1]নটন কিশোর।
স্বাধীন ভর্তৃকা [2]সো বর নায়িকা
ভাবে বুঝি ভেল বিভোর ॥ধ্রু
কহত গদ-গদ শুনহ বিদগদ
প্রাণ বল্লভ মোর।
কেশ বেশ কর সিঁথে সিন্দূর
ভালে তিলক উজোর ॥
পীন [3]পয়োধর নখরে [4]বিদার
পুরহ মৃগমদ সার।
[5]কর্ণেতে কুণ্ডল কমল কুবলয়
[6]গলেহি মোতিম হার ॥
এতহুঁ কহি পুন কাঁপয়ে ঘন ঘন
[7]নয়ন আনন্দ লোর ॥

---

রাগ—গোণ্ডকিরী

য়েংউ সখি গৌর-নওল-কিশোর ॥
স্বাধিন-ভর্তৃকা অথোইবী নায়িকা
মতৌ অহু ওইরি শ্রীগৌরাঙ্গদা ॥ধ্রু
হায়রি ইকাই হংগোই তাবিয়ুদ ইবুংঙো
থরায়-মক্ত-গীস্নু হেনবা ॥
লৈতেংবীয়ু ঐবু চাইবীয়ু সিন্দূর
নম্বিয়ু লৈতেং-চন্দন লাইপক্তা ॥
য়েকউ লৈতেং উনা থাবোমথক্তা ঐগী
তৈবিয়ু মৃগমদ চন্দন ॥
নাপদা কুণ্ডল থম্বালগী নাচোম
ঙক্তনা মোতিগী পরেং ॥
হায়না হায়না অম্সুম নীকলি হন্না হন্না
লুংঙাইবা ঈরানা মিৎতা ॥

---

পাঠান্তর: বঃ ওঃ—১। নওল, ২। সুরবর, ৩। পয়োধরে, ৪। বিদরে, ৫। কানে, (কর্ণে—চৌঃ ৪), ৬। গলহ, ৭। নয়নে, নয়ানে।

* রস অসি চোংথাম মোহদায়কা শকখিবনি

রাধামোহন- দাস চিতহি
কছু না পাওল ওর ॥১
গীত: রত্না: ৩৮০, প: স: ৪৪৪

রতি অবসানে [১]বৈঠে বর নাগরী
[২]উদসল আপনক দেহ।
হেরইতে অবনত বদন [৩]কমল পুন
কি করব না [৪]পাওল থেহ ॥
[৫](অপরূপ) প্রেম রাইরূপধারী।
ইঙ্গিতে নিজবেশ [৬]করায়লি
[৭](নির্জ্জন) রতিসুখে কুঞ্জবিহারী ॥ধ্রু
ইষদবলোকনে মাধব হেরইতে
নয়নহি আনন্দ [৮]লোর।
জনু-বর-বিধু-মণি বিধুকর [৯]দরশনি
তৈছন সকল শরীর ॥
অলক [১০]সুঙারিতে পহিলহি কাঁপই
[১১]বরকুচ পরশিতে [১২]কান্ত।

---

চঙরুখরে রাধামোহনদি
লেপলি তৌফম খঙ্জদনা ॥১

লোইরবদা লীলা ফমলি শ্রীরাধা-রাণী
রাইশংজনা অয়েৎপা লৈতনা ॥
উরুবদা লুরুরুবী মায়থোং থানিন নীংথিজবী
খঙ্খিদে তৌফম লৈতাদনা ॥
প্রেমগী শকফম রাইগী শকুম্
ইঙ্গিত তৌরি রাইনা বেশ সাজন তৌহন্নীংনা
রস-রাজ শ্রীগোবিন্দদা ॥ধ্রু
খোইখোয়বা মিৎচিনা য়েংলি কৃষ্ণ খৌরাংনা
হোংঙমদনা মিৎয়েং শুম্নত্নুনা ॥
থাগী ঈরীক ফাওরবা চন্দ্রকান্ত মণিগুম্বা
ফাওরি হকচাংদ লৈচিন ইনিল ॥
শোক্রুবতদা শম্নাং নীক্রক্লে কৃষ্ণ হকচাং
থিংঙমখিদে হোৎনত্নুনা ফনা ॥

---

বৈ: প: ৯১৬—১। বৈঠি, ২। উদসল আপক দেহ, ৩। কমল, ৪। পায়ই, ৫। 'অপরূপ' নাগুদে, ৬। করবে নিয়োজল, ৭। 'নির্জ্জন' নাগুদে, রতি সুখ কুঞ্জবিহারী, ৮। নীর, ৯। পরশনে, ১০। সঙারিতে, ১১। বর করে, ১২। কন্তু।

কহ রাধামোহন বেশ কৈছে হোয়ব
[1]চূড় চরণ পরিযান্ত ॥২ পঃ সমুদ্র ৪৫৯, বৈঃ পঃ ১১৬

আকুল কুটিল [2]অলককুল সমরী।
সীঁথি [3]বনাই বান্ধ পুন কবরী॥
তহিঁ [4]সমারহ সিন্দূরক বিন্দু।
কুঙ্কুমে মাজি সাজাহ মুখ ইন্দু॥
এ হরি রতিরস অবশ রসাল।
বিঘটিত বেশ বনাহ পুনবার ॥ধ্রু
[5]কাজরে উজোরহ লোচন ভ্রমরী।
শ্রুতি [6]অবতংসহ কিশলয় [7]সমরী॥
পীন [8]পয়োধরে থির কর আপি।
[9]মৃগমদে রঞ্জহ নখপদ ছাপি॥
বিগলিত কম্বু বলয়গণ মোর।
সাঁধে পিন্ধারহ নূপুর জোর॥
মেটল যাবক পদে পুন [10]লেখ।
[11]গোবিন্দ দাসিয়া দেখউ পরতেক ॥৩
গোঃ পঃ ৫৬, বৈঃ পঃ ৬৭৮, রসঃ কঃ বল্লী ২৪২, ৩১৭

---

হায়জে রাধামোহননা করম তৌবা সাজননা
নীকলি খোঙ্‌তোন্দি ফাঙমদনা ॥২

শেমজিনবীয়ু অমুক ফারে য়েংউ কোক্কী শম্নাং
সিংগ্রেঙ্‌ থায়না সুতুং শমজি পুল্লো অমুক ॥
সিন্দূর্মরীক ময়ীক চাইশিল্লু ময়ায়দা
কুঙ্কুম চন্দন মকূপ তৈবিয়ু মায়খোংদা ॥
শেমজিন শাজিনবীয়ু ফিজেৎ লৈতেংবিয়ু
কোমথ হীকথরুবা রতিগী লানফমদা ॥
থাবিয়ু নৌনা কাঁজল ইমিৎ মিৎপান কোয়না
নাপ লৈতেংবীয়ু য়েন্নৌ য়েন্নাতনা ॥
তৈশিনবীয়ু কোয়না মৃগমদ-চন্দন
থৃজীন মকম থুমনা থবোম থাকম ভান্না ॥
শেন্দু মকম চানা খূজেং-মোইবুং খূজি
শিজিনবীয়ু খোঙ্‌দা মণি-নূপুরনা ॥
তৈয়ু যাবক মহী নৌনা ভাঙ্‌না খোঙ্‌দা
গোবিন্দ দাসনা য়েংজে খূদীংমক্তা ॥৩

---

১। চূড়-চরণ পরিযন্ত, থূংইদা—২। অলকাকুল, রসায়রি, ৩। বানাই, ৪। সমরক, ৫। পরেং অজি-খূংইদা লৈতে, ৬। অবতংস, ৭। চমরী, ৮। পয়োধর, ৯। মৃগমদ রঞ্জন নথ পদ ঝাঁপি, ১০। লেখ, ১১। গোবিন্দ দাস দেখে।

জয় জয় রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ দেব
শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবর সেব ॥
হাহা ব্রজরাজসুত হাহা বৃষভানু সুতে
ভক্তিরসে প্রতিমূর্ত্তি ছলে আবির্ভূতে ॥
প্রফুল্লিত অরবিন্দ তোরপদদ্বন্দ্বে
চিত্তভৃঙ্গ রহুঁ সদা পিয়ে মকরন্দে ॥
শ্রীযুত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ সেবা অধিকারী
চিরজীবী রহুঁ সর্ব্বে রস বলিহারী ॥৪

স্বাধীন-ভর্তৃকা-রস ইতি সমাপ্তং ॥৪৮

---

জয় ওইরিনে রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ অনি
নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা ঈড়াংচবা লুনা ॥
হে ব্রজরাজ কুমার হে ভানুরাজ কুমারী
প্রেম ভক্তি-রস মূর্ত্তি পীনহৈবা মুক্তি ॥
থৃয়া থম্বাল অনিমক্না লান্নকমনি থঙনা
চঙজরি পূক্নীং খোইমুন' লৈহী মিতাঙ্গুনা ॥
পীনৌ চন্দ্রকীর্ত্তিসিংবু শ্রীচরণ সেবাবু
পালহনবীযু কুইনা রস সেবা তৌনা ॥৪

স্বাধীন ভর্তৃকা-রসকী শৈশক লোমলে ॥৪৮

## * নায়িকা প্রেম বৈচিত্ত্য-রস বর্ণনং

রাগ—পরজ

হরি হরি গৌরা কেনে কান্দে।
নিজ সহচরগণ পুছই কারণ
হেরই গৌরমুখচান্দে ॥ধ্রু
অরুণিত লোচন প্রেমভরে ভেল ছুন
ঝর ঝর ঝরে প্রেম বারি।
যৈছন শিথিল [1]গাঁথিল মোতিফল
খসয়ে উপরি উপরি ॥
সুঙরি বৃন্দাবন নিশ্বাসই পুন পুন
আপনার অঙ্গ নিরখিয়া।
দুই হাত বুকে ধরি [2]রাই রাই হেন করি
ধরণী [3]পড়ল মূরুছিয়া ॥
তহিঁ প্রিয় গদাধর [4]বসিয়া স কুলকোর
কহয়ে শ্রবণে মুখ দিয়া।

---

রাগ—পরজ

হরি হরি গৌর(না) কপলি করিগী।
মনাই ভক্তশিংনা হংজরি মরম
চিংনা য়েংনা মায়থোং থস্বাল ॥ধ্রু
ভাওচংনরি প্রেমদা ভাঙ্জুনরি মিৎস্না অনি
ততুনা চেম্বরি প্রেমগী ধারা ॥
তত্তুনা কেনবগুম পরেংদগী মুক্তা
অমগী মথক্তা অমুক অমা ॥
নীংশিংলি বৃন্দাবন হোল্লি স্বর ফুয়না ফুয়না
শ্রীঅঙ্গদা য়েংলি মথন মুন্না ॥
খূৎ অনি থবাক্তা থম্না কৌরি তোয়না রাধা হায়না
হাইহংলি লৈমায়দা রাম্বত্তুনা ॥
চেনশিন্দুনা গদাধর কোনখৎচরি মতম্বাক্তা
শোল্লি হরি হরি নাকোঙ্নাক্তা।

---

বৈঃ পঃ ১৬১— ১। গাঁথল মোতিম ফল, ২। রাই রাই করি, ৩। পড়য়ে, ৪। ধরিয়া করিল কোর।

---

* রস অসি নিংথৌজাম্বা শেন্নুংবনা শকখিবনি।

[১]উঠে লহু লহু হাসে জগজন হেরি তোষে
বাসুঘোষ [২]মরমে বুঝিয়া ॥১ বাসুঘোষ পঃ ৫৩

রোদতি রাধা শ্যাম করি কোর।
হরি হরি কাহাঁ গেও প্রাণনাথ মোর ॥
[৩]জান বিহরে সখি প্রেম অগেয়ান।
[৪]নাগরের কোরে নাগরী নাহি জান ॥
→
দারুণ বিরহে না হেরই [৫]রহ তায়।
সহচরী চিত্রপুতলি সম চায় ॥
ঐছন হেরইতে রাইক রীত।
গোবিন্দদাস [৬]ভেল চিত চমকিত ॥২ পঃ কঃ ৭৭৯

কত পরকারে তহিঁ পরিচয় দেল।
হেরইতে মুখশশী দুঃখ দূরে গেল ॥ধ্রু
সহচরীগণ সব চমকিত ভেল।
সজল নয়ানে [৭]দুহু আলিঙ্গন কৈল ॥

---

নোকলি অমুক খঙ্‌হোদনা পেন্নৈ ভক্ত উজ্জবনা
মৈশা লাংলি পূক্নীং বাসুঘোষদি ॥১

তেংথারি রাধা শ্যামগী তম্পাক্তা
ওয়োকপনি কৈদা লেঙ্‌খ্রে লৈবম্বা হুজীক্তা ॥ধ্রু
ঙাওখিবনা েমনা খঙ্‌খ্রি করিমত্তা
ঈরাকুরি রাধা শ্রীহরি তম্পাক্তা ॥
কায়না মৈশা লাংলি লৈনমক মনাক্তা
য়েংনৈ সখীশিংনা লেপ্তুনা মাগী মতা ॥
গোবিন্দদাসনা য়েংজরি মতৌ
চঙ্কুনা থম্মোই রাধাগী থোদো ॥২

লৈতাহল্লে রানা রাধা থেম্বা নোবা তৌনা
উরবদা থাজ মায়থোং কোকলে থম্মোই চৈনা ॥ধ্রু
অকোয়বদা সখীমখৈ থেংনৈ ঙকপা পংখৈ
মিৎস্না থম্বাল ঈরা লোৎচৈ কায়না মৈরি মূৎচৈ ॥

---

১। পুনঃ অট্ট অট্ট হাসে, জগজন মন তোষে, ২। মরমে ঝুরিয়া,
বৈঃ পঃ ৬০২— ৩। জানলুঁ রে সখি, ৪। নাগর, ৫। 'রহ' অসি ছাপাদা লৈতে।
৬। চিত সচকিত। → বৈঃ পঃ দদি মরক অসিদা লাইন অনিথক লৈ মথুদি—
৭। 'দুহুঁ'—বৈঃ পঃ দা য়াওদে। মুরছলি নাগর মুরছলি রাই
বিরহে বেয়াকুল কুল না পাই ॥

আঁচলে মুছায়ত নায়ক লোর .
যতনহি দৃঢ় করি দুহুঁ করু কোর ॥
কোই সখী দেওত চামরক বায় ।
গোবিন্দ দাস হেরি ১দুহুঁক গুণ গায় ॥৩

জয় জয় রাধা কৃষ্ণের প্রেম অদভুত।
নিতুই নৌতুন প্রেম অনুরাগ যুত ॥ধ্রু
জয়রে জয়রে রাধা মাধব ।
হেম নীল কান্তিধর রাই কাহ্নু সুন্দর
ইহ নব নিকুঞ্জ মাঝে ।
রাই কাহ্নু সুবিরাজে ॥৪

জয় জয় রাধা মাধব জোর
তড়িত নবঘন কিয়ে মণি কাঞ্চন
কুবলয় চম্পক বিভোর ॥ধ্রু

---

মায়থোং থম্বাল পিরাং মরী তৈথোকলি ফীজিনা
কোনশিঞ্জরি চেৎনা চান্না পাম্বোম অনি তিংনা ॥
থৌগজে সখীনা চামর হুমহুনা
শৈরাংজরি পেন্না গোবিন্দ দাসনা ॥৩

জয় ওইরিনে রাধা-কৃষ্ণগী অঙকপা প্রেমনা
নৌহনতা লৈবা প্রেম অনুরাগতনা ॥ধ্রু
জয় ওইরি শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা ।
সনাথক্কী তম্ফারেননি য়েংউ কয়া নীংথিজে
পুমঙান ঙাল্লি নিকুঞ্জদুংসে
মঙাস্তনা য়েংউ অসে ॥৪

জয় ওইরি রাধা গোবিন্দ অনি ।
ঙাল্লি নোংথাঙ নোংলক্তা থিল্লি তম্ফা সনাদা
অথংবা থম্বালগা শাৎলি লৈহাউগা ॥ধ্রু

---

১। দুহুঁ ।

শ্রীবৃন্দাবিপিন মাঝে মণিময় লতাকুঞ্জে
মদন সেবিত তুহাকার।
ললিতা বিশাখা সনে কোই সখী আত্মার্পণে
তুহুঁ আগে সেবা পরচার ॥৫

নায়িকা-প্রেম-বৈচিত্ত্য রস ইতি সমাপ্তং ॥৪৭

---

শ্রীবৃন্দাবনগী য়ায়দা মণিগী লতাকুঞ্জদা
থোগল্লি মদননা অনিমকপু ॥
থোগজবী সখীশিংনা কৎনজরি থয়ায় হকচাং
চঙ্‌জৈ সেবা নীংজবা থুংনা ॥৫

নায়িকা-প্রেম-বৈচিত্ত্য-রস-কী শৈশক লোয়রে ॥৪৭

## * জলকেলি রস বর্ণনং

রাগ—আহীর

জলকেলি [১]গৌরচাঁদ মনেতে পড়িল
[২]পারিষাদগণ সঙ্গে জলেতে নামিল ॥
কার অঙ্গে [৩]কেহু কেহু জল ফেলি মারে
গৌরাঙ্গ ফেলিয়া জল মারে গদাধরে ॥
জলক্রিড়া করে [৪]গৌর হরষিত মনে
[৫]বোল হরিবোল বলি করে জনে জনে ॥
গৌরাঙ্গচাঁদের লীলা কহন না যায়
বাসুদেব ঘোষ [৬]তহিঁ গৌরগুণ গায় ॥১

সব সখীগণ মেলি করল পয়ান
[৭]কৌতুক কেলি-কুণ্ড অবগাহন ॥
জলমাহা [৮]বৈঠল সখীগণ মেলি
[৯]দুহুঁ মন করকত করু জলকেলি ॥

---

রাগ - আহীর

নীংশিংলক্লে জলকেলি গৌরাঙ্গগী পুক্নীংদা।
লোয়নহুনা ভক্তশিংগা কূমলক্লে ঈশিংদা ॥
চাইশিল্লি কনানা ঈশিং কনাগী মশাদা
গৌরাঙ্গনা চাইশিল্লি ঈশিং গদাধর তম্না ॥
জলকেলি শান্নে গৌর হরাউমথোই কানা
শোন্নে হরি হরি হায়না লাউনৈ মীপুম তিংনা ॥
খঙ্‌বা ঙমদে গৌরাঙ্গগী অসিগুম্বা লীলা
বাসুঘোষনা শকচরি শোঞ্জে গৌর-গুণবু ॥১

সখীশিংগা লোয়নহুনা চৎলক্লে নীংথিবী
য়োরক্লে কেলি-কুণ্ড মায়থোং মকারামনা ॥
কূম্নকলে কুণ্ড-ঈশিং সখীশিংগা লোয়ননা
ঈশিংগী লান তৌনরকলে শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ॥

---

বৈঃ পঃ ১৬৪— ১। গৌরাচাঁদের, ২। পারিষদগণ, ৩। কেহ জল ফেলিয়া সে মারে, ৪। গোরা, ৫। হুলা হুলি কোলাকুলি (হোলাহলি বোলাবলি—চৌঃ ৩), ৬। তাই গোরাগুণ গায়, গোঃ পঃ ৪৭—৭। কৌতুকে কেলি কুণ্ডে অবগাহন, ৮। পৈঠল, ৯। দুহুঁ জন সময় করত জলকেলি।

---

* রস অসি মাইষ্যা অস্তাংজাউনা শকথিবনি।

[১]বিগলিত কুন্তল জর জর অঙ্গ
গহন সময়ে দেই নাগর ভঙ্গ ॥
সখীগণ বেঢ়ল [২]নাগর চাঁদে
গোবিন্দ দাস [৩](তহিঁ) হেরি হুহুঁ ধন্দ ॥২ গোঃ পঃ ৪৭

রাধা সখি জলকেলিষু নিপুণা।
খেলতি নিজকুণ্ডে মধুরিপুণা ॥ধ্রু
কুচ-পট-লুণ্ঠন-নির্ম্মিত-কলিনা।
আয়ুধ-পদবী-যোজিত-নলিনা ॥
দৃঢ় পরিরম্ভণ-চুম্বন-[৪]হঠিনা।
হিম-জল-সেচন-কর্ম্মণি কঠিনা ॥
[৫]সুখ-ভর-শিথিল-সনাতন মহসা।
দয়িত-পরাজয়-লক্ষণ-সহসা ॥৩ বৈঃ পঃ ১৮২

রাধে নিজ-কুণ্ড-পয়সি
তুঙ্গীকুরু রঙ্গং।
কিঞ্চ সিঞ্চ পিঞ্ছ-
মুকুটমঙ্গীকৃত-ভঙ্গং ॥

---

নীংখায়রক্লে শম্বুন-শর্মজি ঈশিংনা থাবদা
মায়থীহুনা চেল্লে হরি অকনবা লানফমদা ॥
কোয়শিল্লি সখীশিংনা নাগর শ্যামবু
গোবিন্দনা য়েংজে পেন্না অনিগী লানফম্বু ॥২

মায়ওন্দবী ঈশিংগী লান্দা চঙ্খোনবী
শান্নরি শ্রীহরিগা মাগী কুণ্ডদা ॥
কঞ্চুলিকা (থাখুম) পায়ননবা হোৎনরকই শ্যামনা
থুৎলাই ওইনৈ রাধানা অশাৎপা থম্বালনা ॥
চুম্বন পীগে তৌই কোনশিল্লগা চেৎনা
লায়না থিংলি রাধা ঈশিংনা থাহুনা ॥
মায়থীবদা হরাউনা সনাতন প্রভুনা
উবদা শ্রীরাধানা নোকচরি হরাউনা ॥৩

কুণ্ড ঈশিংঙুংদা নশাগী
ডাল্লি নঙ্না শ্রীরাধা।
হন্না চাইরি করিগী
কৃষ্ণদা, চেল্লবা মায়থীহুনা ॥

---

১। বিথায়ল, ২। শ্যামরচান্দে, ৩। (তহিঁ) ছাপাদা য়াওদে।
থুংইদা— ৪। হঠনা, ৫। সুখভরি।

অস্য পশ্য কুন্ন-
কুসুম রচিতোন্নত-চূড়া।
ভীতিভিরতি নীল
নিবিড় কুন্তলমনুগূঢ়া ॥
ধাতু রচিত-চিত্র-
বীথিরম্ভসি পরি-লীনা।
মালাপ্যতি শিথিল
বৃত্তিরজনি ভৃঙ্গ-হীনা ॥
শ্রীসনাতন-মণিরত্ন-
অংশুভি-রতি-চণ্ডং।
ভেজে প্রতিবিম্ব-
ভাব দন্তান্তর-গণ্ডং ॥৪ বৈঃ পঃ ১৮২

বিহরই শ্যামসুন্দর।
সঙ্গে বিরাজিত ভানু কুমারী
বেঢ়ি সহচরি লেই জলভরি ॥ধ্রু
মারত পুন পুন পিয়ামুখ চাই।
চন্দ্রকোটি ভানুকোটি
কোটিজিনি মুখ শোভাই ॥

---

লৈগী লৈতেং চূড়া
মকৃলি য়েংউ কিনা শম্নাংলক্তা ॥
চন্দন চরা লৈতেং
মুৎথরে ঈশিংনা থাবদা।
ভক্ত-শিব-লৈগী পরেং
ইন্দরে খোইমু তুকথহনা ॥
ঈশিংনা চান্নবা মণি কৌস্তুভ
লংলি হেন্না হান্নদগী।
মমি তারি য়েংউ
লংলবী নঙ্গী চান্নরুংথক্তা ॥৪

শান্নরিনে শ্যাম কন্হৈয়া।
ওান্নি লোয়ননা ভানু-কিশোরী
সখিশিংনা কোয়না ঈশিং চাইশিন্ননা ॥ধ্রু
চাইশিল্লি হন্না হন্না মমুংডো মান্নথোংদা
থানিন কোটি নুমিৎ কোটি
নীংথিজে হেন্না কোটি কোটি ॥

অলং। কোটি মদন মন ভুলে
হেরি হাসত ব্রজনারী।
গাওত কত কত
গীত উচারী॥৫

নীলোৎপল কৈরবাদি সব বিকশিল।
মধুপানসুখে ফিরে ভ্রমরের গণ॥ধ্রু
কুমুদ-পদ্মিনী মধু পিয়ে মধুকর।
তবে কৃষ্ণ নীলপদ্মবনে লুকাইল॥
? {অন্বেষিতে গেলা গোপী দেখিনিল কৃষ্ণ
চুম্বন করয়ে কেহঁ মানে মুখাম্বুজ॥
তবে জল হৈতে দুই হেমাব্জ উঠিয়া।
ধরি রাখে চক্রবাক দেওয়ে ছাড়িয়া॥
পুন পুন নীলপদ্ম করয়ে লুঠন।
হেমাম্বুজ নীলাম্বুজ করয়ে [1]ক্রন্দন?॥ (ক্রিড়ণ)
বিরল হয়ে তখনে ক্ষণে ক্ষণে সঙ্গ।
সংযোগ-বিয়োগ-মাত্র [2]প্রেরিত অনঙ্গ॥

---

অলং। শুক্লৎলি কোটি কামদেব
নোকচৈ য়েংহুনা গোপীশিংনা॥
মগুণ শক্লা শক্লা
হরাউ মথোই কানা॥৫

শাংলি নৈরাং থরো থম্বাল থারীকথানা-চিংনা।
পাইরি থোইমু মপৈ ককঙাওননা লৈহী থিনা॥ধ্রু
থরো-থম্বাল্লক্তা ঙংলি কোয়না থোইমু শিংনা।
লোৎলি কৃষ্ণ কনা থঙ্দ অশংবা থম্বাল লক্তা॥
থিরকপদা গোপী ময়াম থেংনরুরি থম্বাল।
মায়থোং থম্বাল ওইনা থন্না চুপলুরি কনানা॥
থাদোরকপগুম্না ফারম্বা ডান্থ থংগোংনা
ফাওগৎলক্লি থম্বাল অনি ঈশিং ঈমায়থক্তা॥
শান্নে য়েংউ য়েৎনহনা থম্বালগা থম্বালগা।
চীল্লোক্লরি থম্বাল মশেল অঙাঙ্বা অশংবা॥
থাইদোক্লরি অনি অমুক মলয়া ঈপোমদা।
শান্নবনা মওঙ্ অমুম য়াকায়রি অনঙ্গ॥

---

য়েংগদবা— অলং অসি খুংই চৌঃ ৪ তদা য়াওই, অতৈদা থেংনদে।
১। 'ক্রন্দন' অসি অমদনা ক্রন্দন অমুম্না হৈরি, ক্রন্দননা মশীং য়াম্না, ২। 'প্রেরিত' অসিগী খুৎইশিংদা "প্রেড়িত" ওইনা য়েকলম্মী।

রাধা মাধব দুহুঁ জলকেলি রঙ্গ।
হেরি যদুনন্দন তহিঁ আনন্দ তরঙ্গ॥

অলং। ওমনি ডুবি রইল।
তরঙ্গ ভাসায় গেল॥ আনন্দ॥৬

শ্রীরাধামাধব দুহুঁ ঐছে কুণ্ডমাহ।
কুণ্ড জল-কেলি রঙ্গে করি কত নাহ॥ধ্রু
নিজ প্রিয়সখী সঙ্গে উঠি দুহুঁ জন।
ললিতা বিশাখা দুই পৈঢ়াই বসন॥
সুগন্ধি চন্দন যে শ্রীঅঙ্গেতে লেপল।
রতি রভস শ্রম-যত দূরে গেল॥
নবীন তুলসী মালা সুকণ্ঠে পৈঢ়াই।
আসন উপরে দুহুঁ আনন্দ বৈঠই॥
সেবা পরায়লি শ্রীরূপমঞ্জরী সখি।
দুহুঁক অধরে তাম্বুল যোগায় হরখি॥
ঐছে নিতি নিতি বিহরত কুঞ্জবনে।
কবে নরসিংহ হেরব দুহুঁ বদনে॥৭

জলকেলি-রস ইতি সমাপ্তং॥৫০

---

শান্নে অস্নুম থম্বাল্লক্তা রাধা মাধব অনি
উজবদা যদুনন্দন্ হরাউ ঈথক হৌজৈ॥

অলং। লূপ্নরি য়েংউ অনি।
ঈমায়দা ঈথক্লা চোম্না॥৬

শ্রীরাধা মাধব অনি শান্নে অস্নুম কুণ্ডদা।
নৌহৌনরি ঈথক হৌরি পান্দমগনি করি(গা)॥
চান্নজবী সখীশিংগা কাথংলক্লে অনি
থোগজৈ ফিজেৎ লৈতেং ললিতা বিশাখা॥
থোগজৈ চন্দননা শ্রীঅঙ্গদা অনিমক্কী
রতি লীলা(গী) চোকথ-হুইথ কোক্নরি খুদক্কা॥
তুলসী মঞ্জরী মালা থোম্নরি ভকশমদা
তাঙ্বন থক্তা মণিগী ভাস্থোইরি অনিনা॥
সেবা চঙ্খোঞ্জবী শ্রীরূপমঞ্জরী সখী
ইজৈ পানা খুদপ নীংথিবা মনম চেনবা॥
কুঞ্জবনগী লীলা শান্নবা অস্নুম্না নিতি
নরসিংহ ঐনা উজগবা কৈদৌঙৈদা॥৭

জলকেলি-রসকী লৈশক লোয়রে॥৫০

---

অলং অসি চৌঃ ৪.তদা য়াওই।

## * পাশা-খেলা-রস বর্ণনং

রাগ কদর্থা

গৌরাঙ্গচাঁদের মনে কি ভাব [১]হইলা।
[২]পাশা যে লইয়া গোরা খেলা আরম্ভিলা॥
প্রিয় গদাধর সঙ্গে খেলে পাশা [৩]ছাড়ি।
[৪]ফেলিতে লাগিলা পাশা হারি জিনি করি॥
দুই চারি [৫]করি দান ফেলে গদাধর
পাঁচ তিন [৬]করি ডাকে গৌরাঙ্গ সুন্দর॥
[৭]দুইজন মনে সুখি পাশা খেলা রসে
জয় জয় [৮]বলি ডাকে দীন বাসুঘোষে॥১

গীতঃ রত্নাঃ ২৫৯, ভঃ রত্নঃ ৫৮১, বৈঃ পঃ ১৬৪

কুসুমিত কুঞ্জে। অলিকুল [৯]গুঞ্জে॥
মলয় [১০]সমীরে। বহে ধীরে ধীরে॥
রসবতি সঙ্গে। রসময় রঙ্গে॥
[১১]দুহুঁ বুকে বুকে। শূতলি সুখে॥

---

রাগ—কদর্থা

করিবু থল্লিবা খঙ্‌দে গৌরাঙ্গগী পূক্নীং।
শান্নরকলে গৌরাঙ্গনা চৌবর মক্ল পায়না॥
অমরোমদা গদাধর হুল্লি চৌবর মক্ল।
হুন্নরকলি মহৈ মহৈ থোইবা তান্নহুনা॥
হুল্লি গদাধরনা অশুবী অশুবী হায়না
হৌনা লাউরি গৌরাঙ্গনা শুদবী শুদবী হায়না॥
হরাউনরি অনিমক্না চৌবর শান্নবদা
জয় ওইরে জয় ওইরে লাউঁজে দিন বাসুঘোষনা॥১

নৈতগী কুঞ্জদা ঙংলি খোইমুশিংনা
মলয়া ঈপোমনা খোংদোয় হুল্লি তপ্না॥
শান্নরি মাধব লোয়ননা শ্রীরাধা
কোন্নহুনা চেজেৎ চেপলি অনিমক॥

---

গীতঃ রত্নাঃ—১। হইল, ২। পাশা সারি লয়া পহুঁ খেলা আরম্ভিল, ৩। সারি, ৪। নৃত্ত করিতে লাগিল পাশা জিত করি, ৫। বলি, ৬। বলি ডাকে গৌরাঙ্গ নাগর, ৭। দুহুঁজন মগন পাশা ক্রীড়ারসে, ৮। দিয়া গায় বাসুদেব ঘোষে,
থুংইদা—৯। গঞ্জে, ১০। সমীর, ১১। ধনী করি বুকে।

---

* রস অসি চোংথা বিলাতিনা শকখিবনি।

[১]ধরি কুচকলসে। ঘুমল [২]অলসে॥
কিশোরি কিশোর। [৩]নিন্দে ভেল ভোর॥
রহলি আবেশে। দিন ভেল শেষে॥
কানন দেবী। কোকিল সেবি॥
করায়লি [৪]গানে। জাগল [৫]কানে॥
* ধনি উঠি বৈঠে। কচালই দীঠে॥
* শেখর ঠাড়ি। লই জলঝারি॥
তুহুঁ মুখ [৬]চাঁদে। খোই [৭]সুচাঁদে॥২
* পান কর্পূরে। তুহুঁ মুখ পূরে॥
বৈ: প: ৩৫০, প: ক: ২৭৯৩

মন্দ পবন বহে মনোহর স্থান [৮]রহে
সুশীতল [৯]যমুনার কূলে।
চৌদিগে সখী মেলি করত [১০]কোলাহলি
কুঞ্জে কল্পতরু মূলে॥

রাধা [১১]মাধব কেলি বিলাস॥
তুহুঁ [১২]শোভে অভিসারি [১৩]খেলত পাশা ছাড়ি
[১৪]কৌতুক হাস পরিহাস॥ধ্রু

---

লৈগী শয্যাথক্তা চীক্লবা কুঞ্জদা
চেপলি ঈশিশিনা কিশোর কিশোরী॥
থেঙ্লক্লে তুংগিল মতম লৈথরক্লে তুমিৎ
থৌদারবলে বৃন্দানা উচেক-রায়া 'পুন্বদা॥
য়াকায়হল্লে অনি তুংশিবা শৈরোন্না
রাধা কৃষ্ণ অনি লেঙ্খৎনরি ফিংনা॥১

তপ্পা শিংলি নুংস়া লৈতনা য়োমলি কুঞ্জতুং
হকচীক লাংলি যমুনা ঈরীক্লা॥
অকোয়বদা সখীশিং ইনিল নিল্লি হরাউনা
মথোঙ্দা কল্পতরু পাম্বী॥

রাই কানু অনিনা শান্নরি হরাউনা।
কম্মিন্নুনা ঘায়োক্লনা চৈন্নে মরু পায়না
নোক্লরি ফাগি কয়া তৌনা॥ধ্রু

---

১। ধনীকুচ কলস, ২। অলস ৩। নিন্দ, ৪। গান, ৫। কান, ৬ চাঁদ, ১০ মুখচাঁদ। * খুদম অসি তৌরিবা পরেং অহুম অসি খুংইন্দা য়াওরমদে। অহুনা মসিগী অর্থসু থাদোকচয়ে। প: ক: ২০৯৭ পদ— ৮। তাহে, ৯। কুণ্ডক, ১০ হুলা হুলি, ১১। কাহ্নু—পাঠ, কানু, ১২। শুভ, ১৩। খেলই পাশা শারি, ১৪। কৌতুকে।

কাহ্নু কহে কর পণ মোহে পরিরম্ভণ
হারিলে [১]সে হার দিবএ।
[২]না জিনিয়ে মুরলী দিবরে ভামিনী
খেলিব যদি পাশাএ॥
শুন শুন ব্রজবীর [৩]চিত্ত করহক ধীর
[৪]দূর কর ইহ [৫]প্রতিভার।
শুনিয়া রাইর বাণী [৬]কহয়ে রসিক মণি
[৭]হারা হারিবে কতবার॥
যদি বা [৮]জিনিবে তুমি মুরলী না দিবে আমি
[৯]শেষে মহা পড়িবে জঞ্জাল॥৩

? দুহুঁ রস [১০]কুন্দল [১১]পরিভর মঙ্গল
[১২]ললিতাদি সখী বাণি কহে।
আপনাকে পণ করি [১৩]দুহু খেল পাশা ছাড়ি
হারিলে অধীন হৈয়া রহে॥

---

* পোম্বা ওইনা চেৎনা কোনবা ঐনা থোইবা থোক্লগা
লোয়ননা মোতিমালা পীবা॥
পোবা থোক্লগা ঐনা ফংগনি নহাক্না
থরায় শকপী মুরলী ঐগী॥
তাবিয়ু হে ইবুংঙো তপথবীযুনে থম্মোইদো
খনবিক্লগনু থোইগনি হায়না॥
তারগা রাঙাঙ্ রাধাগী হায়রকই শ্রীবনমালী
মশীং খঙ্দনা পোনি নঙ্না॥
লোকমথোকপদা নঙ্না পীজ্রবদা মুরলী ঐনা
রায়ামগনি মমৈদা শোয়রোই॥৩

অনিনা য়েৎনবা উবদা লোইনাইদবা মতৌদা
হায়জরকই ললিতা সখিনা॥
থা-নবিরো হকচাং মশেল য়েংনবিরো লাইবক চাংয়েং
উৎনবিরো কনানা থোইবা॥

---

১। দিবে দশ বার, ২। পঃ কঃ দা পরেং অনি অসি লৈতে। থক থাম্থু থব্রা ওয়ৈ। ৩। চীত করহ থির, ৪। দূরে, ৫। প্রতি আশা, ৬। হাসি কহে রস খনি, ৭। হার, ৮। জিনিবা, ৯। পিছে মিছা পাতিবে জঞ্জাল, ১০। কোন্দল? ১১। মনোভব, ১২। ললিতা ললিত কথা কহে, ১৩। খেলে দুহুঁ পাশা শারি।

[১]ললিতার কথা শুনি হাসি কহে বিনোদিনী
আমি কেনে [২]কান্হুর অধীন।
শুনিয়া মধুর কথা কহয়ে চম্পক লতা
তুমি বড় এ রসে প্রবীণ ॥৪

কহয়ে বিশাখা সখী শুন রাধে চন্দ্রমুখি
মনে কিছু না করিহ ভয়।
নাগর চঞ্চল মতি না জানে পাশার গতি
খেল তুমি জিনিবে নিশ্চয় ॥
[৩]সখিদের কথা শুনি দুহুঁ জন মনে মানি
পাতিল সে পাশার পসার।
[৪]হারাই নিল গৌরী সব ব্রজলাল ছাড়ি …?
খেলে পাশা ফেলে বারে বার ॥
পাশা [৫]ডারে অবসরে [৬]মেঘগণ গতিস্বরে
দশ দশ [৭]বোলয়ে গোপাল।

---

তাবদা ললিতা মরা হায়রকই শ্রীমতী রাধা
ওইরোই ঐদি মীগী মনাইদি ॥
মথং তাবদা ওক্লকই চম্পক লতা সখীনা
চুম্মী মত্তদি খঙ্ই নঙ্তনা ॥৪

হায়রকই বিশাখা সখী তাবিয়ু হে চান্নথোইবী
কিরুনিঙাই নৈত্তে করিমত্তা ॥
ঈরাংতনি মাধবকীদি হৈত্তে করি শান্নবদি
থোইগনি নঙ্না শান্নো শোয়দনা ॥
তাবদা সখীনা হায়বা য়ানহুনা অনিমক্না
থারে মাঙ্দা তায়ুম্ফম* নীংথিনা।
(রাইনা পায়রি শংমুনবা শ্যামনা শংনা ভাঙ্বা মক্ল
শান্নৈ হুন্না মক্ল হন্না হন্না)
রাধানা থোইবা থৃদীং লেপ্তে পীবা পোম্বা মশীং
হুল্লি মক্ল রাইনা হন্না হন্না ॥
অক্লম্বা থোম্বাঙ্না লাউরি মক্ল পায়না হুনবা থৃদীং
অশুবী অশুবী হায়না কৃষ্ণনা।

---

১। শুনিয়া ললিতা-বাণী, কহে রাই বিনোদিনী, ২। হইব, ৩। সখীর, ৪। রাই নিল নীলা গুড়ি শ্যাম সবুজ লাল শারি, ৫। ফেলে, ৬। মেঘ গভীর স্বরে, ৭। হাঁকয়ে।

* তায়ুম্ফম—পোরম রেকপা লায়ুম নত্তবা, কিদা মথল অমা।

পাশা ধরি [১]হাসি রাই [২]বিষু বলি পেলায় দাই
ভালিরে ভালিরে [৩]পাশা আল ॥৫

ডাহিনে [৪]পাশা ধরি বাম [৫]হস্তে চুরি করি
কাহ্নু বলে ফেলে তুই চারি।
হাসি-রুষি কহে রাই মনমথ দোহাই
[৬]কহে তবে কহ কি বিচারি ॥
যখন যে দান চাই সেই দান ফেলে রাই
বিস্মিত হৃদয়ে শ্যাম হাসে।
দুহে দুহুঁ পাশা ধরি [৭]পুন পুন দল করি
[৮]পুন বাঢ়ে কেলি বিলাসে ॥৬

ললিতা বিশাখা সখী [৯]কহে রাধা বিধুমুখী
হারি জিনি [১০]করহ বিচার।
[১১]চরণে মিনতি করি [১২]হারিলে দেখি শ্রীহরি
[১৩]গোবিন্দ দাস কহ সার ॥৭ পঃ কঃ ২৭৯৪

---

নোক্নি মেঙ্‌না মন্না পায়না হুল্লি রাই শুদবী হায়না
ইরং-লংলি মন্না হুনবদা ওন্না ॥৫

পায়ছনা চৌবর য়েৎনা শেমলি ওয়না হুরান্দুনা
হুল্লি কৃষ্ণনা অশুবী হায়না ॥
হায়রি রাইনা নোক্না শাউনা য়াদে য়াদে লৌরোই হায়না
করি কান্নে ছদি শান্নছনা ॥
থোকহন্নীংবা পোকম খূদীং থোক্নি রাইনা হুনবা খূদীং
অঙকপা থম্মোইনা নোক্নি শ্যামনা ॥
শান্নরকলি হেন্না কন্না হন্না হন্না পোম্বাননা
হান্নদগী হেন্না মরীক চূমনা ॥৬

হংলি সখীশিংদা রাধা তাক্লনবা পোবা থোইবা
কোয়না কুম্মৈ য়েংবী মখোয়শিংদা ॥
থিবীগনু অমাঙ-অতোং থোইববুদি নত্তে হরি
হংগৎচরি গোবিন্দ দাসনা ॥৭

---

১। ফেলে, ২। বিন্তু বিচু বলে তাই, ৩। পাশে'রাল, ৪। পাশাটি, ৫। হাতে করি চুরি, ৬। কৈতব করিয়া সে বিচারি, ৭। পুণ পণ দুন করি, ৮। বাঢ়ল সে, ৯। দুই জনে করে সাখী, ১০। করয়ে বিচারি, ১১। তবে সে, ১২। হারিয়া রসিক-বরে, ১৩। আনন্দ দাসের বলিহারি।

শ্লোকঃ

এবং দ্যূতে বর্ত্তমানে সহসা সারিকাগতা।
আচখ্যৌ সূক্ষ্মধীর্গোষ্ঠাদাগতা জটিলেতি সা ॥
শ্রুত্বা চলিতৌ ভীতৌ সগণৌ রাধিকাচ্যুতৌ।
মিলিত্বৈবাগতৌ শীঘ্রং কুঞ্জং *কুঞ্জেনরাজিথং ॥

গোঃ লীঃ মুঃ ১৮ শ, ৫৪-৫৫ শ্লোক

শুক পাঠ শারীপাঠ পাশা খেলা যত মত
সূর্য্য কুণ্ডে সূর্য্যপূজা কৈলা ॥
তবে বৃন্দা হর্ষভোরে দক্ষিণা লইতে তারে
পুন পুন যতনে সাধিলা ॥৮

বৃন্দা অতি দেখি কৃষ্ণ কহেন হাসিয়া।
কি কাজ নৈবিদ্যপূর্ণ অঞ্জলী লইয়া ॥ধ্রু
একান্ত বৈষ্ণব আমি অন্যদেব শেষ।
[১]ভক্ষণ না করি আমি জানহ বিশেষ ॥
শুদ্ধ বৃত্তি করি অন্য বর্ত্ত না লইয়ে।

---

শ্লোককী অর্থ

বৃন্দাসখীনা থাক্রবী সূক্ষ্মধী কৌবী তেনরা
তাকখি লাকহোরে জটিলা খংপেক খংনৈ অপুম্বা ॥
থক্লে কিনৈ মহে মহে মপোৎ-মচৈ লোইশিন্নে
চেম্বোক্রি থকৎননা সূর্য্যকুণ্ড মায়কৈ তমনা ॥

তাকপদগী তেনরানা লোইশিন্দুনা ইকিং কিংনা
নৈক্ররে কত্ত্বনা সূর্য্যপূজা ॥
হরাউদুনা হনুবীনা হায়জরকই হন্না হন্না
লৌবিনবা দক্ষিণা খরদং ॥৮

লাঙ্‌তক্রবা জটিলানা উবদা কৃষ্ণনা
হায়রকই করি কান্নগনি নৈবেদ্য লৌত্নুনা ॥ধ্রু
অতৈ লাইগী প্রসাদিদি লৌজদে ঐহাক্তি
বৈষ্ণব-লুচিংবা ঐনি খঙ্‌বিগনি লেপ্পা ॥
লৈতে অতৈ বৃত্তি শুদ্ধ ব্রত নত্তনদি

---

১। ভক্ষণ করিবে আমি—খুৎই।

* কুঞ্জেনর—কুঞ্জগী মপু শ্রীকৃষ্ণবু ফংনকম ওইবা অদুগুম্বা কুঞ্জ হায়বদি সূর্য্যকুণ্ড।

গর্গমুনি শিশু আমি [1]সকল জানিয়ে ॥
[2]ব্রজবাসি প্রীতে মোর দক্ষিণা কেবল ॥৯

**শ্লোকঃ**

**বৃদ্ধায়াং কর্ণলগ্নায়াং কৌন্দ্যোঃ সা হরিমব্রবীৎ।**
**বৃদ্ধা ত্বাং যাচতে বধ্বাঃ করং বীক্ষ্য ফলং বদ ॥**

গোঃ লীঃ মূঃ ১৮/৭৬

কুন্দলতা জটিলার ইঙ্গিতে জানিয়া
বধূহাত দেখাইতে কহেন হাসিয়া ॥ধ্রু
কৃষ্ণ কহে যুবতীর স্পর্শ নাহি করে।
তথাপি সভার প্রীতে দেখি অল্প দূরে ॥
তবে কুন্দলতা রাই হস্ত প্রসারিলা।
দেখি কৃষ্ণ পুলকাশ্রু কম্পাদি হইলা ॥১০

তুমার বধূ কেবল স্বয়ং লক্ষ্মী হয়াছে।
এমন সতী কুলবতী ত্রিভুবনে কে আছে ॥ধ্রু
কি নাম তুমার পুত্র পুছে কৃষ্ণ যবে।
অভিমন্যু নাম বলি বৃদ্ধা কহে তবে ॥

---

† গর্গ মুনিগী চেল্লানি বিদ্যা শুনঃ হৈবা (খঙ্দ-উদ লৈতে) ॥
ব্রজবাসিনা পেনবিবা দক্ষিণানি ঐগী ॥৯

**শ্লোককী অর্থ**

(জটিলানা নাকোংদা লোয়া হায়রকপা মতুংইন্না কুন্দলতানা কৃষ্ণদা হায়রকই "হে ব্রাহ্মণ, অহল অসিনা নঙ্বু মমোগী খুবাক ময়ি য়েংলগা ফল হায়বিনবা হায়জরি)।

খঙ্‌হনা কুন্দলতানা জটিলাগী ইঙ্গিত
য়েংবীনবা রাইগী মখুৎ হায়রকই নোকুনা ॥ধ্রু
শোক্তে ঐদি নূপীমখুৎ খুন্নকই কৃষ্ণনা
শাউবীগনু অতুমকপু য়েংজগে লাপতনা ॥
লাম্থোকই কুন্দলতানা রাইগী খুৎ পায়হনা
উবতদা রাইগী খুবাং নীকই কৃষ্ণ হকচাং ॥১০

নঙ্গী মমোনূপীসিদি লক্ষ্মীমক্কী মশক্কি
কনা লৈতে মরোল তাতুমদা সতী ওইবী অসিগুম্বী ॥ধ্রু
নচাগী মমিং করিনো হংলকই কৃষ্ণনা
অভিমন্যু কৌজে মাদি হায়রকই জটিলানা ॥

---

১। জানিয়ে সকল—চৌঃ ৪, ২। পরেং অসি চেঃ ৪ তদা লৈ।
† সর্বজ্ঞা গর্গশিষ্যো হস্মি জ্যোতিঃ সামুদ্রকাদিবিৎ—গোঃ লীঃ ১৮ শঃ ৭৫।

* পুন কৃষ্ণ গণি কহে পুত্রের বহু বিঘ্নে।
এই সতী-বধূ গুণে বিঘ্ন নিবারণে॥
এই বধূ থাকে ঘর দুঃখ নাহি পাবে।
ধন জন গাই সব সদাই বাড়িবে॥১১

এত শুনি বৃদ্ধা মনে সন্তোষ পাইল।
বহুমূল্য স্বর্ণমুদ্রা তারে আগে দিল॥
সেই মুদ্রা পায়া বটু আনন্দ বাড়িল।
নৈবিদ্য সহিতে মুদ্রা অঞ্চলে বান্ধিল॥
প্রণাম করিয়া বৃদ্ধা গেলা নিজালয়ে।
এ যদুনন্দন ভণে হরষিত হয়ে॥১২

(কল্যাণ রাগ)

বিনোদিনী রাই সখীগণ লৈয়া
চললি গৃহেতে কাজ দেখি পালটিয়া॥ধ্রু
ললিতার সঙ্গে কথা আলাপন ছলে
কৃষ্ণমুখাম্বুজ পানে কটাক্ষ নেহানে॥
পুন পুন কৃষ্ণমুখ চাঁদের মাধুরি
ছাড়িতে না ছাড়ে রাই নয়ন চকোরি॥

---

নঙ্গী নচা অসিমক্তি অপন-অহুই খূরক হাঙ্দে
কোকচগনি মহু 'পুম্বা নমোগী মপান্না॥
নমৌ অসিগী মপান্না কোকনি অরা-অনা
পূক্কে লনগৈ নরল-নথুম হেনগৎকনি অম্মুম॥১১

তাজবদা হনুবীদো লোইরে পেঞ্জবনা।
সনা তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ কৎলে কৃষ্ণ মাঙ্দা॥
হরাউজরে মধুমঙ্গল ফংবদা দক্ষিণা
নৈবেদ্যগা লোয়নহুনা পুনশিল্লে ফীজিদা॥
থুরুমহুনা জটিলা চৎখরে মমূমদা
যদুনন্দননা শকচরি হরাউ ঈথক হৌনা॥১২

বিনোদিনী রাধা সখীশিং লোয়ননা
লেঙ্খরে সঙ্গাইদা পুমণক গুক্লা থোদোক্লদা॥ধ্রু
রারী শারি ললিতাগা মিৎয়েংনা কৃষ্ণদা
চুপচৈ পেম্মা লৈহী কৃষ্ণ মায়থোং থাগী॥
গুমজদে হন্দোরকপা য়েংবদা ফজবা
থানীংদনা থারি রাধা পেঞ্জদে য়েংজবা॥

---

* চৌঃ ১দা মসিগী পদ অনি অসি থক-খা গুরৈ।

রাই অঙ্গ হেম ঘটা অতি মনোহরা।
পুরণ কইল স্নিগ্ধ কৃষ্ণ-রস-লীলা॥
তা দেখিয়া সখীগণ জুড়াই পরাণ।
কৃষ্ণের বিচ্ছেদ রাই বরণ মলিন॥
রাই অঙ্গকান্তি শোভা সুধাকর যনু।
প্রফুল্ল হইল শ্যাম-নীলোৎপল তনু॥
রাইর বিচ্ছেদ-ভানু উদয় হইল।
নীল-উত্তপল কৃষ্ণ ক্ষণেক মলিন॥
বিমনা হইয়া শ্যাম মিলে সখাগণ
[1]হুহুঁ মুখ উচ্চাটন এ যদুনন্দন॥১৩

ঐছে সখীগণ সঙ্গে আইলা নিজঘরে।
দাসীগণ সুসেবন গেল শ্রম দূরে॥ধ্রু
স্নান ভূষণাদি কৈল আচরণ
নিজগৃহে পাক কাজ কৈল সমাপন॥
সেবা পরা সখীগণ করয়ে সেবন
সখী সঙ্গে হরষিত এ যদুনন্দন॥১৪

---

সনা কুচু লায়োবী নীংথিবী রাধিকা
থুংজরে নীংজবা কৃষ্ণ প্রেম রস লীলা॥
উজরগা সখীশিংনা পেন্নজে মপূক্লীং
কৃষ্ণ কায়নবদা মকশিংহ্লনে শাখা মায়থোং॥
শাংলি ফুগাইনা অশাংবা থবো থাৱীকথা
ফংবদা রাধাগী অঙ্গ কান্তি থাবল॥
রাইগী কায়নবা হুমিং উবদা থোরকপা
পরো অশাংবা কৃষ্ণ মকশিংহ্লনে মিংকুপ্তা॥
হামচৎনবা থম্মোহ পুনা লাক্লে মথা-মক্তা
শকচরি যদুনন্দন অনিনী মতৌবু॥১৩

সখিশিং লোয়না অস্থম লেঙ্ শিংহ্ল সঙ্গাইমংহুং
থৌগন্দুনা সখিশিংনা অরা পোথাননে॥ধ্রু
চাইথক্লে নীংথিনা বেষ-ভূষণ তৌরে
থোংবা থাকপা লোইরে ওয়া যুমগী থবক পুম্না॥
সেবা চঙ্বী সখিশিংনা মসেম্মা থৌগজে
ভুইজরি যদুনন্দন হরাউনা সখিগী॥১৪

---

১। হুহুঁ মন—চৌঃ ৪।

বিরহ তাপিনী মন্দিরে বৈসায়ব।
নবীন কুসুম জিনি শেজে শুরাইব॥ (শুয়াইব?)
তুষানলে যেন তাপ সেই শয্যা হনে।
বিষ-পুঞ্জ-কণ্ঠ তল্পে করাইব শয়নে॥
কর্পূর চন্দন পঙ্কে নিবিড় লেপিয়ে।
মদীশ্বরী দাসী এই সেবন মাগিয়ে॥১৫

শ্লোকঃ

কৃষ্ণাম্বুদাগমে কালে বল্লবী চাতকীততিঃ।
ব্যাত্তাক্ষি চঞ্চুকৃৎ কাসীচ্চন্দ্রশালাং গতোন্মুখী॥
গোঃ লীঃ মৃঃ ১১।৭২

চললি গৌরী চন্দ্রবদনী
সহচরী সঙ্গে গজেন্দ্র গামিনী॥
চন্দ্রশালা অট্টালিকা
আরোহন সুবদনী॥ধ্রু
বধুয়া পথেত সভে নয়ন ধরিল।
কৃষ্ণ দরশন লাগি আঁখির হিল্লোল॥

---

কায়না মৈহুম চূবী লেঙ্‌শিনগনি সঙ্গাইনুং
চেপহনগনি পোথাহ্না ঈংথনবা থম্মোইহুং॥
খাঙঙম্লোই শয্যাথক্তা হীপ্পগুম মৈথক্তা
থম্বাল্লেকা খুদাথক্তা হোংগনি খুদক্তা॥
মনমতনা কর্পূর্ চন্দন হাংগনি সঙ্গাইনুং
পামজে সেবা তোল্লবীনা কর্পূর্ চন্দন-তকপা।১৫

শ্লোককী অর্থ

(কৃষ্ণ-নোংহৌ লাকপা মতম খঙ্না গোপী-চেক্লা নোংগৌবীশিংনা দলানথকী চন্দ্রশালিকাদা কাখত্না থরায় ফুকপমথৈ মিংকী মশক ওইবী মচীন মচীন থিন্দোক্‌হুনা লাঙ্তক্না ঙাইনরি।)

লেঙ্থোক্লে রাধা থানিন ঙমজবী
সখীশিং লোয়ননা শামু শাজৎনা॥
দলান মথক্তা চন্দ্রশালিকাদা
ঙাম্বোইহুনা লৈরে ঙাইনা॥ধ্রু
কৃষ্ণগী লম্বীদা লৈনৈ য়েংনা থোরাংননা
হৌনরি মিৎয়েং ঈথক কৃষ্ণদরশনগী॥

---

* চন্দ্রশালা—থাগী লৈকম—অহানবঃকদা থাগী মঙান তাকম। ঙসিদি চন্দ্রশালা অসিদা থা ঙাক্‌না চবুন ওইনা থোকখয়ে মমিংঙা চপ চানবা ওইখয়ে। মৈতৈরোন্দদি দলানথকী মুথ আসিবু চোংঙবন (চোংঙা পোন) হায়না খঙ্লৈ।

মেঘ-কৃষ্ণ আগমন সময় জানিয়া।
বল্লবী চাটকীগণ হরষিত হয়া॥
চন্দ্রশালা গবাক্ষেতে চক্ষু চক্ষু দিয়া।
রহেন একান্ত মন পথ নীরক্ষিয়া॥
সখীগণ মুখ শ্রেণী যেন চন্দ্রমালা।
এ যদুনন্দন মনে হরষ বিভুলা॥১৬

তথা কৃষ্ণ বটু সঙ্গে বিমনা হইয়া।
যাহাতে আছয়ে সখা উত্তরিল গিয়া॥
বটুর নৈবিদ্য সখাগণ কাড়ি খায়।
নানা কৌতুক কেলি সভে করে তায়॥
অত্যন্ত উৎকণ্ঠা বাঢ়ে ব্রজ যাইবারে।
অপরাহ্ন হৈল বোলি উদ্ধব ফুৎকারে॥১৭

শ্লোকঃ

সংখ্যাপূর্ত্তৌ ভবতি মুদিতঃ স্বস্য কিম্বা সখীনাং
সংখ্যান্যূনে সপদি স গবাং বেণুসঙ্কেতনাদৈঃ।
তত্তন্নাম্না স্বগণবিযুতাঃ শীঘ্রমাহূয় গাস্তা-
স্তত্তদ্যূথে চলতি ঘটয়ংশ্চালয়ংস্তান্ ব্রজায়॥
গোঃ লীঃ মৃঃ ১৯।৭৮

---

উরগনি নোংলেন নোংহৌ ঈংলগনি মৈচাক
থম্মোই ঈথক-ঈহৌনজে গোপী নোংগৌবীশিং॥
চন্দ্রশালা মীহুৎথোঙদা লেংলি লীক্লোন পরেং
কাউনৈ লোইনা পূক্নীং হকচাং য়েংবতদা লম্বী॥
মায়থোং পরেং সখীশিংগী থাগী পরেংগুমলি
হরাউ-তুজুং ঈহৌজরি যদুনন্দন থম্মোইহুংদা॥১৬

মধুমঙ্গল কৃষ্ণ অনি থম্মোই হামচৎননা
সখাশিংগী লৈফমদা য়োরকলে পন্দনা॥
মুনখরে বটু মথুত্তুগী নৈবেদ্য ফীজিগী
চামিন্নরে হরাউনা লাক্ত মুন্নহনা॥
লাঙতক্নরে সখা 'পুম্না হম্ননীংলে মযুমদা
লাউরি সখা উদ্ধবনা মণগারসি থেঙলে॥১৭

**শ্লোককী অর্থ**

কোয়না মশীং শীরকই কৃষ্ণনা, মাগী অমদি ময়ামগী
হরাউই মণশীং ত্তবা উরগা, ল্লাংলম্বা থোল্লগনা
কৌই বেণুনা মণগী মমিংফাম্না, চীথহোবা মণশিংমা
চেম্নরক্তনা ভিল্লে মপাংলক্তা, হোইগংলি অম্মুম ব্রজদা॥

গাওত সব সুন্দরী মেলি
হেরি মদনমোহন কেলি।
মুগধ কাম ললিত শ্যাম
সুন্দরবর নীরক্ষিয়া ॥
চারু অরুণ গুঞ্জাহার
মণি কাঞ্চন খসি বেড়া ॥
রসিক শেখর হরি পিয়ামুখ মাধুরি
পিবইতে নয়ন জুড়ায় ॥
নাগর মুখ হেরি নাগরী মন ঝুরি
দেখ সখি নয়ন ভরিয়া ॥১৮

শ্লোকঃ

গোকুলৈর্গোকুলং নিন্যে গোকুলং গোকলৈর্হরন্।
গোকুলং গোকুলস্ত্রীণাং গোকুলৈর্গোকুলেশ্বরঃ ॥
গোঃ লীঃ মৃঃ ১৯। ৯৪

নন্দতি নন্দনৃপতি সব ধৃষ্টং।
নিধিমিব দূরাগতঃ গতমিষ্টং ॥
হরিমুপগম্য মনোরথকন্দং।
ভবিক বলিত না লঙ্ঘিত মমন্দং ॥১৯

---

শকুরি ঈশৈ ব্রজ গোপীনা
য়েংজৈ পেঞ্জনা কৃষ্ণগী লীলা ॥
কামবু শুন্দাৎপা নোংহৌ ভমজবা
পূক্রীং হুরবা মায়থোং য়েংনা ॥
হাইরি গুঞ্জানা সনা ফীগে
নোংথাঙ্ কুপ্পগুম শ্রীচরণদা ॥
রসগী তুংফম ওইবা মায়থোং থাজ থানিনবু
থরজৈ পেন্না মিৎ নোংইন্না ॥
য়েংজরগা চেংলৌকৃষ্ণ মকারামজৈ রাধা মায়থোং
য়েংজৌ সাখি পেন্না অনিমকপু ॥১৮

শ্লোককী অর্থ

অসুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মিৎয়েং হুনা
ষণগারক্তি গোকুল তম্না মাঙ্দ ষণগী শল্লূপ হোইনা ॥
গোপী মিৎয়েং হুনা ষণগী শল্লূপ হোইনা হোইনা
লেঙ্লক্লে অসুম্না কৃষ্ণ গোকুলগী থরায় শক্ল ॥১৯

কুন বনে গিয়েছিলে [1]ওহে রাম কাহ্নু,
[2]আজ কেনে চাঁদমুখে না শুনিলাম বেণু ॥
→

মলিন হয়াছে মুখ রবির কিরণে।
না জানি [3]ফিরিল কোন গহন কাননে ॥
*এত কহি নন্দরাণী চাহে চরণ পানে।
ধ্বজ-বজ্রাঙ্কুশ চিহ্ন দেখি-কাঁপে থরথরি।
থলকমল অতিরেখা বিরাজরি ॥২০

মাগো মা দুটি ভাই বনে
খেলাগত গিয়েছিলাম গহন কাননে ॥
আজ বন যাইতে যাহা তাহা দুখ পাইলাম গো।

---

চৎলুই ঙসি করি বনদা ওহে রাম কাহ্নু
তাহল্লক্তে কৈদৌত্নলা ঙসি ইমাদা বেণু ॥
মকশিল্লে ইচাগী মায়থোং হুমিংকী মঙাল্দা
চৎলুবা লাপ্পা কদোমদা অশূকপা বনদা ॥
যুরক্করা তিংথং তুম্মো থূয়া থম্বাল অনি।
নীকলে রাণী পুমঙক ঙক্না উরুবদা থূয়া
ধ্বজ বজ্র অঙ্কুশ মরি ফাওরি চরণখাদা ॥২১

শারুক্তই ইমা ইচান ইনাউ।
চঙ্‌লুই অসুম শায় শান্ন অশূকপা উমংদা
উমং-মুংদা ঙসি ফংখি মথল কয়া হুংঙাইবা ॥

---

কীর্তনের গান ২২— ১। ওহে রামকাহ্নু, ২। আজু কেন চাঁদমুখের নাহি শুনি বেণু,
→ মরক্ত অসিদা পদ অমা বাংলে মঙুদি— ক্ষীর সর ননী দিলাম আঁচলে বান্ধিয়া।
বুঝি কিছু খাও নাই শুকায়েছে হিয়া ॥
৩। ভ্রমিলা।
* মসিদগী হৌনা ছাপাগা মায়ত্রে, লৈরিবা অসিমকম্ম পরেং অমা বাংপগুম তৌরে।
ছাপাগী মওঙ্‌দি— নব তৃণাঙ্কুর কত ভুঁকিল চরণে।
এক দিঠ হৈয়া রাণী চাহে চরণ পানে ॥
না বুঝি ধাইয়া কত ধেনু পাছে পাছে
এ দাস বলাই কেনে এ দুঃখ দেখেছে ॥২২

ক্ষুধায়ে তৃষ্ণায়ে রাম কত খাওয়াইল ॥
তপন তাপিলে তরুতলে বসাইল ॥
কহে ঘনরামদাস কেনে দুখমান
অখিলের পতি হরি তারে কিনা জান ॥২১

পাশা খেলা-রস ইতি সমাপ্তং ॥৫১

---

অরাম-খোৗরাংবদা পীজৈ পেন্না চয়োম রামনা
ক্ষমহন্নখি উথাদা য়াক্লবদা দুংশা মঙাল ॥
খঙ্দবা করিগী রাণি তাইবঙ্ মপু হরি
ঘনরাম্দাসনা হায়জৈ করি লৈ রানীংঙাই ॥২১

পাশা-খেলা-রসকী লৈশক লোমলে ॥৫১

## * কুঞ্জ-ভ্রমন-রস বর্ণনং

রাগ—কন্দর্প

সজনি গৌর লখই না পারি ॥

চাঁদ কিরণ সঞে মলিন গৌরতনু
গজগতি চলু অনিবারি ॥ধ্রু

কাঁচা কাঞ্চন কান্তি কলেবর
চাহনি কুটিল সুধীর।

অতি সূক্ষ্ম বসনহি- ঝাঁপল সব তনু
যায়ত সুরধুনি তীর ॥

[1]নারী কৈছন বাম চরণ আগু
ঐছন করত সঞ্চার ॥

[2]অলং। "অপরূপ প্রাণ সখিরে
তুলনা দিতে নাইরে।
কারে দিয়ে দেখে চাই
মন্দ হাসি অমিয়া রাশি (রাশি) ॥"

মূল। [3]ঐছন ভাব পিরীতি আশ অন্তর
কিছু নাহি [4]বুঝল পার ॥

---

রাগ - কন্দর্প

য়েংউনে ইতা য়েংঙমজ্রদে ঐদি।

থাগী মঙাম্দা গৌর লাংশিল্লিবা মায়থোং
চীংনা লেন্না লেঙ্লি শামুঙ্ঙ্গা ॥ধ্রু

কুচুনা ঙমজবা সনা কুংদোংবা
নীংথিরি কয়াদা খোইখোয় মিৎয়েংনা ॥

নীংথিবা নমখাঙ্না কীরু-কীরাং থুম
লেঙ্লিনে গঙ্গা তোর্বান ইন্না ॥

নুপীগী মতৌনা ওয়গী খোঙনা হান্না
লেঙ্লি অসুম গৌর তপ্পা ॥

অলং। অঙকপনি চান্নবী ইতা নৈতে চাংদম অমা
য়েংলি য়েংউ কনাদনো
খোয়থুমলি কয়াদ মোমোন মীনোক্না ॥

মূল। ঈহৌরবগুম প্রেমগী ঈথক্না থম্মোইদুং
খঙ্বা ঙমদে মতৌ কনানবু ॥

---

১। নারী বৈছন? ২। অলং অসি চৌঃ ৪ তদা য়াওই অতৈদা য়াওদে।
৩। কৈছন—চৌঃ ৪. ৪। বুঝিয়ে—চৌঃ ৪।

---

* রস অসি তুলিহন মেন্নবনা শঙথিবনি।

চকিত বিলোকনে চাহই দশদিগ
অলক্ষিতে বিজমুখ হাস ॥
সো পহুঁ চরণ শরণ কিয়ে পাওব
[1]ইহ রস মোহন দাস ॥১

গোবিন্দ প্রদোষকালে রাজসভা আসি মিলে
গুণি কলা-কৌতুক দেখিল।
নানামু কৌতুক দেখি কৃষ্ণ হৈল বহুঁ সুখি
তা সবারে বহুঁ ধন দিল ॥ধ্রু
মাতা অতি যত্ন করি সভা হৈতে আনে হরি
পাকান্নাদি ভুঞ্জাইল সুখে।
তবে শুয়াইল কৃষ্ণ রাধাভাবে সতৃষ্ণ
সময় দেখিয়া রহে দুখে ॥
এথা রাই নিজগৃহে বিমনা বসিয়া রহে
কৃষ্ণরূপ ভাবিয়া সদাই।
জটিলার আজ্ঞা পাইয়া ভোজন মন্দিরে যাইয়া
শ্রীকৃষ্ণ প্রসাদ ভুঞ্জে রাই ॥

---

মায়কৈ থোয়া য়েংবা মিংয়েংনা তথকপা
থোয়রুম মীনোক কনা থঙ্দবা ॥
ফংগদরা ঐনা শূ.চবা চরণখাদা
রাধামোহনগী মপোক ফসিনা ॥১

নুমিদাং য়াচঙ্লবদা রাজসভাদা গোবিন্দ
তারি মিংয়েং ঈশৈ জগোই কয়া।
মখল মথেল কুম্মৈ কয়া থোগাল তৌরি পেননবা
য়েন্থোকপদি মনা মথুন কয়া ॥ধ্রু
থেমনা নোমা য.শোদানা পুক্নিঙ্ককলে সভাদগী
পীক্ত-পীথক তৌরে মখল মথেল ॥
চেপলে কৃষ্ণ শয়ানদো উইদে নিংথৌ রাধা ভাবতা
রানা ওাইরি ভাঙা নাশোন পীক্কা ॥
নৈ তাদরি লোমদা রাদা মায়থোং নক্কা লৈরি ফম্না
কৃষ্ণগী রাথমা শুংলি চুংদা ॥
ফংলে য়াথং জটিলাগী লোঙ্শিল্লক্লে লূকহা শঙ্দা
কুঞ্জরে প্রসাদি মবু ভোগী ॥

---

১। ইহ রাধামোহনদাস—.চাঃ ৪।, .কৃষ্ণকী অসিদগী মসিনা চুমগনি থদ্রি।

শেষ করি আচমন তাম্বুলাদি ভক্ষণ
বসি রইল রতন আসন।
হেন কালে সব সখী তাহা আসি রাই দেখি
দুহে দুহাঁ অতি হর্ষ মন॥
কৃষ্ণের প্রসঙ্গ যত আলাপয়ে কত কত
কৃষ্ণরূপ হৃদি মাহা জাগে।
গুরুকুল ঘুমায়লি জানিতে কে ধায় চলি
কৃষ্ণকান্ত রহে ভীতে লাগে॥২

শুন সখি কেমনে সহিব প্রেম জ্বালা।
[1]হামু রাধা অভাগিনী বন্ধুলাগি কুলে বামা
[2]হামু নারী কুলবালা না জানি [3]কি কৈলাম কালা
কৃষ্ণপ্রেম না জানি জ্বালা সেই নারী আসা ভালা॥৩

জান নাইরে মন পুরে
তুম্রা' জান নাই॥
(কৃষ্ণপ্রেম তুম্রা জান নাই)॥
প্রেম যার মনে
সেই যে বেদনা জানে॥

---

লোইরতুনা চীনয়া-কূপ্পঃ হাতুনা পানা থূদপ
লেঙ্‌শিন্দুনা লৈরে আসন থক্তা॥
চঙ্‌নরক্লে সখী 'পুম্বা লৈরি ঙাইনা থৌগন কোয়না
হরাউ মথোই কানৈ মহৈ মহৈ॥
রারীনরি কৃষ্ণ কথা লাঙ্‌তক্নরি থম্মোই পুম্বা
ঙাক্লি কৃষ্ণ-মূর্ত্তি লকাখুংদা॥
চেল্লি অমা য়েংলুনবা তুমগ্রবরা গুরুজনবু
মিচুন চোংলি য়েংনা কৃষ্ণকান্ত॥২

থাঙ্‌লসি-গেনে করম প্রেমগী মৈচাকসে সখি.
লাইবকথীবী রাধা ঐনি মিংচৎ থীবনি মঙুংলাংগী॥
মোগী শীংস্থ চক্লিবীনি ওইহল্লি ঐবু মানা করি
রাইথুংত্রিবী কৃষ্ণ প্রেমদ রাইশংবীনি মথোয় অতু॥৩

ঐগী পুক্নীংদি থঙ্‌দে কনা
থঙ্‌দে নখোয় 'পুম্বা।
(কৃষ্ণ প্রেমগী মশক
থঙ্‌দে অমত্তা')
প্রেমগী মশক থঙ্‌বা
থঙ্‌ই মৈচাক মীহুতনা॥৪

---

১। হাম—চৌঃ ৪, ২। হাম—চৌঃ ৪, ৩। কিনা—চৌঃ ৪।

বন পুরে লোকে দেখি
মন পুরে [১]কেউ নাহি দেখি ॥ধ

তবে রাই উৎকণ্ঠাতে হেরি গুরুজন ভীতে
যোগ্যবেশ করিলা সাজন।
সঙ্গে করি সুচাতুরী চলে নব হেম গৌরী
ভাবে রাই কৃষ্ণ দরশন ॥ধ্রু

হাহা প্রাণেশ্বরি মোর হেন দিন হবে।
তুমার শ্রীঅঙ্গে ভূষণ পরাবে ॥
নাগর মিলিতে ধনী প্রেমের তরঙ্গে।
করি অভিসার প্রিয়ে সহচরি করি সঙ্গে ॥
বিশাখার কান্ধে ধনি বাম ভুজদিয়া
দক্ষিণ করেতে লীলা কমল ধরিয়া ॥
চঞ্চলাক্ষী ইতি উতি ফিরায়া নয়ান
সখী মাঝে ধীরে ধীরে করিল পয়ান ॥
তাম্বূল সম্পুট আমি ধরি নিজ করে ॥
তুয়া পাশে যাব কবে আনন্দের ভরে ॥

---

খঙ্ নৈ মীনা বনগী মনুং
উদে কনা থম্মোই মনুং ॥ধ

থিংঙমজদে পুক্নীং ঈহন লায়থোকঙমদে গুরুজনশু
ফিজেৎ লৈত্তেং লোইরে লোন্না লোন্না ॥
থোরক্লে রাই নাশোন পীক্লা থোগন তৌনা সখিশিংনা
মাঙ্ ঙইনৈ পুক্নীং কৃষ্ণগী রাধল ॥ধ্রু

হাহা প্রাণেশ্বরী রাধে পীনৌ সেবা ননাইবু
নঙ্ গী শ্রীঅঙ্গদা লৈত্তেংজবী ওইনা ॥
কৃষ্ণ প্রেমগী ঈথক হৌরি থম্মোইনুংদা রাধা
কোয়না তাউরি ঈরৈথক্লা তাদৈ লমজেন পুক্নীং হকচাং
পায়রি লোংবান বিশাখাগী ওয়গী খুৎনা রাধা
পায়রি রেংকী খুত্তা পোমশাংনবী থম্বাল অমা ॥
তথকচবী মিৎস্না লৈনা য়েংলি মায়কৈ খোন্না
সখি লক্তা চৎলি রাধা চীক্না ওান্না অমুম্না ॥
কংগবা থোগন ননাই ওইনা থম্মোই ইথন থন্না
সনা কাগোক পায়জন্তুনা করম্বা নুমিত্তা ॥

---

১। কোই—পাঠ।

মৃদু মৃদু সমীরণ হালিবে উড়লি
পিঠেতে ঢুলিবে তুমার বেণী ভুজঙ্গিনী ॥
সে শোভা মাধুরি কবে নয়নে হেরিব
নূপুর কিঙ্কিণী ধ্বনি শ্রবণে শুনিব ॥
দন্তে তৃণ ধরি কহে দীন কৃষ্ণদাস
হাহা প্রাণেশ্বরী পূর্ণ কর অভিলাস ॥৫

মনোহর বৃন্দাবনে নাচে শিখিগণ।
কুসুমেতে অলি শব্দ করে ঘন ঘন ॥ধ্রু
সপ্তস্বরে গান করে পিক শুক শারী।
সত্বরে প্রবেশ হবা তাতে হেম গৌরী ॥
আগুসরি বৃন্দাদেবী লইবে তুমারে।
নাগরে ভেটিবে ধনী কুসুমের ভিতরে ॥
পদার্দ্ধ আসিবা পাশে মুচুকি হাসিয়া।
নাগর ধরিতে তুমায় আনন্দিত হয়া ॥
দুহুঁা পরশে দুহুঁ অঙ্গ পুলকিত।
স্বেদাশ্রু বেপথ ভাবার্ণবেতে ভাসিত ॥
দুহার মিলন রঙ্গ দেখি কবে মোর।
পুলকিত অঙ্গ-নেত্রে বহিবক লোর ॥

---

তপ্না শীৎপা মলয়ানা হুম্বদো কাঁজি কানা
কোক্তী বেণী অশাংবনা হাইবদো মুশীন মুনা ॥
উজগবা কৈদোঙৈদা ইমিৎসিনা পেন্না
নূপুর কিঙ্কিণী খোঞ্জেল তাজবা নাকোঙ্না ॥
নিঙ্গে য়াদা নাপী চীক্লা থুংজনবা আশা
চঙ্জৈ নঙ্গী চরণদা প্রেমগী ঈরা ঈহৌননা ॥৫
পুক্লীং হুরি বৃন্দাবনদা জগোই শারি রাহোংনা
খোইমুশিংনা মপৈ মপৈ ঙংলি লৈরাং লৈকা ॥ধ্রু
রাহোং কোকিল খোঞ্জেত্তনা ইনিল-নিল্লি উমংহুং
মরক্তুদা শ্রীরাধিকা চঙ্লকনি তক্লিং তক্লিং ॥
খোরক্তনা বৃন্দাদেবী ওক্কনি নহাকপু
কোকচগনি লাঙ্তক্লবা উবদা গোবিন্দবু ॥
তুং হনগনি খোঙ্ফম অমা খোয়রুম মোমোন তৌনা
অহুমক্তা নাগরনা কোল্লগনি খোরাংনা ॥
ফাওগনি কুফেৎ মোংথাঙ্ শোল্লবদা অনি
হকচাং তনিক তনিক লুপ্লগনি ইরৈহুংদা ॥
উজগবা কৈদোঙৈদা অসিগুম্বা লৈপুম
হয়াউ-ভুজুং পিরাং ঈহৌ থম্না থম্মোই চাংজো ॥

হে স্বামিনি কবে তুয়া দাসিগণ সনে
দুহুঁ রূপ কৃষ্ণদাস হেরব নয়ানে ॥৬

অপরূপ রাধা মাধব সঙ্গে।
বৃন্দা বিপিনে ভ্রমন করতহি
করে কর ধরি কত রঙ্গে ॥
ললিতার কুঞ্জে যাই দুহুঁ বৈঠল তাই
সবহুঁ সেবন কৈল।
আসি বিশাখার কুঞ্জপর বৈঠি দুহুঁ
কত রস নিমগণ ভেল ॥
চিত্রা সখীকের কুঞ্জে পরবেশিয়া
চম্পকলতাকের কুঞ্জে।
রঙ্গদেবী কুঞ্জ হৈতে সুদেবী কুঞ্জে যাই
করকত আনন্দ পুঞ্জে ॥
ইন্দুরেখা আর তুঙ্গবিদ্যা কুঞ্জে
ভ্রমি চলু নিকুঞ্জ নিভৃতে।
অষ্ট সখীগণ সবে দুহুঁক সেবন তবে
* উদ্ধবদাস রস গীতে ॥৭

---

ননাইহুবী ওইনা গুরুরূপা সখী নাক্তা
ফংজগবা দরশনবু কৃষ্ণদাস ঐনা ॥৬

কোয়না চৎলি রাধা মবুংগো লোয়ননা।
বৃন্দাগী উমংদা নীংথিবা য়েংহনা
মায়থোং মকারামনা থূৎশম্ননা ॥
কুঞ্জহুংদা ললিতাগী ভাম্বোইরি অনিমক্না
সেবা চঙ্লি সখীশিংনা ॥
ভাম্বোইরি মথংদনা বিশাখা কুঞ্জদা
লূপলি রসহুংদা কয়া ॥
য়োরে অমুক চিত্রাকুঞ্জ পাংলকলি অমুক
কুঞ্জদা চম্পক লতা ॥
রঙ্গ দেবী কুঞ্জদগী পাংলি কুঞ্জ সুদেবীগী
হরাউ ইপোম ইথক হোৌনা ॥
য়োরুরগা ইন্দুরেখা তুঙ্গবিদ্যা কুঞ্জ
চৎলি অমুক নিভৃত নিকুঞ্জ ॥
থৌগঞ্জরি অনিমকী লুচিংবী সখী নিপান্না
উদ্ধবদাসনা শৈহেকচরি ॥৭

---

* উৈশ অলি বৈঃ পঃ ৫২১ দা য়াওরি অদুবু ঐথোয়গা মায়দবা মশক য়ায়া য়াওই, লাই-গুরুশিংনা শায়েমনবদগী শমজিনখীয়বা মাল্লি। মহুগী মওঙ্ অহু মখংগী টিকাদা উৎচরি—

উলসিত হয়া কৃষ্ণ পুলিনে আইলা
কৃষ্ণপ্রিয়াগণ সঙ্গে মনে সাদ হৈলা ॥ধ্রু
পরিরম্ভারম্ভ করি চুম্বন করয়ে
অন অনঙ্গ তিয়াসে স্তনযুগে নখার্পয়ে ॥
দুহুঁ দুহুঁা অঙ্গে অঙ্গ পরশ হইতে
অনঙ্গ বিলাস তৃষ্ণা বাঢ়ি গেল চিতে ॥
তবে কৃষ্ণ নিজপ্রিয়াগণ সঙ্গে লয়া
রাস চক্রে পুলিনে আইলা হর্ষ পায়া ॥৮

---

মকারাম্না পূক্লীং কৃষ্ণ যমুনা মপান্দা
চান্নজবী সখীশিংগা হোরে রম্ভি লীলা ॥ধ্রু
কোনবীহুনা মীপুমতিংনা পীবিরকলে চুম্বন
পেন্নজরে সখীমথৈ কখোক্লুনা অরৈমথৈ ॥
হকথেংনরুবনা অম্বুম কৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গগা
থিংঙমদরে কানগী মৈরি থম্মোই সখীশিংগী ॥
রাধাকৃষ্ণ অনিম্মা সখীশিং লোয়ননা
রাসচক্রদা লেঙ্‌শিল্লে হরাউ মথোই কানা ॥৮

---

অপরূপ রাধা মাধব সঙ্গে।
বৃন্দারচিত বিপিনে দুহুঁ বিলসয়ে
করে কর ধরি কত রঙ্গে ॥
ললিতানন্দদা কুঞ্জে যাই দুহুঁ
বৈঠল সংচরি মেলি।
ক্ষণ এক রহি পুন মদন সুখদা নামে
কুঞ্জহি সখি সহ মেলি ॥
চিত্রাসুখদা কুঞ্জে পুন ভ্রমি ভ্রমি
চলু চম্পক লতা কুঞ্জে।
সুদেবি রঙ্গদেবি কুঞ্জে যাই দুহুঁ
করু কত আনন্দ পুঞ্জে ॥
পূর্ণ ইন্দু সুখদা নামে কুঞ্জহি
তহিঁ কত কৌতুক কেল।
তুঙ্গবিদ্যা সখি কুঞ্জক হেরইতে
সংচরিগণ লই গেল ॥
ভ্রমইতে সকল কুঞ্জ দুহুঁ হেরল
ষড়ঋতু শোভন রীতে।
ঐছন কুসুম সুষমা বর দ্বিজগণে
উদ্ধবদাস রস গীতে ॥

দেখ সখিয়ে !
শ্রীরাধা গোবিন্দ রূপের অনুপমা
মধুর লাবণি রূপে মাধুরিমা ॥
প্রতিক্ষণে সুবর্দ্ধন কোটি মদনমোহন
নীলমণি-কাঞ্চন তদধিক শোহন
অধিক অধিক রূপে সীমা ॥
বেশের বেশরূপে কে সাজ দিলেরে ।
রাধা গোবিন্দরূপ কি দিব তুলনা
রূপের বালা লয়া মরি মরি ॥১

কুঞ্জভ্রমন-রস ইতি সমাপ্তং ॥৫২

---

য়েংউনে সখি !
শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী ফজবসে
নীংথিজৈ কয়াদা থোয়থুম্বা শক্লা ॥ধ্রু
হেনগৎলকই মিৎকুপ থূদীং শুক্কৎলি কাম কোটি কয়া
সনাথক্কী তক্ষারেম্বা ওইদে করি চাংদক্ষম
ওমথৈ ওইনৈ অহেম অহেম্বনা ॥
লৈত্তেংগী লৈত্তেং ওইবা কনানবু শেম্বা ।
শ্রীরাধা গোবিন্দবু চাংদমগনি করিগবু
ওকপমা হেল্লি অসুম য়েংমা য়েংমা ॥১

কুঞ্জভ্রমন-রস-কী শৈশক লোয়লে ॥৫২

## * নর্ত্তন-রাস-রস বর্ণনং

### রাগ আরালী

সহচর সঙ্গে গৌর নটরাজ।
বিহরয়ে নিরুপম কীর্ত্তন [1] মাজ ॥
সুরধুনি তীর পুলিন মনোহর
গৌরচন্দ্র ধরি গদাধর কর ॥
কত শত যন্ত্র সুমেলি করি
বাওয়ে মৃদঙ্গ করতাল ধরি ॥
গাওত সুমধুর রাগ রসাল
[2](হেরি) হরষিত কোই কহে তালি তাল ॥
গদাধর বামে ডাহিনে নরহরি
রায়শেখর কহে যাঙ বলিহারি ॥১ বৈঃ পঃ ৩০২

সখীগণ মেলি বাও তরঙ্গ
কত কত গাওত নয়ন তরঙ্গ ॥ধ্রু
কেহুঁ কেহুঁ নাচত কেহুঁ ধরতাল
কেহুঁ কেহুঁ বায়ত যন্ত্র রসাল ॥১

---

### রাগ—আরালী

ভক্তশিং লোয়ননা গৌর নটরাজ
শারি জগোই তাইবঙ্‌গুম্না সংকীর্ত্তনয়ায়দা ॥ধ্রু
সুরধূনী গঙ্গা নীংথিবা তোরবান্দা
পায়দুনা গৌরাঙ্গ গদাধর খুত্তা ॥
থোংলি যন্ত্র কয়া হুংশিবা থোম্বাঙ্‌দা
হৈয়রি মৃদঙ্গ থীংলিনে করতাল ॥
শক্রি ঈশৈ হুংশিনা নীংথিবা রাগদা
ঈথক হৌরি গঙ্গা ভক্ত থম্মোইগুম্না ॥
ওয়দা গদাধর য়েৎতনা নরহরি
রায় শেখর-দাসনা লাউরি হরি-হরিবোল ॥১

ঈথক ইপোম হৌরি ঈশৈগী সুরদা
তাউরি গোপী মিৎয়েংনা লীকোন পরেংগুম্না ॥ধ্রু
কনানা জগোই শাই তাম্বারি কনানা
থোংলি অতৈ কনানা হুংশিবা বীণা ॥১

---

১। মধ্যাজ, ২। 'হেরি' ছাপাদা লৈতে।

---

* রস অসি অঙোম নিংথৌনা শকথিবনি।

সখীগণ দুহারে কুসুমের বেশ করে
প্রতি অঙ্গে যৈছে বিলক্ষণ
নানাযন্ত্র মৃদঙ্গাদি আনি দিল বৃন্দাদেবী
করে সভে পুলিন গমন ॥৩

*জয় সরোরুহমিত্র-কন্যা
জয় তরঙ্গিণী ধন্যা ॥
তার তীরে হোলিকার স্থানে
তাহা নটন রসের বন্ধানে ॥
সখীগণ মাহা কুতুহলি
কর জুড়ি রচিলা মণ্ডলী ॥৪

সুখ বৃন্দাবনে যমুনা পুলিনে।
প্রফুল্লিত বনে তাহে খেলতি বনমালি
ব্রজ যুবতী মেলি [1]ঘন করতালি ॥ধ্রু

---

লৈতেংজরি লৈ-তনা অনিমকপু সখীশিংনা
নীংবা থুংনা পেন্না মানা মানা ॥
পুং শেল যন্ত্র মখল শুনা লানশিন্নক্লে বৃন্দানা
লাক্লে লোইনা যমুনা পুলিনদা ॥৩

জয় ওইরে কোরৌ মঙান্না পোকপী
যমুনানা ঈচেল নাইবী ॥
মাগী তোরবান হোলিকাগী মফম
জগোই শান্নফম রস ঈহৌফম ॥
সখী ময়াম চঙ্না হরাউ-মথোই কানা
শেম্নকলে মণ্ডলী থুংশম্নহনা ॥৪

বৃন্দাবন উমংদা যমুনা মপান্দা।
লৈগী বন মতুংদা শান্নে শ্রীরাধাগোবিন্দ
ব্রজজনহা ওইবীশিংনা কোয়না মণ্ডলী শানা ॥ধ্রু

---

* ওবা। ভাণ্ডব মালানা শেম্নবা ঈশৈ অমগা থানবিয়ু—
"জয়তীত যমুনা দিনকর কন্যা।
জয়তি জয়তি বৃন্দাবন বিপিনে ॥
রাধা গোবিন্দ পদ র-বিন্দং
ভজহুঁ মন-রে ॥"

১। ঘন করতালি—চোঃ ॥।

মালিকা মালতী শেফালিকা যূথি
তাহে গুঞ্জত ভ্রমরা আর ভ্রমরী
সৌরভে লোভিত মতি ॥
বামে বৃষভানুসুতা যৈছে নব হেমলতা ॥
মউর মুকুট গায় ঘাম বিন্দু বিন্দু মুছায় ॥
নৃত্যছলে তাম্বুল লেই প্রিয়ার বদন দেই ॥৫

নব নায়রী নব নায়র
[১]নব নৌতুন নব নেহা ॥
[২]আঁখি আঁখি নিমিখে নিমিখে
বিচুরল নিজ দেহা ॥
[৩]নব নৌতুন গণ নৌতুন বন
নৌতুন সখী গানে ॥
[৪]তাদিগ তাদিগ থৈ থৈ দিগতা
[৫]ফুকরই সখী বামে ॥
[৬]নব নৌতুন কেলি রভস রস
নৌতুন গতি [৭]তাল ॥

---

মালিকা মালতী শাংলি শেফালিকা
থোইমু মপৈনা ঙংলি লৈনম কংবদা
কবঙাওনরি লৈহী থিবদা ॥
তাল্লি ওয়দা শ্রীরাধিকা তনৌজবী উরীগুম্না ॥
রাহোং-মতু-থেৎপা-মায়থোং কারি হুমাং মরীক মরীক
ইল্লি পানা জগোই-শানা রাধা মায়থোং চীল্লোক্‌না ॥৫

কয়া নীংথিরি কয়া কজরি
কয়া নৌজরি কয়া পেম্নরি ॥
য়েংনৈ শংত্রিক চানৈ মিৎকা মিৎকা
লুপ্নরিনে থরায় হকচাং ॥
নহা মশেম্নি অনৌবা কুঞ্জহুংনি
শৈহেকলি গোপী নহানা ॥
তাদি-গ তাদিগ্ন থৈ থৈ-দিগতা
সখীশিংনা য়ৈরি পুংলোন ॥
অনৌবা রসনি উদরি তাইবঙ্‌দা
অনৌবা তাক্তনা তিনবা ॥

---

বৈঃ পঃ ২৫১— ১। 'নব' রাওনে, ২। আঁখে আঁখে, ৩। 'নব' রাওনে, ৪। তাদিগ দিগ তাদিগ দিগ, থো দিগ দিগ থো দিগ দিগ, ৫। তাল ফুকারই কানে, ৬। নৌতুন রস কেলি রভস, ৭। তালে।

[1]দৃমি থো দৃমি থো দৃমিথো দৃমি
বাওত সখী [2]তাল ॥
চঞ্চল মণি কুণ্ডল চল
চঞ্চল পট্টবাস ॥
[3]দুহে দুহাকর ধরিয়া নাচয়ে
হেরত অনন্তদাস ॥৬

[4]তাতা থৈ থৈ বায়ত মৃদঙ্গ
নাচত বিধুমুখী অঙ্গ বিভঙ্গ ॥
সুবিষম তাল কাহ্নু যব দেল
তব ললিতা সখি হরষিত ভেল ॥
[5]কাহ্নু কহে সুন্দরি কর অবধান
ইহ পর পদগতি করহ সন্ধান ॥
রঙ্গিণী সহচরী [6]বায়ত তাল
[7]কাহ্নু দেয়ত করে সুবিষম তাল ॥
নাচত সুবদনী কতহুঁ [8]সুছন্দে
হেরি চমকিত [9]সহচরি বৃন্দে ॥

---

দৃমি ধো দৃমি থো দ্রিমি দ্রিমি
খোম্বোকলি নুংশিনা পুংনা ॥
তনিকলি নাপদা মণিগী কুণ্ডলনা
হাইরি ফীজি-ফীনা-পুম্বা ॥
পায়নৈ থৃৎকা থৃৎকা শারি জগোই পুন্না
য়েংজরি অনন্ত দাস ॥৬

তাতা-থৈথৈ হায়রি পুংলোন্না
শারি জগোই রাধা নিংথিবী শাথেক্না ॥
তাম্বারি কৃষ্ণনা অরুবতা থন্না
ললিতা সখিনা হরাউজৈ উবদা ॥
কৃষ্ণনা হায় নীংথিবী চেকশিল্লু হন্দক্তি
পীরিবা অসিদা শারো য়েংসি তান চাইল্লু ॥
খোংলি যন্ত্র কয়া লোয়নবী সখীনা
থারি থৎনা কৃষ্ণনা অরু অরুবা তাল ॥
শারি জগোই রাধানা কৃষ্ণবু শুম্বাংনা
ভক্তরি উবদা মথোই-কাবী সখীশিংনা ॥

---

১। দ্রিমি ধো দ্রিমি, ধো দ্রিমি দ্রিমি, ২। তালে, ৩। দোঁহে দুঁহু কর ধরিয়া নাচত রায়শেখর পদাবলী ৩২০— ৪। তত্তা থৈ থৈ বাওয়ে, ৫ কানু, ৬। বাওত, ৭। কানু, ৮। সুছন্দ, ৯। সব সহচরি বৃন্দ।

কোই কহে ধনী ধনী কোই জয়কার
[1]কাহ্নু দেয়লি [2]গলে গুঞ্জাহার ॥
কণ্ঠে দেয়ল ধনী উর পর লাগ
[3]কহ কবিশেখর নব অনুরাগ ॥৭

[4]তাধিং তাধিং হরধিং হরধিং
নাচে রাধা মাধব ॥
[5]গোপিনীর গায়ন্তং তাল
নাচে রাধা মাধব ॥
বিশাখা প্যারী মৃদঙ্গ বাজে
নাচে লাল লালরী ॥
[6]তাধিং তাধিং ধিগিতি নিনাদং
কুর্ব্বণ্ রাসে বরমুরুজোহয়ং ॥
লাস্যে রাসামতিশয় [7]তুষ্টং
নিন্দতন্যাঃ সুরবনিতাঃ কিং
[8]তাতাধিং তাতাধিং ॥

---

হায়নৈ শোন্নৈ ফজে ফজে লাউনৈ জয়গী ধ্বনি
হুক্লে রাইদা গুঞ্জাপরেং শ্রীকৃষ্ণনা ॥
শিজিল্লে রাইগী ওক্তো লীকথাং চানা শেম্না
হায়জৈ কবি শেখরনা ফাওরি অনুরাগ ॥৭

তা-ধিং তা-ধিং হরধিং হরধিং
শারি জগোই অনিনা ॥
গোপীন-শকপা ঈশৈ তাল্দ
শারি জগোই অনিনা ॥
বিশাখানা য়ৈ পুংলোন নুংশিনা
শারি জগোই অনিনা ॥
হেল্লি হেল্লি পুন্নমক্তা হেল্লি
য়েংনৈ ওক্তা লাইগী নুপীশিংমক্তা ॥
তাতাধিং তাতাধিং
লাস্য জগোই উনবদা পেন্নৈ
কল্লক্লরি লাইরেম্বীশিংনমক
তাতাধিং তাতাধিং ॥

---

১। কানু দেওল, ২। নিজ গুঞ্জাহার, ৩। কহ শেখর সোই, গাঃ কীঃ ১৩৫৩-৫৭ লাঃ ২৩ সর্গ—৪। ত ধিক্ তাধিক্ হরধিক্ হরধিক্, ৫। গোপিনির্গায়ন্তং, ৬। তাধিক্ তাধিক্, ৭। তুষ্টো, ৮। তাতা ধিক্ তাতাধিক্।

নৃত্যন্তিত্থং গদন্তি তথথৈ
থৈ তথৈ থৈ তথৈ থা ॥
রাধাকৃষ্ণ দ্যুতিঘন চয়ে
চঞ্চলেব স্ফুরন্তী ॥
পাণিদ্বন্দ্বং মুহুরিহ নদৎ
কঙ্কণং চালয়ন্তী ॥
কূজৎ কাঞ্চি কটকবিরন্
নূপুরং ধ্বানরম্যং ॥৮
গোঃ লীঃ মৃঃ ২২ শঃ সর্গ ১৩৫১ লাঃ

[১]কালিন্দীতীর সুধীর সমীরণ
কুন্দ কুমুদ [২]অরবিন্দ বিকাশ।
নাচত [৩]মোর ভোর মত্ত মধুকর
শুক [৪]সারিক পিকুপঞ্চম ভাষ ॥
[৫]মধুবনে নিধুবন মুগধ মুরারি।
মুগধ গোপবধূ অধিক লাখ [৬]সঙ্গে
[৭]রঙ্গে বিহরে বৃখভানু কুমারি ॥ধ্রু
[৮]নাচত নটিনি গাওয়ে নটশেখর
[৯]গাওত নটিনি নাচে নটরাজ।

---

জগোই শারি পুংলোন হায়না তথথৈ
থৈ তথৈ থৈ তথৈ থা ॥
নোংহোলক্তা ভানবা নোংথাং গুম্না
শ্রীমতী রাধিকানা ॥
মখোল থোকলি থূজেংদ থূজিনা
থূংথেক থূংহায় থূদীংদা ॥
কিণি কিণি থাঙদ কিঙ্কিণীনা
নূপুরনা রুণু ঝুনু ॥৮

যমুনা মপান মলয়া ঈপোম
ঈশিংসু কংফানসু য়োমলি লৈতনা ॥
জগোই শারি রাহোং ককঙাওনরি খোইমু
পঞ্চম স্বরদা কোকিল খোংলি তুংশিনা ॥
জগোই শারি নিধুবনদা ককঙাওনরি মুরারি
ককঙাওনবী গোপীশিং কোটি কয়া লোয়ননা
শান্নে হরাউনা বৃষভানু কুমারী ॥ধ্রু
শারি জগোই গোপীনা শক্তি ঈশৈ বনমালী
শৈহেকলি গোপীনা শারি জগোই শ্যামনা ॥

---

থূংইন্দা—১। কালিন্দীরে ২। পরকাশ, ৩। মউর, ৪। সারী, ৫। নিধুবনে নাচত মুগুধ, ৬। সঙ্গে, ৭। রঙ্গে য়াওদে, ৮। নাচে রমনী গায়ত নটশেখর, ৯। গায়ত।

শ্যামর [১]গোরি গোরি সঞে শ্যামর
[২]নব জলধরে জনু বিজুরি বিরাজ ॥
[৩]হেরি হেরি অপরূপ রাস কলারস
[৪]মনমথে লাগল মনমথ ধন্দ ।
ভূলল গগনে [৫]সগণে রজনীকর
[৬]চৌদিশে ফিরত দীপধর ছন্দ ॥
তারাগণ সঞে তারাপতি হেরি
লাজে [৭]লুকায়ল দিনমণি কাঁতি ।
গোবিন্দদাস পহু জগজন মোহন
[৮]বিহরই ভেল কলপ সম রাতি ॥১ বৈ: প: ৬৩১

* জয় কৃষ্ণ মনোহর যোগতরে
যদুনন্দন কিশোর হরে ॥ধ্রু
[১]জয় রাস রাসেশ্বরী পূর্ণতমে
বরদে বৃষভানু কিশোরী রমে ॥

---

শ্যামগী নাক্তা রাই রাইগী নাক্তা শ্যামরায়
ফূয়না হোৌবা নোংলেন লেঙ্‌দবা নোংথাঙ্‌ থান ॥
অঙকপনি রা-স- তূংনফমনি কলা রস
ঙাওচৎনৈ কামগী মপু শুঙ্কাৎলি মাবুমকপু ॥
কাওই থানা মাগী খোঙচং মতুংইনবা থরাম্মীচাক
লৈরি কোয়না অস্থম মৈরা পায়বগুম্মা ॥
থরাম্মীচাকশিংগা থাবু উরবদা
ঈকাই ফীরক থুমলে থোকঙমদরে হুমিৎ ॥
গোবিন্দগী মবুংঙো শান্নথি রাসলীলা
কল্পগা মান্নবা শাংলবা অহিং চূপ্পা ॥১

য়েংউ কম্না পূরীং-হূরি শ্রীগোবিন্দ
পূমঙান ঙাল্লি যমুনা মপান ।ধ্রু
জয় ওইরি রাসেশ্বরী শ্রীরাধিকা
বৃষভানুনা পোকপী গোপী লুচিংবী ॥

---

১। গৌরী গৌরী, ২। নব জলধর বিজুরী বিরাজ, ৩। হরি হরি রাস কলারস অপরূপ, ৪। মনমথ, ৫। সগণ, ৬। চৌদিগে ফিরত দীপধরি চন্দ, ৭। লুকায়লু, ৮। বিহরিতে ভেল কিশোর হরে ( গোবিন্দগী জগোইদদি পদাবলীগী মরোল অসি লীজিরে।

* ঈশৈ অসি 'রাস উল্লাস-তন্ত্র' দগী রাওই। ১ ; ছাপাদা পরেং ২ সি লৈতে।

[1]জয়তি জয়তি কদম্বতলে ললিতঃ
কল বেণু-সমীরতগান-রতঃ ॥
সহ রাধিকয়া হরিরেকমতঃ
সততং তরুণীজন মধ্যগতঃ ॥
বৃষভানুসুতা পরমা প্রকৃতিঃ
পুরুষো ব্রজরাজসুতঃ সুকৃতিঃ
ইহ নৃত্যতি গায়তি বাদয়তে
[2]সহ গোপিকয়া বিপিনে রমতে ॥
[3]জগদাদি গুরুং ব্রজরাজসুতং
প্রণমামি সদা বৃষভানু সুতাং ॥১০
রাস উল্লাস-তন্ত্রে

রাসনৃত্য অবসানে নিভৃত নিকুঞ্জ স্থানে
নিবসই সখীগণ মেলি।
হাস পরিহাস করি অন্তরে আনন্দ ভরি
বাঢ়ল দুহুঁ রস কেলি ॥ধ্রু

---

চীক্ল-ঈংন-থক্ল-ঙাল্লি কদমগী মথোঙ্দা
কয়া সুংশি য়েঙ্না মুরলী মথোলনা ॥
ঙাল্লি শ্রীহরিনা রাধিকা লোয়ননা
গোপীগী মরক্তা ঙাল্লি জগোই শানা ॥
অথোইবী প্রকৃতি রাধিকা শকহেনবী
তাইবঙ্গী মবুংঙো ব্রজনিংথৌমচা।
জগোই শামিন্নে শকলি ঈশৈ সুংশিনা
ব্রজগোপীশিংগা শ্রীরাস মণ্ডলদা ॥
খুরুমজরি অনি চঙ্জৈ চরণ-খাদা
পীনৌ কৃপা ঈরীক ভাগ্যচন্দ্র-দাস ॥১০

রাস লীলা লোইরবদা নিভৃত নিকুঞ্জবনদা
কোয়শিন্দুনা সখিশিংনা ঙাল্লে ॥
নোক্নে ফাগি কয়া ভোনা সুংঙাইবনা খম্মোইথল্লা
রসনা হানা কুঞ্জ সজ্জাই ॥ধ্রু

---

১। জরতীহ, ২। খুংইদা পরেং অসিমা চিখরম্মী। ৩। ওজাশিংনা শাংরনবদগী মথক্তা পদ ৬ থক থাদোক্লম্মী।

মোংগলবা— ঈশৈ অসি খুংই অতৈদা কংবে, চৌঃ ৪ তদা রাওবদি।

সুচাতুরি সখীগণ জানিয়া দুহুঁক মন
নিজ নিজ কুঞ্জে পয়ান।
অদভূত বৈদগধি অদভূত রস নিধি
করু রাধামোহন গান॥১১

কুঞ্জসুখ সদনে পুষ্পরতি শয়নে
পিয়া পরিরম্ভণ কেলি।
চুম্বতি বদনে রঙ্গয়তি রমনে
ভুজে ভুজে বান্ধল মেলি॥ধ্রু
তরুণ তমালে তড়িত লতাকুলে
বেঢ়ল শোভিত জনু।
সুন্দর বদন ঘাম বিন্দু শোহন
পুলকাবলিত দুহুঁ তনু॥
কিঙ্কিণী নাদ কঙ্কণ শবদ
ঝন ঝন মঞ্জীর বাজে।
পূরল মদন বৈঠল দুহুঁজন
বিঘটিত সব বেশ সাজে॥

---

হৈশিংলবা সখীশিংনা ইঙ্গত পোইরৈ মতুংইন্না
মাগী মাগী কুঞ্জ পাংনখরে॥
ওইথোক্তবা লীলা-রস অঙকপনা হেন্না ঙকপা
শকচৈ মনাই রাধামোহননা॥১১

কুঞ্জ সঙ্গাইগুংদা লৈগী শয্যাথক্তা
ডাল্লি অনি অমত্তা ওইনা॥
নোংলক্নী নোংথাঙ্নি লৈরাংদা খোইমুনি
অহিং-লুংথিল অনিনা পুনবা॥ধ্রু
অনৌবা তমালদা নোংথাঙ্ মরী য়েৎপা
কয়াদ নীংথিবা য়েংউ॥
নীংথিবা মায়থোংদা কারি হমাং ঈরীক
হরাউ তুজুংনরি হকচাং 'পুম্বা॥
কিঙ্কিণী খোম্বাঙ্ খুজিগী মখোল
রুণু ঝুনু মণি-নূপুরনা॥
ফিজেৎ লৈতেংনরি অমনা অমগী
নীংবা থুংনা পুক্নীং মক্কারাম্না॥

রাইক বদনে হেরি অবলোকরে
ছল ছল লোচন পানি।
রাধামোহন কহ কৈছে হৃদয় সহ
নিমিখবি যুগ অনুমানি॥১২

নর্ত্তন-রাস-রস ইতি সমাপ্তং॥৫৩

---

উবদা হরিনা রাধা মায়থোং থম্বাল
কৃপকনি থঙ্দরি মিংকী পা-না॥
রাধামোহননা হায় পেনবা কোবা নৈরোই
যুগ কোজায় কয়া য়েংনীংগনি অহুম॥১২

নর্ত্তন-রাস-রসকী শৈশক লোয়লে॥৫৩

## * প্রহেলিকা-রস বর্ণনং

রাগ—ঝঞ্ঝতি

আমার গৌরাঙ্গ আজুরে কিভাব হয়াছে।
নিভৃত নিকুঞ্জে প্রহেলি বিলাস রঙ্গে
সেভাব মনে পড়িয়াছে॥ধ্রু
শুন স্বরূপ রামরায় সখীগণ সঙ্গে দুহুঁ
হরষিত রস কথা কয়।
দুহুঁ পুরাইতে মনে একে একে কহে
রস কথা সমুদয়॥
অলং। অন্য অন্যে প্রহেলিকা গূঢ় অভিপ্রায় শুনি
হরষিত বিনোদিনী রাই.
মূল। এই কথা কহে প্রভু রাধা প্রেমে মগন হয়ে
বাসুঘোষ এই গুণ গাই॥১

শ্লোকঃ

ভাবুৎকৌ লব্ধসঙ্গৌ বহুপরিচরণৈর্বৃন্দয়ারাধ্যমানৌ
প্রেষ্ঠালীভির্লসন্তৌ রতি-গতমনসৌ মৃষ্টমাধ্বীক-পানৌ।

---

রাগ—ঝঞ্ঝতি

করিনো মতৌসে ঙসিগী গৌরাঙ্গ প্রভুগী।
নিভৃত নিকুঞ্জদা শান্নখিবা পাখোঙ্ লীলা
ঙইরি মতৌ ভাব অহুগী॥ধ্রু
তাওনে স্বরূপরামরায় সখীশিংগা লোয়নহুনা
হায়নরকই রস-রারম্ কয়া॥
পেন্নবা অনিমক্কী হায়নৈ মথং মথং
তৌনৈ ফাগি কয়া থোক্লা॥
অলং। ফাগি-পাখোঙ্ তাজবদা হরাউজৈ রাধিকা
মহে মহে ঙাঙ্নবদো সখীশিং মরক্তা॥
মূল। হায়রি অসুম মহাপ্রভু রাধা প্রেমদা লুপ্তুনবু
শকচৈ গুণবু বাসুঘোষনা॥১

শ্লোককী অর্থ

বৃন্দাদেবীনচিংনা চান্নবী সখীশিংনা প্রেম সেবা কচ্চবা
কোয়না বন্দা শান্নবা জগোই-ঈশৈদা লুপ্পা চোকথরবা হকচাংদা

---

* মূল অসি লাইব্রেরী অঙাতোনন্না শকখিবনি।

গানৈর্নর্ম্ম প্রহেলীস্থল-পন নর্টনৈঃ রাস-লাস্যাদি রঙ্গৈঃ।
ক্রিড়াচার্য্যৌ নিকুঞ্জে বিবিধরতিরণৌদ্ধত্য-বিস্তারিতাঙ্গৌ ॥
গোঃ লীঃ মৃঃ ২২ সর্গ শ্লোক ১, ভক্তিরত্নহার ৫৫৭

রাই [1]কানু পিরীতির [2]বালাই লৈয়া মরি।
ক্ষণে করে আলিঙ্গন ক্ষণে [3]মুখ চুম্বন
ক্ষণে [4]রাখে হিয়ার উপরি ॥
আউলায়্যা চাঁচর কেশ করে বহুবিধ বেশ
সিন্দুর চন্দন দেই ভালে।
[5]মুখচাঁদে দেখি ঘাম আকুল হইয়া শ্যাম
মোছায়ই বসন অঞ্চলে ॥২ বৈঃ পঃ ৫৫৩

হা নাথ গোকুলচন্দ্র হা কৃষ্ণ পরমানন্দ
হাহা ব্রজেশ্বরীর নন্দন।
হা [6]রাধিকে চন্দ্রমুখী গান্ধর্ব্বা ললিতা সখী
কৃপা করি [7]দেহ দরশন ॥ধ্রু
তোমা দোহার শ্রীচরণ আমার সর্ব্বস্ব ধন
তাহার দর্শনামৃত পান।

---

হুমাই হুম কনানা শ্রীচরণ থোগন ভৌ কনামা পানা কৎ
নিকুঞ্জ সঙ্গাইদা শয্যাথক্তা চেম্না নীংজে রাধাকৃষ্ণবু ॥

অঙকপনি রাই কান্হু অনিমক্কী লীলা।
হুমিৎ খুদীং রস কয়া অনৌ অনৌবা ভাক্তা
য়েংউ সখি নীংথিজে কয়াদা ॥
শমজোই শম্নুন শেমজিনবীরে ফিজেৎ লৈতেং তৌরে কয়া
নাম্বরে সিন্দুর লাইপকয়ায়দা ॥
তৈথোকপিরি শ্যামরায়না সনাফীগে ফীজিনা
হুমাং ঈরীক রাইগী মায়থোংদগী ॥২

লায়ফম ওইবও হে ব্রজেশ্বরীনা পোকপা
ব্রজবাসী থম্মোই থানিন ওইবা ॥
মায়থোং থানিন ভমজবী শ্রীরাধিকা শকহেনবী
পীনবীয়ু দর্শন অনিমক্কী ॥ধ্রু
থকচনীংই অমৃত ঈথৌ লাংজৈ মদূতবু
ফংজহুনা দর্শন শ্রীচরণগী ॥

---

খুংইদা—১। কান্হু, ২। বালা, ৩। মুখে, ৪। রাখি, ৫। রাইমুখ, ৬। রাধিকা,
৭। দেয়।

ময়েংগদবা— ঈশৈ অসি নরোত্তম ঠাকুরগীনি, মখক্কী থরদং লৌহুনা শীজিন্নরবনি।

[১]করাইয়া জীবন রাখ    মরিতেছি এই দেখ
করুণা কটাক্ষ করু দান ॥
দুঁহে সহচরী সঙ্গে    মদনমোহন [২]ভঙ্গে
[৩]শ্রীকুঞ্জে কল্পতরু ছায় ।
আমারে করুণা করি    দেখাইবে সে মাধুরী
তবে হয় জীবন উপায় ॥
হাহা শ্রীদামাদি সখা    কৃপা করি দেও দেখা
হাহা [৪]বিসখাদি প্রাণসখী ।
দোঁহে সকরুণ হৈয়া    চরণ [৫]দর্শন দিয়া
দাসীগণ মাঝে লেহ লিখি ॥
তোমার করুণা রাশি    তেঁই চিতে অভিলাষি
কৃপা করি [৬]পুর মোর আশ ।
দশনেতে তৃণধরি    ডাকি [৭]লাম উচ্চ করি
দীন হীন এ [৮]বৈষ্ণবদাস ॥৩

গো: প: ত: ৩৪৭, প: ক: ৩০০৪ পদ

---

কনবীয়ুরে ননাইবু    তোল্লবনি খঙনবু
য়েংবীহুনা থৌজান মিৎয়েংনা ॥
কল্পতরু মখোঙদা    ঙানবীবদো ভঙ্গিদা
থৌগঞ্জবী সখীশিং লোয়ননা ॥
থুংজগবা নীংজবা    উজবা অসিগুম্বা
হিংজনবা উপায় কৈদৌঙৈদা ॥
শ্রীদামগী চান্নখোইবা    বিশাখাগী মবেম্মা
ফংহনবীরোগবা শ্রীচরণবু ॥
নিজরিনে কৃপা মরীক    শ্রীচরণ থম্বাল লৈহী
লীংথাবীয়ু সেবাদাসী ওইনা ॥
ঈখৌ লাংজে থম্মোইনা    কৃপা ঈরীক পামজনা
থুংলরোইদবরা ঐগী আশা ॥
নাগী চীক্লা ইচীন্দা    শোঙ্গে নামবু হৌনা লাউনা
তোল্লবা ননাই বৈষ্ণবদাসনা ॥৩

---

১। করায়া, ২। রঙ্গে, ৩। শ্রীকুঞ্জ কলপ তরু ছায়, ৪। বিশাখার, ৫। দরশন, ৬। 'পুর' য়াওদে, ৭। নাম, নাথ, ৮। বৈষ্ণবের—পাঠ (মসি কনাগুম্বনা পদকর্তাগী মহুত্তা মশাবু ওইনা লৌনীংহনা তৌবগীদমক, ওহোকফমদি থোক্কে)।

শ্লোকঃ

* বন্দে ভবতী মতুল রস-রাসীং।
বৃন্দারাণ্য-নিকুঞ্জ-বিলাসিনি!
কুরুমাং নিজ-পদ-দাসীং ॥ধ্রু

শিক্ষয়মামনুপমনিজ-
কল্পিত-সঙ্গীতকবহু ভঙ্গীং।
হরিমুপগায় যয়া ভবতী-
মহমীক্ষে-ঘন পুলকাঙ্গীং ॥
কারয়-নিজ-নাগর-চরণ-
দ্বয় পরিচরণং সুখসারং।
পরিচারয় হরিনাঙ্কিনবং-
নবমভিনব কুঞ্জমুদারং ॥৪ সঙ্গীত মাধব থুংই—দাঃ ৯

সুন্দরি রাধে ময়ি প্রসীদ কৃপাং বিধেহি ॥
যুবয়োশ্চরনারবিন্দদ্বন্দ্বং সন্দর্শয়
ত্বন্মুখদর্শনমর্পিত-মদধিনং ॥

শ্লোককী অর্থ

রাসেশ্বরী শ্রীরাধিকা গান্ধর্ব্বিকা।
ঙাম্বোইরিবী হে নিকুঞ্জ-কেলিদা
নিজে পীনৌ নঙ্গী কৃপা মরীক ॥ধ্রু

নিজে চরণদা তাকপিয়ু নঙনা
অকুপ্পা সঙ্গীতকী মরম অপুম্বা ॥
ঈশৈনা নঙ্গী পেলহনবী হরিবু
পামজে থৌগনবা হরাউ মথোই কাবী ॥
হরাউ লুংঙাই পুন্নমক্তগী হেনবা
ফংহনবীয়ু সেবা নবুংঙো চরণ ॥
নিজে হরি সেবা শক্তি মিৎ-মানবী
নৌহ্ননভা লৈবা কুঞ্জ লীলাদা ॥৪

চিংশিনবীয়ু ঐবু যুগল চরণদা
নিজে কৃপা হে থীংথিবী রাধা ॥
থৌরাংজবনা মায়থোং থম্বালতবু
চঙজে কথোক্লনা লৈজবা 'পুম্বা ॥
বৃন্দাবনগী কেলি-কুঞ্জলুংদা
পামজে শায়জবা শামুগুম ঙাওনা ॥

* থুংইগী অহানবা পদ অসিনা সঙ্গীত মাধবকী অনিশুবা পদনি।

বৃন্দাবনে বিহরতমিহ কেলিকুঞ্জং
মত্ত-দীপ-প্রবর-কৌতুক বিভ্রমেন ॥

বিবারিলাম চাই চাই
চরণ বিনে আর গতি নাই ॥৫

অঙ্গবেশ সম্বরিয়া বাহিরে বিশ্রাম যায়া
তাতে শোভা কহন না যায়।
হেমপদ্ম নিযোজিয়া অদ্ভুত নীলাব্জ জায়া (যায়া ?)
পদ্ম-নীরে রস কেনে চায় ॥
মিলিয়া পঙ্কজগণ করি জল গাহন
জলক্রিড়া করয়ে অদ্ভুত ॥৬

[1](দেখ) সখি [2]এ পুন নহ জলকেলি
শীকর নিকরহি ঘুমল মদন পর
শর বরিখয়ে দুহুঁ মেলি ॥ধ্রু
*সকল কলারস-সায়র [3]নায়র
[4]নায়রী মুখশশী চাহ।

---

থীকপিয়ু রাধে প্রেমগী ঈরিক মরীক তোল্লবদা
খোরাংঙ্গে ননাইনা শ্রীচরণ লৈহী অনিমকী ॥

চৎলুরে ঐনা কোয়না থুংনা
লৈত্তে লানফম চরণ নত্তনা ॥৫

শেমজিন্নরে ফিজেৎ লৈতেং হকচীক লাংনৈ মপান থোক্লা
শীংথাগনি কৈদা ফজবদো।
মখোঙ্ পাল্লি থম্বাল-বননা মরক থন্না অশংবনা
কয়া নীংথি য়েংউ ঈশিং নাক্তা ॥
কুম্নথরে ঈশিং হুংদা সনা মচু থম্বাল মপৈ
শোক্লরি অকনবা ঈশিং লানফম ॥৬

য়েংউ অসি সখি মতৌ নত্তে জলকেলি
চাইশিন্নরি ঈশিং ঈরীক শিংহল্লি কামগী মমিৎ
য়াকায়হল্লি মদন চৈনাখোন্না ॥ধ্রু
( কলারসগী হৌকম নাগর শ্যামনা
চিংনা য়েংলি মায়থোং নাগরিগী।

---

পঃ কঃ ২৭২০ / বৈঃ পঃ ৭৯৬ —১। ছাপাগীনি, ২। ইহ, ৩। নাগর, ৪। নাগরি মুখ শশি।

* বৈঃ পঃ দা মসিনা অহানবা পরেংনি, থংনবা পরেং ৪ অসিগী তুংদা থুংইগী অহানবা পদ অসি লাকদবনি। খক-খা ওয়বনা অর্থ তৌবদস্থ সুংঙাইরক্কে, ওহোক্লবা অমা নত্রগা ২ বা পদ অসিগী অর্থ খাদোকপা অমা তৌবা তাই। পঃ কঃ দস্থ মসিমদি অর্থ তৌরমদে।

কেলিবিলাস-হরম-ঘরমাইত
[1]কুণ্ডজল করু অবগাহ ॥
[2]সূক্ষ্ম-বসন-তনু [3]নীর নিষিঞ্চনে
বেকত হোয়ত প্রতি অঙ্গ।
তোড়ি নলিনীদল ধনী [4]কুচমণ্ডল
ধরু কিয়ে [5]ফলক অনঙ্গ ॥
সো [6]যব নখর, শিখরে হরি ফাড়ল
মনসিজ ভেল উদাস।
তহি পুন ভুজ যুগ পাশ পসারল
[7]ভণ ঘনশ্যামর দাস ॥৭ পঃ কঃ ২৭২০ বৈঃ পঃ ৭৯৬

এইরূপে রাধাকৃষ্ণ জলেতে বিহার।
সখীগণ মাঝে আসি সুকেশ শরীর ॥ধ্রু
শুষ্ক বস্ত্র পরিধান করিল সকল।
জলকেলি সমাধান আনন্দে হইল ॥
তবে বৃন্দাদেবী সভা সঙ্গে কৃষ্ণ লৈয়া।
স্বর্ণ মণ্ডপেতে আইলা আনন্দিত হৈয়া ॥৮

---

শান্নবা ঈরাংদ চোকথ-হুইথ-হুমাং ঈরীক
তেকথৎহন্নবা কুণ্ড ঈশিংনা ॥)
নপশিল্লে হকচাং 'পুম্বা অচোৎপা শাড়িনা
ওাল্লি পুমলং লংনা সনা-কুচু ॥
চুঙ্গোয় ওইনৈ থম্বাল্লৈকা কল্লি থাবোম শ্রীরাধা
কনজনবা মশা কামদেবনা ॥
হরিগী খুজীন্না ফক্কায়খরে চুঙ্গোয় চীংদোন
চোংথোরক্লে মদন মকাফোংনা ॥
পাম্বোম থৌরীনা হরিনা লাকশিনখরে কোয়না
দাস ঘনশ্যামনা য়েংজৈ পেন্না ॥৭

শান্নরগা জলকেলি কুণ্ডদা অমুন্না
কাথৎনরে রাধা-কৃষ্ণ সখীশিং লোয়ননা ॥ধ্রু
ফিজেৎ নৈতেং থোগন্নরি সেবা চঙ্বী সখীনা।
পেন্নজৈ মতোল্ লোয়া সেবা ফংজবনা ॥
বৃন্দাদেবী সখী হৈশিংজবী তাঙ্গা খঙ্বী।
চিংলক্লে কুঞ্জদা ময়াম্নু হরাউ মথোই কানা ॥৮

---

১। কালিন্দি, ২। নীলবসন, ৩ নীল নিষিঞ্চন, ৪। কুচমণ্ডলে, ৫। চাদ—পঃ কঃ, ৬। অব, ৭। কহ

## * স্বপ্ন-সঙ্গ-রস বর্ণনং

রাগ—কান্তি

লোচনে ঝর ঝর আনন্দ [১]লোর।
স্বপনহি পেখলুঁ গৌরকিশোর॥
চিরদিনে আওল নবদ্বীপ মাঝ।
বিহরয়ে আনন্দে ভকত-[২]সমাজ॥
কি কহব রে সখি রজনীক সুখ।
চিরদিনে হেরলুঁ [৩]গোরাচাঁদ মুখ।
বিরহে আকুল যত নদীয়ার লোক।
গোরামুখ হেরি দূরে গেল সব শোক॥
পুন না দেখিয়া হিয়া বিদরিয়া যায়
নরহরি দাস কান্দি ধূলায় লোটায়॥১

পঃ মঃ ৪র্থ ১৬৪, গৌঃ পঃ তঃ ২৬৯

[৪]আওব কানু শুনই ধনি [৫]বিরহিনি
হোয়ল দুখ অবসান।
কিশলয় শেজে রজনি অবসানহি
ঘুমহি মুদল নয়ান॥১

---

রাগ—কান্তি

শিন্নরকলে মিৎস্নাদা মুংঙাইবা ঈরা
উরম্মী মঙ্লান্দা গৌরকিশোর॥
নবদ্বীপ মপুংয়ায়দা ভানবীররে গৌর
চোংনা ফন্না হরাউনৈ পেন্নজৈ ভক্তশিং॥
করিবু হায়সিগে মঙ্লানগী মুংঙাইবা
উরম্মীনে গৌরাঙ্গবু মতম কুইনা তুংদা॥
কোক্লৈ ভন্না কায়ন-মৈশা নদীয়াগী মীয়াম
উজবদা ভসি শ্রীগৌরাঙ্গগী মায়থোং॥
কায়রি থম্মোই উত্রবদা মঙ্ফাওনরকপদা
কপচৈ নরহরিদাস উফূল্লক্তা ওন্না॥১

কৃষ্ণ লেঙ্লকপগী পাউ তাজবদা রাধা
ভাম্মোকচখি থম্মোই অমম্বা॥
অহিংগী মমৈদা থম্বালৈকা শয্যাথক্তা
উইথখরে অমুক হন্না॥১

---

১। হোর—পাঠ, ২। গোর চঁদের, খুইদা—৩। আওল, ৪। বিরহিনী।

* মূল অসি চাংঙাখবা খাবম লাকপনা শকবিবনি

*রাই কমলিনী দুঃখ দূর
হেরত স্বপনে সোই ব্রজবল্লভ
আওল গোকুলপুর ॥ধ্রু
[1](ধাওল ব্রজজন আনন্দ নিমগন
জয় জয় মঙ্গল পুর) ॥
যশোমতি ধাই কোর পর লেওল
চুম্বয়ে ও মুখচান্দে ।
ব্রজরমণীগণ করয়ে নিরীক্ষণ
আনন্দে হিয়া নাহি বান্ধে ॥
ঐছন হেরইতে স্বপন ভঙ্গভেল
আওব ভেল আশোয়াস ।
রজনি প্রভাতে কহয়ে সব সখিগণে
কহ পুরুষোত্তম দাস ॥২

বৈ: প: ৮৩৪. প: মা: ৪র্থ ১৬২

রাজপুরাদ্‌গোকুলমুপযাতম্ ।
প্রমদোন্মাদিত-জননী-তাতম্ ॥
স্বপ্নে সখি পুনরদ্য মুকুন্দম্ ।
আলোকয়মবতংসিত-কুন্দম্ ॥

---

অরামৈচাক কোকচৈ শ্রীমতী রাধিকা ॥
উজখি মঙ্‌লান্দা লাক্লম্বা ব্রজদা
থরায়গী মবুংঙো কৃষ্ণ ॥ধ্রু
চেস্লোকচৈ যশোদা ওকচরুই হরাউনা
চুপচখি মচাগী মায়থোং ॥
ব্রজগোপীশিংনা য়েংজখি হরাউনা
লৈত্তানখিদে হরাউবনা ॥
উমল্লগা অমুম মঙ্‌ফাওনখি রাধা
হরাউজখি পুক্নীং নিংকোক তোনা ॥
অয়ুক অঙনবদা তম্লকই সখিশিংদা
শকচৈ মনাই পুরষোত্তমনা ॥২

লাক্লম্মী মথুরাদগী গোকুলদা
হরাউবনা ঙাওনৈ নন্দ যশোদা ॥
উরম্মীদো ইতা মহাকপু মঙলান্দা
লৈরাং কুন্দনা ঙাল্লম্মী না-পদা ॥

---

* শবেং অমি ছাপাদা য়াওদে । ১। ব্রেকেট মন্নুংগী অশিনা খুইদা লৈতে ।

পরম-মহোৎসব-ঘূর্ণিত-ঘোষম্ ।
নয়নেঙ্গিত-কৃত-মৎপরিতোষম্ ॥
নব গুঞ্জাবলি-কৃত-পরভাগম্ ।
প্রবল-সনাতন সুস্ত্রদনুরাগম্ ॥৩

পঃ মাঃ ৪র্থ ১৬৫, পঃ কঃ ১৭৬৩ পদ, বৈঃ পঃ ১৮৭

আওল গোকুলে নন্দকুমারং
আনন্দে কোই কহই জানি পারং ॥১

কি কহব রে সখি রজনিক কাজ ।
স্বপনহি হেরলুঁ নাগর রাজ ॥ধ্রু
[1]আজি শুভনিশি কি পোহাইলু হাম
প্রাণপিয়ারে করলুঁ পরণাম ॥
বিদ্যাপতি কহে শুন বরনারি
ধৈরজ করহ [2]তুহে মিলব মুরারি ॥৪

শুন শুন কাহিনী পরাণ সজনি
আজুক সপনক রীত ।
পিয়া আসি মোরে আলিঙ্গন করে
আনন্দে আকুলচিত ॥ধ্রু

---

ব্রজ 'পুম্বা লুপ্লে হরাউ তয়ামদা
পেলহল্লম্মী ঐবু মাগী মিৎয়েংদা ॥
সনা-ফীগে-গুঞ্জা হাইরম্মী মাঙ্দা
লেপ্পা চানবী মাদি নীংজবশিংদা ॥৩

লেঙ্লক্লে গোবিন্দ মাগী গোকুলদা
হরাউমনবনা হায়কম-থঙ্নহনদা ॥১

করিবু হায়সিগে সখি ওসি অহিং মঙ্লান
ইমিৎসিনা পাপচেনবী উরম্মীদো কাহ্ন ॥ধ্রু
মাঙ্লে নোংঙানবদা চুংঙাইজবা মঙ্লান
থুরুমজরম্মী মাগী মখোঙ্ শোক্লা ॥
বিদ্যাপতিনা হায় তাবিয়ু শকহেনবী
থাঙ্বা কল্লু রাধে উরগনি মাবু শোয়রোই ॥৪

থরায় শকপী ইতারোয় তমজগে তাবিয়ু
মঙ্লান রারী 'পুম্বা ঙ'সগী ॥
কোনবীরম্মী চেৎনা লুনা চান্না কয়া
হৌখি ঈথক হরাউজবনা ॥ধ্রু

---

১। আজু—পাঠ। ২। তোহে—পাঠ।

বদনে বদন কতই চুম্বন
অধরে অধর দিয়া।
ভুজে ভুজ বান্ধি উর-পর ছান্দি
হিয়ার উপরে হিয়া ॥
হেনই সময়ে চেতন হইয়ে
বুঝিতে নারিল কাজ।
কিয়ে হয়ে হেন এমন করেন
নিশ্চয়ে নাগর রাজ ॥
বিবিধ বিধান কি জানি কেমন
সেই কি এমন হবে।
এ দাস উদ্ধব কহে এই বটে
রসিক নাগর তবে ॥৫

সখি (হে) এ কথা কহিয়ে তোরে।
চিরদিন পরে কোন [1]বিধাতারে
সদয় হইল মোরে ॥

---

মায়থোংদনা মায়থোং চীনবান্দনা চীনবান
থকখি লৈহী হন্না হন্না ॥
থম্মোইগা থম্মোইগা থন্নায়গা থন্নায়গা
পেনজরম্বা ঐনা কয়া ॥
মতম তাক্লাসিদা মিংকপ থোকখি ঐনা
খঙ্দে করি মতৌ ওইবা ॥
করিবু ওইগবা অম্মুম্না উরম্বা
নৌহৌনরি মৈচাক অমুক ॥
খঙ্দে ইত্তা ঐনা তাইবঙ্দা অম্মুম্না
ফংজগদরা উজবা মাবু ॥
উদ্ধবদাসনা হায়রৈ মবেম্মদা
খূদমনি মঙ্গলগী রাধে ॥৫

হায়রগে ঙসিদি তারো ইত্তা !
নোংদমনো করম্বা চানবিবা ঙসিত্তা
মতম কুইনগী মতুংদা ॥

---

[1]। বিধাতা।

নিশি অবশেষে কান্দিতে কান্দিতে
[1]নিদরা আওল আঁখে।
বুকে দুটি হাত হৈয়া অতি-ভীত
আসিয়া দাঁড়ায় সমুখে ॥
চমকি উঠিয়া কোরে আগোরিতে
চেতন হইল মোর।
দুরহি পড়িতে বিশাখা নিকটে
আমারে করিল কোর ॥
হিয়া দগদগি পরাণ পড়রে
তবহি সন্তোষ হোয়।
জ্ঞানদাস কহে শুনহ সুন্দরী
[2]বন্ধুয়া মিলব তোয় ॥৬
পঃ মাঃ ৪র্থ ১৬৭

## প্রলাপ

স্বপনে দেখিনু [3](সোই মোর) প্রাণনাথ
সমুখে দাড়াঞা আছে জোড় করি হাথ ॥

---

উইথখি ইামংসে কপ্রমলগা অনুম
অহিং নোংঙাল্লমদাই কান্দা ॥
অকিবা মতৌনা লেপ্রম্মী ইমাঙ্‌দা
লোম্রহনা মথুং অনিমক ॥
থংপেক থংনা ঐনা কোনগে তৌরুই মাবু
মিৎকপ থোকখি থুন্দকুদা ॥
রাম্বগে তৌবদা বিশাখানা ঐবু
কোনশিনবীখি মথাঙ্‌দা ॥
প্রলয় মৈরি হোখি চাকথেকখি থম্মোইমুং
পেজে ঐনা মহুতদা।
জ্ঞানদাসনা হায় তাবিয়ু শকহেনবী
উগনি শোয়দনা মাবু ॥৬

## প্রলাপ

উরম্মী মঙ্‌লান্দা প্রাণনাথ।
লৈরম্মী লেপ্তুনা মঙদ মথুং লাম্রগনা ॥ধ্রু

---

১। নিদ, ২। বঁধুয়া মিলিব—পাঠ, থুংহদা—৩। "সাই মোর" ম্রাঙদে।

পুন না দেখিয়া প্রাণ ধরিতে না পারি ।
কি করিব কোথা যাব কি উপায় করি ॥
পাইয়া পরাণনাথ পুন হারাইলুঁ ।
আপন করমদোষে আপনি মরিলুঁ ॥
যে দেশে পরাণ বন্ধু [১]সেই দেশে যাব ।
[২]পরিয়া অরুণ বাস যোগিনী হইব ॥
জ্ঞানদাস কহে রাই থির কর হিয়া ।
আসিবে তোমার বন্ধু সময় বুঝিয়া ॥৭॥ বৈঃ পঃ ৪৫২

স্বপ্ন-সঙ্গ-রস ইতি সমাপ্তং ॥৬০

---

মঙ্ ফাও-ন-র-ক-ল-ব-দদি পুঙমদরে থরায় ॥
করি করম তৌরসিগে করি লৈরি পাম্বে ॥
পায়জরম্বা মপি থুৎনা মাঙ্ খরবা কৈদা ।
লঙ্ জরুবা ইরালতনা চারে পাপপু পাপনা ॥
ওইজরগেনে যোগিনী হোংলগে লৈঙাঙ্ কি
য়োঁজরুগে মাগী নাক্তা লৈবাক রাংমা-লাম্না ॥
হায়জরি জ্ঞানদা-স-না তপথবীয়ু রাধে
লেঙ্ লকনি মতম চানা বনমালী রায় ॥৭

স্বপ্ন-সঙ্গ-রসকী শৈশক লোইরে ॥৬০

---

১। সে দেশে যাইব, ২। পৈঢ়িয়া ।

## *ভূত দশা বর্ণনং

রাগ—উপরাগ

[1]গৌর লাগি প্রাণ কান্দে কি বুদ্ধি করিব।
[2]সে হেন গুণের নিধি কোথা গেলে পাব॥
কে আর করিবে দয়া পতিত দেখিয়া
[3]ব্রহ্মার দুর্লভ নাম কে দিবে যাচিয়া॥
[4]আর কি দেখিব আমি সে চান্দ বয়ান। বৈঃ পঃ ১৬৯
দিবসে আন্ধিয়া ভেল না রহে পরাণ॥
বাসুদেব ঘোষ কহে বড় নিদারুণ।
গৌর বিনে বিষ্ণুপ্রিয়া না রহে জীবন॥১

হরি হরি কি কহব [5]গৌরার চরিত।
[6]অক্রুর অক্রুর বলি পুন পুন ধাবই
ভাবই পূরব পিরীত॥ধ্রু
কাহা মঝু প্রাণনাথ লেই যাওই
ডারই শোক কি কূপে।

---

রাগ—উপরাগ

কপলি ঐগী থরায় অসে গৌর মশুংলাংগী।
ফংলুগনি মাবু অমুক মকম কৈদা ঐনা॥
লৈরি কনা লানবিনবা মতাকপু নত্তনা।
নমহুনা পীবিহুনা হরি নামামৃত॥
উরকখিগদরা অমুক মায়থোং থাজ-থানিন
মমলে ঐদি মায়কৈ'পুম্বা থরায় পুঙমদনা॥
হুংশি হৈতবকো অমুক হায়জে বাসুঘোষনা
হিংলোই গৌর নত্তনদি বিষ্ণুপ্রিয়া দেবী॥১

করিবু হায়সিগে ইতা গৌরাঙ্গগী লীলা।
অক্রুর অক্রুর হায়না চেল্লি কোয়না কোয়না
নীংশিংহুনা হান্নগী লীলা॥
কদাইদনো পুরিবদো থরায়গী মবুংঙো
লংথরমহুনা ঐবু ঈপাক্তো॥

---

ছাপাদা—১। গৌরাঙ্গবে, ২। গৌরাঙ্গ গুণের নিধি, ৩। দুর্লভ হরির নাম কে দিবে যাচিয়া, ৪। অরোইবগী পরেং ৪ অসিদি ছাপাগা মায়দরে, ৫। গৌরার, পুংইদা—৬। অক্রুর অক্রুর।

---

* বুল অসি ইবুংসী ভীম অমসুং ইবুংসী শটেম্বাংনা শরুখিবনি

কেহ পুন বচন বোলে নাহি ঐছন
সবজন রহল নিচুপে ॥
রোই কতক্ষণে বোলই পুন পুন
তুহুঁ সব না কহলি ভাব ॥
ঐছন হেরি ভকতগণ রোয়ত
[১]না বুঝল গোবিন্দ দাস ॥২ বৈঃ পঃ ৫৭৩

হরি কি মথুরা[২]পুরি গেল
আজু গোকুল [৩]শূণ্য ভেল ॥
[৪]রোদিত পিঞ্জর শুহুঃখে
ধেনু [৫]ধায় মথুরা মুখে ॥
[৬]অব সো যমুনার জলে
গোপ গোপী নাহি বুলে ॥
[৭]হামু সাগরে তেজব [৮]পরাণ
[৯]আর জনমে হব কান ॥
কাহ্নু হোয়ব যব রাধা
তব জানব বিরহক বাধা ॥

---

ঙাঙ্বি শকপি তোগদবা লৈতে কনামতা
তুমিন লৈনৈ থামদে কনানম্ব ॥
কপলি মওঙ্ অসুম চৌন্দা হায়না অহুম
করিগী ঙাঙ্দে নথোয় করিমত্তা ॥
উবদা মতৌ কপ্লে ভক্তমখৈম্ন
তোকম খঙ্দে গোবিন্দদাস ॥২

লেঙ্খ্রবরা হরি মথুরাদা
পুমহাঙ হাঙ্লে গোকুলদি ঙসি ॥
পোনগী শুংদা কপলি তেনরা
চেল্লি ষণবী মথুরা মায়কৈ ॥
নিনথিদরে যমুনা মপান্দা
থোকথিদরে কনা গোপ-গোপী ॥
থারগা থরায় ঈপাক্তা লেম্বা
ওইরুগে কাহ্নু মপোক অমদা ॥
ওইহনগনি মাবুনা রাধা
খঙ জনবা মথন রাধানা রাবা ॥

---

খুদৈদা—১। কহতহি, বৈঃ পঃ—২। মথুরাপুর, ৩। শূন, ৪ রোদতি, পিঞ্জর শুকে, ৫। ধাবই মাথুর. ৬। অব সোই জমুনার কূলে, ৭। হাম, ৮। পরান, ৯। আন জনমে হোয়ব।

রেংখকবা :—নং ২বা উদৈ অসি খুংদৈদা থরা শাস্ত্রিনহুনা ঙাপাপ্পি ওইনা থমজরি।

বিদ্যাপতি [১]কহে নীত
অব রোদন [২]রহে মম চীত ॥৩ বৈঃ পঃ ১২০

[৩]প্রেম অঙ্কুর [৪]জাত যাত ভেল
না ভেল যুগল পলাশা ॥
প্রতিপদ চাঁদ উদয় যৈছ যামিনি
সুখ লব [৫]ভেগেও নৈরাশা ॥ধ্রু
সখিহে অব মোহে নিঠুর মাধাই
অবধি রহল বিছুরাই ॥
কো জানে চাঁদ [৬]চকোর নিশি ভেজব
মাধবি মধুপ সুজান ॥
অনুভবি কানু পিরীতি অনুমানিয়ে
বিঘটিত বিহি [৭]পরমাণ ॥
[৮](এ) পাপ পরাণ আন নাহি জানত
কানু কানু [৯]করিয়ে ঝুর ॥
বিদ্যাপতি [১০]কহে নিকরুণ মাধব
গোবিন্দ দাস রসপুর ॥৪ বৈঃ পঃ ৬৭৩

---

বিদ্যাপতিনা থেমক্লে কিনা
নত্তে মতম হজীক কপ্লুবগী ॥৩

প্রেমগী ময়োন ঐগী চোংফাত্রিতৈ কংলে
চোংডমখিদরি খুমু অনি ॥
নোংমা পানবা থানা থোকপগুম আতিয়াদা
মুৎলে লৈজরম্বা আশা মরীক ।
(ইতারোয়) হজীক্লা ঐবু হন্দোকপিরে মানা
মিতুংশি থডদনা শ্যামবায়না ॥
থানিননা নোংইনবু খেংইমুনা লৈরাংবু
থাক্লে কনানা থাদোক্কনি ॥
খঙই শেংনা ঐনা খল্লুবগা মাগী মতৌ
থোকহনবনি মসি বিধিতনা ॥
খঙদে কনাবু পাপচেনবী থরায়সিনা
লেপ্পা লৈতে শোনবা কানু কানু ॥
বিদ্যাপতিনা হায় কুংশি হৈতে মাধব
রসরাজনি হায় গোবিন্দনদি ॥৪

---

১। কহ, ২ নহ সমুচীত, বৈঃ পঃ—৩। প্রেমক, ৪। জাত আত, ৫। ভৈগেল নিরাশা।
৬। চকোরিণি বঞ্চব, ৭। নিরমাণ, ৮। (এ) মাধবে, ৯। করি, ১০। কহ. নিকরুণ মাধব।

নাহ-দরশন-সুখ বিহি কৈলে বাদ
[১]অন্তর ভাঙ্গল বিনি অপরাধ ॥
সুখময় সাগর মরুভূমি ভেল
জলদ নেহারি [২]চাতকি মরি গেল ॥৫ পঃ কঃ ১৯৫২ পদ

*শীতল তছু অঙ্গ দেখি [৩]অঙ্গসুখ লালসে
[৪]তেজি কুল ধরম গুণ নাশে ॥
সোই যদি তেজল [৫]কাজ কিয়ে জীবন
[৬]আনল সখি গড়ল করি [৭]গ্রাস ॥
* * * * * *
হামারি [৮]ছুবাহু ধরি সুদৃঢ় করি বান্ধবি
শ্যাম-রুচি-তরু-তমাল ডালে ॥
প্রতিদিবস সবহুঁ [৯]মেলি [১০]অবশ্য আসি দেখবি
শয়ন তেজি [১১]উঠিয়া সকালে ॥৬

---

কায়রে থংম্মাই লানজদনা হুংাশহৈতে বিধি
পুথোকপাখত্বনা মিৎকী রাংমা লান্না ॥
হুংডাইজবা ইরেল ঈপাক ওইহল্লে মরুভূমি
য়েংবত্তদা নোংহৌ শিরে চেক্লা নোংগোবাদ ॥৫

মাঙ্‌হজরুই ঐনা ইশাগী ধর্ম্ম থল্লুবনা ঈংজগনি
উরুবদা মাগী চৗক্লবা চেংলৌ ॥
থাদোকপিরে মানা কান্নদরে হিংলুবগী
পীযু সখি হুদো চারগা শিগে ॥ঞ
পুনশিনবীয়ু চেৎনা কন্না তমাল মশাদা ঐবু
কোঞ্জগে পাম্বোমনা শ্রীকৃষ্ণ শক্লা ।
য়াহৌ ঙনবা মীপুম তিংনা উনসনু নিতিগী ঐবু
থঙ নজসনু কৃষ্ণ প্রেমগী মহৈ ॥৬

---

১। অঁকুরে, অঙ্কুরি, আঁকুরি—পাঠ, ২। চাতক, ছ পাদা ৩। সঙ্গ সুখ লালসে নত্রগা পরশ রস লালসে, ৪। করল কুল ধরম, ৫। কি কাজ ইহ জীবনে, ৬। আনলো, আনহ, ৭। গ্রাসে, ৮। দোন বাহু, ৯। মিলি, ১০। নিচয়ে, ১১। উঠই উষাকালে।

* ইশৈ অসি পদাবলীদদি য়াম্ন শাংই। ঐখোয়না মরক মরক্তগী লৌখৎলগী। মত্ন মতাং মতাংগী ওইনা উংলকখিগনি।

য়েংগদবা ঃ—অঃানবা পয়েং ৪ অসিগী খংনবদা পয়েং ৪ অমা অযুক থাদোক্লগী। মহুদি ঃ—

প্রাণারাধিকাবে সখি কাহে তোরা রোয়সি
মরিলে হাম করবি ইহ কাজে।
নীরে নাহি ডারবি অনলে নাহি দাহবি
রাখবি এই বরজকি মাঝে ॥

*বিশাখা সখি বলয়া লেহ ইন্দুরেখা অঙ্গুরী
[1]নাসিকা-আভরণ লেহ চিত্রা॥
লম্ব অবতংস লেহ শ্রুতি [2]মূলে ধারবি ‡
দেই সব [3]সঙ্গিগণ বাঁটি॥†
রাই অনুতাপ দেখি সবহুঁ সহচরি
শশিশেখর হিয়া যায়ত কাটি॥৭
বৈঃ পঃ ১০২৯, পঃ মাঃ ৪র্থ ৭৫

আওল বিরহিনী কালিন্দী-রোধ
সহচরী বচনে না মানে পরবোধ॥ধ্রু
মাতল করিণী যৈছে গতি ধাব
ঐছে চললি কোই লাগি না পাব॥

---

নঙ্না বিশাখা লৌজহৌ থৃজি ইন্দুরেখানা থৃদোপ
লৌহৌ চিত্রা নঙ্না নাসিকা লৈতেং॥
মণি-কুণ্ডল অনিসিনা নাপ লৈতেং ওইনহৌকো
য়েম্বোকপিথো অতৈদম্ম অতৈ॥
উনবদা রাইনা রাবা কপ্পে সখি মথৈ
শেগাক কায়রি থম্মোই শশি শেখর॥৭

লেঙ্লক্লে রাধারাণী কালিন্দী মপান্দা
থেম্বা নৌবা সখীশিংনা হাপখিদে নাপদা॥ধ্রু
ঙাওনা কৈনা চংশী শামু লমশা অমোম
ওইরি পাংথক শামুগা থিংডমদে কনানা॥

---

১। নাস-আভরণ, ২। যুগলে, ৩। আলিগণে,

* পদামৃত মাধুরিদা মায়দবা ঊৈশে অসিগী অতোপ্পা মওং, অমা টীকা ওইনা কোঙলি। টীকা অসিগী অহানবা পরেং ৪ অমুক থাদোক্লগা মচুদগী শরুক থরদং ওন্নাশিংনা লোয়ন্মী। থাদোক্লখশিংদি—

"সকল পরসঙ্গে মিলি স্তুতি করবি মোরি সখি
নাম লেই অভাগি ধনি রাই।
এ গজ মোতিহার লহ আপন গলে ধরবি
তোহে নিজ চিহ্ন দেই যাই॥

‡ মসিগী মথংগসু মথাগী পরেংশিং অসি অমুক থাদোক্লম্মী মচুদি—
এতহুঁ সংবাদ কহি খোলই সব ভুবনে

† মসিগী মথংদম্ম অরোইবা পরেং অনিগা হন্দোক্লম্মী—
পাণিতলে ঘাত বুকে মাথে সভে মারই
শশিশেখরের মরত জিউ কাটি॥

অতি দুরবল পুন পড়ি সোই ঠাম
মুরছিত হই তহি হরল গেয়ান ॥৮

কীর্ত্তনের গান ২২৮

হেরি রাইক দশা হরষিত পদ্মা সখী
আয়লি চন্দ্রাবলি পাশ।
শুন চন্দ্রাবলি রাই মুরছিত ভৈল
পুন না জীয়ব ঐছে ভাস ॥ধ্রু

পঃ মাঃ ৪র্থ ৭৮, গীতঃ রঃ ৩৪০

রাইক [1]শেষ দশা নিজ সখি মুখে
শুনি চন্দ্রাবলি রোই।
নিজ তনু [2]ডারি [3]ভূমি গড়ি যায়ত
ভূতলে কুন্তল ফোই ॥
রাইক প্রেমে [4]পুনহুঁ নন্দ নন্দন
[5]আয়ব করি ছিলা আশ।
সো সব [6]মনমথ বিহি কৈল [7]অন্যাত
[8]এতদিনে ভৈল নিরাশ ॥

---

চেল্লি মঙম-শান্দ মঙ্লান থোঙ্চংকুম
হাইথরী পৃথী থক্তা তারি রাম্বতুনা ॥৮

উরুবদা রাইগী মতৌ হরাউরুরি পদ্মা সখী
চেল্লক্লি চন্দ্রাবলী নাক্তা ॥
তাবিয়ু ইবেম্মা রাম্বতুনা লৈরে রাধা
থাজদরে অমুক হিংলক্রনি ॥ধ্রু

কপ্লক্লে চন্দ্রাবলী তাবদা পাউ অসি
মাগী সখী মচীন্দগী ॥
নীংথিজবী মশা ওল্লক্লে লৈমায় থক্তা
কোক্তী শম্লাং ইচোই চোইনা ॥
তৌরম্বা আশা ফ.গনি হরিবু অমুক
লাক্তনি শোয়রোই রাইগী প্রেমতনা ॥
নীংজরম্বনা অমা নোংদমখোম্না অতোপ্প'মা
লৈতরে আশা ভসিদগী দি।

---

গীত রত্নাবলী ৩৪১—১। দশমী, ২। ঢারি, ৩। ধূলি গড়ি যাওত, ৪। পুনহি নন্দ নন্দন, ৫। আওব, ৬। মনোরথ, ৭। আনমত, ৮। এতদিনে ভেল নৈরাশ।

ছাপাদ—১। দশমি, ২। ঢারি, ৩। ধূলি, ৪। পুনহি, ৫। আওব, ৬। মনোরথ, ৭। আন মত ৮। আতদিনে ভেল - পাঠ খুংই।

[১]এত বলি কর তুলি শিরে কর হানই
মুরছিত হয়ল গেয়ান।
পদ্মা দেবী [২]সখী কোরহি মেয়ল
ঝর ঝর [৩]ঝরয়ে নয়ান॥
বহুখণে চেতন [৪]পাইল নলিনী মুখী
[৫]ছোড়ল দীর্ঘ নিশ্বাস।
রাইক নিয়ড়ে লেই চলু [৬]সুন্দরী
[৭]কহত গোবিন্দ দাস॥৯

বৈঃ পঃ ৮৩৩, পঃ মাঃ ৪র্থ, গীতঃ রঃ ৩৪১, পঃ কঃ ১৮৬৯ পদ

যথা অচেতনেপড়িয়াছে রাই
চন্দ্রাবলি তাহা কাছে যাই॥
চন্দ্রাবলি হেরত বয়ান
ঝর ঝর ঝরয়ে নয়ান॥
সর্ব্বাঙ্গ ঘেমেছে রাইর গায়
শীতল হয়াছে রাধার কায়॥

---

অমুম হায়না চন্দ্রাবলী মকোক্তা থৃৎ হাপ্তুনা
রাম্বুতুনা তাখি লৈমায়থক্তা॥
কোনখৎচখি মাবু পদ্মাবতী সখীনা
লিম্বুখি মমিত্তা পিরাং মরী॥
লায়কম্নরক্লগা কুইনা তারক্লে জ্ঞান চন্দ্রাসখী
স্বরমপী শাংনা হোন্দুনা॥
থীল্লগন্থ পুবো রাইগী নাক্তা য়োরো
হাংক্লে গোবিন্দদাসনা॥৯

লাক্লে চন্দ্রাবলী রাধাগী লৈফমদা
ম্লাম্বুরিবা মফম অহু তাম্না॥
য়েংজরগা রাইবু চিংনা (চিংনা)
শিদ্বৈ পিরাং অতৎপা লৈতনা॥
রাধাগী হকচাং হুমাংনা চোৎলি
ঈংথরি উনগুম্না মৈশা য়াওদনা॥

---

গীত রত্নাবলী ৩৪১—১। এত কহি পুন পুন, ২। হেরি পদ্মাবতী কোরপর লেয়ল, ৩। ঝরয়ে,
ছাপাদা— ১। এত কহি পুন পুন, ২। তাহে, ৩। লোরে, ৪। পাই মলিন মুখি,
৫। বৈঠল ছোড়ি নিশাস, ৬। সহচরি, ৭। কহ পুরুষোত্তম দাস (মশিঙ্গা কবিগী মমিং ওন্নরিবসি থিনীংক্তাইনি, মাঙ্গরা শরুক থরা থমা য়াওরবগ্র অসুম্না পুম্নমক য়াম্নবদি ওইথোক্লে শিদোকপদ, শোয়রিবা ওইগদয়া খল্লি)।

চন্দ্রাবলি উঠায়ে হাতে
নিজমাথে মারে করাঘাতে ॥
বিশাখারে বলে চন্দ্রাবলি
মোদের রাইক প্রেমে তুই শিখায়লি ॥
বিশাখা করল কোন কাম
ধীরি ধীরি শ্রুতিমূলে কহে শ্যাম নাম ॥
ভূমিতে পড়িয়াছে কি কান্দে
কোথা-কারে গেল শ্যাম চান্দে ॥১০

শ্যামনাম শুনি প্রাণ (প্রিয়ে) ইতি উতি চায় ।
সম্মুখে তমাল তরু দেখিবারে পায় ॥
দূরেতে তমাল হেরি করে নিরীক্ষণ ।
[1]উন্মাদিনী হইয়ে ধনী চাহে আলিঙ্গণ ॥
উত্তর না পায়ে ধনী নিকটে চলিল ।
তমাল দেখিয়ে ধনী কান্দিতে লাগিল ॥
[2]কাহা দিব্যগণমোর নয়নাভিরাম ।
কোটি-চন্দ্র সুশীতল কাহা নবঘন শ্যাম ॥

---

থবায় শোক্না চন্দ্রাবলীনা
কপলি মথূৎ মকোক্তা হাপ্পা ॥
হায়রকই চন্দ্রানা বিশাখাদা
তম্বীবনি নঙ্না রাইবু প্রেম খঙ্হনবনি ॥
করম তৌরি বিশাখানা
কাম্নি তপ্পা রাধা নাদা শোল্লি শ্যাম-নাম ॥
কপ্পতনা ওল্লি লৈমায়থক্তো
কৈদা চৎখ্রে মাদি নকাদগী ॥১০

তাবদা শ্যামনাম য়েংই রাইনা মায়কৈ থূদীং
উক্নরে তমাল পাম্বী লেপলম্বদো মাঙ্দা ॥
উবদা তমাল পাম্বী হৌরিবদো লাপ্পা
ভাওচংবৈ রাধা কোক্সনীংই লাঙ্তক্পনা ॥
পাউধুম ফংদবনা রাই চেনখরে মনাক্তা
কপলক্লে শ্রীরাধা তমাল ওইরম্বদা ॥
কদায় ঐগী থম্মোই-থানিন মিৎকী ঈংনজফম
থানিন কোটি হেন্না ঈংবা কদায় নোংলেন-নোংহৌ ভম্বা।

---

১। দীঃ গাঃ পঃ ৩১৩, ২। কহে—পাঠ।

অমৃতের সার কাহা সুগন্ধি চন্দন
পঞ্চইন্দ্রি আকর্ষণ কাহা মুরুলী বদন ॥
তাহা দেখি এক সখী আইলা রাই বাস ।
[1]ধৈর্য্য কর ওগো রাই কহে জ্ঞানদাস ॥১১ *

কীঃ গাঃ ৩১৪, লীঃ গাঃ পঃ ৩৪৩, পঃ মাঃ ৪।৮২

## পুনশ্চ ভূত দশা গৌরচন্দ্র

সহচর [2]সঙ্গে গৌর অঙ্গ হেলাইয়া
চলিতে না পারে [3]ক্ষণে মুরুছিয়া ॥ধ্রু
অতি দুরবল দেহ ধরণে না যায় ।
ক্ষিতিতলে পড়ি সহচর মুখ চায় ॥
কোথায় পরাণনাথ বলি খেণে কান্দে
পূরুব বিরহ জ্বরে থির নাহি বান্ধে ॥

---

অমৃত ঈহৌক্ষম কদায় চন্দনগী চন্দন
লায়না চিংবা ইন্দ্রি মঙা কদায় মুরুলী থোনবা ॥
রাইগী নাক্তা সখী অমা চঙ্লক্লে য়েংঙমদনা
খাঙ্বা কল্লু রাধে হায়রৈ জ্ঞান-দাসনা ॥১১

## পুনশ্চ ভূত দশা গৌরচন্দ্র

লেকথরক্লি গৌর মনাই ভক্ত মশাদা
চঙ্শিন ঙমদে মাঙ্দা রাষ্ট্রে লৈমায়থক্তা ॥
শোনগৎঙমদে হকচাং শোনমনখিবনা গৌর
তারি লৈমায়থক্তা লৈরি মনাই ভক্ত য়েংনা ॥
কপ্লি হৌক্লা হৌক্লা কৈদনোনে হরি হায়না
ব্রজগী কায়ন মৈরিনা থম্মোই মৈশা লাংনা ॥

---

১। ধর্য্য—পাঠ, ২। অঙ্গে, ৩। খেণে।

* মসিগা ভাব মান্নবা রাধামোহনগী ঊৈশে অমা—

কাঁহা মোর প্রাণ-নাথ মুরলী বদন ।
কাঁহা মোর গুণনিধি ও চান্দ বদন ॥
কাঁহা মোর প্রাণবন্ধু নবঘন শ্যাম ।
কাঁহা মোর প্রাণেশ্বর জিনি কোটি কাম ॥
কাঁহা মোর মৃগমদ-কোটিন্দু-শীতল ।
কাঁহা মোর নবাম্বুদ-সুধা-নিরমল ॥
ঐছন প্রলাপিতে ভেল মুরছিত
এ রাধামোহন পহুঁ বিরহ-চরিত ॥

মসি গৌরচন্দ্রগী ওইনা লৈ কীর্তন পাম—২৩৬

কেনে হেন হৈল ১গৌরা বুঝিতে না পারি।
জ্ঞানদাস কহে ২নিছুনি লয়া মরি ॥১২ জ্ঞা: প: ২৪৫

জরাসন্ধ ভয়ে মথুরা ছাড়িয়ে
৩দ্বারিকা চলিলা হরি।
দূতী আসি ব্রজে রাই-এ কহই
সকল বিস্তার করি ॥

* অলং। গোবিন্দ বিরহ ভাব দ্বিগুণ বাঢ়ল দুঃখ
হৃদি প্রেমভরা মন্দাকিনী পারা ॥

মূল। রাই শুনিয়া এ সব কথা
সেই যে দশমি দশায়ে
পড়িয়া বাঢ়ল দ্বিগুণ ব্যথা ॥ধ্রু
ঘোষের ঘরে বচন না স্বরে৪
সদা ঝরে দুটি আঁখি।
রাইর দশা দেখিয়া সকলে
মূরছা হইল সখি ॥

---

করিগীনো গৌরাঙ্গনা মওঙ্ অম্নম তৌবা
জ্ঞানদাসনা হায় পান্দম করি লৈবা ॥১২

কিবনা জরাসন্ধ চেনখি দ্বারিকাদা
থাদোক্লুনা মথুরাপুর ॥
ওম্মী রাইদা দূতিনা লাক্লগা ব্রজদা
হোদোক্লুনা মরম পুম্বা ॥

অলং। কায়ন রাখলনা মবুংতোগী ওৎখি থুংদা রাধিকাগী
মন্দাকিণী ঈচেল ক্বাওখি মিৎলু নাপোন ॥

মূল। তারুবদা রাই থরায় ফুক্রা রায়
তরাশুবা পম্বাঙ্ অরোইবা খোঙ্থাং
ওইরে পাংথক শিবমক্রা ॥ধ্রু
তোকম খঙ্নদে নন্দগী সঙ্গাই
শিম্নখি মিত্তা পিরাং ॥
রাধাগী অয়াবা উবদা পুম্বা
য়াম্নখি সখী মথৈ ॥

---

১। গোরা, গৌর, ২। নিছনি, ৩। দ্বারিকা, ৪। স্ফুরে।
* অলং অদি চৌং ঃ তদা রাওই।

অলং। ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমা নয়ন বঙ্কিমা
না শুনি বংশীর গান।
হা হা ধিক ধিক অবলা পরাণ
কৈছে জীবন রাখি প্রাণ বাহিরাই
প্রাণনাথ মাধব॥

মূল। আর না হেরব সে চাঁদ বয়ান
যে বা ছিল গেল আস।
ধৈরজ করহ পুন দেখা হবে
কহই উদ্ধব দাস॥১৩

শুন প্রাণ সহচরি বুঝিলু নিশ্চয় করি
পুন নাহি পাব দরশন।
পুন দেখা পাব হরি [1]আস্থাছিল হিয়া ভরি
এবে গেল নিকট-মরণ॥ধ্রু
হাহা গুণনিধি হরি প্রাণনাথ বংশীধারি
রাধা মোর জীবনের জীবন।
এবে প্রাণ যাবে মরি মুখ চান্দ সুমাধুরি
মৃত্যুকালে না দেখি নয়ান॥

---

অলং। মথেক অহুম থেকপা মিৎয়েংনা খোইখোয়বা
ভাখিদরে বাঁশী খোঞ্জেল॥
নুপী ওইবী মপোক পাঙ্গল শোনবী থরায়
হিংলুগনি করম ফুকখরে থরায়দি
উবীদরি মহাক্তদি॥

মূল উররোইদো অমুক মায়খোং থাজদো
লোইখরে লোইনা লৈজবা আশা॥
থাড্‌বিখো রাধিকে ফংগনি শোয়দনা
হায়জৈ উদ্ধব দাস-না॥১৩

মরু ফুক্রে লোইরে সখি ভেকখরেদো আশা ময়োন
মপোকসিদি ফংলরোই মাবু॥
উজগনি অমুক হন্না থজ্জরম্মী আশা চাউনা
থঙলে হজীক শিবনা হাল্লে॥ধ্রু
হাহা হরি গুণনিধি প্রাণনাথ বংশীধারী
থরায় ওইবও লাইবক থীবীগী॥
কায়নরমদাই থরায় হকচাং ভাইবঙ্‌মৈশা কোকচরমদাই
উনাংবা উজদরে পাপচেনবীনা॥

---

অলং—চৌঃ ৪ তদা রাওই। ১। আশ ছিল?

নব হেমলতা যেন পড়ি রহে শ্বাস হীন
উলটা নয়ন করে ধনি রাই।
এত কহি ধনি রাই বিবস হইয়া গাই
ধরণীতে পড়ে মুরুছাই॥
দেখি সব সখীগণ উচ্চনাদে রোদন
হৃদি করাঘাতে ভূমি পড়ে।
রাধার [1]এ দশা স্মরি পরাণ ধরিতে নরি
শিশুরাম হৃদয় বিদরে॥১৪

ঐছন প্রবল মূর্চ্ছা দেখি সখীগণ
সেবন করিলা সভে চেতন কারণ॥ধ্রু
কোই জল আনি দেই মস্তক উপরে
কোই বস্ত্রাঞ্চলে মুছে নয়ন মাঝরে॥
কেউ আনে সুশোভিত সশ্বেত চামর
কেউ আনে তাল-বৃন্ত হইয়া সত্বর॥
অল্প অল্প বীজন করেন সর্ব্বগায়
কোনমতে কোন অঙ্গ স্পন্দন না হয়॥

---

সনাগী উরীশুম রাধা তারি থরায় য়াওদবশুম
ওনখৎখরে মিৎম্না চেঙ্‌কূপ শীনা।
অসুম তৌনা শ্রীরাধিকা লেকথখি লৈমায়থক্তা
হকচাংগা থরায়গা তোঙাম্নবশুম॥
কপ্প ওয়া সখীমখৈ হৌনা লাউনা তেংথাহ্না
ওন্ন থোইনা-খাঙ্‌নৈ লৈমায়থক্তা॥
উজবদা মতৌ অসি কৃষ্ণদোই থরায় অসি
থম্মোই পায়না খাঙ্‌ই শিশুরামনা॥১৪

উবদা অসিগুম্বা শিবগুম্বা মতৌ
লায়কম্নরি ময়াম চঙ্‌না য়ানা থরায় য়াওনা॥ধ্রু
মিৎতা নাদা হাপলি যৈরি কোক্তা ঈশিং
তৌজৈ সেবা কনানা তৈথোক্‌না মায়খোং॥
খোগল্লি কনানা চামর কিনা লুনা ওয়া
হমজৈ কনানা পেজ্ঞদবী কোনা হমাইনা॥
ওয়া কিনা অসুম্না তৌনৈ সেবা সখীশিংনা
কুংশা থীবা মিৎয়েংতনা খোগল্লি মবেম্মগী॥

---

১। খে—চৌঃ ৪।

কেউ তুলা তুলা রাখে না স্বরে পবন
মৃত্যু বোধে সখীগণ করয়ে রোদন ॥১৫

## শ্লোকঃ

**হা রাধেত্তি ধ্বনি মুখরিতা শ্বাসবৃন্দেতিমন্দে**
**বন্দে নন্দীশ্বরপরমিমাং রক্ষ রক্ষেতিভূয়ঃ ॥**
**কৃষ্ণেনৈবং বিহিতিমিতিশ্চ ব্যচেরন্ত্যেকপার্শ্বে-**
**ধন্তেনাসাপুটযুপকরান্তোজলাথাংবিলাখা ॥ ( বিশাখা ? )**

বৃন্দা কান্দে হাহা প্রাণেশ্বরী কোথা যাই
তুমা বিনে এ দাসিনী কি করু উপাই ॥ধ্রু
উঠ প্রাণেশ্বরী তুমার বালা লয়া মরি যাই
এ দাসিনী নিয়ে থাকে চান্দ মুখ চাই ॥
প্রাণেশ্বরী [1]তুমি যদি পরাণ তেজিব
সত্য সত্য তিন সত্য [2]আমি-হ মরিব ॥
এত কহি ভূমি লুটে কান্দে বনেশ্বরী
দেখি কান্দে উচ্চনাদে সব সহচরী ॥
দুঃখ সিন্ধু মাঝে সভে পড়িয়া রহিল
শিশুরাম চিতপ্রাণ তাগাতে ডুবিল ॥১৬

---

লেঙ্খিদরে লশিং মফোন নাতোন শূমাঙ্দা
কপনরকলে হাইহৎনরে লোইরবনি থঙ্না ॥.৫

## শ্লোককী অর্থ

তেংথানৈ সখিশিং রাধা কোতুনা পুনশিন মিশা কপ্পহনা
শোমৈ হরেকৃষ্ণ কনবীয়ু হায়না দুংশাথীনা তোয়না তোয়না ॥
থোকহনবনি মসি কৃষ্ণ মাতনা চন্দা অস্তুম হায়না গায়না
থমলি লশিং মফোন নাতোন শূমাঙ্দা যেংলি স্বর বিশাখান ॥

কপচৈ বৃন্দা হাহা প্রাণেশ্বরী কেঙ্লি কৈন্দা
নৈরি গতি করি ঐগী নৈত্রবদা নঙ্না ॥ধ্রু
লেঙথৎপিরো রাধে হন্দোকপিগু ঐবু মপু-পান্দ
হিংজরিবী ননাই ঐনি থাজ মায়থোং য়েংনা ॥
লেঙ্থবদি নঙ্না অস্তুম তাবিখিত্রবা কত্তুম
সত্যনা থঙ্সত্ ঐস্মু থোগনগনি লেপ্পা ॥
কপ্পি বৃন্দা তেংথা নাউরোয় ওয়া থোইনা রানা
কপ্পে অতৈ সখীশিংসু বৃন্দাগা লোয়ননা ॥
ফুমঙ্নরি তোফম থঙ্দ হাইহৎনরি 'পুম্বা
লুপলি পরায় হকচাং 'পুম্বা মনাই শিশুরামগী ॥১৬

---

১। যদি তুমি, ২। আমিও।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি উঠি বসিলেন রাই
দুনয়ানে অশ্রুধারা দশদিগে চাই ॥ধ্রু
হেনকালে [1]সেইখানে নারদ আইলা
হেরিয়া রাধারস্বরূপ নিস্পন্দ হইলা ॥
*→
ব্রহ্মস্বরূপা হেরি সেই শ্রীমতি রাধায়
প্রণাম করেন ঋষি পড়িয়া ধরায় ॥
[2]রাধা কহে উঠ উঠ কর একি কাজ
আমি [3]হই গোপনারী তুমি ঋষিরাজ ॥
আমারে প্রণাম কর এ নহে বিধান
তব অপযশঃ হবে [4]মোর অকল্যাণ ॥

প্রভাসখণ্ড ১৭৬

*এত শুনি শ্রীনারদ জুড়হস্ত কৈল
সহস্রনামের দ্বারা স্তবন করিল ॥১৭

নারদের মন জানিল তখন
নানা কথা প্রযুক্তি করিল ॥

---

কমলি হোগত্তুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্না রাধা
লৈনা য়ংনা মায়কৈ শীন্না মিৎস্না ঈ:হোননা ॥ধ্রু
মতম তাঙ্গা অসিমক্তা কাওরকলি নারদ
কুপথিদরে মমিৎ মুনি উজবদা রাধা ॥
উরি ব্রহ্ম মাগী মাঙদা শ্রীরাধা শক্তমদা
দণ্ডবৎ কৎলে ঋষি শাত্রাঙনা লৈমায়দা ॥
হৌনদে হৌগৎলু ঋষি দোষ লঙশিনবীরে
গোপ নূপীনি ঐদি করি লৈজদবী ॥
উরগা কনানা ঐবু থনখিগনি করি
মুনিগী মিংচৎ থীগনি মাঙজগনি ঐগীনা ॥
তানা তানা নারদনা মথুৎ অনি লোয়ে
শ্রীরাধাগী মিং লৌশীংনা লৈশী লৈথোক্তখি ॥১৭

নারদগী পুক্নীং খঙলবদা রাধা
তা-ন খরে রারম কয়া থোক্না ॥

---

১। সেইস্থলে—পাঠ, ২। রাধা কন উঠহ কর একি কাজ, ৩। হয়? ৪। মম।

*→ "গোলকের রূপ তার দেখেছেন আগে।
গোকুলের রূপ হেরি চমৎকার লাগে॥"
প্রভাস-খণ্ডদা মতাং অসিদা মসি হেন্না লৈ।

* মসিদগীদি ছাপাদা লৈত্রে। অদুগা পন্থেং অনি অসিনা উৎলিবা তাং অসিদি অদুমক লৈ, শ্রীরাধাগী সংস্রনাম অদুমু অদুমক খাঙবি।

নবগোপ গোপীগণ অনাদিয়া জনে জনে
ঋষি আইলা দ্বারকা ভবনে ॥
কৃষ্ণ সঙ্গে কাহা ঋষি কত মত কথা রঙ্গে
তবে ক্ষেত্রে যজ্ঞ আরম্ভিলা ॥
কৃষ্ণের অদ্ভূত গুণ ভক্তবিনে নাহি জান
শিশুরাম মনেতে ভাবিলা ॥১৮

শ্লোকঃ

অহো অহো ভিন্নকলে বিভুয়স্তে
সুধা সুধায়াং মধুরং পদে পদে।
দিনে দিনে চন্দন-চন্দ্র-শীতলং
যশো যশোদা-তনয়স্য শীয়তে ॥

শ্রীগোবিন্দ নাম প্রেম রস ধাম
গাইতে গাইতে যাউক জীবন।
দিনে দিনে আশা করি যত সাধা
শ্রীচরণে রহুঁ মোর মন ॥১৯

প্রাণনাথ গোবিন্দ গুণের সাগর
অধম পতিত জনে না ছাড় কিঙ্কর ॥ধ্রু

---

গোপ-গোপী চীথদনা হরাউহন্না মীপূম তিংনা
লাক্লে অমুক ঋষি দ্বারিকাদা ॥
কৃষ্ণ ঋষি অনিমক্না লেপ্নহ্না থোরম পয়েং
হোৎকলে যজ্ঞ কুরুক্ষেত্রদা ॥
অঙকপা কৃষ্ণগী গুণবু খঙ্দে অতৈ কনানবু
ভক্ত নত্তন, হায়জৈ শিশুরামনা ॥১৮

শ্লোককী অর্থ

মলয়া চন্দন থাদগীসু হেন্না ঈংবা
থুম্রবা অমৃত ঈচেলনা তিনবা
যশোদাগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী
মতিক মগুণ শোনবতদা তত্তনা
ময়েং তাশিল্লকথি রাধা হুমিং থৃদীংগী ॥

শ্রীগোবিন্দ মিংলেন প্রেম-রস ইরেন
লেনজনীংই পুন্সী শরু-শোন্ন অমুম ॥
আশা তৌজে কুইনা নিজে মিংকুপ থৃদীং
থকচবদো লৈহী পূক্নীং থোইমুনা ॥১৯

শ্রীগোবিন্দ প্রাণনাথ চঙ্জরি শ্রীচরণদা
তোল্লবনি খঙ্না ঐবু পীনবীয়ু চঙ্জফম ॥

কোটি জন্ম নিজ ভৃত না কর বিছেদ
চরণ-বিরহ জ্বালে মরণ নিবাদ ॥
নাম-গুণে প্রেম-ভক্তি নাহি লেশ জানে
কি বলিমু ওয়ে স্বামি পদের লক্ষণে ॥
তিলে মাত্র না দেখিলে শুখাওল কণ্ঠ
[1]পদে ডোরি দিয়া বান্ধ [2]মোর প্রাণনাথ ॥
অঙ্কুরিতে অঙ্ক বেশ অঙ্ক করু বস
দগধে জীবন ভেল [3]দেয় পদ রস ॥
শুনিয়া সাধুর মুখে অমৃত চরিত
যদি মোর ভাগ্য থাকে পাইবা সুনিশ্চিত ॥
কান্দে ভাগ্য-চন্দ্রদাস চরণ শরণ
হা গোবিন্দ রাধানাথ রাখহ জীবন ॥২০

ভূত-দশা-রস ইতি সমাপ্তং ॥৬১

---

মপোক মপোক থুদী-দা লৈংনবিহু শ্রীচরণ
চঙ্‌বা শিবা অনিমক্কা লাম্নফমনি ননাইগী ॥
নাম গুণ লীলা-কীর্ত্তন প্রেমভক্তি খঙ্‌জদে
খোকচদে থৎচবা ইরৈ পুক্লীংতনা কাউজমদে ॥
চরণ-দর্শন ফংজদনা লৈভমজদে ম্ৎকুপ অমা
চিংশিনবীয়ু চরণ খাদা প্রেমগী লীচিং থোরীনা ॥
থিজৈ কোয়না অমম্বদা অমম্বতা মথেংনৈ
হাংদোকপিয়ু মায়া য়ুখল উহনবীয়ু নঙান নঙগী ॥
তাজৈ সাধু-বৈষ্ণব চান্দ মপান নাইদে নহাক্তি
লাংচনীংই থম্মোইগুংদা লাকশিন্দুন পীকশিন্না ॥
কপচৈ ভগ্যচন্দ্রনা চঙ্‌জৈ নঙ্‌গী চরণদা
হা গোবিন্দ রাধানাথ কনবীয়ুদ ননাইবু ॥২০

ভূত-দশা রস-কী শৈশক লোমলে ॥৬১

---

১। পট্টডোরি। ২। মোরে। ৩। দেও।

## * কুরুক্ষেত্র-রস বর্ণনং

### উপরাগ

পূর্ব্বে কুরুক্ষেত্রে মিলে সেই ভাবাবেশে
সে নব সঙ্গম লীলা করে প্রেমাবেশে ॥ধ্রু
পূরুব ব্রজের ভাব করিয়া সুওরি
সঘনে কম্পিত অঙ্গ নয়ন বহে বারি ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি গোরা প্রেমেতে বিকল
ব্রজ অনুরাগ হয়ে মনেতে আকুল ॥
ব্রজ বিরহিনী ভাবে হইল মগণ
অপূর্ব্ব গৌরাঙ্গ-লীলা বিদ্যাপতি ভণ ॥১

কুরুক্ষেত্রে যাত্রায়ে আইলা মুরারি ।
সেই যাত্রা হৈল খ্যাত সবদেশ ভরি ॥
মথুরা দ্বারিকাবাসি গেলা দরশন ।
নন্দ যশোদা আদি ব্রজবাসিগণ ॥
রাধিকা আপনা সুখে সখিগণ সাথ
তীর্থে আসিয়া সভে হেরি যদুনাথ ॥

---

### উপরাগ

নীংন-ঈপাক-ইরেম্নংদা নৌনা লুপ্নথিবা
কুরুক্ষেত্রগী লৈপুন অদো নীংশিংলি গৌরাঙ্গনা ॥ধ্রু
মমাঙ্গী ব্রজগী ভাবপু নীংশিংহুনা গৌর
তনিকলি হকচাং পুম্বা মিৎস্না ঈহোননা ॥
ঙাওচৎনার প্রেমদ ডগি কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোম্না
থম্মোইদনা অনুরাগ লাঙতক্লনা পুক্নীং ॥
কায়ন মৈহুন চুবী গোপী ওইহুনা লেঙ্লি
অঙকপা গৌরগী লীলা বিদ্যাপতিনা শকচৈ ॥১

কুরুক্ষেত্র যাত্রাদা লেঙ্লক্লে শ্রীহরি
তাইবঙ্-শাংনা ফাওবা যাত্রা, থঙদবা লৈতবা ॥
মথুরা দ্বারিকা মীয়াম চৎনরি য়েংনবা
নন্দ-যশোদানচিংনা ব্রজবাসি 'পুম্বা ॥
সখীশিং লোয়ননা রাধা হরাউ-মথোই কানা
য়োরে প্রভাস তীর্থ উরে যদুনাথ ॥

---

* রস অসি অয়েকপম ওজা অনহুং মবাই ইবুংঙো পুড্রমন। শকখিবনি ।

রাজবেশ দেখি কহে মোর কৃষ্ণ নয়
বুঝি কৃষ্ণ রথ ছাড়ি তথায় মিলয় ॥
রাধা-কৃষ্ণ বেড়ি সখী বসি চারি পাশে
ক্ষেত্রের মিলন কহে এ উদ্ধবদাসে ॥২

এবে ব্রজবাসির কথা করিব বর্ণন।
প্রবাসের অভিমুখ চলে সর্ব্বজন ॥ধ্রু
কৃষ্ণরূপ হৃদি মাহা জাগে সভাকার।
কৃষ্ণ বিনা মুখে কিছু নাহি কহে আর ॥
হা কৃষ্ণ কোথায় কৃষ্ণ কবে দেখা পাব।
কতক্ষণে প্রবাসেতে কৃষ্ণ কাছে যাব ॥৩

ঐছে চলে যত ব্রজবাসি জনেজনে প্রেমের ভাষি
কৃষ্ণ দরশন-ভাব উল্লাসি ॥ধ্রু

*অলং। [1]কিয়ানন্দে ব্রজেশ্বরী হৃদি মাহা স্নেহ ভরি
কৃষ্ণ লাগি মাখন লবনী ॥
নন্দরাণী লয়া আই অনেক সাজনী
খাওয়াইতে প্রাণ নীলমণি
রথ পরে রাশি রাশি ক্ষীর লবনী ॥

---

কূমথরক্লে ফংনা কৃষ্ণ রথ মথক্তগী
উরুবদা রাজবেশ লৈথোকখি রাধিকা ॥
ভাল্লে ভসি অনি পূন্না থোগৈঞ্জে সখীশিংনা
শকচরি ক্ষেত্রগী মিলন উদ্ধবদাসনা ॥২

য়েংসি ব্রজবাসিশিং করি করম্না তৌরি।
প্রবাসগী লম্বী ভল্লি চৎলি মীপুম তিংনা ॥ধ্রু
কৃষ্ণরূপনা থম্মোই থল্লি অতৈ রাথল থৎলি
কৃষ্ণতনা চীনগী-লাইশোন কৃষ্ণতনা ধ্যান ॥
হা কৃষ্ণ কৈদনো কৃষ্ণ উগবা কৈদোঙৈ
য়ৌজহনা প্রবাসদা কংজগবা মাবু ॥৩

চৎলি অদুম ব্রজবাসি পূম্বা লূপ্নে পুক্নীং প্রেমগী রারীদা
উনৈ কৃষ্ণতবু ভাল্লি থম্মোইনুংদা ॥ধ্রু

অলং। খীংলি কয়া ব্রজেশ্বরী কৃষ্ণ প্রেমনা ঈথক হোনা
পুরি মাখন লবমী রানা ॥
কৃষ্ণ গুণবু শরুা চৎলি রাগনা থম্মোই থল্লি
পেম্না ইমগনি মত্তৌ য়েংগনি
করি রাত্তে নমা ঐগী নীলমণি ॥

---

১। কি আনন্দে—পাঠ, * থূংই অতৈদা অলং রাগুদে, চৌঃ ৪ তদা দৈ।

মূল ।   নন্দ উপনন্দাদি বৃদ্ধ ব্রজ জন
শৃদাম সুদাম দাম যত সখাগণ ॥
বিড়া-বৃন্দা আদি যত বৃদ্ধা ব্রজনারী
ললিতা বিশাখা সঙ্গে ভানুর কুমারী ॥
ধনিষ্ঠা মুখরা নান্দী সঙ্গে ভগবতী
যে যে প্রিয়া যূথেশ্বরী গোকুল বসতী ॥
এই মত প্রভাস তীরে যায় উপনিত
বিশ্বকর্ম্মা নির্ম্মিত পুরি দেখি চমকিত ॥
সুবর্ণ-নির্ম্মান ঘর সুবর্ণ প্রাচীর
বৃন্দাবন সম বন প্রবাসের তীর ॥
যার যার রথ চড়ি যত ব্রজবাসি
কৃষ্ণ দেখা পাব বলি ভাবের উল্লাসি ॥
রথ হনে [1]নামি রাই নিজ যূথ সাথে
পদগতি চলিলা ভেটিতে প্রাণনাথে ॥8
ধীরে ধীরে প্রেমময়ি প্রিয়সখী সাথে
পদগতি চলিলা ভেটিতে প্রাণনাথে ॥ধ্রু
মন গেল কৃষ্ণ কাছে নাহি চলে পাদ
বিশাখা ললিতা স্কন্ধে অবলম্বি হাত ॥

---

মূল ।   নন্দ উপনন্দনচিংনা ব্রজবাসি
শ্রীদাম সুদাম দাম ষণশেন্নহাশিং ॥
বিড়া-বৃন্দাদেবী ব্রজগোপী অহল ওইবী
ললিতা বিশাখা সখী শ্রীমতী রাধিকা ॥
ধনীষ্ঠা মুখরা নান্দী য়াওরি পূর্ণিমাসী
কৃষ্ণ লীলা সহায় ওইবী রাত্তে গোপী মশীং ॥
য়োরে কুরুক্ষেত্র তীর্থ প্রবাস লমদম
বিশ্বকর্ম্মানা শাবা ফুরা দলান ময়াম ॥
ভাল্লি কয়া সনা সঙ্গাই সনাগী চেকপন
মান্নে শ্রীবৃন্দাবন মক্কা লৈরি বন নীংথিবা ॥
লাক্লে ব্রজবাসিশিং মাগী মাগী গাড়ী থক্তা
হরাউ-মথোই কানৈ কৃষ্ণ ফংগনি রাখন্দা ॥
কুমথৈ রাধা গাড়ীদগী লোয়ননা সখীশিং
কৃষ্ণগী মায়কৈ তমলি সখীশিংদা শোত্থনা ॥8
চৎলি রাধা তপ্না শোম্না কোল্লি মত্তাশিংদা
কৃষ্ণগী মায়কৈ তমলি নোকচৈ শদো থোংনা ॥ধ্রু
থোঙ্থানি মঙম শান্দবা য়োথরি পুক্নীং মাদি
য়াল্লি লেংবান রাইগী খূৎনা ললিতা বিশাখা ॥

---

১। নামি।

ক্ষণে হয় তনু প্রাণ কণ্ঠগত রহে
কৃষ্ণের সাক্ষাতে প্রাণ ছাড়িবারে চাহে ॥৫

ধীরে ধীরে চলে ধনী রাধা
দ্রুতগতি যাইতে চরণ বাধা ॥ধ্রু
আগে পাশে সখিরি সাথে
ভেটিতে চাই প্রাণনাথে ॥
ক্ষীণ লতা হয়াছে তনু
শুষ্ক হেমলতা জনু ॥৬

ক্ষীণ [1]হয়ে তনু প্রাণ কণ্ঠগত রহে
[2]কৃষ্ণ সাক্ষাতে প্রাণ ছাড়িবারে চাহে ॥
রাই চেষ্টা দেখি কান্দে আকুল হয়েরে
সব সখী পরাণ ধরিতে না পারে ॥
অবিরত মুরুছিত লুঠত অবণী
হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি কান্দয়ে ধরণী ॥
সখীগণ পুন পুন উঠাইয়া কোলে
অঙ্গুরী কঙ্কণ গীম মুদরি সোই ভেল ॥৭

---

রানা থংলি থরায় মাবু থোজেঙ্গী লম্বীদা
কথোক্কনি থরায় হকচাং মবুংভোগী মাঙ্দা ॥৫

রানা চৎলি রাধা তপ্না শোয়া
মঙ্লান থোঙ্চৎকুম মঙব শানঙমদ ॥ধ্রু
মাঙ্দ তুংদা সখীনা কোয়না
উনাংবতনা লাঙ্তক্না ॥
কংশিল্লবী হকচাং উরীনি
সনা কুচুনি মকশিল্লবী ॥৬

থংচৈ রানা থরায় মাবু থোজেঙ লম্বীদা
কথোক্কনি থরায় হকচাং মবুংভোগী মাঙদা ॥ধ্রু
কপ্পে থরায় শোক্না রাইগী মওঙ তৌদা
চান্নবী সখীশিং কোয়না শেন্নজবী ॥
লেকথৈ রাইদু নিংকুপ থূদীং শ্রীমতী রাধিকা
হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্না হিকথৈ লৈমায়থক্না ॥
কোনখৎচরি লুনা চান্না সখীশিংনা কোয়না
পাংথকলি থুদোপনা থুজেংগী থুজিত্তুম ॥৭

---

১। হয়—পাঠ, ২। কৃষ্ণের—পাঠ

কৃষ্ণ দেখা পাব বলি প্রবেশিতে চায়
ভয়ঙ্কর মূর্ত্তি দ্বারি নিবারিল তায় ॥
লক্ষ লক্ষ দ্বারপাল শেল-শূল-ধারী
গর্জিয়া তর্জিয়া তারা উঠে সারি সারি ॥
শিশু কহে অতপর শুন সর্ব্বজন
দ্বারদেশে এইরূপে রাখিলা বান্ধন ॥৮

তবে নন্দ মহামতি দ্বারি ঠাঁমে স্তুবিনতি
তত্তু উঠি তর্জন গর্জন।
দেখি ব্রজবাসিগণ ভয়ে কাঁপে ঘনে ঘন
সভে রহে বিষন্ন বদন ॥
ভয়ে অতি যশোমতী কহয়ে প্রণতি
দ্বার ছাড়ি দেও দ্বারপাল।
দুখিনীর দুখ হর সেই ধর্ম্ম রক্ষা কর
প্রাণ রাখি দেখিয়া গোপাল ॥
তবে দ্বারি কহে বাণী শুন কহি কাঙালিনি
এথা রহ পাবে রত্নধন।

---

ইপান-ঈনৌ ঈচেলগুম্না হরাউ মথোই কারকপা
থংথং থংলি থোঙ্‌শঙ্‌বনা অক্পিবা শকফমনা ॥
তাবাক্‌লাংশোই পায়বতনা লেপলি লথা লথা
ঈল্লি থংলি লাউনা খোংনা মীন্নুংশি খঙ্‌দনা ॥
খিংলি অমুম থোঙ্‌শঙ্‌বনা গোপ গোপীমখৈ
কপচৈ ভুশোন-মানশোয়্যনা শিশুরামন্তু য়াওনা ।৮

হায়জৈ নোঙ্গৈ কয়া থোঙ্গা খুৎলোম্নৈজৈ নন্দনিংথৌ
তমথীরকই লেয়া অংমক্তা ॥
হৌন-লোনচৎ খঙ্‌দ্রুদবা কুরা-দলান উঙ্গক্লিবা
কিবনা নীংক্ল ব্রজবাসী ॥ক্র
কল্লি কল্লি মচাগী মৈচাক চোংশিল্লি লায়না যশমী মমাঙ
অহুমক্ল হায়জৈ যশোদানা ॥
কংজৌ নঙ্‌না ঐগী পুণ্য কল্লু ভসি থরায়তদি
উহনবীয়ু নপান্না গোপাল ॥
হায়গে তাওনে কাঙালিনী ভাইয়ু 'সিদা কংলকনি
সনা লুপা মনি মুক্তা পামজবা লঙনা ॥

---

লোংগনবা :—থোঙ মরিঙ ব্রজবাসী কাঙবু মরিথোক্না চঙ্‌নখি, মন্নুহি— লোংলোক্লা, নোংচুপ্প, অরাংবা, যথাদা।

যজ্ঞ সাঙ্গ হৈলে আসি অমূল্যধন রাশি রাশি
কাঙাল কাঙালী বিতরণ ॥৯

তোরা ও সঙ্গে যাইতে মানা বৈঠি সঙ্গে কাঙালিগণা
এখন পাবে রত্নধন ॥
ব্রহ্মা শিব দেবগণ রাজধানী [1]আগমন
প্রবেশিয়া ভিতর আশয় ॥
কাঙাল কাঙালীগণ বাহে রহে অগমন
প্রবেশিতে উচিত না হয় ॥১০

তাহা শুনি যশোমতি কহে দ্বারপাল প্রতি
কেনে কহ সে নিষ্ঠুর বাণী।
তোমাদের রাজা সেই শ্যামের জননী হয়
অপমানে ছাড়ি দিমু প্রাণি ॥১১

সামান্য ধনে কাঙালিনী নয়
কৃষ্ণধনের কাঙালিনী হয় ॥ধ্রু

---

শীরগনি কোয়না য়েন্না চাক্লি ফিনি-মীপুম-তিংনা
ভাইনা লৈযু যজ্ঞ পূর্ণাহুতি ॥৯

চঙ্ফদে নখোয়দি সভা ময়ায়দদি
লৈযু ভাইদুনা মকম অসিদা
কুইত্রে য়েন্নগনি মনা লুপা ॥
ব্রহ্মা শিবনচিংবা লাই ময়াম
নিংথৌ মচানা কয়া কয়া
লৈরি থন্না মমুং অসিদা ॥
নমান্নবা নমান্নবী য়েংউ লৈরি কয়া কয়া
রানা ভাইরি চঙ্ফদে থঙ্না ॥১০

থম্মোই কাম্বরে নন্দরাণী থাঙ্লে থুংনা নাকোঙ্ মেন্না
করিগী অচুক লুংশি হৈতবা।
নখোয়গী নকুঙোঁচুগী মপানিনে ঐ অসে
থাদোকউ কুইরে ইচা উদবা ॥১১

নত্তে কাঙালিনী অচম্বা লমগী
কৌক্তিগী লম্নি কৃষ্ণতন্না ঐগী ॥ধ্রু

---

১। মর্থাকথু 'অগমন' অমা লাকপনা নাইতঙ্ চাকাঙবা। হয় "অগমন" লৈরুবা ঐনা 'আগমন' ওঙ্খোকলে।

নীলমণি আমার ধনের ধন
ভাণ্ডারে ভাণ্ডারে ভরি রাখে রত্নধন ॥
নীলমণি ধন বিনে দারিদ্র জীবন
ঘারি কহে কাঙালিনী
তুমি কি বাউলিনী ॥১২

লোকে শুনি করি [1]উপহাস।
সে কৃষ্ণ দেবকীসুত জানে খ্যাত ত্রিজগত
তাহা শুনি মনে হৈল ত্রাস ॥ধ্রু
পুন না কহিও বাণী শুনিলে দৈবকী রাণী
যাতনা করিবে পাবে দুঃখ।
ব্রজেশ্বরী দুখস্মরি সহাতে লিখিতে নরি
শিশুরাম কান্দে ফাটি যায় বুক ॥১৩

শুনিতে সে মন্দবাণি মাথে বজ্রাঘাত জানি।
ধরিতে নাধরে প্রাণি স্তব্ধ হয়া রয়াছে এমনি ॥
থর থর কাঁপে রাণি মুখে নাহি স্ফুরে বাণি।
হারাইয়া ধৈর্য্য জ্ঞানি মূরুছিয়া পড়য়ে ধনি ॥

লায়রবীগী লনবু পীনৌ নখোয়না
পামদে অতৈ লনদি রাত্তে ঐগী লনগৈ ॥
নত্তনদি গোপাল লৈত্তে ঐগী করি
নঙ্ অসিবু অঙাওবীরা
হায়রকই থোঙ্ শঙ্ বনা ॥১২

তাখিগনি মীনা লৈয়্ তুমিন্না।
খঙ্ লি মরোন অহুম্মক্না কৃষ্ণ পোকপী দেবকীনি
কিহুম কিরে ঐদি নরা তাবদা ॥ধ্রু
পল্লকনু অমুক হন্না ঙম্নোই খঙ্জো নযুম য়োবা
তাগ্রবদা দেবকী রাণী ॥
ইঙমদরে ইথুৎসিনা উরুবদা মত্তৌ অহু
কপচে শিশুরামনা থরায় শোক্না ॥ ৩

বজ্র তাবগুমলে কোক্তা রানা থাঙ্লে নন্দরাণী
শিঙমখিদে অহুমক্তা উবা ফংলোই থম্নবদা ॥
নীকলি হকচাং চেঙ্খৈবগুম থোক্লকখিদে চীন্দ রাহৈ
থাঙজ-ঙমদে থম্মোই-চৈনা রাম্নথরে লৈমায়থক্তা ॥

১। পরিহাস—চৌঃ ৫

ধনীষ্ঠিকা [1]রাখই কোলে
মাথে দিয়া শির জলে ॥
ধরি নিজ বস্ত্রাঞ্চলে
মৃদু দেই সমীরণে ॥
যত ব্রজ বৃন্দ নারী
রাণীকে বেঢ়িয়া ঠাড়ি ॥
দুই নেত্রে বহে বারি
হা গোপাল গোপাল [2]বলি ॥১৪

শ্রীগোপাল নামামৃত-সুধা-তরঙ্গিণী।
সে প্রবাহ কর্ণমূলে প্রবেশি পুনি পুনি ॥
তখনে ব্রজেশ্বরী চেতন পাই।
সংভ্রমে উঠি চকিত নয়ানে চাই ॥
দেখি নন্দঘোষ কান্দে ব্যাকুলিত মন।
শ্রীদাম সুদাম কান্দে যত সখাগণ ॥
রাধা আদি ব্রজাঙ্গনা লুটায়ে ধরণী।
কৃষ্ণ পানে চায়া ধেনু ঝরয়ে নয়নী ॥
তা দেখি ধনীষ্ঠা কহে শুন ব্রজেশ্বরী।
অধিনীর বাক্য রাণী মনযোগ্য করি ॥১৫

---

ধনীষ্ঠানা কোনখৎচরি
খোক্পা ঈশিং য়ৈজরকলি ॥
মমাই হুমলি তপ্পা তপ্পা
মশাগী কাজি মত্তোম্না।
অকোয়বদা কোয়না ফমনৈ
অহল ওইবী গোপী অতৈ ॥
হা গোপাল হা গোপাল হায়না
কপ্পে তেংথা নাউরোয়ননা ॥১৪

অমৃতগী ঈচেল ওইবা গোপাল নামামৃত
চেনশিনখরে নাকোঙ্ মহুং খোম্বাঙ য়ৈনা থম্মোইহুং ॥
পাঙ্লক্রে তপ্পা তপ্পা যশোদা রাণীনা
থকচানবা মিৎয়েংনা নৈনা কোয়না য়েংনা ॥
উয়ে নন্দ নিংথৌ শিন্থু পিরাং থম্মোই শোক্পা
কপ্পে শ্রীদাম সুদাম ব্রজ সখা মরাম ॥
ওইরে অম্মা লৈমায়থক্তা কপ্পে ব্রজগোপী
লোয়নরুকপা মণবী-মমাউ য়েংনৈ কৃষ্ণ মায়কৈ ॥
হায়রে যশোদাদা থেম্না নৌনা ধনীষ্ঠানা
হংগৎচগে রারোল অমা লৈত্তাবীথো ইবেম্মা ॥১৫

---

১। থাই—চৌঃ ৪, ২। বোলি কান্দে সঘনে—চৌঃ ৪।

একবার ডাকহ কৃষ্ণ রোদন সম্বরি।
তুমা বিষ্ণমানে এবে আসিবে শ্রীহরি ॥ধ্রু
এই ব্রজেশ্বরী অধিনীর বোলে ধর।
হাতে ননী মাখন তুলি
আইস আইস গোপাল বলি ॥
শুন ব্রজেশ্বরী শ্রীকৃষ্ণ যখন
খেলিতে যাইতে পথে সহ সখাগণ ॥
কৃষ্ণ না দেখিয়া তুমি ব্যস্ত হৈল মন
অবিশ্রান্ত ক্ষীর ধারা নিঃসরিত স্তন ॥
ব্যাকুলা হইয়া তুমি হাতে ননী লইয়া
উচ্চস্বরে [1]ডাকিতেছে গোপাল বলিয়া ॥
ধাইয়া আসিবে কৃষ্ণ দেখিছি নয়ন
ডাক দেখি সেই ভাব তব কৃষ্ণধন ॥১৬

অলং। তাহা ব্রজেশ্বরী বলে ওই ধনীষ্ঠিকে ॥

মূল। শুন সখি প্রাণি তোরে কহে বাণি
দূর পথ নীলমণি।
মুঞি শুষ্ক কণ্ঠ ডাকিতে নিরুদ্ধ
না শুনিবে কলধ্বনি ॥

---

কপ্পা তোকসি কোঢ়না য়েংসি হা গোপাল হায়ঢ়না
লেপ্পগনি নমাঙ্‌মক্তা লাকনি খূদক্তা ॥ধ্রু
কোনবীয়ু ঐঙোন্দা পায়বিয়ুনে লেংবান থক্তা।
থুত্তা ননি মাখন-পায়না লাউও লাউও গোপাল হায়না
সখাশিং লোয়ননা শাম্মখিবা কোৎনা
মুংশা থীনা উনীংবনা কৌখিবঢ়গুম্না ॥
নীংশিংঢ়না মতৌ অহু রাখিবা মওঙহু
উনীংবনা লাঙ্‌তরনা থুত্তা ননি পায়না
কৌখিবদো খোঞ্জেন রাংনা গোপাল হায়ঢ়না ॥
চেন্নকনি শোয়রোই কৃষ্ণ উবা ফংলে ঐনা
কৌবীয়ু য়েংসি অহুগুম্না তানবা নচানা ॥১৬

অলং। থুম্নকই ব্রজেশ্বরীনা চুম্মী ধনীষ্ঠিকা।

মূল। চুম্মী নঙ্‌না হায়বা লাকনি কৌরগা
লাপথরে অদুবু মাদি ॥
খৌগংনরে ঐদি ইখোঞ্জেন য়াওদকে
তাররোই ঐনা কৌবদি ॥

---

১। ডেকেছিলে?

অনং। তবে ধনীষ্ঠা বলিয়াছেন ওই ব্রজেশ্বরী ॥

মূল। তোমার তনয় সামান্য না হয়
নারায়ণ সম গুণে।
যার ইচ্ছা হয় একস্থানে রয়
ব্রহ্মাণ্ডের কথা শুনে ॥

অনং তবে ব্রজেশ্বরী বলিয়াছেন
দেখ ধনীষ্ঠিকে ॥

মূল ক্ষীণ মোর তনু প্রাণি হীন বহু
উঠি দাঁড়াইতে নরি।
এথা আই-লে গোপালকে দেখিলে
সাক্ষাতে নিশ্চয় মরি ॥১৭

তাহা শুনি ধনীষ্ঠিকা [১]ফিটি যায় হিয়া
ব্রজেশ্বরী প্রতি কহে কান্দিয়া কান্দিয়া ॥ধ্রু
মোরে আলম্বন করি উঠ ব্রজেশ্বরী
তা নহিলে ব্রজবাসি এখন যাবে মরি ॥১৮

---

অনং। হায়জরকই ধনীষ্ঠানা তাবিয়ুদ ব্রজেশ্বরী ॥

মূল। নহাক্কী গোপালদি নস্তেকো অচম্বা
মায়বনি নারাণ-মক্কা।
নৈবনি মহাক্তি মকম খুদীংমক্কা
তাবনি ব্রহ্মাণ্ডগী মা ॥

অনং হায়রকই তারগা ব্রজেশ্বরীনা
য়েংউ ধনীষ্ঠিকা ॥

মূল খুইথরে ইশানু হামচংনৈ থরায়নু
ওমজদরে হোগং-কমথ ॥
লাক্লবদি 'সিদা ইচানা ইনাক্কা
শিগনি মমাঙদ লেপ্পা ॥১৭

তাবদা মহু ধনীষ্ঠা রাখি থম্মোই শোক্লা
হায়রকই ব্রজেশ্বরীদা হীক্ক হীক্ক কপ্পা ॥ধ্রু
লেপথংপিয়ু ঐবু শৌনা ওাকচগনি ঐনা
নত্রবদি শিঞ্জগনি ব্রজবাসি 'পুম্বা ॥১৮

---

১। ফাটি—পাঠ।

ধনীষ্টিকা যাই রাণীকে উঠাই
ধীরে ধীরে দাঁড়াইল।
কটুরা পূরিয়া সর-ননী লয়া
ডাহ্ন হাতে তুলি দিল॥

অলং। কোই ব্রজরমণী সয়োদন॥

মূল তাকে নন্দরাণী সগদগদ বাণী
নেত্রে প্রেম অশ্রু ভরি।
ডাকে শিশুরামে ব্রজেশ্বরী প্রেমে
তৈখনে আসিবে হরি॥
[১]( দীনবন্ধু নন্দ দুলাল )॥১৯

আইস বাপু নীলমণি খায়া যাও সর-ননী
চাঁদমুখ দেখাও নয়ন ভরি।

অলং। কেমনি পাসরিবে অভাগিনী মায়
আইস প্রাণ নীলমণি।
মন্দ মন্দ হসিত মুখ মণ্ডল
তাহে বিম্বাধর মুরলীধারি॥

---

ধনীষ্ঠা সখীনা তপ্না কোনখত্ন্না
হৌগৎলক্লে শোয়া শোয়া॥
কেগামমুংদা হাপ্পা নংি মাখন য়াওবা
লানশিল্লক্লে য়েৎকী থুম্বা॥

অলং। কপ্নৈ ব্রজগোপীশিংনা য়েংঙমদনা॥

মূল। কৌরি যশোদানা লৈয়োয় লৈকাইননা
মিৎকী পিনা মিৎয়েং থংনা॥
শিশুরামনা শকচৈ যশোদাদা হায়রক্তে
চুক্লীমক লাকনি হরি
( ভক্তনা ভম্বা শ্রীহরিনি )॥১৯

লেপ্লো লাউনে নীলমণি চারো লাউও ক্ষীর ননি
য়েংগে পেন্না ইমানা ইচাগী মায়থোং (দো)।

অলং। করিগী থাদোকলি নঙ্না নমা ঐবু
ওইরে ঐদি অঙাওবীমক॥
মোমোন মীনোক খোয়থুম্বা ইচাগী মায়থোং
নীংথিবা মুরলী চীনবান্দ থোংবা॥

---

১। চৌঃ ঃ তন্দা ঙেম্বা লৈ

মূল মায়ের কুলে বসাইয়া স্তনরস মুখে দিয়া
তোর আগে প্রাণ যাবে মরি ॥২০

ওথা কৃষ্ণ জলঝারি লয়্যা যত্নে রহে
চারিবসুদেবে দিতে আচমন।
হেনকালে মায়েরধ্বনি আচম্বিতে তাহা শুনি
যেন মেঘে সঘন গর্জন ॥ধ্রু
স্বর্ণঝাড়ি হস্ত হৈতে খসি পড়ে পৃথিবীতে
চাহে কৃষ্ণ চকিত নয়ান।
কোথা মাঞি মাঞি বলি উঠি কৃষ্ণ ধাই চলি
দিগবিদিগ নাহি জ্ঞান ॥
[1]কুলার যন্ত্রের মত ভ্রমি প্রেমে উনমত্ত
অশ্রু ধারা নেত্রে [2]বিগলিত।
স্তব্ধ হয়া সভে রহে ভাব কে বুঝিতে নহে
ব্রহ্মা শিব দেখি চমকিত ॥
নারদ এ ভাব জানি আগে আসি কহে বাণী
ক্ষণে প্রভু করহ বিশ্রাম।

মূল। পমজরগা ইতম্বাক্তা ইঞ্জরগা খোয়াং থন্না
থাদোক্‌ন থরায় নমাঙ্‌মক্তা ॥২০

সোমদা কৈরি শ্রীহরিনা থৃত্তা ঝাড়ি পায়না
ঈশিং হৈননবা বসুদেবশিংদা।
খোরাঙ্‌লিকৈ ঈশিং হৈনবা তারকই যশোদা খোজেল
নোংলক্তা নোংনা খোংলকপগুম্না ॥ধ্রু
কৈমায়থক্তা তাখি ঝাড়ি থৃত্তা পায়ব কাউখিহনা
মিৎয়েং ঈখো লাংলকই কৃষ্ণ ॥
ইমা ইমা কৈদনো ইমা কদোমদনো ইমা নঙ্‌বো
চেম্বোরকলে মায়কৈ থঙ্‌দনা ॥
চেল্লি কোয়না ইমা ইমা ককপ্তাওনরি কৃষ্ণচন্দ্র
শিঙ্কৈ ঈরা মিৎস্না অনিমক্তা।
ইভক ভক্রে মীয়াম সভা কনাসু থঙ্‌দনা মরম
ভক্রে লাইয়াম ব্রহ্মানচিংনা ॥
হংগৎলকই নারদনা উরজনা হুংগী ভাবপু
পোথাবীখো প্রভু মিৎকুপ মত্তং ॥

১। কুলাল? ২। অবিরত—পাঠ।

* বসুদেব—বাসয়তি দেবং, বসত্যস্মিন্ ইতি বসুঃ, দীব্যতি দ্যোতত ইতি দেবঃ, স চাসৌ স চেতি বসুদেবঃ। নত্রগ। বিশুদ্ধ সত্ত্ব ওইবা – গৌঃ বৈঃ অঃ ৬৮১।

এই বেশ পরিহরি যাও রাখাল বেশধরি
এ উচিত কহে শিশুরাম ॥২১

কৃষ্ণ কহে শুন ঋষিবর
এ কথা কি ভাব কহ তোর ॥ধ্রু
মুনি কহে শুন দয়াময়
এ বেশে এখন ভাল নয় ॥
এবে দেখিলেন নন্দরাণী
তখন ছাড়িবে নিজ প্রাণী ॥
এবে ¹রাখাল বেশ সাজ করি
পঞ্চবর্ষি হয়া চল হরি ॥

অলং। বেশ বানাইতে কেউ জানেনা ॥
মা ব্রজেশ্বরী প্রতি অঙ্গ হেরি হেরি
চূড়া ধড়া শিঙ্গা বাঁশী
ভাল সাজায় দিয়ে ॥
গোষ্ঠ যাবার সময়েতে ব্রজেতে ॥
আমার মাজি বিনে কে সাজাবে ॥২২

---

থাদোকপিয়ু রাজবেশ শাগোনবিয়ু গোপবেশ
চুম্মী হুনা হায়জে শিশুরামনা ॥২১

কৃষ্ণনা হায় তাকপিয়ু ঋষি
হায়বিয়ু করিনো ভাব অদো ॥ধ্রু
মুনিনা হায় তাবিয়ু প্রভু
থাদোকপিয়ু রাজ বেশ ॥
উথবদি ¹সিবু ব্রজেশ্বরীনা
থাগনি থরায় থিংভমদনা ॥
থোনবিয়ু শ্রীহরি রাখাল ফিজেৎ
লেঙ্ থোকউ ওইদুনা চহি-মঙা-অঙাং ॥

অলং। শেৎকনি কনানা রাখাল ফিজেৎতি
চিংনা চিংনা য়েংনা ইমা ইবেম্মনা
শেম্বিবদো মনীথুংনা
ওইরোইদো মতোহুদি ॥
চূড়া ধড়া শিঙ্গা বাঁশী
লৌরুগনি কদাইদগী
ইমা মাবু নত্তা পীগনি কনানা ॥২২

---

১। রাখাল—পাঠ।

মুনি কহে কৃষ্ণ দয়াময়
সাজাই-দিমু যদি জ্ঞান হয় ॥
তুয়া কৃপা হৈতে শিঙ্গ-বাঁশী
আনাই দিমু সে বেশ রাশি রাশি ॥
কৃষ্ণ কহে সাজহ অবিশেষ
শিশুরামে আনাইল বেশ ॥২৩

সাজ করে ঋষিবর
রাখাল বেশ মনোহর ॥
যেমনি ব্রজেশ্বরী সাজ
করে তেমনি যখন সাজ ॥
সাজে চূড়া কটি ধড়া
ভুজে তার কণ্ঠে হারা ॥
সেই রূপ ভুবন মোহন
ব্রজচাঁদ শ্রীরাধারমণ ॥
সেই রাখাল বেশ ধরি
পঞ্চবর্ষি হয়া হরি ॥
ধাইয়া গেল যশোদা সমুখে
ধারা নয়ান বরিখে ॥

---

মুনিনা হায় ননাই নৈরি
য়াথং নিজরি থৌগন ভাইজরি ॥
পামজৈ কৃপাতবু রাৎলোই করিন্মু
কৎকনি চরণদা মখল-মথেন ফিজেৎ ॥
থীল্লগহু 'হুদি থঙঙমদরে ঐ
পুহল্লক্লে শিশুরামবু বেশমথৈ ॥২৩

সাজন তৌরে নীংথিজনা হরাউনা মনীংথুংনা
মমা ইবেম্মগুম নার দ না
য়েংনা য়েংনা মিংলু ঈরা লোৎনা ॥
খাঙ্‌দ ধড়া কোক্তা চূড়া খুজেংদ খুজি নাপদ-নাশি
শুম্নাৎপা শক্তম ভাইবঙ্ খোল্লা
বনলালানা খুকউ য়োনা চোল্লা ॥
কাম কোটি হেনব শকনি চহি মঙাতগী বয়সনি
চেম্মোরকলে মাঙ্‌দ নন্দরানী
মিংল্লা ঈরা ঈরীক লোৎনা ॥

অলং। দেখি ব্রজেশ্বরী রাণী
[1]পাছরিয়া হরি ॥২৪

কণ্ঠে ধরি আলিঙ্গিয়া কোলে তুলি বসাইয়া
স্তনরসে পিয়াইলু মুখে।
দারিদ্র পাওল হেম গত প্রাণ ফিরে যেন
ছাড়ি গেল যে আছিল দুঃখে ॥ধ্রু
আনন্দে যশোদা রাণী মুখে স্ফুর্ত্তি নাহি বাণী
অশ্রুধারা তিতিল শরীরে
দেখি ব্রজবাসিগণ সুখসিন্ধু নিমগন
নয়ান আঝরে প্রেম নীরে ॥
নন্দঘোষে প্রণামিল শ্রীদামাদি কোলে লৈল
সুখদিল বৃদ্ধা বৃদ্ধাগণে।
রাধা আদি সখীগণে শাস্তাইল জনে জনে
প্রেম দৃষ্টি করে আলোকনে ॥
ঐছে ব্রজবাসি লয়া ভিতর মন্দিরে নিয়া
বসাইল যা'র যোগ্য স্থানে।

---

অলং। মঙ্ ফাওনরে ব্রজেশ্বরী
চেনশিনখরে ভাইঙমদনা ॥২৪

কোকৈঙ চেৎনা চুপচৈ পেন্না তম্পাকথক্তা পমখৎচনা
ইঙৈ অমৃত পৈখৎলম্বা রানা ॥
ফংলে নৌনা থরায় মঙা খুৎনা ফংলে নোংদোন থাজ
মাঙ্ খরবা মণি ফংজবদা ॥ধ্রু
হরাউমনবনা নন্দরানী হায়ফম খঙ দে চীন্দ করি
ওকচৈ মচাবু মিৎলু পিরাংতনা ॥
য়েংনৈ কোয়না ব্রজবাসী তুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউনা
প্রেম-ঈরাত্তনা কৎনৈ অভিষেক ॥
নন্দরাজবু খুরুমলে কোয়রে সখাশিংনা
পেনৈ নহা অহল 'পুম্বা ॥
থোগজবী সখীশিংনা শ্রীরাধিকা ঈকাইথীবী
ফংজৈ মিৎয়েং খঙ্জৈ 'ঐতগীনি।'
পুশিল্লে মনুংদা ময়াম নিপা নুপী ব্রজবাসী
ফমহল্লে ফম্ফমদা মতিক মতিক চানা ॥

১। পাসরিয়া— পাঠ।

তবে গিয়া যজ্ঞস্থানে সবকর্ম্ম সমাপনে
যার যোগ্য সভে করে দানে॥
ফিরি গেল লোক সব যাদব-পাণ্ডব-গোপ
রহিয়াছে ১মাত্রী নিজগণ।
তবে গেলা দিবাশেষে হৈল রাত্রি পরবেশে
সভে কৈল ভোজন শয়ন॥২৫

বিশ্বকর্ম্মা বিনির্ম্মান শ্রীবৃন্দাবন সমান
সুনির্জ্জন নিকুঞ্জ সদন।
যাহা রাধা সখীসঙ্গে বসাইল রহুঁরঙ্গে
মিষ্টান্নাদি করিল ভোজন॥
বাৎসল্য স্নেহেতে ভরি যশোদা নিকটে হরি
শুতি রইলু রাধারে ভাবনা।
সময় উচিত হেরি অলক্ষিতে উঠি হরি
চলি গেল যথা ব্রজাঙ্গনা॥২৬

কৃষ্ণ দেখি অকস্মাত স্বভাবে মানিনি মত
মুখ ফিরি বৈশে মান করি।

---

যজ্ঞ পূর্ণাহুতি পীরে দানধর্ম্ম কয়া তোরে
কৎলে মতিক চানা মীওই য়েংনা॥
হন্নখরে মীয়াম ১পূম্বা যাদব গোপ পাণ্ডব
লৈহৌরি লন্নাই মীওইশিংতনা॥
মমশিল্লক্লে হুমিৎ তারে মথৌ মশিল লোইশিন্নরে
পোথানরে ১পূম্বা রানক্লবা॥২৫

বিশ্বকর্ম্মানা শাবা বৃন্দাবনমক্কা মান্নবা
পূমচীক চীকলি নিকুঞ্জ সঙ্গাই॥
ইকোয় কোয়না সখীশিংনা নীংশিংহুনা মাঙ্গী রারী
নোক্লা ভাইরি রাধা ঈখৌ লাংনা॥
যশোদাগী নাক্লা হরি বাৎসল্যগী প্রেমদ তাউরি
চেপলি তুমদনা রাইগী রাখল্দা॥
খঙ্লহনা তাক্লা ওইরে খঙহল্দনা হৌগৎলক্লে
লেঙথোরক্লে হরি রাধা তমনা॥২৬

ওইখরে ওইন-চাউবী মতৌ ওইনা মহোশাগী
উরবদা কৃষ্ণ খঙহৌদনা॥

---

১। মাত্র—পাঠ।

এত কাল অদর্শন রহে কণ্ঠগত প্রাণ
(নিজের) স্বভাব তভু ছাড়িতে নরি ॥

অলং। হেরি অধমুখি ক্ষিতি নখ লেখি।
রাধারে মানিনি মত দেখি হরি চমকিত
অশ্রু ধারা বহে স্নেহ করি কহে ॥

মুল। গলে বান্ধে পীতাম্বর জুড় দুই করি কর
পদতলে ধরণী লুটায়।
রাধিকার পদতলে জিনি পদ্ম শতদলে
কৃষ্ণ-হস্তে নিল-পদ্ম তায় ॥
ভাসি গেল চক্ষু জলে চরণ ধরিয়া বলে
অপরাধ ক্ষমা কর রাধে।

অলং। ক্ষেম ধনি রাধে মঝু অপরাধে।
বদন তুলিয়া একবার হেরগো রাধে ॥

মুল। কৃপাময়ি ওয়ি ধনি মোকে [1]নিজদাস জানি
পাদ পদ্ম দেহ মোর মাথে ॥
না জানি দুর্দৈব-বলে ছাড়াইলু এতই কালে
গুণবতি তুহুঁ ক্ষমা কর ॥

---

থাঙ্খিবদো অতুক ন্নানা ভাইখিবদো থরায় ফুক্না
থাঙমখিদে মনাং অতুমক্তা ॥

অলং। মায়থোং নৈদ-লুকলি নৈমায় নৈই চিংলি
ইভক ভকলি শ্রীহরি মিপাইরি উবদা মতো
প্রেমগী ঈরা শিৎঙ্গ হায়রি খোয়থুম রাহৈ ॥

মুল সনা ফীগে ভক্তা য়েংনা থূবাং অনি লোন্নতুনা
তুথরকলে খোঙ্দ শ্যামরায় ॥
লামলি থূংনা শ্রীকৃষ্ণনা থূয়া থম্বাল শ্রীরাধাগী
তাতুনা চৈশাংশুম লৈমায় মথক্তা ॥
মিংন্না ঈরা ঈহোননা হায়রকই খোম্থাঙ্না হীক্না
ভাকপিয়ুনে রাধে ইরান খিবীক ॥

অলং। ভাকপিয়ুনে ঐগী ইরাল অপূম্ববু
থাংগংলু মায়থোং য়েংবীয়ু অমুক্তং রাধে ॥

মুল। লাঞ্জদবী থৌজাল হৈবী ! লৌশিনবীয়ু ননাই ওইনা
নেংপিয়ুনে কোক্ত নখোঙ্ থম্বালনা ॥
খঙ্দে করি নোংদমথোম্নো লঙ্জরুরে কুমজা কয়া
ভাকপিয়ুনে ঐবু লাল্লে খঙ্না ॥

---

[1] নিজদাসী—চৌঃ ৪ (মসিস্থু কায়দে, মরমদি—ঐবু ননাইনুপীগুম্না লৌবিয়ু হায়বগী অর্থদা)।

এত কহি ধরি পদ প্রণতিয়ে কত কত
কৃষ্ণ অঙ্গ ধুলায়ে ধুসর ॥
দেখি বৃন্দা সহচরি ধায় অতি ত্বরা করি
বলে রাধে মান ছাড় ছাড় ॥

ধর ধর [১]নীলকান্ত চাহিয়া চরণ [২]প্রান্ত
শিরোমণি তুল পরশিরে।
ভাল নইলে কমলিনী মান নইলে ভুজঙ্গিনী
পূর্ব্বমত দশা হৈবে ফিরে ॥
শুনিয়া সখীর বাণী চমকিয়া রাধারাণী
দৃঢ় করি ধরে কৃষ্ণ করে।
চক্ষুর জলে ভাসি বুকে সগদগদ বাচা মুখে
*মানময়ী দুঃখিত অন্তরে ॥২৭

শ্লোকঃ

কিং পদান্তে লুঠসি বিমনাঃ স্বামিনো হি স্বতন্ত্রাঃ।
কিঞ্চিৎ কালং ক্বচিদভিরতস্ত একস্তেঽপরাধঃ॥
আগস্বারি নৈহসিহ ময়া জীবিতস্তদ্বিযোগে
ভর্তৃপ্রাণাঃ স্ত্রিয় ইতিরিনন্নুত্বং মমৈবানুনেয়ঃ॥

---

পায়রি খোঙ্দ হেন্ন-চেৎনা শোক্নি কোক্না হন্না হন্না
লৈতেংলি উফুলনা শ্যামগী হকচাং॥
উরুবদা বৃন্দা সখী চেনশিল্লকখি ফিংনা য়াঙ্না
হায়জৈ রাধে থাদোকপিরো মান॥

হোগৎপিরো ননি গোপাল য়েংবীয়ু নখোঙ্ খম্বাল
কোনখৎপিয়ু থীল্লে হকচাং পায়না॥
চীকহল্লিবা মানগী লিন্না শিরগেরা মাগী হুনা
হান্নগী দশাদো কাউবীরবরা॥
তাবদা সখীগী রাহৈ খংপেক খংই রাধারাণী
মবুংঙোবু কোল্লি তফিং তফিং॥
মিৎশ্না ঈরা ঈহোনরি প্রেমনা কুপ্লি রাঙাঙ্ খুদীং
থরায় রানা থম্মোই শোক্না॥২৭

শ্লোককী অর্থ

শ্লোক অসিগী য়াওকম খিবা ফংদবনা, চুমথোকফমন্দু খঙ্দবনা অর্থ থাদোকচরে।

---

১। নীলকন্ত, ২। পান্ত—পাঠ।

* মন্নী লৈনবা অতৈ প্রভাসখণ্ড - লাঃ ৩২০ দা য়েংবীয়ু।

[1]হাহা হরি একিবার গোপ নারী
পায়ে ছাড় ক্ষমা কর
এ উচিত না হয় বিচারি ॥
কৃষ্ণ কহে একি কথা
তুমি মোর প্রাণ রাধা ॥
তুমা বিনে আনে কে বা হয় ।
এত কহি রাধাকান্ত রাধারে করিয়া শান্ত
করে ধরি কতহুঁ বিনয় ॥২৮
প্রঃ খঃ ৩২০ (মায়বা শরাক লৈ)

সখী গেল অন্যবনে সুখসিন্ধু নিমগনে
রাধাকৃষ্ণ কুসুম শয়ন।
দুহে দুহুঁ বিলোকনে প্রেম অশ্রু বরিষনে
মুখে মুখ সপ্রেম চুম্বন ॥২৯

সম্ভোগ-শ্লোকঃ

পরম্যাছু রাগ-পরয়াথ র্াধয়া
পরিরম্ভকৌশল বিকাশিভাবয়া।
মঙ্কয়াসহস্মরসভাজনোৎসবং
নিরবাহয়চ্ছিখিশিখণ্ডশেখরঃ ॥

---

হাহা হরি মাঙ্লে মাঙ্লে করি মত্তোনো
গোপী নিঙোন করি লৈতবীনি
খাদোকপিয়ু ইরান লঙ্শিনবীনু ।
করি রানো রাধারাণী
কৃষ্ণ ঐগী থরায়নি নঙ্দি ॥
কনা লৈবা ঐগী নঙ্ নৎ-তনা ।
অসুম হায়না গোবিন্দনা শ্রীরাধাবু থেমজিন্দুনা
নেমথহনথি নোল্লক রাহৈ-তন। ॥২৮
চৎনখরে সখীমখৈ মাগী মাগী কুঞ্জসুংদা
চেপ্পখরে থঙ্না রাধাকৃষ্ণ ।
ইথৌ লাংনৈ মহৈ মহৈ প্রেমগী ঈরা শিন্থনরি
চীন্দিন্নরি চেন্নাগুম্না ॥২৯

শ্লোককী অর্থ

রাগনা থম্মোই থন ঈরাংনা ঈথক হৌ
কোনবদা হৈ-শিংবা রাহোং চূড়া থোনবা ।
প্রেমদা ময়াই কাবী লান্দ মায়োন্দবী
শান্নে রতিলীলা খোয়দাজবী রাধা ॥

---

১। হাহা মরি—চৌঃ ৪ ।

স্বাধীন

রস অন্তে শ্লথ বেশ সাজে শ্যাম অবিশেষ
জানি প্রবেশিলা সখীগণ।
নিজ নিজ সেবাধন ছাড়া গেল চিরদিন
সভে কৈল [1]সাত্ম-প্রাণার্পন ॥
চন্দন লাগয়ে সুখে তাম্বুল যোগায়ে মুখে
কোই সখী চামরে ধুলায়।
লবঙ্গ-মালতি-মালা কোই দেই দুহুঁ গলা
অশ্রু ধারা দুহুঁ রূপ চায় ॥
কোই দুহুঁ [2]শ্রীচরণে মৃদু মৃদু [3]সম্বাহনে
হৃদি তাপ দূরে পরিহরি।
দীন শিশুরামদাস প্রেম সেবা অভিলাস
কবে হব পাব অনুচরি ॥৩০

প্রাণনাথ শুন মোর সত্যনিবেদন।
তুমা আমা সঙ্গে করি যাব বৃন্দাবন ॥ ধ্রু
কৃষ্ণ কহে প্রাণপ্যারি চল ব্রজভূমি।
সকালে আসিব প্রিয়ে সত্য সত্য জানি ॥

---

স্বাধীন

সাজন তোরে শ্রীকৃষ্ণনা কিজেৎ-লৈতেং রাইগী পেম্না
চঙ্লক্লে সখীশিং তাঞ্জা থঙ্না ॥
থাদোকলুবা মতম কুইনা প্রেম সেবা ঈরোয়ননা
কৎনজরি থরায় চকচাং 'পুম্বা ॥
কৎনরি চন্দন হরাউনা কৎনজ্ঞে পানা খুদপ
থোগজ্ঞে চামর কনা'ননা ॥
লবঙ্গ-মালতী পরেং কৎচরি অনিমক্তা
প্রেমধারা শিস্থে চিংনা য়েংনা ॥
সেবা চঙ্বী কনানা চরণ অনি থোগজ্ঞে
থম্মোই মৈচাক লায়না কোরুজরি ॥
ফংজগবা কৈদোঙৈদা সখীগী তুংইঞ্জবা
কপচৈ শিশুরামদাসনা ॥৩০

থোগজগে ননাই ঐনা লেঙ্সি বৃন্দাবনদা
লেম্নজগে লাইনীং ঐগী তাইবঙ্পান্দা ॥ ধ্রু
চাম্নথোইবী চৎলো ঙসি হল্লো বৃন্দাবনদা
লাকনি শোয়দনা ঐহাক হয়েং অয়ুক ঙন্না ॥

---

১। আত্মা—চোঃ ৪. ২। শ্রীচরণ—পাঠ. ৩। সম্বাহন—পাঠ।

কিছু কর্ম্ম শেষ আছে কর্ম্ম সমাপন।
এত কহি রাই মুখে করয়ে চুম্বন॥
তাহা শুনি শশিমুখী করিল প্রণামে।
সখী সঙ্গে আইলেন সুখ ব্রজভূমে॥
আর যত ব্রজলোক আইলা তখন।
কালি আসিবে শ্রীকৃষ্ণ হরষিত মন॥
বৃন্দাবন বাসি সব আনন্দ বাঢ়িল।
শিশুরামদাস মনে হরষে বিভুল॥৩১

কুরুক্ষেত্র-মিলন-রস ইতি সমাপ্তং॥৬২

---

লৈরি থবক মচিৎ খরা তঙাইকদবা
চুম্বন পীরে রাইগী মায়থোং বিদায় তৌরক্লে॥
খুরুমজরে চরণ শোক্লা তরঙ্ ঈহৌননা
সখীশিংনা থৌগন তৌনা লেঙ্লক্লে শ্রীরাধা॥
লাক্লে ওয়া ব্রজমীয়াম ভাবদা হরাউনা
হয়েং লাকনি রাখন্না থম্মোই ঈরাং ঈহৌননা॥
হরাউনৈ ভাবদা ওয়া বৃন্দাবনগী মীয়াম
হরাউ ভুজুং পিরাং শিন্থে মনাই শিশুরামনা॥৩১

কুরুক্ষেত্র-মিলন-রস-কী লৈশক লোমলে॥৬২

## * ব্রজাগমন রস বর্ণনং

যথা—উপরাগ

*নবদ্বীপচাঁদ আজু আনন্দ দেখিয়ে।
চিরদিনে মোর দুঃখ জুড়াইব হিয়ে ॥ধ্রু
সুখ ভাবি গৌরাচাঁদ এইরূপে কয়।
আজু মোর যত সুখ কহিতে না হয় ॥
চিরদিনে বিরহ জনিত যত তাপ।
সো মুখ দরশনে ঘুচিবেক আপ ॥
ঐছন মধুর কহে গৌর গুণমণি।
রাধামোহন তহিঁ যাউক নিছুনি ॥১

---

যথা—উপরাগ

মায়থোং মকা-রামলি ঙসি গৌরাঙ্গ প্রভুনা
ঙসিতদা ঐগী রাবা কোক্লগনি হায়না ॥ধ্রু
হরাউবনা মথোই কানা হায়ম্বি অসুম্না
ঙসি ঐগী নুংঙাইবসে ফোংদোকঙমদে চীন্না ॥
থম্মোই মৈশা লাংলম্বা য়োম্লম্বা পাপনা-থন্না
মায়থোংদো উরগনি মুংলগনি মৈরি ॥
শোল্লি নুংশিনা অসুম্না গৌরাঙ্গ প্রভুনা
রাধামোহননা হায়জে ওইরগনি মঙ্গল ॥১

---

* পদাবলী ছাপাদা লৈবগা খেন্নমনবদগী মচু মখাদা উৎলি—

নবদ্বীপচাঁদের আজি আনন্দ দেখিয়া।
চিরদিন পরে মোর জুড়াইল হিয়া ॥
শচীসুত উনমত প্রেম-সুখে কয়।
মোর আজু যতসুখ কহিল না হয় ॥
চিরকাল বিরহ জনিত যত তাপ।
সো মুখ-দরশনে ঘুচল আপ ॥
ঐছন অমৃত কহত গোরামনি।
রাধামোহন তছু যাউক নিছনি ॥

বৈঃ পঃ ৯১০, পঃ সঃ ৩৬৫

---

* রস অসি মনাউ ইবুংঙো শগোল হঞ্জবনা শকখি।

[১]পিয়া জব আওব এ মঝু গেহে।
মঙ্গল [২]জতহুঁ করব নিজ দেহে॥
কনয়া কুম্ভ [৩]ভরি কুচ যুগ রাখি।
দরপন [৪]ধরব কাজর দেই আঁখি।
বেদি [৫]বানাওব হম অপন অঙ্কমে।
[৬]ঝাড়ু করব তাহে চিকুর [৭]বিছানে॥
কদলি [৮]রোপব হম গরুআ নিতম্বে।
[৯]আম পল্লব তাহে কিঙ্কিনি [১০]সুঝম্পে॥
[১১]দিসি দিসি আনব [১২]কামিনি ঠাট।
চৌদিগে পসারব [১৩]চাঁদক হাট॥
বিদ্যাপতি কহ পূরব আস।
দুই এক পলকে মিলব [১৪]তুঅ পাস॥২
(বাঙ্গালী বিদ্যাপতি) বৈঃ পঃ ১২৯

ও রস লাগি নব রমণি।
কত কত যুগতি চিতহি অনুমানি॥ধ্রু
অঙ্গনে [১৫]আওব জব রসিয়া।
পালটি চলব [১৬]হম ইসত হঁসিয়া॥

---

কুঞ্জ সঙ্গাইসিদা লাক্লবদা মানা
কৎচগনি ঐনা ইশা থাকচবা লৈতনা॥ধ্রু
কৎচগনি ঘট-পূজা থাবোম অনি 'সিনা
শকয়েং মিংশেল ওইগনি কাঁজল থাবা মিৎসিনা॥
বেদি শেমজগনি ভসি ঐগী ইশাসিনা
শুমজিৎ ওইনা শেংজগনি ইশমসিনা মতু॥
লফু-নেম্রাথক্তা ঐনা লৈভেংগনি কোয়না
মণি কিঙ্কিণীতনা হৈনৌ মনা ওইনা॥
থেনগনি মায়কৈ শীন্না মথোন কাবী মপৈ
কংকনি থানিন পরেং লূকমায়দা হাপ্না॥
বিদ্যাপতিনা হায় থুংগনি আশা
লেপ্লরগনি মাঙ্দা মিৎকুপ খরা তুংদা॥২

রাগনা থল্লি অসুম্না রাধা।
থশ্মোইনুংদা ক্লুংভাইনা মবুংঙোগী রাথম্দা॥ধ্রু
কুঞ্জদা লাক্লগা মাবু উরগা
চৎকনি মায় লৈথোক্তুনা খোয়রুম মোমোন তৌনা॥

---

খুৎইন্দা—১। প্রিয়া যব আয়ব মঝু কুঞ্জ নেহ, ২। করব যতহুঁ নিজ দেহ, ৩ করি, ৪। ধরিয়ে, ৫। বানায়ব আজু এ মঝু অঙ্গনে, ৬। ঝাময়, ৭। বিংনে, ৮। উপরে, ৯। অম্রপল্লব, ১০। ঝাপ, ১১। নিশি দিশি ১২। কামিনীর ঠার, ১৩। চাঁদকি হার, ১৪। তুয়া, ১৫। আয়ব যব, ১৬। হামু ইষদ হাসিয়া।

আবেসে [1]আঁচর পিয়া ধরবে।
[2]যাওব হম জতন পহু করবে॥
কঁচুয়া ধরব জব হঠিয়া।
করে কর বারব কুটিল আধ দিঠিয়া॥
রভস মাঁগব পিয়া [3]জবহী।
মুখ মোড়ি বিহসি বোলব [4]নহি তবহি॥
[5]সহজহি সুপুরুখ ভমরা।
[6]চৗর ধরি পিয়ব অধররস হামরা॥
তৈখনে হরব [7]মোর চেতনে।
বিদ্যাপতি [8]কহ ধনি তুআ জীবনে॥৩
বৈঃ পঃ ১২৮ পঃ মাঃ ৪র্থ ১৭৫ (বাঙ্গালী বিদ্যাপতি)

মথুরা সঞে হরি করি পথ চাতুরি।
মিলল নিরজন কুঞ্জে।
দ্রুম-পশু [9]পক্ষি কুল বিরহে [10]বেয়াকুল
পাওল আনন্দ পুঞ্জে॥ধ্রু
[11]বরজবাসিগণ বিরহে অচেতন
পুন সে [12]পাওল পরাণ॥

---

ভাইঙমদনা মানা পায়রগনি ফীজি
থৌশারোই মতৌদা মাগী অহুমক্তদা ঐনা॥
পায়খিবা থোক্লবা থাথুম ফি মানা
কম্বোকনি মথূৎ ঐনা, ইমিৎ অনি উইরুম তৌনা॥
রতিলীলা ইঙ্গিত তৌরক্লগা মানা
মায়থুম-ফি চিংথরগা হায়গনি ঐনা হুঁ-হুঁ॥
হালেঙ্‌দবা খোইমু ইকাই খঙ্‌দবা
থকখিগনি নমজাননা মায়থোং থম্বাল লৈহী॥
জ্ঞান মাঙ্‌গনি ঐনা মতম অহুদা
বিদ্যাপতিনা হায় মহৈ য়াম্লে পুন্সী॥৩
লাকলে ঙসি হরি তুবৎ নাতৈ শম্মা
ঙাল্লরে চীক্লা কুঞ্জদা॥
উপাল-রাপাল উচেক-রায়া হরাউনরে অপুম্বা
মতু-মমান থীংলে ঙম্মা॥ধ্রু
বরজবাসি 'পুম্বা লাকহৎলম্বা কায়না মৈনা
হাপলে থরায় নোৌনা ঙম্মা॥

---

ফুটনোট—১। আঁচর, ২। তব হামু কতন যতন নাহি করবে, ৩। যবহি, ৪। নহি নহি, ৫। সহজে পুরুখ সেই ভ্রমরা, ৬। মুখকমল মধু পিয়ব হামুয়া, ৭। হামু গেয়ান, ৮। কহে ধনি তুয়া খেয়াল, ৯। পাখী, ১০। বিয়াকুল, ১১। বরজ নারীগণ। ১২। পাইল।

[১]দাব-দগধে যেন ছটকটি জীবন
বৈছন অমিয়া সিনান ॥৪

বৈ: প: ৯২৯, প: মা: ৪র্থ ১৭৫

দেখ রাধা মাধব [২]কেলি।
দরশে পুলক দেহ [৩]ঘাম তহি নদীবহ
[৪]চিত্র পুত্তলি সম ভেলি ॥ধ্রু
কাঁপয়ে ঘন ঘন অনিমিখ চাহন
[৫]ফুকরি ফুকরি পঢ়ু লোর।
কহইতে [৬]গদ গদ থকিত কণ্ঠ জর জর
[৭]বিরলে দুহুঁ জন ভোর ॥
হোই স চেতনে [৮]কি করু না জায়ন
[৯]কৈশন দারিদ্র হেম।
[১০]রাধামোহন কহ ইহ অনুপম নহ
[১১]প্রাণদান ঐছন ক্ষেম ॥৫

গো: প: ১৭২, প: স: ৩৭২

---

লম্বৈনা চাকথ্রগা লেমহোবা মখাক্তা
চোংলে ময়োন অমুক হন্না ॥৪

য়েংজো সখি যুগল রূপসে।
হরাউ ভুজুং ঈথক হৌনৈ উনবদা মহৈ মহৈ
অশাবা মূর্ত্তি মান্না লেপ্পা ॥
খোঙ্সু-তোন্সু নীক্ররি মিৎফম-হোংদ য়েংনরি
শিম্থনৈ মিৎলুদ মুক্তা মতুম ॥
হায়গে তৌই হায়নঙমদে কৌগে তৌই কৌন ঙমদে
থৎলি লম্বী খৌরী চরম ॥
ইনশিল্লি পুক্নীংনদি কাঙঙমদরি চীনবান্নদি
লায়রবনা সনা ফংবগুম ॥
রাধামোহননা নোঙ্গে যুগল চরণদা চঙ্জৈ
ওন্থোক্লবিয়ু থরায় মশেল ॥৫

১। দাব-দগধ, ২। মেলি, ৩। ঘামহি, ৪ চীত পুতলি, ৫। ঢরকি ঢরকি, ৬। ঘর ঘর ঠকিত কণ্ঠ ঘর, ৭। দুহুঁ বিবরণে দুহুঁ ভোর, ৮। কি করব নাহি জানে, ৯। বৈছন দারিদ হেম, ১০। গোবিন্দ দাস কহ, ১১। প্র পদ।

**য়েংগদবা :—** পদকর্ত্তা মায়দবনা অমনা অমদগী শুশিনবরা নত্রগা ইবদা শোয়বরা অমদি তোবা ওইনা উয়ে।

দেখ সখি রাধা মাধব প্রেম ॥
দুর্ল্লভ রচন জনু দরশন মানসে
পড়ল গাঠিক হেম ॥ধ্রু
অধর সুধারসে [2]লুবধন মানসে
তনু পরিরম্ভণ চাহে
মুখ অব লোকনে অনিমিখ [3]চাহনে
কৈছে হোয়ব নিবাহে ॥
মধুরিমু [4]হাসন সুধারস [5]বরিখণ
গদ গদ রোধয়ে ভাষ।
চিরদিনে মিলন লাখ গুণ নিধুবন
কহতঁহি গোবিন্দ দাস ॥৬
গোঃ পঃ ১৭২, পঃ সঃ ৩৭১

দেখ সখি রাধা মাধব রঙ্গ।
দুহুঁজন বেশ দুহুঁ বানাওত
অভিমত নিরখি নিরখি প্রতিঅঙ্গ ॥ধ্রু

---

য়েংউ সখি রাধা মাধবকী প্রেম।
লেংজরকপা লংগুং য়াওদ রানা তাঙ্না উজনীংনা
হূকচরে ঙসিদি ঙক্তা ॥ধ্রু
( ছাপাগী অর্থ য়েংলবদি—তাঙ্লবা মণিবু হেনবা
উজনীংলকপা মতম শাংনা
ফংজরে শোকচবা লীক্লাংগুম্না )
মিতাইজে থক্লীংনা চীনবান থক-খা লৈহী
কোঞ্জনীংই মাবু চেৎনা চান্না ॥
কুপ্পা কাউরি মিৎকী পানা য়েংবতদা মুন্সুনা
শিম্নরি পিরাং য়েংনা য়েংনা ॥
চীনবান নোংথাঙ্ কুপ্পে ততনা অমৃত শিদ্বে
হায়দোকঙমদে রাহে মপুম ফানা ॥
ওইরি লৈপুন ঙসিদি লাইবক ফৈদা নিধুবনসে
গোবিন্দ দাসনা শকচৈ পেন্না ॥৬

য়েংজো সখি রাধা মাধবকী লীলা।
লৈতেংনরি মহৈ মহৈ অমনা অমদা
অপাম্বা লৈতেং তোনৈ নীংবা থুংনা ॥ধ্রু

---

ছাপা—১। দুলহ রতন ধনু, দরশন মানই, পরশন গাঁঠিক হেম, ২। লুবধক, ৩। লোচনে,
৪। হাস, ৫। বরিখণে।

দুহুঁ মুখ হেরি হেরি 	আনন্দ নীর বহে
পুলক পূরল দুহুঁ অঙ্গ।
চিরদিনে মিলনে 	ঘন দুহুঁ আলিঙ্গনে
চুম্বয়ে রস পরসঙ্গে॥
ঐছন দুহুঁজন 	হেরিয়ে সখীগণ
আনন্দে পূরল সব অঙ্গ।
সমৃদ্ধি-মানক 	স্বাধীন ভর্ত্তৃকা
রাধামোহন কহ রঙ্গ॥৭

[১]কি কহব আজুক আনন্দ ওর।
চিরদিন মাধব মন্দিরে মোর॥ধ্রু
পাপ সুধাকর যত দুঃখ দেল।
[২]চাঁদ মুখ দরশনে [৩]সব দূরে গেল॥
* * *
[৪]অব হামু পিয়া দূর দেশে না পাঠায়
[৫]আঁচলে ভরি যদি মহানিধি পায়॥
শীতের [৬]উড়ণী পিয়া গিরিসের [৭]বাউ
বরিষার ছত্র পিয়া দরিয়ার [৮]নাউ॥

শিন্থে মিৎলু পিরাং 	য়েংনা য়েংনা মহৈ মহৈ
হরাউ তুজুংননা পেন্নবনা হেন্না॥
কায়ন-ঈপাক ইরেল্লনা 	থংলম্বদো নুংক থন্না
মাঙ্খরে ওসিদি মায়াগুম্না॥
য়েংনজে সখীশিংনা 	অনিমকপু অম্বন্না
কোক্রক্কে খোরাংবা মতম শাংনা॥
সমৃদ্ধি-মান-রস 	স্বাধীন ভর্ত্তৃকা
রাধামোহন দাসনা শকচৈ॥৭

কন্নিবু হায়সিগে 	নুংঙাইবা মতো অসে।
ঙানবীররে ঙসিদি 	ইনাক্তা মাধব॥ধ্রু
য়াহনথিবা ঐবু 	ফত্তবা থানিননা
উজবদা মায়থোং থানিন 	কোকহনবীরে ঙম্না॥
থাজররোই অমুক মাবু 	ঐনা অরাপ্পদা
লোৎকনি কনা খঙ্দ 	ফৌজিন্নুংদ পুন্না॥

বৈঃ পঃ ছাপাদা—১। কি কহব রে সখি আনন্দ ওর, ২। পিয়ামুখ, ৩। ততহুখ ভেল, ৪। তব হাম দূর দেশে পিয়া না পাঠাঙ, ৫। আঁচল ভরিয়া … পাঙ, ৬। ওড়নি …, ৭। বাও, ৮। নাও।

* মসিদা ছাপাদদি পরেং অনিথক হেন্না লৈ। পঃ মঃ গদি ময়েক খরা শোয়নবা লৈ।

[১]ভণহি বিদ্যাপতি শুন বরনারী।
[২]সুজনে যে দুঃখ দিল দিন দুই চারি ॥৮
পঃ মাঃ ৪র্থ ৪১১, বৈঃ পঃ ১২৯

চলু মন বৃন্দাবন বেণু বাজে ইন্দ্র গাবে ॥
ঠারে কদম্ব তলে বংশী বাজাবে ॥
বংশিক ধ্বনি শুনি মউরক নাচে ॥
যমুনাক নীরে তীরে ধেনু চড়ায়ে ॥
সঙ্গে লিয়ে সভা সব গোপ নাচে ॥
শ্রীবৃন্দাবন কি কুঞ্জ গলিনমে ॥
সহস্র গোপী এক কাহ্নাই নাচে ॥
এ পারে গোকুল ও পারে মথুরা ॥
বিচে যমুনা জীমে নাওল লাগে ॥
চন্দ্রসখি ভজ বালকৃষ্ণ ছবি ॥
হরিক চরণ চিত্ত-ধ্যান লাগে ॥৯

ব্রজাগমন-রস ইতি সমাপ্তং ॥৬৩

---

বিদ্যাপতিনা হায়রে তাবিয়ু শকহেনবী
রাবতনি নোংমা নিনি লন্নাই মীওইদগী ॥৮

চৎলু পুক্লীং বৃন্দাবনদা কংজগনি তাবদা বেণু ॥
কদম পাম্বীদা ঙানা খোংগনি বাঁশী ॥
তাবদা বাঁশী খোঞ্জেল নোয়রি রাহোংশিংনা ॥
শেল্লি যণবী মন্নাউ যমুনা মপান্দা ॥
জগোই শারি সখা কৃষ্ণবু কোয়শিন্না ॥
শ্রীবৃন্দাবনগী কুঞ্জ কুঞ্জ থুদীং ॥
কৃষ্ণ মথন্তগা শায়ে গোপী লীশীং ॥
শোমদনা গোকুল অশোমদনা মথুরা ॥
লানগনি করম্না মরক্তা যমুনা ॥
নীংজো চন্দ্রসখি বালকৃষ্ণ ছবি ॥
লকাম্নুংদা নঙ্গী কোজো মাবু চেৎনা ॥৯

ব্রজাগমন-রসকী শৈশক লোয়রে ॥৬৩

---

বৈঃ পঃ ছাপাদা—১। ভনয়ে, ২। সুজনকে দুখ দিবস দুই চারি।

## *বিপরীত-সম্ভোগ রস বর্ণনং

যথা—উপরাগ

**শ্লোকঃ**

রসোল্লাসৈস্তির্য্যগ্ গতিভিরভিতো বারিভিরলং
দৃশোঃ সিঞ্চন্লোকানরুণজলযন্ত্রভ্রমিতয়োঃ।
মুদা দন্তৈর্দষ্ট্বা মধুরমধরং কম্পচলিতৈ-
র্নটন্ শ্রীগৌরাঙ্গো হৃদয় উদয়ন্মাং মদয়তি॥

বৈষ্ণবাচার দর্পণ ১৭৩

[1]আরে মোর গৌরকিশোর
[2]পূরব প্রেম রসে ভোর।
[3]ছ নয়ানে আনন্দ লোর
কহে পহু হইয়া বিভোর॥

---

যথা—উপরাগ

**শ্লোককী অর্থ**

চৎলি থেক্না খোয়না জগোই শাবগুম
মিৎস্নাদা পিরাংনা লিচকারীগুম্॥
শারি জগোই প্রভু মায়কে থৃদাংমক্না
শিন্থনৈ পিরাং অউবা মথৈনা॥
য়াথক্না চীনবান চীকলি ভাবাবেশদা
ঙাওচৎনরবগুম চরাউ-তুজুংননা॥
নোরবা থোৎলবা শ্রীঅঙ্গ অপূম্বা
শারি জগোই প্রভু নবদ্বীপ চন্দ্রনা॥
করম্বা মতমদা ঐগী থম্মোইনুংদা
ফাওবিরগবনো অহুগুম্বা শক্তম॥

অঙকপনি গৌরগী লীলা
ভাওরি র-স দা ব্রজলীলা॥ধ্রু
ঈহৌরি মিৎতা হুংঙাইবা ঈরা
হায়রকই প্রভুনা প্রেমনা থন্না॥

---

বৈঃ পঃ—১। আলো, ২। পূরব, ৩। ছ নয়নে।

---

*রস অসি মবাই ইবুংঙো পুণ্ড্রধন শকখি।

[1]পাওল বরজ কিশোর
সব দুঃখ দূরে [2]গেয়ব মোর ॥
চিরদিনে [3]পাওল পরাণ
যৈছন অমিয়া সিনান ॥
হেরি সহচরগণ হাস
গাওই চৈতন্য দাস ॥১ বৈঃ পঃ ৫২৮

তবে নন্দ-যশোদাদি পাইল দরশন।
সুখসিন্ধু নিমগন ব্রজবাসিগণ ॥ধ্রু
নিশা যোগে সঙ্কেত কুঞ্জেতে রহে রাই
সময় জানিয়া কৃষ্ণ দ্রুতগতি যাই ॥
কুঞ্জে দুহুঁ দরশন আনন্দ বিকাশ
দাস ঘনশ্যামের অধিক উল্লাস ॥২

শ্লোকঃ

রাধাবদনবিলোকনবিকসিতবিবিধবিকারবিভঙ্গম্।
জলনিধিমিব বিধুমণ্ডলদর্শনতরলিততুঙ্গতরঙ্গম্ ॥

---

ফংজরে ব্রজ যুবরাজ
কোক্লগনি [1]পুম্বা অরা-অনা ॥
ঙসিতদা ফংজরে থরায়
লূপচরে অমৃত ঈয়ায় ॥
নোক্নি ভক্তমথৈনা লোম্না
শৈহেকচৈ চৈতন্যদাসনা ॥১

নন্দ যশোদানচিংবা ফংনরে দরশন
লূপ্নরে নুংঙাইবা ঈপাক্তা ব্রজগী মীওইশিং ॥ধ্রু
লেঙ্‌শিল্লে রাধা অহিং মতমদা কুঞ্জহুংদা
লেঙ্‌লক্লে শ্রীহরি তাঞ্জা থঙ্‌না মতম চানা ॥
উনৈ অনি অশুম তৌনা হরাউ-মথোই কানা
ঘনশ্যামদাসকী পূক্নীং তুজুং হন্না ॥২

শ্লোককী অর্থ

মাগী মায়থোং থম্বালতবু-য়েংবদা মতম শাংনা ঈথৌ লাংলকপা রতিলীলাগী ওইথোকপস্ু য়াবা মতৌ উহ্‌না মাগী প্রেমদা হারবা-পূর্ণিমা-থানিন উবদা কামথৎলকপা সমুদ্র ঈথক-ঈপোমগুম হরাউ মথোই কারবা কামগী রাথলনা লাকহৎপা মথং মথং ওইনা সাত্ত্বিক-বিকার পূম্নমক ফাওরবা—

---

বৈঃ পঃ— ১। পাওলুঁ, ২। গেও, ৩। পায়লুঁ।

হরিমেকরসং চিরমভিলষিতবিলাসম্।
সা দদর্শ গুরুহর্ষবশংবদবদনমনঙ্গবিকাশম্ ॥ধ্রু॥ গীতগোবিন্দ

আইস আইস বন্ধু আধ আঁচরে আসিয়া বৈস
নয়ন ভরিয়া তুমা দেখি।
অনেক দিবসে মনের মানসে
সফল করিয়া আঁখি ॥৩

বন্ধু আর কি ছাড়িয়া দিব
হিয়ার মাঝারে যেখানে পরাণ
সেখানে রাখিয়া থব ॥ধ্রু
কালা কেশের মাঝে তুমা বন্ধু রাখিব
পুরাব মনের সাধ ॥
গুরুজন জিজ্ঞাসিলে [1]তাহা প্রবোধিব
পড়িয়াছি কাল পাতের ফাঁদ ॥
[2]নহে তান হের নিগূঢ় করিয়া
বান্ধিব চরণারবিন্দ।
কে বা নিতে পারে নেউক আসিয়া
কাজরে কাটিয়া [3]ছিন্দ ॥৪

---

যমুনা ঈচেলদা-কোয়না-তাউবা-কোংগোন-মরী-মানবা-
মুক্তাপরেংনা-ফল্লবা-থবাক্কী নীংথিবা হেলহল্লিবা অচুপ্পবা
শ্রীহরিগী মায়থোং থম্বালবু শ্রীরাধিকানা উজবা ফংখি।

লাক্লোগবা চান্নবা ফম্নোগবা ফীজি ফিদাদা
য়েংজগে পেম্মা ইমিৎসিনা ॥
মতম কুইনা তুংদা পুক্নীং লকা হুংদা
থকচিঞ্জগে ইমিৎ [1]সিনা ॥৩

থাররোইদো নঙ্বু ঐনা অমুক
থম্মোই লকাহুংদা থরায়গী তুংফমদা
থমগনি লোত্তুনা নঙ্বু ॥ধ্রু
(ঐগী) অমুবা শম্নাংলক্তা লোৎকনি অমুবা নঙ্বু
থুংগনি পামজবা ঐনা ॥
হংলক্লগা গুরুজননা পাউথুমগনি অম্মুম্না
অমুবা শম্মুন-কিশিনি হায়না ॥
য়েংউনে চেকশিন্না নত্তে হুংশি থোরী?
পুনগনি অম্মুম্না চরণ ॥
মুনগনি কনানা লৌসহু লাক্কুম্না
হত্তুনা কাঁজলগী লৈথুন ॥৪

---

১। তাহারে—পঃ কঃ, ২। নহেত লেহের—পঃ কঃ, ৩। সিন্ধ—পঃ কঃ ১২৮৭।

সুখদ কুঞ্জের মাঝে রাধা কান।
হিয়ায় হিয়ায় দুহার বয়ানে বয়ান ॥ধ্রু
ঘন ঘন চুম্বন ঘন রস-ভাষ।
ঘন রসে মগন নাহি পরকাশ ॥
ঘন ঘন আলিঙ্গন ঘন করু কোর।
অতিরসে দুহুজন ভেল বিভোর ॥
বিপরীত লাগি তহি নাগর রায়।
ঐছন রচিতহি তাক উপায় ॥
বুঝি সহচরী ধনী তাকর সুখ।
ঐছন বচনে ভেল উনমুখ ॥
কহ শিবরাম পূরল অভিলাস
চিরদিন বিপরীত করয়ে বিলাস ॥৫

শ্লোক:

রাধায়াস্তনমণ্ডলে হরি পরিরম্ভণাদম্ভোজ্জ্বরং
ব্যাপ্তঃ স্বর্ণধরাধরং জলধরারম্ভোহত্তভুয়ানভুৎ।
স্বস্থানং পরিভূত্যে কৌস্তভমণি ব্যাজেননিব্যাপদং
স্বাতুং সম্প্রতি নূনমম্বরমণিস্তৎসন্ধিমধ্যাবিশৎ ॥

---

থম্মোইগা থম্মোইগা মায়থোংগা মায়থোংগা
নীংথিবা কুঞ্জহুংদা ভাল্লি অনিমক্না ॥ধ্রু
ইরেল-হুংদা লূপনরি রস-গী রারীদা
নীংথিজৈ পান্দম লৈত লৈপুন অনিমক্কী
...

...
ওন্না-তৈনা মহৈ মহৈ অমগা 'মগা
অমনা অমা ওইনা লীলা-র-স-দা ॥
পেম্নে অনি রাধাকৃষ্ণ ওন্নবা থৌওড্‌দা
রাঙাঙ্‌দা রাতাদা ওন্ন তৈন ভাক্তা ॥
থুংজৈ নীংবা 'পুম্বা শিবরামদাস
থৌরাংজৈ মতম চুপ্পা অসিগুম্বা লীলা ॥৫

শ্লোককী অর্থ

হরি নোংলেন্না খুমখরে ভানকম
নোংনা কৃপ্পগুম সনজীংবু।
লৈথখরি কৌস্তুভমণিনা
চৌংগী কারক্তা লোংকম থিনা ॥
(শার্দূলবিক্রীড়িত ছন্দনি ... ... ...
অর্কাশ্বৈর্ম স জস্ততাঃ সগুরবঃ "শার্দূলবিক্রীড়িতং")।
ইতি ছন্দোমঞ্জরী

ঝাঁপল *কনয় ধরাধর জলধর
দামিনি জলদ আগোরি।
নিজ-চঞ্চল-গুণ জলদে সঁপি পুন
তছু থৈরজ করু চোরি॥১

দেখ সখি অপরূপ বাদর ভেল।
নিজপদ পরিহরি দিনমণি সঞ্চরি
গিরিবর সান্ধিম যে গেল॥ধ্রু
স শবদ ঘন ঘন বহই সমীরণ
[১]থর থর নর্ত্তক পাখী॥
[২]ভয়ে আকুল ফণি ধরণি ছাড়ি মণি
[৩]বেঢ়ি রহল পাঁচ-শাখ॥

---

শমজোইনা অমুবা নোংহো ওইনা নোংখোঙ্ ফুনবা
খনজিনখরে (১) সনজীং অনি॥
২। শিন্নরি নোংহোদা অমুক মশাগী ঈরাং ইথক
মপুক তপ্পা নোংবু থকচাহন্না॥১

অঙকপগী নোং ফুংশিংনি য়েংউনে ইতা।
৩। লোৎফম থিরি চীংজাউ লক্তা লৈথখরি ফুমিংনা
মফমদগী চোয়থরক্নুনা॥
৪। অকনবা শউমদা শিংলি হন্না হন্না ফুংশিংনা
নীকলি রাহোংনা কিরছুনা॥
৫। পাখংলি উবদা মচু থাদৈ লিন্না মতোক মণি
নপলুরি তমাল পাম্বী থক্তা॥

---

* কনক।

অর্থ—১। সনজীং—থাবোম অনি।
২। নায়িকানা নায়ককী মতৌ তৌরবদা হৈনদভুনা নায়কতা অমুক শিন্নহনা নায়কপু মপূক কাববা ওয়হন্দরি।
৩। মণি পরেংগী ময়ায়দা লীকয়ান ওইনবা অঙাঙবা মণিনা রত্তি লীলা মৃতমদা মফম চোয়রক্নুনা সনজীং কারক্তা চঙ্খ্রি।
৪। কন্না কন্না হোঙ্গোরকপা স্বরনা নায়ককী রাহোং চূড়াবু ফর ফর হাইহল্লি।
৫। অমরোমদা বেণীগী মশক ওইবা লিন্না রাহোংবু কিন্থনা মতোকী মণি শরুবা থেংলখ্বা লৈরাং অঙোববু থাদরকপদা তমাল পাম্বী শকপা কৃষ্ণগী শংবানবা হকচাংদা নথুনা লৈরি।

---

১। থরকয়ে মোরক পাখ, (খুৎইদনা সর সর—চোঃ ৪); ২। ভয় আকুলি, ৩। বেড়ি।

¹ভণয়ে ঘনশ্যামদাস পুন হেরহ
*সবহুঁ ভেল বিপরীত ॥৬
প: মা: ৪র্থ ৪০০, প: ক: ২০১০ পদ

শ্লোক:

কন্দর্পাগমকো বিদৌ তত্তুচিতাযোদন সম্ভোদিতৌ।
²সদন্তঃ কণ মৌক্তিকৈকক্ষপচিতৌ দৃষ্ট্বা গবাক্ষাদিভিঃ ॥
আগত্যান্তিক কর্ম্মণা বিজনয়ন্ গন্ধাদিনা বীজয়ন্না-
নন্দোত্তরলং সুখং দর্শিতংতে রাধা সখীনাংগণঃ ॥

পুনশ্চ শ্লোক:

হা কৃষ্ণ ক গতোঽসি মামশরণাং ত্যক্ত্বা-বিদূরেচিরং
ভূয়স্তদ্বদনং বিলোক্যকিমহং ত্যক্ষাম্যমুংত্বৎপরঃ ॥
এবং কিং সুদিনং ভবিষ্যতি মমাস্মিন্নিতি স্বাপ্নিকং
রাধায়াঃ পরিবেদনং নিশময়ন্মুগ্ধো হরী রাজতেঃ ॥

৬। ঘনশ্যামনা হায়জৈ সখি লৈনা য়েংউ অমুক
পুমওন ওস্থোকখরে হান্নগীহু ॥
৭। (চীংনা থক্তা নোংনা খাদা ওল্লে মথক মখা
অওকপনি লাইগী মতোসে ॥)৬

শ্লোককী অর্থ

কামগী লীলাদা হৈশিংলবা মরু:ভো মবেম্মা অনিগী
ময়াই কারবা রতি-যুদ্ধদগী থোক্লকপা নাপলনা মাঙওইনরবা
মণি-মুক্তানচিংবা লৈতেংগী সুংশিরবা মখোল অতু তারবদা
মীহুৎনচিংবদা খোরাংনা কুম্মৈ য়েংনরিবী সখিশিংনা
তাঙ্গা খঙ্না কুঞ্জ সঙ্গাইসুংদা চঙ্নরক্তুনা
চন্দনগী লৈতেং অমদি হুমাইনচিংবগী থোগন ফংনজহুরা
সুংঙাইবা ঈরাং ঈহৌনজরি।

চঙ্জক্ষম লৈতনা কৃষ্ণনা থাদোকপিরম্নবদগী ইবুংঙো মাগী
মায়থোংদং অমুক্তং উজরগা থরায় থাজনীংখিবা অমদি অতুগুম্বা
লাইবক ফবগী সুমিৎ অদুতবু রানা ঙাইখিবা—হুজীক্তনা মঙ-
হাগুম্না থোকপ্রবা অতুগুম্বা শ্রীমতী রাধিকাগী কায়না মৈচাকখিং
অদুবু তাবদা সুংবঙ্লবা শ্রীহরিনা কুঞ্জসুংদা ঙাম্মোইরি ॥

অর্থ—৬। ওম্র তৈনবা রতিগী মতৌবু য়েংননবা কবিনা হায়রি।
১। ভণ।

* প: মা: দদি মখাদা পরেং অনি হেম্বনা লৈরি মতুদি—
উলটল ভূধর মেঘ মহীতল
অদ্ভুত দৈব চরিত ॥
(বিপরীত সম্ভোগ ওইবনা মসি রাওকম থোকই, অম্বনা অর্থদি লৌথংলরি)।
২। সেদন্ত—চৌঃ ৬, ৭।

দেখ সখি রাধা মাধব নেহ।
নাগরি বেশ বানাওত নাগর
ভাবে অবশ দুহুঁ দেহ॥
আনন্দ নীর যতন হরি বারত
অলক তিলক নিরমাই॥
কুঞ্চিত লোচনে হরিমুখ হেরইতে
থর থরি কাঁপই রাই॥৭

রাধা মাধব নব নব প্রেম
কো করু অনুভব॥
দুহুঁক নৌতুন পিরীতি আরতি
তাহার নিছুনি লাইয়া মরি যায়॥
এ সখি এ সখি আজুক কাজ
কামহি কাম কিয়ে সমাগম মাজ॥৮

জয় জয় রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে
ব্রজজন মনোরথ পূরল সাধে॥৯

জয় জয় রাধা গোবিন্দ দেব।
শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবর সেব॥

---

য়েংউ সখি রাধা মাধব প্রেম
নাগরনা থোল্লি নাগরীগী বেশ
প্রেম রস-দা লুপ্নে অনিমক॥
মিৎস্নাদা লোৎলি মুংঙাইবা ঈরা শ্রীহরি
লৈতেংলি নীংথিনা চন্দন-চরা॥
উজ্জবদা হরি খোইখোয়বী মিৎয়েংনা
চেঙ্ খৈবগুম নীকচরি রাধা॥৭

থঙ্গনি কনানা পাগনি করিগা
রাধা মাধবকী প্রেম॥
অঙকপা লীলানি শকলোন অনৌবনি
য়েংজো হে সখি য়েকচহো পুক্নীংদা
কামগী কামনি য়েংহো লুপচৌ ইরেন্নুংদা॥৮

জয় ওইরিনে রাধাকৃষ্ণ ভাল্লি য়েংজো পুন্না
লাইবক কৈদা ব্রজগোপী ব্রজ বৃন্দাবন॥৯

জয় ওইরিনে রাধা-গোবিন্দ অনিনা
শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন্না লাৎপা॥

মুঞি কৃপণে কৃপয় হে কৃপাময়।
নিজ দাসীগণনে মামপি গণয়॥
ভক্ত রাজেন্দ্র ভাগ্যচন্দ্র ॥১০

শ্লোকঃ

শ্রীগোবিন্দ ত্বং [1]প্রসীদ
প্রসীদ রাসেশ্বর্য্যা কীর্ত্তিদায়াঃ কুমার্য্যা
প্রাণপ্রেষ্ঠা নায়িকানাং [2]বরিষ্ঠে
ত্বাং বন্দে ভাগ্যচন্দ্র ইষ্টদেবা॥

হাহা বৃষভানুসুতে
মোরে দেহ নিজ যূথে॥
কেশে ধরি মোর মাথে
তুয়া পাদ নিকটে॥
রাধে তুমার কৃপা বিনা
হরি পদ পাবে না॥
করুণা কটাক্ষ করি
পাদ পদ্ম পাবে হরি॥
[3]তর্কসিংহ দাস দীন
প্রেম ধারা বরিষণ॥
হা রাধা গোবিন্দ বোলি
দুই হাত মাথে তুলি॥১১

---

চানবীহৈবও চানবীয়ু হে তোল্লবদা
চনবীয়ুকো ননাইশীংদা হে থোজান হৈবা॥
চঙ্‌জৈ গুরু অনুগা ওইনা॥১০

শ্লোকক্তা অর্থ

চানবীয়ু হে শ্রীগোবিন্দ চানবীয়ু হে রাসেশ্বরী
নায়িকাগী লুচিংলিবী শ্রীগোবিন্দ থরায় শকপী
চঙ্‌জৈ ভাগ্যচন্দ্রনা ঈড়াংচবী॥

বৃষভানুনা পোকচবী চনশিনবীয়ু ননাইশীংদ
চিংশিনবীয়ু থুয়াখাদা পীনৌ সেবা থোদাং॥
নত্তনদি রাধে নঙ্‌গী কৃপা ফংলোই হরি কৈদৌনুংদা
য়েংবীয়ু কৃপাগী মিংয়েং ফংজনবা হরি চরণ॥
শিন্থজরি প্রেমগী ধারা নরহরি তোল্লবনা
হা রাধা গোবিন্দ হায়না ইকোক্তা থুং হাপচতুনা॥১১

১। ত্বাং—চৌঃ ৬, ২। বারান্ত—চৌঃ ৬, ৩। তর্কসিংহ হায়বা মিং অসি চৌঃ ৪ তদা লৈ, থুংই অতৈদদি 'নরহরি' হায়না লৈ। কবি পরিচয় য়েংবীয়ু।

[১](পহূনিত্যাই)

[২]নিত্যাইর নিছনি লয়া মরি।
ছাড়ি বৃন্দাবন নিকুঞ্জ-ভবন
অতি দুরাচার তারী [৩])হে) ॥ধ্রু
[৪]নিত্যাই সুন্দর অবনী উজোর
চরণে [৫]মঞ্জির রাজে ॥
গৌর অঙ্গ হেরি পুরুব [৬]সুঙরি
যেন বৃন্দাবন মাঝে ॥
*বসুধা জাহ্নবা সঙ্গেতে লইয়া
শীতল চরণ রাজে ॥
হেলায় তারিল এ গতি গোবিন্দ
এ তিন লোকের মাঝে ॥ ১

বৈঃ পঃ ১০৬৬, ক্ষণদা গীঃ ২১৬

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥

---

অঙকপনি নিত্যাইচাঁদগী থৌজান হৈবা মতৌ।
বৃন্দাবন নিকুঞ্জ লাকলি থাদোক্লুনা
লানবিনবা পাপি-পাষণ্ডী ॥ধ্রু
নিত্যাই শকহেনবা তাইবঙ্ খোল্লা ভানবা
নূপুরনা খোঙ্দ থীংবা ॥
উবদা গৌরবু নীংশিংলি ব্রজবু
হৌরি ঈথক থম্মোইনুংদা ॥
ইল্লি কোয়না থৌগন বসুধা জাহ্নবা
চঙ্জে নিত্যাই চরণ খাদা ॥
মরোল অহুম মাঙ্দা লানবিরি তরাইনা
মনাই গতি গোবিন্দবু ॥১২

থুরুমজে শ্রীচৈতন্য থুরুমজে শ্রীনিত্যাইচাঁদ।
থুরুমজে অদ্বৈতবু গৌরভক্তশিংবু ॥

---

ছাপাদা—১। ছাপাদা লৈতে, ২। নিতাইর, ৩। ছাপাদা 'হে' লৈতে, ৪। নিতাই, ৫। নূপুর বাজে, ৬। পুরব স্মউরি—ঈশৈ অসি খুৎইগী ছাপাগী থক-থা থরা ওয়ে।

* বসুধা—নিত্যানন্দগী নূপী। সূর্য্যদাস পণ্ডিতকী মচানুপীনি—ব্রজলীলাদনা মহাক রেবতী ওইরম্মী।

জাহ্নবী—নিত্যানন্দগী নূপী। সূর্য্যদাস পণ্ডিতকী মচানুপীনি—ব্রজলীলাদনা মহাক অনঙ্গ মঞ্জরী ওইরম্মী।

জয় রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ॥
এই ছয় [1]গুরুর করি চরণ বন্দন
যাহা হৈতে বিঘ্ননাশ অভীষ্ট পূরণ॥
মোর ইষ্টদেব গুরু চরণ বন্দন।
যাহার কৃপাতে পাই ব্রজপ্রেমধন॥
তার পাশে বন্দোঁ মুঞি বৈষ্ণব গোষাঞি
অগতির গতি মোর বৈষ্ণব গোষাঞি॥

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ জয় বৃন্দাবন।
রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড জয় গোবর্দ্ধন॥
জয় [2]বিড়া জয় [3]বৃন্দা জয় পৌর্ণমাসী।
জয় গোপ জয় গোপী জয় ব্রজবাসী॥
বৃন্দাদেবী কৃপা হৈতে প্রাপ্তি বৃন্দাবন।
অতএব তার পদ করহ সাধন॥
শ্রীগুরু-বৈষ্ণব পাদ মনে করি আস
নাম সংকীর্ত্তন কহে নরোত্তম দাস॥১৩

---

চঙ্‌জৈ রূপসনাতন ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ॥
চঙ্‌জৈ গুরু তরাকমক্তা থুরুমজনা থুয়া-খাদা
পামজচুনা কৃপা ঈরীক থুংজনবা আশা॥
চঙ্‌জৈ ঐগী ইষ্টদেব শ্রীগুরু চরণদা
কৃপাগুনা মাগী ফংজৈ ঐনা প্রেমধন॥
থুরুমজরি মথং ঐনা বৈষ্ণবকী চরণবু
লানবিনবা লৈতে ঐগী বৈষ্ণব নত্তুনা॥

জয় ওইরি রাধাকৃষ্ণ ব্রজবৃন্দাবন।
রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড গিরি গোবর্দ্ধন॥
জয় ওইরি বৃন্দাদেবী পুর্ণিমাসী ভগবতী
জয় ওইরি গোপ-গোপী ব্রজবাসী পুম্বা॥
বৃন্দাদেবী কৃপা তনা ফংনৈ শ্রীবৃন্দাবন।
নীঙ্‌জো পুরুং চরণ মাগী অকনবা সাধননা॥
শ্রীগুরু-বৈষ্ণব-চরণ নীঙ্‌জচুনা পুক্লীংদা
নাম-সংকীর্ত্তনবু শকচৈ নরোত্তম দাসনা॥১৩

---

১। বৈঃ পঃ ৫৪৪—গোসাঞীর।
২। বিরা—? বৃন্দাদেবী }
৩। বৃন্দা—বৃন্দাবন

[1]শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য-পাদ মোর শিরে ধরি।
অনন্ত অপার রস কে বর্ণিতে পারি॥
দীন-চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ আশা করি মনে।
শত-নত-ক্রম-ভঙ্গ ক্ষম শ্রীচরণে॥১৪

চৌষষ্ঠী রস ইতি সমাপ্তঃ॥

হরেকৃষ্ণ রক্ষতু॥

---

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য-চরণ হাপচৈ ঈকোক্ থক্তা।
মপান নাইদবা রসসিবু শীংথাগনি কনানবু॥
চন্দ্রকীর্ত্তি কৌবা ননাই আশা ত্তোজৈ পুক্লীংদা
অরান-অচুই য়াওবা খিবীক ঙাকপিগনি নীংনা॥১৪

রস ৬৪ গী শৈশক মতাং অসিদা লোমলে

শ্রীগোবিন্দনা ঙাকপিবা ওইসনু॥

---

১। অরোইবা রচনা অসি চৈঃ ৪ তদা য়াওই, থুংই অতৈদা নৈতে।

# পরিশিষ্ট

শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে, সি, এস, আই, না রস ৬৪ অসি পানখত্তূনা মপুং ফানবা হোৎনবদা ভক্ত বৈষ্ণবকী অথোইবা লমজিং পীবিনবা, মপুং ফানা শ্রীভগবানগী উজ্জ্বল রস অসিবু অস্বাদন তৌজবা ওয়নবা অহেনবা মচাক কয়া অমম্বু মসিগী অঙ্গ ওইনা উৎপিরম্মী। "রস চতুষষ্ঠী" হায়না মমিং থোন্দুনা রস ৬৪ গী মথল শাঁয়দোক্তুনা ঈশৈ মতেক মতেক্লা খূদম পীদুনা অমম্বু রস ৬৪ অসিগা শাগোন্ননা থম্বীরম্মী, মদু ঐখোয়না কংজরুবা লাইরিক থূদীংমক্তা য়াওরম্মী। অদুগা মসিগা লোয়ননা নিতি লীলাগী মরম, সখী মঞ্জরীগী, লীলা-স্থানশিংগী অমদি গৌর-কৃষ্ণ গণোদ্দেশকী চাউরাকপা মরী লৈনবা মশক অমম্বু উৎপিরম্মী। মসিমদি অতৈ লাইরিক্তা থেংনদে—স্বর্গীয় ওঝা নিংথৌজম চাউবা সিংহগী লাইরিক অদুতদা থেংনৈ। মসিদম্বু নত্তনা অরুবা তাল শাগোন্নবা ঈশৈ, রস পুন্নমকী গৌরচন্দ্রনচিংবম্বু য়াওই। মদু পুন্নমক্তি লাইরিক চাউমনগদবদগী ঐখোয়না লোথৎচন্দ্রে, তোঙানবা অমা ওইনা পুথোকচনবা থৌরাঙ্‌ জরি। রস ৬৪ গী শৈশকশিং অসিগা মরী লৈনবা খঙ্‌ফম থোকপা খরদং লাইরিক অদুদগী লোখত্তূনা উচ্ছরি মদুদি—

## শ্রীমতী রাধিকাগী লৈফম তাকপা

মাঘ শুক্লা তৃতীয়াদা শ্রীমতীনা পিত্রালয়দা লৈ। (মপাম)
বৈশাখ কৃষ্ণা দ্বিতীয়াদনা যাবটতা লৈ। (নিপা মযুমদা)
আষাঢ় শুক্লা তৃতীয়াদনা মপামদা লৈ।
আশ্বিন শুক্লা ত্রয়োদশীদনা যাবটতা লৈ।

শন্দোকপদি— মাঘ শুক্লা তৃতীয়াদগী বৈশাখ ফাওবা থা ৩ নুমিৎ ১৭ নি বরিষালদা, বৈশাখতগীনা আষাঢ় ফাওবা থা ১ নুমিৎ ১৬ নিনা যাবট-তা, আষাঢ়দগী আশ্বিন ফাওবা থা ৩ নুমিৎ ১০ নিনা অমুক বরিষালদা অদুগা আশ্বিনদগী মাঘ ফাওবা থা ৩ নুমিৎ ১৯ নিনা যাবট-তা শ্রীমতীনা লৈ।

## নোংমদা ঋতু তরুক্তা লৈবগী মতম

১। পূর্ব্বাহ্ন (অয়ুক) বসন্ত ঋতু—বিশাখা, রঙ্গদেবী, রতি মঞ্জরী, রসমঞ্জরী।
২। মধ্যাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা) গ্রীষ্মঋতু—ললিতা, শ্রীরূপ মঞ্জরী।
৩। অপরাহ্ন (নুংথিল) বর্ষা ঋতু—ইন্দুরেখা, তুঙ্গবিদ্যা, লবঙ্গ মঞ্জরী, প্রেমমঞ্জরী।
৪। সায়াহ্ন (য়াচঙ্‌বা) শরৎ ঋতু—সুদেবী, কামমঞ্জরী, গুণমঞ্জরী।
৫। রাত্রি (অহিং) শিশির ঋতু—চম্পকলতা, বিলাসমঞ্জরী।
৬। রাত্রি অপরাহ্ন (নোংয়ায় মতুং) হিম ঋতু—চিত্রা, অনঙ্গমঞ্জরী।

## ভক্তগা মঞ্জরীগা কোন্নবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীরূপ গোস্বামী | — | শ্রীরূপ মঞ্জরী |
| ২। | সনাতন গোস্বামী | — | শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী |
| ৩। | শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী | — | শ্রীরতি মঞ্জরী |
| ৪। | শ্রীগোপাল ভট্ট দাস গোস্বামী | — | শ্রীগুণ মঞ্জরী |
| ৫। | শ্রীরঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী | — | শ্রীরস মঞ্জরী |
| ৬। | শ্রীজীব গোস্বামী | — | শ্রীবিলাস মঞ্জরী |
| ৭। | শ্রীলোকনাথ গোস্বামী | — | শ্রীমঞ্জুলালী মঞ্জরী |
| ৮। | শ্রীঅনুপম গোস্বামী | — | শ্রীকস্তুরী মঞ্জরী |

## হান্নগী মপোক্তা কনানা কনা ওইরম্বা ভক্তশিংগী মরম—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সারঙ্গ ভক্ত | — | প্রহ্লাদ |
| ২। | শ্রীরঘুনন্দন | — | শ্রীকন্দর্প সখা |
| ৩। | শ্রীজীব শর্ম্মা | — | অক্রুর |
| ৪। | শ্রীমুরারি | — | বরুণ |
| ৫। | গোবিন্দ গোষাঞি | — | গরুড় |
| ৬। | পুন্দরীকাক্ষ | — | বামিক (বাল্মীক) |
| ৭। | হরিদাস | — | ব্রহ্মা |
| ৮। | দামোদর ঠাকুর | — | দুর্ব্বাসা |
| ৯। | রুদ্র পণ্ডিত | — | কুবের |
| ১০ | সুন্দর মিশ্র | — | সুগ্রীব |
| ১১। | নীলাম্বর ঠাকুর | — | উদ্ধব |
| ১২। | মুরারি গুপ্ত | — | হনুমান |
| ১৩। | প্রতাপ রুদ্র | — | ইন্দ্র |
| ১৪। | সার্ব্বভৌম | — | বৃহস্পতি |
| ১৫। | বৃন্দাবন দাস | — | বেদব্যাস |
| ১৬। | মুরারি ঠাকুর | — | নারদ |
| ১৭। | বিদ্যানিধি ভট্টাচার্য্য | — | শুকদেব |
| ১৮। | জগদানন্দ পণ্ডিত | — | সরস্বতী |
| ১৯। | কুমুদানন্দ ঠাকুর | — | গন্ধর্ব সখা |
| ২০। | পুরুষোত্তম নাগর | — | শ্রীদাম |
| ২১। | নরহরি ঠাকুর | — | মধুমঙ্গল |

## কনা সখীনা কনা ভক্ত ওইরকপা—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ললিতা | — | শ্রীরূপ গোস্বামী |
| ২। | বিশাখা | — | শ্রীরামানন্দ |
| ৩। | চিত্রা সখী | — | শ্রীশিবানন্দ |
| ৪। | চম্পকলতা | — | শ্রীবসু রামানন্দ |
| ৫। | রঙ্গদেবী | — | শ্রীমাধব ঘোষ |
| ৬। | সুদেবী | — | শ্রীবাসুদেব ঘোষ |
| ৭। | তুঙ্গবিদ্যা | — | শ্রীমাধব ঘোষ |
| ৮। | ইন্দুরেখা | — | শ্রীগোবিন্দানন্দ |
| ৯। | ধনীষ্ঠা | — | শ্রীরাঘব পণ্ডিত |
| ১০। | নান্দিমুখী | — | শ্রীজগদীশ পণ্ডিত |
| ১১। | বৃন্দা দূতী | — | শ্রীসুভানন্দ পণ্ডিত |
| ১২। | দময়ন্তী | — | শ্রীগুণমালা পণ্ডিত |
| ১৩। | মালিনী জননী | — | শ্রীবাস পণ্ডিত |

## ভক্তশিংনা হায়গী মপোক্তা ওইরম্বা—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | পরমানন্দ পণ্ডিত — উদ্ধব | | ৮। | বালিনাথ — যুধিষ্ঠির |
| ২। | মাধব পণ্ডিত — শান্তনু | | ৯। | কলানিধি — ভীমসেন |
| ৩। | শ্রীনিবাস পণ্ডিত — চিত্ররথ | | ১০। | রামানন্দ — অর্জুন |
| ৪। | ইন্দ্রদ্যুম্ন — ইন্দ্রদেব | | ১১। | গোপীনাথ (মহামন্ত্র) — সহদেব |
| ৫। | গোবিন্দানন্দ — সুগ্রীব | | ১২। | সুধানিধি — নকুল |
| ৬। | পুরন্দর — অঙ্গদ | | ১৩। | কেশব ভারতি — বিশ্বামিত্র |
| ৭। | পাণ্ডুরাজ — বিভীষণ | | | |

নিত্যলীলা স্মরণ, সঙ্কেত অমদি সূর্য্য পূজানচিংবগী মফম খঙ্নবা হায়গে—

## ১। নোংমাইজীং

তৃতীয়া, প্রতিপদ—নিভৃত নিকুঞ্জদা মিলন ওই, বংশীবট-তনা রাস শান্নে। নত্রগা প্রতিপদ তাদবা অতোপ্পা মুমিত্তুদি 'মাধবিকুঞ্জ' দা মিলন তৌগনি। দ্বিতীয়াদদি অরণ্য কুঞ্জদা মিলন তৌই। অদুগা রাসদি মুমিৎ মুমিৎ অদুবু পুৰী সখীশিংগী কুঞ্জ ওইগনি অমুম্না খনগদবা ওই। নোংমাইজীংদা প্রতিপদ, দ্বিতীয়া তাত্রবদি অদুগা শ্রীবৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ কুঞ্জদা মিলন তৌবা থোক্লবদি নোংমাইজীংদদি শ্রীরঙ্গমোহন কুঞ্জদা মিলন ওইগনি অদুগা ললিতা কুঞ্জদা বাস তৌগনি।

## ললিতা

মাগী কুঞ্জদি শ্রীকুণ্ডগী অরাংদা লৈ। মচুদি গোরচন মচুনি, কুঞ্জ মমিংদি—১। অনঙ্গাম্বুজ, ২। ললিতানন্দদ, ৩। রূপোল্লাস নত্রগা মদন সুখদা কুঞ্জ হায়না মরি শুনা খঙ্নৈ— কুঞ্জগী মচুসু গোরচন মচুনি। কুঞ্জ সংস্কার তৌবী সখীনা "কলাবতী" কৌই। শ্রীললিতাগী মশাগী মচুদি গোরচন মচুনি, রাহোং মতু মানবা ফিনা ফিজেৎনৈ, মাগী স্বভাবতি "বাম প্রখরা" নি, তাম্বূল সেবানি, রসনা 'খণ্ডিতা' নি। যাবট-গ্রামদা লৈবীনি। মশাগী চহিদি ১৪।৮।২০ নি। মপা বিয়কাক্ষ, মমা উসারদা, মপুরোইবা ভৈরব। ভৈরবকী চহিনা ২৭ নি।

ললিতাগী সখী ৮ গী মমিংদি— রত্নপ্রভা—মাগী রাগনা হিল্লোল, রতিকলা—রাগ ধানসী, সুভদ্রা—সুহী রাগিণী, দান লীলা, ভদ্ররেখিকা— ধানসী রাগিণী, জলকেলি, সুমুখী—তুড়ী বসন্ত, হোলি, ধনীষ্ঠা—যথা রাগ, ঝুলন, কলাহংসা—যথা রাগ, পাশা খেলা, কলাপিনী—যথা রাগ, অলঙ্কারনচিংবা সেবা অতৈ।

মখোয় পুম্নমক অসিনা ললিতাগী অনঙ্গাম্বুজ কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ মক্তা কোয়শিন্না লৈ। ললিতাগী অনঙ্গাম্বুজ কৌবা কুঞ্জ অসিগী ময়ায়দা শ্রীরূপমঞ্জরী লৈ।

## শ্রীরূপমঞ্জরী

মাগী কুঞ্জদি "রূপোল্লাস কুঞ্জ" হায়না খঙ্নৈ, মাগী মচুসু গোরচননি, শা-উচেক মচুসু অতনি। মাগী ফিজেত্তি মন্দার-পুষ্প (অঙ্গোৎ মশান) মাপ্লি। যাবটতা লৈ। মশাগী মনমদি পারিজাত মনমনি। মপা 'রত্নভানু', মমা সুলাবতী, মকুবোক—কুশল, মনেম কুশলী, মপুরোয়বা—সুবর্দ্ধন, রসনা উৎকণ্ঠানি। মাগী সখী ৮ মক্তি অমুক—গুণমঞ্জরী, রাগ মঞ্জরী, রঙ্গ মঞ্জরী, রস মঞ্জরী, লীলা মঞ্জরী, বিলাস মঞ্জরী, সুবর্ণ মঞ্জরী, মন্মাদ মঞ্জরী। মখোয় ৮ মক অসিনা মায়কৈ ৮ মক্তা রূপমঞ্জরীগী কুঞ্জবু অমুক কোয়শিন্দুনা লৈ।

নোংমাইজীং সুমিৎ থৃদীংগী সূর্য্য পূজাদি 'অরণ্য-কুঞ্জ' তদা ওই হায়না খঙ্গনি। শ্রীললিতাজীগী কুঞ্জদা মধুমঙ্গল সথানা লেঙ্দনা লৈ।

## ২। নিংথৌকাবা সুমিৎ

দ্বিতীয়া, চতুর্থীদা শ্রীকুণ্ডদা মিলন তৌগনি। শ্যাম-কুণ্ড মপান্দা রাস নি। দ্বিতীয়া, চতুর্থীদা নিংথৌকাবা তাত্রবদি হায়বদি অতোপ্পা সুমিৎ ওইরবদি তৃতীয়াদা 'কেলি কুঞ্জ' দা মিলন ওইগনি। হায়গুম্না সুমিৎ সুমিৎ অহু তাবা সখীশিংগী কুঞ্জদা হেক হেক রাস শান্নগনি। চতুর্থীনা সঙ্কেত কুঞ্জদা মিলন তৌগনি। হায়গুম সুমিৎ সুমিৎতুগী সখীগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। শ্রীবৃন্দাবনগীনা নিকুঞ্জ মিলনদি 'মেঘতাম্বর' কৌবা কুঞ্জদ নিংথৌকাবতদা ওইগনি। মসি বিশাখা কুঞ্জদা লৈবনি।

## বিশাখা

বিশাখা সখীগী কুঞ্জ মমিং অহুম ওই মহুদি—১। মদন সুখদা, ২। লবঙ্গ সুখদা অমসুং ৩। বিশাখানন্দদা কুঞ্জ। মশাগী কুচুনা নোংথাঙ্ মচুনি, ফীজোন শংলেন শেৎপীনি। মাগী কুঞ্জ সংস্কার তৌবী সখীনা রতিকলা হায়না কৌই। বিশাখাগী ফিজেৎ থরান্মীচাক চমকি থিল্লি, চহিনা ১৪।৭।২ নি, বস্ত্রসেবা, স্বভাবনা বাম মধ্যানি, রসনা *"স্বাধীন ভর্তৃকা" নি যাবটতা লৈ। মপা—বামন, মমা—সুদক্ষিণা, মপুরোয়বা বাহ্লিক—মাগী চহিনা ২০ নি।

## বিশাখাগী সখীশিংদি—

মাধবী, মালতী, চন্দ্ররেখিকা, কুঞ্জরী, হরিনী, চপলা, সুরতি, সুভাননা।

মখোয় অসিনা বিশাখাগী কুঞ্জবু কোয়শিন্দুনা লৈ। বিশাখাগী কুঞ্জদা শ্রীরতি মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ।

---

* স্বাধীন ভর্তৃকা—নায়কা—মাগী কৌরোম্ব ইন্দুনা মাগী ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা তৌহনবী নায়িকা অদুবু খঙনৈ।

স্নেংগদবা—খৃৎইদা মশীং ৩ গুনা লৈরম্মী। গৌঃ বৈঃ অঃ স্নেংতুনা অহেনবা লোথোক-চখি, মহুদি—রঙ্গিণী, গন্ধরেখিকা, সুভাষিনী, সুভরি অমসুং সুশীলা।

## শ্রীরতি মঞ্জরী

মাগী কুঞ্জদি 'লবঙ্গ সুখদা' কৌই। নোংথাঙ্ কুচুনি, কুঞ্জ অতুগী শক্তি, উচেক্লচিংবম্সু মতুগী মচুমক্তনি হায়বদি 'শোন পুষ্প' (শূ মপান—সনামচু) নি। ফিজেৎনা জবাকুসুম মচুনি, মপা রত্নভানু, মমা যমুনা, মপুরোয়বা গুণিভদ্র, মকুবোক সুশীল, মনেম সুশীলা কৌই। মশাগী চহিনা ১২।৬।৬ হুমিৎনি। থুং নোইবগী সেবানি, যাবটতা লৈ। রস-উৎকণ্ঠা, লৈহাউ মনম চেনবীনি। মাগী সখিশিংদি—

কস্তুরী; কেলি, মধু, ভৃঙ্গ, ভানু, কন্দর্প, হরি অমসুং পদ্মমঞ্জরী মখোয় অসিনি। মখোয়না অমুক রতি মঞ্জরীগী 'লবঙ্গ সুখদা' কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ মক্তা কোয়শিন্না লৈ।

নিংথৌকাবগী সূর্য্য-পূজা তৌফমদি 'মানস-সরোবর' দনি।

বিশাখাগী 'মদন সুখদা' কুঞ্জদা উজ্জ্বল সখানা লেঙ্দনা লৈ। মরম অসিদগী মসিবু 'উজ্জ্বল সুখদা কুঞ্জ' হায়নসু খঙ্নৈ।

## ৩। লৈপাকপোকপা

পঞ্চমী, ষষ্ঠীদা গোবর্দ্ধনদা মিলন তৌগনি, রাসনা সঙ্কেত-তনি। নত্রগনা লৈপাকপোকপদা পঞ্চমী, ষষ্ঠী তাদহনা অতোপ্পা হুমিত্তা পঞ্চমী তারবদি 'চন্দ্র-সুখদা' কুঞ্জদা, ষষ্ঠী ওইরগনা 'বৃষভানুপুরদা' মিলন ওইগনি। শ্রীবৃন্দাবনদনা নিকুঞ্জদা কুঞ্জমিলন অদুম্মক তৌগনি—লৈপাকপোকপা তারবতদা হান্নগী সঙ্কেত-মিলন অদু ওইগনি। চুমগী লৈপাকপোকপা হুমিত্তদি চিত্রা সখিগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি।

### চিত্রা সখী

শ্রীকুণ্ডগী নোংপোক্তা চিত্রা সখীগী কুঞ্জ লৈ, মদনসুখদা কুঞ্জ হায়না কৌই। আনন্দাখ্যাসু কৌই। নীংথিভবা মচু মচুনা তিল্লি। কুঞ্জ সংস্কার তৌবী সখীদি 'সুচিত্রা' কৌই। চিত্রাগী বর্ণদি শ্যামবর্ণনা অরংবা কাবা মচুনি। অরাংবা ফি শেৎলি, মনম হুংশিরবা জল সেবানি। মপা—চতুরাখ্য, মমা—চর্চ্চিকা, মপুরোয়বনা সুরতি কৌই। যাবটগ্রামদা লৈবীনি। মশাগী চহিনা ১৪।৭।৪ নি। সুরতিগী চহিনা ২০ নি। চিত্রাগী রসতি অভিসারিকানি। মাগী অষ্ট সখীগী মমিংদি— সরালীকা, তিলকিনী, সুবেণী, সুগন্ধী, কামিনী, কামাঙ্গী, রতিকলা অমসুং নাগবেণী কৌই। চিত্রাগী 'মদনসুখদা' কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ মক্তা মখোয়গী কুঞ্জ লৈ।

চিত্রাগী 'মদনসুখদা' কুঞ্জ মনুংদা অনঙ্গ মঞ্জরী অমুক লৈ। মাগী কুঞ্জনা 'অনঙ্গ-সুখদা' কুঞ্জ কৌই। নাপু মচুনি, মফম অদুগী শক্তি-শঙাই, উচেক রায়া পূম্নমকসু মহুগী মচুনি। অনঙ্গমঞ্জরীগী মশাগী কুচুদি স্বর্ণকুসুম (সনারৈ মচুনি)। শংবানবা ফিরোল শেৎলি। মপা—কেতকি, মমা—সুচরিতা। মহাক অসি বৃষভানুগী মচানূপী ধাত্রীগী মচানি। (মত অমদা শ্রীরাধাগী মামনা লোবা মনে)।

মকুবোক তারক, মনেম—তারা কপতি, মপুরোয়বনা 'গোভট' কৌই, সঙ্কেত-গ্রামদা লৈবনি। মশাগী চহি ১২ ৫। ৭ থুমিৎনি। বেশ সেবানি, অভিসারিকা রসনি, স্বভাবনা 'বামা' নি। মাগী সখী ৮ দি—

আনন্দ মঞ্জরী, গন্ধ মঞ্জরী, রঙ্গ মঞ্জরী, রক্ত মঞ্জরী, গুণমঞ্জরী, কমলা মঞ্জরী, সৌরভী মঞ্জরী মখোয় অসিনি। মখোয়না অনঙ্গমঞ্জরীগী কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ মক্তা কোয়না লৈ।

লৈপাকপোকপগী সূর্য্য পূজাদি 'পাতাল গঙ্গা' ( শ্যামকুণ্ড ) দা তৌই।

চিত্রাগী আনন্দাখ্যকুঞ্জদা অর্জ্জুন-সখানা লেঙ্দনা লৈ।

## ৪। য়ূমশকৈশা

সপ্তমী, অষ্টমী তাবা য়ূমশকৈশ হুমিত্তদি শ্রীবৃষভানুপুরদা মিলন ওই। কাম্য-বনদা রাস শান্নৈ। অদুগা য়ূমশকৈশ তাদা চুয়গী সপ্তমীদমক ওইরবদি 'নন্দেশ্বর গ্রাম' দা মিলন ওই। হান্না হায়খিবগুম্না মাগী মাগী হুমিৎ তাবা সখীশিংগী কুঞ্জ কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। অষ্টমীদনা 'সঙ্কেত-কুঞ্জ' দা মিলন ওই। শ্রীবৃন্দাবনগীনা নিকুঞ্জদা ওই। য়ূমশকৈশনা 'পদ্মকিশোর' কুঞ্জদা মিলন ওই। চম্পকলতাগী কুঞ্জদা 'রাস' শান্নৈ। শ্রীকুণ্ডগী মথা থংবদা মাগী কুঞ্জ লৈ। মনসিজ লোভদা নত্রগা হেমাম্বুজ নত্রগা বিলাস সুখদা কুঞ্জ হায়না কৌই।

## চম্পকলতা

মাগী কুঞ্জ মনিংদি মথক্তা হায়খ্রে মশাগী কুচু লৈহাউ লৈরেন মানবীনি, চাতক পক্ষী (নোংগোবী) গী মচু মানবা ফি শেৎলি, অগুন অহাউ কৎপনা মাগী সেবানি। মাগী কুঞ্জ সংস্কারদি 'ইন্দু সখী' কৌবীনা তৌই। চম্পকলতাগী স্বভাবতি 'বামা প্রখরা' নি। বয়সনা চহি ১৪। ৬ ২০ নি। মপানা 'পাবন', মমানা 'বাতিকা', মপুরোয়বনা 'চণ্ড' কৌই। চণ্ডাগী চহিনা ২৬ নি। মাগী রসদি 'বাসক সজ্জিকা' রসনি। মাগী য়ূথদি— কুরঙ্গাক্ষী, মণ্ডলিনী, সুত্রসখী, সুমণিমণ্ডলা, চন্দ্রিকা, সুচন্দ্রিকা, সুমাধুরী অমসুং কন্দুকাক্ষী মখোয় অসিনি। মখোয় অসিনা চম্পক-লতাগী 'মনসিজ লোভদা' কৌবা কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ দা কোয়শিন্দুনা লৈ।

## বিলাস মঞ্জরী

চম্পক-লতাগী 'মনসিজ-লোভদা' কুঞ্জগী মনুংদা 'বিলাস মঞ্জরীগী 'বিলাস সুখদা কুঞ্জ' হায়বত্থ লৈ। মাগী কুঞ্জ অদু হুমিৎ মঙানগুম লংই, শা-উচেকচিংবসু মদুগী মচুনি। মহাক মশাগী কুচুনা হরিত (অশংবা) বর্ণনি, ফি নাপু শেৎলি। মপা—চন্দ্রভানু, মমা—যমুনা, মকুনা সুনন্দক, মনেমনা নিন্দিতা, মপুরোয়বনা বালিশ, গ্রামনা নন্দীশ্বরদা লৈবীনি মাগী স্বভাবন 'বামা মধ্যা' নি। চহিনা

* বামা—শাউরগা পাক হন্নবী, মানগী মমৈদসু শাউবী, নায়কনা থুদুম চনশমদবী, থাহৈ খোনকম কনবী অদু বাম, নায়িকানি। ললিতানচিংবী সখী খরদি মসিগী মনুং চপ্পি।

১৩।৫।৪ নি। ঈশৈ থোগন তোবনা মাগী সেবানি, মাগী স্বরনা জাতিগন্ধনি। মাগী যূথদি— নান্দী, কণ্ঠমঞ্জরী, চাটকী মঞ্জরী, কোকিলা মঞ্জরী, শ্যামামঞ্জরী, কাঞ্চন মঞ্জরী, নবীন মঞ্জরী, যমুনা মঞ্জরী অমসুং কালী মঞ্জরী কোই। বিলাস মঞ্জরীগী 'বিলাস সুখদা' কুঞ্জদা মায়কৈ ৮ দা কোয়শিন্না লৈ।

যুমশকৈশ থূদীংগী "সূর্য্য-পূজা" তৌঙ্কমদি কাম্যবন দনি। চম্পকলতাগী 'মনসিজ-লোভদা' কুঞ্জদা কোকিল সখানা লেঙ্‌দনা লৈ।

## ৫। শগোলশেল

শগোলশেল হুমিত্তা নবমী, দশমী তারবদি 'যাবট' তা মিলন ওই। কথম খণ্ডীদা রাস শান্নে: নবমী দশমীনা অতোপ্পা হুমিত্তা তারবদি, নবমীনা 'ধীর-সমীর' দা অতুগা দশমীনা 'নিধুবন' দা মিলন ওই অতুগা শ্রীবৃন্দাবনদনা নিকুঞ্জদা মিলন ওই। শগোলশেল হুমিত্তমক থোকপা তিগিদি থোক্কবা ওইরগনা 'মদন-সুখদা' কুঞ্জদা মিলন ওই।

## রঙ্গদেবী

শ্রীরঙ্গ দেবীগী কুঞ্জদি শ্রীকুণ্ডগী মোইরাং লায়জি পাংবদা লৈ। মাগী কুঞ্জদি 'বসন্ত কোকিল কুঞ্জ' নত্রগা 'শ্যামাধুজ' কুঞ্জ হায়না কোই। কুঞ্জগী মচুনা পদ্মকিঞ্জল (থম্বাল লৈরীক) মচুনি। কুঞ্জ সংস্কার তৌবীদি কনক রঙ্গিণী কোই। রঙ্গদেবী মশাগী বর্ণদি থম্বাল লৈরীক্কুম্মী, চহিনা ১৪।৭।৫ হুমিৎনি। কেশ সংস্কার সেবানি। স্বভাবনা 'দক্ষিণা' স্বভাবনি। জবাকুসুম মচু ফিজেৎনৈ, রসনা 'বিপ্রলব্ধা' নি। মপা রঙ্গসার, মমা কাকলী, মপুরোয়বা কলিয়সা কোই, চহি ২৮ নি। রঙ্গদেবীদি মতম পুম্নমক্তা ভুঙ্গ বিদ্যাগা লৈমিন্নে। রঙ্গদেবীগা সুদেবীগা পোকমিন্নে। অনিমক মশাক মতো চপমান্নে। রঙ্গদেবীগী যূথদি—

* ১। করেখা, শশিকলা, কমলা, মধুরা, ইন্দিরা, কন্দর্প সুন্দরী, ২। মালতী অমসুং প্রেম মঞ্জরী। মখোয়না রঙ্গদেবীগী 'বসন্ত কেলি' কোবা কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ মক্তা কোয়শিন্না লৈ।

## রস মঞ্জরী

রঙ্গদেবীগী 'বসন্ত-কেলি' কুঞ্জগী মঙ্গদা রস মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ। মাগী কুঞ্জনা 'রসোল্লাস কুঞ্জ' কোই। মতুগী মচুনা নাপুনি। শজি উচেকচিংবম্ মতুগী মচুনি। মপা কার্ত্তিক, মমা মেধা, মকু তিলক, মনেম তিলকী, মপুরোয়বা রঙ্গ কোই, লৈফমনা সঙ্কেত গ্রামনি। ঈশিংগী সেবা (সলিল) নি, স্বভাবনা বামা মধ্যানি। চহিনা ১২।৫।৪ হুমিৎনি মশাগী মনমনা মাধবী উরীগী মনম চেল্লি। মাগী যূথদি—

---

১। কলকণ্ঠী—পাঠ. ২। কামলতিকা—পাঠ—বৈঃ অঃ ৬৩৭।

*য়েংশদবা— ভক্তিরত্নাকর ৫ম তরঙ্গ ৩৭২৮ শ্লোকতা গণ অসি তুঙ্গবিদ্যা সখিগী ওইনা লৈ, অদুগা মসিদা তুঙ্গবিদ্যাগী উ.লিবা গণ অসিন, রঙ্গদেবীগী ওইনা লৈ।

মণি মঞ্জরী, কৃষ্ণা মঞ্জরী, পিপ্পলা মঞ্জরী, পলাশ মঞ্জরী, বিদ্যুত মঞ্জরী, সুরঙ্গ মঞ্জরী, সৌভাগ্য মঞ্জরী অমসুং কেশরী মঞ্জরী কৌই। মখোয়না রস মঞ্জরীগী রসোল্লাস কুঞ্জগী মায়কৈ ৮ দা কোয়শিন্না লৈ।

শগোলশেল হুমিংকী অরেপ্পা সূর্য্য পূজাদি 'কুহিলাগ্রাম' দা তৌই। রঙ্গ দেবীগী 'বসন্ত সুখদা' কুঞ্জদা বিদগ্ধ সখানা লেঙদনা লৈ।

## ৬। ঈরাই

ঈরাই হুমিত্তা একাদশী অমদি দ্বাদশী তারবদি শ্রীবৃন্দাবনদা মিলন ওই। 'ধীরসমীর' দা রাস শান্নে। ঈরাইদা একাদশী, দ্বাদশী তাদতনা অতোপ্পা হুমিং তাবশীদি একাদশী তাবদনা 'বংশীবট' দা মিলন ওইগনি। অদুগা হান্নগীগুম্না হুমিং হুমিং অদু পুবা সখীগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। শ্রীবৃন্দাবনগীনা 'নিকুঞ্জ-কুঞ্জ' দা মিলন ওইগনি। অদুগা অতোপ্পা তিথি তাবা ঈরাই হুমিত্তদি কৃষ্ণকেলি-কুঞ্জ তদা মিলন ওইগনি। সুদেবীগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি।

## সুদেবী

শ্রীকুণ্ডগী কৌক্রুলায়জিদা সুদেবীগী কুঞ্জ লৈ। মদনসুখদা কুঞ্জ, অরুণাম্বুজ কুঞ্জ নত্রগা 'হরিকুঞ্জ' হায়না মমিং অহুম শুই। অসিগী মথক্তা মশাগী মমিং লৌদুনা 'সুদেবী সুখদা কুঞ্জ' হায়নসু খঙনৈ। কামলাস নত্রগা বসন্ত-সুখদা কুঞ্জ হায়নসু খঙনৈ, কুঞ্জগী মচুদি শংবান্নে। কুঞ্জ সংস্কারনা 'নাগবল্লী' নত্রগা সুরঙ্গী কৌবী সখিমা তৌই। সুদেবীগী চহিদি ১৪।৭।৫ নি। কুচুনা থম্বাল লৈরীকনি, অশংবা মচু ফিজেৎনৈ, *দক্ষিণা স্বভাবনি। মকু বিটঙ্ক, মনেম বিটঙ্কী, মপুরোয়বনা কলিয়সা কৌই। চরণ সেবানি, রসনা উৎকণ্ঠানি। মাগী যূথদি—

কলকণ্ঠী, কাবেরিক', চারুকবলা, মঞ্জুকেশি, মঞ্জুকেলি, হারহীরা, মঞ্জুনাহী, যত্তেকপরাণী। (বৈঃ অঃ ৮৭২ দা হায়বনা—কাবেরী, চারুকবরা, সুকেশী, মঞ্জু কেশিকা, হারহীরা, মহাহীরা, হারকণ্ঠী অমসুং মনোহরা) সুদেবীগী মদনসুখদা কুঞ্জগী মমুংদা মখোয়গী কুঞ্জনি।

শ্রীগুণমঞ্জরী নত্রগা কামমঞ্জরীসু কুঞ্জ অসিদা লৈ। কুঞ্জনা 'কামোল্লাস' কৌই, শিরীষ কুসুমগী মচু মাল্লি, উচেক রায়া, শজিনচিংবসু মতুগী মচুনি। সুদেবীগী কুচুদি গোরচন মচুনি, মনমনা নাগেশ্বর মনমনি, ফিজেৎতি অরাংবনি। মপা সৌভদ্র, মমা মেনকা, মকু মেরুদ, মনেম বেক্ষিণী, মপুরোয়বা বলিভদ্র কৌই। গ্রামনা—সঙ্কেতগ্রামদা লৈবীনি। বামামধ্যা স্বভাবনি, চহিনা ১১।৬।৬ হুমিংনি। গন্ধ সেবানি, মাগী মঞ্জরী সখিশিংদি—কান্তী, বসন মঞ্জরী, শ্যামা, গৌরমঞ্জরী, কুণ্ডমঞ্জরী, চম্পক মঞ্জরী, স্নিগ্ধ মঞ্জরী, কন্দর্প মঞ্জরী অসিনি। মখোয়না কাম মঞ্জরীগী 'কামোল্লাস কুঞ্জ' গী অকোয়বদা লৈ। ঈরাই হুমিং খুদীংগী সূর্য্য-পূজাদি 'দক্ষিণ গোষ্ঠ' দা তৌগনি। সুদেবীগী অরুণাম্বুজ কুঞ্জদা সুবল সখানা লেঙদনা লৈ।

---

*দক্ষিণা—খাণ্ডবমদবমথৈ নায়কপু শাউবী, মতিঙ্কইরা [illegible] নায়কপু ডাওব-শকপা তৌবী অদুমদি ওইরগা নায়কনা যেমজিনবগী [illegible] অদুবু 'দক্ষিণা নায়িকা' কৌই।

## ৭। থাঙ্জ

থাঙ্জদা ত্রয়োদশী, পূর্ণিমা তারবদি শ্রীবৃন্দাবনদা মিলননি, রাসনা 'পুলিন' দনি। থাঙ্জদা ত্রয়োদশী, পূর্ণিমা কংত্রবদি তিথিশিং অসিদা অতোপ্পা চুমিং তারবদি ত্রয়োদশীদা শ্রীকুণ্ডদা মিলন ওইগনি। হান্নগুম্না চুমিং চুমিং অতু পুবা সখীগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। চতুর্দ্দশীদনা গোবর্দ্ধনদা মিলন তৌগনি, রাস-দি চুমিং অদূবু পুবা সখীগী কুঞ্জদা ওইগনি।

পূর্ণিমাদদি 'নিভৃত নিকুঞ্জ' দা মিলন ওই। হান্নগুম্না অতাবা চুমিংকী মপু সখী সখী অতুগী কুঞ্জ কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। বৃন্দাবনগীনা নিকুঞ্জদা মিলন তৌগনি। থাঙ্জতমক তাবা তিথিদি ওন্নবা ওইরবদি 'কুসুম কুঞ্জ' দা মিলন তৌগনি। রাসনা তুঙ্গবিদ্যাগী কুঞ্জদা ওইগনি। চুমিং অতুগী মিলননা অতুম্মক কুসুম কুঞ্জদা ওইগনি। ইন্দুরেখাগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি।

### তুঙ্গবিদ্যা

শাস্ত্র খিবীক্না হায়—শ্রীকুণ্ডগী নোংচুপ্তা তুঙ্গবিদ্যাগী কুঞ্জ লৈ। 'মদনসুখদা' নত্রগা 'তুঙ্গবিদ্যানন্দদা' নত্রগা 'প্রেমোল্লাস' নত্রগা হরিতাম্বুজ-কুঞ্জ হায়না মমিং মরি শুনা থঙ্নৈ।

কুঞ্জ সংস্কারদি—'চন্দন মঞ্জরী' না তৌই, মহাক চন্দনগী কুচু মাল্লি। তুঙ্গ-বিদ্যাগীনা—ঈ য়াম্না থাংদে, তাইরপ তৌই, ফীডৌ শেৎলি, স্বভাবনা 'দক্ষিণা প্রখরা' নি, অলঙ্কার সেবানি, রস-না 'কলহান্তরিতা' নি। মশাগী চহিনা ১৪।৭।৫ নি। মপা পুস্কর, মমা মেধা, মপুরোয়বা 'শালি গ্রামদা' কৌই, যাবট-তা লৈবীনি। মপুরোইবনা চুমিং ২০ নিদং হল্লি। তুঙ্গবিদ্যাগী য়ূথদি—মঞ্জুমেধা, সুমেধা, সুমধুরা, তনুমধ্যা, মধুরাক্ষী, মধুচন্দ্রী, সুগুণা অমসুং বরাঙ্গদা কৌই। মখোয়না তুঙ্গ-বিদ্যাগী কুঞ্জগী অকোয়বদা কোয়শিন্না লৈ।

### প্রেমমঞ্জরী

তুঙ্গবিদ্যাগী 'মদনসুখদা' কৌবা কুঞ্জগী মনুংদা 'প্রেমমঞ্জরী' গী কুঞ্জ লৈ। মাগী কুঞ্জনা 'প্রেমোল্লাস কুঞ্জ' কৌই। থাবল মঙাম্না মতুগী মচুনি, উচেক-ৱায়া, শজিনচিংবসু মতুগী মচুনি। প্রেমমঞ্জরী মশাগী কুচুনা সিন্দূরগুম্মী, থরাম্মীচাক চমকি খিনবা ফি শেৎলি, মল্লিকাগী লৈনম চেনবীনি। মপানা সুভানু, মমানা পোষণা, মকুনা সুরস, মনেম রম্ভা, মপুরোয়ৰা সিতকাক্ষ কৌই, লৈকমনা 'নন্দেশ্বর গ্রাম' দনি। স্বভাবনা 'দক্ষিণা-প্রগলভা' নি, চহিনা ১২।৬।৪ নি। মাগী সেবাদি বস্ত্র সেবানি। রসনা বাসক-সজ্জানি। মাগী য়ূথদি—নবীন মঞ্জরী, সুনর্ম্ম মঞ্জরী, সুরঙ্গ মঞ্জরী, কলামঞ্জরী, রম্যামঞ্জরী, চন্দ্রমঞ্জরী, সুবর্ণামঞ্জরী অমসুং নলিনী মঞ্জরী কৌই। মখোয়না প্রেমমঞ্জরীগী 'প্রেমোল্লাস-কুঞ্জ' গী অকোয়বদা কোয়না লৈ।

থাঙ্জদদি 'যাবট-গ্রাম' দা সূর্য্য পূজা তৌগনি। তুঙ্গবিদ্যাগী 'মদনসুখদা' কুঞ্জদা 'দক্ষনন্দ' কৌবা সখা লেঙ্দনা লৈ।

## ইন্দুরেখা

থাঙ্‌জ হুমিত্তা বারতিথি, সঙ্কেত অমদি রাসনচিংবা পুম্নমক তুঙ্গবিত্তাগা চপমাই। হৌজীক ইন্দুরেখাগী কুঞ্জগী মরম হায়রি—থাঙ্‌জতমক তারবদি 'কুসুম কুঞ্জ' দা মিলন ওইগনি। ইন্দুরেখা মশাগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। শ্রীকুণ্ডগী মৈরম পাংবদা ইন্দুরেখাগী কুঞ্জ লৈ। বসন্ত-সুখদা কুঞ্জ কৌই নত্রগা 'পূর্ণেন্দু-কুঞ্জ নত্রগা 'রতি-সুখ-কুঞ্জ' কৌই, মচুগী মচু অঙৌবনি।

কুঞ্জ সংস্কারনা—'রঙ্গমুখী' সখীনা তৌই। ইন্দুরেখাগী কুচুদি থাগী মচু মাল্লিং ফি অঙাঙবা শেংলি। স্বভাবনা 'সুদক্ষিণা' নি, মাগী সেবানা মালা, লৌকনচিংবা লেংবা অমদি শেম-শাবনি। চহিনা ১৪। ৫। ৮ হুমিংনি। মপা ইন্দুক, মমা ইন্দিরা, মপুরোয়বা সৌরদ কৌই, মঙোন্দগী হুমিং ২৫ নিদং হল্লি। যাবট গ্রামদা লৈবীনি। মাগী যূথদি—অঙ্গভদ্রা, মঙ্গলী, শুভঙ্গী, চিত্ররেখা, সুরঙ্গী, নন্দিনী, মদনী অমসুং মদনীয়া কৌই। মখোয়না ইন্দুরেখাগী 'বসন্ত-সুখদা' কুঞ্জগী অকোয়বদা লৈনৈ।

## লবঙ্গমঞ্জরী

ইন্দুরেখাগী 'বসন্ত সুখদা' কুঞ্জ অসিদা লবঙ্গ-মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ। মসিগী মচুদি য়াইঙঙ্‌ মচুনি। লবঙ্গ-মঞ্জরী মশাগী কুচুনা কুঙ্কুম মচুনি, অশংবা মচুগী ফি শেংলি, সেবাদি চান-থক্তবা পোৎ কৎশিনবনি। মপা অঙ্গভদ্র, মমা সুমেধা, মকু কন্দল, মনেম কিলম্বী, মপুরোয়বা বালশঙ্খ, লৈফমনা যাবট-গ্রামনি। স্বভাবনা বামা-মধ্যানি। মশাগী মনমনা নাগেশ্বর মনমনি, চহিনা ১১। ৫। ৯ নি, রসনা 'প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা' রসনি। মাগী যূথদি—ভ্রমর মঞ্জরী, অরুণমঞ্জরী, কেশরী মঞ্জরী, কঞ্জু মঞ্জরী, পলাস মঞ্জরী, সানন্দা মঞ্জরী, গোপালামঞ্জরী অমসুং স্বরূপ মঞ্জরীনি। মখোয় অসিনা লবঙ্গমঞ্জরীগী কুঞ্জগী অকোয়বদা লৈ।

থাঙ্‌জ হুমিংকী সূর্য্য পূজাদি—'যাবট গ্রামদ' দনি। ইন্দুরেখাগী বসন্তসুখদা কুঞ্জদা গন্ধর্ব্ব সখা লেঙ্‌দনা লৈ।

সখী ৮, মঞ্জরী ৮, রাগ ৮, রস ৮, বর্ণ ৮, ফিজেৎ ৮, কুঞ্জ ৮, ভাব ৮, সেবা ৮, মপা ৮, মমা ৮, মপুরোয়বা ৮, মকু-মনেম ৮/৮, সিদ্ধি ৮, সাধ্য ৮/৮ নচিংবা নিত্য-লীলাগী অষ্টসখীগী কুঞ্জনচিংবদি হায়রিবসিনি।

---

য়েংগদবা— কৃষ্ণ সখাশিং, মখোয়গী মখল, সখি অমদি মঞ্জরীনচিংবগী মরম ঐগী মৈতৈ অগোই অনিশুব, শরুক লামায় ১২০—১৪০ দা য়েংবীয়ু। মত থরা থরা খেন্নবা লৈরবসু অয়াম্বা শরুক মরুওইনা ভাব-রস-তদি অছুম্বক মান্নগনি। মতাং অসিদা হেন্না কুপশিন্না নৈনবদি লাইরিক চাউমনখিগদবদগী লোথংলম্ভ্রে।

## বন ১২ দা থা ১২ দা মঞ্জরীশিংগা তোবা লীলা

১। **শ্রীবনদা** মেরা থানা লৈএ, মচুদি থাগী মচুনে। শ্রীরূপমঞ্জরী, অনঙ্গ মঞ্জরী, রাগ মঞ্জরী, রঙ্গ মঞ্জরী, রাস মঞ্জরী, লীলা মঞ্জরী—তরুক অসিনা শ্রীবনগী মিত্রনি। ঋতুদি শরদনি, প্রেমনা হাস্যনি।

২। **ভাণ্ডীর বনদা** হীয়াঙ্গৈ থানা লৈএ, য়োং মহী অঙাঙবগী মচুদা হীগোক্না য়েকপা মচুনে। কলা মঞ্জরী বিনোদ মঞ্জরী, ললিত মঞ্জরী, উল্লাস মঞ্জরী, সুবর্ণামঞ্জরী, উন্মাদ মঞ্জরী—তরুক অসিনা ভাণ্ডীর বনগী মিত্রনি। ঋতু হিমঋতু, স্তম্ভপ্রেম। মঞ্জরী ১২ অসিমক শ্রীরূপ মঞ্জরীগী মিত্রনি।

৩। **ভদ্রবনদা** পোয়হু থানা লৈএ। সনাগা হীগোক্না য়েকপা মচুনি। কামমঞ্জরী, আনন্দ মঞ্জরী, গন্ধমঞ্জরী, রঙ্গিনী মঞ্জরী, চন্দ্রামঞ্জরী, তুলসী মঞ্জরী—তরুক অসিনা ভদ্রবনগী মিত্রনি। হিমঋতু স্তম্ভপ্রেমনি।

৪। **কাম্যবনদা** ৱাকচীং থানা লৈএ। মচুদি অশংবনে। রূপ্যমঞ্জরী, কান্তিমঞ্জরী, বসন্তমঞ্জরী, গুণামঞ্জরী, সৌরভী মঞ্জরী, কালীমঞ্জরী—তরুক অসিনা কাম্যবনগী মিত্রনি। শিশির ঋতু, পুলক প্রেমনি। মঞ্জরী ১২ অসিনা কামমঞ্জরীগী মিত্রনি।

৫। **শ্রীমধুবনদা** ফাইরেন থানা লৈএ লীক্লাই অমুবগী মচুনি। রতিমঞ্জরী, রসনীমঞ্জরী, কনকমঞ্জরী, অরুণমঞ্জরী, কুঞ্জমঞ্জরী, পলাসমঞ্জরী— তরুক অসিনা মধুবনগী মিত্রনি। শিশির ঋতু, পুলক প্রেমনি।

৬। **খদির বনদা** লমদা থানা লৈএ সনাগা সিন্দূরগা য়ান্নবা য়েকপা মচুনি। প্রেম মঞ্জরী নবীন মঞ্জরী, সুবর্ণ মঞ্জরী, মোহিনী মঞ্জরী, সানন্দা মঞ্জরী, গোপাল মঞ্জরী—তরুক অসিনা খদির বনগী মিত্রনি। ঋতুনা বসন্ত, প্রেমনা 'অশ্রু' নি। মঞ্জরী ১২ অসিনা রতি মঞ্জরীগী মিত্রনি।

৭। **বহুলাবনদা** শজিবু থানা লৈএ। থম্বাল অঙাঙবা মচুনি। রস মঞ্জরী, মণিমঞ্জরী, কৃষ্ণামঞ্জরী, মাধুর্য্যমঞ্জরী, কাঞ্চন মঞ্জরী, বিদ্যামঞ্জরী—তরুক অসিনা বহুলা বনগী মিত্রনি। বসন্ত ঋতু অশ্রু প্রেমনি।

৮। **কুমুদ বনদা** কালেন থানা লৈএ। অঙাঙবগা অশংবগা য়েকপা মচুনি। বিলাস মঞ্জরী, শ্যামা মঞ্জরী, চম্পক মঞ্জরী, সুরঙ্গ মঞ্জরী, সৌভাগ্য মঞ্জরী, কেশরী মঞ্জরী—তরুক অসিনা কুমুদ বনগী মিত্রনি। মঞ্জরী ১১ অসিদি রসমঞ্জরীগী মিত্রনি

৯। **তালবনদা** ইঙা থানা লৈএ। অশংবগা সনাগা য়েকপা মচুনি। লবঙ্গ মঞ্জরী, কেলি মঞ্জরী, মধুমঞ্জরী, ভৃঙ্গমঞ্জরী, জাহ্নমঞ্জরী, হরিমঞ্জরী—তরুক অসিনা তালবনগী মিত্রনি। গ্রীষ্ম ঋতুনি, স্বেদ প্রেমনি।

১০। **নিভৃত-নিকুঞ্জ বনদা** ইঙেন থানা লৈএ। অঙাঙবদা অঙৌবগা অমুবগনা য়েকপা মচুনি। কস্তুরী মঞ্জরী, কন্দর্প মঞ্জরী, পদ্মমঞ্জরী, মন্মাদমঞ্জরী, রক্তমঞ্জরী, কমলা মঞ্জরী—তরুক অসিনা নিভৃত নিকুঞ্জগী মিত্রনি বর্ষা ঋতু, গদ্গদ প্রেমনি। মঞ্জরী ১২ অসিনা লবঙ্গ মঞ্জরীগী মিত্রনি।

১১। মহাবনদা থন্নান থানা লৈএ। অঙাঙ্‌বা, অমুবা, অশংবা অহুম্না তিনবা মচুনি। মঞ্জুলাগী মঞ্জরী, চাটকি মঞ্জরী, স্বরূপ মঞ্জরী, নলিনী মঞ্জরী, কোকিলা মঞ্জরী, যমুনা মঞ্জরী—তরুক অসিনা মহাবনগী মিত্রনি। বর্ষা-ঋতু—গদ্‌গদ প্রেমনি।

১২। লোহবনদা লাংবন থানা লৈএ। অমুবনা ফিবম ওইরগা মচু খিবীক ভিন্দুনা য়েকপা মচু অতুনি। শ্রীগুণমঞ্জরী, গৌরাঙ্গ মঞ্জরী, কুন্দমঞ্জরী, কণ্ঠমঞ্জরী, কুসুম মঞ্জরী, হেম মঞ্জরী—তরুক অসিনা লোহবনগী মিত্রনি। শরদ ঋতু—হাস্য প্রেমনি। মঞ্জরী ১২ অসিনা মঞ্জুলালী মঞ্জরীগী মিত্রনি। ইতি।

---

# হোলী-লীলা-প্রকরণ

## শুক্লা প্রতিপদ

১। গৌরাঙ্গনা নবদ্বীপতা হোলি শান্নগনি। হুমিৎযুংবা মতমদা গঙ্গা মপান্দা বিশ্রাম তৌই।

শ্রীকৃষ্ণগীনা শ্রীবৃন্দাবনদা হোলি শান্নে। নিধুবনদা মিলন ওই।

## শুক্লা দ্বিতীয়া

২। গৌরাঙ্গনা কুনদ্বীপতা হোলি শান্নে। পীঠবনদা বিশ্রাম তৌই।

শ্রীকৃষ্ণগীনা গোবর্দ্ধনগী নোংচুপ্তা হোলি শান্নে। মানস-গঙ্গাগী নোংচুপ্তা লৈবা 'কাঠনি-গ্রাম' দা মিলন ওই।

## শুক্লা তৃতীয়া

৩। শ্রীগৌরাঙ্গনা মধ্যদ্বীপকী মনাক্তা হোলি শান্নে। মফম অতুগক্তদা বিশ্রাম তৌই।

শ্রীকৃষ্ণগীনা কামকুঞ্জবনদা হোলি শান্নে, শ্রীকুণ্ডদা মিলন ওই।

## শুক্লা চতুর্থী

৪। গৌরাঙ্গনা মায়াপুর পূর্ব্বতুগান দা হোলি শান্নে, আরাম মন্দিরদা বিশ্রাম তৌই।

শ্রীকৃষ্ণগীনা বরিষান নন্দগ্রামগী লম্বীদা হোলি শান্নে, সঙ্কেত কুঞ্জদা-মিলন ওই।

## শুক্লা পঞ্চমী

৫। শ্রীগৌরাঙ্গীনা শ্রীরামবাড়ী মনাক্তা হোলি শান্নে। শ্রীরামবাড়ীদা বিশ্রাম তৌই।

শ্রীকৃষ্ণগীনা সঙ্কেতঘাটতা হোলি শান্নে। কালিঘাট কদম্ব বনদা মিলন ওই।

## শুক্লা ষষ্ঠী

৬। শ্রীগৌরাঙ্গনা উচ্চহট্ট গ্রামদা হোলি শান্নে। গৌরীদাসকী যুমদা বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণগীনা 'বহুলাবনদা হোলি শান্নে, চন্দ্রাকুণ্ডদা মিলননি।

## শুক্লা সপ্তমী

৭। শ্রীগৌরাঙ্গনা মায়াপুরগী নোংচুপ্তা লৈবা মহলপুরদা হোলি শান্নে। মদহ্রদ নবদ্বীপতা বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণগীনা কাম্যবনদা হোলি শান্নে। বিমলা কুণ্ডদা মিলননি।

## শুক্লা অষ্টমী

৮। শ্রীগৌরাঙ্গনা বিদ্যানগরদা হোলি শান্নে। জাহ্নুদ্বীপতা বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণগীনা বর্ষাণপুরগী খা-থংবা মনাক্তা হোলি শান্নে। বিলাস কুঞ্জদা মিলন তৌই।

## শুক্লা নবমী

৯। শ্রীগৌরাঙ্গগী স্বুবর্ণঘাট মনাক্তা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা হোলি শান্নে, সুবর্ণ ঘাটতা বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণগীনা পাতালগঙ্গা মপান্দা হোলি শান্নে, কোকিলা বনদা মিলন ওই।

## শুক্লা দশমী

১০। শ্রীগৌরাঙ্গগী গোহ্রদ নবদ্বীপতা বিশ্রাম তৌরগা মতুগী মনাক নকপা গঙ্গা মপান্দা হোলি শান্নে। শ্রীকৃষ্ণগীনা ভদ্রবনদা মিলন ওই, মতুগী মনাক যমুনা মপান্দনা হোলি শান্নে।

## শুক্লা একাদশী

১১। শ্রীগৌরাঙ্গনা সীমন্তদ্বীপতা বিশ্রাম তৌই, মনাক্তনা হোলি শান্নে। শ্রীকৃষ্ণগীনা ভাণ্ডীর বনদা হোলি শান্নে, মানসরোবরদা মিলন ওই।

## শুক্লা দ্বাদশী

১২। শ্রীগৌরাঙ্গনা মুকুন্দগী যুমদা বিশ্রাম তৌই। মায়াপুরগী নোংচুপ্তা মহাপথ (শোরোক অচোবা) দা হোলি শান্নে। শ্রীকৃষ্ণগীনা মুখরাপুরদা হোলি শান্নে। কুসুম সরোবরদা মিলন ওই।

## শুক্লা ত্রয়োদশী

১৩। শ্রীগৌরাঙ্গনা ঋতুদ্বীপতা বিশ্রাম তৌরগা মতুগী মনাক্তা হোলি শান্নে। শ্রীকৃষ্ণগীনা গোবর্দ্ধনগী নোংপোক্তা হোলি শান্নে, মানসি গঙ্গাদা মিলন ওই।

## শুক্লা চতুর্দ্দশী

১৪। শ্রীগৌরাঙ্গনা রুদ্রদ্বীপতা হোলি শান্নে। চতুর শিবালয়াশ্রমদা গোপেশ্বরগী পূজা তৌবা ওইনা শিবাভিষেক গুণ-কীর্ত্তননচিংবা তৌই। অতুগা আচার্য্য রতনমন্দিরদা বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণগীনা শ্রীরাধাবাকন্ডা দা হোলি শান্নে, দান লীলা তৌই, ধীর সমীরদা মিলন ওই।

## পূর্ণিমা

১৫। শ্রীগৌরাঙ্গনা শুক্লাম্বরনচিংবগী যুমদা হোলি শান্নে, মায়াপুরদা অমুক হন্না গঙ্গা মপান্দা বিশ্রাম তৌই। শ্রীকৃষ্ণগীনা শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীকুণ্ডমধ্যদা লৈবা ব্রহ্মমোহন-নচিংবা মফমশিংদা হোলি শান্নে। সেবা কুঞ্জ নত্রগা শ্যাম কুণ্ডদা মিলন ওই।

শন্দোকপদি—খদির বন, কুসুম সরোবর, শ্রীবৃন্দাবনদা যাবট অমদি বর্ষানদা উপনন্দগী যুমদা বীজগ্রামদা, মীতাবা তাবা অতৌ গ্রামশিংদা শ্রীকুণ্ড কামাই ক্রুহেলানচিংবা শ্রীগোবর্দ্ধন সাকরদা বৈঠাশিংদা পূর্ণিমাদা গোবর্দ্ধন বৃন্দাবন, শ্রীকুণ্ড মহাবন, গোকুলনচিংমা পুন্নমক অসিবু খণ্ড্নগদবা ওই।

---

# রস ৬৪ অসি শকখিবা ওজাশিংগী পরিচয়

রস ৬৪ গী মশক অমসুং মদূবু কনানা করি শকখিবা হায়বনচিংবগী মরম মথক্তা উৎচপ্রে। হুজীক অক্বংবা ওজাশিংগী পরিচয় খর-খরদং পীজনবা হোৎনজরি। খণ্ড্নহোবা অহল্লম্মন অমা অনি নত্তনা অতৈদি ক্বনা রানা থিবা তাখি। মতুমক্তদসু ফংদবা, ফংলবসু মরী-মখোঙ্ শেংলমগনি হায়না থাজবা রাৎপসু য়াওদবা নত্তে। ওমলিবমথৈদি ওজাশিংগী মচা-মশূনচিংবা ধারা কোয়না থিজরগা লৌজরুনবা হোৎনখি। লোয়ননা মদূবু অরিবা লাইরিকশিংগা অমুক থানতুনা য়েংনখি। অসুন্না থিনবদা যুমগী মীনা তাকপা মিংগা, কুম্বাবনচিংবদা হায়বা মিংগা মান্নরমদবসু য়াওই। খুদম ওইনা ঠাং থুমজাউ পুরেন, অয়েকপম ওজা। অজ্ঞা থুমজাউ পুরেনগী চৎনবী যুমগী মীনা খণ্ড্নবা মীংদি ধর্ম্মচন্দ্র হায়, কুম্বাবদনা গোকুল হায়। অয়েকপম ওজানা যুমগী মীনা হায়বদা লৈপাকমচা কোই হায়, কুম্বাবনা অয়েকপম ওজা নাক্রুংবা হায়। অমুন্না তৌবা খরা য়াওই। অরুবা অমনা মী খরগী নত্তনা ওজাশিং অয়াম্বা মিং অমত্তা পল্লমদে, তুলিহন মেজর, অঙোম নিংথৌ, মবাই ইবুংঙো অসিনচিংবা (মতম অতুদদি অতুম্মক খণ্ড্নরম্বা অতুগুম্বা) মিংথোলতনা খণ্ড্নবা ওইনা ইরম্মী। লীথুন মফম খণ্ড্দবা, য়ুম্নাকসু মফমসু থাদবা মমিংদং পল্লগা তোকপসু য়াওরি মতুদি— তোঙ্গাও মানিক, ঠাং মানিক, য়াম্বেম্বা পাঙনদোন, থোকচাউ মরৈবা অসিনচিংবা।

মরম পুন্নমক অসিদগী খণ্ড্হৌবা নত্রগা তাহোবা অহল্লম্মনশিংদগীসু লোতুনা য়েকশিনবসু য়াওবা তারকই। অসিগুম্বা অরুবা মত্তাংদা অরাবা কয়া থাঙ্বিবা মফপ শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, সুপরিন্টেন্ডেন্ট ষ্টেট লাইব্রেরি অমদি ওজা পণ্ডিত শ্রীথোঙাম মাধব সিংহ অনিগী লম্মন্দি শিংঙমদনা তোনশিল্লে। শান্নে শাগে শান্নেগী যুমশেংপা পুরাণ অমদি মরী লৈনবা অরিবা লাইরিক কয়াগী মতেং লোতুনা পণ্ডিত অনি অসিনা ঐগী ইতেং পাংবীখি।

ফম্নাইবশিংগী মরক্তস্নু মরুওইনা নিংথেম্মচানচিংবগী মরক্তা মান্নবা ফম্নাইবা, মতমস্নু খজীক্তমক খেন্নবা, ফম অতু ওইরবদি মহাক অতনি হায়না হেক্তমক লেপথোকলুবা য়াদবা ২/৪ শুনা থেংনবা, মদুবু কুপ্না বিচার তৌত্রবদি ফাবা য়ানা থোকপা অতুগুম্বা অঙম্বশিংস্নু য়াওরি।

ঈশৈ শকত্রিবা ওজাশিংগী মরক্তা লৈবাক্কী অচৌবা ফম নাইবা মীওইনা নমনা য়াওই। থাজৈশেংনা ঈশৈদা মমিং চৎনা ফাওখিবা ওজাশিংস্নু য়াওদববুদি নত্তে। অঙম্বশিং অসিস্নু হুজীক্কী ফমজাউশিংনা ময়ায় লেপ্পা অসিগুম্বমক্তি নংলমদে। হায়রিবা মীরোল অসিগী অঙম্বশিংদি লৈবাক-রায়েন-থৌদাগী থবক তৌনা তৌনা কলা অসিদস্নু পূক্নীং লুপ্নবনা অয়াম্বা ওইরম্মী অমস্নুং মতুম তৌবনা অহেনবা মিংচৎ ফংবা নত্রগা ধর্ম্মগী লম্বীদা নকশিনবস্নু ওইনরম্মী। মতুংগী ঈচেল অমনা, নৌনা হোৎনবা তাবা, হান্না লৈরমদবা শৈফম ঙাক্তা ওইবনা মসিবু শকপা য়ানবা রাগ রাগিনী পানবা, শৈহেক-শৈদা শেম্বা, করি করম্বা তানা করম্বদা শীজিন্নবা অসিনচিংবা মরমশিং অসি পূমনৌমক নৌনা শাগৎপা তাথিবনা অমস্নুং মতু নোংমা নিনিদংগী থবক ওইখিবস্নু নত্তবনা পালা পূম্নমক মতম শাংনা চাং নাইনা তিন্নদবা য়াখিদে। মরম অসিনা তৌবা গুম্বা অঙম-অথৌ অমনা থৌদাং য়াবা নত্রবদি মীয়াম তত্তনা তিনবগী অরাবত্থ থাঙ্বা ঙম্লোইদবনা অস্নুম্না ফমজাউ পায়বা অঙম্বশিংদা শিন্নথোকখিবনি। অসিগুম্বা মতৌমক নংলমত্র-বদি রস ৬৪ গুম্বা লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা অধ্যায় অমা হোংবগী শরূক য়াত্রিবা থৌদোক অমবু তরাই তরাইনা পাঙ্থোকপা ওইথোক্রমলোই। থূৎই থূদীংমক্তস্নু ইত্থুনা য়াওরি '... অস্নুম্না রস ৬৪ অসি চহি অনিমথায় চঙ্না শাগৎলগা চহি অহুম পুরা ফাবদা ফাংনত্থুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎখি।'

হুজীক নোঞ্জরিবদি—খঙ্দবা ওজাশিংগী মিংদং ইরগা থাকুনা থমলিবা অহাঙ্বা মফমশিংদা অখঙব্বা মীওইনা ওজা অতুগী পরিচয় য়েকশিনবীনবা থৌরাঙ্জরি। ঐখোয়দা তাকপিরক্লবস্নু নোল্লুকচরি। ফোঙ্জরিবা পরিচয় অসিদা করিগুম্বা অরানবা য়াওরবদস্নু ঙাকপিহৈবা গুণনা ইরাল ঙাকপিত্থুনা চুমথোকপিত্থুনা শেমদোকচনবা খুদোং পীনববীগনি হায়না আশা তৌজে।

১। অথা খোম্বাংবা— ওজা অসিগী পরিচয় ফংনবা হোৎনবদা ফনা মতম চঙ্খি, তোঙান তোঙানবা মফমদস্নু চৎপা তাখি। খোম্বাংবা হায়বসিনদি অশেংবা মিং নংখিদবদগীস্নু ইনক নক্না লাপথিবগুম্বা অমা থোক্নবা ওইখি। মমৈদা অথাম শ্রীথম্বালঅঙৌ সিংহ রাংথৈ লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবনা য়ানা হোৎনবিত্থুনা শাগৈ অসিগী বংশবলীনচিংবা য়েংত্থুনা তাকপিরকখি।

ওজা অসি ফাকৈথেল তাবা অথাম শাগৈনি। স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা ঈশৈদা য়ৌনা কাওখি, শ্রীযুৎ মহারাজমক্কী ওজা ওইনা মতম পূম্নমক্তা মহারাজনা খোনবা ঈশৈ শৈফমদা ওজা অসিনা খোম্বাংখি। মসিদগী লৈপাক্না ওজাবু অথা খোম্বাংবা হায়না অহুম্মক খঙনখি। অশেংবা মিংদি 'থৌপ্রাইঙম্বা' কৌই। রস-গী মরম নীংথিনা খঙ্বদগী মহারাজনা ওজাবু রসানন (রসানন্দ) হায়বা

উপাধিনা লৈতেংখি। মমৈদা অথাম রসানন্দ হায়না খঙ্‌নখি। ওজা অসিনা পোকপনা ইন্দ্রান্দো কৌই। লৈবাক্তা ওজা অসিবুসু ভক্তিদা থরায় লুপ্পা উবদগী থোইদোক্পা চন্দন অমুবদা অঙৌবনা নমতুনা খিনবগী ফজত্রবা রাধাকৃষ্ণগী রস অমা শরণি তৌরম্বা উবদগী অমদি চন্দন মরম পুন্নমক শুনা হকচাংগী মকম খুদোংমক লৈতেংনখিবদগী 'অথা চন্দন-তৈ' অমুম্না লৈবাক শাংনা কাওখি। হায়নবা লৈ, নিংথমথা কাওবদা চন্দনগী লৈতেং অদুগী মথক্তা করিগুম্বা কিনচিংবা ইনখিবা লৈতে। ইন্দ্রান্দোনা নিপা নিপান পোকখি, মরিদি শোইনাইদে। মরি অমগী ধারাদি স্বর্গীয় অথা খুদোম্বী ঠুহার, আবের সিংহ, ইবোতোন সিংহ অমসুং শ্রীকালা সিংহনি। শ্রীকালা সিংহ হৃজীক কাকৈথেন পুন্নী অচৌবা মনাক্তা লৈরি, মরি অসিমক ঈশৈ তৌবমক্তনি। অথা খুদোম্বী স্যার চূড়াচাঁদ হাক্তক-তা লৈখিদে। হায়নবা লৈ ঠুহার চংশদা ওজানা খুদোম্বী য়াম্না শীজিন্নবদগী অমসুং মতু থাদোকপা ঙমদবা উবদগী মহারাজনা নোংমগী শৈশক্তা 'ঙসিদি খুদোম্বী উৎপা য়ারোই' হায়না য়াথং তৌখি। গতি লৈত্রবা ওজানা তুংলোমদা খুং পুথোক্লগা হৈনজবী খুদোম্বী অতু খিল্লম্বা উবদা ময়াম নোক্লখি। আবের সিংহনা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রগী পালা পুরম্মী। ইবোতোন সিংহ—ওজা অসিদি লাইহরিকসু তৌই, ঈশৈসু শকই, গৌরলীলানচিংবসু তম্বী। ওজা অসিগী অথম্নবা সেবকতি হৃজীক্কী মমিং চংপা ওজা জিরিগী থানিন, নট-সঙ্গীত-রত্ন অসিনি। থানিনগী সেবকনা থাক্তা কেশোনি।

অরা লানগায়রবা মতমদা রসানন্দ কৌবা ঈশৈ তৌবা অথাম অমসু অরানা কাখিবগী য়ারী লৈ। ওজা অসিনা ঔরাতোম্বা কৌবা মচানিপা অমা থনম্মী। ওজাগী ধারানা হৃজীক শলুংকমদা তারি। "শুকমান-রস অমসুং বস্ত্রাকর্ষণ" ওজা অসিনা শকখি।

## ২। অঙোম নিংথৌ

অশেংবা মিংদি নোংমাইথেম গিরিধারী সিংহ কৌই। স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগীনা স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক কাওবদা অতুম্মক অঙোম নিংথৌ ওইনা মঙান-মশা চাউনা পানখিবা, নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা অমনি। মতম অতুগী সুপ্রিম কোর্ট ওইরম্বা 'চৈরাক-শঙ্‌' গী প্রেসিডেণ্ট ওইখিবা, মাগী লৈবাক-য়ায়েন-থোদা কজমনবদগী ভিক্টোরিয়া মহারাণীগী সনদ পত্র কংখিবা, মতুগী মপাম্না মচা-মশূলিং কাওবগী লাইবক ফনবা লম্বী ওইনহোবা, লৈবাক প্রজাবু হুংশিবা মীশক অমনি। হায়নবা লৈ শূরচন্দ্র মহারাজনা কম্বাল তোংত্রিঙৈদা অঙোম নিংথৌ অসিনা হাম্না তোংখি। মৈতৈগী ইতিহাসতা মৈতৈ নিংথৌ কম্বাল কাবদা অঙোম নিংথৌনা কম্বাল তোংবসি তঙাইকদবনি। অঙোম নিংথৌবু পোকপনা মাধব সিংহ কৌই। অঙোম নিংথৌনা মচানিপা মরি পোকই— কালী লাকপা, নেনে, শ্যামাচরণ নত্রগা তোমচৌ শেলুংবা অমসুং তোম্পিশক। হৃজীক খায়না খঙ্‌নরিবা নোংমাইথেম ঁথানিন সিংহ নাট্যবিশারদ, কালী-লাকপনা পোকপনি। শ্যামাচরণ ওরকে তোমচৌনা চূড়াচান্দ মহারাজ সমা

হাক্তক্তা অহানবদা শেলুংবা, মমৈদা পুলিস মেম্বর অমসুং জুডিসিয়েল মেম্বর ওইনা ষ্টেট দরবারদা কমখি। অসিদসু নত্তনা মহারাজনা লংকৈনচিংবা লেঙ্খিবদা শ্যামাচরণনা সনা কোনুংদা লেঙ্দনা লৈত্তনা নিংথৌগী চার্জ্জ হেক হেক পুই। মহারাজনা হেক নোংগাখিত্রিবা কাওবা সনা কোনুংগী অভিভাবক অমা ওইনা লেঙ্দনা কোনুংদা লৈখি। নিংথৌগী খায়দগী থাজবা, নুনা তোবা মীশক অমনি। শাবান মূর্ত্তি ওক্লা ফজে, নুবা নানবা মতৌ পুন্নমক্তা প্রজাগী ফিদম্নফম ওইবা মীশক অমনি। তোম্পিশকসু সনা কোনুংগী কম নাইখি, অফাওবা কলাকার শ্রীসুধীর সিংহনচিংবা মাগী মচানিপা মরি পোক্লম্মী।

অঙোম নিংথৌ গিরিধারী সিংহগী ফম্বাল-ফীজোল অত্তু স্বর্গীয় বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা লৌখৎখি। য়াইস্কুল মোইরাংথোমনা লৈফম্নি। ফম্নাইবা অসিনা স্বপ্ন দর্শন অমসুং নর্ত্তন রাস রস অনি অসি শকখি।

## ৩। অয়েকপম ওজা

ওজা অসিগী অশেংবা মিংদি লৈপাকমচা কৌই, হৈভাঙ্দা লৈরম্মী। মকম অত্তুদা হজীক ফাওবা শাগৈগী লাই 'ঈরৈমা' গী খুবমগা লোয়ননা শাগৈ অতৈ তারি। ওজা অসি পিবা ফুংগানি, লৈবাক্কীসু অফাওবা ঈশৈগী ওজানি। ওজানা ঈশৈগী রাগ অমা পুখোকখিবগী রা মচা-মশুনা মথং মথং তানরকপা লৈ, মত্তু কুম্বাবদসু মাঙ্প্রবা 'তশিকোন' হায়বা রাগ অমা ওজা খুয়োন্ থেম্বনা শকপদা অয়েকপম নারুম্বনা মহারাজনা হংবদা চুম্মি হায়না রায়েনখিবগী রা ইরি। নারুম্বা হায়বসি মচা-মশুনা কনানো খঙ্দে অত্তুমদি ওইরগা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা অয়েকপম ওজা অনি শুখিবা লৈত্তবনা অত্তুগা রাগ অমা পুখোকখিবগী রাফমসু কানীংঙাই লৈবনা অনি অসি মীশক অমত্তান হায়বদি অত্তুম্মক খঙ্নীংঙাই ওই। 'নারুম্বা'—মী পুন্নমক্কী নাকোঙ্দা হুংঙাইবা খোম্থোক তাহনবদগী, প্রজাগী চৌন্দগী অত্তুম্মক খোক্করকখিবা মিংথোল অমা ওইবা য়াই, খন্ননীংঙাইনি। কৈরুংবা, লৌরুংবা, উরুংবা অসিনচিংবা কমগী মমিংবুদি লৈ অত্তুনা মসিমক নিংথৌগী পোৎচা ফংবা মকম অত্তুমক নম্রবসু প্রজানা পেনবদগী থোনখিবা মিংথোল্দি শোয়দনা ওইবা য়াবা মরম লৈ। অত্তুগা অমরোমদা অমুক নিংথৌনা অঙাং ওইরিঙৈদা না হুৎপদা তুংদগী নাকোঙ্ পায়ত্তুনা হুংলিঙৈদা শেন্নববু নারুংবা কৌই। হজীকসু 'নারুম্বম' শাগৈ লৈরি, কম অমনি। শাগৈ অসি শেনাৎ থনবগী থবকসু তৌই, অত্তুনা অফবা শাগৈনি হায়বসু থংনবা ওম্মী। ওজা অসি শ্রীগোবিন্দগী পালানহাম্নী ঈশৈ হনবা ওইখি।

ওজা লৈবাকচাবনা ওজা চগেমতোন পোকই, ওজা অনিমক গোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলা তম্বীবা ওজা ওইখি। চগেমতোন্না অঙোসিংহ শেলুংবা, প্রতাপ, রসমন অমসুং গৌরবিধু (এগ্র মিনিষ্টর) পোকই। অহল অঙোসিংহ ষ্টেট দরবারগী পেসকার ওইরম্মী। মহাক্লা মচানিপা অনি পোকই, অফাওবা রাইটার শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহনা অমনি।

ওজা লৈবাকমচাগী অথন্নবা সেবকতি লৈখিব্রবা ওজা লোইতাম খুলননি, অতুগা ওজা চগেমত্তোনগীনা লৈখিব্রবা ওজা নিংথৌজম চাউবা, থোংনাং কৈদেকপী, লৈখিব্রবা ওজা নিংথৌজম চাউবা য়াইস্কুল সোগাইজম লৈরক অমদি শ্রীলাইসোম ইবোহল সিংহ কৈশামথোং লাইসোম লৈরক্তা লৈবনি ।

হায়নবা লৈ মতুদি, গৌরলীলাদা অভিরাম শাবা য়াওহনখিবসি ওজানা পুথোক্তুনা হাপ্লম্বনি। ওজা অসিনা বংশীধ্বনি রস অমস্তুং কুরুক্ষেত্র-মিলন শকথি ।

## ৪। ইবুংসি ভীষ্ম*

গরীবনরাজ মহারাজগী মজাইবুংঙো ঙৌত্রাম শাইনা শামুহজবা রতন সিংহ পোকই। রতন সিংহনা ইবুংসি কেশর সিংহ পোকই। কেশরনা তাণ্ডবম চনু দেবযানী পাম্নতুনা ইবুংসি ভীষ্ম পোকই। রস ৬৪ গী ঈশৈ অসি ক্যাংনবদা 'সাক্ষাদ্দর্শন' অমদি সনা সমৈরাংগা তিন্নরা 'ভূত-দশা'—শৈকম অনি শকথি। থোইদোকপা ফম নাইরম্বগী রাদি থেংনদে। অতুনা ঈশৈ ঙৌবা ওজা অমা ওইরম্মু য়াই।

## ৫। ইবুংসি সমীরাং (সমৈরাং)*

চরাইরোঙ্‌বগী মজাইবুংঙো থমলাং পামসবা চন্দ্রশাই সেনাপতিগী থারানি। কৈ-দা শঙ্লকপা ওইখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগা মচীন্ননাউ পোকই। ইবুংসি অসিনা চিত্রপট অমস্তুং ইবুংসি ভীষ্মগা তিন্নরা ভূত-দশা শকথি।

## ৬। কম্বোং য়াইমা

ওজা অসি অরিবা থুংই অমদা 'কমেংবা য়াইমা চিংঙাখম্বা' হায়না ইরম্মু থেংমৈ। অসি নত্তনা ওজাগী অশোংবা পরিচয় থিবদা লংজীন ফংখিদ্রে। ওজানা 'স্বপ্নমান' অমদি 'মধুপান' রস অনি অসি শকপিখি।

## ৭। কুলচন্দ্র সিংহ

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী অনিশুবা মজাইবুংঙোনি। রাংখৈরাকপা ওইখি। চোংথাম চনু লোকেশ্বরী অপানবীনা শকঃ ১৭৭৬ লমদা ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা (খৃঃ ২৬।২।১৮৫৫)দা পোকই। খৃঃ ১৮৯০ দা শূরচন্দ্রনা সিংহাসন থাদোকপ্রবদা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইখি। সনা হাক্তক অসিদা লৈবাক কায়রুনা ব্রিটিশ সরকারনা মনিপুর থুক্তম চনখি। শকঃ ১৮৫৫ দা রাধাকুণ্ডদা লোংগাখি। নিংথৌ অসিবু ময়াম্তুং শূরচন্দ্রগী মথংদা পাল্লকপনি হায়রুনা নিংথেম য়াইমা হাম্নরা থক্তনুখি

---

* নং ৪, ৫ অসি পণ্ডিত শ্রীখেলচন্দ্র সিংহনা লাইরিক রেফেন্সগা তাকপিবনি।

কুলচন্দ্রগী মনাউ ইবুংঙো গাম্ভীর সিংহ কৌবা অমম্ নৈ। মজাইবুংঙো অসিনা স্বর্গীয় যুমশঙ্‌বিমচা সনাজাউবা জয় পত্র পোক্লম্মী।

মজাইবুংঙো রাংথৈরাকপনা 'নন্দমোক্ষণ-রস' অমসুং ময়াম্বুং যুবরাজগা তিন্নহুনা 'মাথুর-ভাবি রস' শকখি।

## ৮। কোনসবা চূড়া

থাঙ্‌মৈবন্দ কবো লৈকাইদা লৈরম্মি, অফাওবা ঈশৈগী ওজানি। অফাওবা ঈশৈগী ওজাশিং—চোংথা বেংগুণ, নোংমাইথেম কালিলাকপা অসিমচিংবা ওজা অসিগী সেবকনি হায়নবা লৈ মত্তুদি ওজা অসিগী স্বর কম্পনদি অঙকপনি। ঈশৈ শকপা মতমদা ওজাগী থদাঙ্‌ মখা (থো) অসি হঙোই মঙোগুম্না থক থক নীকই। য়ারী অমা লৈ—ওজা অসি মীগা মান্নদবা মওঙ্‌দা থবাক য়োনা চোন্না উরীক শি। মতু মতম অহুদা ধর্ম্ম থৌশাদবা, লমহেনবা অমগুম লৌহুনা মীনা য়েংবদা হুংঙাইনরমদে। অস্তুম তৌনা নিংথৌগী নাকোঙ্‌ য়োরকখি। সনা কোন্নুংদা কৌখত্তুনা মীগা মান্নদবা মওঙ্‌দা উরীক শিবগী মরম হংলবদা ওজা অসিনা "য়াদহুনা তৌবনি, ধর্ম্মবু থৌশাদবা নত্তে" হায়না নিংথৌদা হংগৎখি অমসুং চুম্না চৌন্না হায়বতনদি পেন্নদবা উরবদা প্রমাণ তৌনবগীদমক সনা মাঙ্‌দা রাগ অমা হৌহুনা তাহনখি। মী পুম্নমক স্বর সাধনাদা ওজানা মহৈ য়ানবা মক্তৌ অম উবদা ঙকখি। অমুক্তা হেন্না ঙকপদি ওজাগী স্বরকম্পন খূদীংমক্তা থবাক্কুগী উরীক অতু খজিক খজিক অস্তুম মথক্কা কাখৎলক্লুনা মমৈদদি খৌজেঙ্‌দা নপ্লখি। ঈশৈ হেক লোইবগা হান্নগী মকমদা ক্রব্‌ অমুক নাম্মখি। নিংথৌনা ঙমখৈ লৈতনা পেনবিখি ওজাগী সেবকনা স্বর্গীয় ওজা কোনসম চাউভন তুহার, চাউভনগী সেবকনা স্বর্গীয় ওজা চিংঙুবম ইবেমতোন, ইবেমতোনগী সেবকনা স্বর্গীয় সূর্য্যবর, তারমণি, শ্রীঅচোইজম অহঞ্জাউ, শ্রীকালিদমননচিংবনি।

পণ্ডিত মাধবনা তাকপিবা থুমীদোক ভাবা কোনসম শাগৈগী য়ুমশেংপা পুরাণদা য়াওবদি—চাউতোননা থোকচোম চম্নু তোম্নু পান্নহুনা চুম্ভা সিংহ পোকই। মহাক শোইনাইদে—অসিনি।

নোংপোক হারমপীনা—খৌদোননা গুণ সিংহ রতনমণি পোকই। গুণনা মচানিপা মরি পোকই—ভগ্ন, শাজৌ, তোম্বা অমসুং চূড়া। মচীম্নাউশিং অসি তথেল্লম্বম চম্নুনা পোকপনি। চূড়ানা অঙাহন, হুংশিরৈ, পুন্সী অহুম পোকই। নোংমৈবুং ওজা কুঞ্জকিশোর সিংহনা তাকপি—অঙাহননা 'দিবারাস' হৌদোক্লম্মী।

মসিগী মতুংদা রস শকখিবা চূড়া অসি কাঙ্‌বু অসিগীনি হায়না মশক লেপ্পা য়ানা থোকই। ওজা অসি পলানহাগী ঈশৈ হনবা ওইনা গোবিন্দগী থৌগন কংখি। চৌষট্টি রসদা ওজানা সখীমুখমান, হোলি খেলা শকখি।

## ৯। ওজা গুরু নিত্যানন্দ

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী দীক্ষাগুরু পরমানন্দ ঠাকুরনা গুরু লীলেশ্বর পোক্লগা লীলেশ্বরনা গুরু নিত্যানন্দ পোকই। নিত্যানন্দনা ওজা মহুজাইবা শর্ম্মা

বামন পালা ঈশৈহনবা, লৈরেনজাউ শর্ম্মা, চোজোন শর্ম্মা (পুজারী), ইবোমচা শর্ম্মা ( বামন পালা ঈশৈহনবা ) নিপা মরি পোক্লম্মী। মহুজাউবনা শ্রীধন্বাল শর্ম্মা পোকই। ব্রহ্মপুর নহাবমদা লেঙদবা লৈকম্নি। উহৌবা অহল্লম্বম্না শোয়ে মহুদি—গুরু নিত্যানন্দ বংদেশ, নট অনিমক ভূনা হৈ, পালা অনিমক্তা নীংথিনা অতুম্মক ঈশৈ শরুম্মী। সনা কোপুংগী নট পালাহনগীসু ঈশৈ হনবনি। গুরু অসি মতম পুম্নমক্তা লৈ মচুগী কৈজোম শেৎলি, কুচু ঙৌই, য়াং-চাউই, শক শুম্নাৎপমথৈ কজে। কোয়েৎ করতাল লোয়ননা সনা থৃজি, তালনচিংবনা লৈতেংলগা মাগুপ ময়ায়দা লেপ্পদা নিত্যানন্দমক মাল্লি, নীংথিজে হায়হুনা প্রজানা মথৈদা নিত্যানন্দ হায়না অতুম্মক খঙনখি। গুরু অসিগী অশেংবা মিংদি কৃষ্ণবিহারী কৌই। ওজাগী ঈশৈ য়াম্না হুজীক কাওবদা শীজিন্নরি। গুরু ওজা অসি জয়পত্র ফংখি। গোবিন্দগী পালা লোয়শঙদা পালাহনগী ঈশৈ শকপা ওইখি। গুরু অসিনা শকখিবা রস-দি হস্তাকর্ষণ অমসুং সথ্যোক্তি রস অনি শকখি।

## ১০। ঙাঙবম ওজা

ওজাগী অশেংবা মিংদি ভুবন কৌই, য়াইস্কুল চীংঙাখম লৈকাইদা লৈকম্নি। ওজানা মেরাজাউ কোবা মচানিপা অমগা নিঙোল অহুমগা পোকখি। মেরাজাউনা অঙাহল ওরফে ইবোহন পোকই। ইবোহনসু ঈশৈ তৌই—মাগী মচানিপানা শ্রীইবোবী সিংহ অরাঙফম ফম্বনি। চূড়াচাঁদ মহারাজগী ময়াম্বুং ইবুংঙো য়াইমগী হুজীক লৈরিবা ইংখোল অসি ওজাগী হাম্নগী লৈফমনি। শ্রীগোবিন্দগী পালাহন ঈশৈ হনবা ওইখি। ওজানা ঈশৈ য়াম্না থম্বীরম্মী, মহুগী থরদি—

১। ঝুলে নবরঙ্গিনী সঙ্গহি বিনোদ লাল — ঝুলন শৈশক
২। জানে সখি নিকরুণ মাধব দেব — বাসক শৈশক
৩। আজবনি অপরূপ গৌরকিশোর — ” ”
৪। লাখবাণ কাঞ্চন বররঙ্গিয়ারে — ওজাগী অবোক অতুনা 'অমুক্তা লাকপিখোবা' হায়না ওজাবু কৌথিবা খোম্বোক্তী অমেঙবা স্বর অতু লোতুনা মসিগী সুর পানখিবনি হায়না হায়নবা লৈ। ঈশৈ অসি নাম-প্রচারগী তানচপ ওইনা লৈ।

ওজা অসিনা শ্রীগোবিন্দদা অচেৎপা ভক্তি লৈখিবগী মরমদা সুংশিপ্রবা রারী অমা লৈ মহুদি—নোংমা মহারাজনা ঈশৈ থোনগদবা থৌবানগী কীর্ত্তন অমদা ওজাসু থোম্বাংবা ওইনা সনা থৌগনগীদমক চৎখি। ঈশৈ হৌরমবাইদা ওজাবু থিবা ফংনখিদে, কোয়েৎ-করতালনচিংবদি অতুম্মক লৈ। ঈশিংদা লাইনা লৌপ্রবরা হায়না থিনখি অম্মুম্না নিংথৌ সনা পুক্লীংদা ইপুং-ফুংঙাইতনা ঈশৈ থোনবা তাখি। কোম্না ওজাবু যুমদা ফংনরবদা নিংথৌনা কৌখৎলগা লোই থাগনি হায়না থৌরাঙলবদা, ওজানা কপ্না কপ্না হংগৎলকই, মিৎতা পিনা চোল্লি —'ননাই ঐনা রাসেশ্বরী অমদি শ্রীগোবিন্দদা কৎচগে নীংতুনা থামেন চায়া অনিদং থাজে। সনা থৌগল কিবনা হোবে হোবে ভৌবদা ঈশিং চাইরম্বা

কাউথি। থৌবাল য়োরবদা সনা থৌগল শোয়ক্লে হায়না পূরীং লৈতাররবদদি মদুবু নোনা নীংশিংজররক্লে। লৈবা ঙমদত্তনা সনা থৌগন শোয়দনবা অমুক চেন্নক্লে খন্দুনা কনা ভাক্তনা য়ুমদা চেঞ্জরুবদা সনা থৌগন শোয়রখিবনি। লঙ্জররবমক্লি ননাইবু দণ্ডি পীনবীয়ু। লোই থাকম অহুত্তদি শ্রীগোবিন্দ মাগুবকী চীংথৈ পাংবা মভাইদা ওইহনবীয়ু, থাংপোক মচা অমদা প্রসাদি কংহনা পুন্সী লোমজবা অহুত্তদি সনা চরণনা কৃপা ভোবীয়ু। অন্নুম্মা হংগংলবদা, অচেংপা ভক্তিগী মতৌ অহু উবীখদগী ওজাগী মরাল কোকপিখি।

## ১১। চীংঙাথম থাবম লাকপা

ওজাগী মিংদি শাজৌ কৌই। অকাওবা ঈশৈগী ওজানি। থাবম লাকপা ওইখিবদগী ওজাগী ধারাবু হজীক কাওবদা থাবম লাকপম হায়না খঙ্নরি। লৈখিত্রবা চীংঙাথম ময়ূরধ্বজ ওরফে অঙোবীসিংহ চৈরাপ মেম্বর ওজাগী মচানিপা ওজা ভোম্বনা পোকপনি। ওজা ভোম্বসু ঈশৈ ভোথি। ভোম্বনা অঙোবীনচিংবা মচানিপা অহুম পোক্লম্মী, লৈখিত্রবা য়াইমবী, ভোমচৌ, অঙোবীগী মনাউশিংনি। অঙোবী মেম্বর মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী (এম: ডি: ইউ:) লময়ানবা কর্ম্মী অমনি। থাবম লাকপা জীলা দরবার চংপা য়াওখি। মহারাজনা নিংথৌফি মনা পীখি। শ: ১৮০৫ হিয়াঙ্গৈগী ১০ নি পানবা নোংমাইজীং হুমিত্তা সংসার থাদোকখি। থাবম লাকপনা দূতিমুখ-রস অমসুং স্বপ্নসঙ্গ-রস অনি শকখি।

## ১২। চীংঙাথম্বা গোকুল সিংহ

ওজা অসি য়াইস্কুল চীংঙাথম লৈকাইদা লৈরম্মী। লৈপাক কাওনা মমিং চংখিবা মতম অহুগী ঈশৈ ভোবা ওজা অমনি। অরাবদি ওজাগী ধারা কনা অমত্তসু লৈখিদবা অসিনি। হজীক ঙাঙ্বম শ্যামাসিংহ পুংয়েবনা লৈরিবা ইংথোল অসি ওজা গোকুলগীনি। ওজা গোকুল (কোনবা থোম্বোক্তা গোকুলো) শ্রীশ্যামা সিংহগী মপাগা পোকমিন্নবা মনে লোবা মামনি। হুংশিল্লবা রারী অমা লৈ মহুদি, নোংমা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা য়াথংনা নিংথৌ মনাই অমা থায়ক্তুনা ওজাবু হয়েং পালাহনগী ঈশৈ হনবা হাপকনি, কারকট্ট হায়না পাউ পীরম্মী। ওজানা অম্নুম থোকট্ট ভম্বনা হুমিং অদুবু হংচিংনি হায়না শেন্ন-শাখি। অসোমদনা ওজা লাক্ত্রবদা, ওজাবু ঈশৈহনবা হাপ্না য়েংনিংহুনা কারক্লবা গুরু নিত্ত্যানন্দবু নিংথৌনা ঈশৈহনবা থিন্দোকখি। নোংঙাল্লগা কীজোন শেম্বুনা হয়াউনা ওজাসু লাক্লে। শক্রীনা পাউ পীরবদগী ওজানা ঙাইহাক মুকথরমনগা "দিন গেলে মন হরি বলনা" হায়বসি শক্তুনা অহুম্মক চংখি অমসুং মহুদগী হৌহনা ঙাওচংনহুনা ওজাগী পুন্সী লোমখি।

মসিগী রারী অসি স্বর্গীয় মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবনা লাই-ভক্তগী চীনদগী তাহৌবা মক্তুংইমা তাকপিরম্বনি। ওজানা কার্য্যাত্মুরোধ অমসুং নিদ্রাভঙ্গ রস অনি শকখি।

## ১৩। চোংথা বিলাত্তি

মগোলবন্দ সনাম নৈক্লাইদা নৈবা স্বর্গীয় চোংথাম ইবোয়াইমা সিংহনা তাকপিরম্বী—ওজা অসি খেলা লান্দা থোবগী মচা অহননি। নিংথৌগী মনা-মথুম চাউনা কংখি। শামু কাওবা লোইরম্বী। ওজা অসিগী পারি-পুরী থিবদা শ্রীইবোতোম্বী সিংহ প্রোফেসরনা অরিবা লাইরিক য়েংলগা তাকপিরকখিবা পুয়োশ মথং-মনাইশিং—




প্রোফেসরগী মততা—স্বর্গীয় ইবোয়াইমা সিংহনা তাকপিরম্বদা বিলাত্তিনা অহল ওইনা উৎপিরম্বনা খেলাগী মচা অহল 'সৌভদ্র' অসিমক ওইকম থোকই অসিনি। বিলাত্তিদি ঈশৈ কমনবদগী নৈপাক্লা থোনখিবা মিংথোল ওইরম্বা য়াই। অদুবা পোৎলু বিলাইত্তি, বিলাত্তি অমুম্না অহল্লমন হাত্তক্লা চৎনরম্বা নৈ। অমুক্লা মমৈদা ওজাগী মিং তোকুনা বিলাত্তি ছায়নতা অমম্মক খঙ্‌নখিবা য়াবগী মরমনু চাউমা নৈ।

শেখিরম্বা ঈশৈগী মহুংদা—১। বনযাত্রা (বাল্য লীলাগী মতাং), বাজে টুতুড়ি তুড়ি শিঙ্গা বেণু পুরি। ২। অভিসার—কুঞ্জরবর গমনি যায়……।

## ১৪। চোংথাম মাণিক

ওজাগী মিং অসি চীংঙামথা তাবা য়ুমশেংপা পুরাণদা য়াওবা খেংনৈ। শ্যামনা থিয়াম চঙু পায়হুনা গৌরসিংহ শোকই, গৌরসিংনা ইরোম কবোকনৈ পায়হুনা মাণিক, কৈথিরাম, সেতু, লেজোয় অমপুং অমুজাউ পোকই। মাণিক, কৈথিরাম অনিমক শোইনাইরে। সেতুনা মুতুম তখোং পায়হুনা সুবল, মুলম, গুলাপ, অমদু অহো পোকই। সুবলনা পিবানি। মহাক্না নদীয়াচাদ, নদীয়াচাদনা নাতিনি, মহাক্না পোকই। (মাধব পণ্ডিতনা পায়হুনা তাকপিরকপা ২১।৭।৭৪) ওজাম্বা 'বাল্যামন রস' শকখি।

## ১৫। চোংথা মুহোন্দার

চোংথাম খেলা অপাইবীনা পোকপনি। ওজা অসিগী মিংদি ভীমমণি কোইই। কম চাউরবতা নত্তনা ঈশৈ-নোংমাইদস্থু পুক্নীং চঙলম্মী। স্থায় চন্দ্রকীর্ত্তি মহা হাক্তুক্তা মুহোন্দার ওইখি, মথংদা শূরচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী 'আয়া পুরেন মেজর' ওইখি। কম অসি ব্রহ্মদেশকা মরী লৈনবা থবক পুরগী কমনি, অরাপুরেল হায়বদগী আয়াপুরেন তারকখিবস্থু য়াই। ইংরেজনা মণিপুর থুহূম চমথনদা মেজর অসিবু আন্দমান ঈথৎতা থাজিনখি। মেজর অসি শগোল কাঙ্জৈ শান্নরা ওজা নৈ। আন্দমানদস্থু মহাক্না মসি শান্নবা হৌদোকলুই। আয়াপুরেল মেজরনা শ্রীগোপালদেব অমিথক নিরূপণ তৌদুনা লাংলম্মী, হৃজীক্তি মহু গুরুঅরিবম্বগী মন্দিরদা সেবা চংখরে। মেজর অসিনা অকাওবা মচানিপা অনি পোক্লম্মী—নিংথৌবা (পানা হাজারি ওইখি, কৈরুংকমস্থু কংখি), ইবোহন ওরফে বেংগুণ। চূড়াচাঁদ সনা হাক্তুক্তা ওজা বেংগুণ য়ৌনা ফাওখিবা ঈশৈগী ওজানি। রাং-চাউই, শাবান-মূর্ত্তি ফজে, বেংগুণগুম্না খোঞ্জেন হৌবদগী মমৈদা মীনা ওজাবু চুম্নগী চোংথা বেংগুণতা হায়না খঙ্নৈ।

ওজা বেংগুণদি মূন্নাম লৈকাই মথা, চৈংঙামথক, বর্ম্মা রোডকী নোংপোকলা ওজা অসিগী লৈফম্নি, মসি থায়নদগী লেঙ্ত্রিবা যুম্ফমনি হায়। নীলমণি নত্রগা মুহোন্দারমক্তীদি নোংথোম্বম লৈকাইদনি হায়। হৃজীকী পুরানা রাজবাড়ী, রাজকুমার সিংহগী ইংথোল অসিনি—Queen Impress versus Nilamani Singh Ayapuren Major. ওজা অসিনা 'দানী লীলা', 'স্বাধীন ভর্ত্তৃকা' অনি শক্লখি।

## ১৬। ঝলকীর্ত্তি নত্রগা ফৈজাউসনা

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী অহুমশুবা মজা-ইবুংঙোনি, মমা ইবেম্মনা ওয়নাম চনু ভীমেশ্বরী কোইই। মবাইবুংঙোগী মতমদা শামুহঞ্জবা অতুগা শূরচন্দ্রগী মতমদনা সেনাপত্তি ওইখি। শকঃ ১৭৭৭ মেরাগী ১৩ নি পানবা লৈপাকপোকপদা পোকখি অতুগা শকঃ ১৮০৮ ইঙাগী নিনি পানবা যুমশকৈশদা নোংগাখি। মথংগী সেনাপত্তিনা মনাউইবুংঙো কতয়ান টিকেন্দ্রজিৎনা ওইখি। ঝলকীর্ত্তি—মিং অসি কৃত্তিগী নক্ষত্রগা চানবা মিংনি। মজাইবুংঙো অসিনা শকখিবা রসত্তি—"আক্ষেপানুরাগ-রস" নি। শগোলহঞ্জবগা পুন্না শকমিন্নখি।

## ১৭। ঠাং থুমজাউপুরেন

অশুবা মিংদি ধর্ম্মচন্দ্র কোইই, লৈহাউথাবমনি। থুমখোং পান্নবগী থবক তৌরম্মী, মতম অহুসী অচৌবা কমনি। মৈত্তৈ লৈবাক্তা থুম তাঙলবনা সিজোনা থুমু মনা শীবগী অথোইবা পোৎচঙ ওইরম্মী। থুমজাউ পুরেন ক্রীমাধবরায়দস্থু য়াওখি, জাহাজ মনুংদা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তিগী থৌগল ওইনা চঙ্লুনা কমথিবা অমম্নিংগী করক্তা অমনি। ধর্ম্মচন্দ্রবু পোকপদি কৃষ্ণ বল্লভ কোইই, মচা ১০গী মনুংদা য়ানা তরেংগুবা মচানি। মারজিৎ মহারাজগী মতমদা পূজারী ওইখি। ধর্ম্মচন্দ্র, গ্রীকুল কীংজাথম লৈরক্তা লৈরম্মী। থবক অসি অহানবা কিয়াবা হাতজক্তা আয়ুম্নিবনি।

দক্ষিণবাড়ী, সকুয়ার-গ্রামদগীনি হায়না শ্রীজ্যাতিশ্বর শর্ম্মা লাইরিক হায়বা হাওবম ময়ক্তা লৈখনা ভাকপি। মশাগৈ অসিগী কৃষ্ণবল্লভ কৌবা অমনা নুপী ৬ পায়খি। মহারাজা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা শ্রীপাট ক্ষেত্রদা খোপন য়াওখি। থুমজাউ পুরেননা চূড়াচাঁদ হাকত্তা কাওখিবা, জগোইশাবী লোয়শঙ্গী ওজা স্বর্গীয় রেবতি ঠাকুর অমসুং মনাউনিপা চাউনি শর্ম্মা অনি পোক্লম্মী। ধর্ম্মচন্দ্রগী ময়াম্বা ডুমরচন্দ্রনা হক্তনা অমসুং ঈশৈ হনবসু ওইখি। মানা মচানিপা থাবল চক্রবর্ত্তি পোকই। লৈহাউ থাব। চক্রবর্ত্তি হায়না কাওখি। থুমজাউ পুরেনগা মপামচা থোকই। চক্রবর্ত্তিনা শ্রীহরি শর্ম্মা পোকই. শীংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা লৈরি। কুম্বাবদদি থুমজাউ পুরেন (ধর্ম্মচন্দ্র) অমি গোকুল শর্ম্মা হায়না লৈ। অতনা ধর্ম্মচন্দ্র অসি কুঠিগী মিং ওইবা তাই। সখীমুখ শ্রবণ, মহারাস থুমজাউ পুরেননা শকখি।

## ১৮। ঠাং মাণিক

স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজগী মতমগী অকাওবা শগোল কাঙ্জৈ হৈবা ব্রাহ্মণ অমনি, ঈশৈসু য়াম্না তৌরম্মী। য়ুম্নাকনা ফুরালাইলাংপমনি। নবোল কাংজমোং তাবা কাঙ্বুনি। সেগালম্বী ভখেল্লম্বম লৈকাইদা থান্না লৈরি। মাণিক শর্ম্মাগী লাই-গুরুশিংগী হৌরকফমদি নন্দগ্রাম, গোত্রনা বাৎস্য, পঞ্চ-প্রবর, শিজর পঙ্কীনি হায়। অহানবা বিষ্ণু লাংথিবচ্ছ শাগৈ অসিগী পুকোক (বীজি) অহুনি হায়না দাবী তৌই—ফুরাদা লাংপা লাই লাংপদগী ফুরালাইলাংপম য়ুম্নাক ওইখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা লাংথবান্দা গোবিন্দগী পূজারী ওইথিবা শ্যাম ঠাকুর, নিজানন্দ মচীম্নমনাউ অনিগী মরক্তা শ্যামঠাকুরনা ঘনেশ্বর ঠাকুর পোকই, মহাবলী ঠাকুরগী মহান্ত ওইখি। ঘনেশ্বরনা ভক্ষা শর্ম্মা পোকই, মহারাজা নেপ্রামেজরগী পূজারী ওইখি। ঘনেশ্বরগী মনাউ মণিকখোম্বা অসিনি রস শকপদা য়াওখিবদি—মাগী মনাউ তোনা হায়বা অমসু লৈরম্মী।




মাণিকনা পোকপা ওজা লালা অসি চূড়াচাঁদ মহারাজগী মতমদা অহানবদা বৃন্দাবনচন্দ্রগী পালাদা খোম্বাংলম্মী, মখোয়না শ্রীগোবিন্দজী-পালা লোয়শঙ্বা ওজা [illegible] সেনারেবী ভুমা অখনবা পালাগী ঈশৈহনবা ওইখি। মচানিপা তোম্বাসুনা [illegible] লেম্বাক্ষী ভখেল্লম লৈকাইদা [illegible] বক্তা মমিং চৎলি। [illegible] অনিনা 'বাস্তামজল অমসুং [illegible]' রস অমি শকখি।

## ১৯। তুলীহন মেঞ্জর

শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী থাজবা অমদি অচানবা মনাইনি। নিংথৌগী পাম্বোম ওইনা মতম অহুগী লৈবাক ঙাকলোন্দা অথোইবা শরুক য়াথিবা, মরৈবাক নীংবা, লৈবাক য়ায়েন্দা হৈ-শিংবা, শাফম লানক্কমদা থৌবা অঙম্বা অমনি। খৃঃ ১৮৮৫ দা অরা লান্মীনা বৃটিশ ভেংগোলবু অরাবা পীবৎদা মেঞ্জর অসিনা মৈতৈ লান্মী পুহনা অরাবু তকথায়হনা মখা পোনবা যাহনখি। মহুগী ইকাই-খুম্নবা ওইনা ভিক্টোরিয়া মহারাণীনা সনা মোহর ১০ না শাবা তকমা (মেডল) অমা পীখি, লোয়ননা মনা-মথুম অতৈম্মু য়াম্না পীখি। মহাক্না ভুবন চীংদগী শামু অমা ফারকখি, ভুবনজিৎ কৌহনা নিংথৌনা য়াইশ্না হাপখি। মেঞ্জর, তুলীহন মেঞ্জর অমম্মুং অহল্লুপ লাকপা ফম ওইখি। ইং ১৮৭২ দা মৈতৈ লান্মী লুচিংহনা মহাক্না লুসৈ লাম্নাখি, খুঙ্গং কয়া লোই চনখি। হুজীক কাওবদা "চিবি" কৌবা থুমখোং মনাক্তা মহুগী নীংশিংনবা ওইনা নুংদা লাইরিক ইহনা লৈরি। মহুগী ফোটো অহু শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী খুত্তা লৈ। মহুদা তুলীহন মেঞ্জর অসিগা, কাংঙবা থাঙ্গাল লাইফম লাকপা অমম্মুং বামন থুমজাউ পুরেন গোকুল শর্ম্মাগা অহুম অসিগী মিং হন্দুনা ইরি। খৃঃ ১৮৭৭ তা নুংদা হকপা লাই ১০৮ না লৈতেংবা চেক্কী মন্দীর দলান অমা কৎখি। খৃঃ ১৮৮৯ গী কালেনগী নিনি পানবদা নোংগাখি। মেঞ্জর অসিবু সৌগাইজাম্বা বলরাম নম্ভ্রগা বলাই হায়না খঙ্নৈ। নরসিংহ মহারাজগী মজাইবেম্মা 'চোনুসনা' পান্নহনা নিপা মরি পোকখি। বংশাবলীদি—




মেঞ্জর অসিনা 'রতিভোগ পূর্ব্ববাগ অমম্মুং কুঞ্জভ্রমন-রস' অনি শকখি।

## ২০। তোঙ্গাউ মাণিক

ওজা অসি খিকম খঙ্খিজে, থঙ্বীবনা মেনশিনবীগনু। ওজা অসিনা শকখিবা রসদি "রূপানুরাগ অমম্মুং বর্ষাঘোষ", রস অনি অনিনি।

## ২১। খোকচাউ কেশো সিংহ

শ্রীখোকচোম পুষ্কর সিংহ এ, পি, এম, এস, ডি, (হিল) মণিপুর ষ্টেট দরবারনা তাকশিরকপা— ওজাগী লৈকমদি য়াইস্কুল মোইরাংখোম মথক স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজগী ময়াম্পুং ইবুংঙো (হৈনৌমখোঙ, তাবা) গী ইংখোল অসিদনি, মকম অসিদা অয়েকপম ওজা লৈবাকমচাগ লৈরম্মী। ওজা অসি ৺বৃন্দাবনচন্দ্রগী খোম্বাংবা ওইরম্মী, লৈবাকনা খৌম্বাংবা হায়নম্ব খঙ্নখি। শাগৈ অসি লাংথবান ফুরাগখোঙ্ তাবা কাঙ্বুনি। চিরাংপাৎতা হজীক পিবা লৈ। ওজাগী থারাদি মচানিপা মরি পোকই, অহল অহুগী থারা লৈতে। অরেম্বা অহনগী মিং অমম্পুং মখোয়গী থারাদি—




ওজা কেশোনা 'কারণ-মান' অমদি 'গোদোহন' রস অনি শকখি।

## ২২। খোকচোম মরৈবা

'খোকচোম শাগৈদি পুরণা ইশৈদা য়ামমক মিংচৎ লৈরকই। অমুবু ওজাগী মীখুন মিংদা য়ানা খোকখি। অমঙ্বা মৈনাশিনবীরসঙ্গু। ওজানা খোংখোম্বা মরৈবা ঙাক্কনা 'গোদোহন' রস শকখি।

## ২৩। নিংথৌজাম্বা শেন্নুংবা

ওজাগী মিংদি গোকুল সিংহ কৌই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা শেন্নুংবা ওইখি, মথংদা কুলচন্দ্র মহারাজগী মতমদনা অহল্লুপ লাকপা ওই। মৈবাক্কী অণ্ডবা অমা ওইনা ঈশৈ-নোংমাইদসু পূক্নীং লূপলম্মী। অণ্ডবা অসিনা স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তুনা পুলীস মেম্বর ওইনা ষ্টেট দরবার ফম্বা য়াওখি। থাজ-শেন্নুংখোং হায়না খঙনরিবা খোদংক্তা লোক্তাক্কী ঈশিং চিথনবা মৈরিবা খোং অসি মহাক্না শেন্নুংবা ওইরিঙৈদা তৌরম্বনি। মাগী মমিংদা খোং অতুগী মমিং ওইনা শেন্নুংখোং হায়না খঙনখি। শেন্নুংবা অসিগী লৈক্কমদি নম্বুন মপান এলাংবম লৈকাইদনি। মহাক্না বৃন্দাবনদগী খাতুগী রাধাকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অনিথক পুরক্তুনা শ্রী৺বিজয়গোবিন্দ কৌহনা মন্দির আখড়া চাউনা শেমহনা সেবা চংলম্মী, মহু ওসি কাওবঙসু কায়দনা লৈরি। শেন্নুংবা অসি লাই য়াম্না নীংহৈ. শক চু চঙখোল্লি, অকিবা অমদি হুংশিবনা তিনবা চীং-লেম্বা শকফম্নি। হায়নবা লৈ—শেন্নুংবগী মপু নীংবা, মৈবাক্না খঙবা শগোল অমা লৈরম্মী, মমিং মঙ্গে মরা হায়না খঙলৈ। শগোল অসিবু মহাক্না অম্বুপকী মতিক লুনা তৌই মহুদি, মহাক্না মাবু মনীং তৌনা থাদোক্তুনা থম্মী। মৈবাক্তা কোয়না চায় থাহনা খঙহল্লি—মঙ্গে মরানা কনাগুম্বগী ইংখোল শম্বন শোকহল্লম্লবদি মডোন্দা তাক্লগা ক্ষতিপূরণ পীগনি, শগোলবু মৈবা ফুবদি তৌবীগনু হায়না। অম্বম্না মহাক্না মপুগী অমাঙবা তত্তনা শিংবা তাখি। হায়রিবসি মহাক্না অহল্লুপ লাকপা ওইরবা মতমদা উনহৌবা মীগী মচীন্দগী তাবনি। অহল্লুপ-লাকপনা লোয়শঙ কাবনচিংবদা মঙ্গে মরা অসি তোংলগা চংল্লি, য়োরগনু পুন্দুনা থমদে অহুম্মক থাদোকই। মাগী মপু মৈরিবমথৈ মক্কম অহু থক থাদোক্তে। করিগুম্বদা লোযশঙ য়োরগা ভাসিদি মঙ্গে মরা নঙ য়ুমদা হনখরো হায়রবসু মথন্তা অহুম্মক য়োনবা চংখি।

কুম অমা অশীং-অরানখাদা অহল্লুপ-লাকপগী ইনা কুপ্না অচৌবা মাগুব অহু মৈ চাকখি। (হায়নবা লৈ মহু শবোক মপানগী মৈপল অহু য়োনা চাউরম্মী।) মহুগী মৈরিনা নম্বুল তুরেল লান্দুনা রাংমগী যুম চাকখি। অম্বম্না মথং মথং মৈ অহুনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুরেলসু লানখিহনা নোংমাইজীং চীংখোঙ য়ৌখি, মদুবু মীনা "কোয়েৎ কৗশাং মৈচাক" হায়না শোন্নখি। অউবা মীনা ভক্না শোন্নখি—লাইনা থাবা মৈনি।

অহল্লুপ-লাকপনা মচানিপা অহুম পোকই—কুলচন্দ্র সিংহ থাবম লাকপা, ইবোতোন অমসুং ইবোতোম্বী। ইবোতোম্বীনা শ্রীনিংথৌজম নবকুমার সিংহ এড ভোকেট পোকই। নম্বুল মপান্দা লাকপমগী কোল্লুপ হায়রগা মখোয়বু খঙনরি। দুর্ল্লভি অমসুং নায়িকা প্রেমবৈচিত্ত্য অণ্ডবা অসিনা শকখি।

## ২৪। নোংথোম্বা মরৈ

ওজাগী থাম্না মৈহক্তে তাবদা হুংজাইতবা পোকই। নিঙোলগী মচা-মপুদি লৈরি হায়। কাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাইদা লৈবা ওজা নোংথোম্বম রেমোবীনা (তাং ৮।৬।৭৪ ইংগী অসুক) তাকপি—ওজা মরৈবু পোকপা হুমজাইরা ওজা

হেমোবীগী পিতামহ কৈজাউশা, পোকমিয়ে। কৈজাউনা চাউবা, চাউবনা হেমোবী পোকই। যুমজাউ, কৈজাউবু পোকপগী মিংদি থঙ্ ত্রে। ওজা মরৈ য়াইখুলদা লৈরম্মী। নিপা থাম্না অয়ত্তা লৈতবদগী মথং মথং নূপী ২/৩ থিবা তাখি। অছুমত্তদা নিপা থায়াদি কাখিদে। ওজা অসি স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাজুকী অকাওবা ঈশৈগী ওজানি। শ্রীগোবিন্দ পালা লোয়শঙ্গী পালাহনগী ঈশৈ হল্লম্মী। বৃন্দাবন ভঙ্গী থুরুম্বা ভঙ্গী শেয়দা ওজা মরৈশু য়াওখি। গুরু নিত্যানন্দ ওজা মরৈগী লুনা তিম্নবা মরূপনি। ভুঙ্গী শেম্মিন্নখিবনা সনা চন্দ্রহাস, বামন থৌরাগী শাবী অমি অসিগনি। ওজা মরৈনা মশূনিপা ওজা হেমোবী অসিবু মহাশক্তা পীকলিঙৈদগী হোনা জগোই ঈশৈ তম্বীরকখি। জগোই শাবী লোয়শঙ্ কাহন্দুনা থৌরাগী মুখরাগা লাম্বা ওইনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌবা য়াওহনবীরকখি। ওজাগী অরুবা থুংলাই কয়া লৈরি হায়রবা ওজা হেমোবীনা তাকপিরকই। অকারণ-মাম অমস্তুং গোদহন রস অমি অসি ওজানা শকথিবনি।

মথক্কী অসি নত্তবা ওজা নোংথোম্বা মরৈগী অতোপ্পা পরিচয় অমনা—শ্রীযোগেন্দ্র সিংহ মনোহরশাস্ত্রি ওজানা তাকপিবদি, ওজা মরৈ শ্রীনিত্যানন্দ-পালাগী ঈশৈহনবনি। গৌরলীলা অসি ওজানা হোদোকপিরম্বা ওইনা তৌই, লৈবাক ফাওনা মমিং চংখি। ওজা অসি তাস শান্নবা য়াম্না পাম্নম্মী অছুনা ফম্মনবদগী ভুংশংগী অনাবা অমা কয়া পোক্লকখি। লায়না অসিগীদমক্তা ওজানা চংশা, ফম্বা মতম পুম্নমক্তা অঙকপা স্বরগী সাধন মথল অমা তৌখি অমস্তুং মতুগী মপাম্না অনাবদু কোকহনখি। সাধন অছুমক্তি—লয়াই লেম্ফ্গা গুহ্য গা (শোচ-থাঙ) অনিমক্কী মরুওইবা ভুংগী শক্তি অমি অছু থোযদো মপাদা 'ঈক্' লাউনা থিংবা স্বর অমনা হেক হেক থেংনহনবনি। অসিগুম্বা ঈক্ লাউনা থিংবা স্বর অসি মকুনা থোংবগী থোঞ্জেল মথল অমগুম্মী। গুরু খন্দুনা তম্বমক নত্রবদি তাক্তুনা, ইছুনা থঙ্হনবা লুনা থোকই। যুমদা লৈরিবৈদা, অতৈ মতমদা তাবদি ওজাগী থোঞ্জেন ইশি-শিবগুম তৌই অছুগা ঈশৈ শকপা মতমদদি ওমথংলকপা কৈথেনগী মীনিন ফাওবা মমহংপা ওম্মী। মতৌ অসিবু লৈবাক্তা ঙক্না শোটে।

ওজানা মচা বাবু পোকই, মহাকম্মু নীংথিনা গৌবলীলা তম্বীখি। বাবুনা ইবোহল, ইবোহলনা শ্রীইবোপিশক সিংহ পোকই। মচীমনাউ অহুম পোকমিন্নবদা ওজা মরৈনা অহননি। চাউবা, তহুজাউ অমিনা মনাউনি চাউববু মীনা পোয়োঙ্ চাউবা হায়না থঙ্ নৈ। চাউবনা য়াম্না শাওই, ঈশৈশু য়াম্না হৈ অছুগা তহুজাউনা লাইরিক য়াম্না হৈ পণ্ডিতকী লক্ষণ চেন্নি। খাই নাগ তুরেন মপান, লাই ঈশৈং চাইবগী লৈকাইদা ওজাগী যুক্ষমনি। ছজীকমক্তি ওজাগী থারানা নিত্যানন্দ লৈরক্তা লৈব্রে। ওজা মরৈগী অকোনবা পরিচয় অসি ওজা শ্রীনো মাইথেব তোম্ব অমস্তুং নোংমৈবুংগী থৌনাউজম ওজা কৃষ্ণকিশোরনসু সমর্থন তৌই।

## ২৫। মজাইবুংঙো শগোলহন্জবা

মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্ত্তিগী মজাইবুংঙোনি, সুরচন্দ্র মহারাজগীসু পোকমিনবা (মা তিনবা) মনাউ ইবুংঙোনি। মিতৈ শাকাসনা কৌই, শগোলহন্জবা ওইখি

শগোল হঞ্জবা শগোল কাঙ্‌জৈ য়াম্না হৈ, হৈ-শিংই, শূরচন্দ্র মহারাজনা য়াম্না থাজনা লুনা তৌজবা মনাউ ইবুংঙোনি। শগোলহঞ্জবা অসিগী ময়াম্বুং টিকেন্দ্রজিৎকা (মতম অহুদা কত্থান ওইবা) মহুংদা লুংঙাইনরক্তবদগী মমৈদা ময়াম্বুং শূরচন্দ্র মহারাজগী নিংখৌ খুবম মাঙ্‌নবা ওইখি। ইং ১৮৯০ সাংবন থা ৯ নি পানবা লৈপাকলোকপা হুমিত্তা ময়াম্বুং শূরচন্দ্র মহারাজনা মণিপুর থাদোকখিবদা মনাউ ইবুংঙো শগোল হঞ্জবসু ময়াম্বুংগী সনা থৌগল্দা অহুম্মক কলিকত্তাদা মতম খরা লৈখি। মহারাজনা কলিকত্তাদা লোংগাপ্রবদা মনাউ ইবুংঙো অসি শ্রীবৃন্দাবন্দা বাস তৌহুনা লৈখি। শগোল হঞ্জবনা শকখিবা রসদি 'আক্ষেপানুরাগ' নি, শামু হঞ্জবগা শকমিন্নখি। (পণ্ডিত শ্রীখেলচন্দ্রনা তাকপিবা)।

## ২৬। মবাই ইবুংঙো পূথ্রম্বা

অঙবা মিংদি চৌংঙাথম মিমি কৌই। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মচেম সীজ লৌবা মবাই ইবুংঙোনি। মচেম সীজ অসিনা মতম খব যুবরাজ ওইরম্বনা চৌংঙাথমদা ওঙ্‌প্রবদা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র শক: ১৭৭২ হিয়াঙ্গৈগী ৯নি পানবা শগোলশেল হুমিত্তা থিন্থহুনা মচেম সীজনা সেবা চৎখি। মবাই ইবুংঙো অসি অহানবদা শেলুংবা ওইরম্মী। শেলুংবা ওইরিঙৈদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী অভিষেক-কীদমক শুগলুদা ঈরানবা চৎলুই। মবাই ইবুংঙো অসি মশা নানবা, কেবা-মৌবা হৈবা, তৌবা ঙম্বা, মতিক মগুণ চাউবা মীওই অমা ওইরম্মী। হায়নবা লৈ, নোংমা শগোল কাঙ্‌জৈ য়াওবা লাকপদা মবাই ইবুংঙো অসিনা য়েৎলকখিবা কোয়েৎ মওঙ্‌ অহু উবদা ফজমনবদগী মহুগী নমুনাদা পালাগী কোয়েৎ য়েৎপা হৌরকখি—মহুনা হুজীকী নটকী কোয়েৎ মওঙ্‌ অসিদা তোনাম্বম ওঙ্গা চাউবনা মথাঙ্‌ শেমদোরকখি। মবাই ইবুংঙো অসিগা মচেম সীজগসু চন্দ্রকীর্ত্তিবু মমাইবেম্মা মহারাণীনা ময়াং লৈবাক্তা পুহুনা চেনবদা য়াওরুবদগী মচেম সীজদি মহারাজগী ভুংদা কোম্না মণিপুরদা লাকখিবগী রা কুম্বাবদা ইরিবনা মচেম সীজ অসি চন্দ্রকীর্ত্তিনা অঙাং ওইরিঙৈদা চৌংঙাথমদা ওঙ্‌খি হায়বা থঙ্‌বা ঙম্মী। বৃন্দাবনচন্দ্র থিন্থখিবদি নিংথৌ খুবম চেৎলবা মতমদা মচেম সীজনা যুবরাজ ওইববদনি। পূথ্রম্বগী ধারাদি—

মবাই ইবুংঙো পূথ্রম্বা (চন্দ্রকীর্ত্তিগী মচেম সীজ লৌবা)
|
নোংথোম্বা
|
শ্যামাসখী (চূড়াচাঁদ মহারাজগী রাণী)
|
- ৺বোধচন্দ্র মহারাজ
- প্রিয়ব্রত
- খেদাসনা

বাল্য-মিলন, কুরুক্ষেত্র মিলন অমসুং বিপরীত সম্ভোগ রস অহুম অসি মবাই ইবুংঙোনা শকখি। রস মথল অহুম শকখিবসি পূথ্রম্বা অসিত্তনি।

## ২৭ ময়াম্বুং বড়সেনাপতি

অশেংবা মিংদি ধর্ম্মসেতু কোইহ—চৌরজিৎ মহারাজনা পোকপদা থাবগী অহলনি। মমা-ইবেম্মদি সলাম চনুনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ময়াম্বুং ইবুংঙো অসিবু য়ৌনা থাজ্রে। মরম অতুনা মহারাজনা জীলা-দরবার লেঙ্ ত্রিবৈদা অঙাং ওইরিবা মজাইবুংঙো যুবরাজগা লোয়নন ময়াম্বুং অসিদা লৈবাক-রায়েন থোদা পুন্নমক শিন্নরম্বা ওমখি। হায়নবা লৈ, মহারাজনা সেনাপতিবু অসুক থাজখিবসি সেনাপতিগী ওইজবা থাদোকপগী অরংবা থূদম কয়ামক্রম হান্নদগী খঙ্ বা লৈখিবদগীনি। সেনাপতিগী ধারাবু হুজীক ফাওবদা সেনাপতিময়ুম হায়না খঙ্ নরি। বংশাবলীদি—




অসুম্না গুরু-পরম্পরা ওইনা চেল্লকপা ধর্ম্ম অমদি কলাগী ঈচেলদা ইরোয়ননা লাকখি স্বর্গীয় সূর্য্যবর সনা অমসুং মজাইবুংঙো অনি প্রিয়গোপাল অমদি দানিসনা। প্রিয়গোপাল সিংহ হুজীক জওহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমিগী প্রিন্সী-পাললনি, সমুদ্র রাংমদা মৈতৈ মচানা অহানবা ওইনা মৈতৈ জগোই উৎলুবা মীশক অমসুনি। দানিনা হুজীক দিল্লীগী ত্রিবেণী-কলা-সঙ্গমগী অচৌবা আর্টিষ্ট অমনি।

ময়াম্বুং বড়সেনাপতিনা শকথিবা রসশিংদি—গোচারণ অমদি ভবন-বিরহ অনি অসিনি।

## ২৮। মাইবম কৈকা সিংহ

ঙসি কাওবদা পুং ঈশৈ তৌবা কাঙ্ বুনা ওজা অসিবু পোরোম্পাৎ ওজাহন হায়না খঙ্ নরি। পোরোম্পাৎ ওজা জামনা কৈকাগী সেবক ওজা হুইড্রোম ঝুলন মচানি।

ওজা কৈফা ঈশৈ মথল শুনা হৈখি—ক্লাসিকেলগীসু ওস্তাদ অমনি। মহারাজনা ওজাবু মীরৈমাক্তা থাহনা তমহনখি। মনা কোন্থংগী জগোইশাবী-লোয়শঙ্গীসু (চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা লিংখৎপা) ওজা পুরেননি। অসিগুম্বা মতিক চাবা ওজাগী খুৎশেম ওইবনা লোয়শঙ্ অসিগী ঈশৈ পুন্নমক য়েনা পামনৈ, ফজে। নিপামচাশিংবু তম্বীরগা মশম শাংনা থাকহন্দুনা নূপী ফিজেৎতা কোক্তা খাপা থিন্দুনা থাইগী ফিজেৎ শেৎহল্লগা ঝুলন অমদি দুর্গা পূজাদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌহনবা মতম অতুদগী চৎনরকখি। স্বর্গীয় গুরু মাইস্নাম অমুবী পদ্মশ্রীনা শীজিন্নবিরম্বা ঈশৈশিংদা জগোইশাবী লোইশঙ্গী পোথোক য়াম্না য়াওরম্মী। ওজা মশামকসু লোইশঙ্ অসিদা তম্লকখি। ওজা কৈফানা লৌরুংপুরেন ময়ূমগী নবীন মঞ্জরী সনা পামহনা মচানিগ্রা অহুম পোকই—ইবোহল, ইবোয়াইমা (কালা) অমসুং ইবোতোন। অহল ইবোহলসিংহ মনোহরশাক্রিগী অকাওবা গায়ক অমনি, পাঞ্জীগী থবকসু তৌই। ওজা কৈফা মতম শাংনা পুন্সীরম্মী। গোবিন্দগী গোষ্ঠ-লীলাগী ওজা পুরেননি। ওজানা নারদনচিংবসু তোয়না শাখি। ইবোতোননা অকাওবা য়ারী লীবা শ্রীসুমঙ্গল সিংহ পোকই। ওজা কৈফা অহানবদা য়াইস্কুল চিংডাখম লৈরক্তা লৈরম্মী, মথংদা চুড়াক লৈরিবা সুমঙ্গলগী ইংখোল অসিদা নিংথৌনা পীহনা লৈতাহনখি। হায়নবা লৈ মহুদি, মায়কৈ অসিদা ঈশৈগী ওজা অমত্তা লৈতবদগী চিংডাখম ওজা মেরীগা, ওজা কৈফাগবু লম অসিদা লৈহনখিবনি। স্যার চূড়াচাঁদগী হাক্তক্তা মতম অমদা বেঙ্গলদা ঈশৈগী চাউরবা কনফরেন্স অমা ফমখি। মহুদা ওজা কৈফাগা, অজা রেবতী ঠাকুরগসু য়াওরুবদা ওজানা রাজমেলগী ছন্দদা "শ্যামে পূরে তমাল গাছে কাঞ্চন লতিকে বেড়িয়াছে" অসি শকপদা বাঙ্গালী ওস্তাদনচিংবা অমত্তনা পুং য়ৈবা ঙমদবদগী রেবতীনা লায়না য়ৈখি। সনাগী মেডল কংখি। কনফরেন্স অসি কলিকতাগী ষ্টার-থিয়েটার হোলদা তৌখিবনি হায়না ওজা কুঞ্জনা থায়না তাহোই হায়না তম্মী। মথাদা বংশাবলী উৎলি—




ওজানা সম্ভোগাঙ্ক অমসুং সুতল রস অনি শকখি।

## ২৯। মাইব্যা অঙাংজাউ

মথক্তী বংশাবলী য়েংবীয়ু। লোচননা আশেম চহু পান্নহনা পোকপনি। অঙাংজাউনা অজোসিংহ পোকই। অজোনা কর্ত্তাগী সনা অমা পান্নহনা ইবোহলসিংহ (ফুরিৎ তুবা) পোকই, য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইনি।

রারী লীবা শ্রীসুমঙ্গল সিংহনা তাকপি (লাইরিক য়েংহনা) মহুদি, শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজনা ওজা লোচন অসিবু থোগনাউজম ওইবহ্ন হুংঙাইতে, মাইবম, থোগনাউজম অনিমক পেন অমত্তগী মচানি, মাইব্যা হায়বনা পাম্মী হায়রুনা সনা হাক্তক অসিদগী মাইবম ওইনা চৎনবা হৌথি। অহানবা হৌকমদি লোকপচীং তাবনি (২।৮।৭৪)। মাইমম মেরা হায়বা রস শকপা য়াওখিবা ওজা অমগী পরিচয়দি রারী লীবনা পীবা ঙমখিদে।

থৌনাউজমগা ওজা সুরমঙ্গলখোয়গা অহল্লম্মন হাক্তক্তা শাগে অমত্তা ওইনা য়ুম্মাংনরম্বগী রাকম অসি অফাওবা ওজা নন্দশাবা শ্রীথৌনাউজম কুঞ্জকিশোর সিংহনসু তাকপি। শাগে অনি অসিগী পুরোহিতসু অমত্তনি হায়। থৌনাউজমগী পিবা পূন্না ২৬ শুই, চাউমনবদগী থাইদোক্নখিবনি, অথোকপম শাগেসু থৌনাউজমদগী থাইখিবনি হায়না ওজা অসিনা তাকপি, থৌনাউজমনা অহানবা শাগেনি। ওজা অসিনা 'নায়ক প্রেমবৈচিত্ত্য অমসুং জলকেলি' রস অনি অসি শকখি।

## ৩০। মাইব্যা মেরা

লোরেম্বম ওঙ্‌বী অবোক ইবেম্মা শ্রীমতী ইবেমহন দেবী চহি ৯৭ শুরবীনা তাকপি—ওজা মেরাসু মাইবম কৈফাখোয়গী মচীন্মনাউশিংনি। মমা তিম্নবা তিম্নদবগী মরমদি খঙ্‌দে।

ওজানা শকখিবদি "মুরলিমান-রস অমসুং কৌতুক ভোজন রস" অনি অসিনি।

## ৩১। মাইব্যা লুরাংবা

ওজা অসি অফাওবা ওজা কৈফাগা পোকমিন্নবা ময়াম্বা অহননি, পিবানি। ওজাশিং অসিবু পোকপনা মাইবম লোচনসিংহনি। লোচননা লৈমপোকপম চহু সৌদামিনীগা আশেম চহু মণ্ডলেশ্বরীগা অনি পান্নহুনা সৌদামীনীনা লুরাংবা কৈফা পোকই। আশেম চহুনা ডিম্বাধর ওরফে অঙাংজাউবা, শামু অমসুং থম্বো অহুম পোকই। লুরাংবগী কুঠিগী মিংদি তোলেন্দ্র সিংহ কোই, মহাক্না নরসিংহ মহারাজগী মজাইবেম্মা নেত্রাবলী ওরফে চূঙ্গোয়সনা পান্নহুনা শীতলসিংহ ওরফে ইবোহন, ইবুংঙোয়াইমা, তোমচৌ অমসুং তম্ফা মরি পোক্লম্মী। শীতলসিংহনা চিংঙাথম লৈরক্তা লৈবা স্বর্গীয় মাইবম রজনীবাবু পোক্লম্মী। রজনীবাবুগী মচাশিং হরিচরণ, রামচরণ, কৃষ্ণচরণ অফাওবা ঙাকনি। ইবুংঙোয়াইমনা মাইবম চন্দ্রহাস (ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস) অমসুং ইমোসিংহ পোকই। চিংঙাথম লৈরক্তা ওজাগী ইংখোলনি। ওজানা শক্লম্বদি—অভিসারোৎকণ্ঠা অমসুং রসালস রস অনি অসিনি।

## ৩২। য়াম্বেম্বা পাঙনদোন

য়াম্বেম শাগে মরক্তা ফনা য়ায়া রানা থিজরুই, লাইবক থীবনা ফংখিদে। হংবা রাৎপননি থল্লি। অথঙ্‌বনা পুথোকপিরকনি। ওজানা মখাগী রসশিং অসি শকখি মহুদি—'অকস্মাৎ-চুম্বন' অমদি 'ধূর্ত্তনিদ্রা।'

## ৩৩। লাইশ্রবা অঙাতোন

ওজা অসিবু পোকপদি অফাওবা ওজা লাইশ্রবা কোকিলা (কুকিলা) নি। ওজা কুকিলা বংদেশ পালাগী ঈশৈহনবনি। কুকিলানা মচানিপা ৫/৬ পোকখি। অসিগী মহুংদা লৈবাক্লা থঙ্নবদি ঈশৈ তৌবদা ওজা শাংবা (অরিবা তৌরম্মী) অমস্থুং মনাউনিপা অঙাতোন অনি অসিনি। ওজা অঙাতোনদি নট ঈশৈ তৌরম্মী, লীলানচিংবস্থু তম্বীরম্মী। ওজাগী পরিচয় অসি ওজা পণ্ডিত অচৌবা খুমল্লখম য়াইমা সিংহনা তাকপিবনি। ওজা পণ্ডিতকী ইমা মরীগী ইপু থোকই হায়বদি ইমা পোকপা ইপু অতুগা ওজা অঙাতোনগা মচীম্মনাউনি। ওজাগী ইমা পোকপা ইপুবোক অতুগী মিংনা তোনা কৌই হায়—মাদি ঈশৈ তৌদে। রাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদা ওজা অঙাতোনখোয়গী যুম্ফম লৈ। ওজা অসিনা "মানান্ত মিলন অমদি প্রহেলিকা-রস" অনি শকখি।

ওজা শাংবগী ধারাদি হুজীক আসামগী গোলাঘাটতা লোইনা লৈব্রে। কুকিলাগী মচানিপা তোনাগী মচানিপা থম্বৌ-না ( চূড়াচাঁদ মহারাজগী তুরুক সওয়ারীদা অওয়ান্দার ওইখিবা ) অফাওবী কলাকার খোংজোম মুবীবু ( নম্বুল মপাল হুইক্রোম লৈকাই ) লৌরম্মী।

ওজা থৌনাউজম কুঞ্জকিশোর (নন্দশাবনা) তাকপিবদি রাংখৈলৈকাইদা অফাওবা ওজা লাইশ্রম কদমমপাল ওরফে অঙাতোন কৌবা অমস্থু লৈরম্মী। কুকিলাগা করি থোক্লবা থঙ্ব্রে। অতুমদি ওইরগা লৈবাক্লা ওজা হায়না থঙ্নখিবা লাইশ্রম অঙাতোনদি ককুরা মপান্দা লৈরম্মী। ওজা কুঞ্জনা চহি ১৯/২০ শুরকপা মতমদা গৌরলীলাদা থেংনম্লিবদা ওজা অঙাতোন অসিগী চহি ৭৪/৭৫ শুরবা মতম ওইখি। হুজীক ওজা কুঞ্জগী চহি ৮৫ ( ১৯৭৪ ইংদা) শুরে। মরম অতুনা ১৯৭৪ ফাওবদগি ওজা অসি চহি ১৩০ শুবা তারে। রস ফাংনখিবনা চাউরাক্লা চহি ৮৮ লোম শুখ্রবনা মতম অতুদা ওজাগী চহি ৪০ রোমদি শুরম্বা য়াবা লৈবনা হায়রিবসি ওজা অসিমক ওইরমগত্রা চিংনৈ। অহানবগী অঙাতোন অসিদি মাবু পোকপা ওজা কুকিলামক্লা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা থুয়োনথেম্বনা 'তাশিকোন' রাগ শকপদা লাল্লি হায়রুবদগী মশানদি শকুনা উৎপা ঙমখিদে হায়তুনা থুয়োন থেম্বনা চুমখিবগী রা কুম্বাবা লাঃ ৪৪৯ ( শকঃ ১৮০২ পোইহুগী ২৫ নি পানা নিংথৌকাবা ) ইরিবনা, অমস্থুং কুকিলানা অফাওবা তুহার অমস্থু ওইবনা অমস্থুং অয়েকপম ওজানস্থু রস শকপদা য়াওখিবনা, মচামক্লদি মরক অতুদা য়াওরুবা অতু থাজবা রাংলি। পণ্ডিত চন্দ্রসিংনস্থু অঙাতোন্দি কুইখিদরি তাকপি। অতুনা ওজা অসি কুকিলাগী মিং অমস্থু ওইফম থোক্তবনা ওজা নন্দশাবনা তাকপিবা অসিনা চুমগনি খল্লি।

ওজা অসিনা 'মানান্তমিলন অমস্থুং প্রহেলিকা-রস অনি অসি শকখি।

## ৩৪। রাংখৈ মেলৈ

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তকী অফাওবা ঈশৈগী ওজাসি। পরম্পরা ঈশৈ তৌরকপা বংশদা পোকপনি। ওজা অসি স্যার চূড়াচাঁদ মহারাজনা পানবা হৌবা

মতম অতুরাই ফাওবা পুন্সীরম্মী। শ্রী৺গোবিন্দজীগী রাস তম্মীবা য়াওখি। বৃন্দাবন অমসুং খুরুম্বা পরেং শেমখিবদা ওজাসু য়াওই হায়নবা লৈ। "ধন মোর নিত্যানন্দ" ওজানা ছঞ্জ পাল্লম্মী। অফাওবা ওজা নোংমাইথেম চাইগোয়সিংহ ওজাগী অথল্লবা লুনা তৌজবা সেবকনি। সুংশিপ্রবা য়ারী অমা লৈ মতুদি—ওজা চাইগোয়না নোংমাইজীংদগী উ রা য়ান্দুনা মথন্তনা নিতিগী হোল্লকুনা মচাক পৈশিল্লগা যুমজাউ অমা শাদুনা ওজা মেলৈদা কংখি। যুম অতুগী শঙ্গাবা সুমিত্তা তিল্লখিবা অফাওবা ওজাশিং পুম্নমক্তা পেল্লবা ওজানা সেবকপু উত্তুনা, ময়ামদা খঙহনখি। অচেংপা গুরু-ভক্তি উবদা ওজা পুম্নমক চঙতুনা বর পীরম্বদগী ওজা চাইগোয় মৈতৈ-ময়াং ফাওনা মিং চংখি। ওজা মেলৈগী বংশলতাদি—শ্রীনিত্যাইসিংহনা তাকপিরকপা মতুংইন্না—




লৈবাক কায়বা মতমদা বেনিন্দ্রামনা চহি অহুম মণিপুরগী লৈপাক ভাকপা ওইনা পানখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লেঙলক্লবদা নিংথৌ খুবম পামহুনা তৌবা নত্তে, হায়রুনা কথোকলবদা পেল্লবা নিংথৌনা মনা-মথুম চাউনা পীতুনা মতিক চাবা সন্মান উৎপিখি।

মুতুম খুলনগী বিজয় পঞ্চালী লামায় ৯৫—৯৬ তদি য়াংথৈ নিংথৌ অসিগী মরমদা খেন্নরপ তৌনা ইরি। মহাকথক্তা ঈশিং য়াম্না চাউখি, মদুবু "য়াংথৈ হাক্কী ঈশিং" হায়না খঙনখি। মহাক্না কবোগী মথাদা পানখিরম্মী।

ওজা অসিনা গোষ্ঠমিলন অমসুং বক্ষবিলাস রস অনি শকখি।

## ৩৫। শূরচন্দ্র সিংহ

চন্দ্রকীর্ত্তিগী মহারাজগী মজাইবুংঙো অহননি, যুবরাজনি। চন্দ্রকীর্ত্তি নোংগাঙ্গবদা (খৃঃ ১৮৮৬—৯০) দা নিংথৌ ওইখি। শূরচন্দ্র খৃঃ ১৮৫১ দা পোকই, মমাইবেম্মদি অঙোম চহুনি, লোকেশ্বরী মহারাণীনি। লাইরিক-লাইত য়াম্না মৈনবা, সংস্কৃত

হৈবা, ধর্ম্মদা হেন্না পুক্নীংলুপ্পা নিংথৌ অমা ওইখি। খৃঃ ১৮৯০ দা নিংথৌ থুবম থাদোকখি অহুগা থংনবা চহিদা কলিকতাদা লোংগাখি। যুবরাজনা "কালিদমন" অমস্যুং মনাউইবুংঙো কুলচন্দ্র রাংথৈরাকপগা লোয়ননা 'মাথুর ভাবি-রস'-স্যু শকমিন্নখি।

## ৩৬। শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ

শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মজাইবুংঙো শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহনা পোকপনি। "রস হুম্ফ্ মরি" নিংথৌ অসিনা পুনশিনবীরম্মী। অম্মুন্না নোংমগী রস ২/২ শকহন্দুনা হুমিৎ ৩২ নি ফাংনহনখি। থৌরাঙ্ চাউমনবনা মতুংদা মদুবু অমুক হনবা ঙমখিদে। নিংথৌ মশামক অঙাং ওইরিঙৈদা ময়াং লৈবাক্তা লৈরুবনা বাঙ্গলা লোন নীংথিনা হৈখি, ঈশৈশস্যু য়াম্না পান্নম্মী। সনা হাক্তক অসিদা নিত্যরাস পুথোকখি। থুরুম্বা ভঙ্গী পরেংগা বৃন্দাবন ভঙ্গী পরেংগস্যু সনা হাক্তক অসিদা শেমখিবনি। জগোইগী গোপী পোৎলোইদা কোক্তা ঝাঁপা হাপখিবস্যু সনা হাক্তকীনি। অম্মুন্না মৈতৈ-লৈবাকী পুং-ঈশৈ-জগোইদা লনগৈ চোলহনবীরম্বা অমদি য়ায়েন-থৌদাদা চঙ্খোনবদগী প্রজানা "ঈশ্বর-মহারাজ" অম্মুন্না কৌনরকখি। নিংথৌ অসিগী ফম্বান মিংলেনদি 'নাউজৌংলেন নোংদ্রেন খোম্বা' কৌই। অঙাং ওইনা সিংহাসন কাখিবদগী 'নাউজৌংলেন' হায়বা মিংথোল অসি খুমুজাম্বা পণ্ডিতনা কৎখিবনি। শকাব্দ ১৮০৮ কালেনগী ১৭ নি পানবা শগোলশেল হুমিত্তা নোংগাখি। (জিলাদরবার লেঙ্লমদাই—শ্রীখেলচন্দ্রসিংহনা সম্পাদন তৌবা। সাহিত্য পরিষদনা ফোঙ্বা অরিবা মণিপুরী য়ারেং লাইরিক্তা য়াওবা)

শ্রীযুৎনা নৌকাখণ্ডরস অমস্যুং ভবন্‌বিরহ অনি শকপিখি।

---

# বাঙ্গলা-পদসূচী

বাঙ্গলা পদ-সূচী লোইরে

# শ্লোক-সূচী

# মৈতৈলোনগী শৈরেং-সূচী

মৈতৈলোনগী শৈরেং-সূচী লোইরে

# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা | অচুম্বা | লামায় | পরেং |
|---|---|---|---|
| যুএঝি | বুঝিয়ে | ৩ | টীকা |
| রাজাজানি (থুংইদদি অনিমকথেংনৈ) | রাজজনি | ৬ | ১ |
| স্বত্তিকরে | সৃষ্টিকরে | ৬ | ৫ |
| ধাইল | চাহলো | ৭ | ৫ |
| | ( রাধাকৃষ্ণবিলাস ৩৩ ) | | |
| স্নুনি | শুনি | ১৭ | ৫ |
| বুত্তা | বুত্তা | ৩৩ | ৮ |
| আভরণ | আভরণ | ৩৮ | ১ |
| ইহ | ইহা | ৪৫ | ৫ |
| জস্তুণং | জন্তুগং | ৫৭ | টীকা |
| পরম্পাস্থ্য | পরম্পরস্থ্য | ৬৭ | টীকা |
| বদবধি | যদবধি | ৮৪ | ৯ |
| উট | উঠ | ৯৪ | ৯ |
| সখীমুখমান | অভিসারোৎকণ্ঠা | ২১৬ | ১ |
| বত্মরোধ | বর্ত্মরোধ | ২৭১ | ১ |
| নাধবো | সাধবো | ২৭৭ | ১ |
| খষি | খসি | ২৯১ | ১ |
| শখি | সখি | ৩৪৬ | ৩ |
| বিবারিলাম | বিচারিলাম | ৩৯৭ | ৩ |
| খির | খির | ৪১৫ | ৩ |
| কাঞ্জরে | কাঁজরে | ৪৯৯ | ১৭ |
| | ( অর্থ—থম্মোই ঐগী শেগায়হনা ) | | |

## শ্লোক চুমথোকপা

ত্বং স্বামিনী প্রলপতিয়মিমাং গদেন
হীনাং করোমি কলয়াত্র নিরেহিনেতঃ।
ইত্যুক্তি সীধুরসতর্পিত হৃত্তদৈব
নিষ্ক্রম্য জালবিততৌ বিদধানিনেত্রে ॥৫৯

সঙ্কল্প কল্পদ্রুমঃ
লামায় ৩৪২—

### অর্থ

হায়রক্কনি কৃষ্ণনা অসুম্না য়েংউ অহূম তুমিন্না চোইরোন লোনবী নবেম্মা লায়কোকহনগে খূদক্কা অমৃত খীকপা থম্মোইন্নং তা-জ-ব-দা ময়াথং য়েংজগনি লোম্না ঐনা উরীগী লাং মরক্কা ॥

# চিঙ্খৎহৌবা

অভিসারোৎকণ্ঠা লামায় ২১৮ ঈশৈ নং ৭কী ভাবার্থ—

ঈশৈ অসিগী ভাব য়সনা অয়াংবা থাক্কী ওইবদগী মসিবু গোবিন্দদাসকী বর্থা অভিসার হায়না মমিং চৎলি। মসিগী ভাবার্থদি—

মম্লবা নোংজু অহিংদা, অনানবা লম্বীদা রাধানা অভিসার তৌরি। জীবগী হৌরকফম অমম্বনি, লোইরকফমসু অমম্বনি, চঙ্লিঙৈ মতমসু অমম্বনি, অমম্বক্তনা জীবগী অকোয়বদা য়োমহুনা লৈ, কনানসু মহুবু অসিনি হায়রুবা ঙমদে। ঈহোক-কাওথোকলুবসু য়াদে। খোঙ্থাং থৃদোং নানথুঙ্ম্লবা ওইবা পুন্সী খোঙ্চৎ অসিবু সুংদা ফুমলগা অমম্বা নোংজু অহিংগী খোঙ্চৎ অমগুম কবিনা বর্ণন তৌরি। রাধাগী শক্তমনা, থুদোংথীবা অহুঙ্ম্বা তাইবঙ্গী অপন-অহুই পুম্নমকপু নমহত্তুনা তাইবঙ্-পানবা মপুগী অকনবা থৃৎচিংদা হৈবুংঙো মাত্তবু তমনা চেকশিঙ্গবা অথোইবা ভক্ত থম্মোই অদুবু তাকলি। অদুবু তরাইবদি নত্তে, পুক্নীংনা তাইবঙ্-মপু তমনা চেনশিল্লবা কাওবদা হূ চেল্লবা তাইবঙ্গী অপাম-মিহৌ লাংনা খোঙ্থাং থৃদোং থুরো চেল্লি। মায়া-লাংনা থুবম শোয়রবমক্তদা ঐবু নানথুহল্লিবা অভং-অথম লৈতনা ইথক্তা হৈথরিবা মরী তন্ত্রবা নোংলীগী মশক ওইবা মায়া মরী অদুবু থঙ্না থঙ্নমক ঐনা অথোইবা পাম্বৈনি অস্রম থন্দুনা তুবদগী হোংগৎনবা হোংনৈ। অমরোমদা অমুক মহু কল্লবা কালসর্পগা মান্নরবা সনা-লুপা-মণি মুক্তানচিংবা অথক অরংমথৈবু ইশাগী চৈন্ত ওইনরগা মহুগী মত্তেংতনা ঐনা ভগবানগী লম্বীদা পন্দনা চঙ্শিনবা ঙমগদবগুম থল্লি। অস্রম রাহন্নবতা ওইবা মায়াবু অরাবা কোক্লবা পাম্বৈনি থন্দুনা মহুদা হঞ্জিন হঞ্জিন লৈশিন্দুনতা লৈবা জীবনা মশাগী মশক থঙ্জ-রক্তুনা ভগবানদা লেঙ্ত্রবা পুক্নীং হকচাং হাপচবা ঙম্মক্রবদি অসিগুম্বা লাম্হোক-ঙমত্রবা অমম্বা মরক অসিদসু মশাগী লম্বী তরু তকুনা অহুম্মক উজবা ফংই।

---

# য়েংনখিবা লাইরিকশিং

| | | | | খণ্ড লেবা খুদম |
|---|---|---|---|---|
| ১। | কীর্ত্তন গীতরত্নাবলী | — | কালিদাস নাথনা সম্পাদন তৌবা | কী: গী: র: |
| ২। | কীর্ত্তন পদাবলী | — | সুধীরচন্দ্র রায় ,, ,, | কী: প: |
| ৩। | কীর্ত্তনের গান | — | তিনকড়ি বিশ্বাস ,, ,, | কী: গা: |
| ৪। | কৃষ্ণভাবনামৃত | — | বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লেংবা | |
| ৫। | ক্ষণদা গীত চিন্তামণি | — | ,, ,, | |
| ৬। | গোবিন্দদাস পদাবলী | — | বিমান বিহারী মজুমদারনা সম্পাদন তৌবা | গো:প: |
| ৭। | গোবিন্দলীলামৃত | — | কৃষ্ণদাস কবিরাজনা লেংবা | |
| ৮। | গৌরপদ তরঙ্গিণী | — | মৃণালকান্তি ঘোষনা সম্পাদন তৌবা | গৌ: প: ত: |
| ৯। | চৈতন্য চরিতামৃত | — | কৃষ্ণদাস | চৈ: চ: |
| ১০। | জগদানন্দ পদাবলী | — | ধীরানন্দ ঠাকুরনা সম্পাদন তৌবা | |
| ১ । | পদকল্পতরু | — | সতীশচন্দ্র রায়না সম্পাদন তৌবা | প: ক: |
| ১২। | পদামৃত সমুদ্র | — | রাধামোহন ঠাকুর | প: স: |
| ১৩। | পদামৃত মাধুরি | — | নবদ্বীপচন্দ্র ব্রজবাসী, খগেন্দ্রনাথ মিত্র অনিনা পূনশিনবা | প: মা: |
| ১৪। | প্রভাসখণ্ড | — | শিশুরামদাসনা লেংবা | |
| ১৫। | বাসুঘোষ পদাবলী | — | সন্তোষকুমার কুণ্ডুনা খোমজিনবা | |
| ১৬। | বিদগ্ধমাধব নাটক | — | রূপগোস্বামী | |
| ১৭। | বৃন্দাবন লীলামৃত | — | নন্দকিশোরদাস | বৃ: লী: |
| ১৮। | বৈষ্ণব পদাবলী | — | হরেকৃষ্ণমুখোপধ্যায়না খোমজিনবা | বৈ: প: |
| ১৯। | বৈষ্ণব রস প্রকাশ | — | ডা: ক্ষুদিরামদাসনা লেংবা | |
| ২০। | বৈষ্ণবাচার দর্পণ | — | নবদ্বীপচন্দ্র গোস্বামী | |
| ২১। | ভক্তিরত্নাকর | — | নরহরি চক্রবর্ত্তি | |
| ২২। | ভক্তিরত্নহার | — | রাধানাথ কাবাসী | |
| ২৩। | রসকল্পবল্লী | — | হরেকৃষ্ণ মুখোপাধ্যায়, সুকুমার সেন, প্রফুল্লচন্দ্র পাল না সম্প্যাদন তৌবা | |
| ২৪। | রাধাকৃষ্ণ বিলাস | — | জয়নারায়ণ | |
| ২৫। | রায়শেখর পদাবলী | — | যতীন্দ্রমোহন ভট্টাচার্য্য, দ্বারেশচন্দ্র শর্ম্মাচার্য্য অনিনা খোমজিনবা | |
| ২৬। | ললিতমাধব নাটক | — | রূপগোস্বামী | |
| ২৭। | লীলাগান পদ্ধতি | — | রাখালদাস চক্রবর্ত্তিনা সম্প্যাদন তৌবা | |
| ২৮। | সনাতন গীতা | — | সনাতন গোস্বামী | |
| ২৯। | সংকল্প কল্পদ্রুম | — | বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি | |
| ৩০। | সঙ্গীতমাধব ( খুংই ) | — | প্রবোধানন্দ সরস্বতী | |
| ৩১। | স্তবমালা | — | রূপগোস্বামী | |
| ৩২। | স্তবাবলী | — | রঘুনাথদাস গোস্বামী | |

অমসুং শ্রীশ্রীউজ্জল নীলমণি, গীতগোবিন্দ, গীতরত্নাবলী, বৃহদ্ভক্তি তত্ত্বসার (নিকুঞ্জরহস্য) অসিনচিংবা।

# বাঙ্গলা-পদকর্ত্তাগণ

১। অনন্তদাস
২। উদ্ধবদাস
৩। কবি শেখর
৪। কানু
৫। কিশোরদাস
৬। কৃষ্ণকান্ত
৭। কৃষ্ণদাস
৮। গতিগোবিন্দ
৯। গোপালদাস
১০। গোপাল ভট্ট
১১। গোবিন্দ কবিরাজ
১২। গোবিন্দঘোষ
১৩। ঘনরামদাস
১৪। ঘনশ্যামদাস
১৫। চণ্ডীদাস
১৬। চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজ
১৭। চম্পতিরায়
১৮। চৈতন্যদাস
১৯। জগদানন্দ ঠাকুর
২০। জগন্নাথদাস
২১। জ্ঞানদাস
২২। তর্কসিংহ
২৩। নন্দকিশোর
২৪। নরসিংহ মহারাজ
২৫। নরহরিদাস
২৬। নরোত্তমদাস
২৭। পীতাম্বরদাস
২৮। পুরুষোত্তমদাস
২৯। প্রেমদাস
৩০। প্রেমানন্দ
৩১। বংশীবদন
৩২। বলরামদাস
৩৩। বল্লভদাস
৩৪। বাসুদেবঘোষ
৩৫। বিদ্যাপতি
৩৬। বিনোদ
৩৭। বিশ্বম্ভর
৩৮। বৃন্দাবনদাস
৩৯। বৈষ্ণব (চরণ) দাস
৪০। ভবানন্দরায়
৪১। ভাগ্যচন্দ্রদাস (মহারাজ)
৪২। মাধব ঘোষ
৪৩। মাধব (দাস ?)
৪৪। মুরারিগুপ্ত
৪৫। মোহনদাস
৪৬। যদুনন্দনদাস
৪৭। যদুনাথ দাস
৪৮। রঘুনন্দন দাস
৪৯। রাধাবল্লভদাস
৫০। রাধামোহনদাস
৫১। রামানন্দরায়
৫২। রায়বসন্ত
৫৩। রায় শেখর
৫৪। লোচনদাস
৫৫। শিবরামদাস
৫৬। শিশুরামদাস
৫৭। শেখর দাস
৫৮। সনাতন গোস্বামী
৫৯। সরস্বতী (প্রবোধানন্দ ?)
৬০। সুরদাস
৬১। হরিবল্লভদাস।



## একাদমিনা ফোংলবা লাইরিকশিং

### মাধবী

১৯৩০ দা ফোংখিবা, মৌজিক ফাওবা ইনো লৌনা অপাবশিংনা নিংশিংনরিবা, লৈখিত্রবা ডাঃ লমাবম কমল সিংহনা ইরবা শীতিকাবাগী গুণ খিবিকা লৈতেংলবা মৈতৈলোনগী ইহান হানবা উপন্যাসকী রাজকুমার শ্রীবীরেন্দ্র সিংহনা ইহান হান্না ইংরাজিদা হন্দোকপা লাইরিকনি। ইং ১৯৭৫, লাঃ (১—১২৪)—লুঃ ৫'০০

### মণিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিবা মশক (১৯৭১)

১৯৭১ গী ওক্টোবর তাং ২৪ দগীনা তাং ৩০ ফাওবা জরাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমিনা মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগ, শ্রীগোবিন্দজী পালা লোয়শংগী তেংবাংগা লোয়ননা তুমীৎ ৭ নি চুমা ক্ষমখিবা মণিপুরী জগোইগী সেমিনারদা পুখক্কুকখিবা চেলিং অমসুং নৈনখিবা রাফমশিংবু সেমিনারগী ডাইরেক্তর শ্রীনীলকান্ত সিংহনা সম্পাদক ওইহনা ফোংবা লাইরিক্তি ইং ১৯৭৫, লাঃ (১—৩০৮)—লুঃ ১০'০০

### সেভেন ট্রাইবস

মণিপুরগী তাংখুল, কবুই, কোম, অনাল, পাইতে, থাদো অমদি রাইফৈনচিংবা ট্রাইব ৭ কি তোঙাম তোঙানবা পণ্ডীতশিংনা ইংরাজি লোন্দ ইবা ডাঃ কেঃ বিঃ সিংহনা সম্পাদক ওইহনা ফোংবা লাইরিক্তি। ইং ১৯৭৬, লাঃ (১—১৫১) লুঃ ৮'০০

### তাংখুলগী য়ারী শীংবুল

মৈতৈলোন অমসুং তাংখুললোন অনিমক্তা ফোংবা তাংখুলগী তোঙাম তোঙানবা য়ারী শীংবুল ময়াম য়াওবা রাই, কে, সিমরেনা খোমজিনবা লাইরিক্তি।

ইং ১৯৭৬, লাঃ (১—৭০)—লুঃ ৫'০০

### মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি জর্নেল

মণিপুরগী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী মরমদা তোঙান তোঙানবা আর্টিকল ময়াম য়াওবা লোংজম জয়চন্দ্র সিংহনা সম্পাদক ওইহনা ফোংবা থা অহুমগী ইংরাজি চেফোংনি।

লুঃ ২'০০